# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

( অথূপ্পা ৱাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা )

[ অনীশুবা শরুক ]

ইজবা

শ্রীমৎপরমহংস, পরিব্রাজকাচার্য্য

শ্রীস্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

বেদান্তাচার্য্য,

সিদ্ধান্তজ্যোতিষাচার্য্য

জ্ঞান মন্দির

ইম্ফাল।

মণিপুর সরকার এডিউকেশন ডিপার্টমেন্টকী
শেলগী মতেং য়াওনা ফোঙজবা

ফোঙজবা :—

**জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল**

( রেঃ নং ৩৪০২ )




অহানবা খংনম—১৯৮২

কোপী মশীং—১০০০

সত্ত্ব পুম্নমক অফোঙবগীনি— মমল—লুপা ২৫.০০

---

নম্বম :—গীতা প্রিণ্টরস, লাগ্নার কৈশামপাং
ইম্ফাল—৭৯৫০০১

## হরি ওঁ

# অফোঙবগী ৱারোল

শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা ব্যাখ্যা তৌবিরকপা গীতাগী অনীশুবা শরুক অধ্যায় মতোদগী নীপান ফাওবগী ফোংজরে। অধ্যায় অমদগীনা মরি ফাওবগীনা হান্না ফোংজখ্রে। পোকপা-শিবা নায়বা মীওইবগী পনথুংফম ওইরবা পরমেশ্বরবু মশক খংনবগী অমসুং ফংনবদগী লম্বী কয়াগী মতুংদা 'গীতাসি' খ্বাইদগী হেন্না ফরবা লাইরিক অমনি হায়বসি পুন্নমক্না য়ানরবনি। ঈশ্বরগী মরিদা কুপ্না খিবিব পাম্বা কাংবুগী অমসুং অতৈ ময়ামগীসু হন্দক্কী অনীশুবা শরুক অসি নিংথিনা, কুপ্না নৈনবিরবদি য়াম্না কান্নবা শোয়দনা ফংবিগনি হায়বসি শেংনা খাজজবনি।

শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী মরমদা রাহয় অমনীদংগা হায়জগে। ভারতকী মশাং নাইদ্রবা বেদ-শাস্ত্র কয়াগী মরক্তসু অমসুং পৃথিবীগী ধর্ম্মগী লাইরিকশিংগী মরক্তসু সম্প্রদায়গী করিগুম্বা রা অমত্ত য়াওদবা, 'মী হায়বা' কাংলুপ অতুগী ওইবা, মীচংমীখায় নাইদবা ধর্ম্মগী লাইবিক্কি গীতাদনি হায়বা য়াই। মরম অসিদগী মশা মশাগী ধর্ম্মগী কাংলুপ কয়াগী মতুংদা লৈরবসু পৃথিবীগী মী অয়াম্বনা হৌজিক গীতা নৈনরকই অমসুং গীতানা য়োদবা লৈবাক লৈত্রে হায়বা য়ারে। ভারতকী আশ্রম অয়াম্বদা গীতা অসি নৈনদবা অমসুং তমদবা লৈতে। তৌইগুম্বসুং মণিপুরদদি গীতাসি কুপ্না নৈনবা উজদে অমসুং নৈনবদি

লায়রহূনা খংজনীংহূনা থিজরিবা ঐখোয়না খংলক্লবা মতমদা মতিক-চাবা হংনিংঙাই, তাম্ননিংঙাই মী ফাওবা থিবদা য়ানা থোকই। মসিগীসু মথক্তা 'গীতাসি' মহাভারত হায়বা লাল শোক্লবগী পুরাণদা য়াওবনি—'ভক্তি য়াংলী, পারুন্নু' অসিনচিংবা হায়হূনা গীতাসি পামহন্দনবসু, চাওরবা মৈতৈ সমাজগী কাংলুপ অমনা কন্না লাক্লে। মসি ঐখোয়গী য়াম্না লায়বকথীবনি।

গীতাসি নৈনদবা য়াত্রবা লাইরিক্কি হায়না খঙহূনা ভারত্তা ফংবা গীতা মথল খরা নৈনজরে। তৌইগুম্বসুং হন্দক শ্রীমৎ পরম-হংসজীনা ব্যাখ্যা তৌবিরকইবা গীতাসি—ঐখোয়না মণিপুরগী সমাজদা মমিং ফাওবা তাবা ফংদ্রবা বেদ-শাস্ত্র কয়াগী Reference পীবিহূনা ঃমযেক্কী অতাবী, গীতাগী মনুংগী অর্থ অথূপ্পা তাকপিরকপসি হৌজিক ফোংজরিবা গীতা অসি নত্তনা ভারতবর্ষ মনুং ফাওবদা অমত্তা থেংনজদ্রি। শম্না হায়রবদা শ্রীমৎ পরমহংস যোগেন্দ্রানন্দ গিরিসি ঐখোয় মণিপুরগীদমক্তা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী জ্ঞানগী গুরু অমা ওইনবা লাইনা থাবিরকপা মীশকনি। লোনদগী, লৈফমদগী খুদোং চাখিদ্রবা ভারতকী নোংপোক চিদাই ভুমখৈদগী, মমাংঙৈদসু থোকখিদ্রিবা তুংদসু অমুক থোক্কনি নীংজদ্রবা মণিপুরী মচা অমনা ভারতবর্ষগী যোগী ঋষি কয়াগী মরক্তা তাঙনা থোক্লবা মিংথোল—'পরমহংস' ফংবা হায়বসি মুন্না খল্লুরবদি মঙগুম্বা য়ানি। শম্না হায়রবদা শ্রীমৎ পরমহংসজীনা মণিপুরী মচা অমা ওইবিরমহূনা ঐখোয়দা ঈশ্বরগী মরিদা লমজিংবিবা অমা ওইবিরিবসি শ্রীগোপাল-দেবমক্কী থৌজালননি হায়না লৌজে। শ্রীমৎ পরমহংসজীনা গীতা

ইবিবা লোয়রবা মতুংদা ঐখোয়গী য়াম্না কান্নগদোবা লাইরিক কয়া ইবিরকপা য়াবগী য়াকমস্থু লৈরি। অসিগুম্বা শ্রীমংকী থৌজাল অসি ঐখোয় মণিপুরী পূম্নমক্না শিজিন্নহৌনবা অমস্মুং পিনবিরকইবা আধ্যাত্মিক থাওমৈসি মূৎপা নাম্বদনা থান্নবা হোৎনবসি ঐখোয়গী পান্দমনি।

ফোঙজরিবা গীতা অসি পুকচেল চাওরবা প্রজা ইচিল-ইনাওশিংগী মতেংদগী ফোঙবা ঙমজবনি। অসিগুম্বা ইচিল-ইনাওশিংবু ঐনা জ্ঞানমন্দিরগী তরফতগী হন্না হন্না থাগৎচরি। মতুংদস্মু সাম্প্রদায়ীক ওইদবা আধ্যাত্মিকী ওইবা ধর্মগী লাইরিক কয়াস্মু ফোংগে হায়বসি জ্ঞানমন্দিরগী আশানি। মতাং অতুদস্মু খুদোং চারক্লবা মতমদা, হান্নগী মতৌগুম্না তেংবাংবিরকনি হায়না জ্ঞান-মন্দিরনা আশা তৌজরি।

ফোঙজরিবা গীতাসি শ্রীলাইশ্রম নীলচান্দ সিংহ অমস্মুং শ্রীনোংমৈকাপ্পম যদু সিংহ অনীগী মপান্দগী য়াদনা ফোংবা ঙমজবনি। গীতা অসিগী Proof লৌহুনা, লানবা-চুম্বা য়েংবনচিংবা য়াপ্রবা থবক অসি শ্রীনীলচান্দ সিংহনা মশাগী থবক পূম্নমক কাইথোক্লগা থৈগাক থৈনা পুবিখিবনি। পৈশাগী অরাবা অমস্মুং চেনথোক-চেনশিন তৌহুনা অহোবা পূম্নমক মেনশিনবগী খ্বাইদগী হেন্না মরু ওইবা দায়ী অসিনা শ্রীযদুসিংহনা লৌবিখিবনি। ভদ্রলোক অনীসিদা জ্ঞানমন্দিরনা শিংব ঙম্নরোইদোবা লমন তোল্লবনি অমস্মুং ঐনা জ্ঞানমন্দিরগী তরফতগী হন্না হন্না থাগৎচরি। হায়জরুবা খুদিংদা মশাগী খুদোং চাবা চাদবা য়েংদনা গীতাসি ফোংননবদা

হোৎনবিখিবা শ্রীনোংথোম্বম ধর্ম্ম সিংহ, শ্রীলাইশ্রম মণি সিংহ, শ্রীনিংথৌজম নদিয়াচান্দ সিংহ অসিনচিংবা জ্ঞানমন্দিরগী ইচিল-ইনাওশিংবুস্থু ঐনা হন্না হন্না থাগৎচরি।

মণিপুর গবর্ণমেন্টকী ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টনস্থু চে-নচিংবা মমল অহোংবদা অমস্থুং পৈশা ওইনস্থু পাংবিবা য়াবা মতেং কয়া পাংবিরকই। অসিগুম্বা মণিপুর সরকারগী ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টপু ঐনা জ্ঞানমন্দিরগী তরফতগী তৌবিমল খঙবা উৎচরি অমস্থুং মতুংদস্থু সরকারদা থাগৎলকইবা লাইরিকশিংগী অরূম-অয়াং কৃপা য়ংবিরগা ফোঙজরিবা ঐখোয়গী খুদোং চানবা মতেং পাংবিরক্কনি হায়না ঐনা আশা তৌজরি।

হরি ওঁ তৎ সৎ।

ময়ামগী সেবাদাঃ—

শ্রীহাওবম বারুনী সিংহ।

President, Gyan Mandir
C/o Gita Bhawan
Paona Road
Imphal.

তাং ১৩।২।৮২ ইং



# ৱা অম'নীদংগা

শ্রীমৎ পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা ইবিরকপা অনীশুবা গীতাগী শরুক অসি ফোংলমদাইদা চংলক্কদোবা পৈশাগী লৈত-লায়ৰ তা-নবা মতাংদা ক্বাকৈথেলদা লৈবা শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহগী ধর্ম্মপত্নী শ্রীমতি কেতুকী দেবীনা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবিনবগীদমক 'ঐস্মু খরা কংচগে' হায়ডুনা লুপা ১১৫৫ (লীশীং অমা চামা য়াঙ্খৈমঙা) দান পিনবরিকই। অসিগুম্বী পূকচেল চাওরবী অসিবু ঐখোয়না হন্না হন্না থাগৎচরি অমস্থুং ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মতম পুন্নমক্তা থৌজালবিসন্নু হায়না ইবুংঙো মাগী মফমদা প্রার্থনা তৌ-জরি। অসিগুম্বী মমানা মণিপুরদা লৈরিঙৈদা মতমগী খোংলৈ মতুং ইন্না মতম খরা ধর্ম্মগী লৈথা তাবা ওইনা উরবস্থু নোংম নক্রগা নোংমা শোয়দনা ধর্ম্মগী মৈরা চাওনা থাল্লকথিগনি হায়বসি ঐখোয়গী লেপ্পা থাজজবনি।

গীতা অসিগী ৱাংহৌরিবা শরুক হায়বদি আধ্যায় ৯ দগী ১৮ ফাওবগী আধ্যায় ১০ সি Volume অনীদা ফোংজরক্কনি। মসি থুনা থোকপা য়াননবা শ্রীমৎ পরমহংসনা মশাগী অচিন-চিন্দ য়েং-বিদনা মথা ইবা চংথবিরে হায়বসি ঐখোয়না পাও কংজরে।

গীতাসিগী মনুংদা য়াওরিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি অসি কনখল (হরিদ্বার) দা লৈবা শ্রীমঙ্গল আশ্রমদা লাংশিবা ভগবান্গী

মূর্ত্তিনি। আর ফোটো ষ্টুডিওগী প্রোপ্রাইটর শ্রীরাজবাপু শর্ম্মানা য়াম্না হৈ-শিংনা মূর্ত্তিসিগী কোক্কী লৈতেং, লূহুপকী মহুত্তা মণিপুরগী ওইবা ধোরা চুড়া থোলহনবিহুনা অমুক হেন্না ঐখোয়গী পূক্নীংবু চিংশিনহনবিরে। মসিগীদমকস্তু শ্রীশর্ম্মাগী মফমদা ঐখোয়না হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজরি।

ইম্ফাল,
তাং ২১। ৪। ৮২ ইং।

জ্ঞান মন্দির
ইম্ফাল।



শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি

বেদান্তাচার্য্য।



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## মঙাশুবা অধ্যায়
## ( পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ )

মঙাশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং কর্ম্মসন্ন্যাস যোগনি। মসিদা মরূ ওইনা মথল মথা অয়াম্বা সাধনশিংগী অভ্যাস তৌবদগী পোকপা অমস্যুং মুক্তিগী শংশঙনা সাধন ওইবা আত্মজ্ঞানবু তাক্কনি। মতুদা শ্রীভগবান্না অহুমশুবা অধ্যায়দা **"লোকেঽস্মিন্ দ্বিবিধা নিষ্ঠা"** (৩/৩) অসিনচিংবনা জ্ঞানযোগ অমস্যুং কর্ম্মযোগ তাকলগা— **"ন কর্ম্মণামনারম্ভাৎ"** (৩/৪) অসিনচিংবনা পুক্নীং শেংদনা সন্ন্যাস লৌবদগী কান্নবা লৈতে হায়খি। অহুগা মরিশুবা অধ্যায়দা —**"ত্যক্তসর্ব্বপরিগ্রহঃ"** (৪/২১) অসিনচিংবনা সন্ন্যাস লৌদূনা ব্রহ্মচিন্তন তৌবদগী মুক্তি ফংই হায়রগা অরোইবদা—**"যোগমাতিষ্ঠ"** (৪/৪২ অস্মুমনা নিষ্কাম কর্ম্মযোগ তৌনবা ভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকখি। অহুবু কর্ম্মসন্ন্যাস অমস্যুং কর্ম্মযোগ অনী অসিবু লেঙদনা লৈবা অমস্যুং চৎপগী মতৌশুম্না মতম অমত্তদা মী অমনা তৌবা ঙমদে। মরম অসিন অনীসিগী মনুংদা করম্বা তৌরগা ঐগী (অর্জ্জুনগী) কান্নবা ওইগনি হায়বসি খঙনীংদূনা অর্জ্জুন্না শ্রীভগবান্‌গী মফমদা অস্মুন্না হায়জরি—

## অর্জ্জুন উবাচ

**সন্ন্যাসং কর্ম্মণাং কৃষ্ণ পুনর্যোগঞ্চ শংসসি।**
**যচ্ছ্রেয় এতয়োরেকং তন্মে ব্রূহি সুনিশ্চিতম্ ॥১॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অর্জ্জুনঃ উবাচ = অর্জ্জুননা হায়জখি— কৃষ্ণ = ভক্তশিংগী অৱাববু কোকপিহৈবা হে কৃষ্ণ! কর্ম্মণাং = শ্রুতি-স্মৃতিনচিংবা শাস্ত্রশিংনা তৌ হায়না তাকপা নিত্য-নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্মশিংগী, সন্ন্যাসং শংসসি = থাদোকপবু নহাকনা থাগৎলী, পুনঃ চ = অতুগা অমুক হন্না, যোগং শংসসি = কর্ম্মযোগবু থাগৎলী, ( অতুবু অজ্ঞানী ওইবা মী অমনা অনীসিবু মতম অমত্তদা তৌবা ঙমদবা মরমনা) এতয়োঃ = অনীসিগী মনুংদা, একং = অমত্তং, যৎ শ্রেয়ঃ = ঐগীদমক অফবা ( য়াইফবা ) ওইগনি খনবিবতু, তৎ = মতুমক্তবু, সুনিশ্চিতং = নীংথিনা লেপলগা, মে ব্রূহি = ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥১॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** অর্জ্জুননা হংজখি— হে কৃষ্ণ! শাস্ত্রনা তৌ তাকপা নিত্য-নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্মশিংগী থাদোকপবু ( সন্ন্যাস তৌববু ) নহাকনা অহানবদা থাগৎলী, অতুগা অমুক হন্না কর্ম্মযোগবু থাগৎলী। অনীসিগী মনুংদা ঐগী অফবা ওইগদবা অমত্তং নীংথিনা লেপলগা মতু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥১॥

## অথুপ্পা রা

কর্ম্মসন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিমকপু বেদনা অসুম্না তাকলি—"এতমেব প্রব্রাজিনো লোকমিচ্ছন্তঃ প্রব্রজন্তি" (বৃঃ উঃ ৪/৪/২২)—"পরিব্রাজক সন্ন্যাসীগী লোক (আত্মাদগী খেন্নদবা

ব্রহ্ম ওইবা লোক ) অসিমক্তবু পামহুনা মী-শিংনা সন্ন্যাস লৌই।"
"তমেতং বেদানুবচনেন ব্রাহ্মণা বিবিদিষন্তি যজ্ঞেন দানেন"
( বৃঃ উঃ ৪/৪/২২ )—"মোক্ষ পামবা মী-শিংনা ব্রহ্মদগী খেন্নদবা আত্মাসিবু বেদ তমদূনা, যজ্ঞ অমসুং দান তৌহুনা খঙনীংই।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অনীসিবু মনীংতম্না অর্জ্জুনবু হায়বা নত্তে ; বেদনা তাকপা মতুংইন্না হায়বনি। মহুদা পূর্ব্বীং শেংখিহুনা সংসারগী পোৎশিংদা অপামবা থাদোকলবা মীশিংগীদমক সন্ন্যাস তৌনবা তাকপনি ; অহুগা পূর্ব্বীং শেংদবা মরমদগী সংসারগী পোৎশিংদা অপামবা থাদোকপা ঙমদ্রিবা অমসুং মোক্ষ ফংববুদি পামবা মী-শিংগীদমক পূর্ব্বীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌ হায়না তাকপনি। মরম অসিনা নিষ্কামকর্ম্মসি জ্ঞান ফংনবগীদমক পূর্ব্বীং শেংনবা সাধন-নী, অহুগা মহুদগী পূর্ব্বীং শেংলবদা কর্ম্মসন্ন্যাস তৌহুনা জ্ঞান ফংবা অসি মোক্ষগী সাক্ষাৎ সাধন-নী। অনীসিগী মনুংদা অর্জ্জুনগী মতীক চাবা কন্নবনো হায়বসি খঙনীংহুনা মানা শ্রীভগবান্গী মফমদা হংজরিবনি ॥১॥

মতৌ অসুম্না অর্জ্জুনগী যুক্তি যুক্ত ওইবা ৱাহং তারগা মহুগী পাউথুম শ্রীভগবান্না অসুম্না পীরি—

## শ্রীভগবানুবাচ

**সন্ন্যাসঃ কর্ম্মযোগশ্চ নিঃশ্রেয়সকরাবুভৌ।**
**তয়োস্তু কর্ম্মসন্ন্যাসাৎ কর্ম্মযোগো বিশিষ্যতে ॥২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবান্না তাকপিখি — সন্ন্যাসঃ = শ্রুতি-স্মৃতিশিংনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু থাদোক্তুনা

সন্ন্যাস লৌবা, চ=অমস্তুং, কর্ম্মযোগঃ=কর্ম্মশিং অদুবু ঈশ্বরদা কৎথোক্লুনা মহয় পামদনা তৌদুনা লৈবা, উভৌ=অনীমক অসি, নিঃশ্রেয়সকরৌ=মোক্ষ ফংনবগী উপায়নি, তু=অদুবু, তয়ো= অনীদুগী মন্নুংদা, কর্ম্মসন্ন্যাসাৎ=পূক্নীং শেংদনা কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবদগী, কর্ম্মযোগঃ=পূক্নীং শেংনবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবনা, বিশিষ্যতে=হেন্না ফৈ ॥২॥

**অপুনবা অর্থ :**—শ্রীভগবান্না তাকপিখি—কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবা অমস্তুং নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবা অনী-মক অসি মোক্ষ ফংনবগী উপায়নি। অদুবু পূক্নীং শেংদনা কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌবদগী পূক্নীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবসিনা থোইনা হেন্না ফৈ ॥২॥

## অথুপ্পা বা

বিদ্বৎসন্ন্যাস অমস্তুং বিবিদিষাসন্ন্যাস খেন্নবদগী সন্ন্যাস অসি অনীথোক্লা থায়রি। মদুদা আত্মজ্ঞান ফংলবা মতুংদা আত্মচিন্তন তৌদুনা লৈরগা জীবন্মুক্তিগী হুংঙাইবা লোগে খন্দূনা তৌবা সন্ন্যাস বিদ্বৎসন্ন্যাসনি। অদুগা আত্মজ্ঞান ফংদ্রিবগী মমাঙদা অজ্ঞানী ওইদুনা লৈবা মতমদা আত্মাবু খঙনীংবদগী লৌবা সন্ন্যাস বিবিদিষা-সন্ন্যাসনি। মদুদসু অন্তঃকরণ ( পূক্নীং ) শেংলবা মতুংদা আত্মাবু সাক্ষাৎকার তৌনবগীদমক ( শংশঙনা উ-নবগীদমক ) শ্রবণ, মনন অমস্তুং নিদিধ্যাসন তৌনবা লৌবা সন্ন্যাস অদুদগী কর্ম্মযোগনা হেন্না ফৈ হায়বসি ভগবান্না মফমসিদা হায়দে। শ্রীভগবান্না হায়রিবসিদি

ম্পুপনা অন্তঃকরণ শেংদনা কর্ম্ম থাদোক্তুনা সন্ন্যাস লৌবদগী অন্তঃ-করণ শেংনবা কর্ম্মযোগ তৌহুনা লৈবনা হেন্না ফৈ তাকপনি। মরমদি আত্মাবু খঙনীংলবস্সু অন্তঃকরণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌরবদি আত্মাজ্ঞান ফংবা ঙমদে; ফংলবস্সু য়াম্না রানা থোকই। অন্তঃকরণ শেংনবা অথোইবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম তৌবনি; মহু তৌত্রবদি অন্তঃকরণ অতোপ্পা উপায়না নীংথিনা শেংদোকপা ঙমদে। মসিবু ত্তুংদস্সু ভগবান্না হায়গনি। মরম অসিনা অন্তঃকরণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌবদগী নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবনা হেন্না ফৈ তাকপনি ॥২॥

হায়রিবা কর্ম্মযোগসিবু সন্ন্যাস লৌবগী মওঙ ওইনা থাগত্তুনা ভগবান্না অস্সুন্না হায়রি—

জ্ঞেয়ঃ স নিত্যসন্ন্যাসী যো ন দ্বেষ্টি ন কাংক্ষতি।
নির্দ্বন্দ্বো হি মহাবাহো সুখং বন্ধাৎ প্রমুচ্যতে ॥৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** মহাবাহো=পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন! যঃ=নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মী অহুনা, ন দ্বেষ্টি=অরাবা অমস্সুং অরাবগী মরমবু য়েংথিদে, ন কাংক্ষতি=নুংঙাইবা অমস্সুং নুংঙাইবগী মরমবু পামদে (রাগদ্বেষ থাদোক্তুনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈ), সঃ=অহুগুম্বা মহাক, নিত্যসন্ন্যাসী=লেঙদনা সন্ন্যাস লৌদুনা লৈবা মীনি, জ্ঞেয়ঃ= অস্সুন্না খঙগনি; নির্দ্বন্দ্বঃ=দ্বন্দ্ব লৈত্রবা ( অরা নুংঙাই, অঙৈং-অশা-নচিংবা অমগী মথংদা অমা শোয়দনা ওইগদবা ফাইবোকশিংদা পুকচেল অমত্ত ওইনা থম্নবা ) মহাক, হি=লেপনমক, সুখং= লায়না ( কন্না হোৎনবা তৌদনা ), বন্ধাৎ=সংসারগী অপুনবা অসিদগী, বিমুচ্যতে=নীংথিনা লাম্থোকই ॥৩॥

অপূনবা অর্থ :— পাঙ্গল কনবা হে অর্জ্জুন! নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মী অহুনা অৱাববু য়েংথিদে অমস্তুং মুংঙাইববু পামদে; অৱা-মুংঙাইনচিংবা কাইবোকশিংদা পুকচেল অমত্তা ওইনা লৈবা মহাক লেঙদনা সন্ন্যাস লৌদূনা লৈবা মীনি খঙগনি; মহাক শোয়দনা অমস্তুং ঈরায় লায়না সংসারগী অপুনবা অসিদগী নীংথিনা লাম্থোকপা ঙমগনি ॥৩॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্রীভগবান্না মফম অসিদা হায়রিবসিগী অথূপ্পদি মসিনি— অজ্ঞানী ওইরবস্তু মোক্ষ ফংনীংবা মরমদগী পূক্নীং শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মীনা সংসারদা শোয়দনা ওইগদবা অৱা-মুংঙাই, অঙৈং-অশানচিংবা পূম্নমকসিবু খাঙদূনা লৈনবা অভ্যাস তৌগদবনি, অহুগা মহুদা অপাম-পামদা থাদোক্তুনা পূক্নীং অমত্ত ওইনা থমনবা হোৎনগদবনি। মতৌ অস্মুন্না হোৎনহুনা লৈবা মীগী পূক্নীং য়াম্না থুনা শেংগনি, অহুগা সংসারগী তৌরিবা থবক পূম্নমক অহুম্মু মথৌ ওইনা খন্দুনা তৌবা মরমদগী মহাক মহুনা পুন্দুনা লৈরোই। মরম অসিনা কর্ম্ম তৌহুনা লৈরবস্তু মহাক সন্ন্যাসীগা চপ মান্নবা লৈ। অহুগা অপাম-পামদা থাদোক্তুনা পূক্নীং অমত্ত ওইনা থম্নগা লৈবা মীগী মরমদা শ্রুতিনস্তু অস্মুন্না হায়রি—

দৃষ্ট্বারম্যমরম্যং বা স্থেয়ং পাষাণবৎ সদা।
এতাবতাত্মযত্নেন জিতা ভবতি সংসৃতিঃ॥

(অন্নঃ উঃ ৫/১১৮)

"ফজবা নত্রগা ফজদবা পোৎ উরগা নুংগী মতৌগুম্না মনবু মতম পুন্নমক্তা লেঙদনা থমগদবনি। অস্মুন্না হোৎনবসিমক্তনা মানা সংসারসিবু খুত্থম চল্লী ( পোকল-শিরা তৌত্থনা সংসারসিদা অমুক হন্না লাকলরোই )॥"

ন কিঞ্চন দ্বেষ্টি তথা ন কিঞ্চিদপি কাংক্ষতি।
ভুংক্তে যঃ প্রকৃতান্ ভোগান্ স জীবন্মুক্ত উচ্যতে॥
( মহোপনিষৎ ২/৬০ )

"করিমত্ত য়েংথিবা অমস্থুং অপামবা তৌদনা মী অত্থনা হৌনশা ওইনা ফংবা পোৎশিংবু চাব-থকপা ভৌরগা পেন্দুনা লৈ ; অসিগুম্বা মহাক অত্থু জীবন্মুক্তনি হায়নৈ।"

মরম অসিদগী মতৌ অস্মুন্না কর্ম্ম তৌত্থনা লৈবা মীনা জ্ঞান ফংত্থনা মোক্ষবু য়াম্না লায়না ফংই হায়বসি ভগবান্না অর্জ্জুনদা তাকপনি ॥৩॥

"কর্ম্মণা পিতৃলোকঃ" ( বৃঃ উঃ ১/৫/১৬)—' কর্ম্ম তৌবদগী পিতৃলোক ফংই" অস্মুন্না শ্রুতিনা তাকপা মরমনা কর্ম্ম তৌবদগী "সুখং বন্ধাৎ প্রমুচ্যতে" ( ৫/৩ ) হায়না তাকলিবসি করম্না ওইবা য়াগনি? মসিদা নত্তনা "ন কর্ম্মণা ন প্রজয়া ধনেন, জ্ঞানেনৈকে অমৃতত্বমানশুঃ" ( তৈঃ উঃ ৪/১২ )—"কর্ম্মদগী মোক্ষ ওইদে অত্থগা মচা অমস্থুং লল-থুমদগীসু মোক্ষ ওইদে, মী কয়ানা জ্ঞানদগী মোক্ষ ফংখি।" অসিনচিংবা শ্রুতিনসু কর্ম্মদগী মোক্ষ ফংবা য়াদে তাকলি। মরম অসিনা কর্ম্মদগী সংসারগী অপুনবদগী নাস্থোকই হায়বসি ওইথোক্তবনি হায়না অর্জ্জুননা চিংনরবদা নঙনা

( অর্জুননা ) হায়রিবা অদুদি সকামকর্ম্মগী মরমদনি, নিষ্কামকর্ম্মগী মরমদা নত্তে। নিষ্কামকর্ম্মদগীদি অন্তঃকরণ শেংখিদুনা জ্ঞান ফংলগা মোক্ষ ফংবা য়াই ; মরম অসিনা কর্ম্মযোগ অমসুং সন্ন্যাস অনীসিগী মহয় অমত্ত ওইবদগী অনীসিদা করিমত্ত খেন্নদে হায়বসিবু ভগবান্না অসুম্না তাকলি—

**সাংখ্যযোগৌ পৃথগ্ বালাঃ প্রবদন্তি ন পণ্ডিতাঃ।**
**একমপ্যাস্থিতঃ সম্যগুভয়োর্বিন্দতে ফলম্॥৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—বালাঃ=অঙাংগুম্না পঙবা অমসুং শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা, সাংখ্যযোগৌ=জ্ঞানগী মকোক ওইবা সাধন সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু, পৃথক্ প্রবদন্তি=তোঙান তোঙানবা মহয় ওইবনি হায়, ন পণ্ডিতাঃ=শাস্ত্র খঙবা জ্ঞানী-শিংনদি হায়দে, একং অপি=অনীসিগী মনুংদগী অমত্তংদবু, সম্যক্= শাস্ত্রনা তাকপা মতুং ইন্না নীংথিনা, আস্থিতঃ=তৌরিবা মীদুনা, উভয়োঃ ফলং=অনীসিগী অমত্তং ওইবা মহয় মোক্ষবু বিন্দতে= জ্ঞান ওইবা মরমদগী ফংই ॥৪॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—শাস্ত্র খঙদবা অপংবা মীশিংনা সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু খেন্নবা মহয় ওইবনি হায়, অদুবু পণ্ডিত ওইবা জ্ঞানীশিংনদি অদুম্না হায়দে। মরমদি অনীসিগী মনুংদগী অমত্তংদবু নীংথিনা তৌরিবা মীদুনা অনীসিগী অমত্তং ওইবা মহয় মোক্ষবু ফংই ॥৪॥

### অথুপ্পা বা

সন্ন্যাসকী অর্থ কর্ম্মবু থাদোকপনি, অদুগা কর্ম্মযোগ-গী অর্থ নিষ্কাম ভাবতা কর্ম্ম তৌবনি। মরম অসিনা অনীসিগী মওঙদদি

শোয়দনা খেৱৈ ; অমনা অমদগী ওন্ন-তৈনবা মওওনি। অহুবু অনীসিদগী ওইগদবা মহয়—মোক্ষদি অমত্তনি, মখোয় অনী অসি মহয়গী মীৎয়েংদা য়েংলবদি করিমত্ত খেন্নদে। মরম অসিনা অনীসি বিচার তৌহুনা য়েংবদা অমত্তনি হায়না ভগবান্না অর্জুনগী মফমদা তাকপনি ॥৪॥

সন্ন্যাস অমস্তুং কর্ম্মযোগ-গী মহয় অমত্তনি হায়বসিবু হৌজিক ভগবান্না তশেংনা তাকলি—

যৎ সাংখ্যৈঃ প্রাপ্যতে স্থানং তদ্যোগৈরপি গম্যতে।
একং সাংখ্যঞ্চ যোগঞ্চ যঃ পশ্যতি স পশ্যতি ॥৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—সাংখ্যৈঃ = সন্ন্যাস লৌদুনা জ্ঞান ফংগে হোৎনরিবা সন্ন্যাসীশিংনা, যৎ স্থানং = মোক্ষগী মশক ওইবা খুবমহুবু, প্রাপ্যতে = ফংই, তৎ = খুবম অহুমক্তবু, যোগৈঃ অপি = নিষ্কাম কর্ম্ম তৌহুনা অন্তঃকরণ শেংদোকলগা জ্ঞান ফংনবা হোৎনরিবা কর্ম্ম-যোগীশিংনসু, গম্যতে = ফংই ; মরম অসিনা—যঃ = মী অহুনা, সাংখ্যং চ যোগং চ = সন্ন্যাস অমস্তুং কর্ম্মযোগ অনীসিবু, একং পশ্যতি = অমত্তনি খণ্ডই, সঃ পশ্যতি = মহাক অশেংবা খণ্ডবা মীনি ॥৫॥

অপূনবা অর্থ ঃ—সন্ন্যাস লৌদুনা জ্ঞান ফংগে হোৎনরিবা সন্ন্যাসীশিংনা মোক্ষ ওইবা খুবমহুবু ফংই, অহুগা খুবমহুমক্তবু নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা জ্ঞান ফংগে হোৎনরিবা কর্ম্মযোগীশিংনসু ফংই। মরম অসিনা মীহুনা সন্ন্যাস অমস্তুং কর্ম্মযোগবু অমত্তনি হায়না খণ্ডই, ( অহুগুম্বা মী ) মহাক অশেংবা খণ্ডবা মীদি ॥৫॥

# অথূপ্পা ৱা

বৈৱাগ্য-ওইবা মরমদগী প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না কর্ম্ম থাদোক্লুনা সন্ন্যাস লৌরবা মীনা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান ফংননবগীদমক শ্রবণ (যুক্তিগা লোয়ননা বিচার তৌদুনা আচার্য্যনা তাকলিবা বেদান্তগী ৱা-শিংবু শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তাবা), মনন (অচিকপা মফম অমদা ফমলগা তাখ্রিবা ৱাশিংদুবু পূক্নীংদা নীংশিংদুনা অমুক হন্না চিংনবা লৈত্তনবা বিচার তৌবা। অমসুং নিদিধ্যাসন (মনন তৌখ্রিবা আত্মতত্ত্ব অদুদা অনী লোঙদবা পূক্নীং থমদুনা সমাধি ওইনবা হোৎনবা) অহুম অসিবু সাধন ওইনা লৌই। অহুম অসিগী ভত্তনা অভ্যাস ত্তৌবদগী মখোয়না আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান ফংই। অদুগা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈবা কর্ম্মযোগীশিংনা মখোয়না তৌরিবা পূম্নমক অদুবু ঈশ্বরদা কত্থোকলগা পূক্নীং শেংনবা হোৎনদুনা অমসুং পূক্নীং লৈতানা থম্বা ঙমনবা ঈশ্বরগী আরাধনা তৌদুনা লৈ। মদুদগী মখোয়সু পূক্নীং শেংদোকখিবা অমসুং পূক্নীং লৈতানা তপ্‌না লৈবা মরমদগী আত্মতত্ত্ববু খঙননবা শ্রবণনচিংবা তৌই; মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়গী পূক্নীংদসু আত্ম-তত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান পোকই। মতৌ অসুমনা সন্ন্যাসী অমসুং কর্ম্মযোগী অনীমকনা জ্ঞানগী মহয় ওইনা মোক্ষ ওইবা থুবম ফংই। মরম অসিনা সন্ন্যাস অমসুং কর্ম্মযোগবু অমত্তনি খঙবা মীনা অন্তঃকরণ শেংদনা সন্ন্যাস ল্লোগে হায়বা ৱাখল থক তৌরোইদবনি; অন্তঃকরণ শেংনবা অমসুং সংসারগী পোৎশিংদগী মনবু লাকশিন্দুনা থমনবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম অমসুং উপাসনা অনীসিবু তৌদুনা লৈগদবনি

অনৌসিবু নীংথিনা তৌহনা লৈবা মীনা তুংদা জ্ঞান শোয়দনা ফংগনি হায়বসিদা করিমত্তা চিংনরোইদবনি ॥৫॥

নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লৈবা কর্ম্মযোগীশিংনস্মু মমৈথংদা সন্ন্যাসী-শিংনা তৌরিবা শ্রবণ-মনন-নচিংবছু তৌগদবা লৈরবদি অহানবমক্তদা সন্ন্যাস লৌরগা শ্রবণ-নচিংবছুবু তৌহনা লৈবদা করি কায়বা লৈ হায়না চিংনরবদা ভগবান্না মসিগী পাউখুম অস্মন্না পীরি—

**সন্ন্যাসস্তু মহাবাহো দুঃখমাপ্তুমযোগতঃ।**
**যোগযুক্তো মুনির্ব্রহ্ম নচিরেণাধিগচ্ছতি ॥৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—মহাবাহো=পাম্বোম কনবা হে অর্জ্জুন! অযোগতঃ=অন্তঃকরণ শেংদোকনবা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু নিষ্কামভাবতা তৌদনা, সন্ন্যাসঃ তু=সন্ন্যাস লৌবদি (লম্বোইবদি), দুঃখং আপ্তুং (ভবতি)=ফংবদা য়াম্না রানা থোকই; অদুগা-যোগ-যুক্ত=নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা পুক্নীং শেংলবা মীনা, মুনিঃ=আত্মতত্ত্বগী মরমদা মনন (বিচার) তৌবগী অভ্যাস তৌরগা, নচিরেণ=থীন্দনমক, ব্রহ্ম অধিগচ্ছতি=সচ্চিদানন্দগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংই (মোক্ষ ফংহনা ব্রহ্ম ওইনা লৈ) ॥৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—পাঙ্গল কনবা হে অর্জ্জুন! অন্তঃকরণ শেংনবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদনা সন্ন্যাস লৌবসিদি য়াম্না রানা থোকই; অদুগা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহনা লৈরগা আত্মতত্ত্বগী মনন (বিচার) তৌবা মীনা থুনমক ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই ॥৬॥

**অথুপ্পা রা**

সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা শাস্ত্রনা তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌনবা অধিকারমীদুগী লৈতে; অদুগা অন্তঃকরণ শেংনবা অথোইবা উপায়দি

শাস্ত্রনা ভৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু নিষ্কামভাবতা তৌহ্নবা লৈবনি। ফীবমসিদা মী অহ্নবা অন্তঃকরণ শেংদনা সন্ন্যাস লৌরবদি মহাক শোয়দনা খুদোং থীবদা তাগনি। মরমদি অন্তঃকরণ শেংদবদগী মাগী পূক্নীং সংসারগী পোৎশিংদ' থিংজিন্দুনা লৈবা মরমনা মপাঙ্খোংগী মীৎয়েংদা মহাক সন্ন্যাস লৌঈ হায়বদমক ওই, পূক্নীংদা সন্ন্যাস ওইদবা মরমনা মহুগী মহয় ওইনা আত্মচিন্তন তৌহ্নবা মশাগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমদে। মহ্নদা করিগুম্বা ফত্তবা লমচৎ চৎলবদি য়াম্না অমাঙবগী মশক ওই। পতিত ওইবা সন্ন্যাসীগী মরমদা বসিষ্ঠনা অস্নুম্না হায়রি —

যস্তু প্রব্রজিতো ভূত্বা পুনঃ সেবেত মৈথুনম্।
ষষ্টিবর্ষ সহস্রাণি বিষ্টায়াং জায়তে কৃমিঃ॥

"মী অহ্নবা সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা অমুক হন্না মুপীনহা লোয়নশন্নরবদি মহাক চহী ন্নীশিং ৬০ ফাওবা থী-থুংদা তীল (হল) ওইহ্নবা পোকই।"

মরম অসিনা পূক্নীং শেংদনা অমস্তুং বৈরাগ্য মপুং ফাদনা কদৌঙৈদস্নু সন্ন্যাস লৌরোইদবনি। অস্নুম্না লৌবা সন্ন্যাস অসিদগী নিষ্কামকর্ম্ম তৌহ্নবা লৈবনা য়াম্না হেন্না ফৈ হায়বসি—

"ন কর্ম্মণামনারম্ভান্নৈষ্কর্ম্ম্যং পুরুষোহশ্নুতে।
ন চ সন্ন্যসনাদেব সিদ্ধিং সমধিগচ্ছতি॥" (৩/৪)

"কর্ম্মসন্ন্যাসাৎ কর্ম্মযোগো বিশিষ্যতে" (৫/২) অসিনচিংবনা অহানবদা ভগবান্না তাকপ্রে। মতৌ অস্নুম্না হায়রিবা রা-শিংসিবু বিচার তৌরগা মশাগী য়াইফবা পামবা মীশিংনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌহ্নবা লৈরগা আত্মচিন্তনগী অভ্যাস তৌহ্নবা লৈবনা চুম্মি॥৬॥

কর্ম্মদি সংসারদা পুন্দুনা লৈনবগী মরমনি, অদুবু কর্ম্ম তৌদুনা লৈরগা আত্মচিন্তন তৌবা মীনা থীন্দনমক মোক্ষ কররমনা ফংগনি হায়না চিংনরবদা মদুগী পাউখুম অস্নমনা পীরি—

যোগযুক্তো বিশুদ্ধাত্মা বিজিতাত্মা জিতেন্দ্রিয়ঃ।
সর্ব্বভূতাত্মভূতাত্মা কুর্ব্বন্নপি ন লিপ্যতে ॥৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—যোগযুক্তঃ=নিষ্কাম কর্ম্মবু মতম কুইনদগী তৌদুনা লৈবা, মরম অসিনা—বিশুদ্ধাত্মা=পুক্নীংশেংলবা, বিজিতাত্মা=হকচাংবুসু মাগী মথা পোলহন্দুনা থমলবা, জিতেন্দ্রিয়ঃ=ইন্দ্রিয় পুম্নমকপু লাকশিন্দুনা থমলবা, অমস্নুং—সর্ব্বভূতাত্মভূতাত্মা=থরায়পানবা পুম্নমক্কী আত্মামক মাগী চেতন আত্মা ওইবা (থরায়পানবা পুম্নমক্কী আত্মাবু মশামক্কী আত্মানি খঙবা) মী অদু, কুর্ব্বন্ অপি=কর্ম্ম তৌদুনা লৈরবসু, ন লিপ্যতে=কর্ম্মশিংদগী শমনদে (কর্ম্মগী মহয় মঙোন্দা পক্তে) ॥৭॥

অপূনবা অর্থ ঃ—নিষ্কামকর্ম্মবু তৌদুনা লৈবদগী পুক্নীং শেংলবা, হকচাংবু মাগী মথা পোলহন্দুনা থমলবা অদুগা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থমলবা অমস্নুং থরায়পানবা পুম্নমক্কী আত্মাবু মশামক্কী আত্মানি খঙলবা মী অদু কর্ম্মশিংবু তৌদুনা লৈরবসু কর্ম্মশিংদুদগী শমনদে ॥৭॥

## অথূপ্পা রা

মী অদুনা নিষ্কামকর্ম্ম তৌদুনা লৈরগা আত্মচিন্তন তৌবদগী পুক্নীং, হকচাং অমস্নুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা মাগী মথা পোলহন্দুনা

থম্বা ঙমলবদি মহাক ত্রিদণ্ডী কৌবা সন্ন্যাসী অদুগা চপ মান্নৈ। মপাম্থোংদা সন্ন্যাস লৌরগা স্পনা দণ্ড পায়দূনা লৈবা অহুমক্তবু ত্রিদণ্ডীনি হায়বা য়াদে। মনুনস্থু অসুমনা হায়রি—

**বাগদণ্ডোঽথ মনোদণ্ডঃ কায়দণ্ডস্তথৈবচ।**
**য সৈ্যতে নিহিতা বুদ্ধৌ ত্রিদণ্ডীতি স উচ্যতে ॥**

( মনুঃ ১২/১০ )

"দমনং দণ্ডঃ"—লাকশিন্দূনা থমবা দণ্ডনি ; মরম অসিনা ব্রা ঙাঙবনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দূনা থমবা, মনবু (পুন্নীংবু) লাকশিন্দূনা থমবা অমসুং হকচাংবু লাকশিন্দূনা থমবা ( অহুম অসিবু নত্তবা থবক তৌহন্দনা থমবা ) অসি মী অহুগী বুদ্ধিদা লেঙদনা লৈরবদি মহাক ত্রিদণ্ডীনি হায়নৈ।"

যোগশিখোপনিষত্তসু অসুম্না হায়রি—

**শরীরেণ জিতাঃ সর্ব্বে শরীরং যোগিভির্জিতম্ ॥**
**ইন্দ্রিয়ানি মনো বুদ্ধিঃ কামক্রোধাদিকং জিতম্।**
**তেনৈব বিজিতং সর্ব্বং নাসৌ কেনাপি বাধ্যতে ॥**

( ১/৩৮,৩৯ )

"থৱায়পানবা পুম্নমকসিবু হকচাংনা খুহুম চন্দুনা থমই, হকচাংবুদি যোগীশিংনা খুহুম চললী। ইন্দ্রিয়শিং, মন, বুদ্ধি, অপাম্বা, অশাউবনচিংববু খুহুম চন্দুনা থম্নবা যোগী অহুনা পুম্নমকপু খুহুম চল্লে ; মাবু কনা অমত্তনা য়ৈখায়-থিনগাইবা ঙমদে ॥"

মরম অসিনা মহাক কর্ম্ম তৌহুনা লৈরবসু মহুগা লোয়ননা আত্মচিন্তনগী অভ্যাস তৌবা মরমদগী জ্ঞানী ওইবসি শোয়দবনি।

জ্ঞানী ওইরবদা মশাবু কর্ত্তা অমস্তুং ভোক্তা নত্তে লেপ্পা মরমনা মঙোন্দা কর্ম্মগী পাপ-পুণ্য ওইবা মহয় অমত্ত পক্তে; মতুদগী থব্বায়পানবা পূম্নমক্কী মন্নুংদা অমত্ত ওইনা লৈব্রিবা আত্মাবু মশাগী আত্মামকনি খঙই; অতুগা মতুনা মরম ওইতুনা মহাকনা মুক্তি ফংই। মসিগী মরমদা মন্নুনস্তু অস্তুম্না হায়রি—

সর্ব্বভূতেষু চাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি।
সমং পশ্যন্নাত্মযাজী স্বারাজ্যমধিগচ্ছতি ॥
( মন্নুঃ ১১/৯১ )

"থব্বায়পানবা পূম্নমক্তা মশাবু অমস্তুং মশাদা থব্বায়পানবা পূম্নমকপু অমত্ত ওইনা য়েংতুনা আত্মাগী উপাসনা তৌরিবা মী অতুনা মশা মতোমতা ঙান্দুনা লৈবা ব্রহ্মাগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই।"

মরম অসিদগী আত্মচিন্তন তৌতুনা লৈবা কর্ম্মযোগী অতুনা তৌরিবা অমস্তুং তৌথিবা কর্ম্মশিংগী মহয় পাপ-পুণ্যশিং মঙোন্দা পক্তে হায়বসি ভগবান্না তাকলিবনি ॥৭॥

জ্ঞানী ওইবা কর্ম্মযোগীদা পাপ-পুণ্য কর্ম্ম পক্তে হায়বসিবু শুগাইনা তাক্নুনা ভগবান্না হৌজিক শ্লোক অনীদা অস্তুম্না হায়রি—

নৈব কিঞ্চিৎ করোমীতি যুক্তো মন্যেত তত্ত্ববিৎ।
পশ্যন্ শৃণ্বন্ স্পৃশন্ জিঘ্রন্নশ্নন্ গচ্ছন্ স্বপন্ শ্বসন্ ॥৮॥
প্রলপন্ বিসৃজন্ গৃহ্নন্নুন্মিষন্ নিমিষন্নপি।
ইন্দ্রিয়াণীন্দ্রিয়ার্থেষু বর্ত্তন্ত ইতি ধারয়ন্ ॥৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—যুক্তঃ = কর্ম্মযোগ তৌবদগী পূক্নীং শেংলবা, তত্ত্ববিৎ = আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙলবা মী অতুনা, পশ্যন্ = য়েংবা,

শৃণ্বন্=তাবা, স্পৃশন্=শোকপা, জিঘ্রন্= মনম নমবা, অশ্নন্= চাবা, গচ্ছন্=চৎপা, স্বপন্=তূম্বা, শ্বসন্=সোর হোনবা, প্রলপন্= ঙাঙবা, বিসৃজন্ = অমাং-অশোয় থাদোকপা, গৃহ্নন্ = লৌবা, উন্মিষন্=মীৎ পাঙবা, নিমিষন্ অপি=মীৎ উইশিনবনচিংবা থবক পূন্নমক তৌহুনা লৈরবস্সু, ইন্দ্রিয়াণি=মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়-শিংনা, ইন্দ্রিয়ার্থেষু=মখোয় মখোয়না লৌগদবা বিষয়-মওঙ মচু, খোঞ্জেন্নচিংবদা, বর্ত্তন্তে=চঙবনি, ইতি ধারয়ন্=অস্মুন্না লেপ্পুনা, কিঞ্চিৎ এব=করিমত্তস্সু, ন করোমি=ঐনা তৌদে ইতি মন্যেত= অসন্না খঙই ॥৮ ৯.॥

**অপুনবা অর্থ :**—কর্ম্মযোগ তৌহুনা লৈবদগী পুক্নীং শেংহুনা আত্মতত্ত্ববু নীংথিনা খঙলবা মী অহুনা—য়েংবা, তাবা, শোকপা, মনম নমবা, চাবা. চৎপা, তূম্বা, সোর হোনবা, ঙাঙবা, অমাং-অশোয় ( থী-য়ুং ) থাদোকপা, লৌবা, মীৎ পাঙবা, মীৎ উইশিনবনচিংবা থবক পূন্নমক তৌহুনা লৈরবস্সু, মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা মশা মশানা লৌগদবা বিষয় মওঙ, মচু, খোঞ্জেন্নচিংববু লৌবনি ( তৌবনি ) অস্মুন্না লেপ্পুনা "ঐদি করিমত্তস্সু তৌদে" অস্মুন্না খঙই ॥৮, ৯॥

## অথুপ্পা বা

থরায়পানবা পূন্নমক্কী মহুংদা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাদি নিষ্ক্রিয়নি ( লেঙ-ওৎপা তৌদনা লৈ )। মরম অসিনা মীৎকী থবক য়েংবা, অস্মুন্না নাকোংগী তাবা, উনগী শোকপা শন্নবা খঙবা, নাতোনগী মনম নম্বা অমস্মুং লৈয়েংগী চাদূনা মহাউ লৌবা থবক-শিংনি, হায়বদি মীৎনচিংবা জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙানা য়েংবনচিংবা থবক

তৌবনি, আত্মানা তৌবা নত্তে। মতৌ অতুম্না খোঙগী—চৎপা, খূৎকী—লৌবা, চীনবানগী—ঙাঙবা, অমাংথোঙ অমসুং ঈশিং-থোঙগী—থী-য়ুং থাদোকপা থবকশিংনি,—হায়বদি খোঙ-খূৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙানা চৎপা, লৌবনচিংবা থবক তৌবনি; আত্মানা তৌবা নত্তে; অতুগা সোর হোনবনচিংবা থবক প্রাণ অপান-নচিংবা প্রাণ মঙাগীনি, মীৎ পাংবা উইশিনবনচিংবা থবক নাগ-কূর্ম্মনচিংবা অতোপ্পা প্রাণ মঙাগীনি অমসুং তূম্বনচিংবদি মন, বুদ্ধি, চিত্ত অমসুং অহংকার কৌবা অন্তঃকরণ মরিসিগী থবকশিংনি, আত্মাগী নত্তে। আত্মাদি মখোয় পুম্নমকসিবু ঙাম্থোকহন্দুনা থমবা চেতননি, মহাক কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে, লেঙদবা মশকনি। মরম অসিদগী মতৌ অসুম্না আত্মাবু খঙবা মীনা কর্ম্ম তৌতুনা লৈরবসু মঙোন্দা মতুগী মহয় পক্তে। মসিবু শ্রীমদ্ভগবত পুরানদসু অসুম্না হায়রি—

ইন্দ্রিয়ৈরিন্দ্রিয়ার্থেষু গুণৈরপি গুণেষু চ।
গৃহ্যমানেষ্বহং কুর্য্যান্ন বিদ্বান্‌ যস্ত্ববিক্রিয়ঃ ॥

"ইন্দ্রিয়শিংনা মখোয়-মখোয়না লৌগদবা পোৎশিংবু অমসুং সত্বনচিংবা গুণশিংনা গুণশিংবু লৌবদা আত্মতত্ত্ববু খঙবা জ্ঞানীনা, "ঐনা তৌই" হায়বা রাখল তৌদে; মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা নিষ্ক্রিয় ওইনা লৈ।"

মতৌ অসুম্না ভগবান্না হায়রিবা রাসিবু অন্নপূর্ণোপনিষত্তসু অসুম্না হায়রি—"তিষ্ঠন্‌ গচ্ছন্‌ স্পৃশন্‌ জিঘ্রন্নপি তল্লেপ-বর্জ্জিতঃ ॥ (৪/৬৩)—'ফমবা, চৎপা, শোকপা. মনম নমবা, অসিনচিংবা তৌতুনা লৈরবসু তত্ত্বজ্ঞানী - মখোয়শিংসিগা শন্নদে।"

মরম অসিনা "কুর্ব্বন্নপি ন লিপ্যতে" হায়না ভগবান্না তাকলিবসি অশেংবমক্কি ॥৮, ৯॥

মতৌ অসুম্না জ্ঞানীদা পাপ-পুণ্য পক্তবসু "ঐনা তৌই" থঙবা (নীংবা) অজ্ঞানীদদি মানা তৌরিবা কর্ম্মগী মহয় শোয়দনা পক্কনি ; মতু ওইরবদি অন্তঃকরণ শেংদোকপা ঙমদদূনা কদোঔঙদসু মানা জ্ঞান ফংবা ঙম্মোই হায়না চিংনরবদা মসিগী পাউথুম অসুম্না পীরি—

ব্রহ্মণ্যাধায় কর্ম্মাণি সঙ্গং ত্যক্ত্বা করোতি যঃ।
লিপ্যতে ন স পাপেন পদ্মপত্রমিবাম্ভসা ॥১০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যঃ=মী অতুনা, সঙ্গং ত্যক্ত্বা=মহয় পামবা থাদোক্তুনা, ব্রহ্মণি আধায়=ঈশ্বরদা কৎথোকলগা, কর্ম্মাণি করোতি =শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা অমসুং ব্যবহারদা তৌবা হৌনবা কর্ম্মশিংবু পাঙথোকতূনা লৈ, সঃ=অসুম্না কর্ম্ম তৌরিবা মঙোন্দা, অম্ভসা পদ্মপত্রং ইব=থম্বাল মনাদা ঈশিং পক্তবগুমনা, পাপেন ন লিপ্যতে=পাপ-পুণ্য কর্ম্মশিংগী মহয়না পক্তে ॥১০॥

**অপূনবা অর্থঃ**—মী অতুনা মহয় পামদনা ঈশ্বরদা কথোকলগা কর্ম্মশিংবু তৌই ; অসুম্না তৌতুনা লৈরিবা মঙোন্দা থম্বাল মনাদা (চাইবা) ঈশিং পক্তবগুম্না তৌরিবা পাপ-পুণ্য কর্ম্মশিংগী মহয়না পক্তে ॥১০॥

## অথুপ্পা ৱা

কনাগুম্বা মীনাই অমনা থবক্তি য়াম্না তৌই, অতুবু তৌরিবা থবকশিংতুগী মহয়দি করিমত্ত পামদে, সূপনা মপুগীদমক্কি থন্দূনা

তৌই। মতৌ অহুমনা মী অহুনা তৌরিবা থবকশিংহুগী মহয় করিমত্ত পামদনা মপু ওইবা ঈশ্বরগীদমক্কি খন্দুনা মাগী নুংঙাইনবগীদমক তৌরবদি কদৌঙৈদস্তু পাপ-কর্ম্ম তৌরোই; মরমদি পাপ কর্ম্ম তৌরগা মহুগী মহয় ঈশ্বরদা কৎথোকলবদি মহাক (ঈশ্বর) শোয়দনা শাউগনি, মীনাইনা মপুগীনি হায়দুনা ফত্তবা থবক তৌরবদি মপুনা শাউবা শোয়দবনি। করিগুম্বদা খঙদবা মরমদগী ফত্তবা অরানবা থবক তৌখিবা থোক্লবদি মপু ওইবা ঈশ্বরনা মাবু ঙাকপিগনি; মঙোন্দা পাপ লাকহল্লোই। অহুগা তৌরিবা অফবা থবকশিংহুগী মহয় পামদবা মরমদগী ঈশ্বরনা পুণ্য ওইবা মহয়বুস্তু মঙোন্দা পীরোই, স্তুপনা মানা হান্না তৌখিবা পাপশিংবু কোকহনগনি, মহুদগী মাগী অন্তঃকরণ (পূক্নীং) অহু শেংলক্কনি। মরম অসিনা থম্বাল মনাদা ঈশিং চাইবদা ঈশিংহু মহুদা পক্তবগুম্না কর্ম্মযোগীহুনা তৌরিবা কর্ম্মশিংহুগী মহয় পাপ পুণ্য মঙোন্দা পক্তে; অহুগা থম্বাল মনাদা হান্না পক্তুনা লৈরমবা উফুলনচিংবা অমোৎপশিংহু ঈশিং চাইবদগী চৎথোকখিগনি। মতৌ অহুমনা কর্ম্মযোগীহুগী অন্তঃকরণদা হান্না লৈরমবা পাপকী মশক ওইবা অমোৎপশিংহু নিষ্কামকর্ম্মশিং অহুদগী চামথোকখিগনি। মহু মপুং ফানা চামথোকখ্রবদা অশেংবা অন্তঃকরণ অহুদা আত্মাগী অশেংবা মমি তাহুনা জ্ঞান পোকই; অহুগা পোকইবা আত্মতত্ত্বগী জ্ঞান অহু মোক্ষগী মরম ওই। মতৌ অস্তুম্না ভগবান্না হায়রিবা রা অসিবু শ্রুতিনস্তু অস্তুম্না হায়রি—"ন লিপ্যতে কর্ম্মণা পাপকেন" (বৃঃ উঃ ৪/৪/২৩)—"আত্মজ্ঞানীদা পাপ-পুণ্য ওইবা কর্ম্মগী মহয় পক্তে।" "যথা পুষ্করপলাশ আপো ন শ্লিষ্যন্ত

এব মেবংবিদ্বি পাপং কর্ম্ম ন শ্লিষ্যতে।" (ছাঃ উঃ ৪/১৪/৩)—
"থম্বালগী মনাদা ঈশিং পক্তবগুম্না অস্থুম্না খঙবা ( ব্রহ্মবু মশামক্কি খঙবা ) মীদা পাপ-পুণ্য কর্ম্ম পক্তে" ॥১০॥

মতৌ অস্থুম্না নিষ্কাম কর্ম্ম পুন্নবগী হেতু ( মরম ) নত্তে হায়বসি তাকলগা মোক্ষগী হেতুনি হায়বসি তাকলি।

**কায়েন মনসা বুদ্ধ্যা কেবলৈরিন্দ্রিয়ৈরপি।**
**যোগিনঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি সঙ্গং ত্যক্ত্বাত্মশুদ্ধয়ে ॥১১॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** কেবলৈঃ = সূপনা ( ঐনা তৌরিবসি ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্কি, মহয় পামহুনা তৌবা নত্তে— অস্থুম্না ), যোগিনঃ = কর্ম্মযোগীশিংনা, সঙ্গং ত্যক্ত্বা = মহয় পামবা থাদোকলগা, আত্ম-শুদ্ধয়ে = অন্তঃকরণ শেংনবগীদমক, কায়েন = হকচাংনা ( স্নান পূজানচিংবা (, মনসা = পূক্নীংনা ( ধারণা, ধ্যান-নচিংবা ), বুদ্ধ্যা = ৱাখলনা ( আত্মবিচারনচিংবা ), ইন্দ্রিয়ৈঃ অপি = মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনস্থু ( শ্রীভগবানগী রূপ-গুণ-নচিংববু য়েংবা অমদি তাবন-চিংবা, ) কর্ম্ম কুর্ব্বন্তি = কর্ম্ম তৌই ॥১১॥

**অপুনবা অর্থ ঃ—** সূপনা ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্কি থন্দূনা কর্ম্ম-যোগীশিংনা মহয় পামবা থাদোকলগা পূক্নীং শেংনবগীদমক হকচাংনা; পূক্নীংনা, ৱাখলনা অমস্থুং মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনস্থু কর্ম্ম তৌই ॥১১॥

**অথুপ্পা বা**

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবাম্না-কর্ম্মযোগীশিংনা পূক্নীং শেংনবগীদমক ( আত্মশুদ্ধয়ে ) কর্ম্ম তৌই হায়বসিদগী ঐথোয়না মসি খঙবা ঙম্মি ;

মতুদি—কর্ম্মসি সাক্ষাৎ ( শংশঙনা ) মোক্ষগী সাধনদি নত্তে, স্পনা অন্তঃকরণ শেংনবা সাধন-নী ; অন্তঃকরণ শেংলবা মতুংদা জ্ঞানগী সাধন তৌহ্নুনা জ্ঞান ফংলবদা মোক্ষ ওইগনি। মরম অসিনা মোক্ষগী সাধনদি শংশঙনা জ্ঞাননি ; অতুমক ওইহ্নুনস্থু অন্তঃকরণ শেংদনা জ্ঞান ফংবা য়াদবা মরমদগী মথং মনাউ নাইনা নিষ্কামকর্ম্মবু মোক্ষগী সাধননি হায়বনি ॥১১॥

মহয় পামহ্নুনা কর্ম্ম তৌবা মীনা মশাবু অতৌবনি ( কর্ত্তানি ) খঙবগুম্না মহয় পামদনা কর্ম্ম তৌবা মীনস্থু মশাবু অতৌবনি হায়না খঙই ; অতুবু কর্ম্ম অতুমক্তনা অমবুদি সংসারদা পুল্লী, অতুগা অতোপ্পা অমবুদি মোক্ষ ফংহল্লী হায়বসি মরম করিদগীনো হংলবদা মতুগী পাউখুম ভগবান্না অস্থুন্না পীরি—

**যুক্তঃ কর্ম্মফলং ত্যক্ত্বা শান্তিমাপ্নোতি নৈষ্ঠিকীম্ ।**
**অযুক্তঃ কামকারেণ ফলে সক্তো নিবদ্ধ্যতে ॥১২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যুক্তঃ = ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তি ঐগী মহয় ফংনবা নত্তে—অস্থুন্না খল্লিবা কর্ম্মযোগী অতুনা, কর্ম্মফলং ত্যক্ত্বা = মহয় পাম্ববু থাদোক্তুনা কর্ম্ম তৌরগা, নৈষ্ঠিকীং = মথং মথং ওইনা পুক্নীং শেংবা, আত্মবিচার তৌবা অমস্থুং আত্মজ্ঞান ফংলগা শ্রদ্ধানা মরম ওইহ্নুনা লেঙত্রবা, শান্তিং আপ্নোতি = মোক্ষগী মশক ওইবা শান্তিবু ফংই ; অতুগা—অযুক্তঃ = ঈশ্বরগী পেন্নবগীদমক্তি, ঐগী মহয় ফংনবা নত্তে হায়বসি পূক্নীংদা থন্দনা কর্ম্ম তৌরিবা মীহ্নুদি, কাম-কারেণ = নীংলিবা অতুগী মতুং ইন্না, ফলে সক্তঃ = মহয়দা অপামবা থমবা মরমনা, নিবদ্ধ্যতে = সংসারদা পুন্দুনা লৈ ॥১২॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—কর্ম্মযোগী অদুনা মহয় পামবা থাদোকলগা ঈশ্বরগীদমক্তনি খন্দূনা কর্ম্ম তৌরগা, শ্রদ্ধানা মরম ওইদুনা লেঙদ্রবা মোক্ষগী মশক ওইবা শান্তিবু ফংই। অদুগা মশাগী মহয় ফংনবা কর্ম্ম তৌরিবা মীদুদি নীংলিবদুগী মতুং ইন্না মহয়দা অপামবা থমবা মরমনা সংসারদা পুন্দুনা লৈ ॥১২॥

## অথুপ্পা ব্রা

মশাগী অশেংবা মশক-মতৌ অমস্সুং মওঙ খঙদ্রিবা মী-শিংনা করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা মশাবু থবক অদুগী অতৌবনি ( কর্তানি ) খঙবসি শোয়দবনি। মদুদা তৌরিবা থবক অদুগী মহয় পামলবদি মখোয় সংসারদা পুন্দুনা হন্না হন্না পোক্ল-শিরা তৌদুনা লৈ। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি—"এতচ্ছ্রেয়ো যেঽভি-নন্দন্তি মূঢ়া জরামৃত্যুং তে পুনরেবাপিযন্তি" ( মুণ্ডকঃ ১/২/৭ —"অপঙবা মীশিংদুনা সকাম কর্ম্মসিবু অথোইবনি থল্লগা থাগত্তুনা লৈ, অসিগুম্বা মখোয়দু অমুক হন্না অনা অয়েক অমস্সুং শিববু ফংই ."
অদুগা স্বর্গনচিংবা মহয় ফংনীংদুনা অফবা থবকশিং তৌরিবা মী-শিংদুস্সু স্বর্গনচিংবা মফমদা চৎলগা তৌথিবা কর্ম্মশিং অদুগী মহয় চাবা লোইরবা মতুংদা অমুক হন্না সংসারসিদা মী ওইনা পোকলৈ, নত্রগা অহানবদা তৌথিবা অমস্সুং মহয়দি চাথিদ্রিবা ফত্তবা পাপ কর্ম্মদগী অতোনবা শা-ঙানচিংবগী মপোক্তস্সু পোকই হায়বসিবুস্সু শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি—'নাকস্য পৃষ্ঠে তে সুকৃতেঽনু-ভূত্বেমং লোকং হীনতরং বা বিশন্তি" ( মুঃ উঃ ১/২/১০ )—
'পুণ্য কর্ম্ম তৌথিবা মখোয়না স্বর্গদা মদুগী মহয় চারগা সংসারসিদা

অমুক হন্না মী ওইনা নত্রগা মতুদগী হেন্না তোনবা মপোক পোকই ।" মরম অসিনা সকাম কর্ম্ম তৌবা মী-শিং সংসারদা পুন্দুনা লৈ। অতুগা অমরোমদা মহয় ফংবা পামদনা ঈশ্বরগীদমক্কি হায়দুনা মাগী পেন্নবা কর্ম্ম তৌরিবা মী-শিংনা মশাবু অতৌবনি খঙলবস্নু মহয় পামদনা তৌরিবা কর্ম্মশিং অতুদগী পূক্নীং শেংদোকখিতুনা অশেংবা পূক্নীং অতুদা মশাগী অশেংবা মওঙ আত্মাগী জ্ঞান অতু মমৈথঙদা ফংতুনা মতুদগী মশাবু অতৌবা অমস্নুং মহয় চাবা নত্তে খঙতুনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইরবা মতুংদা পোকপ-শিবা নাইবা সংসারসিদা অমুক হন্নক্তে; মখোয় মতম পুন্নমক্কীদমক ব্রহ্মদা তিল্লী অমস্নুং মোক্ষগী মশক ওইবা পরমশান্তিবু ফংই। মসিবুস্নু শ্রুতিনা অস্নুন্না হায়রি—"তমাত্মস্থং যেহনুপশ্যন্তি ধীরাস্তেষাং শান্তিঃ শাশ্বতী নেতরেষাম্" "( কঠঃ উঃ ২/২/১৩ )—"পূকচেল তপ্লবা মী-শিংনা হকচাংসিদা লৈরিবা আত্মাসিগী মশক নীংথিনা খঙই ; অসিগুম্বা মখোয়তুগী লেঙদবা শান্তি ওই, অতুগা আত্মাগী মশক খঙদবা মী-শিংগীদি ( শান্তি ) ওইদে।" মতৌ অস্নুন্না সকাম অমস্নুং নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মীশিংদা অতৌবনি ( কর্ত্তানি ) হায়না খঙবদা খেন্নত্রবস্নু মমৈথঙদা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবা মী-শিংনা মোক্ষ ফংই, অতুগা সকামকর্ম্ম তৌবা মী-শিংনা সংসারদা পুন্দুনা লৈ হায়বসিদা চিংনফম থোক্তে হায়বসি অর্জ্জুনবু ভগবান্না শ্লোক অসিদা তাকলিবনি ॥১২॥

মতৌ অস্নুন্না পূক্নীং শেংদ্রিবা মী-শিংগীদি সন্ন্যাস লৌবদগী কর্ম্মযোগ তৌতুনা লৈবা হেন্না ফৈ হায়বসি তাকলগা হৌজিক পূক্নীং শেংলবা মী-শিংগীদি সন্ন্যাস লৌবসি কর্ম্মযোগতগী থোইনা হেন্না ফৈ হায়বসি ভগবান্না তাকলি—

**সর্ব্বকর্ম্মাণি মনসা সংন্যস্যাস্তে সুখং বশী।**
**নবদ্বারে পুরে দেহী নৈব কুর্ব্বন্ন কারয়ন্॥১৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—বশী = হকচাং, ইন্দ্রিয়নচিংবা পূম্নমকপু খূত্থম চন্দুনা থমলবা, দেহী = হকচাংগী মপু ওইত্থুনা লৈবা মীত্থুনা ( জীবাত্মাত্থুনা ), মনসা = মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে হায়না পূক্নীংদা লেপ্পা মরমদগী, সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি = নিত্য, নৈমিত্তিক, কাম্য অমসুং নিসিদ্ধ কর্ম্ম পূম্নমকপু, সন্ন্যস্য = থাদোকলগা, ন এব কুর্ব্বন্ = করিস্থু তৌদনা, ন কারয়ন্ = ইন্দ্রিয়নচিংবশিংবুস্থু করিস্থু তৌহন্দনা, নবদ্বারে = থোঙ মাপল লৈবা; পুরে = কোন্নুংগী মশক ওইবা হকচাং-সিদা, সুখং অস্তে—নুংঙাইনা লৈ ॥১৩॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—হকচাং; ইন্দ্রিয়নচিংববু খূত্থম্ চন্দুনা থমলবা অমসুং হকচাংগী মপু ওইত্থুনা লৈবা মী অত্থুনা মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তে হায়না পূক্নীংদা লেপ্পা মরমদগী নিত্য নৈমিত্তিক, কাম্যনচিংবা কর্ম্ম পূম্নমকপু থাদোকলগা মশামক করিস্থু তৌদনা অত্থুগা ইন্দ্রিয়শিংবুস্থু করিস্থু তৌহন্দনা ( সূপনা প্রারব্ধ কর্ম্ম ল্লোইবা ঙাইত্থুনা ) কোন্নুংগী মশক ওইবা থোঙ মাপল পানবা ( লৈবা ) হকচাং অসিদা নুংঙাইনা ( হোৎনবা তৌদনা য়াম্না লায়না ) লৈ ॥১৩॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না সন্ন্যাস তৌত্থুনা ( কর্ম্ম থাদোক্লুনা ) লৈবা মীবু "দেহী" (হকচাংগী মপু ওইবা) হায়বা ৱাহয়না তাকলি। মসিগী মরমদি—অপঙবা অজ্ঞানী ওইবা মী-শিংনা হকচাংসিবু

মশামক্সি খঙই, মসিদগী অতোপ্পনি হায়বসি নীংথিনা খঙদে। অদুগা কর্ম্মযোগ তৌবদগী পূক্নীং শেংখ্রবা মী-শিংদি চিংনবা লৈতনা মশাবু হকচাংদগী অতোপ্পনি হায়বসি নীংথিনা খঙই। স্থূপনা উপাধি ওইবা অন্তঃকরণনা মরম ওইদুনা হকচাংগী মপু ওইদুনা লৈবনি হায়বা লেপ্পী। য়ুমদগী তোঙানবা অমস্তুং য়ুমগী মপু ওইদুনা লৈবা মীবু "গৃহী" হায়বগুম্না মফম অসিদস্তু হকচাংদগীদি তোঙানবা অমস্তুং হকচাংগী মপু ওইদুনা লৈবা মীবু ( আত্মাবু ) "দেহী" হায়বনি। মসিদস্তু অপোবা হকচাং, অকুপ্পা হকচাং অমস্তুং পোক্ল-শিরা তৌবদা মরম ওইবা হকচাং ( কারণ শরীর-অজ্ঞান )—অহুমসিবু "দেহ" হায়বা ব্রাহয়না খঙগদবনি। সংসারগী অফ-ফত্ত থবক পূন্নমকসি হকচাং অহুমসিনা তৌদুনা লৈরিবনি ; আত্মাদি করিমত্ত তৌদে ( কর্ত্তা নত্তে )। অপঙবা মীনা অহুমসিনা তিন্নদুনা অমত্ত ওইনা মশাবু খঙবদগী অহুমসিনা তৌববু মশানা তৌবনি খংনৈ ; মদুদগী তৌরিবা থবক পূন্নমক অদুগী মহয় চাবনি ( ভোক্তানি ) হায়নস্তু খঙই। অদুবু জ্ঞানী ওইবা মীদি মশাবু অতৌবা ( কর্ত্তা ) নত্তে খঙবা মরমদগী ভোক্তাস্তু ( মহয় চাবস্তু ) নত্তে হায়বসি নীংথিনা লেপ্পী। মরম অসিদগী হকচাংনা তৌদুনা লৈরবস্তু মশামক করিমত্ত তৌদনা ( ন কুর্ব্বন্ ) লৈ হায়না ভগবান্না তাকপনি। মতৌ অস্তুন্না মশাগী ( আত্মাগী ) মশক খঙবা মরমদগী মদুত্তদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা থমবা মরমনা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবুস্তু মখোয়-মখোয়গী থবকশিংবু তৌহন্দনা থিংদুনা থম্মি হায়বসিবুস্তু তাকপনি। মসিবু অহানবদস্তু "প্রকৃতেঃ ক্রিয়মাণানি গুণৈঃ কর্ম্মাণি সর্ব্বশঃ"

( ৩/২৭ ) অসিনচিংবদা তাকখ্রে। আত্মাদি লেঙদনা, কায়দনা অমস্তুং য়াম্না তপ্পা লৈবা পোৎ অমনি। উপনিষৎশিংনস্তু আত্মাগী অশেংবা মওঙবু অস্থুন্না তাকলি—"ন তস্য কার্য্যং করণঞ্চ বিদ্যতে, ন তৎসমশ্চাহভ্যধিকশ্চ বিদ্যতে" ( শ্বেতঃ উঃ ৬/৮ ) —"মহাক্কী কার্য্য ( হকচাং ), অমস্তুং করণ ( মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয় ) করিমত্ত লৈতে। মাগা মান্নবা অতোপ্পা অমস্তু লৈতে অহুগা মঙোন্দগী হেনগৎপস্তু লৈতে।" "নিষ্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" ( শ্বেতঃ উঃ ৬/১৯ )—"মহাক্কি মচেৎ-মকাঙ্গ তাদবা, ক্রিয়া লৈতবা ( লেঙ-ওৎপা তৌদবা ) অমস্তুং য়াম্না তপ্পা অমনি।" "নিত্য সর্ব্বগতো হ্যাত্মা" ( অন্নঃ উঃ ৫/৭৫ )—"তেক্ত-কায়দনা মতম পূন্নমক্তা অমস্তুং মফম পূন্নমক্তা শীনবা থুংনা লেঙদনা লৈবা আত্মানি।" "অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ" ( বৃঃ উঃ ৪/৩/২৫ )—"হকচাংসিদা লৈরিবা আত্মাসি ( পুরুষ অসি ) হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংবগা লোয়ননা শমনদে।" মতৌ অস্থুন্না শিনবা থুংনা অমস্তুং অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাসি—আকাশ য়ূমনা কোয়শিন্দুনা পিকনা লৈবা অহুগুম্না—অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইহুনা পীকনা হকচাংসিদা লৈরিবনি; অহুগা মাগী কোন্নুং ওইরিবা হকচাং অসিগীস্তু মথকলোমদা ( কোক্কী শরক্তা ) চীন, মীৎ অনী, নাতোন অহোবা অনী অমস্তুং নাকোং অনী পূন্না তরেৎ অসি থোঙ ওইনা লৈ, অহুগা মথারোমদা ঈশিং-থোঙ অমস্তুং অমাংথোঙ অনীসি লৈ। মরম অসিনা থোঙ মাপল লৈবা কোন্নুং হকচাংসিনি তাকপনি। অসিগুম্বা কোন্নুং অসিদা জীবাত্মানা লৈরগা শিবা মতমদা জীবাত্মা থোঙ মাপালসিগী মন্নুংদা

থোঙ অমদা হকচাংসিবু থাদোক্কুনা চৎথোকখি। মতুদসু ফংগদবা মহয়গী মতুং ইন্না মথক্কী থোঙলোমদা চৎথোকখ্রবদি অফবা খুবম ফংই, অদুগা মথাগী থোঙলোমদা চৎথোকখ্রবদি ফত্তবা খুবম ফংই। কর্ম্মযোগনা মরম ওইদুনা জ্ঞান ফংলবদি অমুক হন্না চৎথোক-চৎশিন তৌদে ; মহাক্না মতম অদুদা কৈবল্য মোক্ষ ফংই। ফীবম অসিদা য়ুমগী মনুংদা লৈবা আকাশ অহানবদা পীকনা উরবসু য়ুম তেক্কুনা মাঙখ্রবা মতুংদা মাগী অশেংবা মওঙদা শীনবা থুংনা লৈবগুম্না-জ্ঞানী অদুগী প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইখিদুনা অন্তঃকরণগা লোয়ননা হকচাং মাঙলবা মতুংদা জ্ঞানীগী আত্মাদুসু মাগী অশেংবা মওঙদা শীনবা থুংনা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ। অসিগুম্বা আত্মা অসিগী মশক খঙনবা শক্তিদি মীওইবদা অন্তঃকরণ ( পুক্নীং ) শেংলবা মতুংদা লাকই। অদুগা পুক্নীং শেংনবা উপায়দি কর্ম্মযোগ তৌবনি। মরম অসিনা পুক্নীং শেংলবা মতুংদা কর্ম্মযোগ তৌবগী কান্নফম লৈতে। মতম অদুদা কর্ম্মযোগ তৌদুনা লৈরবদি আত্মচিন্তন তৌনবা মতম ফংলোই। মরম অসিদগী পুক্নীং শেংলবা মতুংদা সন্ন্যাস লৌবসি কর্ম্মযোগদগী থোইনা হেন্না ফৈ হায়বসি ভগবান্না তাকপনি ॥১৩॥

আত্মা অতৌবা ( কর্ত্তা ) নত্তে, অদুগা অতোপ্পবু থৌদাদুনা তৌহনবসু নত্তে হায়না তাকপিরিবসি হৌনশারা নত্রগা করিগুম্বা মরম অমদগী ওইরকপরা— অসুম্না চিংনরবদা আত্মা অতৌবনচিংবা ওইদবসি হৌনশানি হায়দুনা ভগবান্না অসুম্না তাকলি—

ন কর্ত্তৃত্বং ন কর্ম্মাণি লোকস্য সৃজতি প্রভুঃ।
ন কর্ম্মফলসংযোগং স্বভাবস্তু প্রবর্ত্ততে ॥১৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—প্রভুঃ = হকচাংনচিংবগী মপু ওইনা লৈরিবা আত্মা, লোকস্য = হকচাংনচিংবা উরিবা পূন্নমকসিবু, কর্ত্তৃত্বং ন সৃজতি = থোদাহনা তৌহন্দে, কর্ম্মাণি = অদুগা হকচাংনচিংবগী থবকশিংবুসু, ন সৃজতি = মশামকনা তৌদে ( শীন্দে ), কর্ম্মফল-সংযোগং = কর্ম্মশিংগী মহয় ফংনবসু, ন সৃজতি = শীন্দে, অদুগা মশামকসু কর্ম্মগী মহয় চাদে, স্বভাবঃ তু = অদুমক ওইহুনসু অবিদ্যাগী মশক ওইবী প্রকৃতি, প্রবর্ত্ততে = তৌহুনা অমসুং তৌহনহুনা লৈ॥১৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—হকচাংনচিংবগী মপু ওইহুনা লৈবা আত্মাসিনা হকচাংনচিংবা পূন্নমকপু থোদাহুনা তৌহন্দে, থবক পূন্নমকপুসু মশামকনা তৌদে ( শীন্দে ), অদুগা মহাকনা মখোয়বু কর্ম্মগী মহয় ফংনবা শীন্দে, মশামকসু কর্ম্মগী মহয় চাদে, অদুমক ওইহুনসু অবিদ্যা ( মায়া ) গী মশক ওইবী প্রকৃতিসিনা পূন্নমকপু তৌহুনা অমসুং তৌহন্দূনা লৈ ॥১৪॥

## অথূপ্পা বা

✓"লোক্যতে দৃশ্যতে ইতি লোকঃ"—উরিবা অমসুং খঙলিবা সংসারগী পোৎ পূন্নমকপু লোক কৌই। নত্রগা "লোক্যতে ভুজ্যতে কর্ম্মফলং যস্মিন্ ইতি লোকঃ"—"কর্ম্মগী মহয় চান-নবা হকচাংনচিংববু লোক কৌই।" মদুদা অউবা অমসুং অখওবদি আত্মানি। মাবুদি কনা অমত্তনসু উবা অমসুং খঙবা ঙমদে। মাদি মশা মতোমদা ঙান্দুনা অদুগা অতোপ্পবুসু ঙান্থোক্তুনা লৈবা পোৎ অমনি। মরম অসিনা মানা হকচাংনচিংবা সংসারগী পোৎ পূন্নমকসিবু

উরিবনি অমস্যুং খঙলিবনি। মহাক নিষ্ক্রিয় ওইবদগী ( লেঙ-ওৎপন-চিংবা তৌদবদগী ) করিগুম্বা থবক অমগী অতৌবা নত্তে, অদুগা অতোপ্পা হকচাংনচিংববুস্যু থৌদাহুনা করিমত্ত তৌহন্দে। তৌরিবা অমস্যুং তৌহল্লিবা পূন্নমক অসিদি পরমাত্মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইবা ঙাক্তনি। মসিবু মফম অসিদা "স্বভাব" হায়না তাকলি। স্বভাব ওইবী শক্তিসিগী মরমদা শ্রুতিনস্যু অস্নুন্না তাকলি—

"পরাহস্য সক্তির্বিবিধৈব শ্রূয়তে স্বাভাবিকী জ্ঞানবলক্রিয়া চ" (শ্বেতঃ উঃ ৬/৮)—"পরমাত্মাসিগী মায়াগী মশক ওইবী অথোইবা শক্তিদি জ্ঞান, বল ( পাঙ্গল অমস্যুং ক্রিয়া অস্নুন্না মখল মখা য়াম্না তাবা ফংই।" মরম অসিদগী আত্মা হৌনশা ওইনা করিমত্তা তৌদে ১স্যুং তৌহন্দে হায়বসি সিদ্ধ ওই। অদুবু ঐখোয়না মাবু তৌনা ( অতৌবা ওইনা ) অমস্যুং তৌহন্না খঙলি—উরিবসিদি অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) লৈবা মরমদগীনি। অজ্ঞান লৈত্রবদি মাগী অশেংবা মওঙ অদু ঐখোয়না খঙগদবনি। মরম অসিদগী অশেংবমক্তি মহাক করিমত্ত তৌদে অমস্যুং তৌহন্দে ॥১৪॥

মসিদা অর্জ্জুননা চিংনহুনা অস্নুন্না হায়—পরমাত্মা ঈশ্বর—তৌহনবনি অদুগা জীবাত্মানা অতৌবনি। শ্রুতিনস্যু অস্নুন্না তাকলি—

"এষ উ হ্যেব সাধু কর্ম্ম কারয়তি তম্ য়মুন্নিনিষতে; এষ উ এবাহসাধু কর্ম্ম কারয়তি তম্ যমধো নিনিষতে" ( কৌঃ ব্রাঃ উঃ ৩/৮ )—"ঈশ্বরসিমকনা জীবহুবু মথকলোমদা পুবা পামলবদি মাবু পুণ্য ওইবা অফবা থবক তৌহল্লী; অদুগা ঈশ্বরসি-মকনা জীবহুবু মখারোমদা পুবা পামলবদি মাবু পাপ ওইবা ফত্তবা

থবক তৌহল্লী।" মরম অসিনা জীব অতৌবা অমসুং মহয় চাবা নত্তে অদুগা ঈশ্বরসু থবক তৌহনবা মহয় অপীবা নত্তে হায়বসি চুমদে। অসিগুম্বা অর্জ্জুনগী চিংনবসিবু কোকহনগে হায়বগীদমক ভগবান্না অস্থুম্না পাউখুম পীরি—

**নাদত্তে কস্যচিৎ পাপং ন চৈব সুকৃতং বিভুঃ।**
**অজ্ঞানেনাহবৃতং জ্ঞানং তেন মুহ্যন্তি জন্তবঃ॥১৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—বিভুঃ=শিনবা থুংনা লৈরিবা পরমাত্মা; কস্যচিৎ=কনা অমত্তগী, পাপং ন আদত্তে=পাপ লৌদে (জীবত্নুনা তৌখিবা পাপকী মহয় মনীংতমনা পীদে), চ এব=অদুগা লেপনমক, সুকৃতং ন আদত্তে=পুণ্যবুসু লৌদে (পুণ্যগী মহয়বুসু মনীং তমনা পীদে), অদুমক ওইদুনসু—অজ্ঞানেন=মশাগী মশক খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা, জ্ঞানং=মশাগী (আত্মাগী) মশক ওইবা জ্ঞান; আবৃতং=কুপ্পুনা (খুমজিন্দুনা) লৈ, তেন=মরম অদুদগী, জন্তবঃ= মশাগী মশক খঙদত্নুনা পোকল-শিরা তৌত্নুনা লৈবা জীবশিং, মুহ্যন্তি=শুমহত্নুনা লৈ (ঐ অতৌবনি, ঈশ্বরনা ঈনশিন্দুনা তৌ-হনবনি, ঐ মহয় অচাবনি, ঈশ্বরনা মহয় অপীবনি অসিনচিংবা লেপলগা য়াম্না রানা শুমহত্নুনা লৈ)॥১৫॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা পরমাত্মানা কনা অমত্তগী পাপ অমসুং পুণ্যবু লৌদে। অদুবু অজ্ঞাননা মশাগী মশক জ্ঞানবু কুপ্পুনা (খুমজিন্দুনা) লৈবা মরমদগী পোকপা শিবা নাইনা লৈরিবা জীবশিং শুমহত্নুনা লৈ॥১৫॥

## অথুপ্পা রা

মথক্তা হাম্বগ্রিবা "এষ উ হ্যেব সাধু কর্ম্ম কারয়তি" অসিনচিংবা শ্রুতিগী মপাম্বোংগী অর্থ য়েংবদা ঈশ্বরসি ঈনশিন্দূনা তৌহনবা ওইনা উরবস্থু বিচার তৌহুনা য়েংলবদি ঈশ্বরসি কনা অমত্তবু ঈনশিন্দূনা পাপ-পুণ্যগী থবক তৌহন্দে। মহুম্না তৌহল্লবদি মহাক মীচঙ-মীথায় নাইবা অমা ওইগনি। ঈশ্বরদি মতম পূম্নমক্তা পূম্নমক্কী মফমদা অমত্ত ওইনা চপ মান্ননা লৈরিবনি। মহাকনা ভক্তশিংবুদি পুণ্য কর্ম্ম তৌহল্লী, অদুগা য়েংথীনবা পাপী ওইবা জীবশিংবুদি পাপ কর্ম্ম তৌহল্লী হায়না য়াল্লবদি অসিগুম্বা মীচঙ-মীথায় নাইবা ঈশ্বরবু য়াদবনা হেন্না ফৈ। মরম অসিনা ঈশ্বরবু মীচং-মীথায় করিমত্ত নাইদবা নোংগুমনা খঙগদবনি। অকংবা লৈবাক্কী মথক্তা অমস্তুং মন্নুংদা উহৈ-রাহৈ, ঈনশাং-নাপীনচিংবগী মখল মখা অয়াম্বা মরূশিং ঈশিং ফংদবা মরমদগী ময়োল চোংবা ঙমদহুনা তাহুনা অমস্তুং ফুমহুনা লৈ। মহুদা নোং তাবদগী ঈশিং ফংহুনা মরূশিংদু ময়োল চোংহুনা হৌরকই। অদুগা হৌগৎলকইবা মরূশিংদু কয়ানা য়াম্না ফনা কয়া অমনা য়ামনা ফত্তনা হৌগৎলকই ; মখোয় অমনা অমগা চপ মান্ননা কদৌঙৈদস্থু হৌরক্কে। মরমদি মরূশিং অতুদা হান্ননা মখোয়-মখোয়গী অতোপ-অতোপ্পা অফ-ফত্ত সংস্কারশিং লৈ, মহুগী মতুং ইন্না মখোয় অফ-ফত্ত নাইনা হৌগৎলকপনি ; মহুদা নোংনা মীচঙ-মীথায় নাইনা ঈশিং চাই হায়বা য়াদে ; নোংদি মখোয় পূম্নমক অদুদা চপ মান্ননা ঈশিং চাইরিবনি। মতৌ অহুম্না ঈশ্বরস্থু শীনথুংনা লৈরগা জীব পূম্নমক্কী

মফমদা মঙাল পীরিবনি। মঙাল অদুনা মরম ওইদুনা মখোয় মখোয়গী সংস্কারগী মতুং ইন্না জীব পূন্নমকসি অথোই-অহেন, অফ-ফত্ত নাইনা পাপ অমস্থং পুণ্য কর্ম্ম তৌদুনা মদুগী মহয় চাদুনা ঙমখৈ লৈতবা মতমদগী লৈরকলিবনি। মসিদা মঙাল পীরিবা ঈশ্বরবু মীচঙ-মীখায় নাই হায়বা য়াদে। জীবশিংনা মখোয়গী সংস্কারগী মতুং ইন্না করম্বা মহয় ফংই হায়বসিদস্থ ঈশ্বরনা তৌহল্লী হায়না শ্রুতিনা তাকপনি ; ঈশ্বরনা মনীং তৌনা তৌহল্লী হায়বা য়া নত্তে। মদুদা জীবশিংনস্থ মশাগী মশক খঙদবদগী ঐখোয় অতৌবনি অদুগা ঈশ্বর ঐখোয়বু তৌনবা ঈনশিনবনি অসিনচিংবা লেপ্পুনা শুমহত্তুনা লৈরিবনি। মসিবু ভগবান্না শ্লোক অসিদা অজ্ঞাননা জ্ঞানবু কুপ্পুনা লৈবদগী জীব পূন্নমক শুমহত্তুনা লৈ হায়না তাকপনি। মখোয়না মশাগী অশেংবা মশক খঙলবদি অতৌবা: তৌহনবা অসি-নচিংবা করিমত্ত খেন্নদনা অমত্ত ওইনা লৈগদবনি ॥১৫॥

অস্থম তৌনা অজ্ঞাননা আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞানবু কুপ্পুনা থম্লবদি করম তৌনা মোক্ষ পামবা মীশিংনা মুক্তি ফংবা ঙমগনি হায়না চিংনরবদা পুক্নীং শেংদুনা আত্মজ্ঞান ফংলবদা মদুদগী অজ্ঞান মাঙখিদুনা মুক্তি ফংগনি হায়বসি অস্থম্না তাকলি—

জ্ঞানেন তু তদজ্ঞানং যেষাং নাশিতমাত্মনঃ।
তেষামাদিত্যবজ্ জ্ঞানং প্রকাশয়তি তৎপরম্ ॥১৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—আত্মনঃ জ্ঞানেনতু = আত্মাগী মশকপু শংশঙনা থংবগী মশক ওইবা জ্ঞান অদুতনা, তৎ জ্ঞানং = আত্মাবু কুপ্পুনা

থম্লিবা অজ্ঞান অতুবু, যেষাং = মী-শিংতুগী, নাশিতম্ = মাঙহনখি, তেষাং = অতুগুম্বা মখোয়শিংতুগী, জ্ঞানং = আত্মজ্ঞান অতুনা, আদিত্যবৎ = নুমিৎনা পোৎশিংবু ঙান্থোকপগী মতৌগুম্না, তৎ পরম্ = আত্মাগী মশক ওইবা পরমব্রহ্মতত্ত্ববু, প্রকাশয়তি = ঙান্থোকই ॥১৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— আত্মাগী মশকপু শংশঙনা খঙবা জ্ঞান অতুনা আত্মাবু কুপ্পুনা থম্লিবা অজ্ঞান অতুবু মী মখোয়তুগী মাঙহনখি, অতুগুম্বা মখোয়তুগী আত্মজ্ঞান অতুনা নুমিৎকী মতৌগুম্না আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মতত্ত্ব অতুবু ঙান্থোকই ॥১৬॥

## অথূপ্পা রা

অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙম্বসি জ্ঞানতনা ঙম্মি। জ্ঞান নত্তবা অতোপ্পা অমনা কদৌঙৈদসু অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমদে। মরম অসিনা "জ্ঞানেন তু"—"জ্ঞানতনা" ঙম্বনি তাক্কে হায়বগীদমক "তু" হায়বা ৱাহয় অসি পীরিবনি। মতুদসু অজ্ঞানগী বিষয় ওইতুনা লৈরিবা পোৎ অতুগী জ্ঞানতনা মতুগী অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙম্মি, অতোপ্পা অমগী জ্ঞাননা অতোপ্পা পোৎ অমগী অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমদে। চফূগী জ্ঞাননা ঈশিংগী অজ্ঞানবু মাঙহনবা ওইথোক্তবনি। অতৄগা অজ্ঞান অসি ঙমথৈ লৈতবা মতমদগী ( অনাদি কালদগী ) লৈরকলিবনি ; কনাগুম্বা মী অমদা লৈবা ঈশিংগী অজ্ঞান করম্বা মতমদগী লৈরকপনো হায়বসিবু কনা অমত্ত তাকপা ঙমদে। মতৌ অম্মুম্না ঈশিংগী অজ্ঞান অনাদি ওইরবসু মী অতুদা ঈশিংগী জ্ঞান লৈবমক্তদা অজ্ঞান অতু মাঙখি হায়বসি মী পূম্নমকনা নীংথিনা

খঙনরিবনি। হায়রিবা অস্মুন্না জীব খূদিংদা অনাদি কালদগী আত্মাগী অনাদি ওইবা অজ্ঞান অসি লৈরকলিবনি অদুগা অজ্ঞান অসিদগী অনাদি কালদগী জীব পোকপা শিবা নাইদুনা কর্ম্মগী মতুং ইন্না সংসারদা কোয়দুনা লৈরকলিবনি অদুগা মতুংদস্মু অজ্ঞান লৈরিবা ফাওবা কোয়দূনা লৈগদবনি। হায়রিবা আত্মাগী অজ্ঞান অসিস্থ আত্মাগী জ্ঞানদগী মাঙগনি. অতোপ্পা জ্ঞানদগী মাঙলোই। মতৌ অস্মুন্না আত্মজ্ঞানদগী আত্মাগী অজ্ঞান মাঙবমক্তদা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ব অদুস্থ মশামক জ্ঞানগী মশক ওইবা মরমদগী মশা মতোমদা ফোংদোকই; মাবু ঙাস্থোকনবা অতোপ্পা জ্ঞানগী কান্নফম লৈতে। আত্মজ্ঞানগী থবক্তি স্থপনা আত্মাগী অজ্ঞানবু মাঙহনবনি; আত্মতত্ত্ববু ঙাস্থোকনবা নত্তে। অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বগী মশা মতোমদা ঙাস্থোক্লুনা লৈবা ফীবম অসিবু ব্রহ্মসাক্ষাৎকার কৌই। ফীবমসিবু য়ৌরবা মীনা মুক্তি ফংই, মহাক অমুক হন্না পোকপা-শিবা নাইবা সংসারসিদা লাক্তে ॥১৬॥

মতৌ অস্মুন্না আত্মজ্ঞান ফংলবা মীনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদুনা হকচাং থাদোক্লিবা ফাওবা করম তৌনা লৈ হায়বদু হৌজিক ভগবান্না অস্মুন্না তাকলি—

**তদ্বুদ্ধয়স্তদাত্মানস্তন্নিষ্ঠাস্তৎপরায়ণাঃ।**
**গচ্ছন্ত্যপুনরাবৃত্তিং জ্ঞাননির্ধূতকল্মষাঃ ॥১৭॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— তদ্বুদ্ধয়ঃ = শংশঙনা খঙবা জ্ঞাননা ফোঙলবা মতুংদা ফোঙলিবা সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মতত্ত্ব অদুদা রাখল থিংজিন্দূনা থমলবা, তদাত্মানঃ = পরব্রহ্মতত্ত্ব অদুমক্তবু আত্মানি ( মশামক্তি )

লেপলবা, তন্নিষ্ঠাঃ = কর্ম্ম তৌবা পূম্নমকপু থাদোক্লুনা ব্রহ্মতত্ত্ব অহু-মক্তদা লৈরবা, তৎপরায়ণাঃ = অহুগা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু মখোয়গী অথোইবা চঙজফম ওইরবা মী-শিং অহুদি, জ্ঞাননির্ধূতকল্মষাঃ = আত্মজ্ঞানহুনা অমুক হন্না হকচাং ফংবদা মরম ওইগদবা পাপ-পুণ্য পূম্নমক মরূ ওইবা অবিদ্যা (অজ্ঞান) গা লোয়ননা মাঙথোকখিহুনা, অপুনরাবৃত্তিং = অমুকহন্না হল্লক্তবগী মশক ওইবা কৈবল্য মুক্তিবু, গচ্ছন্তি = ফংই ॥১৭॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—শংশঙনা খঙবা জ্ঞাননা ফোঙদোকলিবা ব্রহ্মতত্ত্বদা রাখল থিংজিন্দূনা থমলবা, ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু আত্মানি (মশামক্নি) লেপলবা, কর্ম্ম তৌবা থাদোক্লুনা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তদা লৈরবা অহুগা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুমক্তবু মখোয়গী অথোইবা চঙজফম ওইরবা মী-শিং অহুদি আত্মজ্ঞান অহুনা পাপ-পুণ্য পূম্নমক মাঙখিবদগী অমুক হন্না হল্লক্তবগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই ॥১৭॥

## অথূপ্পা বা

শংশঙনা খঙবা জ্ঞান কদায়বু কৌবগে হায়বসি বরাহোপনিষত্তা অসুম্না তাকলি—"অহং ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ সাক্ষাৎকারঃ স উচ্যতে" (বঃ উঃ ২/৪২)—"ঐ ব্রহ্মনী অসুম্না খঙলবদি জ্ঞান অহুবু শংশঙনা খঙবা জ্ঞান কৌই।" মরম অসিনা শ্লোক অসিদসু ভগবান্না মসিবু তাকে হায়বগীদমক "তদ্বুদ্ধয়ঃ" হায়রবগী তুংদা 'তদাত্মনঃ"—(ব্রহ্মতত্ত্ববু আত্মানি-মশামকনি খঙবা) হায়রিবনি; অহুগা মহু খঙলবদা কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা অরেম্বনি তাক্লুনা

"তন্নিষ্ঠাঃ"—( ব্রহ্মতত্ত্বদা লেঙদনা লৈবা ) হায়বনি। মরমদি কর্ম্ম তৌহুনা লৈরবদি ব্রহ্মতত্ত্বদা পূক্নীং থমহুনা লেঙদনা লৈবা ঙম্মোই ; অহুনা ব্রহ্ম নত্তবা উরিবা পোৎ পূম্নমক অসিদি মঙদা উবা পোৎশিংগী মতৌঙম্না মিথ্যানি ; মায়াদনা মরম ওইহুনা উরিবনি. মখোয়দা পূক্নীং চঙদূনা লৈবা চুমদে হায়বসি তাকনবগীদমক "তৎপরায়ণাঃ"—( ব্রহ্মতত্ত্বদবু অথোইবা চঙজফম ওইবা ) হায়বনি। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্না তাকলি—"ভেদদৃষ্টিরবিদ্যেয়ং সর্ব্বথা তাং বিসর্জয়েৎ।" (মঃ উঃ ৫/১১৩)—"তোঙাল-তোঙান্না খেন্ননা উরিবসিদি অবিদ্যানি ( অজ্ঞানদগী উরিবনি ) ; মরম অসিনা মসিবু পুমথা থাদোক্কদবনি।" মস্থুম্না তৌরবতদা অন্নাবা মচেৎ অমত্ত লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহু ফংগদবনি। মরম অসিনা সনৎকুমার ঋষিনা নারদবু অস্থুম্না তাকলি—"যো বৈ ভূমা তৎসুখং নাঽল্পে সুখমস্তি"—( ছাঃ উঃ ৭/২৪/১ )—"অনীশুবা লৈতনা শীনবা থুংনা লৈবহু নুংঙাইবনি ( নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মনি ), তোঙান্না পীকনা লৈবা পোত্ত নুংঙাইবা লৈতে।" মতৌ অস্থুম্না হায়রিবা অসিমক্কবু তশেংনা তাক্কুনা সনৎকুমারনা অমুক হন্না অস্থুম্না হায়রি—"যত্র নাঽন্যৎ পশ্যতি নাঽন্যচ্ছৃণোতি নাঽন্যদ্বিজানাতি স ভূমা, অথ যত্রাঽন্যৎ পশ্যত্যন্যচ্ছৃণোত্যন্যদ্বিজানাতি তদল্পম্, যো বৈ ভূমা তদমৃতমথ যদল্পং তন্মর্ত্যম্" (ছঃ উঃ ৭/২৪/২)—"মহুদা অতোপ্পা অমা উদে, অতোপ্পা অমা তাদে, অতোপ্পা অমা খঙদে মহু শীনবা থুংনা লৈবনি, অহুগা মহুদা অতোপ্পা অমা উই, অতোপ্পা অমা তায়, অতোপ্পা অমা খঙই মহু অপীকপনি ;

শীনবা থুংনা লৈবত্থু অমৃতনি ( পোকপা-শিবা নাইদবনি ) অত্থুগা অপিকপা অত্থু মর্ত্যনি ( পোকপা শিবা নাইবনি ) ।" শীনবা থুংনা লৈরিবা পোং অত্থুস্থু কনানো হায়বসি তশেংনা অস্থুম্না তাকলি— **"অহমেবাহধস্তাদহমুপরিষ্টাদহং পশ্চাদহং পুরস্তাদহং দক্ষিণতোহহমুত্তরতোহহমেবেদং সর্ব্বমিতি।"** (ছাঃ উঃ ৭/২৫/১)— "ঐমক মখারোমদা লৈ, ঐ মথকলোমদা লৈ, ঐ তুংলোমদা ( নোংচুপ্পা ) লৈ, ঐ মাঙলোমদা ( নোংপোকলোমদা ) লৈ, ঐ মখা মায়কৈরোমদা লৈ, ঐ অরাংথংবা মায়কৈরোমদা লৈ, পূন্নমকসি ঐমক্তনি ( ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতে ) ।" মস্থুম্না শংশঙনা খঙলবা মীগী মরমদস্থু অস্থুম্না হায়রি—**"স বা এষ এবং পশ্যন্নেবং মন্বান এবং বিজানন্নাত্মরতিরাত্মক্রীড় আত্মমিথুন আত্মানন্দ স স্বরাড্ ভবতি"** ( ছাঃ উঃ ৭/১৭/১ )—"মী অত্থুনা অস্থুম্না উরবদি, অস্থুম্না নীংলবদি, অস্থুম্না শংশঙনা খঙলবদি মহাক আত্মাতবু পাম্মি, আত্মাতদা শান্নে, আত্মাদা মাগী অনীশুবা ওই, আত্মাতদা নুংঙাই অমস্থুং মহাক স্বরাট্ (মশামক্কী নিংথৌরেল) ওইত্থুনা লৈ।" অসিগুম্বা মী অসি শিরবা মতুংদা অমুক হন্না হল্লক্তে, মাগী অশেংবা মশক সচ্চিদানন্দ ব্রহ্ম ওইত্থুনা লৈ হায়বসিবুস্থু অস্থুম্না তাকলি— **"ভূয়স্তে ন নিবর্ত্তন্তে পরাবরবিদো জনাঃ"** ( কুণ্ডিঃ উঃ ২২ )— "সগুণ অমস্থুং নিগু´ণ ব্রহ্মবু মশামকনি খঙবা মী-শিং অমুক হল্লক্তে।" **"ন চাস্তি পুনরাবৃত্তিরস্মিন্ সংসারমণ্ডলে"** ( যোঃ শিঃ উঃ ৫/৬১ )—"সংসার মণ্ডলসিদা অমুক হন্না লাক্তে।" মতৌ অস্থুম্না

শ্রুতিশিংনা তাকপা অথুপ্পা ব্রা পূন্নমকপু শ্রীভগবান্না য়াম্না শমনা মফম অসিদা তৌফম খঙদনা লৈরিবা অর্জ্জুনবু খঙজসন্নু হায়না তাকপনি ॥১৭॥

জ্ঞানীশিংগী জ্ঞানগী মহয় ওইনা শিরবা মতুংদা ফংগদবা কৈবল্য মোক্ষ তাকলগা হৌজিক প্রারব্ধ কর্ম্ম মতুং ইন্না হিংলিঙৈগী মতমদা জীবন্মুক্ত ওইহনা লৈবগী মওঙবু অস্নুন্না তাকলি—

বিদ্যাবিনয়সম্পন্নে ব্রাহ্মণে গবি হস্তিনি।
শুনিচৈব শ্বপাকে চ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিনঃ ॥১৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—বিদ্যাবিনয়সম্পন্নে = বেদনচিংবা ধর্ম্মশাস্ত্রশিংবু য়াম্না খঙ-হৈবা অমস্তুং চাউথোকপা লৈতনা য়াম্না নোল্লুকনা লৈবা, ব্রাহ্মণে = ব্রহ্মবু মশামকনি খঙবা নত্রগা জাতিদা ব্রাহ্মণ ওইবা অফবা মীদা, গবি = সংস্কার করিমত্ত লৈতবা অতেবা যণদা, হস্তিনি = তমোগুণ য়াম্না লৈবা শামুদা, শুনি চ = অমস্তুং হুইদা, শ্বপাকে চ = অতুগা চাণ্ডালদা, পণ্ডিতাঃ = জ্ঞানী ওইবা মী-শিংনা; সমদর্শিনঃ এব = অমত্ত ওইনা চপ মান্ননা লৈবা ব্রহ্মমক্তবু য়েংই ( উই )।

**অপূনবা অর্থঃ**—শাস্ত্রশিংবু য়াম্না খঙ-হৈবা চাউথোক্তনা নোল্লুকনা লৈবা ব্রাহ্মণদা, শনদা, শামু, হুই অমস্তুং চাণ্ডালদা চপ মান্ননা শিনবা থুংনা লৈবা ব্রহ্মমক্তবু জ্ঞানী ওইবা মী-শিংনা য়েংই ( উই ) ॥১৮॥

## অথুপ্পা ৱা

মী খুদিংমক্না সংসারসিদা য়েংবা মতমদা হৌনশা ওইনা পোৎ পূন্নমকসিবু অমনা অমদগী য়াম্না খেন্নবা উই, য়েংলু-য়েংলুবা মফমদা অপীক অচৌ অমস্তুং অক-ফত্ত খায়দনা লৈবা পোৎ অমত্ত উদে। মখোয়গী মীৎয়েংদা পরমাত্মানা শেম্বা সংসারসিদা খেন্নবগী বুদ্ধি লৈতবা পোৎ অমত্তা লৈতে। মরম অসিনা জ্ঞান লৈতবা অচম্বা মী-শিংনা পোৎ পূন্নমক্তা চপ মান্নবা য়েংবসিবু ওইথোক্কবনি খল্লী, অদুগা থাজবস্তু তৌদে। অদুবু মফমসিদদি শ্রীভগবান্না তাকলি— পণ্ডিতশিংনা, ব্রাহ্মণ, চাণ্ডাল, ষণ, শামুনচিংবা পূন্নমক্তা অমত্ত ওইনা চপ মান্ননা য়েংই। মরম অসিনা ঐখোয়না মসিগী মরমদা নীংথিনা বিচার তৌবা তাই। বিচার তৌদুনা য়েংলবদি পূন্নমকসি অমত্তনি, মখোয়দা করিমত্ত খেন্নবা লৈতে হায়না শ্রীভগবান্না তাকলিবা অসি নীংথিনা খঙবা ঙমগনি।

ঐখোয়না সংসার পূন্নমকসিবু জড় ( অশিবা ) অমস্তুং চেতন ( অহিংবা ) খায়না অনীথোকনা লৌসী। মদুদা চেতন অসিবুস্তু ঐখোয়না মশীং লাকঙমদনা উরি। উরিবা চেতনশিংসি অমত্তরা নত্ত্রগা তোঙাল-তোঙানবরা হায়বসিগী মরমদা হানবদা ঐখোয়না বিচার তৌদূনা লেপসী। ঐখোয়গী মীৎয়েংদা হুমিংসী অমত্তনি; ময়াম নত্তে হায়বা মী পূন্নমকনা চিংনবা লৈতনা য়ানরিবনি। অদুবু অমত্ত ওইবা হুমিংসী মমি ওইনা গঙ্গাগী ঈশিংদা, পৃথ্রিগী ঈশিংদা, মুদা অমস্তুং য়ুংনচিংবা ঈশিংদা তারবদি ময়াম ওইনা উই। অশেংবমক্তি হুমিং অমত্তনি, ময়াম নত্তে, মমি তাফম ওইবা পোৎশিং

খেন্নবদগী ময়াম ওইনা উবদনি। অদুগা মমি তারিবা ঈশিংশিং অদুস্তু অফ-ফত্ত য়াম্না খেন্নরি। অদুবু মখোয়না খেন্নে হায়দুনা নুমিৎ খেন্নে অমসুং নুমিৎকী মমিশিং অদুস্তু অফ-ফত্ত নাই হায়বা য়াদে। মখোয়শিংদুদি ঈশিংশিং অদুগা করিমত্ত শন্নদনা লৈরিবনি; সূপনা ঈশিং ওইবা উপাধি ময়াম ওইবদগী ময়াম ওইনা উরিবনি, উপাধিশিং লৈত্রবদি অমত্ত ওইবা নুমিৎমক্ত ওইদুনা লৈগদবনি, মদুদা খেন্ননা উবা অমসুং য়েংবা য়াদে। মতৌ অদুগুম্না ব্রাহ্মণগী হকচাংদা ঈশিং ওইনা লৈবা অন্তঃকরণদা, যণদা লৈবা অন্তঃকরণদা, শামু, হুইনচিংবদা লৈবা অন্তঃকরণশিংদা মমিশিং ওইনা অমত্ত ওইবা ব্রহ্ম চপ মান্ননা লৈরিবনি; সূপনা উপাধিশিং খেন্নবদগী খেন্ননা উবদনি, অশেংবমক্তি অমত্ত ওইবা ব্রহ্ম মখোয়শিং অদুদা খেন্নবা লৈতনা চপ মান্ননা লৈ, মডোন্দা উপাধিশিংগী অফ-ফত্ত খেন্নবদগী খেন্নবা করিমত্ত লৈতে। মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না ব্রাহ্মণনচিংবা পুন্নমক্তা পণ্ডিত ওইবা মী শিং সম ওইবা ( চপ মান্ননা লৈবা ) ব্রহ্মমক্তবু য়েংই ( উই ) হায়বসি তাকপনি।

মসিগুমদুনা খেন্ননা উরিবা জড়শিং (থরায়পান্দবশিং) অসিদস্তু মখোয়গী খেন্নরিবদু অশেংবা খেন্নবরা নত্রগা উবমক্তরা হায়বসিগী মরমদা শমলপনা বিচার তৌসি। সনা-লুপানচিংবনা মথল-মথা অয়াম্বা লীক-কোন শাদুনা অমসুং শীজিন্নবা মতুং ইন্না অতোপ অতোপ্পা মিং থোন্দুনা ময়াম ওইবগী মতৌগুম মী-শিংনা খেন্ন-খেন্ননা ( অতোপ-অতোপ্পা মওঙ ওইনা ) শি-নরি। সনা-লুপানা শাবা অতোপ-অতোপ্পা মওঙশিং অদুবু না-দা চিল্লবদি কুণ্ডল-নাইন;

ঙকশমদা শিরবদি লীক, খূৎশাদা শিরবদি খূদোপ অদুগা খূদাংদা শিরবদি খূজি অসিনচিংবা কৌনরি। অদুবু খেন্নবা উরিবা অমসুং শীজিন্নরিবা মখোয়শিংদুদা নীংথিনা য়েংশিন্নবদি মখোয়শিংদু সনা-লুপাদগী অতোপ্পা অমা ওইবরা? অশিংবা মীনদি মখোয়শিং অদুবু সনা-লুপামক্কি, অতোপ্পা অমা নত্তে হায়দুনা শোয়দনা অমত্ত ওইনা য়েংগনি। মতৌ অসুম্না ঐখোয়না খেন্নবা উরিবা ব্রাহ্মণগী হকচাং, যণ শামুনচিংবগী হকচাং পুম্নমকসিসু খেন্নবা উরবসু; শাবদি পঞ্চভূতনা শাবা ঙাক্তনি, মদুদগী খেন্নবা অতোপ্পা মচাক অমত্ত য়াওদে। অদুগা পঞ্চভূত অদুসু পরমেশ্বরগী শক্তি ওইবী মায়াদগী শারকপনি, মদুদগী করিমত্ত খেন্নদে অদুগা মায়া অদুসু শক্তি ওইবা মরমদগী মাগী চঙজফম ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশঃ সম্ভূতঃ, আকাশাদ্বায়ুঃ, বায়োরগ্নিঃ, অগ্নেরাপঃ, অদ্ভ্যঃ পৃথিবী, পৃথিব্যা ওষধয়ঃ, ওষধীভ্যোঽন্নং, অন্নাৎ পুরুষঃ" (তৈঃ উঃ ১/১)—"মায়াশক্তিগী আশ্রয় ওইনা লৈরিবা অমসুং আত্মা অসিদগী খেন্নদবা পরমাত্মা অদুদগী খ্বায়দগী অহানবদা আকাশ পোকলকই, আকাশদগী নুংশিৎ, নুংশিত্তগী মৈ, মৈদগী ঈশিং, ঈশিংদগী পৃথিবী মতৌ অসুম্না পঞ্চভূত পোকলকই। মদুগী মতুংদা পৃথিবীদগী উরী-ৱারীনচিংবা নাপী-শীংবী, নাপী-শীংবীদগী চীঙ্গাক অমসুং চীঙ্গাক্তগী হকচাংসি পোকলকই।" মরম অসিদগী মরূ ওইনা পরমাত্মা নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। হায়রিবা পরমাত্মা অসি খেন্নবা উরিবা পোৎ পূম্নমক্তা মরূ ওইনা শীনবা থুংনা লৈবা

মরমদগী মহুবু ব্রাহ্মণনচিংবা পূন্নমক্তা জ্ঞানীশিংনা য়েংই ( উই ); মহুদগী অতোপ্পা অমবু উদে হায়বসি শ্রীভগবান্না অর্জুনগী মফমদা তাকপনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্থু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা হায়—**ব্রাহ্মণে পুক্কসে স্তেনে ব্রহ্মণ্যেঽর্কে স্ফুলিঙ্গকে। অক্রূরে ক্রূরকেচৈব সমদৃক্ পণ্ডিতো মত** ( ১১/২৯/১৪ ) "ব্রাহ্মণ, চাণ্ডাল, হুরানবা, ব্রাহ্মণভক্ত, নুমিৎ, মৈরীক, থৌজাল হৈবা, থৌজাল হৈতবা মসি পূন্নমকসিদা অমত্ত ওইবা মীৎয়েং থমবা মীবু পণ্ডিতনি খঙগদবনি।" মরম অসিনা ব্যবহার তৌবা মতমদা খেন্নবা শীজিন্নরবস্থু পূক্নীং লৈতানা থমবা মীনা বিচারগী মীৎয়েংদা য়েংহুনা লেঙলি-পাল্লিবা সংসার পূন্নমকসিবু অমত্ত ওইবা ব্রহ্মমক্কি হায়বসি লেপকদবনি। মহুমনা তৌবা ঙমলবতদা পুনসী মহয় য়ানবা ঙমগনি ॥১৮॥

মতৌ অস্থুন্না মফম পূন্নমক্তা অমস্থুং পোৎ খূদিংমক্তা ব্রহ্মমক্তবু য়েংহুনা ( উহুনা ) মশামকপুস্থু ব্রহ্মমক্কি লেপলগা লৈবা মী-শিংহুগী কৈবল্য মুক্তি ওইবদা নত্তনা হিংলিঙৈগী মতমদস্থু জীবন্মুক্তি ওই হায়বসি হৌজিক নীংথিনা তাকলি। নত্রগা সত্ত্বগুণ লৈবা, রজোগুণ লৈবা অমস্থুং তমোগুণ লৈবা জীবশিংদা অচৌ-অপীক খায়দনা চপ মান্নবা য়েংহুনা লৈবসি চুমদে; মরমদি মতীক-মগুণগী মতুং ইন্না অচৌ-অপীক থায়দনা মী পূন্নমক্কী পুজানচিংবা তৌহুনা লৈরবদি তৌরিবা মী অহুদা দোষ অমস্থুং পাপ ওই। গৌতম ঋষিনস্থু কনাগী চাক চাবা হৌনৈ অহুগা কনাগী চাক চাবা হৌনদে হায়বসি বিচার তৌবগী মতাংদা অস্থুন্না হায়রি—"**সমাঽসমাভ্যাং বিষমসমে**

পূজাতো ধনাদ্ধর্ম্মাচ্চ হীয়তে" ( গৌতম স্মৃতি ১৭/২০ )—"মতীক মগুণ চপ মান্নবা মী-শিংগী অচৌ-অপীক নাইনা খেন্ননা পূজা তৌবদগী. মতীক মগুণ চপ মান্নদবা মী-শিংগী খেন্নদনা চপ মান্ননা পূজা তৌবদগী তৌরিবা মীতুগী লল-থুম অমস্তুং ধর্ম্ম মাঙই।" মরম অসিনা ব্রাহ্মণ, চাণ্ডালনচিংবদা চপ মান্ননা য়েংবা মী করমনা পণ্ডিত ওইগনি হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অস্মুন্না তাকলি—

ইহৈব তৈর্জিতঃ সর্গো যেষাং সাম্যে স্থিতং মনঃ।
নির্দোষং হি সমংব্রহ্ম তস্মাদ্‌ব্রহ্মণি তে স্থিতাঃ ॥১৯॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—যেষাং = মী-শিংতুগী, মনঃ = পূক্নীং ( রাখল ), সাম্যে = অচৌ-অপীক নাইনা লৈরিবা জীব পুম্নমক্তা লৈবা ব্রহ্মগী চপ মান্নবা মওঙ অতুদা, স্থিতং = লেঙদনা লেপ্পুনা লৈ, তৈঃ = অদুগুম্বা পণ্ডিত ওইবা মী-শিংতুনা, ইহ এব = হিংতুনা লৈরিঙৈ মতম অসিমক্তদা, সর্গঃ জিতঃ = সংসার অসিবু জয় তৌরে ( সংসারসিদগী লাম্থোকলে ), হি = মরমদি, নির্দোষং = দোষ করিমত্ত লৈতবা, সমং = মওঙ ওম্থোক্তনা মতম পুম্নমক্তা চপ মান্ননা লৈবা, ব্রহ্ম = অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মনি, তস্মাৎ = মরম অসিদগী, তে = জীব পুম্নমক্তা ব্রহ্মবু চপ মান্ননা য়েংবা ( উবা ) মখোয়শিংতু, ব্রহ্মণি = অমত্ত ওইনা লৈবা ব্রহ্ম অতুতদা, স্থিতাঃ = লৈঙদনা লৈ ॥১১॥

অপূনবা অর্থ ঃ—মী-শিংতুগী মন জীব পুম্নমক্তা চপ মান্ননা লৈবা ব্রহ্মগী মওঙদা লেঙদনা লৈ; অদুগুম্বা মখোয়শিংতুনা হিংলিঙৈ

মতম অসিমক্তদা সংসারদগী লান্থোকলে ; মরমদি দোষ করিমক্ত লৈতনা অমস্থং অমত্ত ওইহুনা লেঙদনা চপ মান্ননা লৈবা ব্রহ্মনি, মরম অসিদগী জীব পূম্নমক্তা ব্রহ্মবু চপ মান্ননা য়েংবা মী-শিংহু ব্রহ্মদা লেঙদনা লৈ ॥১৯॥

## অথূপ্পা ৱা

লেঙলি-পাল্লিবা অমস্থং ময়াম ওইনা লৈবা তাইবংপানসিদা অমত্ত ওইনা লেঙদনা চপ মান্ননা লৈবা ব্রহ্মবু য়েংবসি ( উবসি ) অৱায়বা ৱা নত্তে ; কনা কনাগুম্বা লাইবক ফবা মীতনা অস্থুম্না তৌবা ঙমগনি। অত্তুমক ওইহুনস্থ লৌশিং তাবা অমস্থং মশক খঙনীংহুনা মশাগী কান্নবা তৌবা মী-শিংনা পূক্নীং য়াম্না তপ্না বিচার তৌহুনা হোৎনরবদি পোৎ পূম্নমক্তা ব্রহ্মবু উবা অমস্থং য়েংবা ঙমগনি। লম্বী অসিদা চৎনবা উপায়দি বিচার নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। খ্বায়দগী অহানবদদি থৱায়পানবা পূম্নমকসিবু মশামক্কা চপ মান্ননা য়েংনবা হোৎনগদবনি অমস্থং পূক্নীংদা মসি খনগদবনি— “ঐনা হুংঙাইবা পাম্বগুম অমস্থং অৱাবা থাদোকনীংৰগুম অতোপ্পা থৱায়পানবশিংস্থ পামলিবনি অমস্থং থাদোকনীংলিবনি ; অতোপ্পগী অয়াকপা ৱা তারগা ঐনা হুংঙাইতবগুম্না অতোপ্পনস্থ হুংঙাইতবনি। মরম অসিনা অতোপ্পগী মফমদা অয়াকপা অকনবা ৱা ঙাঙলোইদবনি ; অত্তুগা অথুম্বা ৱা তারগা ঐনা হৱাউবগুম্না অতোপ্পনস্থ হৱাউরিবনি। মরম অসিনা ঐনা অতোপ্পগী মফমদা অথুম্বা হুংশিবা ৱাদবু হায়-গদবনি।” মতৌ অস্থুম্না মথল মথা য়াম্না থন্দূনা মশাগা য়েংন-য়েংননা

( চাংদম-চাংদমননা ) অতোপ্পগী মফমদা লমচৎ চৎপা হৌরকলবদি য়াম্না থুনমক থরায়পানবা পূম্নমকপু মশামক্তি খঙবা ঙমলক্কনি ; মতুদগী অমত্ত ওইনা চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা জীব অমা লৈতে হায়বসি লেপ্পা ঙমগনি। মতৌ অসুম্না অভ্যাস তৌবা মী যোগীনি হায়বসি ভগবান্না মতুংদা অসুম্না তাক্কনি—

**আত্মৌপম্যেন সর্ব্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জ্জুন।**
**সুখং বা যদি বা দুঃখং স যোগী পরমো মতঃ॥ (৬/৩২)**

"হে অর্জ্জুন! মী অদুনা জীবপূম্নমক্তা মশাগা চপ মান্নবা য়েংই অমসুং মুংঙাইবা নত্রগা অরাবগী হীরমদসু চপ মান্নবা য়েংই। অদুগুম্বা মহাক অদু অখোইবা যোগীনি হায়বসি খঙগদবনি।"

মরম অসিনা অসুম্না তৌবা অভ্যাস অসি মপূং ফারবদা মী অদুনা মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তবা ব্রহ্মমক্তবু য়েংলু-য়েংলুবা মফমদা উরক্কনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা উরোই, মতুদগী মনদা সংস্কার ওইনা লৈরিবা সংসারগী ভাবনা অদুসু লায়না চৎথোকখিগনি। মসিবুসু অসুম্না তাকলি—

**সর্ব্বত্র সর্ব্বতঃ সর্ব্বঃ ব্রহ্মমাত্রাবলোকনম্।**
**সদ্ভাব ভাবনাদার্ঢ্যাদ্বাসনা লয়মশ্নুতে॥ ( অঃ উঃ ২৩ )**

"মফম পূম্নমক্তা পূমওই ওইনা পূম্নমকপু ব্রহ্মমক্তি য়েংগদবনি। মতৌ অসুম্না ব্রহ্মমক্তা লৈ হায়বা রাখল কনশিল্লকপদগী পুক্নীংদা লৈবা সংসারগী অপাম্বা ভাবনা অদু চৎথোকখিগনি।"

মসিদগী মীনা মসি ঐগীনি অদুগা মসিদি অতোপ্পগীনি হায়না খনবা থাদোকথিবদগী মীচঙ মীখায় নাইবা তৌরকলোই। মীচঙ-মীখায় নাইদ্রবদি মহাক দোষ অমত্ত লৈতবা (নির্দোষ) ব্রহ্মগী মশক ওইনা চপ মান্নবা লৈগনি। অদুগা দোষ অসিসু অতোপ্পদগী লাকপা অমসুং হৌনশা ওইনা লৈবা থেম্নবদগী অনীথোকনা খায়বা য়াই। গঙ্গাগী ঈশিং দোষ লৈতবা ওইরবসু ফত্তবা ঈশিংগা তিন্নবদগী দোষ লৈবা ওই, অদুগা থী-য়ুংনচিংবসিদি হৌনশা ওইনা দোষ লৈবা পোংনি। মতুদা মফম পূন্নমক্তা চপ মান্নবা লৈবা অমসুং হৌনশা ওইনা দোষ করিমত্ত লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাদা অতোনবা চাণ্ডাল, হূইনচিংবগী হকচাংগা লোয়নবা শন্নবগুম তৌবদগী দোষ লৈ হায়না অপণবা অজ্ঞানী ওইবা মীশিংনা খঙনরিবনী। অশেংবমক্তি মহাক কনা অমত্তগা লোয়ননা শন্নদে। মসিবুসু শ্রুতিনা অস্মুম্না তাকলি—"অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ" (বৃঃ উঃ ৪/৩/১৫)—"হকচাংগী মশক ওইবা কোন্নুংসিদা লৈবা আত্মাসি কনামত্তগা শন্নদে।" "সূর্য্যো যথা সর্ব্বলোকস্য চক্ষুর্ন লিপ্যতে চাক্ষুষৈর্বাহ্যদোষৈঃ। একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা ন লিপ্যতে লোকদুঃখেন বাহ্যঃ॥" (কঠ ২/৫/১১)—"থৱায় পানবা পূন্নমক্কী মীৎ ওইদুনা লৈরিবা নুমিৎ, মীৎকী মপান্থোংগী দোষশিংদগী করিমত্ত শন্নদে; মতৌ অদুগুমদুনা থৱায়পানবা পূন্নমক্কী অমত্ত ওইনা লৈরিবা অন্তরাত্মা মীগী অৱা-নুংঙাইনচিংবা দোষশিংগা করিমত্ত শন্নদে; মহাক্তি মতম পূন্নমক্তা তোঙান্না তোপ্-তোপ্না লৈরিবনি।" অদুগা মাদি নির্গুণ (গুণ লৈতবা) ওইবা মরমদগী অপাম মিহৌনচিংবা

লৈতনা, লেঙ ওৎপা তৌদনা চপ মান্নবা লৈবদগী মঙোন্দা হৌনশা ওইনা দোষ লৈতবনি। মীনা মঙোন্দা উরিবা অমসুং খঙলিবা অপাম-মিহৌ, অৱা-হুংঙাইনচিংবা পূম্নমক অদুদি মন-গী ঙাক্তনি, মাগী নত্তে, অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা থোরী মকক্তা করিমত্ত শম্নদনা লিল উবগুম্না অমসুং খঙবগুম্না মঙোন্দসু করিমত্ত শম্নদনা মন-গী ধর্ম্ম অপাম-মিহৌনচিংববু অপঙবা মীনা উবনি অমসুং খঙবনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা ব্রহ্মবু মশামক্কী লেপলগা খঙবা মী অদু সংসারসিদগী লাম্হোক্তুনা জীবন্মুক্ত ওইদুনা লৈ, অদুগা প্রারব্ধ লোইবমক্তদা কৈবল্য মোক্ষ ফংদুনা মাগী অশেংবা মশক ব্রহ্ম ওইদুনা লৈ। মসিবু শ্রুতিনসু অসুম্না তাকলি—"তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষ্যেঽথ সমপৎস্যে" ( ছাঃ উঃ ৬/২৪/২ )—"জ্ঞানী অদুগী কৈবল্য মোক্ষ ফংবদা প্রারব্ধকর্ম্ম লোইদ্রিফাওবগী মতম অদু ফাওবদা থীল্লী, মদু লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিল্লী।"

অদুগা গৌতম স্মৃতিবু লৌদুনা চিংনখিবা অদুদি মশাবু কর্ত্তা ( অতৌবনি ) অমসুং ভোক্তা ( মহয় চাবনি ) খঙদুনা লৈবা অজ্ঞানী-শিংগীদমক্তনি, জ্ঞানীশিংগী নত্তে। মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খঙদুনা লৈরিবা মতম অদুক্কীমথৈ মথোয়দা পাপ পুণ্যনচিংবসু লৈগদবনি। মসিবু বায়ু-পুরাণদসু দধিচিনা দক্ষপ্রজাপতি মফমদা অসুম্না হায়রি—

অপূজ্যপূজনে চৈব পূজ্যানাং চাপ্যপূজনে।
নরঃ পাপমবাপ্নোতি মহদ্বৈ নাত্র সংশয়ঃ॥

( উপোদ্ঘাতপাদ ৩০/১০৩ )

"পূজা তৌবদা মতীক চাদবা মীগী পূজা তৌবা অমস্থুং পূজা তৌবদা মতীক চাবা মীগী পুজা তৌদবা অনীসিদগী পাপ য়াম্না ফংই হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে।" মরম অসিনা ব্যবহার তৌহুনা মশাবু কর্তা অমস্থুং ভোক্তানী খঙলিবা মী-শিংগী মরমদা অচৌ-অপীক খায়দনা পূজানচিংবা তৌবদা পাপ ওইরবস্থু জ্ঞানী ওইবা মীনা ব্যবহারগী মীৎয়েং থাদোকলগা ব্রাহ্মণ চাণ্ডালনচিংবগী হকচাংশিংদা লৈরিবা ব্রহ্মবু শীনৃথুংনা চপ মান্নবা লৈ হায়না য়েংবদা ( উবদা ) অমস্থুং খঙবদা দোষ করিস্থু লৈতে ॥১৯॥

দোষ অমত্ত লৈতনা শীনৃথুংনা অমস্থুং চপ মান্নবা লৈবা ব্রহ্মবু মশামক্কী খঙবা মীনা হিংলিভৈদা করম্না লৈ হায়বসি তাকলি—

**ন প্রহৃষ্যেৎ প্রিয়ং প্রাপ্য নোদ্বিজেৎ প্রাপ্যচাঽপ্রিয়ম্।**
**স্থিরবুদ্ধিরসংমূঢ়ো ব্রহ্মবিদ্ব্রহ্মণি স্থিতঃ ॥২০॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— ব্রহ্মণি স্থিতঃ = আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা লেপ্পূনা লৈবা স্থিরবুদ্ধিঃ = মরম অসিদগী মশাবু ব্রহ্মনি হায়বসিদা চিংনবা লৈতবা য়াখল থম্বা, অসংমূঢ় = সংসারগী পোৎশিংনা শুমহৎপা লৈত্রবা, ব্রহ্মবিৎ = ব্রহ্মবু খঙবা মী, প্রিয়ংপ্রাপ্য = অপাম্বা পোৎ ফংলগা, ন প্রহৃষেৎ = হরাউবস্থু তৌদে হুংভাইবস্থু তৌদে, চ = অমুগা, অপ্রিয়ং প্রাপ্য = পামদবা পোৎ ফংলগা; ন উদ্বিজেৎ = পূক্নীং লাঙভকনদে ( হুংভাইতবা তৌদে ) ॥২০॥

**অপূনবা অর্থঃ**—আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা লেঙদনা লেপ্পূনা লৈরবা, মশামকপু ব্রহ্মনী হায়বসিদা চিংনবা লৈতবা য়াখল

খম্বা অমস্তুং সংসারগী পোৎশিংনা শুমহৎপা লৈত্রবা অসিগুম্বা ব্রহ্ম খঙবা মীনা অপাম্বা ফজবা পোৎ ফংলগা হেম্না হরাউদে, অদুগা পামদবা পোৎ ফংলগা পূক্নীং নুংঙাইতদুনা লাঙতকনবা তৌদে ॥২০॥

## অথুপ্পা বা

শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা জ্ঞানী ওইবা মীনা করম্না লৈ হায়বসি তাকপা মরমদগী "ন প্রহৃষ্যতি" হায়বদি "হরাউদে" অদুগা "নোদ্বিজতি" হায়বদি "পূক্নীং লাঙতকনদে" অস্তুম্না হায়রমগদবনি। অদুবু মদুগী মহূত্তা "ন প্রহৃষ্যেৎ"—হরাউরোইদবনি, "নোদ্বিজেৎ" —পূক্নীং লাঙতকনরোইদবনি অস্তুম্না হায়রি। মসিগী মরমদি— ব্রহ্মবু মশামক্কি খঙবা অমস্তুং সংসারগী পোৎশিংবু মায়ানি লেপ্লবা জ্ঞানীনা অপাম-পামদা পোৎশিং ফংবদা হরাউ-নুংঙাইতবা থাদোক্নুনা লৈবসিদি হৌনশানি, মদুগীদমক মফম অসিদা অমুক হন্না হায়বদা থোইনা কায়ফম লৈতে। অদুবু সাধক ওইবা মীনস্তু ব্রহ্মবু মশামক্কি খঙনবা হোৎনবদা করম তৌনা লৈবা হৌনৈ হায়বসি তাক্কে হায়বগী-দমক ভগবান্না "ন প্রহৃষ্যেৎ-নোদ্বিজেৎ"—'হরাউরোইদবনি-পূক্নীং লাঙতকনরোইদবনি' হায়না তাকপনি। জ্ঞানীগী হৌনশা ওইবা ফীবম অমস্তুং লমচৎ সাধক ওইবা মীগী সাধন ওই। জ্ঞানীগী মতৌ তমদুনা চৎলবদি সাধক অদুনা য়াম্না থুনা মহয় ফংদুনা জ্ঞানী ওইবা ঙমগনি। জ্ঞান লৈতবা মীনা সংসারগী পোৎশিংবু অচুম্বনি অমস্তুং অশেংবনি খন্দুনা অপাম্বা ফংলগা য়াম্না হরাউই, অদুগা পামদবা পোৎ ফংলগা পূক্নীং য়াম্না লাঙতক্নুনা লৈ। মসিগুম্বা ফীবম

অসিবু থাদোক্তুনা জ্ঞানীনা পূকচেল অমত্ত ওইনা লৈবগী মতৌগুম্না সাধক ওইবা মীনস্থ অপাম-পামদা পোৎশিং ফংবদা পূকচেল অমত্ত ওইনা লৈনবা হোৎনগদবনি। অহুম তৌনা লৈবা ঙমলকলবদি মশামকপু ব্রহ্মনি খঙবদা থীল্লোই। মরম অসিনা উপনিষৎশিংদা অস্নুম্না হায়রি—"মনসো বিজয়ান্নান্যা গতিরস্তি ভবার্ণবে।" ( মঃ উঃ ৫/৭৬ )—"সংসার সমক্রু অসিদা মনবু ফাজিন্দুনা থমবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে।" "অস্য সংসারবৃক্ষস্য মনো মূলমিদং স্থিতম্।"—সংসারগী মশক উপাম্বী অসিগী মরূ ওইনা মন অসি লৈরিবনি।" "উদ্বেগানন্দরহিত সময়া স্বচ্ছয়া ধিয়া। ন শোচতি ন চোদেতি স জীবন্মুক্ত উচ্যতে॥" ( মঃ উঃ ২/৫৭ )—"পোৎ পূম্নমক্তা চপ মান্ননা থমলিবা অশেংবা ৱাখলনা পূক্লীং লাঙত্তকনবা অমস্নুং হরাউবা লৈতবা মী অহু অপাম্বা পোৎ খাইনবদগী পূক্লীং নুংশিবা তৌদে অমস্নুং অপাম্বা পোৎ ফংবদগী পূক্লীং মকালাম্বা তৌদে; অসিগুম্বা মীবু হিংন-হিংনা মুক্তি ফংলবা কৌই" মরম অসিনা সাধক ওইবা মীনা জ্ঞানীগী মতৌ তমহুনা মথোয়গী লমচৎশিংহুবু চৎলগা মোক্ষ ফংনবা হোৎনগদবনি॥২০॥

মশীং লাকঙমদ্রবা মপোকশিংদগী হৌহুনা হৌজিক ফাওবা মপাম্হোংগী নুংঙাইবতবু পামহুনা লৈরিবা মন ( পূক্লীং ) অসিবু করম তৌনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহু ফংননবা হোৎনহনবা য়াগনি হায়না চিংনরবদা মপাম্হোংগী নুংঙাইবসিদি ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অহুগা য়েংনবদা করিস্থ লৈতবা অমনি; মরম অসিনা মপাম্হোংগী পোৎশিংদা

অপাম্বা থাদোক্নুনা হোৎনরবদি লেঙদবা নুংঙাইবদু ফংগনি হায়বসি হৌজিক ভগবান্না তাকলি—

**বাহ্যস্পর্শেষ্বসক্তাত্মা বিন্দত্যাত্মনি যৎসুখম্।**
**স ব্রহ্মযোগযুক্তাত্মা সুখমক্ষয়মশ্নুতে ॥২১॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—বাহ্যস্পর্শেষু = মীৎ-নাকোংনচিংবনা লৌরিবা মপাম্মোংগী মশক মওঙ, খোঞ্জেন্নচিংবদা, অসক্তাত্মা = অপাম্বা লৈতবা মন ( পূক্নীং ) মাগী ওইবা মীহুনা, আত্মনি = মনদা, যৎসুখং = সত্ত্বগুণদগী ওইরকপা নুংঙাইবদুবু, বিন্দতি = ফংই, ব্রহ্মযোগযুক্তাত্মা = মতৌ অম্সুমনা পরমব্রহ্মদা সমাধি তৌহুনা ( থিংজিন্দুনা ) লৈবা মন মাগী ওইবা, সঃ = মী মহাকনা, অক্ষয়ং = অমাঙ-অতা লৈতবা, সুখম্ = ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবদুবু, অশ্নুতে = চায় ( পূক্নীংদা শংশঙনা ফংই ) ॥২১॥

**অপূনবা অর্থঃ**- মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌরিবা মশক মওঙ, খোঞ্জেন্নচিংবদা অপাম্বা লৈতবা মী অদুনা পূক্নীংদা সত্ত্বগুণদগী ওইবা নুংঙাইবদু ফংই। মতৌ অম্সুম্না পরব্রহ্মদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা থম্লিবা মী মহাকনা অমাঙ-অতা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবদুবু শংশঙনা ফংই ॥২১॥

## অথূপ্পা রা

সংসারসিগী জীব পূম্নমকনা হৌনশা ওইনা অহানবদা নুংঙাইতবা ফংখিবা হীরম পূম্নমকপু থাদোকনীংই অমসুং থাদোকনবা হোৎনৈ,

অত্থগা নুংঙাইবা ফংখিবা হীরম পূম্নমকপু ফংনীংই অমস্তুং ফংননবা হোৎনৈ। অত্থবু ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবত্থবুদি মখোয়না হৌজিক ফাওবা পুক্নীংদা ফংদ্রি ( ফাওদ্রি )। মরম অসিনা মত্থ ফংননবা হোৎননীংদে, সুপনা মপাম্থোংগী হীরমশিংদগী ফংবা নুংঙাইবা অত্থবু ফংনীংত্থনা মত্থ ফংনবা হোৎনবদা অহিং-নুংথিল নাইদনা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈ ; মত্থবু মখোয়না অরাবা য়াম্না য়ানশিন্দুনা লৈবা অমস্তুং মতম খরগীদা ওইবা নুংঙাইবনি হায়বসিগী মরমদা কদৌঙৈদস্তু বিচার তৌদে। কনাগুম্বা মীনা বিচারসি তৌরক্তুনা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোকলগা লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা পুক্নীং থিংজিল্লকলবদি নুংঙাইবত্থ ফংবা ঙমলকই। অরাবা মচেৎ অমত্ত য়াওদবা অমস্তুং লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মগী নুংঙাই-বত্থবু মখোয়না অহানবদা পুক্নীংদা খঙদবা মরমনা মত্থ পাম্নবা তৌদে হায়বস্তু য়াদে। মরমদি তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা মখোয়না হুমিং খুদিংগী অরাবা মচেৎ অমত্ত য়াওদবা ব্রহ্মগী নুংঙাইবা অত্থবু ফংত্থনা লৈ। মরম অসিনা মীকপ থোকলবা মতুংনা "ঐ য়াম্না নুংঙাইনা তূমলম্মী" হায়বসি মী খুদিংমকনা হায়নৈ। অসিগুম্বা নুংঙাইবসি মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী নুংঙাইবনি। শ্রুতিনস্তু মসিগী মরমদা অস্তুম্না হায়রি—"সতা সোম্য তদা সম্পন্নো ভবতি, স্বমপীতো ভবতি" ( ছাঃ উঃ ৬/৮/১ )—"তূমখুন হুন্না তূমত্থনা লৈবা মতমদা জীব অসি নুংঙাইবদগী মশক ওইবা সৎ ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈ, মতম অত্থদা মহাক মশামক্কী মওঙদা লৈ।" অসিগুম্বা নুংঙাইবসিবু হৌগত্তুনা লৈবা মতমদা ফংবা ঙমনবা

হোৎনগদবনি। মহুদা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা লৈরবদি মখোয়শিংদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা মরমনা মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা মন থিংজিন্দুনা সমাধি তৌবা ঙম্মোই। মরম অসিদগী ভগবান্না মপান্থোংগী পোৎশিংদা পূক্নীং থিংজিন্দবা অমসুং অপাম্বা লৈতবা মীনা ব্রহ্মদা সমাধি তৌরগা লেঙদনা লৈবা নুংঙাইবহুবু ফংই হায়বসি তাকলিবনি। শ্রুতিনসু মসিবু অসুম্না হায়রি—"প্রসন্নাত্মাত্মনি স্থিত্বা সুখমক্ষয়মশ্নুতে" ( মৈত্রেঃ উঃ ১/৬ )—"পূক্নীং মকা লামনা আত্মাদা পূক্নীং লেপনা থমজিন্দুনা সমাধি তৌবা মীনা অমাঙ-অতা লৈতবা নুংঙাইবা ফংই ॥২১॥

সংসারগী পোৎশিংগী পামবা থাদোকপসিদি ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহুবু শংশঙনা ফংলবতদা ওইবা য়াগনি, অদুগা সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোকলবতদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবহুবু শংশঙনা ফংবা ঙমগনি। মতৌ অসুমনা অমনা অমগী মরম ওইনা লৈবা অনীসি করমতৌনা সিদ্ধ ওইবা য়াগনি হায়না চিংনরবদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইবা ফংবসি সংসারগী পোৎশিংদা অপাম্বা থাদোকপগী মরম নত্তে, মহুগী মরমদি মখোয়শিংহুদা দোষ য়েংহুনা বিচার তৌবনি হায়বসিবু অসুম্না তাকলি —

**যে হি সংস্পর্শজা ভোগা দুঃখযোনয় এব তে।**
**আদ্যন্তবন্তঃ কৌন্তেয় ন তেষু রমতে বুধঃ ॥২২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! যে ভোগাঃ = চাদুনা ফংবা নুংঙাইবশিংসি, হি = লেপ্পমক, সংস্পর্শজাঃ = মীৎ

লৈয়েংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা মশক-মওঙ, মহাউ ( রূপ-রস ) নচিংবা বিষয়শিংগা শম্নবদগী পোকপ ঙাক্তনি, তে=মখোয়শিংসি; দুঃখযোনয়ঃ এব=অন্নাবশিংগী পোকনফম ওইবনি, আদ্যন্তবন্তঃ= অহৌগা হৌবা-লোইবা নাইবা ঙাক্তনি, মরম অসিদগী, বুধঃ=ৱাখল তৌহুনা লৌশিং ফংলবা মীনা, তেষু=বিষয়শিংদগী ওইরকপা হুংঙাইবশিংসিদা, ন রমতে=পামহুনা পূক্নীং থিংজিন্দে ॥২২॥

**অপুনবা অর্থঃ**—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! ভোগশিংসিদি ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা বিষয়শিংগা শম্নবদগী পোকপা ঙাক্তনি, মখোয়শিংসি অন্নাবশিংগী পোক্নফম ওইবনি, অহৌগা অহৌ-অরোই নাইবা ঙাক্তনি; মরম অসিদগী অফ-ফত্ত খল্লিবা লৌশিং তাবা মীনা মখোয়শিংদা পামহুনা পূক্নীং থিংজিন্দে ॥২২॥

## অথূপ্পা বা

সংসারসিদা (১) রূপ ( মশক-মওঙ ), (২) রস ( মহাউ ), (৩) গন্ধ ( মনম ), (৪) স্পর্শ ( শোকন-শমনবা ) অমসুং (৫) শব্দ ( খোঞ্জেল ) মঙাসি বিষয়নি ( ভোগ্য ওইবা পোৎনি )। মঙাসি নত্তবা তরূকশুবা ভোগ্য বিষয় অমা সংসারসিদা লৈতে। অহুবু মীনা পঙবা অমসুং ৱাখল লৈতবা মরমদগী মশীং নাইদনা ভোগ্য বিষয় লৈ নীংই অমসুং মখোয়শিং অহুবু খরদং ফংনীংহুনা য়াম্না কন্না হোৎনৈ। হায়রিবা বিষয় মঙাসিগা লোয়ননা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা শম্নবদগী ভোগ ওই। মীৎ অমসুং রূপ শম্নবদগী পূক্নীংদা হুংঙাইবা পোকলকপা অহু ভোগনি; মতৌ অহুমনা লৈয়েং অমসুং

রস, নাতোন অমস্থং গন্ধ, উনশা অমস্থং স্পর্শ অতুগা নাকোং অমস্থং শব্দ শমনবদগী পোকপা নুংঙাইবতু ভোগনি। হায়রিবা নুংঙাইবগী ভোগ অসিদি মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগা লোয়ননা অপান্বা পোৎশিংগী শন্নবদগী ওইরকপা ব্রানি। মসিগী ওন্ন-তৈননা পামদবা পোৎশিংগী শমনবদগীদি নুংঙাইতবা পোকই। অতুগা ইন্দ্রিয়শিং অমস্থং অপান্বা পোৎ শন্নবদগী পোকলিবা নুংঙাইবতুস্থ মমৈথংদা অন্নাবগী মরম ওইরকই। মসিবু মৈত্রেয়গী মফমদা পরাশরনা অস্থন্না হায়রি—

**যদ্ যৎপ্রীতিকরং পুংসাং বস্তু মৈত্রেয় জায়তে।**
**তদেব দুঃখবৃক্ষস্য বীজত্বমুপগচ্ছতি॥** (বিষ্ণুপুঃ ৬/৫/৫৫)

"হে মৈত্রেয়! মীশিংগী অপেনবা পোকহল্লিবা পোৎশিংতু মতুংদা অন্নাবগী মশক ওইবা উগী মরূ ওই।"

মরম অসিদগী মসি পূন্নমকপু বিচার তৌরগা নীংথিনা খঙবা বিবেকীশিংনা বিষয়ভোগ অসিবু স্থকপাম পামদে। মসিগী মরমদা যোগদর্শনদস্থ অস্থন্না হায়রি—"**পরিণাম-তাপ-সংস্কার-দুঃখৈ-র্গুণবৃত্তিবিরোধাচ্চ দুঃখমেব সর্ব্বং বিবেকিনাম্**" (যোঃ দঃ ২/১৫)—"পরিণাম দুঃখ (মওঙ ওন্থরকপদগী ওইরকপা অন্নাবা), তাপদুঃখ (কলক-মিহৌবনচিংবা নুংঙাইতবদগী ওইরকপা অন্নাবা), অমস্থং সংস্কার দুঃখ (পূন্নীংদা ময়ি ওইনা লৈহৌবা নুংঙাইবতু ফংদবদগী পোকপা অন্নাবা) মসি পূন্নমক য়ানশিনতুনা লৈবা মরমদগী অতুগা সত্ত্ব, রজঃ অমস্থং তমোগুণ অহুমসিগী মরমচৎ তিন্নদবদগী বিষয়ভোগতগী ওইবা নুংঙাইবা পূন্নমকসি অফ-ফত্ত নীংথিনা বিচার তৌরগা খঙবা মী-শিংগী মীৎয়েংদা অন্নাবা ঙাক্তনি।"

রাগ ( পামহুনা পূক্কীং থিংজিনবা ) লৈতনা মীনা বিষয়ভোগ তৌদে, পামহুনা পূক্কীং চণ্ডশিল্লবতদা বিষয়ভোগ তৌরিবনি। অদুগা পূক্কীংদা পোকলিবা অপাম্বা অদুমক মতুংদা বিষয় ফংবদগী মুংঙাইবগী মশক্তা ওইরকই। অদুগা অপাম্বা অদু য়াম্না হেনগৎলকলবদি অমস্তুং ফংনীংবা পোৎ অদু ফংদ্রবদি মহাক (অপাম্বদু) অৱাবগী মশক্তা ওন্থরকই। মতৌঅস্তুম্না অপাম্বা পোৎ ফংহুনা মদু চাবদগী (ভোগ তৌবদগী) ইন্দ্রিয়শিংনা পেনবদুবু ব্যবহারদা মুংঙাইবা কৌই, অদুগা অপাম্বা পোৎ ফংদবদগী মুংঙাইতবা অদুবু অৱাবা কৌই। অপাম্বা পোৎ ফংলবস্তু মদুদা কলক-মিহৌদুনা ইন্দ্রিয়শিংনা পেন্দ্রবদি অপাম্বা অদু অৱাবগী মশক ওইরকই। মসিদা নত্তনা ইন্দ্রিয়শিংনা ভোগ তৌবগী অভ্যাস তৌহুনা লৈৱবদি মদুদগী কদৌঙৈদস্তু পেন্বা ওইরোই, অপাম্বা অদু থোইনা থোইনা হেন-গৎলক্কনি। মরম অসিদগী মহারাজ যযাতিনা মসিবু নীংথিনা খঙলবা মতুংদা অস্তুম্না লাউহুনা হায়রি —

ন জাতু কামঃ কামানামুপভোগেন শাম্যতি।
হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মে্ব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে ॥২৩॥
যদা ন কুরুতে ভাবং সর্ব্বভূতেষু পাপকম্।
সমদৃষ্টেস্তদা পুংসঃ সর্ব্বাঃ সুখময়া দিশঃ ॥২৫॥
পূর্ণং বর্ষসহস্রং মে বিষয়াসক্তচেতসঃ।
তথাপ্যনুদিনং তৃষ্ণা মম তেষুপজায়তে ॥২৮॥

**তস্মাদেতামহং ত্যক্ত্বা ব্রহ্মণ্যাধায় মানসম্।**
**নির্দ্বন্দ্বো নির্মমো ভূত্বা চরিষ্যামি মৃগৈঃ সহ ।।২৯।।**

( বিষ্ণুপুরাণ অঃ ৪/অঃ ১০ )

"ভোগ্য বিষয়শিংগী উপভোগ তৌবদগী মখোয়গী অপাম্বহ্ কদৌঙৈদসু তপথদে ; মহুগী ওন্ন-তৈননা মৈদা শীং হাপচিনবদগী মৈরি হেনগৎনা চাকখৎলকপগী মতৌগুম বিষয়ভোয় তৌবদগী মখোয়গী অপাম্বহ্ থোইনা থোইনা হেনগৎলকই। অচৎ-চত্ত থন্নায়-পানবশিংগী মফমদা চপ মান্নবা মীৎয়েং য়েংহুনা মখোয়গী মফমদা পাপকী রাখল থাদোক্লবা মতম অহুদা মীহুগী মায়কৈ পুম্নমকসি নুংঙাইবগী মশক ওই। ঈচানীপা পুরুদগী পাখংগী শক্তি লৌদূনা ঐনা বিষয় ভোগ তৌহুনা লৈবসি চহী লীশীং অমা ফাখ্রে। অহুমক ওইহুনসু বিষয়ভোগশিংহুদা ঐগী খৌরাংবসি নোংম-নোংমগী হেন-গৎলক্কুনা লৈ। মরম অসিনা বিষয়ভোগকী খৌরাংবসিবু থাদোকলগা পুক্নাংসিবু ব্রহ্মদা থিংজিন্দুনা থমলগা অইং-অশা, অন্না নুংঙাই অমসুং ঐগীনি হায়বসি থাদোক্কুনা উমংদা শজিনচিংবা শা-শিংগা লোয়ননা কোয়হুনা লৈরগে।"

মরম অসিদগী অন্নাবগী মরম ওইরিবা অপাম্বদগী ( রাগদগী ) ওন্থরকপা বিষয়গী নুংঙাইবসিসু অন্নাবগী মশকনি। মসিবু যোগ-দর্শনদা পরিণাম দুঃখনি হায়না তাকলি। অহুগা য়েকন-তিংখং লৈতনা কনা অমত্তনা বিষয়গী মুংঙাইববু ফংবা ঙমদে। মহুদা য়ৈখায়-থিংগায় তৌবশিংগী মফমদা শাউহুনা মখোয়গী মাঙনবা তৌবহ্ পাপ ওইবা মরমদগী বিষয়গী মুংঙাইবগা লোয়ন-লোয়ননা

অন্নাবা য়ানশিনহুনা লৈবহ্ তাপছুঃখনি। অদুগা অহানবদা ফংলিবা মুংঙাইবহ্ হৌজিক ফংদ্রহুনা মহুবু নীংশিংলগা পুক্নীংদা হুংঙাইতবা পোকপহ্ সংস্কারহুঃখনি; মসিদা নত্তনা অহানবদা তৌখিবা পাপ-পুণ্যগী মতুং ইন্না হৌজিক অন্না-মু ঙাই য়ানশিন্দুনা ফংবহুস্মু সংস্কারহুঃখনি। অদুগা "চলং গুণবৃত্তম্" হায়না সাংখ্যদর্শনদা তাকপগী মতুং ইন্না সত্ত্ব; রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসি মতম পুন্নমক্তা অমনা অমদগী অথোই অহেন নাইনা লৈবা মরমদগী মখোয়দগী ফংবা মুংঙাইবশিংহুস্মু অন্না-অনা য়ানশিন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। মরম অসিদগী মসিবু নীংথিনা বিচার তৌহুনা খঙলবা মী-শিংনা বিষয়ভোগ তৌবসি স্নুকপাম পামদে। মতৌ অস্নুন্না বিষয় ভোগশিংদগী মায় ওস্থোক্তুনা লৈরিবা মী-শিংগীদি মৈদা শীং হাপ্তবদগী মশা মতোমদা মূৎচখিবগী মতৌগুম পুক্নীংদা লৈরিবা বিষয়গী অপাম্বা অহু মুৎথি। মহুদগী মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী চিন্তন তৌহুনা লৈবা মরমনা হৌজিক হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতম অসিদস্মু ব্রহ্মগী লেঙদবা মুংঙাইবহ্ ফংই, অদুগা শিরবা মতুংদস্মু ব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংহুনা অন্নাবা মচেৎ অমত্ত য়াওদবা মুংঙাইবগী মশক্ত ওইহুনা লৈ ॥২২॥

জগৎসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা য়েংহুনা লৈরিবা অমস্তুং ফাওরবা জ্ঞানীশিংনা ভোগ্য ওইবা বিষয়শিংবু পামদবা ওইসনু। অদুবু মোক্ষ ফংনীংলবস্মু অজ্ঞানী ওইহুনা লৈরিবা মী-শিংনা করম তৌনা বিষয়শিংহুবু পাম্মোইদগনি? মহু পান্নবদি অশাউবনচিংবস্মু মখোয়দা শোয়দনা লাক্কনি হায়না চিংনরবদা মখোয়নস্মু অভ্যাস য়াম্না কন্না

তৌহনা অপাম-মিহৌ, অশাউবনচিংবা পূন্নমকসি মতম পূন্নমক্তা থাদোকনবা হোৎনগদবনি. মহুতদা মখোয়না যোগী ওইহনা নুংঙাইবহু ফংগনি হায়বসি অস্নুম্না তাকলি—

**শক্নোতীহৈব যঃ সোঢ়ুং প্রাক্ শরীরবিমোক্ষণাৎ।**
**কামক্রোধোদ্ভবং বেগং স যুক্তঃ স সুখী নরঃ ॥২৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** যঃ = মীহুনা, ইহ এব = হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতম অসিমক্তদা. শরীরবিমোক্ষণাৎ প্রাক্ = হকচাং থাদোকক্রিঙৈগী মমাঙ ফাওবা ( শিদ্রি ফাওবা ), কামক্রোধোদ্ভবং = অপাম্বা অমসুং অশাউবদগী পোকপা, বেগং = ঈহূনবু ( অকনবা ঈচেনবু ), সোঢ়ুং শক্নোতি = থাঙদূনা লৈবা ঙম্মি, স নরঃ = অহুগুম্বা মীহু, যুক্তঃ = যোগীনি, সঃ সুখী = মহাক নুংঙাইরবা মীনি ॥২৩॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** মী অহুনা হিংহুনা লৈরিঙৈ শিদ্রি ফাওবা অপাম্ব-অশাউবদগী পোকপা ঈহূনবু থাঙদূনা লৈবা ঙম্মি, অহুগুম্বা মীহু যোগীনি অমসুং মহাক নুংঙাইবা ফংলবা মীনি ॥২৩॥

## অথূপ্পা ৱা

মশাগী নুংঙাইনবনি অমসুং কান্নবনি লেপ্নূনা উরিবা তারিবা অমসুং নীংশিংলিবা পোৎশিংদা মখোয়গী গুণশিংহু খঙলগা. অপাম্বা, মিহৌবা, কল্লকপা, খৌরাংবা অমসুং ফংলবসু পেন্দবা অসিনচিংবা পূন্নমকসি "কাম"গী অর্থনি; অহুগা নুপী-নহাগা লোয়ননা তিন্ননীংবা অসিসু কামগী অর্থনি। মসিগী ওন্ন-তৈননা মশাগী নুংঙাইহন্দবনি

অমস্থুং কান্নহন্দবনি লেপ্তুনা উরিবা, তারিবা অমস্থুং নীংশিংলিবা পোৎশিংদা মথোয়গী দোষশিং অদু য়েংলগা য়েংথিনদুনা পুক্লীংদা অশাবা পোকলকপা অদু "ক্রোধ"গী অর্থ অশাউবনি। অনীসি পুক্লীংদা য়ান্না কন্না লৈরবদি মীদুনা করি তৌবা হৌনৈ করি তৌবা হৌনদে হায়বসি খনবা ঙমদবদগী হিংলিঙৈগী মতমদা অমস্থুং শিরবা মতুংদস্থু য়ান্না ফত্তবা মহয় ফংগদবা থবকশিং তৌশিল্লী, মদুদগী মহাক লৈখা তাদুনা মাঙই। মরম অসিদগী কাম ক্রোধদগী লাকইবা অকনবা ঈহূনদুবু খাঙদুনা মদুবু তপথহন্নবা কন্না হোৎনগদবনি। মদু খাঙদূনা তপ্থনা থম্নবা হোৎনবদা খ্বায়দগী অথোইবা উপায়দি (পাম্বৈদি) অফ-ফত্ত মুন্না বিচার তৌবনি। মীনা ব্যবহারগী করিগুম্বা থবক অমা তৌগে নীংলবদা মদুগী অফ-ফত্ত অহানবদা নীংথিনা বিচার তৌই; অদুগা মদুদগী মাঙগদবা লৈরবদি মদুবু থাদোকই অমস্থুং ওইজগদবা লৈরবদি মদুবু তৌই। মতৌ অদুমনা কাম-ক্রোধগী মরমদস্থু নীংথিনা বিচার তৌগদবনি। বিচার অদুদা মখোয়দগী ওইজবা লৈত্রবদি অমস্থুং মাঙগদৌবা ডাক্কা ওইরবদি মশাগী ফত্তবা ওইহন্নীংদবা মরমনা মীদুনা কাম-ক্রোধবু খাঙননবা শোয়দনা হোৎনরক্কনি। নোংজু থাদা কন্না চেল্লিবা তুরেনগী ঈহূনবু খাঙদূনা ডাশিংনা মথকলোমদা চৎখৎলী; মতৌ অদুম্না রাখল নীংথিনা তৌদুনা মশাগী কান্নবা তৌবা মীশিংদি কাম-ক্রোধগী কন্না চেল্লিবা ঈহূনদুবু খাঙদুনা মথকলোমদা চৎখৎলী। মদুদগী মখোয়না হুংঙাইবা শোয়দনা ফংই। করিগুম্বা মতমদা কামগী ঈহূনদুবু খাঙবা ঙমদ্রবস্থু ধর্ম্ম কায়দবা কামগী সেবন তৌগদবনি, মদুদগী থোইনা মাঙ-তাকপা লৈরোই। শ্রীভগবান্

মশামকনস্থ অস্থুম্না হায়রি—"ধর্ম্মাহবিরুদ্ধো ভূতেষু কামোহস্মি ভরতর্ষভ ॥" ( গীঃ ৭/১১ )—"থব্রায়পানবশিংদা ঐ ( কৃষ্ণ ) ধর্ম্ম য়েংথিনদবা কামগী মশকনি।" ক্রোধবুদি ( অশাউববুদি ) অহান-বদগী হৌনা লাক্তনবা হোৎনগদবনি; কয়িগুম্বদা লাকপা থোকলবস্থ মহু খাঙহুনা তপ্থহন্নবা শোয়দনা হোৎনগদবনি; ক্রোধদগী অমাঙবা নত্তনা কয়িগুম্বা অতোংবা অমত্ত ফংবা য়াদে। মতৌ অস্থুম্না কাম-ক্রোধবু খাঙহুনা লৈনবা হোৎনবা অসিগা লোয়ন-লোয়ননা আত্মচিন্তনবুস্থ তৌগদবনি, মহুতদা লেঙদবা নুংঙাইবা ফংগনি। শাস্ত্রনস্থ অস্থুম্না হায়রি –'দেহপতনপর্য্যন্তং স্বরূপানুসংধানেন বসেৎ।" ( নাঃ পঃ উপঃ ৭/৩ )—"হকচাং অহুনা মাঙদ্রিফাওবা আত্মস্বরূপকী মরমদা বিচার তৌহুনা লৈগদবনি।" মসিবু অহান-বদগী হৌনা হোৎনব্রবদি কনাগুম্বা অমত্তনা অহল ওইরকলবা মতমদা নত্রগা শিরমদাই য়ৌরকলবা মতমদা আত্মা অমস্থং পরমাত্মাগী চিন্তন তৌবা ঙম্মোই; মহুদগী পুনসী অরেম্বদা তাগনি ॥২৩॥

আত্মচিন্তন তৌদনা কাম-ক্রোধবু খাঙদূনা লৈরবস্থ পুনসী নীংথিনা মহয় য়াল্লোই, মহুদি মপাম্হোংগী উপায়নি, মহুগা লোয়ন-লোয়ননা আত্মচিন্তনস্থ তৌহুনা লৈরবদি কৈবল্য মোক্ষ ফংহুনা পুনসী মহয় য়ানগনি হায়বসি তশেং-তশেংনা তাক্লুনা অস্থুম্না হায়রি—

যোহন্তঃসুখোহন্তরারামস্তথান্তর্জ্যোতিরেব যঃ।
স যোগী ব্রহ্মনির্ব্বাণং ব্রহ্মভূতোহধিগচ্ছতি ॥২৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যঃ=মীতুনা ( আত্মচিন্তন তৌবনা মরম ওইতুনা ), অন্তঃ সুখঃ=মমুং চন্না লৈরিবা আত্মাতদা মুংঙাইতুনা লৈ, অন্তরারামঃ=আত্মাতদা পূক্নীং থিংজিল্লগা শান্নতুনা লৈ ( মপাম্ভোংগী পোৎশিংদা পূক্নীং হাপচিল্লগা শান্নবা পামদে ', তথা এব=অতুগা মতৌ অতুম্নমক, যঃ=মানা, অন্তর্জ্যোতিঃ=আত্মাতদা জ্ঞান তৌতুনা লৈ, স যোগী=অসিগুম্বা যোগী ওইবা মী মহাক অতুনা, ব্রহ্মভূতঃ=হিংতুনা লৈরিবৈগী মতমসিদসু ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈরগা, ব্রহ্মনির্ব্বাণং=শিরবা মতুংদসু ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু, অধিগচ্ছতি=ফংই ॥২৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—আত্মচিন্তননা মরম ওইতুনা আত্মাতদা মুংঙাইবা ফংলবা, আত্মাতদা পূক্নীং থিংজিল্লগা শান্নতুনা লৈরবা ( মপাম্ভোংগী পোত্ত শান্নবা পামদবা ), অমসুং আত্মাতদা বুদ্ধি ( ৱাখল ) লৈতানা থমলবা যোগী ওইবা মীতুনা হৌজিক ব্রহ্ম ওইনা লৈরগা শিরবা মতুংদসু ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু ফংই ॥২৪॥

## অথুপ্পা ৱা

"অন্তঃ" গী অর্থ 'মনুং" হায়বনি অতুবু মফম অসিদা "য আত্মা সর্ব্বান্তরঃ" ( বৃঃ উঃ ৩/৫/১ )—শ্রুতি অসিগী মতুং ইন্না পূম্নমক্কী মনুং চন্না লৈরিবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু "অন্তঃ" গী অর্থ ওইনা লৌগদবনি ; অতুগা "জ্যোতিঃ' গী অর্থসু মঙানগী মশক ওইবা জ্ঞাননি। জ্ঞানদনা অচেতন ওইবা সংসার পূম্নমকসিবু

ঙাহোকলিবনি, জ্ঞানবুদি ঙাহোকনবা অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে, মহাক স্বয়ংজ্যোতিনি (মশা মতোমদা ঙাহোক্লুনা লৈবা পোৎ অমনি)। মহুদসু ঐখোয়গী পূক্নীংদা ওইরিবা জ্ঞানসিদি (ব্রাখলসিদি) মথৎ মনাউ নাইনা লাকপা বিষয় (হীরম) খেন্নবদগী পোকপা মাঙবা (শিবা) নাইবগুম ওইনা উই, মখোয় অদু বিষয় য়াওদনা লৈবা ঙমদে। অদুবু আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞান অসিদি (চেতন নত্রগা চিৎ অসিদি) বিষয় য়াওদুনা অমসুং অমাঙ অতা লৈতনা মতম পূম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ। আত্মাগী মশক ওইবা জ্ঞানগী মঙালসিবু লৌদুনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"**তমেব ভান্তমনুভাতি সর্ব্বং তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি**" (কঠঃ ২/৫/১৫) "জ্ঞানগী মশক ওইনা ঙান্দুনা লৈরিবা আত্মাসিগী মতুং ইন্দুনা পুম্নমকসি ঙাল্লিবনি, মাগী মঙান্দনা পূম্নমকসিবু ঙাহোকলিবনি।" অসিগুম্বা মঙালগী মশক ওইবা আত্মাসিবু অপাম-মিহৌ অশাউবনচিংবা পূম্নমকপু থাদোকলগা চিন্তন (মনন) তৌদুনা লৈরবদি সমাধি ওইরক্লুনা মহুদগী নুংঙাইবা ফংবা মী ওই হায়বসিবু ভগবান্না শ্লোক অসিদা "অন্তঃসুখঃ" হায়বা ৱাহয়সিনা তাকলিবনি। অসুম্না অন্তরাত্মাগী নুংঙাইবা ফংদুনা লৈবা মী জীবন্মুক্ত ওই (হিংনা হিংনা মুক্তি ফংদুনা লৈ)। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"**স্বাত্মানন্দং স্বয়ং ভোক্ষ্যেৎ স জীবন্মুক্ত উচ্যতে**" (তেজোবিঃ উঃ ৪/৩১)—"মশামক্কী শক্তম ওইবা আত্মাগী নুংঙাইবহুবু মশানকন্না চাদূনা (ফংদুনা) লৈবা মী জীবন্মুক্তনি হায়" অসুম্না জীবন্মুক্ত ওইদুনা লৈবা জ্ঞানী প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না মপাম্বোংগী থবক-ইনথাং থরদং

তৌহ্ননা লৈরবস্থ মখোয়হ্ননা ঐগীনি খন্দূনা পামশিনবা তৌদে, মথৌ ওইনদা খন্দূনা তৌই নত্রগা ব্যবহারদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা থবক তৌরিবা মীশিংগী কান্নবগীদমক অমস্থং অফবা লম্বীদা মখোয়বু পুন্নকনবগীদমক লমজিংবীবা ওইনা অফবা থবকশিং তৌই, অহুগা মহু পূন্নমক তৌনা তৌনা অহাঙবা মতমদা আত্মচিন্তন তৌরগা মহুদা নুংঙাইবা ফংহুনা আত্মাগা শান্নহুনা লৈ, মহু নত্তবা পোৎশিংদা অপাম-মিহৌ থমহুনা শান্নদে। মসিবুস্থ শ্রুতিনা অস্থুন্না হায়রি—

"**আত্মরতিরাত্মক্রীড় আত্মমিথুন আত্মানন্দঃ**" (ছাঃ উঃ ৭/২৫/২) —"আত্মাদা পূক্নীং থিংজিনবা আত্মাদা শান্নবা, আত্মাদা অনীশুবা ওইনা লৈবা, অমস্থং আত্মাদা নুংঙাইবা ফংবা মী ওই।" মতৌ অস্থুন্না আত্মাতদা পেন্দূনা লৈবা মী হিংনা হিংনা ব্রহ্ম ওইহুনা লৈরগা শিবা মতুং মক্তদা মন ( অন্তঃকরণ ) মাঙখিবদগী পোকপা-শিবগী মরম লৈতবা মরমনা উপাধি অমত্ত লৈতবা অমস্থং অশেংবা ব্রহ্মদা তিল্লী—হায়বদি কৈবল্য মোক্ষ ফংই। মসিবুস্থ শ্রুতিনা অস্থুন্না তাকলি—"**ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি**" ( বৃঃ উঃ ৪/৪/৬ )— "হিংলিঙৈগী মতমদা ব্রহ্মমক ওইহুনা লৈরগা শিবমক্তদা ব্রহ্ম ফংই।"

অস্থুন্না হায়রিবা ঋাসি জীব মশামক অহানবদগী হৌনা ব্রহ্ম ওইদ্রবদি অমস্থং ব্রহ্মদগী অতোপ্পা। ওইরবদি কদৌঙৈদস্থ ব্রহ্ম ওইবা ঙম্মোই। মরম অসিনা জীবসি মশাগী মশক খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা মরম ওইহুনা অন্তঃকরণ উপাধি লৈবদগী তোপনা ব্রহ্মদগী উবতনি; অশেংবমক্তি মহাক ব্রহ্মমক্তি, অতোপ্পা নত্তে। মরম অসিদগী জীবগী অশেংবা মশক করিনো হায়বসি বিচার তৌবা

মতমদা কাশকৃৎস্ন কৌবা আচার্য্যগী মত লৌদূনা বেদান্তদর্শনদা অস্মুন্না হায়রি—"অবস্থিতেরিতি কাশকৃৎস্নঃ" (বেঃ দঃ ১/৪/২১) —মসিগী অর্থদি "অনেন জীবেনাত্মনানুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবানি" (ছাঃ উঃ ৬/৩/২)—'জীবসিগী মশক ওইনা ঐ (পরমাত্মা) শেমল্লিবা হকচাংশিংসিদা চঙলগা মিং মশক-মওঙ-নচিংবা শন্দোক্কে' অস্মুন্না লেপ্পুনা পরমাত্মা মশামক জীব ওইনা লৈবা মরমদগী জীবগী অশেংবা মশক পরমাত্মামকনি হায়বসি কাশকৃৎস্ন কৌবা আচার্য্যগী মতনি।" মসি বেদান্তগী লেঙদবা সিদ্ধান্তনি। মরম অসিনা অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা জীবাত্মা পরমাত্মাদগী তোপনা উই অমসুং খঙনৈ, উপাধি লৈত্রবদি জীবাত্মা ব্রহ্মমকনি। মসিবু শ্রীভগবান্নসু শ্লোকসিদা—"ব্রহ্মনির্ব্বাণং ব্রহ্মভূতোঽধিগচ্ছতি" অস্মুন্না হায়রিবনি ॥২৪॥

মুক্তি ফংনবগী মরম ওইবা জ্ঞানসিবু ফংননবা অতোপ-অতোপ্পা উপায়শিংবুসু শ্রীভগবান্না অস্মুন্না তাকলি—

**লভন্তে ব্রহ্মনির্ব্বাণমৃষয়ঃ ক্ষীণকল্মষাঃ।**
**ছিন্নদ্বৈধা যতাত্মনঃ সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ ॥২৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—ক্ষীণকল্মষাঃ = নিষ্কামকর্ম্ম অমসুং উপাসনা তৌবদগী পাপ কোকখ্রবা, ঋষয়ঃ = মতুদগী (পাপকোকখিবদগী) পূক্নীং শেংদুনা অকুপ্পা অমসুং অথূপ্পা তত্ত্ববু নীংথিনা বিচার তৌবা ঙম্লবা, ছিন্নদ্বৈধাঃ = মতুদগী (অকুপ্পা তত্ত্বগী বিচার তৌবদগী) চিংনবা পূম্নমক লৈত্রবা, যতাত্মনঃ = মতুদগী (তত্ত্বগী মরমদা চিংনবা লৈতবদগী)

নিদিধ্যাসন তৌহুনা ( তত্ত্ব অহুদা ধ্যান সমাধিগী অভ্যাস তৌহুনা ) পূক্নীং ফাজিল্লবা ( থরায়পানবা পূন্নমক্কী মন্নুংদা অমত্তা ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদা পূক্নীং থিংজিল্লবা ), সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ = মহুদগী ( পূন্নমক্তা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাবু খঙবদগী ) অন্তঃকরণ উপাধিশিংনা মরম ওইহুনা খেন্নবগুম তৌহুনা লৈবা জীব পূন্নমক্কী কান্ননবা হোৎনরিবা মখোয়শিং অহুনা, ব্রহ্মনির্ব্বাণং লভন্তে = ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ( অরান-খুবম ) ফংই ॥২৫॥

**অপূনবা অর্থ**ঃ—মহয় পামদবা কর্ম্মনচিংবা তৌবদগী পাপ-কোকখ্রবা, অথূপ্পা তত্ত্ববু বিচার তৌহুনা নীংথিনা খঙলবা, চিংনবা পূন্নমক লৈত্রবা, অমত্ত ওইবা পরমাত্মতত্ত্বদা পূক্নীং ফাজিন্দুনা থমলবা অনস্থুং থরায়পানবা পূন্নমকপু মশাদগী খেন্নদবনি খঙহুনা মখোয়গী কান্নবা তৌবদা পূক্নীং চঙলিবা মখোয়শিংহুনা ব্রহ্মদা তিন্নবগী মশক ওইবা অরান-খুবম ফংই ॥২৫॥

## অথূপ্পা ৱা

পূক্নীং শেংদবা অমস্থুং তপ্থদবা মীনা পরমাত্মাগী মশক ওইনা অমত্ত ওইবা আত্মাসিবু নীংথিনা খঙবা ঙমদে। পূক্নীং শেংদবগী মরমদি পূক্নীংদা পাপ লৈবনি। পাপ কোকনবা উপায়দি ( পান্দৈদি ) মহয় পামদনা কর্ম্মশিংবু ঈশ্বরদা কৎথোক্তুনা তৌবনি। শ্রুতিনস্থু অস্থুন্না তাকলি—**ধর্ম্মেণ পাপমপনুদতে**" ( ঐঃ আঃ ৩/১/৭ )—'পুণ্য কর্ম্ম তৌবদগী পাপ কোকই।" অহুগা পূক্নীংবু লেঙদনা অনস্থুং তপথনা থমনবগীদমক মহুগা লোয়ন-লোয়ননা ঈশ্বরগী

উপাসনাস্থ তৌহুনা লৈগদবনি। মহুদগী আত্মাগী অশেংবা জ্ঞান ফংবদা থীনবা লৈরোই। মসিবু মহুনা খূদমগা লোয়ননা বৃহস্পতিগী মফমদা অস্থুন্না তাকলি—

**জ্ঞানমুৎপদ্যতে পুংসাং ক্ষয়াৎ পাপস্য কর্ম্মণঃ।**
**যথাহহদর্শতলে প্রখ্যে পশ্যত্যাত্মানমাত্মনি ॥**

( মহাভাঃ শান্তিঃ ২০৪/৮ )

"পাপকর্ম্ম মাঙবদগী মী-শিংগী পূক্নীংদা জ্ঞান পোকই; মহুদগী অশেংবা নুংশেলদা ভশেং ভশেংনা মি উবগী মতৌগুম্না অশেংবা পূক্নীংদা ( মনদা ) মীনা আত্মাবু উই।" মরম অসিদগী শ্রীভগবান্নস্থ মফমসিদা "ঋষয়ঃ ক্ষীণকল্মষাঃ" হায়রিবনি। মতৌ অস্থুন্না অন্নপূর্ণোপনিষত্তস্থ পাপ কোকলবতদা আত্মাবু শংশঙনা খঙবা ঙম্মি হায়বসি অস্থুন্না তাকলি—

**স্বশরীরে স্বয়ংজ্যোতিঃ স্বরূপং সর্ব্বসাক্ষিণম্।**
**ক্ষীণদোষাঃ প্রপশ্যন্তি নেতরে মায়য়াহহবৃতাঃ ॥**

( ৪/৩৬ )

"পাপকী মশক ওইবা দোষ লৈত্রবা মীনা মশা মশাগী হকচাংশিংদা মশামক মঙানগী মশক ওইনা লৈরিবা অমস্থং পূন্নমকপু সাক্ষী ওইনা খঙলিবা আত্মাবু নীংথিনা উই, অদুগা মায়ানা কুপ্পুনা লৈরিবা মী-শিংনদি মহু উবা ঙমদে।"

অসিগুম্বা আত্মতত্ত্বসিবু উরবা মীহুগীদি চিংনবনচিংবা পূন্নমকস্থ কোকই হায়বসিবুস্থ শ্রুতিনা অস্থুন্না হায়রি—

ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ।
ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাৎবরে॥
( মুঃ উঃ ২/২/৮ )

"মায়া অমসুং অন্তঃকরণ উপাধিনা মরম ওইদুনা পর অমসুং অবর ( ঈশ্বর অমসুং জীব ) ওইনা লৈরিবা পরমাত্মা পরব্রহ্মাদুবু শংশঙনা মশামক্লি খঙলবা মীদুগী হৃদয়গী কিশি নান্থোকই ( অচেতন ওইবা অন্তঃকরণ অমসুং চেতন আত্মাবু অমত্তা ওইনা খঙলম্বা অদু কোকই ), মশাগী মশক খঙদদুনা চিংনবা লৈরম্বা পূম্নমকদুসু কোকথোকই, অদুগা মানা অহানবদা তৌথিবা কর্ম্ম পূম্নমকসু মাঙখি।"

মতৌ অসুম্না কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা নত্তবা মশাগী অশেংবা মশক খঙবদগী অমুক হন্না পোকপা-শিবা নাইনা লৈনবগী মরম কর্ম্ম লৈতবদগী জ্ঞানী ওইবা মী অদু সংসারসিদা অমুক হন্না পোক্তে, মহাক প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদুনা শিবমক্তদা ব্রহ্মদা তিল্লী। অদুগা মশাগী মশকপু খঙদবা মীদি মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তানি খঙবা ( নীংবা ) মরমদগী হন্না হন্না পোকপা-শিবা নাইবা সংসারসিদা কর্ম্মগী মতুং ইন্না অব্রা-অনা ফংদুনা লৈ। মসিবু মনুনসু অসুম্না হায়রি—

সম্যগ্দর্শনসম্পন্নঃ কর্ম্মভির্ন নিবধ্যতে।
দর্শনেন বিহীনস্তু সংসারং প্রতিপদ্যতে॥
( মনুস্মৃতি ৬/৭৪ )

"মশাবু অশেংবা মওঙদা শংশঙনা খঙলবা মী সংসারসিদা কর্ম্মশিংনা পুন্দুনা লৈতে, অদুগা মশাবু শঙশঙনা খঙদবা মী সংসারবু ফংদুনা লৈ।"

হায়রিবা মসি পূন্নমকসিবু শ্রীভগবান্না শ্লোকসিদা শমলপনা তাকলিবনি ॥২৫॥

অহানবদা কাম অমসুং ক্রোধগী (অপাম-মিহৌ অমসুং অশাউবগী) ঈহূন লাকলবদি মদু থিংদুনা নেমথহন্নবা হোৎনগদবনি হায়বসি ২৩শুবা শ্লোকতা তাকখ্রে, হৌজিক্তি মখোয় অনীদুবু সুকপোক পোকহন্দনবা হোৎনগদবনি মদুতদা পূন্সী নীংথিনা মহয় য়ানগনি হায়না তাকলি—

কামক্রোধবিযুক্তানাং যতীনাং যতচেতসাম্।
অভিতো ব্রহ্মনির্ব্বাণং বর্ত্ততে বিদিতাত্মনাম্ ॥২৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—কামক্রোধবিযুক্তানাং = অপাম-মিহৌ অমসুং অশাউববু পূমথা থাদোকলবা (পূক্নীংদা সুকপোক পোকহল্লবা), যতচেতসাম্ = পূক্নীংবু নীংথিনা লাকশিন্দুনা থমলবা, যতীনাং = মদুগীদমক কন্না হোৎনহুনা লৈবা; বিদিতাত্মনাং = পরমাত্মতত্ত্ববু শংশঙনা খঙলবা মী-শিংদুগী, অভিতঃ = মফম অমসুং মতম পূন্নমক্তা (হিংলিঙৈগী মতম অমসুং শিরবা মতুং অনীমক্তা) ব্রহ্মনির্ব্বাণং বর্ত্ততে = ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ লেঙদনা লৈ ॥২৬॥

**অপুনবা অর্থঃ**— অপাম-মিহৌ অমসুং অশাউববু পূক্নীংদা সুকপোক পোকহল্লবা, পূক্নীংবু ফাজিন্দুনা থল্লবা অমসুং য়াম্না কন্না

হোৎনহুনা আত্মতত্ত্ববু শংশঙনা খঙলবা মী-শিংগীদি হিংলিঙৈগী মতম অমস্তুং শিরবা মতুং অনীমক্তা ব্রহ্মদা তিন্দুনা লৈবগী মশক ওইবা মোক্ষ অসি লেঙদনা লৈ ( হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতমদা মখোয়শিংহু জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈ, অহুগা শিরবা মতুংমক্তদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মশাগী অশেংবা শক্তমদা লৈ ) ॥২৬॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না "অভিতঃ"—"মফম ১স্তুং মতম পূন্নমক্তা" 'অস্তুন্না হায়বগী মরমদি অসিনি—কাম-ক্রোধনচিংবা পূন্নমকপু লাকশিন্দুনা আত্মজ্ঞান ফংনবা হোৎনরগা মশাগী মশকপু শংশঙনা ব্রহ্ম ওইনা খঙলবা মীনা হিংহুনা লৈরিঙৈগী মতমদস্তু তাইবংপান পূন্নমকসিবু মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ওইনা উহুনা (য়েংহুনা) লৈ; মানা য়েংলু-য়েংলুব মফমশিংদা ব্রহ্মগী সত্তা (অরৈবা) নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎ অমগী তোঙান্না সত্তা উদে। শীন্-থুংনা লৈবা ব্রহ্মগী সত্তা অহুনা অতোপ্পা পোৎশিংস্তু লৈবগুম উবনি হায়বসি মানা লেপ্পী। মতৌ অস্তুন্না মখোয়দা ( পোৎশিংহুদা ) উরিবা সত্তা অহুবু পূক্লীংদা নীংথিনা বিচার তৌহুনা ব্রহ্মগীনি খঙলবদি পোৎশিং অহু উরবস্তু মতম অহুম্মক্তা লৈতবনি হায়বসি নীংথিনা লেপ্পা ঙম্মী। মরমদি সত্তা অহু লৌথোকপ্রবদি পোৎশিংহু লৈ হায়বা য়াদে। মরম অসিনা উরি-খঙলিবা পোৎ পূন্নমকসিবু মতম অমস্তুং মফম পূন্নমক্তা ব্রহ্মগী মশকমক্কি হায়বসি শ্রুতিনা অস্তুন্না তাকলি—"**ব্রহ্মৈবেদমমৃতং পুরস্তাদ্ব্রহ্ম পশ্চাদ্ব্রহ্ম দক্ষিণতশ্চোত্তরেণ। অধশ্চোর্ধ্বঞ্চ প্রসৃতং ব্রহ্মৈবেদং বিশ্বমিদং**

**বরিষ্ঠম্‌॥** (মুঃ উঃ ২/২/১১)—"লেঙলি-পাল্লিবা ত্মাইবং পুন্নমকসি অমৃতগী মশক ওইবা ব্রহ্মমক্নি, মাঙদস্মু ব্রহ্মনি, তুংদস্মু ব্রহ্মনি, ওয়-য়েৎ অনীমক্তস্মু ব্রহ্মনি, থক-খা অনীমক্তা চাইদূনা লৈরিবা অসিস্মু ব্রহ্মনি, করি অমুক হায়গনি সংসার পুন্নমকসি খ্বায়দগী অথোইবা ব্রহ্মত্মক্নি॥" মসিদা নত্তনা জ্ঞানীনস্মু পূন্নমকসিবু মশাগী মশক ওইনা অস্মুন্না হায়রি—**অহমেবাহধস্তাদহমুপরিষ্ঠাদহং পশ্চাদহং পুরস্তাদহং দক্ষিণতোহহমুত্তরতোহহমেবেদং সর্ব্বম্‌॥** ( ছাঃ উঃ ৭/১৫/১ )—"মখাদস্মু ঐমক্নি, মথক্তস্মু ঐমক্নি, তুংদস্মু ঐমক্নি, মাঙদস্মু ঐমক্নি, য়েত্তস্মু ঐমক্নি, ওয়দস্মু ঐমক্নি, লৈরি-উরিবা পূন্নমকসি ঐমক্নি।"

মরম অসিনা জ্ঞানী হিংত্বনা লৈরিবৈগী মতমদস্মু ব্রহ্ম ওইনা লৈ হায়বসিদা চিংনফম লৈতে; প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইত্বনা শিবমক্তদা ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ হায়বসিদদি করি অমুক হায়গনি ? অশেংব-মক্তি পূন্নমকসি ব্রহ্মমক্নি; অত্বু ভ্রমদগী ( শেরান্ননা খঙবদগী ) ঐখোয়না তোঙান্না উরিবনি॥২৬॥

অহানবদা শ্রীভগবান্না নিষ্কামকর্ম্ম তৌত্বনা পূক্নীং শেংদোকনবা হোৎনগদবনি হায়বসি শুগায়না তাকপ্রে; হৌজিক "**স যোগী ব্রহ্মনির্ব্বাণম্‌**" ( ৫/১৪ ) হায়খিবা অত্বদা পূক্নীং লাকশিন্দূনা যোগী করম্না ওইবা ঙমগদগে হায়বসি তাকনবগীদমক সূত্র ওইনা ( ব্রাহয় খজিক্তংনা মরূ ওইবা অথূপ্পা তাকপবু সূত্র কৌই ) অধ্যায়গী অরোইবদা শ্লোক অহুম হায়রি; মত্বদস্মু অহানবা শ্লোক অনীনা যোগ তৌনবা মওঙ তাকলি—

স্পর্শান্ কৃত্বা বহির্বাহ্যাংশ্চক্ষুশ্চৈবান্তরে ভ্রুবোঃ।
প্রাণাপানৌ সমৌকৃত্বা নাসাভ্যন্তরচারিণৌ ॥২৭॥
যতেন্দ্রিয়মনোবুদ্ধির্মুনির্মোক্ষপরায়ণঃ।
বিগতেচ্ছাভয়ক্রোধো যঃ সদা মুক্ত এব সঃ ॥২৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—বাহ্যান্=মপান্থোংগী ওইবা, স্পর্শান্=রূপ, রস, গন্ধনচিংবা (মওঙ-মশক, মহাউ, মনমনচিংবা) বিষয়শিংবু, বহিঃ কৃত্বা=পূক্নীংদগী মপান্দা থাদোকলগা, চক্ষুঃ চ=অদুগা মীৎপুস্থ, ভ্রূবোঃ অন্তরে এব ( কৃত্বা )=পীশূম অনীগী ময়ায়মক্তদা থমলগা ( মীৎ অনীনা পীশূম অনীগী ময়ায়মক্তবু য়েংলগা ), নাসাভ্যন্তর-চারিণৌ=নাতোনগী মনুংদা হোন্দোক হোনজিন তৌদুনা চংলিবা, প্রাণাপানৌ=প্রান অমসুং অপান কৌবা মুংশিং অনীবু সমৌ কৃত্বা=চপ মান্নবা থমলগা, যতেন্দ্রিয়মনোবুদ্ধিঃ=মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং, পূক্নীং অমসুং ব্রাখলবু ফাজিল্লবা, বিগতেচ্ছাভয়ক্রোধঃ=অনীংবা, অকিবা অমসুং অশাউবা লৈত্রবা, সদামোক্ষপরায়ণঃ=মোক্ষ ফংনবা হোৎনবদা মতম পুম্নমক্তা পূক্নীং চঙশিল্লবা, যঃ মুনিঃ=মরম অসিদগী আত্মাগী মরমদা মনন ( বিচার ) তৌদুনা লৈবা মী, সঃ=অসিগুম্বা মহাক অদু, মুক্তঃ এব=মোক্ষ ফংবমক ওই ॥২৭,২৮॥

**অপূনবা অর্থঃ**—মপান্থোংগী রূপ-রসনচিংবা বিষয়শিংবু পূক্নীংদগী মপান্দা থাদোকলগা ( তান্থোকলগা ), মীৎ অনীবুসু পীশূম অনীগী ময়ায়মক্তদা য়েংদুনা থম্লগা, নাতোন মনুংদা চংপা প্রাণ

অমস্তুং অপান কৌবা মুংশিং অনীবুস্তু চপ মান্নবা থম্লগা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং, পূক্লীং অমস্তুং রাখলবু ফাজীল্লবা, অনীংবা, অকিবা অমস্তুং অশাউবা লৈত্রবা, মোক্ষ ফংনবা হোৎনবদা মতম পুন্নমক্তা পূক্লীং থিংজিল্লবা অমস্তুং আত্মাগী মরমদা বিচার তৌরগা রাখল তৌবা অসিগুম্বা মী অদু শোয়দনা মোক্ষ ফংবমক ওই ॥২৭, ২৮॥

অথূপ্পা রা

সংসার অসিদা জীবশিংনা অরা-নুংঙাই ফংনবগী বিষয় (হীরম) ওইনা রূপ (মশক-মতৌ, মওঙ), রস (অথা-অয়াকনচিংবা মহাউ), গন্ধ (নমথিবা, নুংশিবা মনম) শব্দ (অয়াক-অমেং খোঞ্জেল) অমস্তুং স্পর্শ (অপেৎ-অকন থংবা, শোকপা-শম্নবা) মঙা অসি লৈ। মঙাসি নত্তনা তরুকশুবা ভোগ্য (অরা-নুংঙাই ফংনবা) বিষয় লৈতে। মঙা অসিদনা জীবশিংবু সংসারদা পুনহনা থম্লিবনি। মখোয়সি মপাম্লোংগী পোৎ ঙাক্তনি, হকচাং মনুংগী পোৎ নত্তে। অদুবু মপাম্লোংগী বিষয়শিংসিগা লোয়নবা মীৎ, লৈম্বেং, নাতোন, নাকোং অমস্তুং উনশা কৌবা ইন্দ্রিয়শিংগা মথং মনাউ নাইনা শম্নবদগী মখোয় পূক্লীংদা চঙলকই। মতুদগী জীবনা অরা-নুংঙাইনচিংবা ফংহনা মখোয় অদু পূক্লীংদা সংস্কার (য়াম্না কৃপ্পা ময়ি) ওইনা লৈহৌই। মতৌ অসুম্না সংস্কার ওইনা পূক্লীংদা লৈহৌরিবা বিষয়শিংহুগী মতুং ইন্না জীবনা পামদবা থাদোকনীংই অমস্তুং অপাম্বা লৌশিন্নীংই। মসি জীবশিংগী হৌনশা নত্রবস্তু রাখল লৈতবা মরমদগী, হৌনশা ওইবগুম তৌনা লৈ। মরম অসিনা রাখল লৈতারহুনা

মোক্ষ ফংনীংবা মীনা ধ্যানগী মশক ওইবা যোগ তৌগে হায়রবদি পূক্নীংদা লৈরিবা মপান্থোংগী বিষয়শিংহুবু মপান্দা লোথোক্কদবনি অমসুং কাউথোক্কদবনি। মহুমনা তৌরবতদা ধ্যান যোগ নীংথিনা তৌবা ঙমগদবনি মহু নত্রবদি পূক্নীং অহু বিষয়শিংবু নীংহুনা লৈগনি, স্তপনা য়েংবদা ধ্যান তৌই হায়বদা ওইগনি, মহুদি বিষয়শিংবু নীংবনি, অশেংবা ধ্যান নত্তে। মরম অসিনা ধ্যান করম্না তৌবা হৌনৈ হায়বসিবু শ্রুতিনসু অস্থুম্না তাকলি—"অন্তঃস্থানিন্দ্রিয়াণ্যন্তর্বহিঃস্থান্ বিষয়ান্ বহিঃ॥" (নাঃ পঃ উঃ ৩/২৬)—"হকচাংগী মনুংদা লৈবা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মনুংদা থমগদবনি (মপানগী বিষয়শিংদা চৎহল্লোইদবনি), অহুগা মপানগী বিষয়শিংবু মপান্দা থমগদবনি (পূক্নীংদা বিষয়শিংবু নীংলোইদবনি)।" মরম অসিদগী ধ্যান যোগ তৌবা মতমদা মীৎ অনীবু পীশুম অনীগী ময়ায়দা থম্মু হায়না ভগবান্না তাকলিবনি। মরমদি মীৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌরবদি তুম্নীংলকপা লাক্কুনা ধ্যান তৌবা থাদোক্কনি, অহুগা মীৎ পাঙথোক্কুনা লৈরবদি মাঙদা লৈবা নত্রগা লাকপা পোৎশিংদা য়েংহুনা বুদ্ধি চোইগনি। মরম অসিনা মীৎপু য়াম্নসু পাঙথোক্কনা অমসুং য়াম্নসু উইশিন্দনা পীশুম অনীগী ময়ায়দা য়েংহুনা থম্লবদি য়াম্না খুনমক ধ্যেয়দা (নীংলিবা পোৎশক অহুদা) পূক্নীং লূপশিল্লক্কুনা ধ্যানযোগ নীংথিনা তৌবা য়াই।

মতৌ অস্থুম্না ধ্যানগী অভ্যাস নীংথিনা তৌবা ঙমলকলবদি নুংশাসোর হোন্দোক-হোনজিন তৌহুনা চৎলিবা অসিসু য়াম্না তপনা চৎশিল্লকই। মন ধ্যানদা লূপ্লুন লৈরবদা নুংশাসোর হোল্লি হায়বা

ফাওবস্নু অয়েংবা মীনা খণ্ডদে। মসি প্রাণ অমস্নুং অপানবু চপ মান্নবা থম্বা হায়বছিনি। ফীবম অসি য়ৌনবা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তক্তনা চাং নাইনা তৌহুনা লৈগদবনি। মসিদা প্রাণায়ামগী নিয়মগী মতুং ইন্না পূরক, কুম্ভক অমস্নুং রেচক তৌহুনা লৈরবদি মহুদা পূক্নীং চঙদূনা লৈবা মরমনা কদৌৈঙদস্নু ধ্যান নীংথিনা তৌবা য়ারোই। মহুগী মরমদা করিমত্ত খন্দনা হৌনশা ওইনা থন্নায় (প্রাণ) য়াম্না তপ্‌না চংথোক-চংশিন তৌহুনা লৈবা অহুদা ধ্যানযোগদা মতেং পাংলিবনি। ধ্যানবু মচেৎ ওইনা থমলগা প্রাণায়ামবু মপূং ওইনা লৌদুনা মহুগীদমক পূরক, কুম্ভক অমস্নুং রেচক কদৌৈঙদস্নু য়াম্না কন্না তৌরোইদবনি। মরমদি মহুগীদমক অহানবদা আসন-নচিংবা সিদ্ধ তৌবা তাই, অমস্নুং অকুপ্পা অফবা চীঞ্জাক চাদূনা হকচাংবুস্নু নীংথিনা শেংদোকপা তাই। নত্রবদি কান্নবগী মহুত্তা য়াম্না অমাঙবতা ওইগনি; পুনসী শাংনবা হোৎনবদা য়াম্না তেনবা ওইগনি। মরম অসিনা হঠযোগপ্রদীপিকাদা অস্নুন্না হায়রি –

প্রাণায়ামাদিযুক্তেন সর্ব্বরোগক্ষয়োভবেৎ।
অযুক্তাভ্যাসযোগেন সর্ব্বরোগসমুদ্ভবঃ॥ (২/১৬)

'প্রাণায়াম তৌনবা তাকইবা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না প্রাণায়াম তৌবদগী হকচাংগী অনাবা পূম্নমক মাঙই; অহুগা চাবা-থকপনচিংবা নিয়ম কায়না অভ্যাস তৌরিবা প্রাণায়ামদগীদি হকচাংদা অনাবা পূম্নমক পোকলকই।"

যোগরসায়ন কৌবা লাইরিক্তস্নু অস্নুন্না হায়রি--"পথ্যাভাবে ভবেদ্‌ যোগী নানারোগসমন্বিতঃ।" (৬৯)– "যোগ তৌবদা

হৌনবা নিয়ম ঙাক্তুবদি যোগীগী হকচাংদা মখল মথা অয়াম্বা লায়না পোকই।" মরম অসিনা অশেংবমক্তি অখণ্ড-অহৈ গুরু লৈত-য়াওদনা মীনা কদৌঙৈদম্বু অকনবা প্রাণায়াম তৌরোইদবনি। করিগুম্বা তৌনীংবা থোক্লবম্বু মশাগী হকচাং য়েংদ্বুনা ভস্ত্রিকা অমম্বুং চন্দ্রভেদন কৌবা প্রাণায়াম অনীতবু তৌগদবনি।

ভস্ত্রিকা প্রাণায়াম—অয়ূক অমম্বুং নুমিদাংবাই পুক হাঙনা কোমনা লৈবা মতমদা অশেংবা নুংশিৎ লৈবা মফমদা আসন থাদুনা থোঙ্গ্রাই চন্দুনা ফমলগা য়েংথংবা খুৎকী খুৎপী অমম্বুং খুৎয়ায়বু নাতোনগী নাকল্ অনীদা থমগদবনি। মদুদগী খুৎপীনা য়েংথংবা নাতোন নমদুনা মেনশিলগা খুয়ায় থাদোক্তুনা ওইথংবা নাতোন্দগী নুংশিৎ থাদোকলগা মদুমক্তদা অমুক হন্না য়াম্না তপ্না তপ্না নুংশিৎ ওম্বমথৈ চিংশিনগদবনি; মতৌ অম্বুন্না চিংশিনবা লোইব-মক্তদা খুৎয়াইনা ওয়থংবা নাতোন নমদুনা মেনশিল্লগা খুৎপী থাদোক্তুনা য়েংথংবা নাতোন্দা তপ্না তপ্না নুংশিৎ থাদোক্কদবনি, অদুগা মদুমক্তদা অমুক হন্না য়াম্না তপ্না ওম্বমথৈ নুংশিৎ চিংশিল্লগা খুৎপীনা মদু নমদুনা মেনশিল্লগা খুৎয়ায় থাদোক্তুনা ওয়থংবা নাতোন্দা নুংশিৎ অদুবু থাদোক্লগা অমুক হন্না মদুমক্তদা চিংশিন-গদবনি অমম্বুং য়েংথংবা নাতোন্দা থাদোক্কদবনি। মতৌ অম্বুন্না তৌবা প্রাণায়ামবু ভস্ত্রিকা কৌই। মসি নুমিৎ খুদিংগী অয়ূক অমম্বুং নুমিদাংবাইদা মিনিট ১৫ রোম চাং নাইনা তৌরবদি হকচাংগী মনুংদা লৈবা শিংলী পুম্নমক শেংদোকখিদুনা হকচাং ফবা ওই। মরমদি তপ্না চিংশিনখিবা নুংশিৎ অদুদা লৈবা অমম্বুং প্রাণতত্ত্ব

ওইবা ওক্সিজন ( Oxygen ) তত্ব, শিংলী পূম্নমক্তা চঙখিহ্নুনা মখোয়দা লৈরম্বা ফত্তবা নাইট্রোজন ( Nitrogen ) তত্ব লৌথোকই অমস্তুং মহু তপ্না হোন্দোকলিবা নুংশিৎ অহ্নগা লোয়ননা মপান্দা লাকই ; মহুদগী শিংলৌশিং শেংবা মরমনা হকচাং ফে।

চন্দ্রভেদন প্রাণায়াম—ঈরু-মায়থজহ্নুনা লাই খুরুমগে হায়না ফম্বা মতমদা হান্নগী মতৌগুম্না ( ভস্ত্রিকা প্রাণায়ামদা তৌখিবগুম্না ) খুৎপী অমস্তুং খুৎয়ায় নাতোলগী নাকল অনীদা থমলগা অহানবদা ওইথংবা নাতোন্দা নুংশিৎ, তপ্না চিংশিন্দুনা ( পূরক তৌহ্নুনা ) মতুংদা নাতোন অনী থিংজিল্লগা ( মেনশিল্লগা পূক্তা ঙম্বমথৈ নুংশিৎ থিংহ্নুনা থমলগা ( কুম্ভক তৌরগা ) য়েৎ থংবা নাতোন থাদোক্নুনা মহুদা তপ্না তপ্না, থিংহ্নুনা থমল্লিবা নুংশিৎ অহ্নবু থাদোক্কদবনি ( রেচক তৌগদবনি ) মসিদা প্রাণায়াম অমা ওই। মহুদগী হান্নগী মতৌগুম্না য়েৎথংবা নাতোন্দা নুংশিৎ চিংশিল্লগা পূক্তা পূরক তৌহ্নুনা থম্লবা মতুংদা ওইথংবা নাতোন্দা থাদোক্কদবনি। মসি অনীশুবা প্রাণায়ামনি। অহুমশুবদদি অহানবগী মতৌগুম্না তৌগ-দবনি। মসিদগী হেন্না তৌরোইদবনি, তৌনীংবা থোকলবস্তু মঙারক্তগীদি কদৌঙৈদস্তু হেন্না তৌরোইদবনি। মসিগী কুম্ভক ( পূক্তা নুংশিৎ থিংহ্নুনা থম্বা ) খুদিংমক্তা পূক্নীংদা ওঁকার নত্রগা গায়ত্রী শোন্দুনা লৈগদবনি। মসিবু চন্দ্রভেদন প্রাণায়াম কৌই। মখল মখা অয়াম্বা প্রাণায়ামশিংগী মনুংদা অনীসিদবু অৎোইবনি হায়না যোগরসায়নদা অস্তুম্না তাকলি—

দ্বাবেব তেষু সর্ব্বেষু প্রাণায়ামৌ বরৌ মতৌ।
চন্দ্রভেদনসংজ্ঞশ্চ ভস্ত্রিকা সংজ্ঞকস্তথা ॥৫০॥

"মখল মখা অয়াম্বা প্রাণায়াম পুন্নমক্কী মন্নুংদা চন্দ্রভেদন অমস্নুং ভস্ত্রিকা কৌবা প্রাণায়াম অনীসি খ্বায়দগী অথোইবনি।"

প্রাণায়াম কদায়বু কৌবগে অমস্নুং করম্না তৌবা হৌনৈ অসিনচিংবগী মরমদা মরিগুবা অধ্যায়গী ২৯ অমস্নুং ৩০ শুবা শ্লোক্কী অথূপ্পা ৱাদা থরা শুগায়না অমস্নুং শমলপনা ইখ্রে। খঙনীংবা মীনা মতুদস্থ য়েংবীগদবনি। মসিদা নত্তনা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌনীংবা মীনা পুক্নীং, ইন্দ্রিয়শিং, অপাম-মিহৌ, অশাউবনচিংববু মশাগী মখা পোলহন্দূনা থম্নবস্থ হোৎনগদবনি। মখোয়বু ঈথা পোলহন্দূনা থম্বা ঙমলবদি মোক্ষ ফংবসি শোয়দবনি। মসিবু শ্রুতিনস্থ অস্নুম্না হায়রি —

ইন্দ্রিয়াণাং নিরোধেন রাগদ্বেষক্ষয়েন চ।
অহিংসয়া চ ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে॥
( নাঃ পঃ উঃ ৩/৪৫ )

"ইন্দ্রিয়শিংবু থিংদুনা থম্বদগী, অপাম-মিহৌ, কলক য়েংথি মাঙখিবদগী অমস্নুং প্রাণীশিংগী হিংসা তৌদবদগী মীনা মোক্ষ ফংবদা মতীক চায়।"

মরম অসিদগী মফম অসিদস্থ মসি পূন্নমকসি লৌদূনা শ্রীভগবান্না মোক্ষ ফংনীংবা মীগীদমক তাকপনি ॥২৭, ২৮॥

মতৌ অসুম্না ধ্যানযোগদা চঙদূনা লৈবা মীনা করি খঙলগা মুক্তি ফংবা ঙম্মি হায়বসিবু অসুম্না তাকলি—

**ভোক্তারং যজ্ঞতপসাং সর্ব্বলোকমহেশ্বরম্।**
**সুহৃদং সর্ব্বভূতানাং জ্ঞাত্বা মাং শান্তিমৃচ্ছতি ॥২৯॥**

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে কর্ম্মসংন্যাস যোগো নাম পঞ্চমোধ্যায়ঃ ॥৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যজ্ঞতপসাং = শ্রুতি স্মৃতিনচিংবনা তাকপদগী তৌরিবা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্মশিং অমসুং অরাম খৌরাংনচিংববু খাঙদূনা হকচাং ইন্দ্রিয়নচিংববু লাকশিন্নবা তৌরিবা তপশিংগী, ভোক্তারং =অতৌবা ওইদুনা নত্রগা দেবতাশিং ওইদুনা মহয় চারিবা, সর্ব্বলোকমহেশ্বরম্ = পৃথিবীনচিংবা লোক পূম্নমকপু খ্বায়দগী মকোক ওইনা ঙাক-শেন্দূনা লৈরিবা, সর্ব্বভূতানাং = য়াম্না পীকপা তীল-কাঙনচিংবা জীবশিংদগী হৌদুনা ব্রহ্মা ফাওবগী, সুহৃদং = মরূপ ওইনা কান্নবা তৌরিবা, মাং জ্ঞাত্বা = নারায়ণ ঐহাকপু মশামক্লি খঙলগা, শান্তিং ঋচ্ছতি = মী অদুনা পরমশান্তিগী মশক ওইবা মোক্ষবু ফংই ॥২৯॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—যজ্ঞ, তপনচিংবগী মহয় চারিবা, পৃথিবী-নচিংবা লোক পূম্নমকপু ঙাকপি শেনবীদুনা লৈবা মপু ওইবা, জীব পূম্নমক্কীসু অথোইবা মরূপ ওইদুনা কান্নবা তৌরিবা নারায়ণ ঐহাকপু মশামক্লি খঙলবা মীদুনা পরমশান্তিগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংই ॥২৯॥

## অথুপ্পা রা

শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না—"কৃষ্ণ ঐবু খঙলবা মীনা মোক্ষ ফংই" হায়না তাকলি। অদুবু মসিদা অর্জ্জুননা অস্মুন্না হায়বা য়াই—"কৃষ্ণ নহাকপুদি অহিং মুংথিল অনীমক্তা ঐনা য়েংদুনা খঙদুনা লৈ, ঐস্মু মোক্ষ ফংবনা চুম্মী।" অস্মুন্না অর্জ্জুননা চিংনবা অসিবু কোকহনগে হায়বগীদমক শ্রীভগবান্না মাগী মশক তাকপদা যজ্ঞ-তপনচিংবগী মহয় চাবা অসিনচিংবা অতোপ্পা বিশেষণশিংবু পীরিবনি। অর্জ্জুননা উরিবা অমস্মুং খঙলিবা কৃষ্ণ অদুদি মায়ানা মরম ওইদুনা মীওইবগী হকচাং লৌবগুম তৌনা লৈরিবনি, মাগী হকচাং অদু মায়িকনি ( মায়ানা শাবনি )। মরম অসিনা অর্জ্জুননা খঙলি-উরিবা কৃষ্ণ অদু মাগী অশেংবা মওঙ-মশক নত্তে। মাগী (কৃষ্ণগী) অশেংবা মওঙ-মশক্তি সৎ-চিৎ-আনন্দনি, মহাক মফম, মতম অমস্মুং পোৎ পূন্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবনি ; সংসারসিদা মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" ( ছাঃ উঃ ২/৪/৩ )—"তাইবংপান পূন্নমকসি ব্রহ্মমক্তি।" "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" ( বৃঃ উঃ ৪/৬ )—"লেঙলি পাল্লিবা পূন্নমকসি আত্মা অসিমক্তি" অসিনচিংবা শ্রুতিশিংদগী শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক ব্রহ্মমক্তি অদুগা আত্মা অসিস্মু মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে। অন্তঃকরণনচিংবা উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা মহাক যজ্ঞ তৌবা, তপ তৌবনচিংবা মী অমস্মুং লাইশিং ওইদুনা যজ্ঞনচিংবগী মহয় চারিবনি। শ্রুতিনস্মু অস্মুন্না হায়রি—"একো দেবঃ সর্ব্বভূতেষু গূঢ়ঃ সর্ব্বব্যাপী

সর্ব্বভূতান্তরাত্মা। কর্ম্মাধ্যক্ষঃ সর্ব্বভূতাধিবাসঃ সাক্ষী চেতা কেবলো নির্গুণশ্চ॥" (শ্বে তঃ উঃ ৬/১১)—"দেব অমত্তংদা প্রাণী (থৱায়পানবা) পূম্নমক্তা থূপ্পনা লৈ. মহাক মকম পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈ, অমস্তুং প্রাণী পূম্নমক্কী অন্তরাত্মানি (মনুং চন্না লৈবা আত্মানি), কর্ম্মশিংগী মপু ওইবনি, অচং-চক্ত প্রাণী পূম্নমক্কী চঙজফম ওইনা লৈফমনি, অফ-ফত্ত পুম্নমক্কী সাক্ষীনি, চেতনগী (জ্ঞানগী) মশক্তি, পূম্নমক স্পনা মহাকমক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমা লৈতে অমস্তুং মহাক নির্গুণনি (গুণ অমত্ত লেতবা লেঙদনা লৈবা তত্ত্বনি)।" মরম অসিনা ভোক্তা ওইনা লৈরিবা জীবশিং অমস্তুং লাইশিং পূম্নমক কৃষ্ণমক্তি। মহাক মায়া উপাধিনা মরম ওইদুনা পৃথিবীনচিংবা লোক পূম্নমকপুস্তু ঙাকপি-শেনবিবা খায়দগী অথোইবা মপু ঈশ্বরনি। শ্রুতিনস্তু অস্তুম্না হায়রি—"সর্ব্বেষাং ভূতানামধিপতিঃ সর্ব্বেষাং ভূতানাং রাজা" (বৃঃ উঃ ২/৫/১৫)—"মহাক প্রাণী পূম্নমক্কী অথোইবা মপুনি অমস্তুং নিংথৌনি।" "তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরং তং দেবানাং পরমঞ্চ দৈবতম্" (শ্বতঃ উঃ ৬/৭)—"মহাক ঈশ্বরশিংগী (মতীক-মগুণ চাউবশিংগী) মনুংদা অথোইবা পরমেশ্বরনি অমস্তুং দেবতাশিংগী মনুংদা অথোইবা দেবতানি।" অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা ঈশ্বরসি প্রাণী পূম্নমক্কী হৃদয়দা (থম্মোইদা) লৈদুনা পূম্নমক্কী কান্নবা তৌই, মতুদা মীচং-মীথায় করিমত্ত নাইদে। স্মৃতিদস্তু অস্তুম্না হায়রি—"তৎ সর্ব্বপ্রাণিহৃদয়ং সর্ব্বেষাঞ্চ হৃদি স্থিতম্" (হারিত ৭/৭)—

"মহাক জীব পূম্নমক্কী হৃদয়নি, পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈরিবনি।" মরম অসিদগী মহাক পূম্নমক্কী কান্নবা তৌবা অথোইবা মরূপনি। শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুম্না হায়রি—

অহমাত্মোদ্ধবোঽমীষাং ভূতানাং সুহৃদীশ্বরঃ।
অহংসর্ব্বাণি ভূতানি তেষাং স্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ॥
(১১/১৬/৯)

"হে উদ্ধব! ঐ (শ্রীকৃষ্ণ) প্রাণী পূম্নমক্কী আত্মা, অথোইবা মরূপ অমসুং ঈশ্বরনি (মপুনি), ঐমক প্রাণী পূম্নমক অসিনি, মখোয়গী পোকপা, লৈবা অমসুং শিবা পূম্নমক্কী মরমসু ঐমক্নি।"

মরম অসিনা অসিগুম্বা কৃষ্ণগী মশক থঙলবতদা মীনা মোক্ষ ফংগনি, মায়াগী হকচাং লৌদূনা লৈবা শ্রীকৃষ্ণবু য়েংলগা অমসুং খঙলগা মোক্ষ ফংবা য়ারোই, মতুদগীদি সংসারগী নুংঙাইবা অমসুং পেন্‌বা ফংবা য়াগনি। লৌশিং লৈবা মীনা মতু ফংনবা খক হোৎনরোইদবনি, সূপ্‌না আনন্দগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা তিন-নবা হোৎনগদবনি॥২৯॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী
মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমসুং
শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউথুম ওইনা ভাঙনবদা
"কর্ম্মসন্ন্যাস যোগ" কৌবা মঙাশুবা
অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা
ইবা অথূপ্পা রাগা লোয়নবা
অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে॥৫॥

— ॐ —



শ্রীপরমাত্মনে নমঃ

# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরুকশুবা অধ্যায়

## ( ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ )

তরুকশুবা অধ্যায়সিগী মমিংদি আত্মসংযমযোগনি। মসিদা "স্পর্শান্ কৃত্বা বহির্বাহ্যান্" অসিনচিংবা শ্লোক অহুম্মা সূত্র ওইনা য়াম্না শমনা ধ্যানযোগগী মরমদা মঙাশুবা অধ্যায়গী অরোইবদা হায়খিবহুগী শন্দোকনা ব্যাখ্যান তৌগনি, ধ্যানযোগগী মপান অমস্তুং মনুংচনবা সাধনশিং তাক্লুনা মহু তৌবদা মতীক চাবা কনানো অমস্তুং মহুগী মহয় করিনো হায়বহুবুস্তু তাক্কনি। মহুদা মন (পূক্নীং) শেংদ্রবদি ধ্যান যোগ নীংথিনা তৌবা য়াদবা মরমদগী পূক্নীং শেংদোকনবা খ্বায়দগী অথোইবা উপায় কর্ম্মযোগবু থাগত্নুনা অহানবদা অস্থুম্মা হায়রি—

শ্রীভগবানুবাচ

অনাশ্রিতঃ কর্ম্মফলং কার্য্যং কর্ম্ম করোতি যঃ।
স সংন্যাসী চ যোগী চ ন নিরগ্নির্ন চাক্রিয়ঃ॥১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়খি; যঃ=মীহুনা, কর্ম্মফলং=বেদনচিংবা শাগ্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংগী মহয়শিংবু, অনাশ্রিতঃ=য়েংলু-প মলুবা তৌদনা, কার্য্যং= তৌবা হৌনৈ হায়তুনতা লেপলগা, কর্ম্ম করোতি=থবকশিংতুবু তৌতুনা লৈ, সঃ=অসিগুম্বা মহাক অতু, সংন্যাসী চ যোগী চ= সন্ন্যাসীনি অমসুং যোগীসুনি ন নিরগ্নিঃ=মৈদা পীবা হৌনবা অগ্নি-হোত্র, হোমনচিংবা থাদোকলগদা সন্ন্যাসী ওইব নত্তে, ন চ অক্রিয়ঃ =দাননচিংবা পুণ্যগী থবকশিং থাদোক্তুনা তুমিন্না লৈরবতদা যোগী নত্তে ॥১॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— শ্রীভগবান্না হায়খি— মীতুনা বেদনচিংবনা তৌ তাকপা কর্ম্মশিংগী মহয় পাম্বা থাদোকলগা সুপনা তৌবা হৌনৈ লেপ্পুনা কর্ম্মশিংতুবু তৌতুনা লৈ, অসিগুম্বা মহাক অতু সন্ন্যাসীনি অমসুং যোগীনি, সুপনা মৈদা তৌবা হৌনবা কর্ম্ম থাদোকপদনা সন্ন্যাসী নত্তে, অতুগা সুপনা দান-নচিংবা কর্ম্ম থাদোক্তুনা তুমিন্না লৈরগদা যোগী নত্তে ॥১॥

## অথুপ্পা রা

পূক্নীং শেংদনা যোগ তৌবা য়াদে ; যোগগী অর্থ পুক্নীংবু ফাজিনবনি। শেংদবা পুক্নীংবু কনানসু ফাজিনবা ঙমদে. মতু মতম পূন্নমক্তা বিষয়শিংদা চত্তুনা লৈ। মরম অসিনা যোগ তৌগে হায়রবদি অহানবদা পূক্নীং শেংনবা হোৎনবা তাই। অতুগা পুক্নীং শেংনবা খ্বায়দগী অথোয়বা উপায়দি মহয় পাম্বা থাদোক্তুনা

বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংনা তৌ হায়না তাকপা পুণ্য ওইবা কর্ম্মশিংবু তৌবনি। মাসি যোগগী মপাম্থোংগী সাধননি ( বহিরঙ্গ উপায়নি )। মপাম্থোংগী সাধন নৈংথিনা তৌদনা মন্নুংচনবা সাধন (অন্তরঙ্গ উপায়) তৌবা য়ারোই। তৌরবস্থ মতুদগী মহয় নীংথিনা ফংবা (মহয় য়ানবা) ঙম্মোই ; তৌই হায়বদমক থোক্কনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অন্তরঙ্গ (মনুংচনবা) সাধনগা লোয়ননা ধ্যানযোগ তাক্কে হায়বগীদমক বহিরঙ্গ সাধন নিষ্কামকর্ম্মবু থাগত্তুনা যোগ তৌনীংবা য়ুম্বানবা মীশিংবুস্থ সন্ন্যাসীনি হায়রিবনি। **সন্ন্যাসগী অর্থ নীংথিনা থাদোকপনি।** মরম অসিনা কর্ম্মগী মহয়-নীংথিনা থাদোকলবদি য়ুমবানবা মীবুস্থ সন্ন্যাসী হায়বা য়াই। অদুবু মসি থাগত্তুনা হায়বনি, অশেংবা সন্ন্যাসীদি নত্তে। অশেংবা সন্ন্যাসীদি শিখা. সূত্র ( লুগুণ ) থাদোকপা মরমদগী বেদনা তাকপা অমস্থং মৈগা মরী লৈনবা অগ্নি-হোত্র, হোমনচিংবদা মতীক লৈতে হায়বদি পূমথা থাদোকলে। মসিদগী সন্ন্যাসীবু নিরগ্নি হায়নৈ। অদুগা পৈশা তান্দবা মরমনা দান-নচিংবা পুন্যকর্ম্ম তৌদবা অমস্থং যোগ সাধনদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা যোগীবু অক্রীয় ( দান-নচিংবা কর্ম্ম তৌদবা ) হায়নৈ। অদুবু য়ুম্বানবা মীস্থ দান-নচিংবা কর্ম্ম তৌদুনা লৈরবস্থ মতুগী মহয় পামদনা তৌবা মরমদগী কর্ম্ম তৌদবগা চপ মান্নবগুম লৌদুনা মাবু যোগীনি থাগৎপনি। মরমদি তৌরিবা নিষ্কামকর্ম্মদুনা মরম ওইদুনা তুংদা নহাক অথোইবা যোগী ওইবা ঙমগনি। ব্যবহারদা যণবু থাগৎপদা—"শাদি যণমক্তনি, ইরোইনচিংবদি শা নত্তে" হায়নৈ। মসিদা অশেংবমক্তি ইরোইনচিংবা শা নত্তে হায়বা য়াদে ; সৃপনা যণতবু

থাগৎকে হায়বগীদমক ষণ নত্তবা ইরোইনচিংববু শা নত্তে হায়বতনি। মতৌ অস্থুম্ন মফম অসিদস্থু নিষ্কামকর্ম্ম তৌতুনা লৈবা য়ুম্বানবা মীবু থাগৎকে হায়বগীদমক মহাক সন্ন্যাসীনি অমস্থুং যোগীনি, নিরগ্নি-সন্ন্যাসী নত্তে অমস্থুং অক্রিয়-যোগী নত্তে হায়বনি। অশেংবমক্তি নিরগ্নি-সন্ন্যাসীনি অমস্থুং অক্রিয়-যোগীনি ॥১॥

অশেংবা সন্ন্যাসী অমস্থুং যোগী নত্রবস্থু নিষ্কামকর্ম্ম ( মহম্ম পামদনা তৌবা কর্ম্ম—থবক ) তৌতুনা লৈবা য়ুম্বানবা মীবু থাগতুনা কন্নি মরমদগী সন্ন্যাসীনি অমস্থুং যোগীনি হায়রিবনো? অস্থুম্না চিংনরবদা মতুগী মরম তাক্কুনা হায়রি—

যং সংন্যাসমিতি প্রাহুর্যোগং তং বিদ্ধি পাণ্ডব।
ন হ্যসংন্যস্তসংকল্পো যোগী ভবতি কশ্চন ॥২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—পাণ্ডব=পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন! যং= মৈনচিংবগা মরী লৈনবা অগ্নিহোত্রনচিংবা থবক পূম্নমক থাদোকপা অতুবু সংন্যাসম্=সন্ন্যাস কৌই, ইতি প্রাহুঃ=অস্থুম্না শ্রুতি স্মৃতিনচিংবনা হায়, তং=মতুমক্তবু, যোগং বিদ্ধি=নিষ্কামকর্ম্ম যোগনি খঙউ, হি=মসিগী মরমদি, অসংন্যস্তসংকল্পঃ=মহয়গী অপাম্বা থাদোক্তবা, কশ্চন=কনা অমত্তস্থু, যোগী ন ভবতি=ধ্যানযোগী ওইবা ঙমদে ॥২॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—হে পাণ্ডব অর্জ্জুন! মৈনচিংবগা মরী লৈনবা কর্ম্ম পূম্নমক থাদোকপা অতুবু সংন্যাস কৌই—অস্থুম্না বেদ-শাস্ত্রন-চিংবনা হায়; মতুমক্তবু নহাকনা নিষ্কামকর্ম্ম যোগনি খঙউ। মরমদি কর্ম্মশিংগী ফল পাম্বা থাদোক্তনা কনামত্তস্থু ধ্যানযোগী ওইবা ঙমদে॥২॥

## অথূপ্পা ৱা

ব্রহ্মচর্য্যানচিংবা আশ্রম মরিগী মনুংদা সন্ন্যাস আশ্রমসি খ্বায়গী অথোইবনি। শ্রুতিনসু অস্থুন্না হায়রি—"সংন্যাস এবাতিরেচয়তি" ( তৈং আঃ ১০/৬৫ ), "ন্যাস এবাতিরেচয়েৎ" ( মহানাঃ উঃ ২১/২ )—"সন্ন্যাস অসি খ্বায়দগী থোইনা মকোক ওইবনি।" ব্রাহ্মণাঃ পুত্রৈষণায়াশ্চ বিত্তৈষণায়াশ্চ লোকৈষণায়াশ্চ ব্যুৎথায়াহথ ভিক্ষাচর্য্যং চরন্তি।" (বৃঃ উঃ ৪/৪/২২) —"ব্রহ্মবু মশাগী মশক ওইনা শংশঙনা খঙনীংবা মীনা মচাগী অপাম্বা, লল-থুমগী অপাম্বা অমসুং স্বর্গনচিংবা লোককী অপাম্বা থাদোক্লগা, ভিক্ষাগী চেঙ চাদূনা লৈবগী মশক ওইবা সন্ন্যাস লৌঈ।" অস্থুন্না হায়রিবা সন্ন্যাসসিদা অপাম্বা থাদোকপগী মতৌগুন্না নিষ্কামকর্ম্ম যোগদসু ১হয়গী অপাম্বা অমসুং অতৌবগী নাপল থাদোকলগা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু তৌহুনা পূক্নীং শেংনবা হোৎনরগা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাবু খঙনীংবা মরমদগী সন্ন্যাসমক্তবু নিষ্কামকর্ম্ম যোগনি খঙউ হায়না চপ মান্নবগুন্না শ্রীভগবান্না তাকপনি। মরমদি অপাম্বা পোৎ ফংগে নীংবা থাদোক্লুবদি কনা অমত্তসু ধ্যানযোগ তৌবা ঙমদে; অদুগা মহুগী অভ্যাস তৌহুনা লৈরবসু নীংথিনা মহয় য়াল্লোই। মসিদি তৌরিবা খবকশিংগী মহয় পাম্বা থাদোকলবতদা মহয় য়ানগদবনি। নীংবা, পাম্বনচিংবা পুন্নমকসি মনগী ধর্ম্মনি। মহু পুন্নমক মনদা লৈত্রবতদা ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইগনি। মরম অসিনা যোগ কদায়বু কৌই

হায়বসিবু পাতঞ্জল যোগদর্শনদা অস্থুম্না তাকলি – "যোগশ্চিত্তবৃত্তিনিরোধঃ"—(১/২) – "মনগী বৃত্তিশিংবু থিংহ্না থম্বা যোগনি।" ঐখোয়গী মন অসি ঐখোয়না নীংবা, পাম্বা, খঙবনচিংবগী হীরম ওইবা পোৎশিং অতুগী মওঙ লৌদূনতা লৈ ; মশাগী অশেংবা মওঙ অমদি মশক্তা লৈতে। মতৌ অস্থুম্না মনগী মখল মখা অয়াম্বা পোৎশিংগী মওঙ ওইরিবতুবু বৃত্তি কৌই। মরম অসিনা শাস্ত্রকারশিংনা অস্থুম্না হায়রি – "অন্তঃকরণস্য বিষয়াকারেণ পরিণামো বৃত্তি" — "বিষয়গী ( হীরম ওইবা পোৎশিংগী ) মওঙ ওইনা মনগী মশক ওন্থোকপবু বৃত্তি কৌই।" হায়রিবা বৃত্তি অসি মশীং লাকঙমদনা লৈরবস্থু মতু পূম্নমক মন্থুং চঙশিনহন্দুনা মঙাখক্তবু অস্থুম্না তাকলি – "বৃত্তয়ঃ পঞ্চতয্যঃ ক্লিষ্টাহক্লিষ্টাঃ" (যোঃ দঃ ১/৫)— "অফ-ফত্ত পূম্নমক তিনশিল্লগা বৃত্তিশিং অসি মখল মঙানি" মতুদি— "প্রমাণবিপর্যয়বিকল্পনিদ্রাস্মৃতয়ঃ" ( যোঃ দঃ ১/৬ )—"প্রমাণ, বিপর্যয়, বিকল্প, নিদ্রা অমস্থুং স্মৃতিনি।" (১) অরানবা অমস্থুং চিংনবা লৈতনা করিগুম্বা পোৎ অমবু খঙনবা সাধনবু ( পান্থেবু ) প্রমাণ কৌই। প্রমাণ অসিনা খঙবা অমস্থুং উবা হীরমশিং ( পোৎশিং ) ওইনা মনগী মওঙ ওন্থোকপা অতুবু "প্রমাণবৃত্তি" কৌই। (২) "বিপর্যয়ো মিথ্যাজ্ঞানমতদ্রূপপ্রতিষ্ঠম্" ( যোঃ দঃ ১/৮ )—"করিগুম্বা পোৎ অমবু মাগী অশেংবা মশক খঙদনা অতোপ্পা পোৎ অমগী মশক ওইনা লান্না ( ওন্না-তৈননা ) খঙবা অতু 'বিপর্যয়'নি ; মসিবু "ভ্রম" হায়নস্থু কৌই। মতুগী বিষয় ওইনা

মনগী মওঙ ওদ্বোকপা **বিপর্যয় বৃত্তি** কৌই।" (৩) **"শব্দ-জ্ঞানানুপাতীবস্তুশূন্যো বিকল্পঃ"** (যোগঃ দঃ ১/৯)—"পোৎশক লৈত্রবস্তু হায়দোকপা ৱাহয়গী শক্তিদগী পোকপা জ্ঞানগী বিষয় ওইনা মনগী মওঙ ওদ্বোকপা অদু **বিপর্যয়বৃত্তি** কৌনৈ।" খূদমদি—"অখুংবীগী মচা" হায়বদা সংসারসিদা অখুংবীগী মচা অমত্ত লৈত্রবস্তু হায়খ্রিবা ৱাহয়হুগী শক্তিদগী পোকপা জ্ঞানগী বিষয় অখুংবীগী মচাগী মওঙ মনগী ওইবসি বিপর্যয় বৃত্তিনি। (৪) **"অভাবপ্রত্যয়া-লম্বনা বৃত্তির্নিদ্রা"** ( যোগঃ দঃ ১/১০ )—"তূমদনা লৈবা মতম অমম্তুং তূমথদুনা মঙ মঙবা মতমদা লৈবা পোৎশিং ৱাৎলবদা হায়বদি তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা করিমত্ত খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানবু খঙলিবা মনগী মওঙ অদুবু **নিদ্রাবৃত্তি** কৌই।" তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা মনসি অজ্ঞানগী মওঙ ওইনা লৈ হায়বসি য়াদ্রবদি হৌগৎলবা মতুংদা—"ঐ য়ান্না নুংঙাইনা তূমলম্মী মঙ ফাওবা মঙলমদে হায়বদি করিমত্তা খঙলমদে" হায়না নীংশিংবসি য়ারোই। মরমদি হান্না খঙদবা পোৎকী নীংশিংবা য়াদে, খঙখিবা পোত্তগী নীংশিংবা য়াই। মরম অসিনা হৌগৎলবা মতুংদা হায়বদি মীকপ থোকলবদা **"খঙলমদে"** হায়না নীংশিংবা অসিদগী, খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞানগী মওঙ ওইনা মন তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা লৈরম্মী হায়বসি লেপ্পা ঙম্মি। মসি মনগী নিদ্রাবৃত্তিনি। (৫) **"অনু-ভূতবিষয়াহসংপ্রমোষঃ স্মৃতিঃ"** ( যোগদঃ ১/১১ )—"অহানবদা খঙপ্রবা পোৎশিংবু থাদোক্তনা ওইবা জ্ঞান-স্মৃতিনি ( নীংশিংবনি ), হায়বদি মনদা ( অন্তঃকরণদা ) হান্না উখি-খঙখিবা পোৎকী লৈহৌবা

সংস্কার অদুমক্তনা পোৎ লৈতবা মতমদা পোকপা জ্ঞান-স্মৃতিনি; অদুগা মদুগী বিষয় ওইনা মনগী মওঙ ওন্থোকপা অদু স্মৃতিবৃত্তি নি।" মতৌ অসুম্না প্রমাণনচিংবা পুন্নমক অসিদগী মনদা পোকপা ঈকাই-ঈকি, অকি-অথং, অপাম-মিহৌ অসিনচিংবা পুন্নমক অসিসু মনগী বৃত্তি ওাক্তনি। মখোয়শিং অসিগী মন্নংদগী অমত্তং ফাওবা লৈরবসু মনবু মশাগী অশেংবা মওঙদা থম্নবগী মশক ওইবা যোগ ( সমাধি ), নত্রগা মনবু নীংলিবা ধ্যেয়গী (ধ্যানগী বিষয় ওইনা নীংলিবা অদুগী) মওঙ ওইনা থম্বা য়াদে। মরম অসিনা 'ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইদে। কনাগুম্বা মীনা আত্মাবু বিষয় ওইনা লৌরগা ধ্যান যোগ ( সমাধি ) তৌবা ডমলবদি অশেংবা মশক্তা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওই। মসিবু যোগদর্শনদা অসুমনা হায়রি—"তদা দ্রষ্টুঃ স্বরূপেঽবস্থানম্" ( ১/৩ )—"মনগী বৃত্তিশিংবু থিংদুনা থম্বা মতম অদুদা চেতন আত্মাসি মশাগী অশেংবা মশক্তা লৈ।" মসিবু বেদান্তগী সিদ্ধান্তদা ব্রহ্মসাক্ষাৎকার কৌই। ফীবম অসিদা জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অমত্ত ওই। মরম অসিনা যাজ্ঞবল্ক্যনসু অসুম্না হায়রি—"সংযোগো-যোগ ইত্যুক্তো জীবাত্মপরমাত্মনোঃ"—' জীবাত্মা অমসুং পরমাত্মা অনীগী তিন্নদুনা অমত্ত ওইববু যোগ কৌই।" মতৌ অসুম্না নীংনীংবা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণচন্দ্রনচিংবগী ধ্যানযোগ তৌরবদি মখোয়গীসু সাক্ষাৎকার ওই। অদুগা ধ্যানযোগ ওইবা সমাধিদগী হৌগত্তুনা লৈবা মতমদদি চেতন আত্মাসি মনগী বৃত্তিশিংদুগা মান্ননা অমত্ত ওইবগুম তৌনা লৈ। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—'বৃত্তিসারূপ্যমিতরত্র" ( যোগদঃ ১/৪ )—' অতোপ্পা মতমদদি ( সমাধি ওইদবা মতমদদি )

চেতন আত্মাগী মওঙ অদু বৃত্তিশিংগা চপ মান্নবগুম তৌনা লৈ।”
মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অনীংবা অপাম্বা থাদোক্তবা কনা অমত্তুস্ু
ধ্যানযোগী ওইবা ঙমদে তাকপনি। য়ুম্বান্দূনা লৈবা মীস্ু তৌরিবা
কর্ম্মগী মহয় অপাম্বা থাদোকলবদি সন্ন্যাসীগুম্না য়াম্না লায়না
ধ্যানযোগ তৌবা ঙমগনি। মরম অসিদগী নিষ্কামকর্ম্ম যোগবু
থাগত্নূনা সন্ন্যাসনি হায়বনি, অশেংবমক্তি, কর্ম্মযোগ পূর্ন্নীং শেংদোক-
নবা সাধননি ॥২॥

মতৌ অসুম্না থাগত্নূনা কর্ম্মযোগ শোয়দনা তৌগদবনি তাকলগা
হৌজিক কর্ম্মযোগসিবু জ্ঞানগী বহিরঙ্গ ( মপাম্হোংগী ) সাধন ওইনা
মতম কদায় ফাওবা তৌগদগে হায়বসি তাকলি অমসুং জ্ঞান ফংনবা
ধ্যানযোগগী সাধনবুস্ু হায়রি—

আরুরুক্ষোর্মুনের্যোগং কর্ম্ম কারণমুচ্যতে।
যোগারূঢ়স্য তস্যৈব শমঃ কারণমুচ্যতে ॥৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যোগং = জ্ঞান ফংনবা সাধন ধ্যানযোগদা; আরুরুক্ষোঃ = কাখৎনীংবা ( ধ্যানযোগবু ) ফংজনীংবা, মুনেঃ = অফ-ফত্ত বিচার তৌরগা কর্ম্মগী মহয় থাদোকলবা মীদুগী, কর্ম্ম = বেদনচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা নিত্য-নৈমিত্তিকনচিংবা কর্ম্মশিংবু তৌদুনা লৈবদু, কারণং উচ্যতে = ধ্যানযোগদা কাখৎনবা সাধন ( পাম্বৈ ) নি—অসুম্না বেদনচিংবা শাস্ত্রনা হায় ; যোগারূঢ়স্য = অদুগা ধ্যানযোগদা কাখৎপ্রবা, তস্য এব = কর্ম্ম তৌদুনা লৈরম্বা মী অদুমক্তগীদি, শমঃ = কর্ম্ম তৌবা থাদোকপা, কারণং উচ্যতে = ধ্যানযোগ মপূং ফানা তৌবা ঙম্নবগী সাধননি হায় ॥৩॥

**অপুনবা অর্থ**:—ধ্যানযোগদা কাখৎনীংহুনা কর্ম্মগী মহম পামদবা মীগীদি কর্ম্ম তৌহুনা লৈবসি মহুগী পাম্বেনি। অহুগা ধ্যানযোগদা কাখৎখ্রবা অমস্তুং কর্ম্ম তৌহুনা লৈরম্বা মী অহুমক্কীদি ধ্যানযোগ মপুং ফানবগী পাম্বে কর্ম্ম থাদোকপনি অস্থুম্না বেদনচিংবা শাস্ত্রনা হায় ॥৩॥

## অথুপ্পা রা

পূক্কীং শেংদনা ধ্যানযোগ তৌবা য়াদে। পূক্কীং শেংনবা উপায়দি নিষ্কামকর্ম্ম তৌবনি। মরম অসিনা ধ্যান যোগ তৌনীংবা মীনা অহানবদা পূক্কীং শেংনবা উপায় নিষ্কামকর্ম্ম শোয়দনা তৌবা তাই। শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হায়রি—"মন্ত্রেষু কর্ম্মাণি কবয়ো যান্যপশ্যংস্তানি ত্রেতায়াং বহুধা সংততানি তান্যাচরথ নিয়তং সত্যকামা এষ বঃ পন্থাঃ ॥" ( মুঃ উঃ ২/১ ) "মতম অহুম্মক্কী পোৎ পুম্নমক খঙবা ঋষিশিংনা বেদগী মন্ত্রশিংদা উরম্বা কর্ম্মশিংহু ত্রেতাযুগকী মতমদা মখল মখা য়াম্না শন্দোকখি। শন্দোকখিবা কর্ম্মশিংহুবু সত্য ফংনীংবা ( সত্য ওইবা ব্রহ্মগী জ্ঞান ফংনীংবা ) নখোয়না শোয়দনা তৌহুনা লৈয়ু; মসি নখোয়গী লম্বীনি।"

মহু তৌবদস্থু মহয় পাম্লোইদবনি, মহয় পান্নবদি য়াম্না ফত্তবা ওইগনি হায়বসিবুস্থু অস্থুম্না তাকলি—"অবিদ্যায়াং বহুধা বর্ত্তমানা বয়ং কৃতার্থা ইত্যভিমন্যন্তি বালাঃ। যৎ কর্ম্মিণো ন প্রবেদয়ন্তি রাগাত্তেনাতুরাঃ ক্ষীণলোকাশ্চ্যবন্তে ॥" ( মুঃ উঃ ২/৯ )—"অজ্ঞানগী অমম্বদা লৈহুনা অপঙবশিংহুনা মহয় পামহুনা

কর্ম্মশিংহুবু তৌরগা—ঐখোয়না তৌফম থোকপা তৌরে, তৌগদবা অমা লৈত্রে—অসুম হায়না খল্লী। কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মীশিং অহুনা মহয় পাম্বা মরমদগী খওফম থোকপা পোৎ অহুবুদি করিমগু খওদে; মহুদগী মখোয় কর্ম্মগী মহয় লোইখিহুনা য়াম্না রানা লৈখা ভায়।”

মরম অসিদগী শ্লোক অসিদসু শ্রীভগবান্না ধ্যানযোগদা কাখৎনীংবা মীগী “মুনি' বিশেষণসি পীরিবনি। “মননাৎ মুনিঃ” —“অফ-ফত্ত পূম্নমকপু নীংথিনা ৱাখল (বিচার) তৌহুনা খওবা মীবু মুনি কৌই।” কর্ম্মগী ফল পাম্নবদি সংসারদা কোয়হুনা (পোক্ল-শিরা) তৌহুনা শোয়দনা অৱাবা ফংগনি, অহুগা মহয় থাদোকলগা কর্ম্ম তৌরবদি মহুদগী পূক্নীং শেংদোকখিহুনা ধ্যান-যোগগী মতীক চাবা ওইগনি হায়বসি নীংথিনা খওবদগী মখোয়না তৌরিবা কর্ম্মশিংহু ধ্যানযোগগী সাধন ওইরিবনি। অহুগা কর্ম্মশিং অহুবুসু ধ্যানযোগদা কাখত্রিবা ফাওবদা তৌগদবনি, কাখৎলবা মতুংদা কর্ম্মশিংহুবু তৌহুনা লৈরবদি ধ্যানযোগ পূক্নীংচওনা তৌবা য়ারোই, কর্ম্মশিং অহু তৌবদসু পূক্নীং শোয়দনা চোইগনি। মরম অসিনা পূক্নীং শেংহুনা ধ্যানযোগদা কাখৎলবদা মহুবু মপুং ফানা তৌনবগীদমক কর্ম্ম তৌবা থাদোকপবু উপায়নি হায়বনি। মতম অহুদদি—“ওমিত্যেবং ধ্যায়থ আত্মানম্”—অসিনচিংবা শ্রুতিনা তাকপা মতুং ইন্না—“ওঁকারনচিংববু প্রতীক ওইনা লৌদূনা আত্মাগী ধ্যান মপূং ফানবা হোৎনগদবনি” ॥৩॥

করম্বা মতমদা মীনা ধ্যানযোগদা কাখৎপা ওই হংলবদা মহুগী পাউখুম অস্নুম্না পীরি—

যদা হি নেন্দ্রিয়ার্থেষু ন কর্ম্মস্বনুষজ্জতে।
সর্ব্বসংকল্পসংন্যাসী যোগারূঢ়স্তদোচ্যতে ॥৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যদা=মনগী বৃত্তিশিংবু থিংহুনা থম্বা ঙমলকলবা মতম অহুদা, ইন্দ্রিয়ার্থেবু=মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়-শিংগী বিষয়-রূপ-শব্দনচিংবদা, ন ( অনুষজ্জতে )=পূক্নীং চঙলক্তে, কর্ম্মস্নু=অহুগা নিত্য নৈমিত্তক-নচিংবা কর্ম্মশিংদস্নু, ন অনুষজ্জতে= তৌনীংদবহু পূক্নীংদা পোকলকই, হি=মরম অহুদগী, সর্ব্বসংকল্প-সংন্যাসী=সংসারগী পোৎশিংবু ফংগে নীংবা পূন্নমক থাদোকপা মীওই, তদা=মতম অহুদা, যোগারূঢ়ঃ উচ্যতে=মাবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবনি হায়নৈ ॥৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—মনগী বৃত্তিশিংবু থিংহুনা থম্বা ঙমলকলবা মতম অহুদা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয় রূপনচিংবদা পূক্নীং চঙলক্তে, অহুগা কর্ম্মশিং তৌববুস্নু পামলক্তে, মরম অহুদগী অপাম্ব-শিংগী নীংবা পূন্নমক থাদোকপা মীওই, অহুগুম্বা মতম অহুদা মাবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবনি হায়নৈ ॥৪॥

## অথূপ্পা ব্রা

নিষ্কামকর্ম্ম তৌহুনা লৈবা অহুদগী অহুক্নী মতীক পূক্নীং শেং-দোকলক্কনি, মহুগী মতীক মনগী বৃত্তিশিংবুস্নু থিংহুনা থম্বা ঙমগনি।

মহুদগী মপান্থোংগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংদা পুক্নীং চঙলকলোই। মসিদা নত্তনা মতম অহুদা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা অমসুং মশাগী (আত্মাগী) মশক অশেংবা মওঙদা করিনো হায়বসি বিচার তৌহুনা লৈব। মরমদগী মশাবু কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা (কর্ম্ম অতৌবা অমসুং মহয় অচাবা) নত্তে হায়বসি খঙলক্নুনা কর্ম্ম তৌবা স্নকপাম পাম্লক-লোই, মহুদগী কর্ম্ম তৌগে নীংবা অমসুং মহয় ফংগে নীংবা পূম্নমক অহুবুস্থ থাদোক্কনি। মতৌ অসুম্না নীংবা থাদোকলবদি মনগী বৃত্তিশিংবু থিংহুনা থম্বা অরায়বা ওইগনি। মহুদগী অভ্যাস তৌহুনা মনগী বৃত্তিশিংবু থিংলগা মাবু (মনবু) ধ্যেয়গী (ধ্যানগী বিষয় ওইনা নীংলিবা শ্রীকৃষ্ণ-নচিংবগী) মওঙ ওইনা থম্বা ঙমলবা মতম অহুদা মী অহুবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবনি খঙগদবনি। অহুগা ধ্যানযোগ-সিদা কাখৎলবা মীগী মোক্ষ ওইবা অসিস্থ শোয়দবনি। মরমদি— মানা সংসারদা পুন্দুনা লৈনবগী মরম ওইবা সংকল্পবু (অপাম্বা পোৎ নীংহুনা ফংগে লেপ্পা অহু) থাদোকলে। সংকল্প থাদোকলবদি মোক্ষ ফংই হায়বসিগী মরমদা শুকদেববু জনক নিংথৌনা অসুম্না হায়রি— "স্বসংকল্পবশাদ্বদ্ধো নিঃসংকল্পাদ্বিমুচ্যতে" (মঃ উঃ ২/৩০)— "জীবসি মশানা তৌরিবা সংকল্পগী মথা পোন্দুনা পুল্লিবনি; সংকল্প লৈত্রবদি মুক্ত ওই।" সংকল্প অসিমক্তনা মরম ওইহুনা জীব পূম্নমকনা অপাম্বা পোৎ ফংনীংলিবনি অমসুং মহুগী মতুং ইন্না থবক তৌরিবনি। মহুনস্থ অসুম্না হায়রি—"সংকল্পমূলঃকামোবৈ যজ্ঞাঃ সংকল্প-সম্ভবাঃ" (মঃ স্মৃঃ ২/৩১)—'সংকল্পনা মরম ওইহুনা অপাম্বা পোকই,

অহুগা যজ্ঞনচিংবা কর্ম্ম পুন্নমকসিস্থ সংকল্পদগী পোকপা ওাক্তনি।"
মংকি কোবা ঋষিগী ব্রাহয় ওইনা ভীষ্মনস্থ যুধিষ্ঠিরবু অস্মন্না হায়রি—

কাম জানামি তে মূলং সংকল্পাত্ত্বং হি জায়সে।
ন ত্বাং সংকল্পয়িষ্যামি তেন মে ন ভবিষ্যসি॥
( মহাভাঃ শান্তি ১৭৭/২৫ )

"হে কাম ! নহাক কদায়দগী পোকপনো হায়বসি ঐনা খঙই ; লেপ্পমক নহাক সংকল্পদগী পোকলকপনি। মরম অসিনা ঐহাক নহাকী সংকল্প শূক্তৌ তৌরোই, মহুদগী নহাক ( কাম ) ঐগী ওইররোই।"

মরম অসিদগী মফম অসিদস্থ শ্রীভগবান্না সংকল্প তৌদবা মী ধ্যানযোগদা কাখৎপা ওই হায়না তাকপনি ॥৪॥

সংকল্প থাদোকপদগী মীনা ধ্যানযোগদা কাখৎপা ওঙ্গি, মরম অসিনা মহুগীদমক নশামক্না কন্না হোৎনগদবনি হায়বসি তাকলি—

উদ্ধরেদাত্মনাত্মানং নাত্মানমবসাদয়েৎ।
আত্মৈব হ্যাত্মনো বন্ধুরাত্মৈব রিপুরাত্মনঃ ॥৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—আত্মনা = ব্রাখল তাবা ( লৈবা ) নশানা, আত্মানং = পোকপা শিবা নাইহুনা অব্রাবগী মশক ওইবা সংসার সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাহুনা লৈবা নশাবু, উদ্ধরেৎ = মহুদগী থাঙ্গত্তুনা কমগদবনি, আত্মানম্ = নশাবু, ন অবসাদয়েৎ = অব্রাবদা তাহল্লোই-দবনি, হি = মরমদি, আত্মা এব = নশামক, আত্মনঃ বন্ধুঃ = নশাগী

অরাবা কোকহন্নবা মরূপনি ; আত্মা এব = অতুগা নশামক, আত্মনঃ রিপুঃ = নশাগী অরাবা তাহন্নবা য়েকনবনি ॥৫॥

**অপূনবা অর্থঃ**—নশানা সংসার সমুদ্রগী ঈপাক্তা তাহুনা লৈরিবা নশাবু থাংগদ্রনা কনগদবনি, নশাবু অরাবদা তাহল্লোইদবনি। মরমদি— নশামক নশাগী অরাবা কোকহন্নবা মরূপনি ; অতুগা নশামক নশাগী অরাবা তাহন্নবা য়েক্রবনি ॥৫॥

## অথূপ্পা রা

বিচার মুল্লা তৌদুনা য়েংলবদি ঈশানা হোৎনবা নত্তনা অতোপ্পগী হোৎনবিবদগী কদৌডৈদম্লু অরান-খুবম ফংবা ঙম্মোই হায়বসি খঙবা ঙমগনি। ব্যবহারগী মীৎয়েংদা য়েংলবম্লু ঈশানা ঈহোৎ হোৎনদনা অতোপ্পগী হোৎনবদগী ঈশাগী অরাবা কোকই হায়বসি উদে। ঈশানা হোৎনবদা অতোপ্পদগী মতেং খরা লৌবা অমম্লুং ফংবা য়াই, মসিদি অতোপ্পা রাফম ওমনি। করিগুম্বা থবক অমা তৌবা মতমদা অতোপ্পদগী মতেং খর লৌবা অমম্লুং ফংবসিদি শোয়দবনি ; মতু নত্তনা করিগুম্বা থবক অমত্ত পাঙথোকপা য়াদে : অতুগা অতোপ্পগী মতেং ফংলবম্লু ঈশামক্তা অথোইবা ওইনা হোৎনদ্রবদি থবক অদু মুকপাঙ পাঙথোকপা য়াদে। মসিগুমতুনা পোক্ল-শিরা তৌদুনা সংসারগী অরাবদা তাতুনা লৈরিবা ঐখোয়না মতুদগী লাম্থোকপ পামলবদি ঈশাদনা কল্লা হোৎনবা তাই ; মতুদা গুরু, শাস্ত্রনচিংবগী মতেং লৌগদবনি ; মতুত্তদা ঐখোয় অরাবা পূম্নমক্তগী লাম্থোক্নুনা

মহয় য়ানগনি। হায়রিবা য়াসিমক্তবু নারদ পরিব্রাজক উপনিষত্তসু হায়রি—"শ্রেয়স্কামঃ কৃচ্ছ্রগত আত্মনাত্মানমুদ্ধরেৎ" (৫/২৮) —"অয়াবদা তাডুনা লৈবদগী অয়ান-খুবম ফংনীংবা মীশা মশানা মশাবু মহুদগী লান্থোকহনগদবনি।" অদুগা মশানা মশাগী লান্থোক-নবা হোৎনবহুসু খজিক্কং তৌরগা মহয় য়ানবা য়ারোই; পূক্নীং চপ য়ুংনা চোকথবা লৈতনা অমসুং থাজবগা লোয়নননা মতম চঙনা হোৎনরবতদা মহয় য়ানগনি। মরম অসিনা মশানা মশাগী কান্ননবা তৌরবদি মশামক মরূপ ওইগনি, অদুগা কান্ননবা তৌদনা অয়াবা ফংনবা তৌরবদি মশামক শোয়দনা য়েকনবা ওইগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে। অমরোমদা হায়রগা জীবাত্মাসি মনগা লোয়নননা অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবদগী মনগী অয়া-অনা-নচিংবা পূম্নমক অদু আত্মাগী ওইবগুম তৌরিবনি। মন অসিসু জীবগী মশামকনি, মন লৈতবা আত্মা জীব ওইবা য়াদে। মনসিগী ঈচেল সংসাররোমদা চেল্লিবা মতম অদুক্কী মখৈ জীবাত্মানা অয়া-অনা ফংহুনা লৈবসি শোয়দবনি। মরম অসিনা মনবু সংসারগী পোৎশিংদগী লাকশিন্দুনা থমলবতদা জীবাত্মানা অয়ান-খুবম ফংগনি, নত্রবদি অয়া-অনাদ ফংহুনা লৈগনি। মরম অসিদগী মনগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

মন এব মনুষ্যাণাং কারণং বন্ধ মোক্ষয়োঃ।
বন্ধায় বিষয়াসক্তং মুক্ত্যৈ নির্বিষয়ংমনঃ॥

(ব্রহ্মবিঃ উঃ -২)

"মীওইবশিংগী সংসারদা পুন্নবা অমসুং সংসারদগী নাম্থোকনবা ( মোক্ষ ফংনবা ) মরম মন-মক্তনা ওই। সংসারগী পোৎশিংদা চঙদূনা লৈবা মন পুন্নবগীদমকনি অদুগা পোৎশিং অদুদা চঙশিন্দবা মন মুক্তিগীদমক্নি।"

মরম অসিনা সংসারগী পোৎশিংদা চঙশিন্দদুনা সংকল্প পূন্নমক থাদোকপা মন জীবাত্মাগী মরূপনি. অদুগা পোৎশিংদুদা চঙশিন্দূনা সংকল্প তৌবা মন য়েকনবনি ॥৫॥

হৌজিক করম্না মশানা মরূপনো অদুগা করম্না য়েকনবনো হায়বদু তশেংনা তাকলি—

**বন্ধুরাত্মাত্মনস্তস্য যেনাত্মৈবাত্মনা জিতঃ।**
**অনাত্মনস্তু শত্রুত্বে বর্ত্তেতাত্মৈব শত্রুবৎ ॥৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যেন = মীদুনা, আত্মনা এব = মশামক্না, আত্মা = মন. ইন্দ্রিয়, হকচাংনচিংববু, জিতঃ = মথা পোলহন্দূনা থমলে, তস্য = অদুগুম্বা মীদুগী, আত্মা = মশা অদু, আত্মনঃ বন্ধুঃ = মশাগী মরূপনি, অনাত্মনঃ তু = অদুগা মন, ইন্দ্রিয়, হকচাংনচিংববু মথা পোলহন্দূনা থম্বা ঙমদবা মীগীদি, শত্রুবৎ = মপানগী য়েক্লবশিংগী মতৌগুন্না আত্মা এব = মশামক, শত্রুত্বে বর্ত্ততে = য়েকনবা ওইনা লৈ ( মপানগী য়েকনবশিংগী মতৌগুন্না মহাক মশামক য়েকনবা ওইদুনা মশাগী মাঙনবা তৌই ) ॥৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—মীদুনা (জীবাত্মাদুনা) মশামকনা মন, ইন্দ্রিয় হকচাংনচিংববু থূদ্রম চন্দুনা থমলে, অদুগুম্বা মীদুগী মশাদু মশাগী

মরূপনি, অংগা মন, ইন্দ্রিয়, হকচাংনচিংববু খূতুম চন্দুনা থম্বা ঙমদবা মীতুগীদি অতোপ্পা য়েকনবগী মতৌগুম্না মশামক মশাগী য়েকনবা ওইনা লৈ ॥৬॥

## অথুপ্পা বা

মনবু লাকশিল্লগা খূতুম চন্দুনা থম্বসি থ্বায়দগী থোইদোক হেন্দোকপা য়াম্না কনবা থবক অমনি। মনবু খূতুম চন্দুনা থম্বা ঙমলবদি মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু অমস্তুং হকচাংবু খূতুম চনবসিদি অরায়বা থবকনি। মরমদি মখোয় পূম্নমকসি মনগী মথা পোন্দুনা লৈ। মরম অসিনা মনবু খূতুম চল্লবদি মখোয়স্মু শোয়দন খূতুম চন্দুনা লৈগনি। মরম অসিদগী থ্বায়দগী অহানবদা মনবু খূতুম চনবা উপায় তৌগদবনি। মসি অরায়বা থবক নত্তবদগী শ্রীরামনা হনুমান্‌গী মফমদা অস্মুম্না হায়রি—

হস্তং হস্তেন সংপীড্য দন্তৈর্দন্তান্বিচূর্ণ্য চ।
অঙ্গান্যঙ্গৈঃ সমাক্রম্য জয়েদাদৌ স্বকং মনঃ॥
(মুক্তিঃ উঃ ২/৪১)

'খুৎপু খুৎনা নোইতুনা, য়াশিংবু য়াশিংনা চীক্তুনা অমস্তুং হকচাংগী কায়াৎশিংবু কায়াৎশিংনা নমদূনা অহানবদা নশাগী মনবু খূতুম চনগদবনি।" মসৌ অস্মুম্না কন্না অমস্তুং মতম চঙনা হোৎনরবতদা মনবু খূতুম চনবা ঙমগনি। মহাক ঈথা পোন্দুনা লৈরবদি ঐখোয়গী করি অমুক তৌফম লৈত্রে। মরম অসিনা মসিগী মরমদস্মু অস্মুম্না হায়রি—"মনসো বিজয়ান্নান্যা গতিরস্তি ভবার্ণবে।"

( মঃ উঃ ৫/৭৬ ) – "সংসার সমুদ্র অসিদা মনবু বিজয় তৌবা নত্তনা মসিদগী লান্নবা অতোপ্পা পাম্বে লৈতে।" মসিবু করি করম তৌরগা বিজয় তৌবা ঙমগদগে হায়বসিদি মতুংদা শ্রীভগবান্না মথং মনাউ নাইনা তাকপিরক্কনি ॥৬॥

পূক্নীং, হকচাং অমস্নুং ইন্দ্রিয়শিংবু মশাগী মথা পোননা থমলগা অরা-নুংঙাইনচিংবা পুন্নমক খাঙহনা সমাধি তৌরিবা মীত্তুবু ধ্যান-যোগদা কাখৎপা কৌই হায়বসিবু মথাগী শ্লোক অনীনা অস্নুম্না তাকলি –

জিতাত্মনঃ প্রশান্তস্য পরমাত্মা সমাহিতঃ।
শীতোষ্ণ সুখদুঃখেষু তথা মানাপমানয়োঃ ॥৭॥
জ্ঞানবিজ্ঞানতৃপ্তাত্মা কূটস্থো বিজিতেন্দ্রিয়ঃ।
যুক্ত ইত্যুচ্যতে যোগী সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ ॥৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ— জিতাত্মনঃ = মন হকচাং অমস্নুং ইন্দ্রিয়-শিং মশাগী মথা (পোঃ) থমলবা, মরম অসিদগী) শীতোষ্ণ সুখদুঃখেষু = অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবদা, তথা = অদুগা, মানাপমানয়োঃ = ঈকাইখুম্নবা অমস্নুং ঈকাই খুম্নদবদা চপ মান্ননা লৈরবা, ( মরম অসিদগী ) প্রশান্তস্য = পূক্নীং যাম্না তপলবা মীত্তুগী, পরমাত্মা = অশেংবা মশক লৈবা অথোইবা আত্মাদু, সমাহিতঃ = সমাধিগী ( ধ্যানযোগগী ) বিষয় ওই ( মীত্তুনা সমাধিদা মাগী অশেংবা মশক আত্মাবু শংশভনা খঙবা ঙম্মি ) ॥৭॥ ( মতো অস্নুম্না )— জ্ঞান-বিজ্ঞানতৃপ্তাত্ম = শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান অমস্নুং শংশঙনা ওইবা জ্ঞান

অনীসিদগী পূক্লীং নীংথিনা পেল্লবা, জিতেন্দ্রিয়ঃ = ইন্দ্রিয়শিংবু খূতুম চন্দুনা থমলবা, ( মরম অসিনা ) কূটস্থঃ = মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা, সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ = লৈতূম, নুংদূম, সনাদা মীৎয়েং চপ মান্নবা থমলবা, যোগী = যোগীতুবু, যুক্ত ইতি উচ্যতে = ধ্যানযোগদা কাখৎলবা কৌই ॥৮॥

অপূনবা অর্থ ঃ—মন, হকচাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংবু মশাগী মখা পোননা থমলবা, অঙ্গং-অশা, অন্না-নংঙাইনচিংবদা অতুগা ঈকাই-খুমনবা অমস্তুং ঈকাই-খুমনদবদা চপ মান্নবা লৈরবা অমস্তুং পূক্লীং য়াম্না তপলবা মীতুগী অশেংবা মশক অথোইবা আত্মাতু সমাধিগী বিষয় ওই ॥৭॥ মতৌ অস্তুম্না শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান অমস্তুং শংশঙনা ওইবা জ্ঞান অনীসিদগী পূক্লীং পেল্লবা, ইন্দ্রিয়শিংবু খূতুম চন্না থমলবা, মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈরবা অমস্তুং লৈতূম, নুংদূম সনাদা মীৎয়েং চপ মান্নবা য়েংলবা যোগী অতুবু ধ্যানযোগদা কাখৎলবা কৌই ॥৮॥

## অথূপ্পা বা

ধ্যানযোগী ওইনবা শ্রীভগবান্না তাকলিবা রা পূন্নমকসি অরায়বা অমত্ত য়াওদে। য়াম্না কন্না হোৎনরবতদা মহয় খরদং য়ানবা ঙমগদবনি। মসিগী অভ্যাস তৌনীংবা মীনা খায়দগী অহানবদা ফত্তবা লমচৎশিংবু থাদোক্লুনা পূক্লীং তপথনা লৈনবা হোৎনগদবনি। মসি ধ্যানযোগদা কাখৎনবা অহানবা থাকনি। মরম অসিনা যমরাজনা নচিকেতাবু অস্তুম্না হায়রি—"নাবিরতো দুশ্চরিতান্না-শান্তোনাসমাহিতঃ। নাশান্তমানসোবাঽপি প্রজ্ঞানেনৈনমাপ্নুয়াৎ॥" (কঠঃ ১/২/২৩)—"ফত্তবা লমচৎ চৎপদগী মায়

ওস্থোক্তবা, তপ্তবা ; পূক্লীং লেপ্তুবা নত্রগা পুক্লীং শাউগৎপা মীনা শংশঙবা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা আত্মতত্ত্বশিং খঙলোই " অহু ওইরবদি মসিবু করম্না খঙগনি হায়বসিবু বৃহদারণ্যক উপনিষৎনা অস্থুম্না তাকলি—"শান্তো দান্ত উপরতস্তিতিক্ষুঃ সমাহিতো ভূত্বাহত্মন্যেবাত্মানং পশ্যতি।" ( ৪/৪/২৩ ) "পূক্লীং তপ্‌পা, ইন্দ্রিয়শিং খুতুম চনবা, অপাম্বা থাদোকপা, অখাঙকনবা অমস্তুং পুক্লীং ফাজিনবা ঙমলবা মীনা পুক্লীংমক্তদা আত্মাবু উই।" মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না ধ্যানযোগগী "জিতাত্মনঃ প্রশান্তস্য" বিশেষণ পীরিবনি। "প্রশান্ত" ( পূক্লীং তপ্পা ) কদায়বু কৌই হায়বসিবু অমৃতনাদোপনিষত্তা অস্থুম্না তাকলি—

অন্ধবৎ পশ্য রূপাণি শৃণু শব্দমকর্ণবৎ।
কাষ্ঠবৎ পশ্য তে দেহং প্রশান্তস্যেতি লক্ষণম্‌॥১৫॥

"মীৎ তাংবগুম্না রূপশিংবু (মশক-মওঙশিংবু) য়েংউ, নাপংবগুম্না না তাও, নহাক্কী হকচাংবু উকংগুম য়েংউ, মসি প্রশান্তগী ( পুক্লীং তপ্পগী ) মশকনি।"

মতৌ অস্থুম্না "সমাহিত" ( পুক্লীং ফাজিনবা ) করিনো হায়-বসিবুস্থু অস্থুম্না তাকলি—

যস্ত্বাত্মরতিরেবান্তঃ কুর্ব্বন্ কর্ম্মেন্দ্রিয়ৈঃ ক্রিয়াঃ।
ন বশো হর্ষশোকাভ্যাং স সমাহিত উচ্যতে॥

( অন্নঃ উঃ ১/৩৭ )

"খূংনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংনা থবকশিং তৌদনা লৈরবস্থ অন্ত-রাত্মাদা। মন্নুং চম্না লৈরিবা আত্মাদা) পূক্নী' চংদূনা লৈবা অমম্নুং অরা-নুংঙাইগী মখা পোন্দবা মীহুবু সমাহিত (পূক্নীং ফাজিনবা) কৌই।"

অসিগুম্বা গুণশিংসি লৈবা মীনা অহানবদা শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান অমম্নুং মতুংদা যোগাভ্যাস তৌবদগী ফংবা শংশঙবা জ্ঞান অনীসনা পেন্দূনা লৈগনি। অহানবদা শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞানদি শংশঙনা ওইবা জ্ঞান নত্তে. স্থপনা—"অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃঃ উঃ ২/৫/১৯) —"আত্মাসি ব্রহ্মনি।" "অস্তীত্যেবোপলব্ধব্যঃ" (কঠঃ উঃ ৬/১০)—"ব্রহ্ম লৈ হায়বসিমক্তা খঙগদবনি।" "অস্তি ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ পরোক্ষ-জ্ঞানমেব তৎ।" (বরাহোপনিষৎ ২/৪১)। 'ব্রহ্ম লৈ হায়না খঙলবদি মহু পরোক্ষ (শংশঙনা ওইদবা) জ্ঞাননি।" অদুগা— "অহং ব্রহ্মাস্মি" (বৃঃ উঃ ১/৪/১০)— "ঐ ব্রহ্মনি।' অম্মুম্না খঙলবদি মহু শংশঙনা ওইবা জ্ঞাননি। "অহংব্রহ্মেতিচেদ্বেদ সাক্ষাৎকারঃ স উচ্যতে।" (বৃঃ উঃ ২/৪১)—"ঐ ব্রহ্মনি হায়না খঙলবদি মহুবু সাক্ষাৎকার (শংশঙনা ওইবা) জ্ঞান কৌই।" মতৌ অম্মুম্না ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌদুনা সাক্ষাৎকার ওইরবদি মীওনা সংসার-সিদা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্ত উদে, য়েংউ য়েংউবা পোৎশিংদা সৎব্রহ্মমক্তবু উই। মরমদি পোৎ পুম্নমকপু সৎ (লৈ, হায়না খঙনরিবা অদুদা সৎ (লৈবা) অদু ব্রহ্মগী মশকনি। ব্রহ্মদি সৎ-চিৎ-আনন্দ রূপনি। অসিগুম্বা ব্রহ্মগী মশক সৎ (লৈবা) অদু পোৎশিং অদুদগী লৌথোকলবদি করিগুম্বা অমত্ত লৈহোদে, স্থপনা মওগী পোৎশিংগী

মতৌগুম্না উবদনি। শ্রুতিশিংনা অসুম্না তাকলি—"আত্মৈবেদং সর্ব্বং" (ছাঃ উঃ ৭/২৫/২)—"পূম্নমকসি আত্মামক্তনি।" "অহমেবেদং সর্ব্বম্" ( ছাঃ উঃ ৭/২৫/১ )—"পূম্নমকসি ঐমক্তনি।" "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্ত উপাসিত।" ( ছাঃ উঃ ৩/১৪/১ )—"পূম্নমকসি লেপ্পমক ব্রহ্মনি, মরমদি মথোয়সি ব্রহ্মদগী পোকই, ব্রহ্মনা মরম ওইদুনা লৈ অমসুং মাঙবা মতমদা ব্রহ্মদা তিল্লী, মরম অসিনা ব্রহ্মদগী অতোপ্পা লৈতে খন্দুনা পূক্নীং তপ্না উপাসনা ( ধ্যানযোগ ) তৌ।" ফীবমসিদা জ্ঞানী ওইবা যোগী অদুনা করম তৌনা লৈতুম নুংদুম অমসুং সনাদা খেন্নবা য়েংগনি ? মরমদি ব্যবহারদা মথোয়গী খেন্নবা লৈরবসু অশেংবা বিচারগী মীৎয়েংদদি মথোয়দা খেন্নবা লৈতে। উ-রা নাপী-শীংবী পূম্নমক অসি ব্যবহারদা খেন্নরবসু মথোয়সি লৈবাক্তগী পোকপা লৈবাকনা মরম ওইদুনা লৈবা অমসুং মাঙবা মতমদা লৈবাক্ত তিনবা মরমনা লৈবাক ওইনা মথোয়দা করিমত্ত খেন্নবা লৈতে, মথোয় স্বপনা লৈবাকমক্তনি। মরম অসিনা মফম অসিদসু জ্ঞানীগী অশেংবা মীৎয়েংদা লৈতুম, নুংদুম অমসুং সনাদা খেন্নবা লৈতে হায়বনি, অদুবু ব্যবহারদদি মথোয়দা খেন্নবা শোয়দনা উগনি। মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না হায়রিবা রাসি ব্যবহারগী মীৎয়েংদা নত্তে, তৌইগুম্বসুং জ্ঞানীশিংদা ওইবা অশেংবা ফীবমগী মীৎয়েংদনি হায়বসি খঙগদবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"রাগদ্বেষবিমুক্তাত্মা সমলোষ্টাশ্মকাঞ্চনঃ" ( নাঃ পঃ উঃ ৩/৩৪ )—"পূক্নীংদা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা জ্ঞানীগীদি লৈতুম, নুংদুম, সনা চপ মান্নে।" "দ্বৈতবর্জিতাঃ

সমলোষ্ঠাশ্মকাঞ্চনাঃ সর্ব্বত্রাত্মৈবেতি পশ্যন্তি।" (ভিক্ষুঃ উঃ ১)
—"অনীশুবা ওইনা লৈবগুম তৌরিবা জগৎপু উদ্রবা অমসুং লৈতূম, নুংদূম, সনাদা চপ মান্নবা খঙলবা জ্ঞানীশিংনা মফম পুম্নমক্তা আত্মামক্তনি হায়বসি উই ॥৭, ৮॥

জ্ঞান-বিজ্ঞাননা পেন্দূনা লৈবা যোগীনা অচেতন লৈতূম, সনানচিংবা পূম্নমক্তা চপ মান্নবা য়েংই ( উই ) তাকলগা চেতন ওইবা মরূপ-মপাং য়েকনবনচিংবদসু ব্রাথল অমত্তা ওইনা থম্বা যোগী অথোইবনি তাকলি—

সুহৃন্মিত্রার্য্যুদাসীন মধ্যস্থ দ্বেষ্যবন্ধুষু।
সাধুষ্বপি চ পাপেষু সমবুদ্ধির্বিশিষ্যতে ॥৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ—(সুহৃৎনচিংবা অহানবগী পংক্তি অসি ব্রাহ্ময় অমত্তনি, মহুদা)—সুহৃৎ=মানা তৌবগী মতূৎ পামদবা মরূপ, মিত্রং= অমনা অমগী মতেং পাংনবা অমসুং নুংশিনবা মরূপ, অরিঃ=মরম লৈতনা য়েক্নবা মী, উদাসীনঃ=অনীগী খৎনবদা কনাগীসু মীচঙ ওইদবা মী, মধ্যস্থঃ=খৎনরিবা অনীবু থেমজিন্দূনা তপথনবা হোৎনবা মী, দ্বেষ্যঃ=য়েংথীনবা মী, বন্ধুঃ=শাগৈ-নাতৈগী মী, সাধুষু=শাস্ত্রনা তাকপা অফবা থবকশিংবু তৌবা মী, অপি চ=অদুগা, পাপেষু= শাস্ত্রনা থিংবা ফত্তবা থবক তৌব মী, মখোয় পূম্নমক্কী মফমদা, সমবুদ্ধিঃ =কনানা করম তৌবনো য়েংদ-খন্দনা চপ মান্নবা ব্রাথল থম্বা যোগী, বিশিষ্যতে=অথোইবনি ॥৯॥

**অপুনবা অর্থঃ**—মানা ভৌবগী মহূৎ পামদবা মরূপ, মুংশিনহুনা অমনা অমগী মতেং পাংনবা মরূপ, য়েকনবা মী, খৎনবদা মীচঙ ওইদবা মী, খৎনবা তাইশিন্নবা হোৎনবা মী, য়েংথীনবা মী, শাগৈ-নাতৈগী মী, অফবা থবকশিং তৌবা মী অমসুং ফত্তবা থবকশিং তৌবা মী—অসিনচিংবা থৱায়পানবা পূন্নমক্কী মফমদা অপাম-মিহৌ লৈতনা ৱাখল অমত্ত ওইনা থম্বা যোগী অদু অথোইবা যোগীনি ॥৯॥

## অথূপ্পা ৱা

অচেতন ওইবা পোৎশিংনা মনীংতম্না কনা অমত্তবু অৱা-নুংঙাই পীদে ; মথোয়না অৱা-নুংঙাই পীবগুম উৱিবা অদুসু ৱাখল লৈত্তবা মী-শিংগী মফমদনি ; ৱাখল লৈবা মীগী মফমদা নত্তে। মৱম অসিনা যোগীনা মথোয়দা ব্রহ্মবুদ্ধি তৌদুনা চপ মান্নবা মীৎয়েং থম্বদু অৱায়বা অমা ওইনা থোকই। অদুবু থৱায় পান্দুনা চেতন ওইনা লৈবশিংদি যোগীদুনা হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা কনানা মাগী মরূপ ওইবসু য়াই, কনানা য়েক্কবা অমসুং য়েংথিনবা ওইবসু য়াই, কনানা মাবু অৱাবা পীবসু য়াই। ফীবম অসিদা যোগীনা মথোয় পূন্নমক্কী মফমদা চপ মান্নবা মীৎয়েং য়েংদুনা ৱাখল অমত্ত ওইনা থম্বা ৱানা থোকপা তাই। মৱম অসিদগী যোগী অদুনা পুন্নমকসিদা অপাম-মিহৌ লৈত্তনা ৱাখল চপ মান্ননা থম্নবদি মহাক শোয়না অথোইবা ওইগনি। ফীবমসি য়ৌনবা হোৎনবদা যোগী অদুসু য়াম্না অভ্যাস তৌবা তাই। মতৌ অসুম্না লৈবা যোগীগী মৱমদা শ্রীভাগবত্তা অসুম্না হায়রি—

ন যস্য স্বঃ পর ইতি বিত্তেষ্বাত্মনি বা ভিদা।
সর্ব্বভূতসমঃ শান্তঃ স বৈ ভাগবতোত্তমঃ॥
( ১১/২/৫২ )

"মীহুগী শেল-থুমগী মরমদা ঐগীনি অমস্তুং অতোপ্পগীনি হায়বা লৈতবা, অহুগা আত্মাগী মরমদা খেন্নবা খণ্ডবা, মহুদগী থরাম্ব শানবা পূম্নমক্তা চপ মান্নবা মীৎয়েং থম্নবা অমস্তুং পূক্নীং তপলবা অহু ওইরবদি মহাক অহু ভক্তশিংগী মনুংদা অথোইবনি।"

মসি জ্ঞানী অমস্তুং যোগী ওইবা ভক্তগী মরমদা হায়বনি। অহুগা মখোয়গী পুনসীগী মরমদস্থ অস্তুম্না হায়রি—"যঃ সমঃ সর্ব্বভূতেষু জীবিতং তস্য শোভতে" ( সং: উঃ ২/৩৯ )—"থরাম্ব শানবা পূম্নমক্কী মফমদা ব্রাখল চপ মান্নবা থম্বা যোগীদুগী পুনসীহু ম্রাম্না নীংথিজবনি।" মরম অসিনা অস্তুম্না লৈবা অসিমক হিংনা হিংনা ব্রহ্মদা ভিন্দুনা মুক্ত ওইনা লৈবগী মওঙনি। মরমদি ব্রহ্মগী মওঙ দোষ অমত্ত লৈতনা পূম্নমক্তা চপ মান্নবা লৈবনি—"নির্দ্দোষং হি সমং ব্রহ্ম তস্মাদ্ব্রহ্মণি তে স্থিতাঃ" ( গীতা ৫/১৯ )। মতৌ অস্তুম্না জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈবগী মওঙসিবু উপনিষত্তস্থ অস্তুম্না ত্তাকলি—"সমতা চৈব সর্ব্বস্মিন্নেতন্মুক্তস্য লক্ষণম্॥" ( নাঃ পঃ উঃ ৩/৫৪ )—"পূম্নমক্তা চপ মান্নবা উবসি মুক্ত ওইবগী মওঙনি।" মসিদগী শ্রীভগবানস্থ অসিগুম্বা যোগীবু অথোইবা ওইনা ত্তাকপনি॥৯॥

মতৌ অস্তুম্না ধ্যানযোগদা কাথৎলবা যোগীগী মওঙ অমস্তুং মহুগী মহৎ হায়রবা তুংদা যোগদুবু তৌনীংবা যোগীগীদমক মখাগী

শ্লোক অসিদগী হৌহ্না "স যোগী পরমো মতঃ" ( ৬/৩২ ) অসি কাওবদা ধ্যানযোগ অমস্তুং মতুগী পাম্বৈশিংবু তাক্লনি—

যোগী যুঞ্জীত সততমাত্মানং রহসি স্থিতঃ।
একাকী যতচিত্তাত্মা নিরাশীরপরিগ্রহঃ ॥১০॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—যোগী = ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগীনা, নিরাশীঃ = বিষয়ভোগকী অপাম-খৌরাং থাদোকলগা, অপরিগ্রহঃ = যোগসাধন তৌবদা মৈথায়বা ওইগদবা পোৎশিংবু খোমজিনবা তৌদনা, যতচিত্তাত্মা = পুক্লীং অমস্তুং হকচাংবু লাক-শিন্দুনা যোগাভ্যাসগী মতীক চানা থমলগা, একাকী = মতোমদা, রহসি স্থিতঃ = অচীকপা মফমদা লৈহ্না, সততম্ = অতংপা লৈতনা; আত্মানং = মনবু ( পুক্লীংবু ), যুঞ্জীত = ধ্যানদা থমগদবনি ॥১০॥

অপূনবা অর্থ :—ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগীনা বিষয়ভোগকী অপাম-খৌরাং থাদোকলগা অমস্তুং যোগ সাধন তৌবদা মৈথায়বা ওইগদবা পোৎশিংবু খোমজিনবা তৌদনা পুক্লীং হকচাংবু লাকশিন্দুনা থমলগা মতোমদা অচীকপা মফমদা লৈহ্না অতংপা লৈতনা পুক্লীংবু ধ্যান তৌবদা পুশিনগদবনি ॥১০॥

অথূপ্পা রা

অচিকপদা লৈবা, সত্বগুণ পোক্লদবা চীঞ্জাক চাবা, তূমিন্না লৈবা, বিষয়ভোগ পামদবা, ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা থম্বা অমস্তুং প্রাণবু ফাজিন্দুনা থম্বা তরাক অসি মরু ওইনা মনবু ( পুক্লীংবু )

শেংদোক্কুনা ধ্যানযোগদা চঙশিনহন্নবা উপায়শিংনি। মতুদা "একস্তপোস্থিরধ্যায়ী"—"তপ (তৌবদি) নথস্ত তৌগদবনি অমসুং অনী তিন্নরগা লাইরিক ঔরাইগদবনি" হায়বা পাউরৌগী মতুং ইন্না অচীকপা মফমদা মতোমদা ফমলগা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরবদি থুনমক মহয় য়ানবা য়াই। মরম অসিনা উপনিষদ্তসু অসুন্না তাকলি—"একাকী চিন্তয়েদ্ ব্রহ্ম মনোবাক্কায়কর্ম্মভিঃ" (নাঃ পঃ উঃ ৩/৭০)—"নতোমদা পূক্লীং, ৱাহয়, হকচাং অমসুং থবকশিংনা ব্রহ্মগী চিন্তন (ধ্যান) তৌগদবনি।" মসিগী মতুং চনবা অর্থদি অসিনি ধ্যান তৌবদি মনগী মথৌনি, অদুবু মন-না ধ্যান তৌবা ঙমনবা ৱাহয় অমসুং হকচাংবু শীজিন্নদ্রবদি অদুগা থবক তৌদ্রবদি কনা অমত্ত ধ্যানগী মহয় ফংবা ঙম্মোই। মরম অসিনা ৱাহয়না অথুম্বা. কান্নবা অমসুং সত্য ওইবা (অচুম্বা) হায়গদবনি, য়াম্নসু ঙাঙলোইদবনি, হায়দবা য়াদবতা ঙাঙগদবনি, ঙস্ব নখৈ তুমিন্না লৈগদবনি, হকচাংনা শেংনা লৈগদবনি. নত্রবদি পূক্লীং মকা লাম্বা য়ারোই; অদুগা থবকনা ধ্যানগী মতীকচাবা অত্তা তৌগদবনি, নত্রবদি ধ্যান তৌবা য়ারোই। মসিদা মীনা মশাগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবা ঙমদ্রবসু মানা পাম্বগী মতুং ইন্না নীংনীংবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী ধ্যান তৌনবা হোৎনগদবনি। মতৌ অসুন্না মওঙ লৈবা লাইগী ধ্যান তৌবদা অভ্যাস নীংথিনা ওইরক-লবদি মশাগী মশক শংশঙনা থঙনবা আত্মাগী ধ্যান তৌবদসু মতীক (শক্তি) ফংলক্কনি ॥১০॥

মতৌ অস্মুম্না অহানবদা ধ্যানযোগগী মমুং অমসুং মপানগী পাম্বৈশিংবু শংলপনা ত্তাকলগা হৌজিক অমুক শুগাইন। তাক্কে হায়বগীদমক শ্লোক অনীনা মপানগী পাম্বৈ আসনগী মরমদা অস্মুম্না হায়রি ---

**শুচৌ দেশে প্রতিষ্ঠাপ্য স্থিরমাসনমাত্মনঃ।**
**নাত্যুচ্ছ্রিতং নাতি নীচং চৈলাজীনকুশোত্তরম্॥১১॥**
**তত্রৈকাগ্রং মনঃ কৃত্বা যতচিত্তেন্দ্রিয়ক্রিয়ঃ।**
**উপবিশ্যাসনে যুঞ্জ্যাদ্ যোগমাত্মবিশুদ্ধয়ে॥১২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ—শুচৌ = মহৌশানা নত্রগা তৈথোক-থোত্তোক্নুনা শেংবা, দেশে = অকি-অখণ্ড লৈতবা অমস্মুং লৈতেম মাম্নবা অচীকপা মফমদা, ন অতি উচ্ছ্রিতং = থোইদোকনা ৱাংদবা, ন অতি নীচং = অদুগা থোইদোকনস্মু নেমদবা, চৈলাজীনকুশোত্তরম্ = মৎং মনাউ নাইনা অহানবদা কুশ কৌবা নাপীনা শাবা ফক মচা ( লাইখুরম্ফক ), মতুগী মথক্তা শজি নত্রগা কৈগী অমোনবা মতু য়াওবা মর্‌ন ( মৃগ চর্ম্ম ); অদুগা মতুগী মথক্তস্মু অথোংপা ফী থারবা ; স্থিরম্ = লেঙদবা, আত্মনঃ আসনং = মশাগী ( অতোপ্পগী নত্তবা মশামক্কী ) আসন ( ফম্ফম ), প্রতিস্থাপ্য = নীংথিনা থারগা ॥১১॥ তত্র আসনে = আসন অদুদা, উপবিশ্য = ফম্দুনা, একাগ্রং মনঃ কৃত্বা = পূক্নীংবু লেপনা লেঙদনা ) থমলগা, যতচিত্তেন্দ্রিয়ক্রিয়ঃ = পূক্নীং অমস্মুং ইন্দ্রিয়শিংগী বৃত্তিশিংবু ( মপানগী পোৎশিংবু নীংলিবা অমস্মুং লৌরিবা মওঙশিংবু ) ফাজিল্লবা মীহুনা, আত্মশুদ্ধয়ে =

অন্তঃকরণ ( থম্মোই ) শেংনবগীদমক, যোগং যুঞ্জ্যাৎ = ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি ॥১২॥

অপূনবা অর্থঃ—অশেংবা মফমদা থোইনস্থ ৱাংদবা অতুগা থোইনস্থ নেমদবা মফমদা অহানবদা কুশগী ফক ; মতুগী মথক্তা শজি সত্রগা কৈ মর্ূন অতুগা মতুগীস্থ মথক্তা অমোনবা ফি থাৱবা লেঙদবা আসন মশামক্কী থারগা ॥১১॥ আসন অতুদা ফমদুনা পূক্নীংবু লেঙদনা থমলগা পূক্নীং অমস্থং ইন্দ্রিয়শিংবু মপানগী পোৎশিংদগী ফাজিল্লবা মীতুনা থম্মোই শেংনবগীদমক ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি ॥১২॥

## অথুপ্পা ৱা

ধ্যান নত্রগা উপাসনা হায়বসি অতোপ্পা পোৎশিংবু থাদোক্তুনা অনীলোঙদবা পূক্নীংবু নীংনীংবা লাই অদুদা ঙম্ব-মখৈ কুইনা থম্বনি। মসি ফমনা ফমনা তৌরবতদা নীংথিনা ওইবা য়াই। চৎনা চৎনা কদোৌঙেদস্থ ধ্যান তৌবা য়ারোই, পূক্নীং শোয়দনা চোইগনি ; অতুগা লেপ্তুনস্থ তৌবা য়ারোই। মরমদি লেপ্নবা হোৎনবদা শোয়দনা পূক্নীং চঙগনি, লেপ্নবা হোৎনত্রবদি ধ্যান তৌবা হৌবমক্তদা কাউথোকখিতুনা শোয়দনা তুগনি। মতৌ অস্থুম্না হীপ্তুনা ধ্যান তৌবস্থ য়ারোই ; তুম্নীংবনচিংবা শোয়দনা লাক্কনি। মরম অসিনা বেদান্তদর্শনদা অস্থুম্না হায়রি—"আসীনঃ সম্ভবাৎ" (৪/১/৭)— "ফমদুনতা ধ্যান নত্রগা উপাসনা তৌগদবনি, মরমদি মতুতদা নীংথিনা তৌবা য়াই।" মতৌ অস্থুম্না ফমদুনতা ধ্যান তৌফম থোকলবদা মফম কদায়দা ( কৱম্বা মফমদা ) অমস্থং করিদা ফমগদবগে হায়বসি

শ্রীভগবান্না তাকলিবনি। অদুবু বেদান্তদর্শনগী মতুং ইন্নদি মফম অমস্তুং মতমগী মরমদা থোইদোকপা নিয়ম লৈতে, পূক্নীংনা পাম্বা মফম অমস্তুং মতমদা হেক্তা ধ্যান তৌবা য়াই—"যত্রৈকাগ্রতা তত্রাহবিশেষাৎ" (৪/১/১০)—"করিগুম্বা মফম অমস্তুং মতমস্তু ওইসনু, মতুদা পূক্নীং লেপ্পা য়ারবদি মতুমক্তদা ( মফম অমস্তুং মতম অতুমক্তদা ) ধ্যান তৌগদবনি, মরমদি মতুগীদমক থোইদোকপা অরেপ্পা লৈতে।" অতুমক ওইতুনস্তু পূক্নীংনা পাম্বা মফমদি শোয়দনা ওইবা তাই ; মরম অসিনা "অশেংবা মফম" হায়বনি ; অশেংবা মফম নত্রবদি মতুদা ফমদুনা পূক্নীংনা ধ্যান কদৌঙৈদস্তু তৌনীং-লোই। শ্রুতিনস্তু অস্তুম্না হায়রি—"মনোহনুকূলে ন তু চক্ষু-পীড়নে" (শ্বেতঃ উঃ ২/১০)—"পূক্নীংনা পাম্বা অমস্তুং মীং নাদবা মফমদা ধ্যান তৌগদবনি।" অতুগা করিদা ফমগদগে হায়বসিগী মরমদা শ্রীভগবান্না তাকলিবা অসিদি য়াম্না থূপ্পা বিজ্ঞানগী ৱানি। মতম পূম্নমক্তা পৃথিবী অসি মাগী মথক্তা লৈবা পোৎশিংবু য়াম্না কন্না চিংশিন্দুনা লৈ. অতুগা মাগী অঙৈং-অশানচিংবা মগুণ পূম্নমকপুস্তু শননরিবা পোৎশিং অতুদা পী। মতুদগী পোৎশিং অতুদা মতুগী প্রভাব (ময়াই—শক্তি ) ওইবা মরমনা পোৎশিং অতু মথোয়গী মহৌশা ওইবা ফীবমদা লৈবা ঙমদবা শোয়দবনি। মতৌ অতুমনা হকচাং অসিস্তু পৃথিবীগী প্রভাবতগী মাগী হৌনশা ওইবা ফীবমদা লৈবা য়ারোই। মরম অসিনা ধ্যান তৌবা মতমদা হকচাংবু পৃথিবীনা চিংশিনবা অমস্তুং হকচাংদা মাগী অঙৈং-অশানচিংবা লাকপতু কোক-হনগে হায়বগীদমক আসনগী মওঙ তাকপনি। যোগদর্শনদস্তু অস্তুম্না

হায়রি—"ততো দ্বন্দ্বানভিঘাতঃ" (২/৪৮)—"মহুদগী অঈং-অশা-নচিংবা লোন্নবা লৈবা পুন্নমক কোকই।" শ্রীভগবান্না হায়রিবা আসনগী মওঙদি অসিনি—উপাকনা মখোঙ নাইনা শাবা থোইনস্থু রাংদবা অমস্থুং থোইনস্থু নেমদবা খর পাক-চাউবা ফালগী মথক্তা কুশনা শাবা ফক, মহুগী মথক্তা মৃগচর্ম্ম নত্রগা কম্বল, অহুগা মহুগী মথক্তস্থু অমোনবা, অথোৎপা ফি অমা থাগদবনি। মহুদা ফমদূনা ধ্যান তৌরবদি য়াম্না থূদোং চাগনি অমস্থুং পৃথিবীগী প্রভাবস্থু লাকপা ঙম্মোই। উপাকনা শাবা ফাল য়াওদনা লৈতেম মান্নবা লৈবাক্তা মথক্তা হায়রিবা কুশনা শাবা ফকনচিংবা থারগা মহুদা ফমদূনা ধ্যান তৌরবস্থু হকচাংদা অহুক হাকনা পৃথিবীগী প্রভাব লাক্লোই; মরমদি কুশগী ফক অমস্থুং মৃগচর্ম্ম নত্রগা কম্বলদা পৃথিবীগী প্রভাবপু থিংবা ঙম্বা অকনবা শক্তি লৈ। অহুগা মহুদা ফম্বা অহুস্থু খোঙ অমস্থুং হকচাংগী অতোপ্পা কায়াৎশিংদা অনাবা পোক্তনা অমস্থুং ধ্যান তৌরিঙৈগী মতমদা নুংঙাইনা লৈবা য়াবা ফীবমদা ফমগদবনি। মরম অসিনা যোগদর্শনদস্থু হায়রি—"স্থিরসুখমাসনম্" (২/৪৬)—"লেঙদনা নুংঙাইবা ওইবা হকচাংগী ফীবম আসন নি।" যোগ-শাস্ত্রদা পদ্মাসন, সিদ্ধাসন, স্বস্তিকাসন অসিনচিংবা আসন মখল য়াম্না লৈ। অহুবু মখোয়শিংহুবু অভ্যাস তৌহুনা অহানবদা সিদ্ধ তৌবা তাই। আসনশিং অহুদা ফমবদা য়ামত্রবদা পূং অমরোম হকচাংদা অনাবা করিমত্ত পোক্তনা (ফাওদনা) নুংঙাইনা ফম্বা ঙমলবদি আসন অহু সিদ্ধ ওইরে হায়না খঙগদবনি। সিদ্ধ ওইদনা আসনশিং অহুদা ফমদূনা ধ্যান তৌগে হোৎনরবদি অরেম্বদা তাগনি।

মতম খজিক্তংগী মনুংদা খোঙ-নচিংবা নারক্তুনা ধ্যান তৌবদা পুক্নীং শূকচং চঙবা য়ারোই। মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌনীংবা অচম্বা মীনা মানা হান্নদগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরিবা খোঙগ্রাইচন্না ফম্বহু তৌরগা ধ্যান তৌনবা হোৎনগদবনি ॥১১, ১২॥

ফম্বহুদা হকচাংবু করম্না থমগদগে অমসুং করম করম্বা নিয়মশিং ঙাক্তুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা হৌনৈ হায়বসি শ্লোক অনীনা তাকলি—

সমং কায়শিরোগ্রীবং ধারয়ন্নচলং স্থিরঃ।
সংপ্রেক্ষ্য নাসিকাগ্রং স্বং দিশশ্চানবলোকয়ন্ ॥১৩॥
প্রশান্তাত্মা বিগতভীর্ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিতঃ।
মনঃ সংযম্য মচ্চিত্তো যুক্ত আসীত মৎপরঃ ॥১৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—স্থিরঃ = ধ্যানযোগ শোয়দনা তৌগে লেপ্লবা মীহুনা, কায়শিরোগ্রীবং = হকচাংগী ময়ায়গী শরুক (থুন্দগী ঙকশম মথা ফাওবা) কোক অমসুং ঙকশমবু, সমং = চপ তিংনা (করিমত্ত কোন্থদনা), অচলং = লেঙ-ওৎপা তৌদনা (করিমত্ত লেঙদনা), ধারয়ন্ = থমলগা, স্বং নাসিকাগ্রং = মশাগী নাতোন মতোনবু, সংপ্রেক্ষ্য = য়েংহুনা (মীৎপু য়াম্নহু পাঙথোক্তুনা অমসুং য়াম্নহু উই-শিন্দনা থমহুনা), দিশঃ চ = অহুগা মায়কৈশিংদা (কোয়েং-কোয়েং) অনবলোকয়ন্ = য়েংবা তৌদনা॥১৩॥ প্রশান্তাত্মা = থম্মোইবু (পুক্নীংবু) য়াম্না তপনা থমলগা, বিগতভীঃ = অকি-অখং করিমত্ত লৈতনা,

ব্রহ্মচারিব্রতে স্থিতঃ=ব্রহ্মচারীগী লমচৎ চত্নুনা লৈরগা, মনঃ সংযম্য =পূক্লীংবুস্থ মপাম্থোংগী পোৎশিংদগী লাকশিন্দুনা, মচ্চিত্তঃ= মওঙ লৈবা ওইরবস্থ নত্রগা মঙঙ লৈতবা ওইরবস্থ সচ্চিদানন্দ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ঐঙোনমক্তদা ( শ্রীকৃষ্ণমক্তদা ) পুক্নীং থিংজিল্লগা, মৎপরঃ=কৃষ্ণ ঐমকপু খ্বায়দগী থোইনা নুংশিফম আম্মানি লেপ্পুনা, যুক্তঃ আসীত=ধ্যানযোগগী ( সবিকল্প সমাধিগী ) অভ্যাস তৌনবা ফমগদবনি ॥১৪॥

অপূনবা অর্থঃ— ধ্যানযোগ শোয়দনা তৌগে লেপলবা মীতুনা থম্মোইবু ( পূক্লীংবু ) য়াম্না তপ্‌না থমলগা অকি-অখঙ লৈত্তনা ব্রহ্মচারীগী তৌবা হৌনবা লমচৎ পূন্নমকপু ঙাক্তুনা পূক্নীংবু লাক-শিল্লগা হকচাংগী ময়ায়থংবা শরূক ঙকশম অমস্তুং কোকপু চপতিংনা লেঙদনা থমতুনা মশাগী নাতোন মতোনবু য়েংতুনা অতোপ্পা মায়কৈশিংদা য়েংবা তৌদনা (কোয়েং কোয়েং য়েংবা তৌদনা) ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তদা পূক্নীং থিংজিল্লগা কৃষ্ণ ঐমক্তবু খ্বায়দগী থোইনা নুংশিফম আম্মানি লেপ্পুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌনবা ফমগদবনি ॥১৩, ১৪॥

## অথুপ্পা ব্রা

কনাগুম্বা মী অমনা করিগুম্বা থবক অমা তৌগে লেপলবদি মানা অহানবদা থবক অদুগী মরু মরু ওইবা পাম্বৈশিংবু খোমজিনবা তাই, নত্রবদি থবক অদু পাঙথোকপা ঙম্মোই ; অদুগা পাম্বৈশিংদু খোমজিন্দুনা থবক হৌরবা মতুংদা অরাৎপা পাম্বৈশিংবুস্থ খোমজিল্লগা

থবক অতু লোইনা মপূং ফানবা হোৎনৈ। পাম্বৈ লৈতনা অমসুং নোমদনা কনা অমত্তসু থবক পাঙথোকপা ঙমদে। মতৌ অতুগুমদুনা কনাগুম্বনা ধ্যানযোগ তৌগে লেপলবদি মতুগী মরু মরু ওইবা পাম্বৈশিংবু হান্না খোমজিনবা তাই; নত্রবদি মানা কদৌঙৈদসু ধ্যানযোগ তৌবা ঙম্মোই। মসিগী মরু ওইবা পাম্বৈশিংদি—থম্মোই থোংনা মকালাম্না থম্ব, অকি-অখং চিংনবনচিংবা লৈতবা, মপাম্মোংগী পোৎশিংদা য়াম্না অপাম মিহৌ থমদবা অমসুং পূর্ণ্নীং লাকশিন্না ব্রহ্মচারীগী লমচৎ চত্নুনা লৈবা অসিনচিংবনি মসিশিংসি অহানবদা লৈতনা ধ্যানযোগ তৌগে হোৎনবা মী অরেম্বদা তাগনি। পাম্বৈ য়াওদনা থবক তৌগে হোৎনবা মী করম্না মহয় য়ানবা ঙমগনি? মরম অসিনা থম্মোই তপ্না মকা লাম্না থম্নবগীদমক অকবা থবকশিং তৌগদবনি, অকি অখং চিংনবনচিংবা লাক্তনবা অতোপ্পগী মফমদা নীংথিবা ব্যবহার তৌগদবনি, চুমদবা থবক তৌরোইদবনি; নীংথিবা ব্যবহার তৌদ্রবদি অমসুং চুমদবা থবক তৌরবদি পূর্ণ্নীংদা শোয়দনা অকি-অখং চিংনবনচিংবা শোয়দনা লাক্কনি; পুনসী নীংথিনা লেন্নবা অমসুং ঈশ্বুং মম্নুংদা মখাপোন্না লৈরিবা অহল-লম্মন, অঙাংনচিংববু নীংথিনা য়োকথাকনবা সংসারগী পোৎশিংবু তানশিল্লবসু মতু তৌবা মাগী মথৌনীদা খন্দুনা তানশিনগদবনি, মতুদা মাগীনি খন্দুনা অপান মিহৌ তৌরোইদবনি। অতুগা পূর্ণ্নীং লাকশিন্না ব্রহ্মচারীগী লমচৎ চৎপদি য়ুম্বান্দুনা লৈরবসু মুপী-নহাশিংগা তোয়না শম্নদবা অমসুং ক্রিয়াযোগ তৌবনি। যোগদর্শনদা ক্রিয়াযোগ করিনো হায়বসিবু অসুন্না তাকখি—"তপঃ স্বাধ্যায়েশ্বরপ্রণিধানানি ক্রিয়াযোগঃ" (২/১)—"তপ, স্বাধ্যায় অমসুং ঈশ্বরপ্রণিধান অহুমসি তৌবা

ক্রিয়াযোগনি।" একাদশীব্রত তৌবা, হুমিৎ খুদিংগী চরা নামতা চাদূনা লৈবা অসিনচিংবা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবু তপ্থনা থম্নবা উপায়শিং তপ-নি। নীংনীংবা লাই শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী নাম নত্রগা মন্ত্র জপ তৌবা, গীতা, উপনিষৎনচিংবা লাইরিকশিংবু পাহুনা খঙনবা হোৎনবা অমসুং মহুগী মতুং ইন্না চৎপা ওম্নবা থবক তৌবসি স্বাধ্যায়-নি। অহুগা তৌরিবা থবক পুম্নমক ঈশ্বরদা কৎথোকপা অমসুং পুক্নীং চঙনা মাগী পূজা তৌবনচিংবা ঈশ্বরপ্রণিধান-নি। মতৌ অসুম্না মরূ ওইবা পাম্বৈশিংবু তৌরবদি পুক্নীং শেংদোকখিহুনা ধ্যানযোগ তৌনবা মতিক ওই। যোগদর্শনদসু অসুম্না হায়রি—"সমাধিভাবনার্থঃ ক্লেশতনুকরণার্থশ্চ" (২/২)—"ক্রিয়াযোগ অসি ধ্যানযোগগী মশক ওইবা সংপ্রজ্ঞাত সমাধি সিদ্ধ তৌনবা প্নাম্বৈনি অমসুং সংসারগী মরম ওইনা লৈরিবা অবিদ্যা (অজ্ঞান) নচিংবা ক্লেশশিংবু (অরাবা পী-নবা মরমশিংবু) কূপ্না-পিশক পীকনা থম্নবগীদমক্নি।" মতৌ অসুম্না মরূ ওইনা অথোইবা পাম্বৈশিংসি লৈরবা মতুংদা ধ্যানযোগ তৌবা হৌগদবনি; মহুদগী অতোপ-অতোপ্পা পাম্বৈশিংবুসু খোমজিন্দূনা ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইগনি। মুক্তিকোপনিষত্তসু মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—

ব্রহ্মাকারমনোবৃত্তি প্রবাহোঽহংকৃতিং বিনা।
সংপ্রজ্ঞাতসমাধিঃ স্যাদ্ ধ্যানাভ্যাসপ্রকর্ষতঃ॥ (২/৫৩)

"অহংকার য়াওদনা (ঐ হায়বা জ্ঞান লৈতনা) ব্রহ্মগী মওঙ ওইনা মনগী বৃত্তিগী (পুক্নীংগী ওম্বা মশক্কী) তত্তবা ঈচেল অহু

সংপ্রজ্ঞাত সমাধিনি ; মসি ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা মপূং ফারবদা ওই।"

মসিদা কনাগুম্বনা নিরাকার ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবা ৬মদদূনা সাকার ব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণনচিংবগী ধ্যান তৌরবস্থু শ্রীকৃষ্ণ-নচিংবগী মওঙ ওইনা ওন্থহুনা লৈরিবা পূক্নীংগী তত্ত্বা ঈচেল অহুস্থু সংপ্রজ্ঞাত সমাধিনি। মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌনীংবা মীনা শ্রীভগবান্না তাকলিবা নিয়মশিংগী মতুং ইন্না ফমদূনা মসিগী অভ্যাস তৌগদবনি, মহুতদা মহয় য়ানগনি ॥১৩, ১৪॥

হৌজিক সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌহুনা ফমলিবা যোগী অহুগী করি মহয় ফংগনি হায়বসি তাকলি—

**যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী নিয়তমানসঃ।**
**শান্তিং নির্ব্বাণপরমাং মৎসংস্থামধিগচ্ছতি ॥১৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—এবং = মতৌ অসুম্না মথক্তা হায়খ্রিবা নিয়ম-শিংসিগী মতুংইন্না ফমলগা, আত্মানং = মনবু ( পূক্নীংবু ), সদা যুঞ্জন্ = মতম পুম্নমক্তা সমপ্রজ্ঞাত সমাধিদা থমলবা ; নিয়তমানসঃ = মরম অহুদগী পূক্নীং লেঙদ্রবা ( অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি য়ৌরবা ), যোগী = ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা মী অহুনা, শান্তিং = য়াম্না তপ্পা ( অৱাবা মচেৎ অমত্ত য়াওদনা নুংঙাইবগী মশক্ত ওইবা ), নির্ব্বাণপরমাং = অথোইবা মোক্ষ ( কৈবল্য মোক্ষ ) ওইবা, মৎসংস্থাং = ঐগী খুৱমবু (সাক্ষাৎ পরমব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐগী ঈশকমকপু), অধিগচ্ছতি = নীংথিনা ফংই ( পরব্রহ্মদা তিল্লী ) ॥১৫॥

অপূনবা অর্থ ঃ—মথক্তা হায়খ্রিবা নিয়মশিংসিগী মতুং ইন্না ফমলগা মনবু মতম পূন্নমক্তা সংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা থমলবা অমসুং মতুদগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি য়োরবা যোগীতুনা কৃষ্ণ ঐগী খুবম ওইবা য়াম্না তপ্‌লবা মুংচাইবগী মশক্ত ওইবা অথোইবা মোক্ষবু ফংই ॥১৫॥

## অথূপ্পা বা

মনগী বৃত্তিশিংবু (পূরীংগী মওঙশিংবু) ফাজিন্দূনা থম্বগী মশক ওইবা যোগ হায়বদি সমাধি অসি সংপ্রজ্ঞাত অমসুং অসংপ্রজ্ঞাত খেন্নবদগী অনীথোকনা থায়রি। মসিগী মরমদা চমনা হায়রবদি—ধ্যাতা ( অনীংবা মী ), ধ্যান ( নীংবগী মশক ওইবা থবক ) অমসুং ধ্যেয় (নীংলিবা হীরম) অহুমসিংমক খঙবা অমসুং মতুদগী অতোপ্পা অমত্ত খঙদবা মনগী ফীবম অদুবু সংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌই। অদুগা ধ্যাতা অমসুং ধ্যান অনীসিগী খঙবা থাদোক্তুনা ধ্যেয়মক্তগী নীংলিবা হীরম অদুমক্তগী জ্ঞান লৈহৌরবদি অসিগুম্বা মনগী ফীবমবু অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌই। অনীসিবু সবিকল্প অমসুং নির্ব্বিকল্প নত্রগা সবীজ অমসুং নির্বীজ সমাধি হায়নসু কৌনৈ। মরমদি—সংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা অহুমথোকনা জ্ঞান লৈ, মতুদগী মহাক সবিকল্পনি (মখল লৈনা খঙবা—বিকল্পনি অদুগা মতু য়াওনা লৈবা— সবিকল্পনি); অদুগা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা মখল অহুমথোকনা জ্ঞান লৈতে, মুপনা ধ্যেয়গী জ্ঞান অমত্তং লৈ, মরম অসিদগী মহাক নির্ব্বিকল্পনি। মতৌ অমুম্না সংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা পোকপা শিবা নাইনা লৈগদৌবা সংসারগী মরূ ( বীজ ) ওইবা অজ্ঞান ( অবিদ্যা ) মাওদনা লৈ, মরম

অদুদগী মহাক সবীজনি ; অদুগা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা আত্মাগী অশেংবা মশক পরব্রহ্মবু শংশঙনা থঙবা মরমদগী সংসারগী মরু ওইবা অজ্ঞান মাঙখি ; মসিদগী মহাকপু নির্বীজ সমাধি হায়নসু কৌরিবনি। হায়রিবা নির্বীজ সমাধিসি মোক্ষবু পামদুনা তৌবা সমাধিগী মরমদনি, সংসারগী পোৎশিংবু পামদুনা তৌবা অসংপ্রজ্ঞাত নত্রগা নির্ব্বিকল্প সমাধিগী মরমদা নত্তে, মদুদদি সংসারগী মরু ওইবা অজ্ঞান শোয়দনা লৈগনি. মদুদা তৌরিবা সমাধি অদুদি অপাম্বা পোৎ ফংনবগীদমক মদু পীবা ওস্বা দেব নত্রগা দেবীগী ধ্যান তৌবদনি ; মশাবু থঙনবগীদমক অজ্ঞান মাঙনবা তৌবা নত্তে। মরম অসিনা মদু নির্ব্বিকল্প ওইরবসু নির্বীজ নত্তে, সবীজনি। মসিগী মরমদি— আত্মাগী অশেংবা মশক থঙদববু মফমসিদা অজ্ঞান হায়বনি, অতোপ্পগী অজ্ঞানবু হায়বা নত্তে। অসিগুম্বা আত্মাগী অজ্ঞান অসিদি আত্মাবু অশেংবা মশক্তা শংশঙনা থঙবা নত্তনা অতোপ্পগী জ্ঞানদগী মাঙদে ; মূপনা আত্মাগী জ্ঞানদগী অজ্ঞান অদু মাঙগনি। মরম অসিনা সংসারদগী নাম্থোকপা পাম্ব মীনা সংসারগী পোৎ ফংনীংদুনা যোগাভ্যাস তৌনবা হোৎনরোইদবনি ; মূপনা মোক্ষ ফংনবগীদমক হোৎনগদবনি। ভগবান্ পতঞ্জলিনসু অস্মুম্না হায়রি— 'তে সমাধাবুপসর্গাবুৎথানে সিদ্ধয়ঃ" ( যোঃ দঃ ৩/৩৭ ) — "সংসারদা মিংচৎ থমনীংবদগী ( ফাওনীংবদগী ) তৌবা সমাধিদগী ওইবা অতোপ্পগী পূর্ব্বীংগী ব্রা থঙবা, নাকোংনা অথাপ্পগী ব্রা তাবা অসিনচিংবা পূম্নমকসি আত্মাবু শংশঙনা থঙনবা তৌবা সমাধিদা য়েকনবা ঙাক্তনি, মখোয়বু পামলবদি আত্মসাক্ষাৎকার ওইবা য়াদে,

ব্যবহারগী মতমদা মখোয়বু সূপনা সিদ্ধি-নী হায়নবতনি।" "তদ্বৈরাগ্যাদপি দোষবীজক্ষয়ে কৈবল্যম্" ( যোঃ দঃ ৩/৫০ )—"হায়রিবা সিদ্ধিশিংসিবু পামদবদগী সমাধিদা আত্মসাক্ষাৎকার তৌরগা ( আত্মাবু শংশঙনা খঙলগা ) রাগ-দ্বেষনচিংবা ( অপামযেংথিনচিংবা ) দোষ পূন্নমক্কী মরূ অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) মাঙথ্রবদা কৈবল্যমোক্ষ ( ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ) ওই।" মরম অসিনা সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী মশক ওইবা সবীজসমাধি য়ৌবা ঙমলবা ফাওবদসু পেল্লোইদবনি. নির্বীজ সমাধি য়ৌনবা কন্না হোৎনগদবনি। নির্বীজ সমাধিসিগী মওঙ যোগদর্শনদা অসুন্না হায়রি—"তস্যাপি নিরোধে সর্ব্বনিরোধান্নির্বীজসমাধিঃ" (১/৫১)—"সবীজ ওইবা সংপ্রজ্ঞাত সমাধিবুসু থিংলবদা সংসারগী মরম ওইবা সংস্কার পূন্নমক ( মনদা লৈবা সংসারগী অকুপ্পা রাখল পূন্নমক ) থিংবা মরমদগী নির্বীজ সমাধি ওই।" মসি ধ্যানযোগীশিংগী খ্বায়দগী হেন্না নুংশিনফম ওইহুনা ফংনফমনি। মসি ফংনীংদনা ধ্যানযোগ তৌবদি অরেম্বনি। শ্রুতিনসু অসুন্না হায়রি—

প্রশান্তবৃত্তিকং চিত্তং পরমানন্দদায়কম্।
অসংপ্রজ্ঞাতনামায়ং সমাধির্যোগিনাং প্রিয়ঃ॥
( মুক্তিঃ উঃ ১/৫৪ )

"আত্মসাক্ষাৎকারগী মওঙ নত্তনা অতোপ্পা মওঙ পূন্নমক লৈথিল্লবা অমসুং অসংপ্রজ্ঞাত হায়না কৌবা মনগী মওঙসি ধ্যানযোগীশিংগী নুংশিনফমনি।"

মসি য়ৌরবদা কৈবল্য মোক্ষ ফংই হায়বসিবু শ্রুতিনা অসুন্না তাকলি—

"তমাত্মস্থং যেঽনুপশ্যন্তি ধীরাঃ
তেষাং শান্তিঃ শাশ্বতী নেতরেষাম্"
( কঠঃ ২/২/১৩ )

"অথাঙ কন্দুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা মীশিংদুনা থম্মোইগী মন্নুংদা লৈরিবা পরমাত্মাবু উই, মখোয়দুগী লেঙদবা শান্তিনি ( মোক্ষনি ) অতোপ্পশিংগী নত্তে ।।"

মরম অসিনা মোক্ষ ফংনীংবা মীনা সংসারগী অপাম-মিহৌ থাদোকলগা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌফম থোকই ॥১৫॥

ধ্যানযোগগী মরু মরু ওইবা পাম্বৈশিং তাক্কুনা মদুগী মতুং ইন্না অভ্যাস তৌনবা ফম্মূ অমস্থুং মদুগী মহয় মোক্ষ ফংগনি হায়রগা হৌজিক মরু ওইবা পাম্বৈশিংদুগী মতেং পাংগদবা অতোপ্পা পাম্বৈ চাব-থকপনচিংবগী নিয়মবু শ্লোক অনীনা অস্থুন্না তাকলি

নাত্যশ্নতস্তু যোগোঽস্তি ন চৈকান্তমনশ্নতঃ।
ন চাতিস্বপ্নশীলস্য জাগ্রতোনৈব চার্জ্জুন ।।১৬।।
যুক্তাহারবিহারস্য যুক্তচেষ্টস্য কর্ম্মসু।
যুক্তস্বপ্নাববোধস্য যোগো ভবতি দুঃখহা ।।১৭।।

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— অর্জ্জুন = হে অর্জ্জুন ! অতি অশ্নতঃ তু = য়াম্না চার-থকলা তৌদুনা লৈবা মীগীদি, যোগঃ ন অসি = ধ্যান-যোগনচিংবা যোগ অমত্ত ওইদে, চ = অদুগা, একান্তং অনশ্নতঃ = চাব থকপ শূকতৌ তৌদবা মীগীস্থু, ন ( যোগঃ অস্তি ) = যোগ

ওইদে ; চ=অমসুং. অতিস্বপ্নশীলস্য=য়াম্না তূমগনবা মীগীস্তু, ন (যোগঃ অস্তি)=যোগ ওইদে, চ=অদুগা, জাগ্রতঃ=শূক্কুম তূমদনা হৌদুনা লৈবা মীগীস্তু, ন এব ( যোগঃ অস্তি )=যোগ শূকওই ওইদে ॥১৬॥ যুক্তাহারবিহারস্য=মরম অসিনা চাং নাইনা চাব-থকপা অমসুং চৎপা, কর্ম্মসু=মাং-শোয়বগী থবক অমসুং পূক্নীং শেংনবা নামজপ, পূজা, পাঠনচিংবা থবকশিংবু, যুক্ত চেষ্টস্য=চাং নাইনা অমসুং মতম চানা তৌনবা হোৎনরিবা, যুক্তস্বপ্নাববোধস্য= মতম চানা অমসুং মতীক চানা তূম্বা অদুগা হৌগৎপা মীদুগী, দুঃখহা=সংসারগী অরাববু মাঙহনবা ঙম্বা, যোগঃ ভবতি=যোগ ওই ॥১৭॥

**অপূনবা অর্থ** :—হে অর্জ্জুন ! য়াম্না থক-চাব' মীগীদি যোগ সিদ্ধ ওইদে। মতৌ অমুম্না থকপা চাবা ঈতৌ তৌদবা, য়াম্না তূমগনবা, ঈতূম-তূমদবা মীগীস্তু যোগ সিদ্ধ ওইদে ॥১৬॥ মরম অসিনা চাং নাইনা চাব-থকপা অমসুং চৎপা, অমাং অশোয় অমসুং ধর্ম্মগী থবকশিংবু মতম চানা চাং নাইনা তৌবা অদুগা চাং নাইনা তূম্বা অমসুং হৌবা মীগী, সংসারগী অরাবা মাঙহনবা ঙম্বা যোগ সিদ্ধ ওই ॥১৭॥

## অথূপ্পা রা

চাং নাইনা অমসুং মতম চানা মতীক চাবা পাম্বৈশিংবু লৌদুনা অদুগা ঘৈশায়-থিনগাইবা লাক্কদবা থবক অমসুং পোৎশিংবু থাদোক্লুনা কন্না হোৎনবসি থবক্কী মহয় য়ান্নবা মরমনি ; মসিদা কন্নিমত্ত চিংনফম লৈতে। মতৌ অদুম্না ধ্যানযোগ তৌবা মীনা

মতু সিদ্ধ ওইনবা হোৎনবদা য়ৈথায়-থিনগায় তৌগদবা থবক অমসুং পোৎশিংবু থাদোক্কদবনি। মতুদা য়ৈথায়-থিনগায়বা তৌগদবা থবক অমসুং পোৎশিংতু করিনো, অতুগা তৌগদবা অমসুং লৌগদবনা করিনো হায়বসি শ্রীভগবান্না শ্লোক অনীসিদা তাকলি। যোগাভ্যাস তৌবা মীনা হকচাংগী শক্তি য়েংতুনা হকচাংদা নীংথিনা তুম্ব ঙমগদবা অৰ্কবা চীঞ্জাক খরদংদা চাগদবনি। মতুদগী হেন্না চারবদি মতু তুম্ব ঙমদতুনা নুংশিংকাবনচিংবা লায়না পোকলক্লুনা হকচাং ফত্তবা মরমনা যোগাভ্যাস তৌবা ঙম্মোই। মসি যোগাভ্যাস তৌবা মীদগীস্থ নত্তে, মীপুম খুদিংমক্কীনি; অতুমক ওইতুনস্থ যোগাভ্যাস তৌবা মীনা মসিগী মরমদা চেকশিন্না লৈগদবনি তাকপদনি। মরমদি চাখি-থকখিবা পোৎশিংতু নীংথিনা তুমদবদগী পুক্লীংদা রজঃ অমসুং তমোগুণ য়াম্না হেনগৎনা লৈবা মরমদগী সত্ত্বগুণ পোকপা ঙমদতুনা ধ্যান তৌবা সূকয়া য়ারোই। অতুগা চাব-থকপা পূমথা থাদোক-লবস্থ অরাম-খৌরাংবনা মরম ওইতুনা যোগাভ্যাস তৌবা য়ারোই। যোগাভ্যাস তৌবা মতমদা পুক নুংশিং কাহল্লোইদবনি, অরাম খৌরাংবস্থ লৈহল্লোইদবনি, হকচাং চোকথহল্লোইদবনি অমসুং পুক্লীং লাওতকনহল্লোইদবনি, মতুতদা ধ্যানযোগগী অভ্যাস নীংথিনা তৌবা ঙমগদবনি। মরম অসিদগী ভাষ্যকার শ্রীভগবান্ শঙ্করাচার্য্যনা শ্লোক অসিগী ভাষ্যদা শতপথ ব্রাহ্মণগী রাহয় অমা অস্তুন্না ইরি—

"যদু হ বা আত্মসম্মিতমন্নং তদবতি তন্ন হিনস্তি, যদ্‌ ভূয়ো হিনস্তি তদ্‌, যৎ কনিয়ো ন তদবতি।"—"হকচাংগী পাঙ্গলগী মতুং ইন্না চাং কায়দনা চারিবা মতীক চাবা চীঞ্জাক অতুনা হকচাংবু

ঙাকই, মহুনা হকচাং মাঙদে ; চাং কায়না য়াম্না চারবদি মহুনা হকচাং মাঙই, অহুগা চাংদগী ব্রাংনা চারবদি মহুনা হকচাংবু কন্দে ( ঙাক্তে )।" মরম অসিনা যোগীনা "হিংনবা থক-চাবনি, থক্ত-চানবা হিংবা নত্তে" হায়বা পাউরো অসিবু থক কাউথোকলোই-দবনি। মসি কাউদনা মসিগী মতুং ইন্না চাব-থকপা তৌহুনা যোগাভ্যাস তৌরবদি লায়না মহয় য়ানবা য়াই। যোগীনা কয়া য়াম্না চাবা হৌনৈ হায়বসিবু অস্থুম্না তাকলি—

আহারস্য চ ভাগৌ দ্বৌ তৃতীয়মুদকস্য চ।
বায়োঃ সঞ্চারণার্থং তু চতুর্থমবশেষয়েৎ ॥
( সংঃ উঃ ২/৫২ )

"যোগীনা কদোৌঙৈদস্থ পূক থন্না চারোইদবনি ; পূক্কী শরক অনী চীঞ্জাকনা থলহনগদবনি, অহুমশুবা শরক ঈশিংগীনি, অহুগা মরিশুবা শরক্তি হুংশিংকী চৎথোক-চৎশিন তৌনবা হাঙনা থমগদবনি।"

মরম অসিনা মশাগী শক্তি য়েংহুনা যোগীনা হকচাংস্থ শোন্থদনবা চাংন্নাইনা চাগদবনি। যোগীনা করম্বা পোৎ চাবা কৈ অমস্থং ফত্তে হায়বসিবুস্থ যোগরসায়ণদা অস্থুম্না তাকলি —

রসমম্লং তথা ক্ষারং বিদাহি কটুকং তথা।
ত্যক্ত্বা ভুঞ্জীত গোধুমং মুদ্গং বা তণ্ডুলং তথা ॥৬৭॥
ঘৃতং নবীনং সেবেত নিশায়াঞ্চ পয়ঃ পিবেৎ।
সৈন্ধবঞ্চাল্পমশ্নীয়াৎ তথৈব মধুরং রসম্ ॥৬৮॥
এতদ্ধি যোগিনাং পথ্যং নাপথ্যং তু কদাচন ॥৬৯॥

"অশীনবা, অয়াকপা, অশাবা ( মোরোকনচিংবা ) অমস্থং অখাবা রসশিংবু থাদোকলগা ; গেহু ( গণ্ডম্ ), মুংগ অমস্থং চেঙনা শাবা ( থোংবা ) চিঞ্জাক চাগদবনি ! অনৌবা ঘীবুস্থ চাকনচিংবদা থজিক্তং য়ানশিন্দুনা চাবা ফৈ, অদুগা নুংদাংদা শঙ্গোম খরা থক্কদবনি, থুম অমস্থং অথুম-অহাউদি য়াম্না চারোইদবনি। মসি যোগীশিংগী চাগদবা চীঞ্জাকনি, ফত্তবা চীঞ্জাকপুদি কদৌঙৈদস্থ চারোইদবদি।"

অদুগা মসিদা ঈনশাং ওইনা মথল মথা অয়াম্বা অশংবা মনা-মশীং অমস্থং মহয়-মরোংস্থ চাগদবনি ; হেনগৎনদি চাবা ফত্তে। অদুগা য়াম্না তুম্বা অমস্থং তুমদবা অসিস্থ ফত্তে। ন্থংথিল তুমদনা অহিংদা পূং তরুকলোমদি শোয়দনা তুমগদবনি। অহিংদা পূং ১০, ১০½ রোম তাবদগী অয়ুক পূং মরি, মরিমথায় তাবা ফাওবা তুম্বসি য়াম্না ফৈ। মসিদগী হেন্না নক্সগা তানা তুম্বসি ফত্তে। অদুগা যোগভ্যাস তৌবা মীনা য়াম্না চৎপা অসিস্থ ফত্তে ; "ন গব্যুত্তেঃ পরং গচ্ছেৎ"—নোংমদা মাইল মঙা-তরুক্তগী হেন্না চংলোইদবনি হায়বসি যোগশাস্ত্রদা তাকলি। মরমদি য়াম্না চত্তুনা হকচাং চোক-থরবদি ধ্যান তৌবা ঙম্মোই। মতৌ অস্থুম্না হায়রিবা নিয়ম পুন্নমকসি ঙাক্তুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরবদি থুনমক মহয় য়ানগনি। মরম অসিদগী অমৃতনাদোপনিষত্তস্থ অস্থুম্না হায়রি—

**ভয়ং ক্রোধমথাঽহলস্যমতিস্বপ্নাতিজাগরম্।**
**অত্যাহারমনাহারং নিত্যং যোগী বিবর্জয়েৎ ॥২৮॥**

"অকিবা, অশাউবা, অত্তনবা, য়াম্না তুম্বা, ঈতুম তুমদবা, য়াম্না চাবা অমস্থং ঈচা-চাদবা মসি পুন্নমকসিবু যোগীনা মতম পুন্নক্তা শোয়দনা থাদোক্কদবনি।"

মতৌ অসুন্না ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌনীংবা মীনা অয়ুক অঙনবদা হৌদুনা পরমাত্মাবু নীংশিংদুনা মাগী মিং ( নাম ) লৌরগা অমাং-অশোয় অমসুং চীন-য়া শেংদোক্তুনা ঈরু-মাইথজরগা পুক্নীং মকা লামনা ফমদুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি ॥১৬ ১৭॥

মতৌ অসুন্না অভ্যাস তৌবদগী পুক্নীং লেপ্পুনা সংপ্রজ্ঞাত সমাধি য়ৌরবা যোগীগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবগী মওঙ তাকপদু শ্রীভগবান্না অসুম হায়না হৌরি—

**যদা বিনিয়তং চিত্তমাত্মন্যেবাহবতিষ্ঠতে।**
**নিঃস্পৃহঃ সর্ব্বকামেভ্যোঃ যুক্ত ইত্যুচ্যতে তদা ॥১৮॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যদা = মতম অদুদা, বিনিয়তং = সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌবদগী নীংথিনা লেপলবা ( লেঙদ্রবা ), চিত্তং = রজঃ অমসুং তমোগুণ য়াওদ্রবা সত্ত্বগুণ ডাক্তা ডায়রবা পুক্নীং, আত্মনি এব = ধ্যেয় ওইবা অশেংবা আত্মাগী মওঙমক্তদা, অবতিষ্ঠতে = লেঙদনা লৈ, তদা = মতৌ অসুন্না মপান্থোংগী বৃত্তি পুন্নমকপু ফাজিন্দুনা লৈবা মতম অদুদা, সর্ব্বকামেভ্যঃ = সংসারগী অফং-ফংদ পোৎ পুন্নমক্তগী, নিঃস্পৃহঃ = অপাম-মিহৌ থাদোকলবা মীদু, যুক্তঃ ইতি উচ্যতে = অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা লৈরবনি ( য়ৌরবনি ) হায়নৈ ॥১৮॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**- সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌবদগী নীংথিনা লেপলবা পুক্নীং অদু ধ্যেয় ওইবা আত্মাগী মওঙমক্তদা লেঙদনা লৈবা মতম অদুদা সংসারগী অফং-ফংদ পোৎ পুন্নমক্তগী অপাম-মিহৌ থাদোকলবা মীদু অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা য়ৌরবনি হায়নৈ ॥১৮॥

## অথুপ্পা রা

মতৌ অস্নুম্না অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি তৌবদগী হৌগংপা (মীকপ থোকলবা) যোগীশিংগী মীৎয়েংদা সংসার পূম্নমকসি মঙগী পোৎ-চৈথুম্না উই, আত্মা নত্তনা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত উদে। মরম অসিনা অস্নুম্না হায়রি—"দৃশ্যাঽসম্ভববোধো হি জ্ঞানং জ্ঞেয়ং চিদাত্মকম্। তদেব কেবলীভাবংততোঽন্যৎ সকলং মৃষা॥" (মঃ উঃ ৪/৬৩)—"উরিবা সংসার পূম্নমকসি ওইথোক্তবনি খঙবসিমক জ্ঞাননি; খঙগদবদি চেতনগী মশক ওইবা আত্মা অসিমক্তনি; আত্মাসিমক্তবু খঙবা অসিমক কৈবল্য মোক্ষনি; মতুংদগী অতোপ্পা পূম্নমকসিদি মিথ্যানি (উরবস্তু অশেংবা মওঙদা মতম অহুম্মক্তা লৈতবা মঙগী পোৎকুম্বা ঙাক্তনি)॥" মরম অসিনা অসিগুম্বা মীগীদমক শ্রুতিনা অস্নুম্না হায়রি—"যদা সর্বে প্রমুচ্যন্তে কামা যেঽস্য হৃদি শ্রিতাঃ। অথ মর্ত্ত্যোঽমৃতো ভবত্যত্র ব্রহ্ম সমশ্নুতে॥" (কঠঃ উঃ ২/৩/১৪)—"অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিনা আত্মা সাক্ষাৎকার তৌরবা মতম অদুদা মীদুগী থম্মোইদা চঙদূনা লৈরম্বা অপাম-মিহৌ পূম্নমক অদু চৎথোকখি। মতুগী মতুংদা পোকপা শিবা নাইতুনা লৈরম্বা মহাক অদু অমৃত (পোকপা শিবা নাইদবা) ওই; সংসারসিদা মহাক হিংন-হিংনা ব্রহ্ম ওইতুনা লৈ।" মতৌ অস্নুম্না লৈবা ফীবমসিদা মহাকনা সংসারবু মিথ্যানি হায়বসি নীংথিনা খঙবদগী আত্মাতদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা লৈ। মসিবুস্নু শ্রুতিনা অস্নুম্না হায়রি—"আত্মৈবেদং সর্ব্বমিতি স বা এষ এবং পশ্যন্নেবং মন্বান এবং বিজানন্নাত্মরতিরাত্মক্রীড়

আত্মমিথুন আত্মানন্দঃ স স্বরাড্ ভবতি” (ছাঃ উঃ ৭/২৫/২)—
“পূন্নমকসি আত্মামক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমত্ত নত্তে অস্থুম্না য়েংবা, অস্থুম্না থনবা. অমস্থুং অস্থুম্না নীংথিনা খঙবা মহাক অত্থুদি আত্মাতবু পাম্মী, আত্মাতদা শান্নে, আত্মাদবু অনীশুবা ওইনা থমঙ্গৈ, অমস্থুং আত্মাতদা নুংঙাইবা লৌঙ্গৈ, মহাক্তি মশাগী রাজ্যদা (লৈবাক্তা) সম্রাট্ ( নিংথৌরেল ) ওইহুনা লৈ।” মসিনি মরাইবক য়াম্না ফবা মীনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা আত্মসাক্ষাৎকার তৌরগা হিংহুনা লৈরিঙৈগী ফীবম ॥১৮॥

হৌজিক অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা লৈবা মতমদা যোগীহুগী পূক্নীংগী ফীবম করমতোনা লৈ হায়বসি খুদমগা লোয়ননা চাংদম্নহুনা অস্থুম্না হায়রি—

যথা দীপো নিবাতস্থো নেঙ্গতে সোপমা স্মৃতা।
যোগিনো যতচিতস্য যুঞ্জতো যোগমাত্মনঃ ॥১৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—নিবাতস্থঃ = হাই-হুম্নবা মরম মুংশিৎ শীত্তবা মফমদা লৈবা, দীপঃ = থাংমৈগী মৈরি, যথা = মতৌ অস্থুম্না হাই-হুম্নবা মরম লৈতবদগী, ন ঈঙ্গতে = লেঙদনা লৈ, সা = মসি (থাংমৈগী লেঙদনা লৈবসি), আত্মনঃ = ধ্যেয় ওইবা আত্মাগী, যোগং যুঞ্জতঃ = অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি তৌহুনা লৈবা, যোগিনঃ = যোগীগী, যতচিত্তস্য = ফাজিন্দুনা থমলিবা পূক্নীংহুগী, উপমা স্মৃতা = চাংদম্নবনি হায়না যোগীশিংনা খঙনৈ ॥১৯॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—মুংশিৎ শীত্তবা মফমদা লৈবা থাংমৈগী মৈরি লেঙদনা লৈ; মতৌ অসুম্না থাংমৈগী মৈরিদা লেঙদনা লৈবসি আত্মাগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি তৌরিবা যোগীগী ফাজিন্দূনা থমলিবা পূক্নীংথুগী চাংদমনবনি হায়না যোগীশিংনা খঙনৈ ॥১৯॥

## অথূপ্পা বা

লেঙদনা লৈবা থাংমৈগী মৈরিগা লোয়ননা চাংদমনবসি সংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা তৌবা য়াদে। মরমদি সমাধি অসিদা ধ্যান, ধ্যাতা অমসুং ধ্যেয়গী জ্ঞান লৈবদগী পূক্নীংগী মওঙ খরা চোইনা লৈ, লেঙদনা লৈতে। মরম অসিনা অসুম্না হায়রি—"অস্মীতি শব্দবিদ্ধোহয়ং সমাধিঃ সবিকল্পকঃ" ( সঃ রঃ উঃ—২৮ )— "ঐ লৈ হায়বা রাহয় অসি য়াওনা ( ধ্যাতাগী জ্ঞান য়াওনা ) ওইবা সমাধিসি সবিকল্পকনি ( সংপ্রজ্ঞাতনি )।" অথুগা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদদি ধ্যান অমসুং ধ্যাতাগী জ্ঞান লৈতে, স্থূপনা ধ্যেয়গী জ্ঞান লৈ। মরম অসিদগী মথুদা পূক্নীং করিমত্ত চোইদে। মথুদগী মসিতদা থাংমৈগী মৈরিগা চাংদম্নবনি। মসিবুসু অসুম্না হায়রি— "নির্ব্বিকল্পঃ সমাধিঃ স্যান্নিবাতস্থিতদীপবৎ" (সঃ রঃ উঃ ১৯) "নির্ব্বিকল্পক ( অসংপ্রজ্ঞাত ) সমাধি অসিদি মুংশিৎ শীত্তবা মফমদা থানবা থাংমৈগী মৈরিগুম ওই ॥১৯॥

মতৌ অসুম্না হায়রিবা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী মওঙ অসিবু শ্লোক মরিনা শন্দোকনা তাকে হায়বগীদমক অহানবদা অসুম্না হায়বা হৌরি –

**যত্রোপরমতে চিত্তং নিরুদ্ধং যোগ সেবয়া।**
**যত্র চৈবাত্মনাত্মানং পশ্যন্নাত্মনি তুষ্যতি ॥২০॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যোগ সেবয়া = তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী, নিরুদ্ধং চিত্তং = ফাজিল্লবা পূক্লীংসি, যত্র = অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমা য়োরবদা, উপরমতে = সংসারগী পোৎশিংগী অপাম-মিহৌ থাদোকই, চ = অদুগা, যত্র = পুক্লীংনা অসিগুম্বা থোই-দোকপা ফীবম অমা য়োরবদা, আত্মনা এব = অশেংবা পূক্লীং অদুমক্তনা, আত্মানং = নুংঙাইবগী মশক ওইরবা আত্মাবু, পশ্যন্ = শংশঙনা উরবা যোগীদুনা, আত্মনি = মানা উরিবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মা অদুদা, তুষ্যতি = পেন্দূনা লৈ ॥২০॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী ফাজিল্লবা পুক্লীংসি অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমা য়োরবদা সংসারগী পোৎশিংগী অপাম-মিহৌ থাদোকই, অদুগা অসিগুম্বা অথোইবা ফীবম অমা য়োরবদা অশেংবা পুক্লীং অদুনা আত্মাবু শংশঙনা উরবা যোগীদুনা আত্মা অদুদা পেন্দূনা লৈ ॥২০॥

## অথূপ্পা ৱা

অহানবদা সংসারগী পোৎশিংদা থরদং অপাম-মিহৌ তৌদুনা লৈরবসু নুমিৎ খুদিংগী চাং নাইনা অমসুং তত্তনা ধ্যান যোগগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরবদি পূক্লীং ফাজিনবা ঙমলকপা মরমনা মীদুগী ইন্দ্রিয়শিংদু সংসারগী পোৎশিংদা চত্তবা মরমদগী পুক্লীংদুগী অসিগুম্বা ফীবম অমা লাক্কনি, মদু য়োরবদা মাগী পুক্লীংদু পোৎশিংদুগী অপাম-মিহৌ শোয়দনা পুমথা থাদোক্কনি; অদুগা পুক্লীংগী অসিগুম্বা ফীবম

অমস্থু শোয়দনা লাকনি, মতু য়োরবদা পূক্নীং অতুনা মরম ওইদুনা মীতুনা মশাগী অশেংবা শক্তম আত্মাবু শংশঙনা উগনি অমস্তুং খঙগনি। মতৌ অসুম্না মুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাবু শংশঙনা উরবা মীতুনা আত্মামক্তদা পেন্দুনা লৈগনি। মরম অসিনা শ্রুতিনস্থু অসুম্না হায়রি—"স মোদতে মোদনীয়ং হি লব্ধ্বা" ( কঠঃ উঃ ১/২/১৩ ) "মুংঙাইবগী শক্তম আত্মাবু ফংলগা ( খঙলগা ) মহাক পেল্লী" ॥২০॥

হৌজিক যোগীতুনা আত্মামক্তদা পেন্দূনা লৈবগী মরমবু অসুম্না তাকলি—

**সুখমাত্যন্তিকং যত্তদ্বুদ্ধিগ্রাহ্যমতীন্দ্রিয়ম্।**
**বেত্তি যত্র ন চৈবায়ং স্থিতশ্চলতি তত্ত্বতঃ ॥২১॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**— অতীন্দ্রিয়ং = মপান্থোংগী মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা, বুদ্ধিগ্রাহ্যং = সৃপনা অশেংবা মন-দনা (পূক্নীংদনা) লৌবা ঙম্বা, আত্যন্তিকং = অমাঙ-অতা লৈতনা খ্বায়দগী অথোইবা, যৎ = অসিগুম্বা, তৎ সুখং = মুংঙাইবা অতুবু; যত্র = পূক্নীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমদা, স্থিতঃ অয়ং = লৈরবা যোগী অসিনা, বেত্তি = খঙই, চ = অদুগা, তত্ত্বতঃ = মানা খঙলিবা মুংঙাই-বগী মশক ওইবা আত্মাতত্ত্ব অতুদগী, ন এব চলতি = মহাক শূকলেঙ লেঙদে ॥২১॥

**অপূনবা অর্থ :**—মপান্থোংগী ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা সৃপনা অশেংবা পূক্নীংদনা লৌবা ঙম্বা অমস্তুং খ্বায়দগী অথোইবা

অসিগুম্বা নুংঙাইবা অদুবু পূক্নীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অমদা লৈরবা যোগী অসিনা খঙই, অদুগা মহাক খঙলিবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মতত্ত্ব অদুদগী শূকলেঙ লেঙদে ॥২১॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্রীভগবান্না হায়রিবা শ্লোকসিদা "নুংঙাইবগী" বিশেষণ ওইনা "ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা" তাকপগী মরমদি মপান্থোংগী পোৎশিংদগী পোকপা নুংঙাইবা অদুদগী অতোপ্পা ওইনা নুংঙাইবা অদুবু খঙহন্নবগীদমকনি ; অদুগা "পূক্নীংতনা ( মনতনা ) লৌবা ঙম্বা" হায়বগী মরমসু তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা ওইবা নুংঙাইবা অদুবুসু লৌদনবনি ; মরমদি তূমখুন হুন্না তূম্বা মতমদা মন লৈতে, মতম অদুদা মহাক অজ্ঞানদা তিনদুনা লৈ। মননা ( পুক্নীংনা ) লৌবা য়াবা নুংঙাইবদি সুপনা হৌদূনা লৈবা মতমতদা ওই। মরম অসিনা হায়রিবা নুংঙাইবসি খ্বায়দগী অথোইবা অমসুং অমাঙ-অতা লৈতবা ব্রহ্মগী শক্তমনি। মসিবু যোগীশিংনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা পূক্নীংনা খঙই অমসুং য়েংই। মদু খঙল-য়েংলবা মতুংদা মখোয় মদুদগী লেঙদে। অসিগুম্বা নুংঙাইবসিগী মরমদা অস্মুন্না হায়রি—

সমাধিনির্ধূতমলস্য চেতসো নিবেশিতস্যাত্মনি যৎসুখংভবেৎ।
ন শক্যতেবর্ণয়িতুংগিরা তদা স্বয়ংতদন্তঃ করণেন গৃহ্যতে ॥

"সমাধিগী অভ্যাস তৌবদগী পাপ পূম্নমক শেংদোকখ্রবা অমসুং আত্মাতদা থিংজিন্দূনা থম্লবা পূক্নীংগী নুংঙাইবা ওইবা অদুবু ৱাহয়না

ফোঙদোকপা ঙমদে ; মহুদি সমাধিগী মতম অহুদা যোগী অহুতনা পূর্ণ্নীংনা লৌবা ঙম্মী।"

শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"এষ সর্ব্বেষু ভূতেষু গূঢ়োত্মা ন প্রকাশ্যতে। দৃশ্যতে ত্বগ্র্যয়া বুদ্ধ্যা সূক্ষ্ময়া সূক্ষ্মদর্শিভিঃ।" (কঠঃ ১/৩/১২)—"হুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাসি থরায়পানবা পূম্নমক্কী মনুংদা থুপ্তুনা লৈ, ফোংদোকনা লৈতে। মসিবুদি অকুপ্পা য়েংবা ঙম্বা যোগীশিংনা য়াম্না থৌবা (শেংবা) অমসুং কুপ্পা পূর্ণ্নীংনা (অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা লৈবা পূর্ণ্নীংনা) য়েংই।" মরম অসিনা হুংঙাইবগী মশক ওইবা আত্মাবু খঙন-উনবা পাম্বে ধ্যান-যোগগী অভ্যাস তৌহুনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবা নত্তনা অতোপ্পা লৈতে॥২১॥

মথক্কী শ্লোকতা যোগীনা ফীবম অহুদা লৈরগা আত্মতত্ত্ববু খঙদূনা মহুদগী লেঙদে হায়খিবহুবু অমুক অসুম্না তাকলি—

**যং লব্ধ্বা চাপরং লাভং মন্যতে নাধিকং ততঃ।**
**যস্মিন্ স্থিতো ন দুঃখেন গুরুণাপি বিচাল্যতে॥২২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যং = আত্মাগী হুংঙাইববু ফোঙদোকহল্লিবা অসিগুম্বা পূর্ণ্নীংগী ফীবম অহুবু, লব্ধ্বা = তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী ফংলবা যোগীনা, অপরং চ লাভং = মহু নত্তবা অতোপ্পা ফংববু, ততঃ অধিকং = মহুদগী হেল্লী হায়না, ন মন্যতে = নীংদে ; অহুগা—যস্মিন স্থিতঃ = পূর্ণ্নীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবম অহুদা লৈরবা যোগী অহুবু, গুরুণা = চাউবদগী চাউরবা ( য়াম্না

চাউরবা ), দুঃখেন অপি = অৱাবনস্থু, ন বিচাল্যতে = লেঙহনবা ঙমদে ॥২২॥

**অপূনবা অর্থঃ**—আত্মাগী নুংঙাইবা ফংহনবা পূক্নীংগী অসিগুম্বা ফীবমথুবু ফংলবা যোগীনা মথু নত্তবা অতোপ্পা অমা ফংববু মথুদগী হেল্লী নীংদে ; অদুগা পূক্নীংগী অসিগুম্বা থোইদোকপা ফীবমদুদা লৈরবা যোগীবু য়াম্না চাউরবা অৱাবনস্থু লেঙহনবা ঙমদে ॥২২॥

## অথূপ্পা বা

ধ্যানযোগীনা তত্তনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী পূক্নীংদা লাকপা মপাস্থোংগী পোৎশিংগী মওঙশিং ( বৃত্তিশিং ) অদুবু লোথোকলগা পূক্নীংবু স্থপনা ধ্যেয় আত্মাগী মওং ওঙ্গৈনদা থম্মী। হায়রিবা পূক্নীংগী মওঙ অসিদা যোগীনা আত্মাগী সাক্ষাৎকার তৌদুনা আত্মাগী অশেংবা মওঙ ওইবা নুংঙাইবথুবু ফংই। অসিগুম্বা নুংঙাইবা অসিগী মরমদা গৌড়পাদাচার্য্যনা মাণ্ডুক্যকারিকদা অস্থুম্না হায়রি—"**স্বস্থং শান্তং সনির্ব্বাণমকথ্যং সুখমুত্তমম্॥**" ( মাঃ কাঃ ৩/৪৭ )—"অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা ওইবা আত্মাগী নুংঙাইবসি খ্বায়দগী অথোইবনি, মশাগী মওঙদা লৈবনি. য়াম্না তপ্পনি ( অৱাবা মচেং অমত্ত য়াওদবনি ), কৈবল্য মোক্ষ য়াওনা লৈবনি ( কৈবল্য মোক্ষ ফংনবা মরমনি ) অমস্থং হায়দোকফম থোক্তবনি।"

মতৌ অস্থুম্না অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা আত্মাগী অসিগুম্বা নুংঙাইবা ফংলবা যোগীনা অতোপ্পা নুংঙাইবা অমা ফংনীংদে অমস্থং মথু আত্মাগী নুংঙাইবদগী হেনগনি হায়বসিবুস্থু থাজদে। মরম

অসিনা শ্রুতিনা অস্মুন্না হায়রি—"কিং প্রজয়া করিষ্যামো যেষাং নোহয়মাত্মাহয়ং লোকঃ" ( বৃঃ উঃ ৪/৪/১২ )—"ঐখোয়গীদমক ঈচা-ঈশূশিংনা করি কান্নগনি? ঐখোয়গীদি আত্মা অসিনি অমস্থং আত্মা অসিমক্তা ঐখোগী লোক-নী ( স্বর্গ-নচিংবদি লোক নত্তে )।" মরম অসিদগী মখোয়না অতোপ্পা পোৎ অমা ফং বস্থ করিমত্ত তৌনীংদে। মসিবুস্থ অস্মুন্না হায়রি—"আত্মানং চেদ্বিজানীয়াদয়মস্মীতি পূরুষঃ। কিমিচ্ছন্ কস্য কামায় শরীরমনুসংজ্বরেৎ॥" ( বৃঃ উঃ ৪/৪/১২ )—"মী অহুনা পরব্রহ্মগী মশক আত্মাসিবু ঐমক্লি খণ্ডলবদি মানা করি নীংছুনা অমস্থং করম্বা পোৎকী অপাম্বগীদমক হকচাংসিদা পুক্লীং থিংজিল্লগা করমনা নোম-লীক্কুনা লৈগনি?" মসিগী মরমদি মখোয়না আত্মাবু শংশওনা উবা অমস্থং খণ্ডবদগী মহুগী নুংঙাইবহুনা পূংপেন পেন্দুনা লৈ। মসিবুস্থ অস্মুন্না হায়রি—"যোহকামো নিষ্কাম আপ্তকাম আত্মকামো ভবতি।" ( বৃঃ উঃ ৪/৪/৬ )—"মহাক অহুদি আপম্বা লৈত্রবনি, অপাম্বা মঙোন্দগী চৎথোকশ্রবনি, অপাম্বা পুন্নমক ফংলবনি অমস্থং আত্মাদবু পাম্বনি।" মরম অসিদগী "আত্মলাভান্ন পরং বিদ্যতে"—"আত্মাবু ফংবদগী হেনবা অথোইবা অফংবা অমা লৈতে"—অস্মুন্না হায়নরিবনি।

মন্তৌ অস্মুন্না ধ্যানযোগদা নীংথিনা কাখতুনা লৈবা যোগীবু সংসারগী অঈং-অশা, অপাম-মিহৌ, অরা-নুংঙাইনচিংবা লোন্ননা লৈবা পোৎশিংনা কীবম অহুদগী লেঙহনবা ঙমদে। মরম অসিদগী

মখোয়না কাখৎলিবা ধ্যানযোগগী মশক ওইবা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী মরমদা অস্নুম্না হায়রি—

অক্ষুব্ধা নিরহংকারা দ্বন্দ্বেষ্বননুপাতিনী।
প্রোক্তা সমাধিশব্দেন মেরোঃ স্থিরতরা স্থিতিঃ॥

( অন্নঃ উপঃ ১/৪১ )

“সমাধি হায়বা য়াহয় অসিনা শাউগৎপা লৈত্রবা য়াম্না তপ্প, অহংকার ( ঐ হায়বা য়াখল ) য়াওদ্রবা, অঙৈং-অশানচিংবা লোম্নবা লৈবশিংগী মতুংদা চঙদ্রবা অমস্নুং মেরু কোবা চীংদগী হেন্না লেঙদনা লৈবা ফীবমবু হায়বনি।”

অস্নুম্না হায়রিবসি অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমদা লৈরিবা যোগীগী য়াথি ; অদুবু সমাধিদগী হৌগৎলবা মতমদদি মখোয়দা অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবা পূম্নমকসি শোয়দনা ওইগনি ; যোগদর্শনদস্ু অস্নুম্না হায়রি—“বৃত্তি সারূপ্যমিতরত্র” ( ১/৪ )— “সমাধিদগী হৌগৎলবা মতুংদদি আত্মাসি পুক্নীংগী ওইরিবা মওঙ-শিংদুগা চপ মান্নবা লৈ।” মরম অসিনা মতম অদুদা যোগীনা অঙৈং-অশানচিংবা পূম্নমকপুস্ু শোয়দনা খঙগনি অমস্নুং অরাবা ফংগনি। অদুমক ওইদুনস্ু যোগীনা সমাধিগী ফীবমদা আত্মাগী অশেংবা মশক খঙগ্রবা মরমদগী মদুদগী হৌগৎলবা মতুংদা খঙলিবা অঙৈং-অশানচিংবগী অরা-নুংঙাইবদু মশাগীনি হায়না খঙদে ; মদু পূম্নমক্তি মনগী ( পুক্নীংগী ) ভাক্তনি, মহাক্না নত্তে হায়বসি নীংথিনা খঙই। মরমদি মতম অদুদা আত্মাসি মনগা শন্নবগুম তৌবদগী

য়নদা লৈবা অরা-নুংঙাইনচিংবা পুন্নমক্তু আত্মাগী ওইনা তৌই। মরম অসিনা অজ্ঞানী ওইবা মী-শিংনদি মতু পুন্নমক অদুবু মর্শাগীনি (আত্মাগীনি) খঙই; অদুগা জ্ঞানী যোগীদি অদুম্না খঙদে। মরম অসিনা মখোয়না অরাবা ফংবা মতমদা পুক্নীং নুংঙাইতবা তৌদে অমসুং নুংঙাইবা ফংবা মতমদসু পুক্নীং হরাউবা তৌদে; মখোয় মতম পুন্নমক্তা মওঙ অমত্ত ওইনা লৈ। মরম অসিদগী শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"অধ্যাত্মযোগাধিগমেন দেবং মত্বা ধীরো হর্ষশোকৌ জহাতি।" (কঠঃ ১/২/১২)—"আত্মাগা মরী লৈনবা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী আত্মদেবসিবু শংশঙনা খঙলগা পুক্নীং তপলবা মীদুনা অরা-নুংঙাই অনীমকপু থাদোকই।" মতৌ অসুম্না হায়রিবা পুন্নমক অসিবু শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনগী মফমদা তাক্নুনা শ্লোক অসিদা হায়রিবনি ॥২২॥

মতৌ অসুম্না শ্লোক অহুমদা হায়খিবা ফীবম অদুমক অরাবা পুন্নমকপু কোকহনবা ওস্ব অমসুং অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী ফীবমনি হায়বসিবু হৌজিক অসুম্না তাকলি—

**তং বিদ্যাদ্ দুঃখসংযোগবিযোগং যোগসংজ্ঞিতম্।**
**স নিশ্চয়েন যোক্তব্যো যোগোঽনির্ব্বিণ্ন চেতসা ॥২৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—তং = মদুবু (মথক্কী শ্লোক অহুমনা হায়খিবা পুক্নিংগী ধ্যেয় ওইবা আত্মামক্তগী মওঙ ওইনা লৈবা ফীবম অদুবু), দুঃখসংযোগবিযোগং = সংসারগী পোৎশিংদগী ওইরম্বা অরা-নুংঙাই পুন্নমক অদুগা লোয়ননা শম্নরম্বা অদুগী থাদোকপগী মশক ওইবা;

যোগসংজ্ঞিতং = অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌবা যোগনি হায়না, বিদ্যাৎ = খঙগদবনি ; সঃ যোগঃ = অসিগুম্বা যোগসিবু, নিশ্চয়েন = তৌগে হায়বসি পূক্লীংদা চপয়ুংনা লপ্পুনা, অনির্ব্বিণ্ণচেতসা = চোকথবা-শোন্থবা লৈতবা পূক্লীংনা, যোক্তব্যঃ = অভ্যাস তৌহুনা লৈগদবনি ॥২৩॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—ধ্যেয় আত্মাগী মওঙ নত্তুনা অতোপ্পগী মওঙ লৈত্রবা পূক্লীংগী ফীবম অহুবু অরাবা শন্নরম্বদগী খাইদোকপগী ( থাদোকপগী ) মশক ওইবা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌবা যোগনি হায়না খঙগদবনি। অসিগুম্বা যোগসিবু তৌগে হায়না পূক্লীংদা লেপ্পুনা চোকথ-শোন্থদবা পূক্লীংনা অভ্যাস তৌগদবনি ॥২৩॥

## অথুপ্পা ব্রা

শ্রীভগবান্না মথক্তা "যোগো ভবতি দুঃখহা"—(৬/১৭)—"যোগ—অৱাবা মাঙহনবা ঙম্বনি" হায়খিবহুবু হৌজিক লোইশিন্দুনা শ্লোক অসিদা তাকলিবনি। জীবসি ঙমখৈ লৈতবা মঙমদগী হৌহুনা মশাগী মশক খঙদবদগী ( মশক্কী অজ্ঞানদগী ) মানা ভৌখি তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পোকপা-শিবা নাইহুনা মখল মখা অয়াম্বা হকচাংশিংদা অরা-দুংঙাই ফংহুনা লৈরকলিবনি, মসি অজ্ঞান (মশাগী মশক খঙদবা) মাঙদ্রিবা মতম অহুক্কী মখৈ মতুংদসু চত্তুনা লৈগনি। মসিবু যোগদর্শনদসু অস্নুম্না হায়রি—"সতি মূলে তদ্বিপাকো জাত্যায়ুর্ভোগাঃ" ( ২/১৩ )—"সংসারগী মরূ ওইবা অজ্ঞান ( অবিদ্যা ) লৈরবদি তৌখিবা পাপ-পুন্য কর্ম্মশিংগী মহয় ওইনা পোকপা, অতেন-অশাং পুনসী, অমসুং অরা-দুংঙাই ভোগ অসি

শোয়দনা ওইদুনা লৈ।” অদুগা মশাগী মশক খণ্ডবা ওইবা অজ্ঞানসিদি মশাগী মশক খণ্ডলবতদা মাগুই, অতোপ্পা পোৎ খণ্ডবদগী মাগুদে। মতৌ অসুম্না মশাগী মশক খণ্ডবদগী মরম ওইবা অজ্ঞান মাগুলবদা পাপ-পুণ্যশিংসু মাগুখিদুনা মখোয়গী মহুয় অরা-নুংঙাইসু মাগুই। মসিদা মশক খণ্ডনবা উপায়দি ধ্যেয় ওইবা আত্মাগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিনি মসিনা মরম ওইদুনা আত্মাবু শংশগুনা খণ্ডবদগী অজ্ঞান মাগুখিদুনা অরা-নুংঙাইসু মাগুখিগদবনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না “অরাবা শম্নরম্বা অদুগী থাদোকপগী (থাইদোকপগী) মশক ওইবা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি কৌবা যোগনি” হায়বনি। অরাবা অসিসু মখল অহুম থোকনা থায়রি ; মখোয়দুদি আধ্যাত্মিক, আধিভৌতিক অমসুং আধিদৈবিক কৌবা অরাবা অহুম অসিনি। মখোয়সিগী মনুংদা অনাবনচিংবা লাক্তুনা হকচাংদা ফংবা অরাবা আধ্যাত্মিক অরাবনি, অতোপ্পা শা-কৈনচিংবা জীবশিংদগী ফংবা অরাবা, আধিভৌতিকনি, অদুগা য়ুহারাবা চাক তাংবনচিংবদগী ফংবা অরাবা আধিদৈবিকনি। অহুম অসি মতম পুম্নমক্কীদমক জীবদুগী মাগুখিববু পরমপুরুষার্থ (থ্বায়দগী অথোইবা কান্নবা) কৌই। মসিবু সাংখ্য-দর্শনদা কপিলঋষিনা অসুম্না হায়রি—“ত্রিবিধদুঃখাত্যন্তনিবৃত্তিরত্যন্ত পুরুষার্থঃ”—(১/১)—“মখল অহুমগী অরাবা পুম্নমক পুম্মাগু মাগুখিবসি পরমপুরুষার্থনি।” মসিদা “অরাবা” হায়বা ৱাহয় অসিদগী আধ্যাত্মিক নুংঙাইবা, আধিভৌতিক নুংঙাইবা অমসুং আধিদৈবিক নুংঙাইবা অহুম অসিবুসু লৌগদবনি। মরমদি অরাবা য়ান্দনা অহুম অসিবু তোঙাম্না কনা অমত্ত ফংবা ঙমদে। মরম

অসিনা মখোয়সি মুংঙাইবা ওইরবসু থন্দূনা য়েংলবদি অরাবগী মশকনি। মখোয়শিংসি লৈরবদি কনা অমত্তনা অরাবা মচেৎ অমত্ত য়াওদবা মুংঙাইবগী মশক্ত ওইবা মোক্ষ ফংবা ঙম্মোই। মরম অসিদগী যোগদর্শনদা অস্মু হায়রি—"পরিনামতাপসংস্কার-দুঃখৈগু'ণবৃত্তিবিরোধাচ্চ দুঃখমেব সর্ব্বং বিবেকিনঃ" (২/১৫) —"পরিণামদগী ওইরকপা অরাবা, তাপ-তগী ওইরকপা অরাবা অমসুং সংস্কারদগী ওইরকপা অরাবা অহুমসি তিন্দুনা লৈবা মরমদগী, অদুগা সত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিগী মওঙদা য়াম্না য়েং-থিনবদগী বিষয়ভোগ তৌবদগী ফংবা মুংঙাইবা পূম্নমক অসিসু অফ-ফত্ত নীংথিনা রাখল লৈবা মীশিংগী অরাবা ঙাক্তনি।" মসিদা বিষয়গী মুংঙাইবা ফংনীংদুনা ভোগ তৌবগী মহয়দগী ফংবা অরাবা পরিণামদগী ওইরকপনি, বিষয়ভোগ তৌবদা য়ৈখায়-থিনগাইবা লাক্লুনা পূক্নীং নুংঙাইতবদগী ফংবা অরাবা তাপ-তগী (নুংঙাই-তবদগী) ওইরকপনি, অদুগা অহানবদা বিষয়ভোগ তৌবদগী ফংখিবা নুংঙাইবা অদু পূক্নীংদা অকূপ্না ময়ি ওইনা লৈহৌদুনা বিষয় ভোগ ফংদবা মতমদা ময়ি অদুদগী ওইবা অরাবা সংস্কারদগী পোকলকপনি। মরম অসিনা বিষয়ভোগতগী ওইবা নুংঙাইবসি শোয়দনা অরাবা য়ান্দুনা লৈগনি মতৌ অদুম্না নুংঙাইবা পামবা অমসুং ফংহনবা অসিনচিংবসি সত্ত্ব গুণগী মওঙনি, থবক তৌনীংবা অমসুং তৌহনবা অসিনচিংবসি রজোগুণগী মওঙনি, অদুগা তূম্নীংবা অমসুং তূমহনবা অসিনচিংবসি তমোগুণগী মওঙনি। মখোয় অহুমসিগী মওঙশিংসি অমনা অমদগী য়াম্না খেন্নৈ, অমত্ত তিন্নদুনা লৈবা য়াদে, মতম

পুন্নমক্তা য়েংথিনহুনা অমনা অমবু নমদুনা থমনবা মখোয়না হোৎনৈ। ফীবমসিদা সত্ত্বগুণদগী পোকপা হুংঙাইবা অহু মতম পুন্নমক্তা লৈবা ঙমদে। মরম অসিদগী সত্ত্বগুণদগী পোকপা মুংঙাইবত্তা পুক্নীংদা লৈগনি হায়বা য়াদে, অতোপ্পা গুণদগী পোকপা অৱাবনচিংবস্তু মহুদা শোয়দনা য়ান্নহুনা লৈগনি। মরম অসিদগী বিষয় ভোগতগী ফংবা স্বর্গ ফাওবগী মুংঙাইবসি অৱাবা য়ান্দুনা শোয়দনা লৈবদগী মখোয় অহুস্তু অফ-ফত্ত নীংথিনা খঙবা অমস্তুং ৱাখল লৈতাবা মীগী মফমদদি অৱাবা ঙাক্তনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবা "দুঃখসংযোগ বিযোগঃ" অসিদস্তু "দুঃখ" গী অর্থ "অৱা-নুংঙাই" অনীমকপু লৌগদবনি। অসিগুম্বা অৱা-নুংঙাই কোকনবা উপায় অমস্তুং নুংঙাইবগী মশক্ত ওইবা মোক্ষ ফংনবা উপায় অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিসিবু ফংনবা পুক্নীংদা লেপ্তুনা চোকথ-শোন্থ লৈতবা পুক্নীংনা হোৎনগদবনি। হুমিৎ খরদং অভ্যাস তৌরগা মসিদি ফংবা ঙমবা পোৎ নত্তে খন্দুনা পুক্নীং চোকথ-হন্থরোইদবনি। মসিদি মতম কুইনা অমস্তুং থাজনা হোৎনহুনা অভ্যাস তৌরবতদা ফংগদবা পোৎনি। মসিগী মরমদস্তু যোগদর্শনদা অস্তুম্না হায়রি—"স তু দীর্ঘকালনৈরন্তর্য্যসৎকারঽঽসেবিতো দৃঢ়ভূমিঃ" (১/১৪)—"অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস অহুদি মতম কুইনা চাং নাইনা তত্তুনা অমস্তুং থাজবগা লোয়ননা তৌরবতদা লেঙদবা ফীবম ওইগনি।" মরম অসিনা অতনবা অমস্তুং থাজদবা থাদোকলগা ঈশ্বরগী আরাধনা-নচিংববুস্তু মহুগী উপায় ওইনা তৌহুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস থাদোকলোইদবনি ॥২৩॥

করম তৌহনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা হৌগদগে হায়বসিবু হৌজিক শ্লোক অনীনা তাকলি—

সংকল্পপ্রভবান্ কামাংস্ত্যক্ত্বা সর্ব্বানশেষতঃ।
মনসৈবেন্দ্রিয়গ্রামং বিনিয়ম্য সমন্ততঃ ॥২৪॥
শনৈঃ শনৈরুপরমেদ্বুদ্ধ্যা ধৃতিগৃহীতয়া।
আত্মসংস্থং মনঃ কৃত্বা ন কিঞ্চিদপি চিন্তয়েৎ ॥২৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—সংকল্পপ্রভবান্=পোৎ অহু ফংগে হায়না পূক্লীংদা লেপ্পা অহুদগী পোকপা, সর্ব্বান্ কামান্=অপাম্বা পোৎশিংগী নীংবা পূম্নমক অহুবু, অশেষতঃ=অথাকপা থমদনা ( থাকহৌদনা ), ত্যক্ত্বা=থাদোকলগা, মনসা এব=অপাম্বা নীংবা থাদোকলিবা পূক্লীং অহুমক্তনা, সমন্ততঃ=রূপ রসনচিংবা বিষয় পুম্নমক্তগী, ইন্দ্রিয়গ্রামং=মীৎ, লৈয়েঙনচিংবা ইন্দ্রিয় পূম্নমকপু, বিনিয়ম্য= নীংথিনা লাকশিন্দুনা থমলগা ॥২৪॥ ধৃতিগৃহীতয়া=থাজবগা লোয়ননা অথাং কন্দুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগে থল্লিবা, বুদ্ধ্যা =অরেপ্পা ৱাখল অহুনা, মনঃ=পূক্লীংবু, আত্মসংস্থংকৃত্বা=আত্মাগী অশেংবা মওঙ ওইহন্দুনা থমলগা, শনৈঃ শনৈঃ=তপ্না পন্না উপরমেৎ=অতোপ্পা পোৎশিংগী শম্নবা থাদোকহল্লগা আত্মাদা তিলহন্দুনা থমগদবনি, কিঞ্চিৎ অপি=করি অমত্তবু, ন চিন্তয়েৎ= নীংলোইদবনি ॥১৫॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—পোৎ অহু ফংগে হায়না পূক্লীংদা লেপ্পদগী পোকপা নীংবা পূম্নমকপু অথাকপা থমদনা থাদোকলগা পূক্লীং

অহুমক্তুনা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকপুস্থ নীংথিনা লাকশিল্লগা অখাঙ কন্দুনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগে লেপ্পুনা থমলিনা ব্রাখলনা পূর্ক্লীংবু আত্মাগী অশেংবা মওঙ ওইহন্দুনা থমলগা আত্মাদা তিল-হনগদবনি অমস্থুং ( অতোপ্পা ) করিমত্তবু নীংলোইদবনি ॥২৪, ২৫॥

## অথূপ্পা ব্রা

পূর্ক্লীংদা অপাম্বা পোৎশিংবু নীংবসি মহু ফংগে লেপ্পদগীনি, লেপলিবা অহু থাদোকলবদি নিংবহুস্থ শোয়দনা চৎথোকখিগনি। অহুগা পূর্ক্লীংদা পোৎশিংগী অপাম্বা পোকপা অহুস্থু পোৎশিং অহু ফজবনি, অফবনি অমস্থুং ঐবু নুংঙাইবা পীবা ঙম্বনি থনবদগীনি। পোৎশিংহুগী মনুংদা লৈবা ফজদবা অমস্থুং ফত্তবশিংবু নীংথিনা বিচার তৌহুনা ব্রাখলনা য়েংলবদি অমস্থুং মখোয়দগী ফংগদবা নুংঙাইবশিংহুগী মনুংদা য়ানশিন্দুনা থূপ্‌না লৈরিবা অরাবশিং অহুবুস্থু নীংথিনা য়েংশিন্দুনা খঙলবদি অপাম্বা পোকলোই। মতৌ অস্থুম্না অপাম্বা পোক্রুবদি পোৎশিংহুদগী পূর্ক্লীংনা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিনবসি লায়না থোক্কনি। ঐখোয়না মপাস্থোংগী পোৎশিংদা অপাম্বা তৌরিবসিগী মরুদা অবিদ্যা লৈ, অহুগা অবিদ্যা ( অজ্ঞান ) অসিনা মরম ওইহুনা পোৎশক খঙদবদগী অরাবা ফংই। মরম অসিনা যোগদর্শনদা অরাবশিংগী মরমশিংবু তাক্কুনা অস্থুম্না হায়রি — "**অবিদ্যাঽস্মিতারাগদ্বেষাঽভিনিবেশাঃ ক্লেশাঃ**" (২/৩)—(১) **অবিদ্যা**=পোৎশক খঙদবদগী শেরান্না খঙবা ( মসিবু অজ্ঞান হায়নস্থু কৌই ), (২) অস্মিতা= 'ঐ" "ঐ'' হায়না নাপল

(চাউথোকপা) তৌবা (মসিবু অহংকার হায়নস্থু কৌই), (৩) রাগঃ= করিগুম্বা পোৎ অমদা অপাম্বা পোক্তুনা মতুদা পূক্লীং থিংজিনবা, (৪) দ্বেষঃ=অপাম্বা পোৎ অতুগী মরমদা য়ৈখায়-থিনগাইবা ভৌবগী মফমদা য়েংথিনবা, (৫) অভিনিবেশঃ=মশাগী মশক খঙদবদগী হকচাংসিতদা পূক্লীং থিংজিন্দুনা শিবা কিবা মঙাসি অল্লাবনি।" মসিদা মঙাসি মশামক শংশঙনা ( অপা-ননা ) অল্লাবা নত্তবস্থু অল্লাবশিংগী মরম ওইবনা অল্লাবনি হায়বনি; অতুগা মখোয় মঙাসিগী মনুংদস্থু অবিদ্যাসি খ্বায়গী মকোকনি; অবিদ্যা মাঙপ্রবদি অতোপ্পা মরিতুস্থু মাঙখিগনি। মতুদা অবিদ্যাগী থবক অমস্থং মওঙবু অস্থুম্না হায়রি—"অনিত্যাঽশুচি দুঃখাঽনাত্মসু নিত্য-শুচিসুখাঽত্মখ্যাতিরবিদ্যা" ( যোঃ দঃ ২৫ ) — "মাঙগদবা পোৎশিংবু মাঙলোইদবনি খৎবা, শেংদবা পোৎশিংবু অশেংবনি খঙবা, অল্লাববু নুংঙাইবনি খঙবা, অমস্থং আত্মা নত্তববু আত্মানি খঙবা অসিনচিংবসি অবিদ্যানি।" মসিগী ভাষ্য ( ব্যাখ্যা ) তৌবা মতমদা বেদব্যাসজিনা অস্থুম্না হায়রি—"পৃথিবীনচিংবসি মাঙগদবা ঙাক্তনি, অতুবু মীনা মখোয়বু লেঙদনা লৈবা (অচল) মাঙলোইদবা পোৎশিংনি খঙই, মসি অবিদ্যানি।" অতুগা শেংদবা পোৎশিংবু অশেংবনি খঙবগী মরমদা হকচাংবু খূদম ওইনা পীতুনা অস্থুম্না হায়—"স্থানাদ্বীজাদুপষ্টম্ভান্নিঃস্যন্দনান্নিধনাদপি। কায়মাধেয়-শৌচত্বাৎ পণ্ডিতা হ্যশুচিং বিদুঃ॥" "স্থানাৎ=মমাগী শেংদবা খী-য়ুংনা থন্ন লৈরবা পূক অতু মাগী ( হকচাংগী ) হৌরকফম ওইনা

লৈফম ওইবদগী, বিজাৎ=মমা-মপাগী অমোৎপা ঈ অমস্থং বীর্য্য মাগী মরূ ওইবদগী, উপষ্টম্ভাৎ=চাখি-থকখিবা চীঞ্জাক অমস্থং ঈশিং-দগী ওইরকপা শেংদবা মহী ( রস ), ঈ, শা, মতোং, শরূ, মহাউ অমস্থং বীর্য্য—তরেৎ অসি মাগী তূংনফম ওইবদগী, নিঃস্যন্দনাৎ= শেংদবা থী-য়ুং, ছুমাং, লোকৃনচিংবা থোকলক্লুনদা লৈবদগী, নিধনাৎ অপি=অতুগা শিবমক্তদা মাবু শোকপা ফাওবদা অমাংবনি খন্দূনা মতম খরদং ফাওবা থমদবদগী, আধেয়শৌচত্বাৎ=অমস্থং হৌনশা ওইনা শেংদ্রবস্থ ঈরূ-মায়থজবা তৌরগা মাবু অশেংবনি খনবদগী, পণ্ডিতাঃ=মসিগী তত্ত্ববু নীংথিনা খঙবা মীশিংনা, কায়ং হি= লেপ্নমক হকচাংসিবু, অশুচিং বিছুঃ=য়াম্না শেংদবনি হায়বসি নীংথিনা খঙই।" মতৌ অস্থুম্না অপাবা উনশা ( শউন ) অমনা মপান্দা কূপশিন্দুনা থমলিবা মনুংগী পোৎশিংসিবু খন্থতুনা য়েংশিল্লু-রবদি কনানা হকচাংসিবু ফজবনি হায়না লৌদূনা নাপল তৌগনি অমস্থং মসিদা পুক্লীং থিংজিন্দুনা লৈগনি ? মসিদি স্থপনা জীবগী অৱা-নুংঙাই ফংনবা মফমনি। হকচাং ফংতুনা লৈরিবা মতম অতুক্কী মখৈ জীবগী অৱা-নুংঙাই ফংবসি শোয়দবনি। মরম অসিনা রাখল লৈতাবা মীনা অমুক হন্না হকচাংসিবু ফংদনবা হোৎনগদবনি। অতুগা অৱাববু নুংঙাইবনি খঙবসিদি মথক্কী শ্লোকক্কী অথূপ্না রাদা ইগ্রে। মতৌ অতুমনা আত্মা নত্তবা হকচাংনচিংববু আত্মানি খঙতুনা চাউথোক্লুনা লৈবসি অবিদ্যানি। অসিগুম্বা অবিদ্যাসিগী মশকপু ভাষ্যকার বেদব্যাসনা অস্থুম্না তাক্লি—"অবিদ্যা ন প্রমাণং ন প্রমাণাভাবঃ কিন্তু বিদ্যাবিপরীতং জ্ঞানান্তরং

অবিদ্যা"—"অবিদ্যা (অজ্ঞান) অসি অচুম্বা জ্ঞান নত্তে, অচুম্বা জ্ঞানগী অরাৎপস্থ নত্তে তৌইগুম্বস্নুং অশেংবা জ্ঞানগী ওন্ন-তৈনবা শেরান্নবা জ্ঞান অবিদ্যানি।"

অস্নুন্না হায়রিবা অবিদ্যাসি আত্মাগী পুক্নীংগা (মনগা) লোয়ননা শন্নবগী মরমনি, মহুদগী আত্মানা অন্না-মুংঙাই ফংবগুম তৌনা লৈরিবনি। মসিবু যোগদর্শনদস্থ অস্নুন্না হায়রি—"তস্য হেতুরবিদ্যা" (২/৪)—"মনগা লোয়ননা আত্মাগী শন্নবগী মরম অবিদ্যানি।" "তদভাবাৎ সংযোগাভাবো হানং তদ্দৃশেঃ কৈবল্যম্" (২/২৫)—"অবিদ্যাগী মাঙখিবদগী মনগা লোয়ননা আত্মাগী শন্নবা অহুবু মাঙখি; মহু (শন্নবা মাঙবহু) অন্নাবা মাঙবনি, অহুগা অন্নাবা মাঙবহুমক চৈতন্য ওইবা আত্মাগী কৈবল্য মোক্ষনি।" মরম অসিনা নুংঙাইবগী মশক্তা ওইবা কৈবল্য মোক্ষসিবু ফংনবগী-দমক ন্নাখল লৈতাবা পুক্নীংনা অন্নাবা পীরিবা মপান্থোংগী পোৎ পুন্নমক্তগী মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লগা মতম পুন্নমক্তা নুংঙাইবা পীগদবা আত্মাদা তপ্না তপ্না পুক্নীংহুবু পুশিন্নবা হোৎনগদবনি। মহুদা পুক্নীংবু করম তৌনা আত্মাদা পুশিল্লকপা ঙমগদগে হায়বসিবু যমরাজনা নচিকেতাগী মফমদা অস্নুন্না তাকলি—'যচ্ছেদ্বাঙ্-মনসী প্রাজ্ঞস্তদ্ যচ্ছেজ্ জ্ঞান আত্মনি। জ্ঞানমাত্মনি মহতিনিযচ্ছেত্তদ্ যচ্ছেচ্ছান্ত আত্মনি।' (কঠঃ উঃ ১/৩/১৩)—"তূমিন্না ফমলগা থ্বায়দগী অহানবদা লৌশিং তাবা মীনা ন্না-ঙাঙ-বনচিংবা তৌরিবা ইন্দ্রিয় পুন্নমকপু সংকল্প-বিকল্পগী (তৌগে নীংবা অমস্নুং তৌসিন্না তৌহুশিন্না খল্লীবগী) মশক ওইবা মনদা (পুক্নীংদা)

তিনশিন্‌হনগদবনি (পূক্লীংনা মখোয়বু ফাজিনগদবনি), মহুগী মতুংদা পূক্লীং অহুবু নিশ্চয়াত্মিকা (অরেপ্পা য়াখল থনবা) বুদ্ধিদা তিনশিন-হনগদবনি, মহুদগী বুদ্ধি অহুবুস্থ হিরণ্যগর্ভগী (ব্রহ্মাগী) পূম্না লৈবা মহৎ কৌবা বুদ্ধিদা (জীব পূম্নমক্কী বুদ্ধি পূম্নমক তিন্দুনা ওইবা ব্রহ্মাগী বুদ্ধিদা) তিলহনগদবনি (ঐগী বুদ্ধি অসি ব্রহ্মাগী বুদ্ধিদগী অতোপ্পা অমা নত্তে মহুদগী মচেৎ অমনি খন্দূনা মহুদা চঙহনগদবনি), মহুদগী মহৎ কৌবা অপূনবা বুদ্ধি অহুবুস্থ বিকার লৈতনা য়াম্না তপ্পা (পূক্লীংগা তিন্নহুনা মওঙ ওন্থোক্তবা মশাগী অশেংবা মশক্তা লৈবা) আত্মাদা তিলহনগদবনি।"

মতৌ অসুম্না মথং মথং থাক নাইনা অভ্যাস তৌহুনা লৈবদগী আত্মাগী অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা য়ৌবা ঙমগনি ; মহু য়ৌরবদা পূক্লীং অসি ধ্যেয় আত্মামক্তগী মওঙ ওইনা লৈবা মরমদগী আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওই ॥২৪, ২৫॥

তাইবংপানগী পোৎশিংদা পূক্লীং অসি হাম্না চঙহুনা লৈবদগী য়ৈথায়-থিনগাই য়াম্না লাকপা মরমনা মসিবু য়ৈথায় থিনগাইরিবা মরমশিং অহুদগী করম তৌনা ফাজিনগনি হংলবদা মহুগী পাউথুম অসুম্না পীরি—

যতো যতো নিশ্চরতি মনশ্চঞ্চলমস্থিরম্।
ততস্ততো নিয়ম্যৈতদাত্মন্যেব বশং নয়েৎ ॥২৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—চঞ্চলং = হৌনশা ওইনা য়াম্না চোইনা লৈবা, অস্থিরং = ঙহাক্তা তূমিন্না লৈতবা, মনঃ = পূক্লীংসি, যতঃ

যতঃ = অপাম্বা পোৎনচিংবা মরম মরম অতুদগী, নিশ্চরতি = আত্মাগী ধ্যান তৌবদগী চৎথোকই, ততঃ ততঃ = মরম মরম মতুদগী, এতৎ নিয়ম্য = পূক্নীংসিবু লাকশিল্লগা, আত্মনি এব = আত্মাগী ধ্যান তৌবমক্তদা, বশং নয়েৎ = লেঙদনা থিংহ্নুনা থমগদবনি।

অপূনবা অর্থ ঃ—য়াম্না চোইনা লৈবা অমস্তুং ডহাক্তা তূমিন্না লৈতবা পূক্নীংসি অপাম্বা পোৎনচিংবা মরম মরমশিংতুদগী আত্মাগী ধ্যান তৌবদগী চৎথোকই, মরম মরমশিং মতুদগী পূক্নীংবু লাকশিল্লগা আত্মামক্তদা থিংহ্নুনা থমগদবনি ॥২৬॥

## অথূপ্পা বা

সমাধিগী অভ্যাস তৌবা মতমদা স্থূপনা অপাম্বা পোৎশিংতদা পূক্নীং চৎথিহ্নুনা সমাধি তৌবা য়াদে হায়বতা নত্তে, মসি নত্তবা অতোপ্পা কয়ামুকস্থু সমাধিবু য়ৈথায়-থিনগাই তৌহ্নুনা লৈ। মখোয়তুবু যোগদর্শনদা অস্থুম্না তাকলি — ব্যাধিস্ত্যানসংশয় প্রমাদাঽঽলস্যাঽবিরতিভ্রান্তিদর্শনাঽলব্ধভূমিকত্বাঽনবস্থিতত্বানি চিত্তবিক্ষেপাস্তেঽন্তরায়াঃ।" ( ১/৩০ )—(১) হকচাংদা অনাবা লাকপা, (২) পূক্নীং থৌগত্তবা, (৩) চিংনবা, (৪) থৌঙইদবা, (৫) অতনবা (৬) বিষয় ভোগ তৌবা পাম্ব, (৭) শেরান্নবা থঙবা, (৮) সমাধি তৌনবা ফীবম ফংদবা অমস্তুং (৯) ফীবম ফংলবস্থু পূক্নীং চঙদবা মাপল অসি পূক্নীংবু লাঙতকননা থমনবা য়েকন-তিংখংশিংনি।" মরম অসিনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌহ্নুনা মতুগী মহয় ফংনীংবা মীনা হকচাং অমস্তুং পূক্নীংদা মাপল অসি লাক্তনবা কন্না হোৎনগদবনি।

(১) অনাবা লাক্তনবা হকচাংগী শক্তিগী মতুংইন্না অফবা চীঞ্জাক থকপা-চাবা, তূম্ব-চৎপনচিংবা থবক পূন্নমক চাং নাইগদবনি। (২) ধ্যানযোগগুম্বা করম্বা অফবা থবক অমা সংসারসিদা লৈ ? মসিতনা পূনসী মহয় য়ানগদবনি খন্দূনা পূক্নীং থৌগৎকদবনি। (৩) কন্না হোৎ-নরবদি ধ্যানযোগগী মহয় শোয়দনা ফংগনি লেপলগা পূক্নীংদা চিংনবা থম্মোইদবনি। (৪) পূক্নীংবু ফাজিনবা অরায়বা থবক নত্তে খন্দূনা মতুগী হোৎনবদা থৌওইদবা তৌরোইদবনি। (৫) অতনবা অসিদি থবক পূন্নমকপু মাঙহন্নবগী মশকনি, মরম অসিনা অতনববুদি পূমথা থাদোক্কদবনি। (৬) বিষয়ভোগ তৌবগী অপাম্ববুদি মতুগী অফ-ফত্ত নীংথিনা বিচার তৌতুনা থাদোক্কদবনি। (৭) আত্মাদি অৱা-নুংঙাই ফংহনতা লৈবনি, অতুনা মহাক করম্না নুংঙাইবগী মশক্ত ওইগনি হায়বা শেরান্নবা খঙবসিবু থাদোক্কুনা আত্মাদি নুংঙাইবগী মশক্ত ওইবনি হায়বসি পূক্নীংদা চপ য়ুংনা লেপকদবনি। (৮) সমাধি ফংনবা পূক্নীংগী ফীবম একাগ্রনি ( পূক্নীং চোইদনা লৈবনি ), মসি ফংনবা অহানবদা ধ্যান তৌগে হায়না ফম্বমক্তদা অহুমলক্তং প্রাণায়াম তৌরগা মতুংদা সোর ওম্বমথৈ শাংনা "ওঁ" শোন্দুনা ধ্যেয় আত্মাগী ধ্যান তৌবা হৌগদবনি. মতুদগী পূক্নীং চোইরোই। (৯) মতুদস্থ মরক মরক্তা পূক্নীং চোইরকলবদি হান্নগী মতৌগুম্না হন্না হন্না "ওঁ" শোন্দুনা পূক্নীং লেপনবা হোৎনগদবনি. মসি পূক্নীং চোইদনবা খ্বাইদগী অথোইবা উপায়নি। তেজোবিন্দুপনিষত্তদি মসিদগী খরা খেন্নবা সমাধিগী য়েকন-তিংখং অসিবু অস্মুম্না হায়রি—

সমাধৌ ক্রিয়মাণে তু বিঘ্নান্যায়ান্তি বৈ বলাৎ।
অনুসন্ধানরাহিত্যমালস্যং ভোগলালসম্॥
লয়স্তমশ্চ বিক্ষেপস্তেজঃ স্বেদশ্চ শূন্যতা ॥ (১/৪০, ৪১)

"সমাধিগী অভ্যাস তৌবা হৌগৎলবদা য়েকন তিংখং নমদুনা য়াম্না লাকই। মতুদি—ধ্যেয় আত্মাগী বিচার তৌবা থাদোকপা, অতনবা, বিষয়ভোগ তৌনীংবা, তমোগুণদা পুক্লীং লুপ্পুনা লৈবা, অমম্বা (তমোগুণ অতুদগী ধ্যেয় আত্মাগী মশক উদবা), লাঙতকনবা, হকচাংদা অশাবা পোকপা, হুমাং শৌবা অমসুং তুম্নীংবদগী উইরক্লুনা করিমত্ত ঈখঙ-খঙদবা মাপল অসিনি।" ধ্যেয়গী (নীংনীংবা পোৎ অতুগী) অহানবদা মশক মতৌ অমসুং মওঙ পুক্লীংদা লেপ্পুনা কনা অমত্তসু মতুগী ধ্যান তৌবা ঙমদে। মরম অসিদগী সমাধি তৌগে ফম্বমক্তদা অহানবদা প্রাণায়াম অমসুং ওঁ শোন্দুনা ধ্যেয় আত্মাগী মরমদা য়াম্না নীংথিনা বিচার তৌগদবনি, বিচার অতুদা অতোপ্পগী বিচার অমা লাকহল্লোইদবনি। মসিগী মমিং শাস্ত্রদা মনন কৌই। মননসিগী মপূংফাবা ফীবম ধ্যানগী মওঙদা ওন্থরকই। অহানবমক্তদা ধ্যান তৌবসি য়াম্না লুনা থোকই; অতুগা অহানবদা মনন তৌরবদি ধ্যানগী ফীবম পুরকপা লায়না থোকই। মরম অসিনা অহানবদা মনন তৌরগা মতুবু ধ্যানদা ওন্থহন্নবা হোৎনগদবনি। অতুগা আলস্য (অতনবা), তমঃ (ধ্যেয় আত্মাগী মশক উদনা অমম্বদা লৈবা), অমসুং শূন্যতা (তুম্নীংবদগী করিমত্ত খঙদবা) অহুম অসিদি লয় (তমোগুণদা পুক্লীং লুপ্পুনা লৈবা) অসিগী মনুংচনবা ঙাক্তনি, ফীবম

থরা থরা থেন্নবদনি। মথোয় অসি পূক্নীংগী মূঢ় ওইবা ( তমোগুণ য়াম্না হেনগৎনা লৈবা ) ফীবমনি। লয় লৈত্রবদি মথোয় অমত্ত লৈরোই মসিদগী গৌড়পাদাচার্য্যনা অস্মুন্না হায়রি—

**লয়ে সম্বোধয়েচ্চিত্তংবিক্ষিপ্তং সময়েৎ পুনঃ।**
**সকষায়ংবিজানীয়াৎ সমপ্রাপ্তং ন চালয়েৎ ॥**

( মাঃ কাঃ ৩/৪ )

"পূক্নীংনা তমোগুণদা লুপ্তুনা লৈরবদি ধ্যেয় আত্মাগী চিন্তন ( মনন ) তৌহুনা মাবু হৌগৎহন্নবা হোৎনদগবনি. লাঙতকনবা পূক্নীংবুদি ওঁ শাংনা শোন্দুনা তপ্‌থহন্নবা তৌগদবনি, অদুগা অনী-সিগী মরক্তা লৈবা (তমোগুণদসু লুপ্তবা অদুগা লাঙতকনবদি ওইবা) পূক্নীংবু বিষয়ভোগতা চঙদূনা লৈবনি খঙগদবনি, ( মসিদগী পূক্নীংবু লৌথোকনবা উপায়দি বিষয়ভোগতা দোষ য়েংহুনা (থিহুনা) মথোয়বু অৱাবগী মরমনি খঙবনি ), মতুংদা অভ্যাস তৌবদগী সমভাব ( ব্রহ্মভাব ) ফংলবা পূক্নীংবু লেঙহল্লোইদবনি।"

হকচাংদা অশাবনচিংবা পোক্তনবা মোয়োকনচিংবা চায়োই-দবনি, অদুগা হুমাংনচিংবা লাক্তনবা য়াম্নসু শাদবা অমসুং য়াম্নসু ঈংদবা মফমদা অভ্যাস তৌগদবনি। মতৌ অস্মুন্না হোৎনরবদি মী অহুনা অভ্যাস অদুগী মহয় শোয়দনা ফংগনি ॥২৬॥

মতৌ অস্মুন্না ধ্যানযোগগী মতম কুইনা অমসুং থাজবগা লোয়ননা অভ্যাস তৌরবা যোগীহুনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংলবদা মাগী পূক্নীং অদুদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা থায়দগী অথোইবা হুংঙাইবহু ফোঙদোকলকই হায়বসি অস্মুন্না তাকলি—

প্রশান্তমনসং হ্যেনং যোগীনং সুখমুত্তমম্।
উপৈতি শান্তরজসং ব্রহ্মভূতমকল্মষম্॥২৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—শান্তরজসং = পূক্নীং লাঙতকননা লৈনবগী মরম রজোগুণ তপ্‌থল্রবা ; অদুগা—অকল্মষং = তূমনীংবনচিংবগী মরম ওইবা তমোগুণসু লৈখিদ্রবা, মরম অদুদগী-প্রশান্তমনসং = অতোপ্পা পোংশিংগী মওঙ লৈতনা সূপনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাগী মওঙদা লৈবা মরমনা পূক্নীং য়াম্না ঈংনা লৈরবা, হি = মদুদগী লেপনমক, ব্রহ্মভূতং = হিংনা হিংনা ব্রহ্মগী মশক ওইরবা, এনং যোগিনং = ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা যোগী অদুদা, উত্তমং সুখং = ব্রহ্মগী মশক ওইবা খ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবদু, উপৈতি = মশা মতোমতা ফোঙদোকলকই ॥২৭॥

অপূনবা অর্থঃ—পূক্নীং লাঙতকনবগী মরম রজোগুণ তপ্‌থল্রবা অদুগা তূমনীংবনচিংবা লাকনবা মরম তমোগুণ লৈখিদ্রবা, মরম অদুদগী ধ্যেয় আত্মাগী মওঙমক্তদা লৈবা মরমনা পূক্নীং য়াম্না ঈংলবা অমসুং হিংন-হিংনমক ব্রহ্মগী মশক ওইরবা যোগী অদুদা ব্রহ্মগী মশক ওইবা খ্বায়দগী অথোইবা নুংঙাইবদু মশা মতোমতা ফোঙ-দোকই ॥২৭॥

## অথুপ্পা রা

ঐখোয়না নুংঙাইবা ফংনীংদুনা মদু ফংগে হায়বগীদমক বিষয়-ভোগ তৌই অমসুং মদুগী উপায় ওইনা মখল মখা থবক তৌদুনা সংসারগী পোংশিংবু খোমজিন্নবা অহিং নুংথিল নাইদনা হোৎনৈ।

অদুমক ওইদুনসু ঐখোয়গী পূক্নীংদা মতুদগী কদৌডেদসু পেন্‌বা ওইদে, পেন্দবদু থোইনা থোইনা হেনগৎলকই অদুগা অরাবসু নুমিৎ খুদিংগী হেনগৎলকই। মসিগী মরমদি পোৎশিংদুদা অরাবা নত্তনা নুংঙাইবা লৈতে. নুংঙাইবদি থন্না লৈবা পোত্ত লৈ। অথনবা পোৎ অদু ফংলবত্তদা নুংঙাইবা ফংদুনা পেনগদবনি। শ্রুতিনসু অসুম্না হায়রি—"যো বৈ ভূমা তৎ সুখং নাল্পে সুখমস্তি" ( ছাঃ উঃ ৭/২৩/১ )—"থন্ন লৈবা পোৎ অদু নুংঙাইবনি (নুংঙাইবগী মশকনি), খজিক ওইবা ( অপীকপা ) পোত্ত নুংঙাইবা লৈতে।" মরম অসিদগী খজিক্কং ওইবা পোত্তগী ফংবা নুংঙাইবদুনা পেন্‌বা ঙমদদুনা ঐখোয়না মতম পূম্নমক্তা হেনগৎনা নুংঙাইবা পামলিবনি অমসুং মদুগী উপায় থিরিবনি। অসুন্না উপায় থিবা অদুদা পূক্নীং লৈতাবা মীনা খজিক্কং ওইবা অপীকপা পোৎশিংদুবু থাদোকলগা থন্ন লৈবা অচৌবা পোৎ অদুবু থিরবদি মদু ফংলগা পেন্দবা লৈরোইদবা নুংঙাইবদুবু শোয়দনা ফংগনি। অসিগুম্বা নুংঙাইবগী মশক ওইবা অথনবা পোৎ অদু করিনো অমসুং অপীকপা পোৎনা করিনো হায়বসিবু তাক্কুনা শ্রুতিনা অসুন্না হায়রি—"যত্র নান্যৎ পশ্যতি নান্যচ্ছৃণোতি নান্যদ্বিজানাতিঃ স ভূমা। অথ যত্রাঽন্যৎ পশ্যত্যন্যচ্ছৃণোত্যন্যদ্বিজানাতি তদল্পম্। যো বৈ ভূমা তদমৃতমথ যদল্পং তন্মর্ত্যম্।" ( ছাঃ উঃ ৭/২৪/১ )—"পোৎ অদুদা অতোপ্পা অমা উদে, অতোপ্পা অমা তাদে অমসুং অতোপ্পা অমা খঙদে, মদু থন্না লৈবা অচৌবা পোৎনি। অদুগা পোৎ অদুদা অতোপ্পা অমা উই, অতোপ্পা অমা তায় অমসুং অতোপ্পা অমা

থঙই, মতু থজিক্তং ওইবা অপীকপনি। থন্না লৈবা পোৎ অমাঙ-অতা লৈতবনি অতুগা অপীকপা পোৎ মাঙগদবা ঙাক্তনি।" মরম অসিনা মাঙগদবা সংসারগী অপীকপা পোৎশিংদগী ফংবা নুংঙাইবদি মাঙগদবা ঙাক্তনি, অতুগা থন্না লৈবা মাঙলোইদবা পোত্তগী ফংবা নুংঙাইবতুদি মতম পূন্নমক্তা অমাঙ-অতা লৈতনা পেন্ননবা মরম ওইগদবনি। অসিগুম্বা থন্না লৈবা পোৎ অতুদি ব্রহ্মমক্তি, অতুগা মহাক নুংঙাইবগী মশকস্তুনি—'আনন্দো ব্রহ্মেতি ব্যজানাৎ" ( তৈঃ উঃ ৩/৩/১ )—'নুংঙাইববু ব্রহ্মমকনি খঙউ।" "আনন্দং ব্রহ্মণোবিদ্বান্নবিভেতি কুতশ্চন" ( তৈঃ উঃ ২/৯/১ )—"ব্রহ্মগী মশক ওইবা নুংঙাইববু শংশঙনা খঙলবা মীনা সংসারসিদা কনাদগীসু কিদে।" অসিগুম্বা নুংঙাইবসি ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌহুনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংলবা মীনা মশামক্কী শক্তম ওইবা ব্রহ্মবু শংশঙনা খঙবদগী মাগী পূক্নীংদা মশা মতোমদা ফোঙদোকলকই, অতোপ্পনা ঙান্দুনা ফোঙদে, মহাক অতোপ্পনা ঙানবা য়াবা পোৎ নত্তে, অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা পোৎনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না "যোগিনং সুখমুত্তমম্" হায়না নুংঙাইববু কর্ত্তা ( মশা মতোমদা মনীং তমনা লাকপা ) অমস্তুং যোগীবু কর্ম্ম ( লাকইবা অহুনা য়ৌগদবা মফম ) ওইনা তাকপনি॥২৭॥

ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী যোগীনা ফংবা অমাঙ-অতা লৈতবা নুংঙাইবতু ব্রহ্মগী মশক ওইবদগী মহাক মোক্ষ ফংহুনা পোকপগী মহয় য়াম্লি হায়বসিবু থাগত্নুনা অস্তুম্না হায়রি—

**যুঞ্জন্নেবং সদাত্মানং যোগী বিগতকল্মষঃ।**
**সুখেন ব্রহ্মসংস্পর্শমত্যন্তং সুখমশ্নুতে ॥২৮॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—এবং = মতৌ অসুম্না ( "মনসেন্দ্রিয়গ্রামং" —৬/২৪ অসিনচিংবনা হায়খিবা পূক্নীংনা ইন্দ্রিয়শিংবু খূতুম চন্দূনা থম্বনচিংবা নিয়মশিং অতুগী মতুং ইন্না ), আত্মানং = পূক্নীংবু, সদা যুঞ্জন্ = মতম পূম্নমক্তা ধ্যানযোগদা থিংজিন্দুনা থমলিবা, বিগত-কল্মষঃ = পুক্নীংগী অমোংপা ওইবা অমসুং সংসারগী মরম পাপ-পুণ্য পূম্নমকস্থ মঙোন্দগী চংথোকখ্রবা, যোগী = অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিবু ফংলবা যোগীতুনা, সুখেন = ঈশ্বরগী আরাধনা-নচিংবা তৌবদগী য়াম্না লায়না, ব্রহ্মসংস্পর্শং = সংসারগী পোৎশিংগা শমনদবা সূপনা ব্রহ্মগী মশক ওইবা, অত্যন্তংসুখং = অমাঙ-অতা লৈতবা নুংঙাইবগী মশক মোক্ষবু অশ্নুতে = ফংই ॥২৮॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**– ইন্দ্রিয়শিংবু খূতুম চন্দুনা থম্বনচিংবা উপায়-শিংগী মতুং ইন্না পূক্নীংবু মতম পূম্নমক্তা ধ্যানযোগগী অভ্যাসতা থিংজিন্দুনা থম্লিবা অমসুং পাপ-পূণ্য পুম্নমক মঙোন্দগী চংথোকখ্রবা যোগীতুনা য়াম্না লায়না ব্রহ্মগী মশক নুংঙাইবা ওইবা অথোইবা মোক্ষবু ফংই ॥২৮॥

## অথূপ্পা বা

পাপকী মতৌগুম্না পুণ্যসিসু সংসারগী মরমনি, পাপতগী নরকনচিংবা অরাবা ফংই অতুগা পুণ্যদগী স্বর্গনচিংবা নুংঙাইবা ফংই অমসুং মংসু অরাবা য়ানশিনবা নুংঙাইবনি অশেংবা নুংঙাইবা নত্তে।

মতৌ অসুম্না পাপ অমসুং পুণ্যদা থেন্নবনি, সংসারগী মরম ওইবদদি মথোয় অনী করিমত্ত থেন্নদে। নিষ্কামকর্ম্ম অমসুং ঈশ্বরগী আরাধনা তৌবদগী পাপ মাঙখিহনা পুণ্য হেনগৎলকই, অহুমক ওইহনসু পাপ পুন্মাঙ মাঙদে, শোয়দনা খরা লৈহৌই। অহুম্নদি ওইরবদা মনগী ( পূর্ব্বীংগী ) অমোৎপা ওইনা লৈরম্বা পাপশিং মাঙখিবা মরমদগী পূর্ব্বীং শেংদোকখিহনা অশেংবা পূর্ব্বীং অহুদা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী যোগীনা আত্মসাক্ষাৎকার তৌহনা ( আত্মাগী অশেংবা মশক শংশঙনা উহনা ) পরমব্রহ্মমকপু মশামকনি খঙই। খঙবা অহুগী অহানবদা ( খঙবহুগী মমাঙদা ) মশাবু পাপ লৈবনি অমসুং পুণ্য লৈবনি অসিনচিংবা খঙলম্বহু লৈখিদহুনা মঙোন্দগী পাপ অমসুং পুণ্য পূন্নমক চৎথোকখি। মসিবু বেদান্তদর্শনদা অসুম্না হায়রি—"তদধিগম উত্তর-পূর্ব্বাঘয়োরশ্লেষ বিনাশৌ তদ্ব্যপদেশাৎ" ( বেঃ দঃ ৪/১/১৩ )—"পরমব্রহ্মবু মশাগী মশকমক্নি হায়না শংশঙনা খঙলবদা জ্ঞানীহুগী অহানবদা তৌখিবা পাপশিংহু মাঙখি, অহুগা মতুংদা জীবন্মুক্ত ওইহুনা (হিংনা হিংনা মোক্ষ ফংহুনা) লৈবা মতমদা করিগুম্বা পাপকর্ম্ম থোকলবসু মঙোন্দা মহু পক্তে ;" মরমদি শ্রুতিনা মহুম্না তাকলি ; মহুদি—"যথা পুষ্করপলাশ অপো ন শ্লিষ্যন্ত এবমেবংবিদি পাপং কর্ম্ম ন শ্লিষ্যতে।" (ছাঃ উঃ ৪/১৪/৩) — "থম্বাল মনাদা ঈশিং পক্তবগী মতৌগুম্না ব্রহ্মবু মশামক্নি খঙবা মীদা পাপ কর্ম্ম পক্তে।" মসি জ্ঞানীহুনা জ্ঞান ফংলবা মতুংদা তৌবা পাপকর্ম্মগী রানি ; অহুগা হান্না তৌখিবা পাপকর্ম্মগী মরমদদি অসুম্না হায়রি—'যথেষীকাতূলমগ্নৌ প্রোতং প্রদূয়েতৈবং হাহস্য

**সর্ব্বে পাপ্মানঃ প্রদূয়ন্তে।"** ( ছাঃ উঃ ৫/১৪/৩ ) — "তেন্না ( মফোল ) মৈদা তাবামক্তদা উৎ ওইহ্নবা মাঙই, মতৌ অহুম্না জীব-মুক্ত জ্ঞানীহুনা তৌথিবা পাপকর্ম্ম পূম্নমক জ্ঞান ওইবা মৈনা চাক্লুনা মাঙই।" মতৌ অসুম্না পুণ্যগী মরমদস্থু অসুম্না হায়রি—**"ইতরস্যাপ্যেবমসংশ্লেষঃ পাতে তু"** ( বেঃ দঃ ৪/১/১৪ )—"পাপতগী অতোপ্পা হায়বদি পুণ্যকর্ম্মস্থু পাপকী মতৌগুম্না জ্ঞানীদা শম্নদে, অহুগা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিল্লী।" মসিগী মরমদস্থু শ্রুতিনা অসুম্না তাকলি—**"উভে উ হৈবৈষ এতে তরতি"** ( বৃঃ উঃ ৪/৪/১২ )—'জ্ঞানীসি পাপ-পুণ্য অনীমক্তগী লাম্থোকই।" **"ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি"** ( মুঃ উঃ ২/২/৮ )—"জ্ঞানীগী কর্ম্ম পূম্নমক মাঙই।" **"সর্ব্বে পাপ্মানোঽতো নিবর্ত্তন্তে।"** ( ছাঃ উঃ ৮/৪/১ ) "জ্ঞানীদগী পাপ্ পূম্নমক হন্দোকই ( চৎথোকই )।" অহুগা মানা শিবকক্তদা ব্রহ্মদা তিল্লী হায়বসিবুস্থু অসুম্না হায়রি—**"তস্য তাবদেব চিরং যাবন্ন বিমোক্ষেঽথ সংপৎস্যে।"** ( ছাঃ উঃ ৬/১৪/২ )—"জ্ঞানী অহু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা ফাওবা লৈ, মহু লোইবমক্তদা মহাক ব্রহ্মদা তিল্লী।" অহুগা জ্ঞানী অহুদগী মাঙদনা চৎথোকথিবা পাপ অমস্থুং পুণ্যশিংহু কদায়দা চত্তুনা লৈ হায়বসিবুস্থু কাণ্বশাখীয় ব্রাহ্মণদা অসুম্না হায়রি—**"তস্য পুত্রা দায়মুপয়ন্তি, সুহৃদঃ সাধুকৃত্যাং, দ্বিষন্ত পাপকৃত্যাম্।"**—"জ্ঞানী অহুগী লল-থুমবুদি মাগী মচা-মশূশিংনা লৌই, মাগী কান্নবা তৌরম্বা মরূপ-মপাংশিংনা মাগী পুণ্যশিংবু লৌই, অহুগা মাগী ফত্তবা তৌরম্বা য়েক্লবশিংনা মাগী পাপশিংবু ফংই

( লৌই )।" মরম অসিদগী শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না জ্ঞানী ওইবা যোগীবু "মাগী পাপ-পুণ্য পুম্নমক মাঙখ্রবা" অস্মুন্না হায়দনা—"বিগতকল্মষঃ" হায়বদি "মাঙোন্দগী পাপ-পুণ্য পুম্নমক চৎথোকখ্রবা" অস্মুন্না হায়বনি। মতৌ অস্মুন্না যোগী অদুদগী পাপ-পুণ্য পুম্নমক চৎথোকখিদুনা মঙোন্দা সংসারগী মরম অমত্ত লৈহৌদবদগী মহাক অথোইবা নুংঙাইবগী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই ॥২৮॥

হৌজিক যোগীনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাবু শংশঙনা খঙলবদা মাগী মীৎয়েং জীব পুম্নমক্কী মফমদা করম্না য়েংই হায়বদুবু অস্মুন্না তাকলি—

**সর্ব্বভুতস্থমাত্মানং সর্ব্বভূতানি চাত্মনি।**
**ঈক্ষতে যোগযুক্তাত্মা সর্ব্বত্র সমদর্শনঃ ॥২৯॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—যোগযুক্তাত্মা = ধ্যানযোগদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা আত্মাবু শংশঙনা খঙলবা যোগীদুনা, সর্ব্বত্র সমদর্শনঃ = মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা চপমান্নবা লৈবা ব্রহ্মমক্তবু মঙোন্দগী থেন্নদনা উদুনা, সর্ব্বভূতস্থং = ব্রহ্মাদগী হৌদুনা য়াম্না পীকপা তীল-কাঙ ফাওবগী মন্নুংদা লৈবা, আত্মানং = মশামক্কী আত্মাবু, চ = অমসুং, আত্মনি = মশামক্কী আত্মাদা, সর্ব্বভূতানি = লেংলি-পাল্লিবা থব্রায়-পানবা পুম্নমকপু, ঈক্ষতে = করিমত্ত থেন্নদনা উই ॥২৯॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—ধ্যানযোগদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা আত্মসাক্ষাৎকার তৌরবা যোগীদুনা মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা চপ মান্নবা লৈবা

ব্রহ্মমক্তবু মশামক্তি খঙদুনা থরায়পানবা পূন্নমক্তা মশাগী আত্মাবু অমস্থুং মশাগী আত্মাদা থরায়পানবা পূন্নমকপু উই ॥২৯॥

## অথূপ্পা য়া

ঐথোয়না হৌজিক উরিবা ঙমখৈ লৈতনা পাক-চাউবা তাইবংপানসি থবক অমা ওইবা মরমদগী করিগুম্বা মতম অমদা অহানবদা লৈরমদে হায়বসি নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। খূদম ওইনা— চফ্সি থবক অমা ওইবা মরমদগী অহানবদা লৈরমদে থবক ওইনা শারবা মতুংদা মহাক লৈরকই। অদুগা থবক্তি মওঙ ওন্থোকনা লৈবা পোৎ অমনি, মদু কদৌঙৈদস্থু লেঙদনা অমস্থুং মাঙদনা লৈবা ঙমদে। মতৌ অদুন্না তাইবংপান ওইবা থবকসিগী অহানবদা লৈরমদবা মতম অদুবু ঐখোয়না মহাপ্রলয় কৌই। মতম অদুদদি স্থূপনা উরিবা তাইবংপানসিগী মরম (কারণ) অদুদা লৈরম্মি, মদু নত্তবা অতোপ্পা অমত্ত লৈরমদে। মতৌ অম্মুন্না তাইবংগী মরম ওইনা লৈরম্বা পোৎ অদু করিনো হায়বসিবু শ্রুতিনা অম্মুন্না তাকলি— "সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্।" (ছাঃ উঃ ৬/২/১) —"উরিবা তাইবংপান পূন্নমকসি অহানবদা সৎ পরমব্রহ্ম ওইনা লৈরমই. মহাক অনীশুবা পোৎ য়াওদনা মতোমদা লৈরমই।" "তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশঃ সম্ভূতঃ, আকাশাদ্বায়ুঃ, বায়োরগ্নিঃ, আগ্নেরাপঃ, অদ্ভ্যঃ পৃথিবী" (তৈঃ উঃ ২/১/১)— "জীবাত্মাসিদগী খেন্নদবা পরমাত্মা অদুদগী অহানবদা আকাশ পোকখি, আকাশদগী (আকাশ লৈরবা তুংদা) নুংশিৎ পোকখি,

সুংশিত্তগী মৈ পোকখি, মৈদগী ঈশিং পোকখি অমসুং ঈশিংদগী পৃথিবীসি পোকখি।" "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রয়ন্ত্যভিসংবিশন্তি, তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব, তদ্ব্রহ্ম" ( তৈঃ উঃ ৩/১/১ ) "মতুদগী তাইবংপান পূম্নমকসি পোকই, মতুনা মরম ওইতুনা পোকলিবা পূম্নমকসি হিংতুনা লৈ, অতুগা মখোয়তু মাঙবা মতমদা অমুক হন্না মতুদা তিললী, অসিগুম্বা মহাকপু খঙনবা হোৎনৌ মহাক ব্রহ্মনি।" "অনেন জীবনাত্মনানুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি।" ( ছাঃ উঃ ৬/৩/২ )— "ঐ ( ব্রহ্ম ) জীবাত্মাসিগী মওঙ লৌদুনা শেমলিবা তাইবংপানসিদা চঙলগা ( চক্ষু-কি অসিনচিংবগী ) মিং অমসুং ( মখোয়গী ) মশক মওঙবু শন্দোকে।" মতৌ অসুম্না শ্রুতিশিংনা তাকপগী মতুং ইন্না তাইবংপানসি ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, ময়াম ওইনা উরিবসিদি মাগী প্রকৃতি ওইবী অমসুং মঙোন্দা চঙজতুনা লৈবী মায়াশক্তিদগীনি; মসি মঙদা জীবাত্মা অমত্তংদগী ময়াম ওইনা উবগী মতৌগুম্বনি। মরম অসিনা অসিগুম্বা ব্রহ্মসিবু ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌতুনা মশামক্তি খঙলবা যোগী অতুনা তাইবংপানসিদা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্তা উদে, য়েংউ য়েংউবা মফমদা ব্রহ্মমক্তবু উই। অসিগুম্বা অশেংবা মীৎয়েংসিবু থম্নবা শ্রুতিনসু অসুম্না উপদেশ পীরি— "দৃষ্টিং জ্ঞানময়ীং কৃত্বা পশ্যেদ্ব্রহ্মময়ং জগৎ"। ( তেঃ বিঃ উঃ ১/২৯ )—"জ্ঞানগী মশক ওইবা মীৎয়েং তৌরগা ( থমলগা ) তাইবংপানসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা য়েংউ।" অচম্বা মীৎয়েংনা চক্ষুবু য়েংবা থাদোকলগা জ্ঞানগী মীৎয়েংনা য়েংলবদি চক্ষুগী মরম

ওইনা মনুংচন্না লৈরিবা লৈবাক অতু নত্তবা চক্ষু কৌবা অমত্তা উরোই, ব্যবহারদা লৈবাক অতুতবু চক্ষু ওইনা উবনি। মতৌ অতুন্না অচম্বা ব্যবহারগী মীৎয়েং থাদোকলগা তাইবংপানসিগী মরম ( মরম ) ওইনা মনুংচন্না লৈরিবা সৎ ( "লৈ" হায়বগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ) অতুতবু জ্ঞানগী মীৎয়েংনা য়েংলবদি মতুদগী অতোপ্পা তাইবংপান উরোই। মরমদি সৎ ( ' লৈ ' হায়বা ব্রহ্মগী মশক ) অতু লৌথোক-লবদি তাইবংপান করিস্সু লৈহোদে। মরম অসিন, শ্রুতিনা অস্সুন্না হায়রি —

**সর্ব্বং ব্রহ্মেতি যস্যান্তর্ভাবনা সা হি মুক্তিদা।**
**ভেদদৃষ্টিরবিদ্যেয়ং সর্ব্বথা তাং বিসর্জয়েৎ ॥**

( মঃ উঃ ৫/১১৩ )

"তাইবংপান পূন্নমকসি ব্রহ্মমক্তি অস্সুন্না মীতুগী লেঙদবা মনুংগী ব্রাখল লৈরবদি মতু ( ব্রাখলতু ) মুক্তি পীনবনি। অতুগা খেন্নবা মীৎয়েংদি অবিদ্যানি ( খণ্ডদবদগীনি ), মরম অসিনা খেন্নবা মীৎয়েংবু পূমথা থাদোক্কদবনি।"

অসিগুম্বা অশেংবা মীৎয়েংসি আত্মাবু শংশঙনা উরবা যোগীগী লৈবা মরমদগী মানা তাইবংপান পূন্নমকপু মঙোন্দা অমস্তুং মশামকপু ( আত্মাবু ) তাইবংপানবদা উই হায়না শ্রীভগবান্না তাকলিবনি ॥১৯॥

ধ্যানযোগীনা তাইবংপান পূন্নমক্তা উরিবা মশাগী আত্মা অতুমক ভগবান্ বাসুদেব ঐমক্তি, ঐঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে খণ্ডবসিবু তৌরিবা যোগচুগী মহৌনি হায়বসিবু ভগবান্না অস্সুন্না তাকলি—

যো মাং পশ্যতি সর্ব্বত্র সর্ব্বঞ্চ ময়ি পশ্যতি।
তস্যাহং ন প্রণশ্যামি স চ মে ন প্রণশ্যতি ॥৩০॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—যঃ = ধ্যানযোগীচুনা মাং = বাসুদেব ভগবান্ কৃষ্ণ ঐবু, সর্ব্বত্র পশ্যতি = অচৎ-চত্ত তাইবং-তাইবংপান পুন্নমক্তা উই, ময়ি চ = অচুগা বাসুদেব ঐডোন্দস্নু, সর্ব্বং পশ্যতি = তাইবংপান পুন্নমকপু উই. তস্য = অচুগুম্বা যোগীচুগী, অহং ন প্রণশ্যামি = কৃষ্ণ ঐ মাঙবা থুম্লা তৌদে ( মাগী মীৎয়েংদগী ঐ চৎথোকপা তৌদে, মানা মতম পুন্নমক্তা ঐবু উচুনা লৈ ), মে চ = অচুগা কৃষ্ণ ঐগীস্নু. সঃ ন প্রণশ্যতি = মহাক মাঙবা থুম্লা তৌদে ( ঐগী মীৎয়েংদা মহাক মতম পুন্নমক্তা লৈ ) ॥৩০॥

অপুনবা অর্থঃ—ধ্যানযোগীচুনা অচৎ-চত্ত তাইবংপান পুন্নমক্তা কৃষ্ণ ঐবু উই, অচুগা কৃষ্ণ ঐডোন্দস্নু তাইবং পুন্নমকপু উই ; অসি-গুম্বা যোগী অচুগী মীৎয়েংদগী কৃষ্ণ ঐ কদোৌঙদস্নু চৎথোক্কে, অচুগা কৃষ্ণ ঐগী মীৎয়েংদগীস্নু মহাক চৎথোক্কে ॥৩০॥

## অথুম্বা বা

মথক্কী শ্লোকতা যোগীনা মশাবু তাইবংপান পুন্নমক্তা অমস্নুং তাইবং পুন্নমকপু মশাদা উই হায়বসি হায়খ্রে। হৌজিক যোগীচুনা শ্রীভগবানবু তাইবংপান পুন্নমক্তা অমস্নুং তাইবং পুন্নমকপু শ্রীভগবান্দা উই হায়রি। মসি যোগীগী আত্মা অমস্নুং শ্রীভগবান্ অমত্ত ওই-রবতদা ওইবা য়াগনি, নত্রবদি ওইথোক্কবা য়া ওইগনি। মতৌ অস্নুম্না অমত্ত ওইরবতদা শ্রীভগবান্ যোগীগী মীৎয়েংদগী চৎথোক্কে

অদুগা যোগীসু শ্রীভগবান্‌গী মীৎয়েংদগী চৎথোক্তে হায়বসিসু য়াগনি। মরম অসিনা যোগীদুনা মশাগী অশেংবা মশক আত্মাবু "বাসু-দেবোঽহং"—ঐ ভগবান্ বাসুদেবমক্নি" থগুই হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকপনি। অদুগা শ্রীভগবান্দি সাক্ষাৎ পরব্রহ্মনি। মরম অসিনা 'অহং ব্রহ্মাস্মি" (বৃঃ উঃ ১/৪/১০)—"ঐ ব্রহ্মমক্নি' হায়না শ্রুতিনা তাকপা ব্রহ্মসাক্ষাৎকারবু (ঐ ব্রহ্মমক্নি হায়না শংশগুনা থগুববু) মফম অসিদা শ্রীভগবান্না য়াহয় অমরোমদা হায়রি। শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু উদ্ধবকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণ মশামকনা অসুম্না হায়রি—

মামেব সর্ব্বভূতেষু বহিরন্তরপাবৃতম্।
ঈক্ষেতাত্মনি চাত্মানং যথা খমমলাশয়ঃ॥ (১১/১২/২৯)

"হে উদ্ধব! নহাক পুক্নীং শেংবা ওইদুনা অচৎ-চত্ত থরায়-পানবা পুম্নমক্তা অদুগা নশামক্তা আত্মা ওইবা অমসুং আকাশগী মতৌগুম্না তাইবংপানবগী মনুং মপাল পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু য়েংউ।"

মরম অসিনা যোগীনা অন্তঃকরণ উপাধিনা জীবাত্মা ওইবা অমসুং মায়া উপাধিনা পরমাত্মা ওইবা পরব্রহ্মবু ধ্যানযোগগী মহয় ওইনা মশামক্নি হায়বসি শংশগুনা থগুই॥৩০॥

হৌজিক মথক্কী শ্লোকতা হায়রিবা য়া অসিমক্তবু শুশেংনা তাকলি—

সর্ব্বভূতস্থিতং যো মাং ভজত্যেকত্বমাস্থিতঃ।
সর্ব্বথা বর্ত্তমানোঽপি স যোগী ময়ি বর্ত্ততে॥৩১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—যঃ = যোগীহূনা, সর্ব্বভূতস্থিতং = অচৎ-চত্ত তাইবংপানবা পুন্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবা, মাং = ঈশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, একত্বং আস্থিতঃ = পরমাত্মাহু ঐমক্নি ( উপাসক যোগীমক্নি, সৃপনা উপাধিনা মরম ওইহূনা খেন্ননা উবনি ) ঐঙোন্দগী ( উপাসকতগী ) অতোপ্পা নত্তে হায়বসি পূক্নীংদা চপ য়ুংনা লেপ্পুনা, ভজতি = ধ্যান-যোগগী অভ্যাস তৌহূনা অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিদা "অহংব্রহ্মাস্মি"— "ঐ ব্রহ্মনি" অসুম্না শংশঙনা খঙই ; স যোগী = অসিগুম্বা যোগী অহু, সর্ব্বথা বর্ত্তমানঃ অপি = জীবন্মুক্তগী ফীবমদা লৈরগা প্রারব্ধ-কর্ম্মগী মতুংইন্না করিগুম্বা থবক অমা তৌবা ওইরবসু, ময়ি বর্ত্ততে = ঈশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা শোয়দনা লৈ ( শিরবা মতুংদা মানা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা মোক্ষ ফংবা শোয়দবনি ) ॥৩১॥

**অপুনবা অর্থ :**—যোগীহূনা তাইবংপান পূন্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবা ঈশ্বর, কৃষ্ণ ঐবু মশাদগী অতোপ্পা নত্তে অমত্তনি হায়বসি লেপ্পুনা "ঐ ব্রহ্মনি" অসুম্না শংশঙনা খঙই, অসিগুম্বা যোগী অহু হিংলিঙৈগী মতমদা করিগুম্বা অমা তৌহূনা লৈরবসু শিরবা মতুংদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা শোয়দনা ভিলক্লী ॥৩১॥

## অথুপ্পা বা

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না হায়রিবা রা পূন্নমকসিদগী অমত্তংদা ওইবা আত্মা নত্তবা পোৎ অমত্ত সংসারসিদা লৈতে, সৃপনা মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইহূনা ময়াম ওইনা উবদনি হায়বসি

ঐখোয়না বিচার তৌরগা খণবা ঙমঈ। মসিবু তশেংনা উদ্ধবকী মফমদা শ্রীভগবান্না হায়রি—

**আত্মৈব তদিদংবিশ্বং সৃজ্যতে সৃজতি প্রভুঃ।**
**ত্রায়তে ত্রাতি বিশ্বাত্মা হ্রিয়তে হরতীশ্বরঃ ॥**
**তস্মান্ন হ্যাত্মনোঽন্যস্মাদন্যো ভাবো নিরূপিতঃ।**
**নিরূপিতেয়ং ত্রিবিধা নির্মূলা ভাতিরাত্মনি।**
**ইদং গুণময়ং বিদ্ধি ত্রিবিধং মায়য়া কৃতম্॥**

( ভাগঃ ১১/২৮/৬.৭ )

"হে উদ্ধব! খায়গী মপু ওইবা আত্মাসিনা মশামকপু তাইবংপান অসিমক ওইনা শাই অদুগা অশাবসু মশামকনা ওই; মতৌ অসুম্না তাইবংপান পুন্নমক ওইনা লৈরিবা আত্মা মশামকপু মশামকনা ঙাকই অদুগা অসিগুম্বা ঈশ্বর আত্মাসিনা তাইবংপান ওইনা লৈবা মশামকপু মশামক্তা খোমজিল্লী ( প্রলয় তৌই )। মরম অসিনা অধিষ্টান (পুন্নমক্কী লৈনফম) ওইনা তোপ্-তোপ্না লৈরিবা আত্মাসিদগী অতোপ্পা লৈ হায়না তাকপা য়াবা পোং অমত্ত লৈতে। অদুগা পুন্নমক্কী লৈনফম আত্মাসিদা উরিবা আধিভৌতিক জগৎ, আধ্যাত্মিক হকচাং অমসুং আধিদৈবিক লাই, মখল অহুমগী পোংশিংসি অশেংবা মরম লৈতবা ঙাক্তনি। নহাকনা মখোয় অহুমসিব সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিগী মশক্তি অমসুং মায়ানা শাবনি হায়না খঙউ॥"

মতৌ অসুম্না ভগবাম্না হায়রিবা রাসিমক্তবু যোগশিখোপনিষত্তা শমলপনা অসুম্না তাকলি—

**ঘটনাম্না যথা পৃথ্বী পটনাম্না হি তন্তবঃ।**
**জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং ব্রহ্মৈব কেবলম্॥**

( ৪/১৭/১৮ )

"চক্ষু কৌতুনা পৃথিবী (লৈবাক) অমস্তুং ফি কৌতুনা লং মঙ্গাম উবগী মতৌগুম্না জগৎ কৌতুনা চেতন আত্মা উই, অশেংবমক্তি পূর্ণমক অসি সুপনা ব্রহ্মমক্তনি।"

মরম অসিনা মাম্না উরিবা তাইবংপান অসিদা অমত্তং ওইনা লৈবা আত্মাসিবু খণ্ডননবগীদমক রাখল লৈতাবা মীনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌফম থোকই। মচুতদা মীওইবগী হকচাং ফংবগী মহম য়ানগনি। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—

**এষা বুদ্ধিমতাং বুদ্ধির্মনীষা চ মনীষিণাম্।**
**যৎ সত্যমনৃতেনেহ মর্ত্ত্যেনাপ্নোতি মাঽমৃতম্॥**

( ভাগঃ ১১/২৯/২২ )

"হে উদ্ধব! সংসারসিদা মিথ্যা ওইবা অমসুং মাঙগদবা হকচাংসিনা মাঙলোইদবা অমসুং সত্য ওইবা ঐবু (শ্রীভগবান্ কৃষ্ণবু) ফংবা অসিমক লৌশিং শিংবা মী-শিংগী লৌশিংনি অমসুং রাখল তাবা মী-শিংগী রাখলনি।"

মসিদা জীব অমসুং ঈশ্বরগী মশক করিনো, মখোয় অনীসি করম্না অমত্ত ওই, অদুগা জগৎ মিথ্যানি, মতম অঙ্গম্মক্তা লৈতে—

অসিনচিংবা নীংথিনা খঙনীংবা মীনা "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা য়েংবিগদবনি ॥৩১॥

সমাধিগী ফীবমদা যোগীনা আত্মসাক্ষাৎকার তৌদুনা থরায়-পানবা পুম্নমক্তা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মাবু শংশঙনা খঙলবস্থু সমাধিদগী হৌগত্তুনা প্রারব্ধকর্ম্মগী মতুংইন্না হিংদুনা লৈবা মতমদা জীব পুম্নমক্কী অরা-নুংঙাই পুন্নমকপু মশামক্কী অরা-নুংঙাইগা চপ মান্ননা য়েংদুনা লৈবা যোগী খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি অস্থুম্না তাকলি—

আত্মৌপম্যেন সর্ব্বত্র সমং পশ্যতি যোঽর্জ্জুন।
সুখং বা যদি বা দুঃখং স যোগী পরমো মতঃ ॥৩২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**— অর্জ্জুন = হে ধনঞ্জয়! যঃ = যোগীদুনা, আত্মৌপম্যেন = মশামক্কী মতৌগুম্না, সর্ব্বত্র = থরায়পানবা পুম্নমক্তা, সুখং বা যদি বা দুঃখং = নুংঙাইববু নত্রগা অরাববু, সমং পশ্যতি = চপ মান্নন| য়েংই (উই), সঃ যোগী = অদুগুম্বা যোগীদু, পরমঃ মতঃ = খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পনি ॥৩২॥

**অপূনবা অর্থ:**— হে অর্জ্জুন! যোগী অদুনা মশামক্কী মতৌ-গুম্না জীব পুম্নমক্তা অরা-নুংঙাই চপ মান্ননা য়েংই, অদুগুম্বা যোগীদু খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পনি ॥৩২॥

অথূপ্পা ব্রা

জ্ঞানীগী অশেংবা মীৎয়েংদা অনীশুবা লৈতবা আত্মা থরায়-পানবা পুম্নমক্তা অমত্ত ওইনা লৈরবস্থু ব্যবহারগী মতমদা উপাধি (খাইদোকনবা মরম), অন্তঃকরণ (মন) শিং ময়াম ওইনা মশীং

লাকঙমদনা লৈবা মরমদগী অন্তঃকরণশিংত্থগা শম্নবগুম তৌনা লৈরিবা চেতন আত্মা অত্থুস্থু ময়াম ওইনা মশীং লাকঙমদনা খঙনৈ ; অত্থগা উপাধি ওইবা অন্তঃকরণশিং থেন্নবদগী অন্তঃকরণদা লৈবা অরা-নুংঙাইনচিংবা পূন্নমকত্থবু মত্থগা শম্ননা লৈবগুম তৌরিবা চেতন আত্মা অত্থতনা খঙই ; অতোপ্পা অন্তঃকরণগা লোয়ননা শম্নবগুম তৌবা আত্মাত্থনা খঙদে। মরম অসিনা জীব পূন্নমক্তা অরা-নুংঙাই-নচিংবা চপ মান্নদে অমস্থুং অমগী অরা-নুংঙাইবু অতোপ্পা অমনা শংশঙনা খঙদে। অত্থমনদি ওইরবদা জীব পূন্নমকসি হৌনশা ওইনা অরাবা থাদোকনীংই অমস্থুং নুংঙাইনীংই ; কনা অমত্ত অরাবা পামদে। অত্থবু রাখল লৈতবা মীনা মশাগী নুংঙাইবদা থিত্থনা অতোপ্পশিংবু য়াম্না অরাবা পী, মখোয়স্থু মাগুম্না নুংঙাইবা পাম্বনি অমস্থুং হিংত্থনা লৈনীংবনি হায়বসি করিমত্ত খন্দে। নুংশিহৈবা খরনা অতোপ্পগী মফমদা থৌজাল খরদং উৎলবস্থু পূন্নমক্তা উত্তে অমস্থুং মশাগী নুংঙাইনবা হোৎনবদা অতোপ্পগী অরাবা য়েংদে। মসি জ্ঞানী ওইবা কনা-কনাগুম্বা যোগীশিংদস্থু মখোয়না প্রারব্ধকর্ম্মগী মতুং ইন্না ব্যবহার তৌবা মতমদা উবা ফংই। অশেংবমক্তি মশাগী নুংঙাইবা ফংনবা হোৎনবগুম্না অতোপ্পবু অরাবা পীদনা মখোয়গীস্থু নুংঙাইনবা হোৎনগদবনি অত্থগা মশাগী ফত্তবা তৌদবগুম্না অতোপ্পগী ফত্তবস্থু তৌরোইদবনি। মরম অসিনা অস্থুম্না হায়রি—

প্রাণা যথাত্মনোঽভীষ্টা ভূতানমপি বৈ তথা।
আত্মৌপম্যেন মন্তব্যং বুদ্ধিমদ্ভিঃ কৃতাত্মভিঃ॥

(মহাভাঃ অনুঃ ১১৫/১৯)

"মীনা মশাগী থরায়বু য়ান্না নুংশিবগুম্না অতোপ্পা জীবশিংনস্সু মশা মশাগী থরায়শিংবু নুংশিন্নিবনি। মরম অসিনা লৌশিং শিংবা অমস্সুং মশাগী কান্নবা তৌরবা মীনা জীব পূন্নমকপু মশাগা চপ মান্ননা খনগদবনি।"

মরম অসিদগী যোগীনা ব্যবহার তৌবা মতমদা জীব পূন্নমকপু মশাগা চপ মান্ননা য়েংহনা মখোয়গী কান্নবা থবক তৌরবদি মহাক অথোইবা যোগীনি হায়না শ্রীভগবান্না মফম অসিদা তাকলিবনি ॥৩২॥

হৌজিক অর্জ্জুননা শ্রীভগবান্না তাকলিবা ধ্যানযোগ অসিগী মরমদা চিংনহনা অস্মুন্না হংজে—

## অর্জ্জুন উবাচ

**যোঽয়ং যোগস্ত্বয়া প্রোক্তঃ সাম্যেন মধুসূদন।**
**এতস্যাহং ন পশ্যামি চঞ্চলত্বাৎ স্থিতিং স্থিরাম্॥৩৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—অর্জ্জুনঃ** উবাচ = অর্জ্জুননা হায়জখি—মধুসূদন = মধু কৌবা হিংচাববু হাৎপা হে কৃষ্ণ!, ত্বয়া = নহাকনা, সাম্যেন = পূক্নীংদা লৈবা অপাম-মিহৌনচিংবা পূন্নমকপু লৌথোক্তুনা চপমান্ননা ওইবা, যঃ অয়ং যোগঃ = অসিগুম্বা ধ্যানযোগবু, প্রোক্তঃ = হায়রিখি ( তাকপিখি ), অদুবু— অহং = ঐদি, এতস্য = অসিগুম্বা যোগসিগী, স্থিরাং স্থিতিং = লেঙদনা লৈবা সমাধিগী ফীবম, ন পশ্যামি = ওইগনি হায়বসি উদে, চঞ্চলত্বাৎ = মরমদি পূক্নীং অসি ঙহাক্তা তুম্মিন্না লৈতে ॥৩৩॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— অর্জ্জুননা হায়জখি—হে মধুসূদন ! পূক্লীংদা লৈবা অপাম-মিহৌনচিংবা পূন্নমকপু পূমলো লৌথোক্লুনা চপ মান্নবা ওইবা অসিগুম্বা যোগবু নহাকনা হায়বিখি। অদুবু ঐদি অসিগুম্বা যোগসিগী লেঙদবা ফীবমদু ওইগনি হায়বসি উদে ; মরমদি পূক্লীং অসি ঙহাক্তা ফাওবা তূমিন্না লৈতে ॥৩৩॥

**চঞ্চলং হি মনঃ কৃষ্ণ প্রমাথি বলবদ্দৃঢ়ম্।**
**তস্যাহং নিগ্রহং মন্যে বায়োরিব সুদুষ্করম্॥৩৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—কৃষ্ণ = হে কৃষ্ণ ! মনঃ চঞ্চলং হি = পূক্লীংসি ঙহাক্তা তূম্মিনা লৈতে ; য়াম্না চোইনা লৈ হায়বসি তাইবংপান্দা ফাওরিবনি, প্রমাথি = ( তূম্মিন্না লৈতবদা নত্তনা ) হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবুসু মসিনা নৈথত্তুনা থমলিবনি, বলবৎ = মসি য়াম্না পাঙ্গল চাউবনি ( মানা ফংগে লেপলিবা অদুদগী কনা অমত্তনা মসিবু থিংবা ঙমদে ), মসিদা নত্তনা—দৃঢ়ং = মহাক য়াম্না কল্লী ( হৌখিবা মপোক কয়ামুক্তা ফংখিবা বিষয় ভোগকী সংস্কারশিংদু থন্না লৈবা মরমনা ভোগশিংদুদগী মাবু থিংদুনা থম্বসি ওইথোক্তবনি ), মরম অসিদগী—তস্য নিগ্রহং = মাবু ফাজিন্দুনা থম্বসিবু, বায়োঃ ইব = আকাশতা চত্তুনা লৈবা নুংশিৎ ফাবা ওইথোক্তবগুম্না, সুদুষ্করং = তৌবদা ওইথোক্তবনি হায়বসি, অহং মন্যে = ঐনা খল্লী ॥৩৪॥

**অপূনবা অর্থঃ**—হে কৃষ্ণ ! পূক্লীংসি য়াম্না চোইনা লৈ হায়বসি ফাওরিবনি, মানা হকচাং অমসুং ইন্দ্রিয়শিংবুসু নৈথত্তুনা থমলিবনি,

মহাক মপাঙ্গলস্থ য়াম্না চাউবনি অমস্থং কনবনি। মরম অসিদগী মাবু ফাবসি নুংশিংপু ফাবগী মতৌগুম্না ওইথোক্কবনি হায়বসি ঐনা খল্লী ॥৩৪॥

## অথূপ্পা রা

শ্লোক অনী ( মথক্কী ) অসিদা অর্জ্জুননা পূক্নীং অসি ওহাক্তা তূম্মিন্না লৈতে, মসিবু ফাজিন্দূনা করম্না সমাধি ওইবা য়াগনি হায়বা মতমদা শ্রীভগবানবু "মধুসূদন" অমস্থং "কৃষ্ণ" হায়বা রাহয় অনী-সিনা কৌরি। মসিগী মন্নুংগী রাদি অসিনি—ভক্তশিংবু অরাবা পীবা মধু কৌবা হিংচাববু হাত্তুনা মখোয়বু নুংঙাইবা পীবগী মতৌগুম্না ভক্তশিংগী পূক্নীংদা লৈবা মধুগী মশক ওইবা অপাম-মিহৌ, পাপ-নচিংবা পূন্নমকপুস্থ মাঙহনবীতুনা নহাক্না ভক্তশিংগী পূক্নীংশিংবু লেপহনবীরগা মখোয়না সমাধি তৌতুনা নঙোন্দা তিনবগী মশক ওইবা লেঙদবা নুংঙাইবতুবু ফংবা য়ানবা হোৎনবিগনি হায়বসি উত্তুনা "মধুসূদন" অস্থুম্না কৌরিবনি। অতুগা অর্জ্জুননা "কৃষ্ণ" হায়না কৌবগী মরমদি নহাক সাক্ষাৎ সৎ-চিৎ-আনন্দগী (নুংঙাইবগী) মশক ওইবা পরব্রহ্মমক্নি হায়বসি উৎননবগীদমক্নি। কৃষ্ণ কদায়বু কৌবগে হায়বসিবু গোপাল পূর্ব্বতাপন্যুপনিষত্তা অস্থুম্না ইরি—

> কৃষির্ভূর্বাচকঃ শব্দো নশ্চ নির্বৃতিবাচকঃ।
> তয়োরৈক্যং পরংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে ॥ ( ১/১ )

"কৃষ্ গী অর্থ সৎ নী অতুগা ন গী অর্থ নুংঙাইবনি, অনী-সিনা তিনবা সৎ অমস্থং নুংঙাইবগী মশক ওইবা পরব্রহ্মবু কৃষ্ণ হায়না কৌই।"

মরম অসিনা নঙগী ( কৃষ্ণগী ) কৃপা নত্তুনা কনা অমত্তনস্তু অসিগুম্বা য়াম্না চোইবা পূক্নীংসিবু ফাজিন্দুনা ধ্যানযোগ তৌবা ঙম্মোই হায়বসি অর্জ্জুননা খঙহল্লী। অদুগা পূক্নীংবু ফাজিনবসিদি কয়ামুক কনবা অমস্তুং লুবা থবকনো হায়বসিবুদি মহর্ষি ঋভুনা নিদাঘবু অস্তুম্না তাকলি—

অপ্যব্ধিপানান্মহতঃ সুমেরূন্মূলনাদপি।
অপি বহ্ন্যশনাদব্রহ্মন্বিষমশ্চিত্তনিগ্রহঃ॥ (মঃ উঃ ৩/২০)

"হে ব্রহ্মন্! পূক্নীংবু লেঙদনা ফাজিন্দুনা থম্বসি সমুদ্র থকপদগী, অচোবা মেরু কৌবা চীংবু মাঙহনবদগী অমস্তুং মৈবু চাবদগীস্তু থোইনা হেন্না লুই অমস্তুং কল্লী।"

মরম অসিনা পূক্নীংবু ফাজিনবা ঙম্নবা মীবু থাগত্নূনা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা উদ্ধবকী মফমদা অস্তুম্না হায়রি—

মনোবশেঽন্যে হ্যভবংস্ম দেবা
মনশ্চ নান্যস্য বশং সমেতি।
ভীষ্মো হি দেবঃ সহসঃ সহীয়ান্
যুঞ্জ্যাদ্বশে তং স হি দেবদেবঃ॥
( ভাগঃ ১১/২৩/৪৮ )

"অতোপ্পা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং পূক্নীংগী মথা পোন্দুনা লৈ, পূক্নীংসিদি অতোপ্পা কনাগীস্তু মথা পোন্দুনা লৈতে; মনসিদি ( পূক্নীংসিদি ) য়াম্না পাঙ্গল কনবশিংদগীস্তু থোইনা কনবা অমস্তুং

অকিবগী মশক্কি। মসিবু লাকশিল্লগা মখা পোলহন্দুনা থম্বা ঙমলবা মী অতু দেবশিংগী দেবনি ( সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক্কি )।"

মরম অসিনা পুক্নীংবু ফাজিন্নীংবা অমসুং ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌনীংবা মীনা ঈশ্বরগী কৃপা ফংনবগীদমক মতম পুন্নমক্তা নিয়ম কায়দনা মাগী আরাধনা-নচিংবা তৌতুনা লৈগদবনি ॥৩৪॥

অর্জ্জুননা চিংনরিবসিগী পাউখুম অস্মুম্না পীরি—

## শ্রীভগবানুবাচ

**অসংশয়ং মহাবাহো মনো দুর্নিগ্রহং চলম্।**
**অভ্যাসেন তু কৌন্তেয় বৈরাগ্যেণ চ গৃহ্যতে ॥৩৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবান্না হায়বিখি—মহাবাহো = পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন। মনঃ দুর্নিগ্রহঃ = পুক্নীংসি (মনসি) লাকশিনবদা য়াম্না লুই, চলং = য়াম্না চোইনা লৈ হায়বসিদা, অসংশয়ং = করিমত্ত চিংনফম লৈতে, তু = অতুমনদি ওইরবদা, কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! অভ্যাসেন = মাবু ফাজিন্নবা উপায়শিংবু হন্না হন্না হোৎনবা, বৈরাগ্যেণ চ = অতুগা সংসারগী বিষয়শিংদগী মায় ওন্থোকপা (মখোয়দা দোষ য়েংতুনা-থিতুনা মখোয়বু পামদবা ) উপায় অনীসি পুন্না তৌরগা, গৃহ্যতে = পুক্নীং লাকশিনবা য়াই ॥৩৫॥

**অপুনবা অর্থ :**—শ্রীভগবান্না হায়বিখি—পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন। পুক্নীংসি লাকশিনবদা য়াম্না লুই অমসুং মহাক য়াম্না চোইনা ( ঈরাঙ-লাঙদুনা ) লৈ হায়বাসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে,

অদুমক ওইরবস্থু কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! অভ্যাস অমস্থুং বৈরাগ্য কৌবা উপায় অনীসিনা পুক্লীংবু লাকশিনবা য়াই ॥৩৫॥

## অথুপ্পা ৱা

অর্জ্জুননা শ্রীভগবানবু "মধুসূদন" অমদি "কৃষ্ণ" কৌদুনা অহানবা মথক্কী শ্লোক অনীদা মাগী পুক্লীংগী ৱা তাকপগী মতৌগুম্না শ্লোক অসিদস্থু শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু "মহাবাহো" অমস্থুং "কৌন্তেয়" কৌদুনা মাগী পুক্লীংগী ৱা তাকলি—হে অর্জ্জুন ! নহাক্তি নপাম্বোম য়াম্না কনবা মরমনা য়েক্লবশিংবু য়াম্না লায়না খুদুম চন্দুনা লাকশিনবা ঙমলিবনি, মহাদেব ফাওববুস্থু নহাকনা মলযুদ্ধদা পেলহন্দুনা মঙোন্দগী ফংঙমদ্রবা পাশুপাত কৌবা খুৎলাই লৌরিবনি। মরম অসিনা পুক্লীংবু খুদুম চন্দুনা লাকশিনবা অসিদি নংগীদমক থোইনা লুবা থবক নত্তে। কৃষ্ণ ঐনস্থু নঙগী নতেং পাংবিগনি, নহাক্তি ঐগী ঈপা বসুদেবগী মচন ( ঈনে ) কুন্তীগী মচানি, মরম অসিনা নহাক্কী নতেং ঐনা করমনা পাংলোইদৌরিবনো ? অদুমক ওইদুনস্থু পুক্লীংবু নমদুনা থুনমক ফাজিনবসি য়াম্না লুনা থোকই। মরম অসিনা তপ্‌না তপ্‌না মাবু থেমজিল্লগা লাকশিন্নবা উপায়দি অভ্যাস অমস্থুং বৈরাগ্য অনীসিনি। অনী অসিবু পুন্না তৌদুনা হোৎনরবদি পুক্লীংবু লাকশিনবা লায়না থোক্কনি।

মসিনি শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু তাকপদা মনুংগী অথুপ্পা ৱা। অদুমক ওইদুনস্থু শ্রীভগবান্না হায়রিবা ৱাসি সুপনা অর্জ্জুনগীদমক্তস্থু নত্তে, মাগী ভক্ত ওইবা অমস্থুং ধ্যানযোগ তৌদুনা মশাগী মশক

খঙনীংবা মী-শিংগীসুনি। মরম অসিনা যোগদর্শনদসু অস্মুন্না হায়রি—"অভ্যাস বৈরাগ্যাভ্যাং তন্নিরোধঃ" (১/১২)—"ধ্যান তৌনবা হন্না হন্না হোৎনদূনা লৈবা অমসুং সংসারগী পোৎশিংগী অপাম্বা থাদোকপা অনীসিনা পূক্নীংবু লাকশিনবা য়াই।" মসিদা অভ্যাস করিনো হায়বহ্ অস্মুন্না তাকলি—"তত্র স্থিতৌ যত্নোঽভ্যাসঃ" (১/১৩)—"সৎ-চিৎ-আনন্দগী মশক ওইবা আত্মাদা অনীলোঙদবা পূক্নীংবু থম্বা ঙম্নবা তত্তনা হোৎনবসি অভ্যাসনি।" মসি পূক্নীং চাউখৎনা অমসুং থাজবগা লোয়ননা মতম কুইনা হোৎনগদবনি; মহুত্তদা মহয় য়ানগনি। অহুবু সংসারগী পোৎ-চৈশিংদা পূক্নীং চঙহুনা লৈরবদি কদৌঙৈদসু মহয় য়ানবা য়ারোই। মরম অসিনা মসিগা লোয়ন-লোয়ননা হায়বদি ধ্যানগী অভ্যাসকী মতমদগী অতোপ্পা মতমদা সংসারগী পোৎশিংগী মরমদা বিচার তৌরগা মখোয়গী ফত্তবা য়েংলগা মখোয়দা অপাম্বা থাদোকনবসু কন্না হোৎ-নগদবনি। অস্মুন্না অপাম্বা থাদোকপসিগী মমিং বৈরাগ্যনি। বৈরাগ্য অসিসু অপর (খরা থোইবা) অমসুং পর (য়াম্না থোইবা) খেন্নবদগী অনীথোকনা হায়রি অহুগা অপর বৈরাগ্যগী মনুংদসু ফীবম খেন্নবদগী—(১) যতমানসংজ্ঞা, ২ ব্যতিরেকসংজ্ঞা, (৩) একেন্দ্রিয়সংজ্ঞা অমসুং (৪) বশীকারসংজ্ঞা হায়না মরি-থোকনা থায়রি। মহুদা (১) যতমানসংজ্ঞা—অপাম-মিহৌনচিংবা পূক্নীংদা লৈরিবা দোষশিংবু পূক্নীংগী অমোৎপা কৌই। অসিগুম্বা অমোৎপশিংসিনা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয় মখোয়গী রূপ-শব্দনচিংবা (মওঙ-মশক, রাহয়-খোঞ্জেলনচিংবা) বিষয়শিংদা

থৌজিল্লী। অসুম্না থৌজিল্লিবত্বু থিংননবা হোৎনবসি "যতমান-সংজ্ঞা" কৌবা বৈরাগ্যনি। মসি করম্না হোৎনগদগে হায়বসিবু অসুম্না তাকলি — "মৈত্রীকরুণামুদিতোপেক্ষাণাং সুখদুঃখ পুণ্যাপুণ্যবিষয়াণাং ভাবনাতশ্চিত্তপ্রসাদনম্" (যোগদঃ ১/৩৩) —"নুংঙাইবা, অৱাবা, পুণ্য লৈবা অমসুং পাপী ওইবা মী-শিংগী মফমদা মথং-মনাউ নাইনা মরূপ, থৌজাল, হরাউবা অমসুং থৌওই-দবগী ৱাখল তৌবদগী পূক্নীং শেংদোকলকুনা পূক্নীংদা অপাম-মিহৌন-চিংবা লৈরক্কে, মতুদগী পূক্নীং মকা লামঙ্ঈ।" মসিবু শন্দোকনা হায়রবদি তাইবংপানবদা নুংঙাই-য়াইফনা লৈরিবা মী পূম্নমক্কী মফমদা মরূপকী ৱাখল তৌগদবনি. মতুদগী মথোয়গী মফমদা কল্লক-মিহৌ লৈরক্কে, মরমদি কল্লক-মিহৌ তৌরবদি মরূপনি হায়বা য়াদে. মরূপকী নুংঙাইবা য়েংল-উরগা মশামক নুংঙাইনা পেন্না লৈবা মীদু অশেংবা মরূপনি। অদুগা অৱাবদা তাদুনা লৈবা মী-শিংগী মফমদদি থৌজাল তৌগদবনি, মতুদগী পূক্নীং য়াম্না থোৎলকই। পুণ্য তৌদুনা লৈবা মী-শিংবু উরগা অমসুং মথোয়গী থবকশিংবু থঙলগা হরাউ-গদবনি; মতুদগী পূক্নীং য়াম্না মকা লামলকই অদুগা পাপী ওইবা মী-শিংবুদি থৌওইনা তৌরোইদবনি, মথোয়না করি তৌবগে অমসুং তৌদবগে অসিনচিংবা পূম্নমক পূক্নীংদা খল্লোইদবনি, মদু খল্লবদি পূক্নীংদা নুংঙাইতবা পোকলকই অদুগা থৌওইদনা লৈরবদি অসিগুম্বা ৱাখল পোক্কবা মরমনা পূক্নীংদা নুংঙাইতবনচিংবা অমত্ত পোক্কে। মতৌ অসুম্না পূকনীংবু থমনবা হোৎনবসিবু "যতমানসংজ্ঞা" বৈরাগ্য কৌই।

(২) **ব্যতিরেকসংজ্ঞা**—মতৌ অসুন্না নুংঙাই-য়াইফবনচিংবা মী পূন্নমক্কী মফমদা মরূপনচিংবগী রাখল খন্দূনা লৈবদগী মী অতুনা কনাগুম্বগী মফমদা অসিগুম্বা রাখলসি থম্ব ঙমলে নত্রগা থম্ব ঙমদ্রি অসিনচিংবা খংদূনা অঙম্বা মফমদা রাখল কায়দনা থমনবা অমসুং ঙমদ্রিবা মফমদা রাখলতু পুরকনবা অমমম্ ওইনা হোৎনববু "**ব্যতি-রেকসংজ্ঞা**" বৈরাগ্য কৌই।

(৩) **একেন্দ্রিয় সংজ্ঞা**—মথক্তা হায়রিবা বৈরাগ্যশিংগী মপূং ফাববদা পূক্নীংতুনা ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদা থৌজিন্দ্রবসু নরক মরক্তা হান্না লৈহৌবা বিষয়শিংগী সংস্কারদগী ইন্দ্রিয়শিংবু মখোয়গী বিষয়শিংদা থৌজিনবা পামলকপা পূক্নীংবু লাকশিন্নবা হোৎনবসি "**একেন্দ্রিয়সংজ্ঞা**" ( পূক্নীং ওইবা ইন্দ্রিয় অমত্তবু লাকশিন্নবা হোৎনবা ) বৈরাগ্যনি।

(৪) **বশীকারসংজ্ঞা**—অতুবু মথক্কী বৈরাগ্য অহুম অসি বশীকার-সংজ্ঞা কৌবা বৈরাগ্যদা মনুং চনবা মরমদগী মখোয় অহুমসিবু তাক্কনা মরিশুবা বশীকার-সংজ্ঞা' বৈরাগ্য কদায়বু কৌই হায়বসিবু যোগ-দর্শনদা অসুন্না তাকলি—"**দৃষ্টানুশ্রবিকবিষয়বিতৃষ্ণস্য বশীকার-সংজ্ঞা বৈরাগ্যম্**" (১/১৫)—"ভাইবংপানবসিদা উরিবা অমসুং খঙলিবা পোৎশিং অতুগা উদবা পোৎশিং সূপনা শাস্ত্রনচিংবনা তাক্কুনা খঙবা স্বর্গনচিংবগী নুংঙাইবা মসি পুন্নমকপু শুকপাম পামদ্রবা মীতুগী "**বশীকারসংজ্ঞা**" কৌবা বৈরাগ্য ওই।" হায়রিব বৈরাগ্য অসি ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা মীতুগী **সংপ্রজ্ঞাত** সমাধি ওইনবা অথোইবা উপায়নি। **সংপ্রজ্ঞাত** সমাধিদা **ধ্যান, ধ্যেয়** অমসুং

ধ্যাতা অহুমসিগী জ্ঞান লৈ, মসি নত্তনা অতোপ্পগী জ্ঞান লৈতে; অহুমক ওইহুনস্থ অহুমসিগী জ্ঞান লৈবা মরমদগী মসিবু "সবিকল্পক সমাধি" হায়নস্থ কৌই। অদুগা পর বৈরাগ্যদি অসংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী উপায়নি। মসিবু যোগদর্শনদা অস্থুন্না হায়রি—"তৎপরং পুরুষখ্যার্তেগুণবৈতৃষ্ণ্যম্" (১/১৬)—"অপর বৈরাগ্য ওইহুনা মীহুনা সংপ্রজ্ঞাত সমাধিগী অভ্যাস তৌহুনা লৈবদগী চেতনগী মশক ওইবা আত্মাবু প্রকৃতিদগী তোপ্না অমস্থুং শন্নদনা খঙলবদা প্রকৃতিগী সত্ত্ব, রজঃ অমস্থুং তমঃ গুণ অহুমসিগী থবকশিংদা অপামবা শূকপোক পোক্তবসি পর বৈরাগ্যনি।" মসিদগী অসংপ্রজ্ঞাত (নির্ব্বিকল্পক) সমাধি ওইহুনা (ধ্যান অমস্থুং ধ্যাতাগী জ্ঞান থাদোক্তুনা স্থপনা ধ্যেয় আত্মামক্তগী জ্ঞান ওইহুনা) মীহুনা আত্মাগী মশকপু শংশঙনা খঙলগা কৈবল্য মোক্ষ ফংই। মতম অদুদা মীহুনা করি ব্রাখল খনবগে হায়বসিবু যোগভাষ্যকার বেদব্যাসনা অস্থুন্না ইরি—"প্রাপ্তং প্রাপণীয়ং, ক্ষীনাঃ ক্ষেতব্যাঃ ক্লেশাঃ, ছিন্নঃ শ্লিষ্টপর্ব্বা ভবসংক্রমঃ, যস্যাবিচ্ছেদাজ্জনিত্বা ম্রিয়তে মৃত্বা চ জায়ত ইতি॥" "ফংবদা মতীক চাবা কৈবল্য মোক্ষহু ঐনা ফংলে, মাঙহনবদা মতীক চাবা অবিদ্যা (অজ্ঞান) নচিংবা অন্নাবশিংবু ঐনা মাঙহল্লে, মথং মথং শন্নহুনা লৈরম্বা ঐগী সংসার চক্র ককখ্রে (কায়খ্রে), সংসারচক্রসি কায়বদগী মীনা পোকলগা শিবা অমস্থুং শিরগা পোকপা তৌহুনা লৈরিবনি।" মরম অসিদগী পূর্কীংদা বৈরাগ্য পোকহনবগা লোয়ননা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌগদবনি। পূর্কীংদা বৈরাগ্য

পোকহন্নবা উপায়দি সংসারগী পোৎশিংদা দোষ ( ফত্তবা ) য়েংবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। মরম অসিনা অসুম্না হায়রি—

"সংসারদোষ দৃষ্টৈব বিরক্তির্জায়তে সদা।" ( নাঃ পঃ উঃ ৬/১৭ )—"মতম পুম্নমক্তা সংসারদা দোষ য়েংহূনা লৈবদগী পূক্লীংদা বৈরাগ্য পোকই।" মসিদসু থাম্বদগী অহানবদা মশামক্কী হকচাং য়েংহূনা মহু করিনো অমসুং করিনা শাবনো হায়বসি খঙলগা মহুদগী বৈরাগ্য ওইনবা হোৎনগদবনি। মসিদগী বৈরাগ্য পোকহনবা ডমদ্রবদি অতোপ্পা পোৎশিংদগী বৈরাগ্য ওইবসিদি ওইথোক্তবা অমনি। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—

স্বদেহাশুচিগন্ধেন ন বিরজ্যতে যঃ পুমান্।
বিরাগকারণং তস্য কিমন্যদুপদিশ্যতে॥
( মুক্তিঃ উঃ ২/৬৬ )

"মশাগী হকচাংগী শেংদবা অমসুং নমথিবা মনম অহুদগী বৈরাগ্য পোক্তবা মীহুগীদমক বৈরাগ্য পোকনবা করম্বা উপায় অমগী উপদেশ পীগনি।"

মাংসাসৃক্পূয়বিন্মূত্র স্নায়ুমজ্জাস্থিসংহতৌ।
দেহে চেৎ প্রীতিমান্মূঢ়ো ভবিতা নরকেঽপি সঃ॥
( নাঃ পঃ উঃ ৪/২৮ )

"শা, ঈ, নাই, থী-য়ুং, শিংলী, তোং ( শাদোং ), অমসুং শরু-শিংনা তিন্দুনা শাবা হকচাংসিদা মীহুনা পেন্দুনা পূক্লীং থিংজিল্লগা লৈরবদি মহাক শোয়দনা নরকসু পেন্দুনা লৈগনি।"

মরম অসিনা মীনা মশাগী হকচাংদগী হৌদুনা দোষ য়েংলগা (থিরগা) সংসারদগী বৈরাগ্য ওইনবা হোংনগদবনি।

অদুগা আত্মাগী মরমদা অহানবদা বিচার নীংথিনা তৌদনা ধ্যানযোগগী অভ্যাসস্তু নীংথিনা তৌবা য়াদে। মরম অসিনা অভ্যাসগী মরমদা অস্নুম্না হায়রি—

তচ্চিন্তনং তৎকথনমন্যোন্যং তৎপ্রবোধনম্।
এতদেকপরত্বং চ ব্রহ্মাভ্যাসং বিদুর্বুধাঃ॥
(যোঃ বাঃ ৩/২২/২৪)

"সৎ-চিৎ-আনন্দ ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মাগী মরমদা বিচার তৌবা, মদুগী মরমদা হায়বা, অমনা অমবু মদু খঙহনবা অমসুং মদু (আত্মতত্ত্ব) ময়াম নত্তে, সূপনা অমত্তনি হায়না পূক্নীংদা থাজনবা হোংনবসি ব্রহ্মগী অভ্যাসনি।"

অস্নুম্না হোংনরবতদা পূক্নীংবু লাকশিনবা ঙমলক্তনা ধ্যানযোগ মপূং ফাগদবনি। পুক্নীংবু অহানবমক্তদা নমদুনা লাকশিন্নবা হোং-নবদি অরেম্বদা তাগনি, মদুদগী কদৌঙৈদস্তু পূক্নীংসি ধ্যানযোগদা চঙবা ঙম্মোই। মসিগী মরমদস্তু শ্রীরামচন্দ্রনা হনুমানগী মফমদা অস্নুম্না হায়রি—

ন শক্যতে মনো জেতুং বিনা যুক্তিমনিন্দিতম্।
অঙ্কুশেন বিনা মত্তো যথা দুষ্টমতঙ্গজঃ॥
অধ্যাত্মবিদ্যাধিগমঃ সাধুসঙ্গতিরেব চ।
বাসনাসংপরিত্যাগঃ প্রাণস্পন্দননিরোধনম্॥

এতাস্তাঃ যুক্তয়ঃ পুষ্টাঃ সন্তিচিত্তজয়ে কিল।
সতীষু যুক্তিষ্বেতাসু হঠান্নিয়মন্তি যে।
চেতসো দীপমুৎসৃজ্য বিচিন্বন্তি তমোঽঞ্জনৈঃ।
বিমূঢ়াঃ কর্তুমুদ্যুক্তা যে হঠাচ্চেতসো জয়ম্॥
তে নিবধ্নন্তি নাগেন্দ্রমুন্মত্তং বিসতন্তুভিঃ।

( মুক্তিঃ উঃ ২/৪৩-৪৭ )

"মহী তানা লৈবা ( মচুম তাবা ) ফত্তবা শামুবু অঙ্কুশ য়াওদনা লাকশিনগে ( ফাজিনগে ) হোংনবগী মতৌগুম্না অফবা যুক্তি ওইবা উপায়শিং য়াওদনা পূক্নীংবু জয় তৌগে হোংনবসি অরেম্বনি। যুক্তিশিং অদুদি মসিনি—অধ্যাত্মবিদ্যাবু ( আত্মাগী মরী লৈনবা শাস্ত্রবু ) নীংথিনা খঙবা, সাধুশিংগা ( অফবা মী-শিংগা ) লোয়নননা তিন্নবা, অপাম্বা থাদোকপা অমসুং প্রাণবু প্রাণায়াম তৌদুনা থিংবা মসি পূম্নমকসি পূক্নীংবু জয় তৌনবা অথোইবা উপায়শিংনি ( যুক্তি-শিংনি ), উপায়শিংসি লৈন লৈনমক মী-শিংদুনা নমদুনা পূক্নীংবু লাকশিনগে হোংনবসিদি থাংমৈবু থাদোকলগা কালিনা (তেঙ্গালিনা) অমম্বা কোকহনগে হোংনবগী মতৌগুম্বনি। অপঙবা মী-শিংদুনা পূক্নীংবু নমদুনা জয় তৌগে হোংনরিবদু মখোয়না অঙাওবা শামুবু থম্বালগী লংজানা পুনগে হোংনবনি॥"

মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌনীংবা মীনা মথক্তা হায়রিবা উপায়শিংগা লোয়নননা অভ্যাস তৌনবা হোংনগদবনি, মদুগদা মহয় য়ানগনি॥৩৫॥

হৌজিক ধ্যানযোগগী উপদেশ লোইশিন্দুনা শ্রীভগবান্না অস্নুম্না হায়রি—

**অসংযতাত্মনা যোগো দুষ্প্রাপ ইতি মে মতিঃ।**
**বশ্যাত্মনা তু যততা শক্যোঽবাপ্তুমুপায়তঃ ॥৩৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— অসংযতাত্মনা = পূক্লীংবু লাকশিন্দূনা থমদবা মীনা, যোগঃ দুষ্প্রাপঃ = ধ্যানযোগসি ফংবদা ওইথোক্তবনি, বশ্যাত্মনা তু = অদুগা পূক্লীংবু মখাপোন্দুনা ( লাকশিন্দুনা ) থমলবা, উপায়তঃ যততা = অভ্যাস, বৈরাগ্যনচিংবা উপায়শিংনা হোৎনরিবা মীনদি, অবাপ্তুং শক্যঃ = যোগসিবু ফংবা ঙমগনি, ইতি মে মতি = মসি ঐগী অরেপ্পা রাখলনি ॥৩৬॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—পূক্লীংবু লাকশিন্দবা মী ধ্যানযোগসিবু ফংবদা ওইথোক্তবনি, অদুগা পূক্লীংবু মখাপোন্দুনা থমলবা ( লাকশিল্লবা ) অমস্তুং অভ্যাস, বৈরাগ্যনচিংবা উপায়শিংনা হোৎনরিবা মীনদি ফংবা ঙমগনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা রাখলনি ॥৩৬॥

## অথূপ্পা বা

মথক্তা শ্লোক কয়ামুকনা শন্দোকনা তাকখিবা ধ্যানযোগবু শ্লোকসিদা লোইশিন্দুনা শ্রীভগবান্না য়াম্না শম্না মরূ ওইবা বা তাকলি; মতুদি—য়াম্না কন্না অভ্যাস তৌরবস্তু বৈরাগ্য লৈতবা মরমদগী পূক্লীং ফাজিনবা ঙমদ্রবদি কদৌঙৈদস্তু ধ্যানযোগ সিদ্ধ ওইবা য়ারোই, অদুগা বৈরাগ্যনা পূক্লীংবু খূতুম চল্লবা মীনদি অভ্যাসনচিংবা উপায়শিং

তৌহুনা হোৎনরগা ধ্যানযোগ সিদ্ধ তৌবা য়াগনি। মরম অসিনা সাংখ্যদর্শনদসু অস্মুন্না হায়রি—"**রাগোপহতির্ধ্যানম্**"(৩/৩০)—"**পূক্লীংদগী অপাম-মিহৌনচিংববু মাঙহনবসি ধ্যাননি।**" "**বৈরাগ্যাদভ্যাসাচ্চ**" (৩/৩৬)— "ধ্যান অদুদি বৈরাগ্য অমসুং অভ্যাসদগী সিদ্ধ ওই।" মসিদা কপিলমহর্ষিনা বৈরাগ্যবু হান্না মকোক ওইনা লৌই অমসুং অভ্যাসপু কোন্না লৌই; অদুগা পতঞ্জলি মহর্ষি অমসুং শ্রীভগবান্নদি অভ্যাসপু হান্না লৌই। অদুমক ওইদুনসু শ্রীভগবান্না বৈরাগ্যনা পূক্লীং লাকশিন্দ্রবদি অভ্যাসনা ধ্যানযোগ ফংবা ঙম্মোই অমসুং পূক্লীং লাকশিল্লবা মীনা অভ্যাস তৌরবদি ফংবা ঙমগনি অস্মুন্না তাকপা অসিদগী কপিলগী মতৌগুন্না অভ্যাসদগী বৈরাগ্য অহানবা উপায়নি হায়বসি খঙহল্লী। বৈরাগ্য লৈতনা কদৌঙৈদসু পূক্লীং তপ্পা য়াদে, অদুগা তপতবা পূক্লীংনা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিনবা ঙমদে; ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিনদ্রবদি সংসারগী পোৎশিংদা মখোয়না চৎপা ময়েকনি। কঠোপনিষত্তা যমরাজনা নচিকেতাগী মফমদা হায়বগী মতুং ইন্না ঐখোয়গী হকচাংসি রথ (দোলাই) অমনি, দোলাইসিবু চিংনবা শগোলশিংদি মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনি, মখোয়গী মচীন্দা হাপলগা থৌনবা লগাম (চূপলী নত্রগা চীনবুন) দি পূক্লীংনি, অদুগা বুদ্ধি (অফ-ফত্ত খঙলিবা রাখল) সারথিনি (দোলাই থৌবনি) অমসুং দোলাইদুদা ফমলিবদি জীবাত্মানি; অদুগা শগোল ওইবা ইন্দ্রিয়শিংদুনা চৎনবা হৌনশা ওইবা লম্বীদি সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংনি। মদুদা সারথি ওইবা বুদ্ধিনা ফত্তবা রাখল তৌদুনা পূক্লীংগী মশক ওইবা

লগাম ( চুপলী ) ফাজিন্দ্রবদি অমসুং কোমনা থাদোক্নুনা চৎহল্লবদি করি ওই হায়বসিবু অসুম্না তাকলি—"যস্ত্ববিজ্ঞানবান্ ভবত্য-যুক্তেন মনসা সদা। তস্যেন্দ্রিয়াণ্যবশ্যানি দুষ্টাশ্বা ইব সারথেঃ ॥" (কঠঃ ১/৩/৫) "বুদ্ধি ওইবা সারথি অদু ব্রাখল লৈতবা অমসুং মতম পূন্নমক্তা পুক্নীং ওইবা লগাম ( চুপলী ) ফাজিনবা ঙমদবা ওইরবদি দোলাই থৌবা মীগী ( সারথিগী ) ফত্তবা শগোল-শিংগী মতৌগুম্না মহাক্কী ( বুদ্ধি ওইবা সারথিগী ) শগোল ওইবা ইন্দ্রিয়শিংদু মথা পোন্না লৈতে।"

অসিগুম্বা বুদ্ধি ওইবা ফত্তবা সারথিনা থৌদুনা চৎলিবা দোলাই অদুদা ফমলিবা জীবাত্মাগী করম্বা ফীবম ওই হায়বদুসু অসুম্না তাকলি—"যস্ত্ববিজ্ঞানবান্ ভবত্যমনস্কঃ সদাঽশুচিঃ। ন স তৎপদমাপ্নোতি সংসারং চাধিগচ্ছতি ॥" ( কঠঃ ১/৩/৭ ) "জীবগী সারথি বুদ্ধি অদু ব্রাখল লৈতবা পুক্নীংবু ফাজিন্দবা অমসুং মতম পূন্নমক্তা শেংদনা লৈবা ওইরবদি জীবাত্মাদুনা অরান্ খুবম ফংবা ঙমদে, মহাক তাইবংপানতবু ফংদুনা লৈ।" অদুগা অফবা সারথিগী মরমদসু অসুম্না হায়রি—"যস্তুবিজ্ঞানবান্ ভবতি যুক্তেন মনসা সদা। তস্যেন্দ্রিয়ানি বশ্যানি সদশ্বা ইব সারথেঃ ॥" ( কঠঃ ১/৩/৬ )—"বুদ্ধি ওইবা সারথি অদু ব্রাখল লৈবা অমসুং মতম পূন্নমক্তা পুক্নীং ওইবা লগামবু ফাজিন্দুনা থম্বা ঙমলবদি দোলাই থৌবা মীগী অফবা শগোলশিংগী মতৌগুম্না মাগী ( বুদ্ধিগী ) শগোল ওইরিবা ইন্দ্রিয়শিংদুসু মথা পোন্না লৈ।" মতুদগী দোলাই তোংলিবা জীবাত্মাগী করম্বা ফীবম ওই হায়বসিবু অসুম্না

তাকলি—"**যস্তু বিজ্ঞানবান্ ভবতি সমনস্কঃ সদা শুচিঃ। স তু তৎপদমাপ্নোতি যস্মাদ ভূয়ো ন জায়তে॥**" (কঠঃ১/৩/৮) "জীবগী সারথি ওইবা বুদ্ধিদু রাখল লৈবা, পূক্নীংবু ফাজিন্দুনা থম্বা অমস্তুং মতম পূম্নমক্তা শেংনা লৈবা ওইরবদি জীবাত্মা অদুনা অরান্ খুবম ফংই, মহাক মদুদগী অমুক হন্না পোক্তে।"

মতৌ অস্তুন্না হায়রিবসি মশাগী মশক শংশঙনা থঙনীংদুনা ধ্যানযোগ ভৌবা মী-শিংগীনি। মসিদা কনা-কনাগুম্বশিংনা অসিগুম্বা ধ্যানসি তৌবা ঙমদবদগী মওঙ নাইবা অমস্তুং নীংনীংবা দেব অমগী ধ্যান তৌনীংবা থোকলবস্তু মদুগীদমক অস্তুন্না তাকলি—"**ঈশ্বর-প্রণিধানাদ্বা**" ( যোদঃ ১/১৩ )—"শ্রদ্ধা অমস্তুং ভক্তিগা লোয়ননা ঈশ্বরগী উপাসনা তৌবদগী মাগী কৃপানা মরম ওইদুনা পূক্নীং শেংদোকখিদুনা য়াম্না থুনমক অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংগনি।" "**যথাভিমতধ্যানাদ্বা**" ( যোগদঃ ১/৩৯ )—"মসি নত্রগা মীদুনা অপাম্বা অমস্তুং মওঙ লৈবা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা লাইশিংগী ধ্যান তৌবদগীস্তু অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবা য়াগনি।" মসিদা মথং-মনাউ নাইনা অভ্যাস করম্না তৌগদগে হায়বসিবুস্তু অস্তুন্না তাকলি—"**দেশবন্ধ-শ্চিত্তস্য ধারণা**" ( যোগদঃ ৩/১ )—"করিগুম্বা থমনীংবা মফম অমদা পূক্নীংবু লেঙদনা থম্বা ধারণানি।" ধ্যান তৌগে হায়না পূক্নীং তপ্না কমলবা মতুংদা নীংনীংবা লাইদুগী মশকপু পূক্নীংদা থম্লগা মদুবু লাইবক্তা, নাতোন মতোন্দা; থম্মোইদা নত্রগা খোয়-দৌনচিংবা থমনীংবা মফম অমদা থমলগা মদুদগী পূক্নীং লেঙহন্দবসিবু ধারণা কৌই। মতৌ অস্তুন্না ধারনা তৌদুনা পূক্নীং লেঙহন্দনা

থমলবদা—"তত্রপ্রত্যয়ৈকতানতা ধ্যানম্" ( যোগদ ৩/২ )—"থম্মোইনচিংবা থম্নীংবা মকমদা থমলিবা নীংনীংবা ল্মাইহুগী মশক মওঙগী ৱাখল অতুদা অতোপ্পা ৱাখল অমা লাকহন্দহুনা ঈশিংগী ঈচেল-গুম্না পুক্নীংগী ঈচেল চেন্দুনা লৈবসি ধ্যাননি।" ধ্যানগী ফীবমসিদা পুক্নীংসি নীংনীংবা লাইগী মওঙ লৌদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না ধ্যান নীংথিনা ওইৱবদা মহুমক সমাধিগী মশক ওইৱকই হায়বসিবু অসুম্না তাকলি— "তদেবার্থমাত্রনির্ভাসং স্বরূপশূন্যমিব সমাধিঃ" ( যোগদঃ ৩/৩ )—"ধ্যান অহুমক নীংলিবা লাইহুগী মওঙ ওইনা ঙান্দুনা লৈৱবদি অমসুং মশাগী ( ধ্যানগী ) মওঙ লৈতবগুম তৌৱবদি সমাধিগী মশক ওই।" মসিগী মন্থুংগী ৱাদি অসিনি—ধ্যানগী মতমদা ধ্যাতা ( ধ্যান তৌরিবা মী ) ধ্যান (ধ্যান ওইবা থবক) অমসুং ধ্যেয় ( নীংলিবা লাইহুগী মওঙ ) অহুমসি খঙহুনা লৈ। মহুদা অভ্যাস নীংথিনা তৌবদগী ধ্যাতা অমসুং ধ্যান অনীমকপু কাউথোকপগুম তৌহুনা সূপনা ধ্যেয় (নীংলিবা লাইহুগী মওঙ) অহুমখক্ত লৈহৌৱবদি ধ্যান অহুমক সমাধিগী মওঙ ওই। "ত্রয়মেকত্র সংযমঃ" ( যোগদঃ ৩/৪ )—"মতৌ অহুম্না ধারণা, ধ্যান অমসুং সমাধি অহুম অসি পুল্লপ তিল্লবতদা মহুবু যোগশাস্ত্রদা সংযম কৌই।" মরম অসিনা অহুম অসি তিন্দুনা সংযম ওইৱবতদা মীনা নীংনীংনা লাইগী মরমদসু অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবা ঙমগদবনি॥৩৬॥

মশাগী (আত্মাগী) মশক খঙনবা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌহুনা লৈৱবসু যোগগী মহয় অসংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংদনা মরক্তা মীহুনা শিখিবা থোকলবদি করম্বা মহয় ফংগনি হায়বসিবু অর্জ্জুননা হংলি—

## অর্জ্জুন উবাচ

**অযতিঃ শ্রদ্ধয়োপেতো যোগাচ্চলিতমানসঃ।**
**অপ্রাপ্য যোগ সংসিদ্ধিং কাং গতিং কৃষ্ণ গচ্ছতি ॥৩৭॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—অর্জ্জুন উবাচ = অর্জ্জুননা হায়জখি (হংজখি), কৃষ্ণ = ভক্তশিংগী পাপশিংবু কোকহনবীতুনা নশামক্তা তিলহনবীবা হে ভগবন্! শ্রদ্ধয়া উপেতঃ = গুরু অমসুং বেদান্তনচিংবা শাস্ত্রশিংনা তাকপা উপদেশ (পাউতাক) শিংদা য়াম্না থাজজবা, অযতি = খরা খরা হোৎনরবসু য়াম্না কন্নদি হোৎনবা ঙমদবা মরম অদুদগী—যোগাৎ = অভ্যাস তৌতুনা লৈরবসু বৈরাগ্য খর ব্রাৎপনা যোগ অতুদগী, চলিত মানসঃ = পূক্নীং চোইথ্রবা মীতুনা, যোগ সংসিদ্ধিং = ধ্যানযোগগী মহয় আত্মাবু শংশঙনা উবা অতুবু, অপ্রাপ্য = ফংবা ঙমদনা শিখিবা থোকলবদি, কাং গতি = করম্বা খুবমবু, গচ্ছতি = ফংই ॥৩৭॥

**অপূনবা অর্থঃ**—অর্জ্জুননা হংজখি—হে কৃষ্ণ! শ্রদ্ধা য়াম্না লৈরবসু মতীকচানা হোৎনদবদগী যোগগী অভ্যাস তৌবদগী পূক্নীং চোইথ্রবা মীতুনা যোগগী মহয় আত্মসাক্ষাৎকার তৌবা ঙমদনা শিখিবা থোকলবদি (মানা) করম্বা খুবম ফংই ॥৩৭॥

### অথূপ্পা ব্রা

প্রারব্ধকর্ম্মগী মরমদা কনা অমত্ত নীংথিনা অরেপ্পা হায়বা ঙমদে। কনানা য়াম্না পীকলিডৈদা শি, কনানা মতম য়াম্না কুইনা হিংতুনা লৈ, কনা অমনা য়াম্না ব্রানা লৈ, অতুগা কনা অমনা য়াম্না

শুংঙাইনা লৈ ; মসি পূম্নমকসি প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না ওইরিবনি। মতৌ অসুম্না কনাগুম্বনা য়াম্না থাজনা মশাগী মশক খঙগে নীংহুনা ধ্যানযোগ তৌনবা হোৎনরবসু—"শ্রেয়াংসি বহুবিঘ্নানি ভবন্তি মহতামপি"—"অচৌ-অচৌবা মী-শিংগীসু অক্ষবা থবক্তা য়ৈথায় থিংগায় য়াম্না লাকই" হায়বা পাউরৌগী মতুং ইন্না মরক্তা নীংবা থুংহৌদনা শিথিবসু য়াই। ফীবমসিদা মানা তৌজখিবা অহু অরেম্বদা তাগদ্রা নত্রগা তারোইদ্রা হায়না চিংনবা পোকপা অসিদি শোয়দবনি। মরম অসিদগী অর্জ্জুননা শ্রীভগবানগী মফমদা রাহংসি হংলিবনি। মতুদসু অসিগুম্বা মীহু লেম্না মাঙলোই শ্রীভগবানগী ভক্ত লেম্না মাঙদে খন্দুনা "কৃষ্ণ" হায়না কৌহুনা হংলিবনি। মরমদি "ভক্তনাং পাপান্ কৃষতি, আকর্ষতি চ পুরুষার্থমিতি কৃষ্ণঃ"—"ভক্তশিংগী পাপশিংবু মাঙহনবীহুনা অরান-খুবম পীনবিবা মরমদগী শ্রীভগবানবু 'কৃষ্ণ' হায়বা মিং থোল্লিবনি" ॥৩৭॥

হৌজিক অর্জ্জুননা মানা চিংনবহুবু তশেং তশেংনা হায়রি—

কচ্চিন্নোভয়বিভ্রষ্টশ্ছিন্নাভ্রমিব নশ্যতি।
অপ্রতিষ্ঠো মহাবাহো বিমূঢ়ো ব্রহ্মণঃ পথি ॥৩৮॥

ব্যাখ্যা ঃ—মহাবাহো = ভক্তশিংগী য়েক্ল-তিংখংশিংবু য়াম্না লায়না মাংহনবীবা ওম্বদগী পাম্বোম চাউবা হে কৃষ্ণ! ব্রহ্মণঃ পথি = আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মবু ফংনবা জ্ঞানগী লম্বীসিদা, বিমূঢ়ঃ = তৌফম খঙদনা চোইনা লৈরবা, অপ্রতিষ্ঠঃ = স্বর্গনচিংবা ফংনবা সাধন কর্ম্ম অমসুং মোক্ষ ফংনবা সাধন যোগ অনীসিবু

থাদোকলবা, মরম অসিদগী—উভয়বিভ্রষ্টঃ=কর্ম্মগী লম্বী অমস্তুং জ্ঞানগী লম্বী অনীসিদগী লৈথঙ্ৰবা ( হাইথঙ্ৰবা ) মহাক অহু, ছিন্না-ভ্রংইব=চাইথোকঙ্ৰবা ( খাইদোকঙ্ৰবা ) অমংবা নোংগী মতৌগুন্না, কচ্চিৎ ন নশ্যতি=করিগুম্বা মাঙ-তাকপা ওইরোইদরা ॥৩৮॥

অপূনবা অর্থঃ—পাম্বোম চাউবা হে কৃষ্ণ ! ব্রহ্মাবু ফংনবা জ্ঞানগী লম্বীসিদা তৌফম খঙদহুনা চোইঙ্ৰবা, স্বর্গ ফংনবা সাধন কর্ম্ম অমস্তুং মোক্ষ ফংনবা সাধন যোগবু থাদোকলবা, মরম অসিদগী কর্ম্মগী লম্বী অমস্তুং জ্ঞানগী লম্বীদগী হাইথঙ্ৰবা মহাক অহু চাই-থোক্লুনা লৈবা অমংবা নোংগী মতৌগুন্না করিগুম্বা অমাঙ-অতাক ওইরোইদরা ?৩৮॥

## অথূপ্পা রা

মোক্ষ ফংনীংবদগী নিষ্কাম কর্ম্ম তৌহুনা লৈবা মরমদগী, মীহুনা তৌরিবা কর্ম্মগী মহয় ওইনা স্বর্গনচিংবা ফংবা ঙমলোই, অহুগা অমরোমদা জ্ঞানগী লম্বীদা চহুনা আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মাবু শংশঙনা খঙগে হোৎনবদা মহয় য়ানবা ঙমদ্রে, মরক্তা রৈখায়-থিনগাই লাক্লুনা মহুবুস্তু থাদোকলে। ফীবমসিদা মানা শিরবা মতুংদা করম্বা মহয় ফংগনি হায়বসি অর্জ্জুনগী চিংনবগী য়াফমনি ; অহুগা মসিদা চাইথোক্লুনা লৈবা অমংবা নোংবু খূদম ওইনা পীবনি। পূন্না লৈবা অমংবা নোং অমদগী মচেৎ অমা চাইথোকখিহুনা মহু খরা লাপনা লৈবা অমস্তুং পূন্না লৈবা অচৌবা অমংবা নোংহুম অহুবুস্তু ফংবা ঙমদহুনা মরক্তা চাইথোকলগা অরেম্বদা মাঙই। মতৌ অহুন্না

স্বর্গনচিংবা মহয় ফংনবা সাধন কর্ম্ম-থাদোক্লুনা মোক্ষ ফংনবা সাধন যোগ তৌবদস্থ মপুং ফাবা ঙমদবা মরমদগী মোক্ষস্থ ফংদনা অমস্থং কর্ম্মগী মহয়স্থ ফংদনা মরক্তা মী অত্থ অরেম্বদা মাঙগদক্সা হায়বসি অর্জ্জুনগী পুক্লীংগী অথৃপ্পা ব্বানি ॥৩৮॥

অস্থুম্না চিংনবসিবু কোকহনবা ঙম্বসি অন্তর্য্যামী ওইছুনা পুম্নমক খঙবা কৃষ্ণ নঙদনি লেপ্পুনা অর্জ্জুননা হায়রি—

**এতন্মে সংশয়ং কৃষ্ণ ছেত্তুমর্হস্যশেষতঃ।**
**ত্বদন্যঃ সংশয়স্যাস্য ছেত্তা ন হ্যুপপদ্যতে ॥৩৯॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** কৃষ্ণ = হে কৃষ্ণ ! মে = ঐগী, এতৎ সংশয়ং = মথক্তা হায়রিবা চিংনবসিবু, অশেষতঃ = লেম্হৌবা তৌহনদনা, ছেত্তুং অর্হসি = ককথংলগা তাকপিবসি নহাক মতীক চায়, হি = মরমদি, ত্বদন্যঃ (ত্বৎ অন্যঃ) = পুম্নমক খঙবা পরমেশ্বর নহাক নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্ত, অস্য সংশয়স্য = ঐগী চিংনবসিবু, ছেত্তা ন উপপদ্যতে = ককথংপা ঙম্বা লৈতে ॥৩৯॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** হে কৃষ্ণ ! ঐগী চিংনবসিবু অখাকপা লৈতনা ককথংলগা তাকপিবসি নহাক মতীক চায়, মরমদি পুম্নমক খঙবা পরমেশ্বর নহাক নত্তনা অতোপ্পা কনা অমত্তনা ঐগী চিংনবসিবু ককথংপা ( কোকহনবা ) ঙম্ব লৈতে ॥৩৯॥

মতৌ অস্থুম্না যোগভ্রষ্টগী ( ধ্যান যোগ তৌবদগী মহয় ফংদনা মরক্তা থাদোকখ্রবা মীগী ) মরমদা চিংনহুনা অর্জ্জুননা হংবা ব্বাহংসিগী পাউখুম শ্রীভগবান্না শ্লোক ৪০ দগী ৪৫ ফাওবদা পীরি। মস্থদস্থ—

জ্ঞান অমসুং কর্ম্মগী লম্বীদগী হাইথদুনা যোগীদুনা মাঙই হায়বসিগী অর্থ করিনো ? হিংলিঙৈগী মতমসিদা মহাক ফত্তবা ওইনা লৈ হায়বরা ? নত্রগা শিরবা মতুংদা মহাক নরক-নচিংবদা ফত্তবা মপোক ফংই হায়বরা ? অনীমকসি যোগভ্রষ্ট ওইবা মীদুগী ওইদে হায়বসিবু অহানবদা অস্নুন্না তাকলি —

## শ্রীভগবানুবাচ

পার্থ নৈবেহ নামুত্র বিনাশস্তস্য বিদ্যতে।
ন হি কল্যাণকৃৎ কশ্চিদ্দুর্গতিং তাত গচ্ছতি ॥৪০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবান্না তাকপিখি—পার্থ = পৃথাগী ( কুন্তীগী ) মচানুপা হে ধনঞ্জয় ! তস্য = ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবদগী চোইথখ্রবা মীদুগী, ইহ = হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমসিদা, বিনাশঃ = মাঙবা, ন এব বিদ্যতে = করিমত্ত লৈতে, অদুগা মতৌ অদুন্না, অমুত্র ন = শিরবা মতুংদসু মাঙবা লৈতে, হি = মসিগী মরমদি—তাত = হে হুংশিবা অর্জ্জুন ! কল্যাণকৃৎ কশ্চিৎ = য়াইফবা তৌবা কনা অমত্ত, দুর্গতিং = ফত্তবা মহয়, ন গচ্ছতি = ফংদে ॥৪০॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—কুন্তীগী মচা হে ধনঞ্জয় ! যোগদগী চোই-থখ্রবা ( ভ্রষ্ট ওইখ্রবা ) মীদুগী হিংলিঙৈগী মতমদা অমসুং শিরবা মতুংদা করিমত্ত মাঙবা লৈতে। মরমদি—হে হুংশিবা অর্জ্জুন ! য়াইফবা তৌবা মী অমত্ত ফত্তবা মহুয় ফংদে ॥৪০॥

অথূপ্পা ৱা

মশাগী মশক খগুনীংবদগী ধ্যানযোগ তৌনীংহুনা মীহুনা পূক্লোং শেংনবা নিষ্কাম কর্ম্ম তৌৱবস্থু (তৌৱিবা পূম্নমকপু ঈশ্বরদা কৎথোক্তুনা মহয় পামদনা তৌরবস্থু) কর্ম্মশিংহুবুদি থাদোক্তে, মহু তৌহুনা লৈ; স্থপনা মহয় য়ানবা ঙমদনা মহাক শিখি হায়বদনি; মহুদা মাগী কৱিস্থু মাঙবা লৈতে। অহুগা মীহুনা মাগী মথৌ ওইনা শাস্ত্রনা তাকপা থবকশিংহুবু থাদোকলগা ফত্তবা কর্ম্ম তৌরবতদা হিংলিঙৈগী মতমদা অমস্থুং শিরবা মতুংদস্থু ফত্তবা মহয় ফংই। মন্থনস্থু অস্থুন্না হায়রি—

বান্তাশ্যুল্কামুখঃ প্রেতো বিপ্রো ধর্ম্মাৎ স্বকাচ্চ্যুতঃ।
অমেধ্যকুণপাশী চ ক্ষত্রীয়ঃ কটপূতনঃ॥
মৈত্রাক্ষজ্যোতিকঃ প্রেতো বৈশ্যো ভবতি পূয়ভুক্॥
(মনু ১২/৭১-৭২)

"মশাগী তৌগদবা কর্ম্ম থাদোকলবা ব্রাহ্মণনা শিরবা মতুংদা অগুবা চাবা উল্কামুখ কৌবা প্রেত (ভূত) ওই. ক্ষত্রীয়দি থী অমস্থুং অশিবা চাবা কটপূতন কৌবা প্রেত ওই অহুগা বৈশ্যনা নাই চাবা মৈত্রাক্ষজ্যোতিক কৌবা প্রেত ওইনা পোকই।"

অহুগা শ্রুতিনস্থু অস্থুন্না হায়রি—"অথৈতয়োঃ পথোর্ন কতরেণচন তানীমানি ক্ষুদ্র্যাণ্যসকৃদাবর্তীনি ভূতানি ভবন্তি জায়স্ব ম্রিয়স্বেত্যেতৎ তৃতীয়ং স্থানম্।" (ছাঃ উঃ ৫/১০/৮)—"পিতৃলোক ফংনবা কর্ম্মগী লম্বী অমস্থুং দেবলোক ফংনবা জ্ঞানগী

লম্বী ( উপাসনাগা লোয়ননা সকাম কর্ম্ম তৌনবা লম্বী ) অনীসিগী মনুংদা লম্বী অমদা চত্তবা ফত্তবা কর্ম্ম তৌবা মী-শিংদি য়াম্না থুনা থুনা পোক্ল-শিন্না তৌবা তূমীৎ কাঙ-নচিংবগী মপোক ফংই, মসি অহুমশুবা মফমনি।" অতুগা মসিগী ওন্ন-তৈননা ধ্যানযোগ তৌরিবা মীতুগী মহয়দি গনেশোত্তরতাপন্যুপনিষত্তা অস্মুন্না হায়রি—

**অশ্বমেধসহস্রানি বাজপেয়শতানি চ।**
**একস্য ধ্যানযোগস্য কলাং নার্হন্তি ষোড়শীম্ ॥ (১/১)**

"অশ্বমেধ যজ্ঞ লীশীং অমা তৌবা অমস্মুং বাজপেয় যাগ চামা তৌবসি ধ্যানযোগ অমত্তংগী শন্নক ১৬ থোকনা খায়রগা শন্নক অমত্তং ওইবা ফাওবস্মু মতীক চাদে।"

মসিগী মরমদি নিষ্কাম কর্ম্ম তৌতুনা ধ্যানযোগ তৌনবা হোৎনবদা পূক্নীং চঙবসি আত্মজ্ঞানগীদমক্তনি। আত্মজ্ঞানদগী অথোইবা ( হেনবা ) কর্ম্ম অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা মনুনস্মু অস্মুন্না হায়রি—

**সর্ব্বেষামপি চৈতেষামাত্মজ্ঞানং পরং স্মৃতম্।**
**তদ্ধ্যগ্র্যং সর্ব্ববিদ্যানাং প্রাপ্যতে হ্যমৃতং ততঃ॥**
**( ১২/৮৫ )**

"বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংদা তাকলিবা কর্ম্মশিংগী মনুংদা আত্ম-জ্ঞানবু খ্বায়দগী অথোইবনি খঙগদবনি। মরমদি মহাক বিদ্যাগী মনুংদা মকোক্নি, মতুদগী মীনা অমৃত ওইবা মোক্ষ ফংই।"

মরম অসিনা আত্মজ্ঞানসিবু ফংগে হোৎনবদা য়ৈখায়-থিংগায় লাক্কুনা মপোক অসিদা মহয় য়ানবা ভমহৌদ্রবমু মহুদগী ফত্তবা মপোক ফংগনি হায়না চিংনবা য়াবা রাফম থোক্কে ॥৪০॥

মহু ওইরবদি যোগভ্রষ্ট অহুনা করম্বা মহয় অমস্তুং মপোক ফংবগে হংলবদা শ্রীভগবান্না অস্তুন্না হায়রি—

**প্রাপ্য পুণ্যকৃতাং লোকানুষিত্বা শাশ্বতীঃ সমাঃ।**
**শুচীনাং শ্রীমতাং গেহে যোগভ্রষ্টোঽভিজায়তে ॥৪১॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—যোগভ্রষ্টঃ=যোগ তৌবদা মপুং ফাহৌদনা শিখিবা মীহুনা, পুণ্যকৃতাং=পুণ্যকর্ম্ম তৌবা মী-শিংনা ফংগদবা, লোকান্ প্রাপ্য=স্বর্গনচিংবা লোকশিংবু ফংলগা, অহুগা লোক-শিংহুদা, শাশ্বতীঃ সমাঃ=মশীং লাকওমদবা চহী কয়ামুক, উষিত্বা= লুংঙাইনা লেল্লগা, শুচীনাং=অফবা লমচৎ চত্তুনা শেংনা লৈবা, শ্রীমতাং গেহে=য়াম্না মরল মথুম লৈবা মী-শিংগী য়ুমদা, অভিজায়তে =পোকই ॥৪১॥

**অপূনবা অর্থ :**—যোগ তৌবদা মপুং ফাহৌদনা শিখিবা মী অহুনা পুণ্যকর্ম্ম তৌবা মী-শিংনা ফংগদবা স্বর্গনচিংবা লোকশিংবু ফংলগা মহুদা মশীং লাকওমদবা চহী কয়ামুক লৈরগা লমচৎ ফজনা শেংনা লৈবা য়াম্না ঈনাক-কৈরাক খুনবা মী-শিংগী ময়ুমদা পোকই ॥৪১॥

## অথুপ্পা বা

যোগ তৌবদা মপুং ফাহৌদনা শিখিবা মী অসি চাউরাকনা অনীথোকপা খায়দোকপা য়াই; মহুদি—বৈরাগ্য অহুক হাকনা

লৈতবদগী সংসারগী ভোগ্য ওইবা পোৎশিংদা পুক্নীং থন্না চঙনা লৈরবস্থু প্রারব্ধ কর্ম্ম ফবা মরমদগী যোগগী অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মী; অদুগা বৈরাগ্য মপুং ফানা লৈদুনা সংসারগী বিষয়শিংদা পুক্নীং চঙদ্রবস্থু প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না মরক্তা য়ৈথায়-থিনগায়বা লাক্তুনা যোগ তৌবদা মপূং ফাবা ঙমহৌদবা মী। অনীসিগী মনুংদা অহানবা মীবু লৌদুনা শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা তাকলিবনি। অহানবগী মপোক্তা যোগগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরমলবস্থু শিথিবা মতমদা মীদুনা বিষয়ভোগকী অপাম্বা থাদোকখিদবা মরমনা মহাক মপোকসিদা বিষয় ভোগশিংবু নীংখিবা মতুং ইন্না মহু ফংনবা ঈনাক খুনবা অমস্থুং লমচৎ ফজবা মী-শিংগী ঈমুংদা পোকলিবনি, অদুগা মসি পূন্নমকসি মানা তৌখিবা ধ্যানযোগগী মহয় ওইনা ফংলিবনি। অফবা কর্ম্ম তৌরগা অফবা মপোক ফংই হায়বসিগী মরমদা শ্রুতিনস্থু অস্মুন্না হায়রি—"তদ্ য ইহ রমণীয়চরণা অভ্যাশো হ যত্তে রমণীয়াং যোনিমাপদ্যেরন্ ব্রাহ্মণ যোনিং বা ক্ষত্রিয় যোনিং বা বৈশ্যযোনিং বা।" ( ছাঃ উঃ ৫/১০/৭ )—"অহানবগী মপোক্তা চাইবংপানসিদা কজবা লমচৎ চত্তুনা অমস্থুং অফবা থবক তৌদুনা লরম্বা মী-শিংদুনা স্বর্গনচিংবদগী হন্নকপা মতমদা রান্না খুনমক ব্রাহ্মণগী জাতিদা, নত্রগা ক্ষত্রিয়গী জাতিদা নত্রগা বৈশ্যগী জাতিদা পোকই।" মতৌ অস্থুন্না অফবা মপোক ফংদুনা যোগভ্রষ্ট অদুনা লৈখিবা মপোক্তা নীংখিবা মতুং ইন্না বিষয়ভোগ ফংদুনা নুংঙাইনা লৈ অদুগা হৌখিবা মপোকশিংগী সংস্কার মতুং ইন্না যোগাভ্যাস চৎনবহু হোৎনৈ ॥৪১॥

বৈরাগ্য মপূং ফানা লৈরবস্থু যোগাভ্যাস তৌবদা মপুং ফাহৌদবা মীহুগী মরমদা হৌজিক অস্মুন্না হায়রি—

**অথবা যোগীনামেব কুলে ভবতি ধীমতাম্।**
**এতদ্ধি দুর্লভতরং লোকে জন্ম যদীদৃশম্॥৪২॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—অথবা = মসি নত্রগা (ঈনাক খুনবা অমস্থং অফবা লমচৎ চৎপা শাগৈদা পোকপসি নত্রগা), ধীমতাং = জ্ঞান লৈবা, যোগীনাং = যোগীশিংগী, কুলে এব = (লাইরবা) শাগৈমক্তদা, ভবতি = মহাক পোকই, যৎ এতৎ ঈদৃশং জন্ম = মতৌ অসিগুম্বা মপোকসি, লোকে তাইবংপানসিদা, দুর্লভতরং = ফংঙমদবদগীস্থু হেন্না ফংঙমদবনি হায়বসি, হি = শুকদেবনচিংবদা ফাওরিবনি ॥৪২॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—মসি নত্রগনা মহাক জ্ঞান লৈবা যোগীশিংগী লায়রবা শাগৈমক্তদা পোকই। অসিগুম্বা মপোক ফংবসি সংসার-সিদা য়াম্না তাংই হায়বসি ফাওরিবনি ॥৪২॥

## অথুপ্পা বা

যোগাভ্যাস তৌরবস্থু সংসারগী অপাম্বা থাদোকখিদবা মীনা শিরবা মতুংদা স্বর্গনচিংবদা মতম কুইনা লৈরগা অফবা ঈনাকখুনবা শাগৈদা পোকই হায়বসি মথক্তা তাকখ্রে। অদুগা বৈরাগ্য মপুং ফাহুনা সংসারগী অপাম্বা লৈতনা যোগাভ্যাস তৌখিবা অদুগা মপুংদি ফাখিদবা মী অদুনদি শিরবা মতুংদা স্বর্গনচিংবা মফমদা চৎলুবা তৌদনা শিবমক্তদা পনবা তৌদনা যোগাভ্যাস অদু মপুং

ফাহনগে হায়বগীদমক লায়ররবস্থু জ্ঞান লৈবা যোগীশিংগী য়ুমদা পোকই। মসিনি যোগভ্রষ্ট ওইবা অনীসিদা খেন্নবা। মতুদা ঈনাক খূনবা অমস্থুং অচৌবা শাগৈদা পোকপসি ফংঙমদবা অমনি, অতুবু লায়ররবস্থু জ্ঞান লৈবা যোগীগী য়ুমদা পোকপসিদি মতুদগীস্থু হেন্না ফংঙমদবা মরমনা মতুবু ফংঙমদবদগীস্থু হেন্না ফংঙমদবনি হায়না তাকপনি। মরমদি ঈনাক খূনবা অমস্থুং অচৌবা (অৱাংবা) শাগৈদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অতুদি সংসারগী অকে-অনৌদা চঙখিতুনা অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌখিদবস্থু য়াই অতুগা যোগীগী য়ুমদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অতুনদি মতুদা লৈরগা অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌতুনা মপোক অতুমক্তদা মীনা ফংঙমদ্রবা মোক্ষ ফংগনি। অতুগা ঈনাক খূনবা অচৌবা শাগৈদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অতুস্থু মানা তৌখিবা পুণ্য অমস্থুং হোৎনখিবা যোগাভ্যাসকী সংস্কার ফোঙ-দোকলক্তুনা মপোক অতুদা মপুং ফানা বৈরাগ্য ফংলগা যোগাভ্যাস তৌবা অমুক হন্না কন্না হোৎনরবদি আত্মাবু শংশঙনা খঙলগা মোক্ষ ফংবা ঙমগনি। মরম অসিনা হোৎনরিবা যোগাভ্যাসপু অরেম্বদা মাঙগনি খন্দুনা কদৌঙৈদস্থু থোঙুইদবা তৌরোইদবনি ॥৪২॥

যোগীগী ময়ুমদা পোকপা যোগভ্রষ্টতুবু করি মরমদগী ফংঙম-দবদগীস্থু হেন্না ফংঙমদবনো হায়বসিগী মরম অস্থুন্না তাকলি—

**তত্র তং বুদ্ধিসংযোগং লভতে পৌর্ব্বদেহিকম্।**
**যততে চ ততো ভূয়ঃ সংসিদ্ধৌ কুরুনন্দন ॥৪৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—কুরুনন্দন=কুরু শাগৈবু মুংঙাইহল্লিবা হে অর্জ্জুন! তত্র=যোগীগী য়ুমদা ফংলিবা মপোক অতুদা যোগভ্রষ্ট

ওইবা মীহুনা, পৌর্ব্বদেহিকং=হৌখিবা মপোক্তা তানশিনখিবা, তংবুদ্ধিযোগং=জ্ঞানযোগগী সাধনশিং অহুবু, লভতে=ফংই ; ততঃ =ফংলিবা সাধনশিং অহুদগী, ভূয়ঃ=অমুক হেনগংনা, সংসিদ্ধৌ= নীংথিনা শংশঙনা জ্ঞান ফংনবগী মরমদা, যততে=হোংনৈ ॥৪৩॥

**অপুনবা অর্থ:**—কুরুশাগৈবু মুংঙাইহনবা হে অর্জুন! মপোক অহুদা যোগভ্রষ্ট ওইবা মীহুনা হৌখিবা মপোক্তা তানশিনখিবা জ্ঞানযোগগী সাধন ( উপায় ) শিংহুবু ফংই ; অহুগা মহুদগী অমুক হন্না হেনগংনা শংশঙনা জ্ঞান ফংনবগীদমক কন্না হোংনৈ ॥৪৩॥

ঈনাক খুনবা অমস্তুং অচৌবা শাগৈদা পোকপা যোগভ্রষ্ট অহুনা অকে-অমৌগী পোং য়ান্না ফংবা মরম্না মহুদা পুক্নীং চঙদূনা লৈবদগী করম্না বৈরাগ্য ফংগনি অমস্তুং করম্না যোগভ্যাস তৌগনি চিংনরবদা অস্তুম্না হায়রি—

**পূর্ব্বাভ্যাসেন তেনৈব হ্রিয়তে হ্যবশোঽপি সঃ ॥**
**জিজ্ঞাসুরপি যোগস্য শব্দব্রহ্মাতিবর্ত্ততে ॥৪৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**—তেন পূর্ব্বাভ্যাসেন এব=হৌখিবা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অহুমক্তনা, সঃ অবশঃ অপি=( মপোকসিদা অকে-অমৌগী পোং ফংবদগী ) মোক্ষগী সাধন তৌবদা পুক্নীং থিংজিন্দনা লৈরিবা যোগভ্রষ্ট ওইবা মহাক অহুবুসু, হি=লেপনমক, হ্রিয়তে=মোক্ষগী সাধন যোগাভ্যাস তৌবদা চিংশিল্লী, মরম অসিনা—যোগস্য=মোক্ষগী সাধন জ্ঞানযোগগী মশক মওঙবু, জিজ্ঞাসুঃ অপি=হৌখিবা মপোক্তা য়ান্না খঙনীংনা শিখিবা মী

ফাওবসু, শব্দব্রহ্ম = শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা বেদন ভাকপা কর্ম্মশিংবু, অতিবর্ত্ততে = থাদোকলগা সংন্যাস লৌদূনা লৈ ॥৪৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—হৌখিবা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অতুমক্তনা মোক্ষগী সাধন তৌবদা পূক্নীং থিংজিন্দনা লৈবা মহাকপুসু যোগাভ্যাস তৌবদা লেপনমক চিংশিল্লী, মরম অসিনা মোক্ষগী সাধন জ্ঞানযোগবু খঙনীংনা শিখিবা মী ফাওবসু মপোকসিদা কর্ম্ম থাদোকলগা সংন্যাস লৌদূনা লৈ ॥৪৪॥

## অথুপ্পা বা

হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী সংস্কার ( অকুপ্পা ময়ি ) পূক্নীংদা (অন্তঃকরণদা) শোয়দনা লৈহৌই হায়বসিদা করিমত্ত চিংনরোইদবনি। মরমদি হৌখিবা মপোকশিংদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী সংস্কার লৈতে হায়না য়াবা থোকলবদি মপোকসিদা কনা অমত্ত ঈহান হানবদা মমাগী মখোম থকপা ঙম্মোই। মনীং তম্না লৈবা শা-শিংগী মরমদা মসিবু ঐখোয়না নীংথিনা খঙবা ঙম্মি। ষণ অমোমনা মচা পোকলবদা মচা অতুনা ঈহান হানবদা হৌগৎনবা হোৎনৈ ; হৌগৎপা ঙমলবা তুংদা তপ্না অমা অমরোমদা চৎলগা মমাগী মনাক্তা লাক্তূনা মমাগী মখোম থিরগা মহু মচীন্না চূপ্তুনা খোম থকপা হৌই। মহু তৌবদা মাবু কনা অমত্তনা তম্বীদে। মসি হৌখিবা মপোকশিংদা মানা মমাগী খোম থকখিবা অতুগী সংস্কার পূক্নীংদা লৈত্রবদি কদৌঙৈদসু তৌবা ঙম্মোই। হৌখিবা মপোকশিংদা

খোম থকখিবগী সংস্কার অহুনা মাবু ঈনশিন্দূনা মপোকসিদা পোকপ-মক্তদা মানা মশা মতোমদনা মমাগী খোম থকলিবনি। মতৌ অহুগুম্না হৌখিবা মপোক্তা যোগাভ্যাস তৌরম্বদগী মহয় ম্নানবা ঙমদনা মরক্তা শিখিবা যোগভ্রষ্ট 'অহুনা মপোক অসিদা অতোপ্পা মপোক্তা তৌখিবা যোগাভ্যাস অহুগী সংস্কার অহুনা মরম ওইহুনা যোগাভ্যাস তৌবদা অমুক হন্না পূক্নীং থিংজিল্লী; মহাক ঈনাক কৈরাক খুনবা শাগৈদা পোক্তুনা অকে-অমৌগী পোৎ কয়ামুক ফংহুনা লৈরবস্থু মহুদা পূক্নীং অহুক হাকনা থিংজিন্দে, মমৈথংদদি হান্নগী সংস্কার অহুনা য়াম্না কন্না ঈনশিনবা মরমদগী তাইবংপানগী অপাম-মিহৌ পূম্নমকপু থাদোক্তুনা অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌবদা মানা পুক্নীং থিংজিল্লী। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না শ্লোক অসিদা অস্থুম্না ফাওবস্থু হায়রি—হৌখিবা মপোক্তা যোগাভ্যাস তৌখিদবা থোকলবস্থু জ্ঞানযোগগী মশক মওঙ য়াম্না খঙনীংনা শিখিবা মী ফাওবা খঙনীংখিবগী সংস্কার অহুনা মরম ওইহুনা মপোকসিদা বেদনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংমকপু থাদোকলগা সংন্যাস লৌদূনা আত্মতত্ত্বসিবু শংশঙনা খঙনবা হোৎনহুনা লৈ। মরমসিদা চৎনবীদা পাউরৌ ওইনা অস্থুম্না হায়রি—

জন্মান্তরসহস্রেষু বুদ্ধির্যা ভাবিতা পুরা।
তামেব ভজতে জন্তুরুপদেশো নিরর্থকঃ॥

"হৌখিবা মপোক লীশীং লীশীংদা ওইখিবা বুদ্ধি অহুমক্তবু প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না লৌদূনা জীবনা চৎলী, অসিগুম্বা জীবগী মফমদা উপদেশ অরেম্বদা তাই" ॥৪৪॥

মতৌ অস্থুম্না হৌখিবা মপোকশিংদগী ফংবা সংস্কারনা মপোকসিদা যোগাভ্যাস তৌহুনা হোৎনরিবা যোগী অহুনা করি মহয় ফংবগে হায়বসিবু হৌজিক অস্থুম্না তাকলি—

**প্রযত্নাদ্ যতমানস্তু যোগী-সংশুদ্ধকিল্বিষঃ।**
**অনেকজন্মসংসিদ্ধস্ততো যাতি পরাং গতিম্॥৪৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—তু = মতৌ অস্থুম্না, প্রযত্নাৎ = হৌখিবা মপোক্তা হোৎনখিবা অহুদগীস্থু হেনগৎনা, যতমানঃ = কন্না হোৎনরিবা, সংশুদ্ধকিল্বিষঃ = হোৎনরিবা যোগহুনা পাপ পুন্নমক মাঙখিহুনা পুক্নীং শেংলবা, অনেকজন্মসংসিদ্ধঃ = অহুগা মপোক মপোক খূদিংদা হোৎনখিবা সংস্কারশিংনা মরম ওইহুনা মপোকসিদা জ্ঞান ফংলবা, যোগী = যোগী অহুনা, ততঃ = সাধন মপূং ফাবা মরমদগী, পরাংগতিম্ = অথোইবা খুবম মুক্তিবু, যাতি = ফংই ॥৪৫॥

**অপূনবা অর্থঃ**—মতৌ অস্থুম্না হৌখিবা মপোক্তা হোৎনখিবা অহুদগীস্থু হেন্না হোৎনরিবা, পাপ পুন্নমক মাঙখিহুনা পুক্নীং শেংলবা অমস্থুং মপোক মপোক খূদিংদা হোৎনখিবা সংস্কারনা মপোকসিদা জ্ঞান ফংলবা যোগীহুনা সাধন মপূং ফাবা মরমদগী অথোইবা খুবম মুক্তিবু ফংই ॥৪৫॥

## অথূপ্পা রা

শ্লোক অসিগী মথক্কী শ্লোকতা (৪৪ দা) যোগগী জিজ্ঞাস্থু (মশাবু খঙনীংহুনা যোগভ্যাস তৌনীংবা) মী ফাওবস্থু লাক্কদবা অতোপ্পা মপোকতা কর্ম্মসংন্যাস তৌরগা মশাবু খঙনবা হোৎনৈ

হায়বসি তাকখ্রে। অসিগুম্বা জিজ্ঞাসাগী ( আত্মাবু খঙনীংবগী ) ফীবমসি জ্ঞানগী অহানবা ভূমিকানি। শাস্ত্রনা জ্ঞানগী ভূমিকা ( ফীবম ) তরেৎ অস্থুম্না হায়রি—

জ্ঞানভূমিঃ শুভেচ্ছাখ্যা প্রথমা সমুদাহৃতা।
বিচারণা দ্বিতীয়া তু তৃতীয়া তনুমানসী॥
সত্ত্বাপত্তিশ্চতুর্থী স্যাত্ততোঽসংসক্তিনামিকা।
পদার্থাভাবনা ষষ্ঠী সপ্তমী তুর্যগা স্মৃতা॥

( মহোপনিষৎ ৫/২৪-২৫ )

"জ্ঞানগী অহানবা ভূমি ( ফীবম ) শুভেচ্ছা কৌই, অনীশুবা ফীবম বিচারণা, অহুমশুবা তনুমানসী, মরিশুবনা সত্ত্বাপত্তি কৌই ; মঙাশুবা অসংসক্তি, তরূক শুবা পদার্থাভাবনা অমসুং তরেৎশুবা ফীবমগী মমিং তুর্যগা কৌই।"

মসিদা শুভেচ্ছাবু জিজ্ঞাসা (আত্মাবু খঙনীংবা) হায়নসু কৌই। মসি করিনো হায়বসিবু অস্থুম্না তাকলি—"স্থিতঃ কিং মূঢ় এবাস্মি প্রেক্ষ্যোঽহং শাস্ত্রসজ্জনৈঃ। বৈরাগ্য পূর্ব্বমিচ্ছেতি শুভেচ্ছেত্যুচ্যতে বুধৈঃ॥" (মঃ উঃ ৫/২৭)—"ঐ করিগী অপঙবা ওইনমক লৈরিবনো ? শাস্ত্র য়েংদুনা অমসুং সাধু ওইবা মী-শিংগা তিন্নদুনা ঐ কনানো হায়বসি খঙবনা চুমই। মতৌ অস্থুম্না বৈরাগ্যগা লোয়ননা পুক্নীংদা নীংবসি শুভেচ্ছানি।" অসিগুম্বা ইচ্ছাসি (নীংবসি) কন্না লৈরবদা মহাক তুমিন্না লৈবা ঙমদে, মশাবু খঙনবগীদমক শাস্ত্রনচিংববু য়েংবা হৌই অমসুং জ্ঞানী ওইবা অফবা মী-শিংগী

মফমদা চৎলগা মশাগী অশেংবা শক্তম খঙনবা ছোংনৈ। মতুদগী মহাক অনীশুবা ভূমি বিচারণাদা লাকই। বিচারণা করিনো হায়বসিবু অস্থুম্না তাকলি—

শাস্ত্রসজ্জন সংপর্কবৈরাগ্যাভ্যাসপূর্ব্বকম্।
সদাচারপ্রবৃত্তি যা প্রোচ্যতে সা বিচারণা॥
( মঃ উঃ ৫/২৮ )

'আত্মাগী মশক মওঙ তাকপা উপনিষৎ, গীতানচিংবা য়েংবা-পাবা, সাধু ওইবা মী-শিংগা তিন্নবা, সংসারগী পোৎশিংদগী বৈরাগ্য ওইবা অমস্থুং ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌবা মসি পুম্নমক্না লোয়ননা অফবা লমচৎ চত্নুনা লৈবসি জ্ঞানগী অনীশুবা ফীবম বিচারণানি।" ফীবমসি য়োরবা সাধকনা মশাগী মশক খঙনবগীদমক অখণ্ড-অহৈ-শিংগী মনাক্তা চত্নুনা আত্মাগী মরমদা অথূপ্পা ৱা তায় (শ্রবণ তৌই); অমস্থুং তাকুবা আত্মাগী মরমদা অচিকপা মফমদা ফল্লগা বিচার তৌই ( মনন তৌই ); হায়বদি শ্রুতিনা তাকপা শ্রবণ অমস্থুং মনন অনীসি বিচারণাগী ফীবম মন্নুং চন্না লাকই। মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অস্থুম্না হায়রি—"আত্মা বা অরে দ্রষ্টব্যঃ শ্রোতব্যো মন্তব্যো নিদিধ্যাসিতব্যো মৈত্রেয্যাত্মনো বা অরে দর্শনেন শ্রবণেন মত্যাবিজ্ঞানেনেদং সর্ব্বং বিদিতম্॥" ( বৃঃ উঃ ২/৪/৫ )—"যাজ্ঞবল্ক্যনা অস্থুম্না হায়—হে মৈত্রেয়ী! আত্মাবু শংশঙনা খঙগদবনি, মতুংগীদমক আত্মাগী মরমদা তাগদবনি ( শ্রবণ তৌগদবনি ), বিচারগী মশক ওইবা ৱাখল খনগদবনি (মনন তৌগদবনি) অমস্থুং ধ্যানযোগ ( নিদিধ্যাসন ) তৌগদবনি। হে মৈত্রেয়ী! আত্মাবু উরবদা, তারবদা

খল্লবদা অমসুং ধ্যানযোগনা শংশঙনা থংলবদা সংসার পুন্নমকসিবু খঙবা ওই ( আত্মা নত্তবা পোৎ অমত্ত সংসারদা লৈতে হায়বসি খঙবা ঙমই )।" মতৌ অসুম্না শ্রবণ অমসুং মনন অনীসি বিচারণাগী মতুং চনখ্রবদা নিদিধ্যাসনবু অহুমশুবা ফীবম তনুমানসী ওইনা অসুম্না হায়রি—

বিচারণাশুভেচ্ছাভ্যামিন্দ্রিয়ার্থেষু রক্ততা।
যত্র সা তনুতামেতি প্রোচ্যতে তনুমানসী।

( মঃ উঃ ৫/২৯ )

"শুভেচ্ছা অমসুং বিচারণা অনীসিনা ইন্দ্রিয়শিংগী বিষয়শিংদা অপাম-মিহৌ লৈরম্বত্রু ফীবম অদুদা কৃপনা ( লৈতবগুম তৌনা ) লৈরবদি মদু তনুমানসী কৌবা জ্ঞানগী অহুমশুবা ভূমিকানি ( ধ্যান-যোগগী অভ্যাস তৌবদগী সংপ্রজ্ঞাত সমাধি ফংবগী ফীবমনি।"

মতৌ অসুম্না হায়রিবা ফীবম অহুমসি জ্ঞানগী সাধন ( পাইখে ) ওইবা ভূমিকানি ( ফীবমনি )। মসিদগী নির্বিকল্পক সমাধি ওইদুনা আত্মাগী সাক্ষাৎকার ওইবা ফীবম সত্ত্বাপতি-নী। মসিবুসু অসুম্না হায়রি—

ভূমিকাত্রিতয়াভ্যাসাচ্চিত্তে তু বিরতের্বশাৎ।
সত্ত্বাত্মনি স্থিতে শুদ্ধে সত্ত্বাপতিরুদাহৃতা॥

( মঃ উঃ ৫/৩০ )

"শুভেচ্ছানচিংবা ভূমিকা অহুমগী অভ্যাস তৌবদগী পূর্ণীংদা তাইবংপানগী পোৎশিংগী অপাম্বা লৈতবা মরমনা (নির্বিকল্পক সমাধি

ওইহুনা) অশেংবা সৎ আত্মাগী মওঙ ফোঙদোকলবদা ফীবম অহুবু সত্বাপত্তি কৌই।"

অসিগুম্বা মরিগুবা ফীবমসি য়ৌরবদা আত্মাতত্ত্ববু শংশঙনা খঙহুনা মীনা পোকপগী মহয় য়াল্লী। মসি জ্ঞান ফংবগী ফীবমনি; মতুংগী ফীবম অসংসক্তিনচিংবা অহুমদি মীহুনা জীবন্মুক্ত ওইহুনা লৈবা মতমদা তৌরিবা সমাধিগী অথোই-অহেন নাইনা থায়বদনি। অহুগা শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবসিদি অহানবা ভূমিকাদা জিজ্ঞাস্থ (আত্মাবু খঙনীংবা) ওইনা লৈরম্বা মী ফাওবস্থ মপোকসিদা লাকলগা কর্ম্মসংন্যাস তৌহুনা অমুক হন্না জ্ঞান ফংনবা হোৎনৈ, মসিদগী হেনগংনা অনীগুবা নত্রগা অহুমগুবা ফীবম য়ৌথ্রবা মীহুনা মপোকসিদা লাকলগা অমুক হন্না হোৎনহুনা জ্ঞান ফংই হায়বসিদা করি অমুক হায়গনি হায়বা তাক্কুনা মসিবু থাগৎপনি। মসিবু উদ্ধবকী মফমদস্থ শ্রীভগবান্না অস্তুম্না হায়রি—

কুযোগিনো যে বিহিতান্তরায়ৈ—
মর্নুষ্যভূতৈস্ত্রিদশোপস্থষ্টৈঃ।
তে প্রাক্তনাভ্যাসবলেন ভূয়ো
যুঞ্জন্তি যোগং ন তু কর্ম্মতন্ত্রম্॥

( ভাগঃ ১১/২৮,২৯ )

"শাগৈ-নাতৈগী মীওয়শিং ওইনা ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংনা শেম্বা য়ৈথায়-থিনগায় লাকপা মরমনা যোগ তৌবদা মপুং ফাহৌদবা মী-শিংহুনা মপোক অসিদা লাকলগা হৌখিবা অতোপ্পা মপোক্তা

তৌখিবা যোগাভ্যাস অতুনা মরম ওইদুনা অমুক হন্না যোগ তৌবদা পূক্লীং থিংজিল্লী, মথোর কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা অমুক হন্না কর্ম্ম তৌদে" ॥৪৫॥

যোগগী সাধনদা অর্জ্জুনবু পূক্লীং চঙহন্নবগীদমক মতুবু থাগত্তুনা অসুম্না হায়রি—

তপস্বিভ্যোঽধিকো যোগী জ্ঞানিভ্যোঽপি মতোঽধিকঃ।
কর্ম্মিভ্যশ্চাধিকো যোগী তস্মাদ্ যোগী ভবার্জ্জুন ॥৪৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—তপস্বিভ্যঃ = চরাহেনবগী মশক ওইবা চান্দ্রায়ণনচিংবা তপ তৌবা মী-শিংদগী, যোগী = ধ্যানযোগনা আত্ম-সাক্ষাৎকার তৌরবা যোগীনা, অধিকঃ = য়াম্না হেন্না ফৈ, জ্ঞানিভ্যঃ অপি = বেদনচিংবা শাস্ত্রশিংগী জ্ঞান লৈবা মী-শিংদগীসু, অধিকঃ মতঃ = যোগীনা থোইনা হেন্না ফৈ হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী মতনি, কর্ম্মিভ্যঃ চ = অতুগা কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মী-শিংদগী, যোগী অধিকঃ = যোগীনা হেন্না ফৈ, তস্মাৎ = মরম অসিদগী, অর্জ্জুন = হে অর্জ্জুন! যোগী ভব = নঙ যোগী ওইয়ু ॥৪৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—চরাহেনবনচিংবা তপ তৌরিবা মী-শিংদগী যোগীনা য়াম্না হেন্না ফৈ, শাস্ত্র খঙবা মী-শিংদগীসু যোগীনা থোইনা হেন্না ফৈ হায়বসি ঐগী (শ্রীকৃষ্ণগী) মতনি, অতুগা কর্ম্ম তৌদুনা লৈবা মী-শিংদগীসু যোগীনা হেন্না ফৈ, মরম অসিনা হে অর্জ্জুন! নঙ যোগী ওইয়ু ॥৪৬॥

## অথূপ্পা বা

যোগী ওইরবদি মপোক অসিদা করিগুম্বা য়ৈথায়-থিনগায় লাক্কুনা আত্মাবু শংশঙনা খঙহৌবা ঙমদ্রবস্থ মতুংগী মপোক্তা অমুক হন্না যোগাভ্যাস তৌদুনা হোৎনরগা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমগনি; অদুগা লাইবক ফবা মরমদগী মপোক অসিদা আত্মজ্ঞান ফংবা ঙমলবদি পোকপগী মহয় য়ান্দুনা মোক্ষ ফংগনি। অদুগা যোগ নত্তবা অতোপ্পা পুণ্য ওইবা থবকশিং তৌদুনা মহুদগী স্বর্গনচিংবা ফংলবস্থ সংসারদগী লাম্থোক্তুনা মোক্ষ ফংবা য়ারোই। শ্রুতিনস্থ অস্থুম্ন হায়রি—

> বিদ্যয়া তদারোহন্তি যত্র কামাঃ পরাগতাঃ।
> ন তত্র দক্ষিণা যান্তি নাঽবিদ্বাংসস্তপস্বিনঃ॥

"ব্রহ্মবিদ্যানা (আত্মজ্ঞাননা) মরম ওইদুনা অরান-খুবম ওইবা মফম অদুবু ফংই, মহুদা অপাম-মিহৌনচিংবা পুম্নমক অমত্ত লৈত্তে, মহুদা কর্ম্ম তৌবা মী-শিং চত্তে অমস্থং অজ্ঞানী ওইবা তপস্বীশিংস্থ চত্তে।"

মরম অসিনা ধ্যানযোগ তৌদুনা আত্মাবু শংশঙনা খঙলবা জ্ঞানীদনা ব্রহ্মপদবু ফংই হায়বসি অরেপ্পনি। অদুগা "জ্ঞানিভ্যোঽপি মতোঽধিকঃ" অস্থুম্না শ্রীভগবান্না হায়রিবসিদা জ্ঞানীগী অর্থ আত্মাবু শংশঙনা খঙবা জ্ঞানীবু লৌদুনা হায়বা নত্তে, স্থপনা শাস্ত্র খঙবা অমস্থং আত্মাবু শংশঙনা খঙদ্রবস্থ শাস্ত্রনা মরম ওইদুনা পরোক্ষ ওইনা চম্না খঙবা মী-শিংবু লৌদুনা মখোয়দগী যোগীনা থোইনা ফৈ হায়বনি। মরমদি আত্মজ্ঞানী ওইনবগীদমক যোগী

ওইরিবনি। ফীবমসিদা যোগী জ্ঞানীদগী কয়ম্না থোইনা হেন্না ফগনি ? যোগদি জ্ঞানগী সাধননি, মতুগী অভ্যাস তৌবদগী জ্ঞান ফংগদবনি। মরম অসিনা আত্মজ্ঞানীদগী যোগীনা থোইনা হেন্না ফৈ হায়বা য়াদে ॥৪৬॥

হৌজিক খ্বায়দগী অথোইবা যোগী কনানো হায়বসি তাকুনা অধ্যায় অসিবু অসুম্না লোইশিল্লী—

যোগীনামপি সর্ব্বেষাং মদ্গতেনান্তরাত্মনা।
শ্রদ্ধাবান্ ভজতে যো মাং স মে যুক্ততমো মতঃ ॥৪৭॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে আত্মসংযমযোগো নাম ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ ॥৬॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—সর্ব্বেষাং যোগীনাং অপি = মখল মখা অয়াম্বা দেবতাশিংবু লৌদূনা যোগ তৌবা পূম্নমক্কী মনুংদসু, যঃ = মী অদুনা, মদগতেন অন্তরাত্মনা = বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পূক্নীং থিংজিন্দূনা, শদ্ধাবান্ = য়াম্না শ্রদ্ধা ( থাজবা ) থম্বগা লোয়নননা, মাং ভজতে = পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐমক্তবু মতম পূম্নমক্তা নীংজদুনা লৈ, সঃ = অসিগুম্বা মহাক অদু, যুক্ততমঃ = খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি, মে মতঃ = কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা মতনি ॥৪৭ ॥

অপূনবা অর্থঃ—মখল মখা অয়াম্বা যোগী পূম্নমক্কী মনুংদসু মী অদুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পূক্নীং থিংজিন্দুনা য়াম্না শ্রদ্ধা থম্বগা লোয়নননা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐমক্তবু নীংজদুনা লৈ, অসিগুম্বা মহাক অদু খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্পা য়ানি ॥৪৭॥

## অথুপ্পা ৱা

অধ্যায়সিগী অরোইবদা শ্রীভগবান্না হায়রিবসি লাক্কদৌরিবা উপাসনাকাণ্ডগী সূত্র ওইনা য়াম্না শম্না তাকপা ৱানি। ঈশ্বরগী উপাসনা তৌহুনা মাগী থৌজাল ফংদ্রবদি কনা অমত্ত জ্ঞান ফংহুনা পোকপগী মহয় য়ালহনবা ঙমদে। ইবুঙো মাগী কৃপা ফংলবতদা মীওইবগী মপোকসি মহয় য়ানগদবনি। পরমেশ্বরসি ঙমখৈ লৈতনা মতীক মগুণ চাউরিবনি; মহুবু ব্রহ্মা ফাওবা নীংথিনা খঙদে। অহুম্নদি ওইরবদা মাগী মতীক মগুণ অহুবু খরদং খঙলগা অমসুং তারগা মহুগী মতুং ইন্না মাগী উপাসনা তৌবা মী লেম্না মাঙদে, অসিগুম্বা মী শোয়দনা অরান থুবম ফংগনি। ইবুঙো মাগী মফমদা অপিক অচৌ খায়দে, তোল্লবদগী তোল্লবা মীমু ওইসনু, মানা পূক্নীং শেংনা ইবুঙো মাবু নীংজরবদি মহাক অথোইবা ভক্ত অমা ওই। মসিগী মরমদা শ্রীভগবান্ মশামকনা অস্মুন্না হায়রি—

**জ্ঞাত্বাঽজ্ঞাত্বাঽথ যে বৈ মাং যাবান্ যশ্চাস্মি যাদৃশঃ।**
**ভজন্ত্যনন্যভাবেন তে মে ভক্ততমা মতাঃ॥**

(ভাগঃ ১১/১১/৩৩)

"কৃষ্ণ ঐ কনানো, কম্বামুক চাওই অমসুং করম্বা মওঙগীনো মসি পুম্নমকসিবু খঙলগা নত্রগা খঙত্রগা (খঙনা নত্রগা খঙদনা) মী-শিং অহুনা পূক্নীং অনী লোঙদনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু নীংজহুনা লৈ; অসিগুম্বা মখোয়শিংহু কৃষ্ণ ঐগী খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তশিংনি হায়বসি ঐগী অরেপ্পনি।"

মরম অসিনা কৈনা অমত্তনা "ঐ করিমত্ত খঙদে, ঐনা করম্না ঈশ্বরগী ভজন তৌবা ঙমগনি" অসিনচিংবা খন্দুনা পুক্নীংদা চিংনরোইদবনি, ঙম্মমখৈ হোৎনহনা পুক্নীং শেংনা মাগী ভজন তৌগদবনি। রত্নাকর ডাকুনা অহানবদা "রাম" শোনবা থোক্তদূনা "মরা" শোন্দুনা লৈবদগী মমৈথঙদা মহাক ফাওরবা ঋষি বাল্মীকি ওইখি হায়বসি ইতিহাসদা ফাওরিবনি। অদুগা কৃষ্ণ মাগী মশকপু "এ্রঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে, মহাক ঐমকনি" হায়না খঙলবা জ্ঞানীশিংনস্থু মাগী ভজন তৌহনা লৈ হায়বসিগী মরমদস্থু অস্মুম্না হায়রি—

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নিগ্র্ন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ ॥

( ভাগঃ ১/৭/১০ )

"আত্মাগী চিন্তন তৌহনা মহুদা হুংঙাইহনা লৈরবা অমস্থং সংসারগী অপুনবা লৈত্রবা মুনিশিংনস্থু মতীক-মগুণ চাউরবা শ্রীভগবান্‌গী ভক্তিবু মরম লৈতনা ( অপাম্বা য়াওদনা ) তৌহনা লৈ; অসিগুম্বা গুণশিংনা তিন্দুনা লৈবা শ্রীহরিনি॥"

অদুগা মাগী মতীক মগুণ খঙদনা ভজন তৌহনা লৈবা মীশিংনস্থু করম্বা মহয় ফংবগে হায়বসি অস্মুম্না হায়রি—

বাসুদেবে ভগবতি ভক্তিযোগো নিযোজিতঃ।
জনয়ত্যাশু বৈরাগ্যং জ্ঞানঞ্চ যদহৈতুকম্॥

( ভাঃ ১/২/৭ )

"শ্রীভগবান্ বাসুদেবগী মকমদা তৌরিবা ভক্তিযোগ অসি য়াম্না থুনমক মরম লৈতবা ( মোক্ষগী সাধন ওইবা ) বৈরাগ্য অমসুং জ্ঞানবু পোকহল্লী।"

অসিগুম্বা ভক্তশিংহু কনা কনানো হায়বসিবুসু শ্রীভগবান্ মশামকনা অসুম্না হায়রি—

**সাধবো হৃদয়ং মহ্যং সাধুনাং হৃদয়ং ত্বহম্।**
**মদন্যৎ তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি॥**

( ভাঃ ৯/৪/৬৮ )

"কৃষ্ণ ঐগী হৃদয় ( থম্মোই ) সাধুশিংনি অদুগা সাধুশিংগী থম্মোই কৃষ্ণ ঐমকনি। মখোয়না কৃষ্ণ ঐ নত্তনা অতোপ্পা অমতবু খঙদে, অদুগা কৃষ্ণ ঐসু মখোয়দগী থজিক্কং ফাওবা লাপথোকনা লৈতে ( মখোয়গী আত্মা ওইদুনা লেঙদনা লৈ )॥"

মরম অসিনা কৃষ্ণ মাবু ঈশামকনি খঙনীংদুনা যোগাভ্যাস তৌরিবা মীনা হোৎনরিবা যোগদুবু নীংথিনা মহয় য়ালহন্নবগীদমক ইবুঙো মাগী ভক্তিবুসু পুক্নীং অনী লোঙদনা তৌদুনা লৈগদবনি॥৪৭॥

মতৌ অসুম্না শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউখুম ওইনা ঙাওনবদা "আত্মসংযমযোগ" (পুক্নীংবু লাকশিন্নবা যোগ) কৌবা তরুকশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দনা ইবা অথুপ্পা রাগা লোয়নবা অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে॥৬॥

॥ ইতি শুভমস্তু ॥



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরেৎশুবা অধ্যায়

## ( সপ্তমোঽধ্যায়ঃ )

শ্রীমদ্গীতোপদেশিকায় ভগবতে শ্রীকৃষ্ণায় নমো নমঃ ॥

কর্ম্মকাণ্ডগী মশক ওইবা অহানবা অধ্যায় তরাক্তা পূর্ব্বীং শেংদোক্লবগীদমক নিষ্কামকর্ম্ম তৌনবা তাকপনা মরূ ওইনা মহু তৌবা জীবগী অশেংবা মশক তাক্লুনা মাবু খঙনবা ধ্যানযোগগী সাধন তৌগদবনি হায়খ্রে। হৌজিক যোগ অহু তৌবদা ঈশ্বরগী কৃপা কংদ্রবদি মহু মপুং ফাবা য়ারোই, ইবুঙো মাগী উপাসনাবুস্থু শোয়দনা তৌগদবনি হায়বসি তাক্তে হায়বগীদমক অধ্যায় তরাক্কী মশক ওইবা উপাসনাকাণ্ড হৌরি। অধ্যায় তরাকসিদা উপাসনাগী বিষয় উপাস ঈশ্বরগী অশেংবা মশকপুস্থু তাকনি। মহুদা মথক্কী তরাকশুবা অধ্যায়গী অরোইবা শ্লোকতা—"শ্রদ্ধাবান্ ভজতে যো মাং স মে যুক্ত-তমো মতঃ" অসুম্না স্থত্র ওইনা হায়খিবা অহুদা ভজন তৌগদৌরিবা ভগবানহুগী মশক করিনো, মাগী করম্বা মওঙগী ভজন তৌগনি; অহুগা ভজন অহুবুস্থু করম্না তৌবা হৌনৈ অসিনচিংবা পূম্নমকপু

তাকে হায়বগীদমক তরেৎশুবা অধ্যায় হৌই। অধ্যায় অসিগী মমিংদি জ্ঞানযোগনি। মতুদসু অর্জুননা হংবা ভাইদনা শ্রীভগবান্না মুংশিবা মরূপকী মশক ওইনা লৈবা মনাই অর্জুনবু অসুম্না হায়রি—

## শ্রীভগবানুবাচ

**ময্যাসক্তমনাঃ পার্থ যোগং যুঞ্জন্মদাশ্রয়ঃ।**
**অসংশয়ং সমগ্রং মাং যথা জ্ঞাস্যসি তচ্ছৃণু ॥১॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়রিখি, পার্থ=কুন্তীগী মচা হে অর্জুন ! ময়ি=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী ঈফমদা, আসক্তমনাঃ=পূক্নীং থিংজিন্দুনা থম্লগা, মদাশ্রয়ঃ=কৃষ্ণ ঐমক্তবু চঙজফম ওইনা লৈদুনা, যোগং যুঞ্জন্=ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরিবা নঙনা, সমগ্রং মাং=অরেম্বা লৈতনা মতীক মগুণ পূন্নমক লৈরিবা কৃষ্ণ ঐবু, যথা=মতৌ অসুম্না, অশংশয়ং=চিংনবা অমত্ত লৈতনা, জ্ঞাস্যসি=খঙবা ঙমগনি, তৎ শৃণু=অদুগুম্বা মতৌদুবু তাও ॥১॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—শ্রীভগবান্না হায়রিখি—হে অর্জুন ! কৃষ্ণ ঐগী ঈফমদা পূক্নীং থিংজিন্দুনা থম্লগা কৃষ্ণ ঐমক্তবু চঙজফম ওইনা লৈদুনা যোগাভ্যাস তৌরিবা নঙনা অরেম্বা লৈতনা মতীক মগুণ পূন্নমক লৈরিবা ঐবু চিংনবা লৈতনা মতৌ অসুম্না খঙবা ঙমগনি, অদুগুম্বা মতৌদুবু তাও ॥১॥

## অথূপ্পা রা

অহানবা শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না য়াম্না শম্না সাধ্য অমসুং সাধন অনীসিবু তাকলি। অদুদা শ্রীভগবান্গী অশেংবা মশক

খঙবসি সাধ্যনি, অদুগা মদুগীদমক শ্রীভগবান্দা পুক্লীং চঙবা, মাবু নীংদুনা যোগ তৌবা অদুগা মঙোনতদা চঙজদুনা য়াম্না থাজনা লৈবা অহুমসি সাধননি। সাধন অহুমসিনা শ্রীভগবানবু নীংশিনা খঙনবা হোৎনগদবনি ॥১॥

শ্রীভগবান্না হায়গদৌরিবা মতৌ অসি স্পনা অর্জ্জুনতগী নত্তে, ঈশ্বর ওইবা কৃষ্ণ মাবু খঙনীংবা মতীক চাবা মী পুম্নমক্কীনি। মরম অসিনা সংসারগী অপাম্বা থাদোকহন্দুনা মদুদা চঙশিনহন্নবগীদমক মতৌ অদুবু থাগত্তুনা হায়রি—

জ্ঞানং তেঽহং সবিজ্ঞানমিদং বক্ষ্যাম্যশেষতঃ।
যজ্‌জ্ঞাত্বা নেহ ভূয়োঽন্যজ্‌জ্ঞাতব্যমবশিষ্যতে ॥২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ—অহং = কৃষ্ণ ঐনা, তে = নহাক্কীদমক, সবিজ্ঞানং = হকথেংননা ( শংশঙনা ) খঙবগা লোয়নবা, ইদং জ্ঞানং = পরমেশ্বর ঐগী শক্তমবু খঙনবা জ্ঞান অদুবু, অশেষতঃ = অরেম্বা লৈতনা (থাকুহোবা লৈতনা), বক্ষ্যামি = হায়গনি, যৎ জ্ঞাত্বা = মদুবু খঙলগা, ইহ = সংসারসিদা, ভূয়ঃ = অমুক হন্না, জ্ঞাতব্যং অন্যৎ = খঙবা য়াবা অতোপ্পা অমা, ন অবশিষ্যতে = লেমদুনা লৈহৌরোই ॥২॥

**অপুনবা অর্থ** ঃ—কৃষ্ণ ঐনা নহাক্কীদমক শংশঙনা খঙবগা লোয়নবা জ্ঞান অদুবু থাকহোবা লৈতনা হায়গনি, জ্ঞান অদু ওইরগা সংসারসিদা অমুক হন্না খঙবা য়াবা অতোপ্পা অমা লেমদুনা লৈহৌরোই ॥২॥

## অথূপ্পা রা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না অথূপ্পা ব্রহ্মতত্ত্ববু খঙনবগীদমক বিজ্ঞানগা লোয়ননা তাকে হায়রি। করিগুম্বা পোৎ অমবু উবদি তৌদনা ( উরুদনা ) মতুগী মশক মওঙ চম্না খঙবসি জ্ঞাননি, মসিবু পরোক্ষজ্ঞান কৌই ; অতুগা পোৎ অতুবু উতুনা শংশঙনা খঙবসি বিজ্ঞাননি, মসিবু অপরোক্ষজ্ঞান ( সাক্ষাৎকার ) কৌই। মসিদগী শ্রুতিনা ব্রহ্মতত্ত্বগী মরমদা অস্তুম্না হায়রি—

**অস্তি ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ পরোক্ষজ্ঞানমেব তৎ।**
**অহং ব্রহ্মেতি চেদ্বেদ সাক্ষাৎকারঃ স উচ্যতে॥**

( বরাহোপনিষৎ ২/৪১ )

"ব্রহ্মগী মশক মওঙবু লৈ হায়নদা খঙলবদি মতু পরোক্ষ-জ্ঞাননি, অতুগা ঐ ব্রহ্মনি হায়না শংশঙনা খঙলবদি মতু সাক্ষাৎকার ( অপরোক্ষ ) জ্ঞাননি।"

মরম অসিনা "সত্যং জ্ঞানমনন্তং ব্রহ্ম" (তৈঃ উঃ ২/১/১)— "সৎ, চিৎ অমস্তুং ঙমথে লৈতবা ব্রহ্মনি।" "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" ( ছাঃ উঃ ৩/১৪/১ —"পূম্নমকসি ব্রহ্মনি"—অস্তুম্না চম্না খঙবসিবু শ্রীভগবান্না মফমসিদা "জ্ঞান" হায়বা রাহয়সিনা তাকলি অতুগা "অহং ব্রহ্মাস্মি"—( বৃঃ উঃ ১/৪/১০ )—"ঐ ব্রহ্মনি" "অহমেবেদং সর্ব্বম্ ( ছাঃ উঃ ৭/২৫/১ )—"পূম্নমকসি ঐমক্লি।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( ছাঃ উঃ ৭/২৫/২ )—"পূম্নমকসি আত্মা-মকনি।" অস্তুম্না শংশঙনা খঙবসিবু "বিজ্ঞান" হায়বা রাহয়

অসিনা তাকলি। মতৌ অসুম্না শংশঙনা খঙলবদি আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম নত্তবা পোৎ অমত্ত লৈতবা মরমনা পূর্ণমক খঙবা ওই। পূর্ণমকসি অমত্ত ওইবা ব্রহ্মদগী পোকলকপা মরমনা মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে, মরু ওইবা ব্রহ্মবু খঙলবদি পূর্ণমকসি খঙবা ঙমগনি। মরম অসিনা মসিবু খঙগে হায়বগীদমক শৌনক ঋষিনসু অঙ্গিরা ভারদ্বাজগী মফমদা অসুম্না হংই—"কস্মিন্নু ভগবো বিজ্ঞাতে সর্ব্বমিদং বিজ্ঞাতং ভবতি" ( মুণ্ডঃ উঃ ১/১/৩ )—"হে ভগবন্! করিবু খঙলগা পূর্ণমকসি নীংথিনা শংশঙনা খঙবা ঙমগনি ?" মসিগী পাউখুমদা ভারদ্বাজ ঋষিনা মহুবু তাকে হায়বগীদমক ব্রহ্মবিদ্যাগী উপদেশ পীখি। মতৌ অসুম্না ছান্দোগ্যদসু অসুম্না হায়রি—"যেনাশ্রুতং শ্রুতং ভবত্যমতং মতমবিজ্ঞাতং বিজ্ঞাতম্" (ছাঃ উঃ ৬/১/৩)—"মহু খঙলবদা তাদবা পোৎসু তাবা ওই, পুক্নীংনা খন্দবা পোৎসু খনবা ওই অমসুং শংশঙনা খঙদবা পোৎসু শংশঙনা খঙবা ওই।" হায়রিবা য়াসি মরু (মরম) ওইনা লৈবাকপু খঙলবদি লৈবাকনা শাবা চফু-উয়ান্নচিংবা পূর্ণমক লৈবাকমক্তনি, মহুদগী অতোপ্পা অমা নত্তে ছায়না খঙবগী মতৌগুম্বনি। ব্রহ্মতত্ত্ববু লেঙলি-পাল্লিবা পূর্ণমক্কী মরু ওইনা খঙবা ঙমলবদি পূর্ণমক অসিবুসু ব্রহ্ম নত্তবা অতোপ্পা পোৎ নত্তে, ব্রহ্মমক্তি হায়বসি নীংথিনা খঙবা ঙমগদবনি। উদ্ধবকী মফমদসু শ্রীভগবান্না মসিগী মরমদা অসুম্না হায়রি—"নৈতদ্ বিজ্ঞায় জিজ্ঞাসোর্জ্ঞাতব্যমবশিষ্যতে।" ( ভাঃ ১১/২৯/৩২ )—"মসিবু শংশঙনা খঙলগা খঙনীংবা মীগী খঙবা য়াবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লেমহৌদে।" মতৌ অসুম্না

মফম অসিদস্থ শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু ব্রহ্মতত্ব তাক্কে হায়বগীদমক মতুবু থাগত্তুনা হায়রিবনি ॥২॥

অসিগুম্বা তত্বসিবু খঙবসি পরমেশ্বরগী কৃপা নত্তুনা ওইথোক্তবনি, মাগী উপাসনা তৌতুনা হোৎনবদগী মীনা মপোক কয়ামুক্তা ৰুংঙমদ্রবা জ্ঞানসিবু ফংই হায়বসি অস্থুম্না তাকলি—

মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিদ্‌ যততি সিদ্ধয়ে।
যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ ॥৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—মনুষ্যাণাং সহস্রেষু=মী লীশীং লীশীংগী মরক্তা, কশ্চিৎ=মরাইবক ফবা কনাগুম্বা অমত্তুনা, সিদ্ধয়ে=ব্রহ্ম-তত্বগী জ্ঞানসিবু ফংনবগীদমক, যততি=শ্রবণ, মনন, নিদিধ্যাসন-নচিংবা উপায় তৌতুনা হোৎনৈ, সিদ্ধানাং=জ্ঞানতুবু ফংনীংলিবা, যততাং অপি=কন্না হোৎনতুনা লৈরিবা মীশিংতুগী মরক্তস্থ কশ্চিৎ= কনাগুম্বা অমত্তুনা, মাং=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, তত্বতঃ=পরব্রহ্মগী মশক ওইবা অশেংবা মওঙদা বেত্তি=শংশঙনা খঙবা ঙমই ॥৩॥

অপূনবা অর্থঃ—মী লীশীং লীশীংগী মরক্তা কনাগুম্বা অমত্তুনা জ্ঞানসিবু ফংনবা হোৎনৈ, অদুগা মতুবু ফংনীংতুনা হোৎনরিবশিংতুগী মরক্তস্থ কনাগুম্বা অমত্তুনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু পরব্রহ্মগী মশক ওইবা অশেংবা মওঙদা খঙবা ঙমই ॥৩॥

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্ কৃষ্ণচন্দ্র সাক্ষাৎ (থাঙ্গৈশেংনমক) পরব্রহ্মমক্নি, স্বপনা মায়ানা মরম ওইতুনা হকচাং লৌবগুম তৌনা লৈবতনি মাগী

ছকচাং অহু ভৌতিক নত্তে, মায়িকনি, অতোপ্পশিংনা মাবু মী ওই-বগুম উবতনি হায়বসি ৪শুবা অধ্যায়গী ৬ শুবা শ্লোককী অথূপ্পা য়াদা শন্দোকনা হায়খ্রে। মরম অসিনা শ্লোক অসিদা পরব্রহ্মগী মশক ওইনা "মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ" অস্থুম্না হায়হুনা কৃষ্ণ মশামকপু পরব্রহ্মমক্তি তাকলিবনি। অসিগুম্বা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক অহুবু কনাগুম্বা মরায়বক ফবা উপাসকনা "ঐমক্তি" হায়না খঙবা ঙম্মি, অতোপ্পা কনা অমত্তনা খঙবা ঙমদে। অয়াম্বা মীশিংদি শ্রীকৃষ্ণবু অচম্বা মীগী মতৌগুম্না উবা ঙাক্তনি। মরম অসিদগী মাবু ফংনীংবগী ইচ্ছাসি মী খূদিংমক্তা ওইদে। কনা কনাগুম্বা লাইবক ফবা মীগী পূক্নীংতদা ঈশ্বর মাগী ভক্তি তৌজবদগী ইচ্ছা অসি পোকলকই। মসিদগী উপনিষৎনস্থু অস্থুম্না হায়রি—

"প্রাক্কর্ম্মফলপাকেনাবর্ত্তান্তরকীটবদ্বিশ্রান্তিং নৈব গচ্ছতি। সৎকর্ম্মপরিপাকতোবহুনাং জন্মনামন্তে নৃণাং মোক্ষেচ্ছা জায়তে॥" (পৈঙ্গলোপনিষৎ ২/১) "জীব অসি অহানবদা তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহয়গী মতুংইন্না ঈশিং ঈস্তুনগী ইরৈদা তাহুনা কোয়দূনা (লয়হুনা) নৈবা তীলগী মতৌগুম্না সংসারগী ইরৈদা তাহুনা কোয়চৎ চৎলগা পোৎথাদনা লৈ। মহুদা অফবা কর্ম্মগী মহয় ফোং-দোকলকলবদা মপোক কয়ামূক্কী মতুংদা মীওইবশিংগী পূক্নীংদা মোক্ষ ফংনীংবগী ইচ্ছা পোকলকই।" মরম অসিনা পরমাত্মাবু ফংনীংবগী ইচ্ছা লৈরবা মীশিংনা অত্তনবা নৈতনা হোৎনহুনা পুন্সীবু মহয় য়ালহনগদবনি অমস্তুং মহুগীদমক ঈশ্বরগী উপাসনাবু তন্তনা তৌগদবনি। ঈশ্বরগী কৃপা নন্তনদি অথূপ্পা তত্ত্বসিবু খঙবা য়ারোই।

মরম অসিনা শাস্ত্রদা অস্থুম্না হায়রি—"ঈশ্বরানুগ্রহাদেব পুংসা-মদ্বৈতবাসনা"—"পরমাত্মাগী কৃপা লৈরবতদা মীওইবগী পুক্নীংদা অনীশুবা লৈতবা ঈশ্বর মাগী মশক অতুবু খঙনীংই ॥" মতৌ অস্থুম্না খঙনীংবা পোক্লবদি মাবু থি-নবা উপায় তৌতুনা শোয়দনা মাগী অশেংবা মশক অতুবু খঙতুনা মীনা অরান্ থুবম ফংগনি ॥৩॥

মতৌ অস্থুম্না মীনা পাম-নবা ব্রা হায়রগা তারিবা মী-শিংবু অনীশুবা লৈতবা পরব্রহ্মতত্ত্বদা মায় ওন্শিল্লবা মতুংদা হৌজিক আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্মতত্ত্বতুবু তাক্কে হায়বগীদমক অহানবদা ঈশ্বরগী শক্তি মায়াতত্ত্বগী মশক ওইবী প্রকৃতি ( সংসারসিগী মচাক ) নীপানবু অস্থুম্না তাকলি—

ভূমিরাপোঽনলো বায়ুঃ খং মনো বুদ্ধিরেব চ।
অহঙ্কার ইতীয়ং মে ভিন্না প্রকৃতিরষ্টধা ॥৪॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—ভূমিঃ = পৃথিবী ( লৈবাক্কী অকৃপ্পা শরূক ); আপঃ = ঈশিং (ঈশিংগী অকৃপ্পা শরূক), অনলঃ = মৈ ( মৈগী অকৃপ্পা শরূক ), বায়ুঃ = নুংশিৎ ( নুংশিৎকী অকৃপ্পা শরূক ), খং = অতিয়া ( আকাশগী অকৃপ্পা শরূক ), মনঃ = পুক্নীং ( পুক্নীংগী মরম ওইবা অমসুং ঐ হায়না খঙনরিবা অহঙ্কার ), বুদ্ধিঃ = ব্লাখল ( মথক্তা হায়রিবা অহঙ্কারসিগী মরম হায়বদি মচাক ওইবা মহত্তত্ত্ব), অহঙ্কারঃ এব চ = অতুগা খ্বায়গী মরু ওইবা মায়াশক্তি ( জীব পুম্নমক্কী সংস্কার পূন্না তিন্দুনা লৈবা অব্যক্ত কৌবা শক্তি ); ইতি = মতৌ অস্থুম্না, মে = পরমাত্মা ওইবা কৃষ্ণ ঐগী, ইয়ং প্রকৃতি = সংসারগী মচাক ওইবী প্রকৃতি অসি, অষ্টধা ভিন্না = নীপানথোকনা থায়রি ॥৪॥

**অপূনবা অর্থঃ**—লৈবাক, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ, আকাশ (অতিয়া-অহাংবা), মন, বুদ্ধি অমসুং অহঙ্কার অসি পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐগী মখল নীপাল থোকনা লৈবা প্রকৃতিনী ॥৪॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা লৈবাক্তগী ( পৃথিবীদগী ) হৌদুনা অতিয়া ( আকাশ ) ফাওবা ভূত মশা অসিবু ঐখোয়না উরি-খঙলিবা অচম্বা, অপোৱা লৈবাকনচিংবা ওইনা লৌরোইদবনি। মখোয়শিং অসিদি শেমদোকখ্রবা অপোৱা থবক ভাক্তনি ; মখোয়-শিংসিদগী অতোপ্পা অনৌবা তত্ত্ব অমা থবক ওইনা পোক্তে। মরম অসিনা মখোয় প্রকৃতি ( অনৌবা তত্ত্বগী মচাক ) নত্তে ; স্তুপনা অপোৱা থবকনি। অসিগুম্বা অপোৱা লৈবাক-নচিংবগী প্রকৃতিদি ( মচাক্তি ) ঐখোয়না উবা ঙমদবা অকূপ্পা লৈবাক-নচিংবনি। মখোয়শিংতুবু শাস্ত্রদা "তন্মাত্র" হায়না কৌই। মখোয়বু লৌদুনা শ্রীভগবান্না "মে ভিন্না প্রকৃতিরষ্টধা" হায়বনি। মখোয় মশা অতুবু তোঙাল-তোঙান্না গন্ধতন্মাত্র ( মনমদা ওইবা অকূপ্পা লৈবাক ); রসতন্মাত্র ( মহাউদা ওইবা অকূপ্পা ঈশিং ), রূপতন্মাত্র ( মচুদা ওইবা অকূপ্পা মৈ ), স্পর্শতন্মাত্র (শোকপদা ওইবা অকূপ্পা নুংশিৎ) অমসুং শব্দতন্মাত্র ( খোঙ্জেন্দা ওইবা অকূপ্পা অতিয়া ) হায়না কৌই। অসিগুম্বা তন্মাত্র ওইবা তত্ত্ব মশাসি "মন" হায়বা ৱাহয়না হায়খিবা অহঙ্কার তত্ত্বদগী পোকলকই ; অতুগা অহঙ্কার অসিদি "বুদ্ধি" হায়বা ৱাহয়না হায়খিবা মহতত্ত্বদগী পোকপনি। মতৌ

অতুম্না মহতত্ত্ব অসিস্তু "অহঙ্কার" হায়বা রাহয়না হায়খিবা মায়া-তত্ত্বদগী পোকই। মায়াতত্ত্বসি ঈশ্বরগী শক্তিনি, মহাক অতোপ্পা তত্ত্ব অমদগী পোক্তে, মসি খ্বায়গী মরু ওইবী মচাকনী; মহাপ্রলয়গী মতমদা মসিদা জীব পুম্নমক্কী পাপ-পুণ্যশিংগী মশক ওইবা সংস্কার পুম্নমক তিন্দুনা লৈরম্বনি। সংস্কারশিংচুনা মরম ওইচুনা ঈশ্বরনা লৈশেমগে নীংলবা মতমদা মায়াশক্তি অদুদা লৈরিবা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ কৌবা গুণ অহুমদা অথোই-অহেননাইনা ঈচেল লাক্লুনা ঈথক হৌরকপদগী মথং মনাউ নাইনা মহতত্ত্বনচিংবা পোক্লুনা সৃষ্টি (লৈশেম) অসি ওইরকলিবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুম্না হায়রি—"মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনং তু মহেশ্বরম্‌" (শ্বেতঃ উঃ ৪/১০)—"মায়াবু জগৎকী প্রকৃতিনি ( মচাকনি ) অদুগা মহেশ্বরবু মায়ীনি ( মায়াবু মখা পোলহন্দুনা থম্বা মপুনি ) হায়না খংউ।" মতৌ অসুম্না হায়রিবা মায়াগী মশক ওইবী প্রকৃতি অসিগী মরমদা সাংখ্যশাস্ত্রদসু অসুম্না তাকলি—মুলপ্রকৃতিরবিকৃতির্মহ-দাদ্যাঃ প্রকৃতি বিকৃতয়ঃ সপ্ত। ষোড়শকস্তু বিকারো ন প্রকৃতির্ন বিকৃতিঃ পুরুষঃ॥" ( সাংখ্য কাঃ ৩ )—"খ্বায়গী মরু ওইবী প্রকৃতিসি অতোপ্পা অমদগী থবক ওইনা পোক্তে, অদুগা মহতত্ত্বনচিংবা তরেৎতি অতোপ্পগী প্রকৃতিসু ( মচাকসু ) ওই, অমসুং মশা মশামকসু অতোপ্পদগী পোকই। অদুগা তরাতরুকতি থবক্তা ওই, পুরুষ হায়বদি জীবাত্মাদি কনাগীসু থবক অমসুং প্রকৃতি ( মচাক ) ওইদে।" হায়রিবসিবু তশেং-তশেংনা অসুম্না খংসি—খ্বায়গী মরু ওইবী প্রকৃতিদগী অহানবদা মহত্তত্ত্ব (বুদ্ধিতত্ত্ব), মহত্তত্ত্বদগী

অহঙ্কার পোকই, অতুগা অহঙ্কারসিদগী আকাশগী তন্মাত্র, মুংশিৎকী তন্মাত্র, মৈগী তন্মাত্র, ঈশিংগী তন্মাত্র অমসুং লৈবাক্কী তন্মাত্র মঙাসি পোকই। অতুগা তন্মাত্র মঙাসিদগী জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা অমসুং মন ( পুক্নীং ) তরাতরুকসি পোকই। তরা-তরুক অসিদি থবক ঙাক্তনি ; মখোয়দগী অতোপ্পা অমা পোক্তে। পুরুষ হায়না তাকলিবা জীবাত্মাসিদি কনাগীসু প্রকৃতি ( মচাক ) অমসুং বিকৃতি ( থবক ) নত্তে। মতৌ অসুম্না সাংখ্যসিদ্ধান্তগী মতুং ইন্না মুলপ্রকৃতি, মহত্তত্ত্ব, অহঙ্কার, তন্মাত্র মঙা, জ্ঞানেন্দ্রিয় মঙা, কর্ম্মেন্দ্রিয় মঙা, প্রাণ মঙা, মন অমসুং পুরুষ পুন্না কুনমঙাসি তত্ত্বনি হায়বনি। অতুবু মফম অসিদদি বেদান্তগী সিদ্ধান্ত মতুং ইন্না ঈশ্বরনা সৃষ্টি তৌগে ( লৈশেমগে ) নীংবদগী মাগী শক্তি ওইবী মায়াদগী বুদ্ধি, বুদ্ধিদগী অহঙ্কার অমসুং অহঙ্কারদগী পৃথিবীনচিংবগী অকুপ্পা তন্মাত্র মঙা পোকই। হায়রিবা নীপাল অসি জগৎকী অচেতন ওইবী ( অচঙবা নত্তবী ) প্রকৃতিনি ( মচাকনি ) হায়না শ্রীভগবান্না তাকপনি ॥৪॥

মতৌ অসুম্না অথোইবা ওইদবী অমসুং অচেতন ওইবা প্রকৃতি নীপাল তাকলগা হৌজিক অথোইবী অমসুং চেতন ওইবী প্রকৃতিবু অসুম্না তাকলি—

**অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্।**
**জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধ্যার্য্যতে জগৎ ॥৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—মহাবাহো = পাম্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন ! ইয়ং = মথক্তা হায়খ্রিবা নীপানসিদি, অপরা = থোইদোক্তবী (অচঙবা

নত্তবী-মথায় প্যান্দবী ) প্রকৃতিনি, ইতঃ তু = অতুগা মসিদগী, অন্যাং = অতোপ্পী, পরাং = অথোইবা ( অচঙবা ), মে প্রকৃতিং = পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐগী প্রকৃতিবু, জীবভূতাং বিদ্ধি = জীবগী মশক ওইবীনি খঙউ, যয়া = মসিনা, ইদং জগৎ = লেঙলি-পাল্লিবা তাইবংপানসিবু, ধার্য্যতে = ঙাক-শেন্দুনা লরিবনি ॥৫॥

**অপনবা অর্থ**ঃ—পাস্বোম চাউবা হে অর্জ্জুন! মথক্তা হায়খ্রিবা নীপাল অসিদি থোইদোক্তবী জড় প্রকৃতিনি: অতুগা মসিদগী অতোপ্পী কৃষ্ণ ঐগী অথোইবী প্রকৃতিব জীবগী (চেতনগী-অচঙবীগী) মশক ওইবীনি খঙউ, মসিনা জগৎসিবু ( তাইবংসিবু ঙাকলগা পুদুনা লৈরিবনি ॥৫॥

## অথূপ্পা বা

লেঙলি-পাল্লিবা তাইবংসিদা জড় ( অশিবা ) অমসুং অচঙবা ( চেতন ) হায়না অনীথোকনা খায়বা পোৎ অনী লৈ। মতুদা অশিবা ( জড় ) ওইবা পোৎশিংগী মচাক্তি মথক্তা হায়খিবা মায়া-নচিংবা মখল নীপানগী প্রকৃতিনি ; অতুগা অচঙবা পোৎশিংগী মচাক্তি চেতন ( জ্ঞানগী মশক ওইবা ) পরমাত্মাগী শরূক অচঙবা জীব ওইবী প্রকৃতিনি। মতো অসুম্না মাপল থোকনা থায়রিবা প্রকৃতিসিগী মনুংদা চঙদবী ( জড় ) প্রকৃতি অপরানি ( থোই-দবীনি ) অমসুং অচঙবী প্রকৃতি পরানি ( অথোইবীনি ) হায়বসিদি মযেকনি। অহানবদা পরমাত্মানা চঙদবী ( জড় ) প্রকৃতিদগী তাইবংসিবু শারগা মতুদা অচঙবী ( চেতন ) প্রকৃতি জীববু চঙহন্দুনা

অচৎ-চত্ত তাইবংসি ওইরকলিবনি। জীবসি পরমাত্মাদগী অতোপ্পা অমা নত্তে; পরমাত্মা মশামক প্রাণ ধারণ তৌবদগী (থরায় পানবদগী) জীব ওইবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্মুন্না তাকলি—
"অনেন জীবেনাত্মনাঽনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরবাণি।" (ছাঃ উঃ ৬/৩/২)—"চঙদবী প্রকৃতিনা শেমলিবা তাইবংসিদা থরায়পানবগী মশক ওইবা জীবাত্মাসিগী মশক লৌদুনা চঙলগা মিংশিং অমস্মুং মশক মওঙশিংবু ঐনা (পরমাত্মানা) ফোংদোক্কে" "স এষ ইহ প্রবিষ্ট আনখাগ্রেভ্যঃ" (বৃঃ উঃ ১/৪/১)—"পরমাত্মাদু জীবসি ওইদুনা হকচাংসিদা কোক্তগী তোন ফাওবা চঙখ্রে।" "ইদং সর্ব্বমসৃজত যদিদং কিঞ্চ। তৎ সৃষ্ট্বা তদেবাঽনুপ্রাবিশৎ।" (তৈঃ উঃ ২/৩)—"সংসারসিদা লৈরিবা খঙলিবা পূম্নমকসিবু শারগা (শেম্রগা) অশাবা পরমাত্মাদু মদুদা চঙখ্রে।" মতৌ অস্মুন্না জীবসি পরমাত্মাগী মশকমক ওইবদগী অচঙবা প্রকৃতি ওইবা মরমনা চঙদবা প্রকৃতিদগী অথোইবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকপনি ॥৫॥

মতৌ অস্মুন্না হায়রিবা প্রকৃতি অনীসিনা মরম ওইদুনা শ্রীভগবান্ মশামকনা জগৎ পূম্নমকসিবু শেম্বনি হায়বসিবু অস্মুন্না তাকলি—

এতদ্‌যোনীনি ভূতানি সর্ব্বাণীত্যুপধারয়।
অহং কৃৎস্নস্য জগতঃ প্রভবঃ প্রলয়স্তথা ॥৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ—সর্ব্বাণি ভূতানি = অচৎ-চত্ত তাইবং পূম্নমকসি, এতদ্‌যোনীনি = অচঙবী অমস্মুং চঙদবী প্রকৃতি অনীসিদগী

পোকলকপনি, ইতি উপধারয় = অস্থুন্না লেপ্পুনা খঙউ, ( মতৌ অস্থুন্না প্রকৃতি অনীসিনা মরম ওইদুনা ) — অহং = পূন্নমকপু খঙবা অমস্থুং তৌবা ঙস্থা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐ, কৃৎস্নস্য জগতঃ = তাইবঙপুম্বসিগী, প্রভবঃ = পোকনফমনি, তথা = অদুমনা, প্রলয়ঃ = থুপনফমস্থুনি ॥৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— অচং-চত্ত তাইবঙপুম্বসি অচঙ-চঙদ ( অচঙ-অশি ) প্রকৃতি অনীসিদগী পোকলকপনি খঙউ। মতৌ অস্থুন্না পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐমক তাইবং পুম্বসিগী পোক্লফম অমস্থুং থুপনফমনি ॥৬॥

## অথূপ্পা বা

ঐখোয়না সংসারসিদা উরিবা অমস্থুং খঙলিবা থবক পূন্নমকসিগী কারণ মরম) অনী লৈ। অনী অদুবু উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) অমস্থুং নিমিত্ত কারণ ( অশাবা-মীন চিংবা মরম ) হায়না কৌই। মরম অনী অসি লৈতনা করিগুম্বা থবক অমত্ত ওইবা য়াদে। মতুদা থবক্কী মনুং চন্না অমত্ত ওইনা লৈরিবা মরম অদুবু উপাদান কারণ (মচাক ওইবা মরম) হায়না কৌই। মতুগী খূদমদি — চফূ ওইবা থবক্কী, লৈবাকসি উপাদান কারণনি অমস্থুং ফিগী, লং উপাদান কারণনি ( মচাক ওইবা মরমনি )। অদুগা মচাক অসি নত্তবা অতোপ্পা মরম পূন্নমক নিমিত্ত কারণনি। মসিগী খূদমদি — চফূশাবা, ফিশাবা মীনচিংবনি। অদুগা উপাদান কারণ মচাক ওইবা মরম ) অসিস্থু পরিণামী উপাদান কারণ অমস্থুং বিবর্ত্তী-উপাদান কারণ হায়না অমুক অনীথোক্লা থায়রি। মতুদা মচাক

অতু মশাগী হায়গী মওঙ ওন্থোকথিতুনা থবক্কী মওঙ ওইনা লৈরবদি মতুবু পরিণামী উপাদান কারণ কৌই। মতুদি লৈবাক্চিংবসি চক্কুনচিংবগী পরিণামী উপাদাননি; অতুগা মচাক অতু মশাগী হায়গী মওঙ ঈওন ওন্থোক্কনা থবক্কী মওঙ ওইনা উরবদি মতুবু বিবর্ত্তী উপাদান কৌই। মতুদি থৌরী মককৃসি মতুদা উরিবা লিনগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি; অতুগা লিন অতুগী পরিণামী উপাদানদি থৌরী মককৃপু খণ্ডবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননি। মতৌ অমুম্না তাইবঙগী মশক ওইবা থবক অসিগীসু মথক্তা হায়খ্রিবা চঙদবা-অশিবা (অচেতন) প্রকৃতি নীপানসি পরিণামী উপাদান কারণনি (মচাক ওইবা মরমনি)। মখোয়গী মনুংদা মকোক ওইরিবদি ঈশ্বরগী শক্তি ওইবী মায়া প্রকৃতিনি; মহাকমক্তা সংসারগী মরূনি, অতোপ্পা তরেৎতি মঙোন্দগী পোকলবা মতুংদা মথং মনাউ নাইনা উপাদান (মচাক) ওইরকপনি। অতুগা মাপনগুবা অচঙবা (চেতন) জীবসিদি পরমাত্মা পরমেশ্বরগী মশকনি; সুপনা থাই-দোকহল্লিবা অন্তঃকরণনচিংবা উপাধিশিংনা মরম ওইতুনা তোঙান্না উবদনি। জীবসিনা মরম ওইতুনা শ্রীভগবান্ জগৎসিগী নিমিত্ত কারণ ওইরিবনি। শ্রুতিনসু অমুম্না হায়রি—"অনেনৈব জীবে-নাত্মনাঽনুপ্রবিশ্য নামরূপে ব্যাকরোৎ।" (ছাঃ উঃ ৬/৩/৩)—"পরমাত্মানা জীবাত্মাসিগী মওঙ-লৌদূনা চঙলগা সংসারগী নাম (মথল মথা অয়াম্বা মিং) অমসুং রূপ (মথল মথা অয়াম্বা মওঙ) অনীসিবু ফোঙদোকহল্লি" অতুগা মহাকসি বিবর্ত্ত (থবক ওইনা ওন্থোক্কনা উরিবা) লিনগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণ থৌরী মকক্কী

মতৌগুম্না বিবর্ত্ত জগৎসিগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি। মরম অসিনা শ্লোক অসিদা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা—"ঐ তাইবং অসিগী পোকনফম (প্রভব) অমস্তুং থূপ্নফম (প্রলয়) নি" হায়না তাকলিবনি। শেরান্না উরিবা লিনগী পোকনফম অমস্তুং থূপনফম থৌরীমকক গুইবগুম্না শেরান্না উরিবা জগৎ (তাইবঙ) সিগী পোকনফম অমস্তুং থূপনফম শ্রীকৃষ্ণ ওইরিবনি। মরমদি "প্রভবতি যস্মাৎ জগৎ, সঃ প্রভবঃ"—"মঙোন্দগী তাইবং পোকলকলিবা মহাকপু প্রভব কৌই"; অদুগা "প্রলিয়তে যস্মিন্ জগৎ, সঃ প্রলয়ঃ"—"মাঙবা মতমদা তাইবঙ অসি মঙোন্দা তিন্দূনা—থূপ্নূনা লৈরিবা মহাকপু প্রলয় কৌই।" মতৌ অসুম্না ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ তাইবঙসিগী নিমিত্ত কারণ অমস্তুং উপাদান কারণ অনীমকনি। শ্রুতিনা জগৎ (তাইবঙ) গী নিমিত্ত কারণ অমস্তুং উপাদান কারণ অনীমক ওইবা পোৎপু সাক্ষাৎ ব্রহ্মমক্কি হায়বসিবু অসুম্না তাকলি—"যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি যৎপ্রয়ন্ত্যভি সংবিশন্তি, তদ্বিজিজ্ঞাসস্ব তদ্ব্রহ্মেতি॥" (তৈঃ উঃ ৩/১)—"মতুদগী তাইবং পূম্নমকসি পোকলকই, মতুনা মরম ওইতুনা পোকলিবা পূম্নমক হিংতুনা লৈ অতুগা মাঙবা (শিবা) মতমদা পূম্নমক অসি মতুদা তিল্লী, অসিগুম্বা মহাক অতুবু খঙনবা হোৎনৌ, মহাক ব্রহ্মনি।" "যেন প্রকাশতে বিশ্বং যত্রৈব প্রবিলীয়তে, তদ্ব্রহ্ম" (পঃ ব্রাঃ উঃ ২০)—"মতুনা মরম ওইতুনা তাইবঙ পূম্নমকসি ঙাম্থোকই (ফোংদোকই), অমস্তুং মতুমক্তদা অমুক হন্না তিল্লী, মহাকতু ব্রহ্মনি।" "এষ যোনিঃ সর্ব্বস্য

প্রভবাপ্যয়ৌ হি ভূতানাম্" ( মাঃ উঃ ৬ )—"মসি পূম্নমক্কী কারণনি (মরম ওইবা মচাকনি), মরমদি মহাক তাইবং পূম্নমকসিগী পোক্লফম অমস্তুং থূপনফমনি।" ॥৬॥

মায়ানা মরম ওইহুনা শ্রীভগবান্ মশামক লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙসিগী নিমিত্ত অমস্তুং উপাদান কারণ অনীমক ওইবা মরম্না মঙোন্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসিবু অস্তুন্না তাকলি—

মত্তঃ পরতরং নান্যৎ কিঞ্চিদস্তি ধনঞ্জয়।
ময়ি সর্ব্বমিদং প্রোতং সূত্রে মণিগণা ইব ॥৭॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—ধনঞ্জয়=কুবেরবু জয় তৌরগা মঙোন্দগী লল-থুম পুরকপা ঙম্বা হে ধনঞ্জয় ! মত্তঃ=কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী, পরতরং =থোইনা তোপ্পা, অন্যৎ কিঞ্চিৎ=করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত, ন অস্তি=লৈতে, সূত্রে=লংদা, মণিগণাঃ ইব=মণিশিং লেংহুনা লৈবগী মতৌগুন্না, ময়ি=কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদা, ইদং সর্ব্বং=খঙলি-উরিবা তাইবঙ পূম্নমকসি, প্রোতং=তোত্তুনা লৈরিবনি ॥৭॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—হে ধনঞ্জয় ! কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী থোইনা তোপ্পা করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। লংদা মণিশিং লেংহুনা লৈবগী মতৌগুন্না কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদা উরি-খঙলিবা তাইবং পূম্নমকসি তোত্তুনা লৈরিবনি ॥৭॥

## অথূপ্পা ৱা

মফম অসিদা শ্রীভগবান্না অর্জ্জুনবু ধনঞ্জয় কৌবগী মরমদি অর্জ্জুননা কুবেরনচিংবা পূম্নমকপু জয় তৌহুনা সংসারগী ওইবা ধন

( লল ) তানশিনবগী মতৌগুম্না পূক্লীংবু লাকশিন্দুনা জয় তৌরগা পরলোককীদমক ব্রহ্মবিদ্যা ওইবা ধন তানশিনবদা মতীক চার তাকপনি। অশেংবা অমস্থং অথোইবা ধনদি ( ললদি ) বিদ্যানি; মতুগা মান্নবা ধন অমত্ত সংসারসিদা লৈতে। মরম অসিনা অস্থুন্না হায়রি—"বিদ্যাধনং সর্ব্বধনবরিষ্ঠম্" "বিদ্যাগী মশক ওইবা ধনসি ধন পূম্নমক্কী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবনি।" মতুদস্থু ব্রহ্মবিদ্যা ওইবা ধনগী মরমদদি করি অমুক হায়রগনি ? মতু ফংলবদি মীওইবগী মপোকসি মহয় য়ানগনি. মতু ফংলবা মীতু অমুক হন্না সংসারসিদা হল্লকলরোই, ব্রহ্মদা তিনগ্রগনি। মরম অসিনা ব্রহ্মবিদ্যাবু ফংলবা ঋষি অমনা অস্থুন্না লাওরি—

বেদাহহমেতং পুরুষং মহান্ত—

মাদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ।

তমেব বিদিত্বাহতি মৃত্যুমেতি

নাহন্যপন্থা বিদ্যতেহয়নায়॥ (শুঃ যজুঃ ৩১/১৮)

"মফম পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা অচৌবা পুরুষ ( থব্রায় পানবা পূম্নমক্কী হৃদয়দা হায়বদি থম্মোইদা অমত্ত ওইনা লৈবা আত্মা ) অসিবু ঐনা ( ঈশামক্লি হায়না ) খঙলে ; মহাকসি অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী য়াম্না থাপনা লৈ, অতুগা হুমিংকী মডালগী মতৌগুম্না ডাল্লিবা চেতন ( জ্ঞান ) অসি মাগী মশকনি। অসিগুম্বা পুরুষ ( ব্রহ্মগী মশক ওইবা আত্মা ) অসিবু মশামকনি হায়না খঙলবা মীনা

পোকপা-শিবা নাইবা সংসারসিদগী লান্থোকই, মাবু খণ্ডবা নত্তনা সংসারসিদা মোক্ষ ফংনবা লম্বী অমত্ত লৈতে।"

অসিগুম্বা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক ওইবা জ্ঞানসিবু ফংহনগে হায়রগী-দমক মাম্নানা হকচাং লৌদূনা লৈবগুম তৌবা সাক্ষাৎ পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিবনি—"ঐঙোন্দগী থোইনা তোপ্পা করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে, লংদা মণিশিং লেংহুনা লৈবগী মতৌগুম্না পূম্নমকসি ঐঙোন্দা চঙজহুনা লৈরিবনি।" মসিদা শ্রীভগবান্না লংদা মণিশিং লেংহুনা লৈবগী দৃষ্টান্ত ( খূদম ) পীরিবসি স্পনা চঙজহুনা লৈবগী মরমদনি, লংদগী মণিশিং অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বা নত্তে। নত্রগা মসিগী অর্থ অস্মুম্না তৌগদবনি— লং অমস্তুং মণিগী উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) পৃথিবীনি ( লৈবাকনি ); লৈবাক অহুগী মওঙদা য়েংলবদি লংদগী মণি থোইনা তোপ্পা পোৎ নত্তে, অনীমক লৈবাক ওইনা অমত্তনি; অহুমক ওইহুনস্মু লংদা চঙজহুনা মণিশিং পরেং ওইনা উই। মতৌ অহুমনা ঐথোয়না উরিবা অমস্তুং খণ্ডলিবা পোৎ পূম্নমকসি ব্যবহারগী মতমদা তোপনা তোপনা উর-খণ্ডলবস্মু অমস্তুং শিজিন্নরবস্মু অশেংবা মীৎয়েংনা য়েংহুনা জ্ঞান তৌবা মতমদা মখোয়গী মকোক ওইনা লৈরিবা উপাদান কারণ ( মচাক ওইবা মরম ) শ্রীভগবান্দগী থোইনা তোপ্পা পোৎ নত্তে, শ্রীভগবান্-মত্তনি, পূম্নমকসি মঙোন্দা চঙজহুনা অমস্তুং মা (শ্রীকৃষ্ণ) তোত্নুনা লৈবা ঙাক্তনি। মসিগী খূদমবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্মু অস্মুম্না হায়রি "যস্মিন্নোতমিদং প্রোতং বিশ্বং শাটীব তন্তুষু" (৯/১/৭) ওতপ্রোতমিদং যস্মিংস্তন্তুষ্বঙ্গ যথাপটঃ" (১০/১৫/৩৫)

"লংশিংদা সাড়ী নত্রগা ফি অমত্ত ওইনা তোত্তুনা লৈবগী মতৌগুম্না তাইবং পূম্নমকসি শ্রীভগবান্ কৃষ্ণ অসিদা অমত্ত ওইনা তোত্তুনা লৈরিবনি।" শ্রুতিনস্সু অস্সুম্না তাকলি—"যস্মিন্নিদং সর্ব্বমোত প্রোতং যস্মাদন্যন্ন পরং কিঞ্চনাস্তি" ( অঃ শিঃ উঃ ) "মহুদা পূম্নমকসি ময়ান-তুয়ান তোত্তুনা লৈরিবনি, মহুদগী তোপনা অতোপ্পা করিগুম্বা পোং অমত্ত লৈতে।"

যস্মাৎ পরং নাপরমস্তি কিঞ্চিৎ
যস্মান্নাণীয়ো ন জ্যায়োস্তি কশ্চিৎ
বৃক্ষ ইব স্তব্ধো দিবি তিষ্ঠত্যেকঃ
তেনেদং পূর্ণং পুরুষেণ সর্ব্বম্ ॥ (শ্বেহঃ উঃ ৩/৯)

"পরমাত্মা অদুদগী অতোপ্পা মহত্তত্বনচিংবা কারণ ( জগৎকী মরম ) লৈতে, অদুগা থবক ওইবা জগৎসিস্সু করিমত্ত লৈতে, মঙোন্দগী হেন্না কৃপ্পা ( পীকপা ) পোৎস্সু লৈতে ( মহাক য়াম্না কূপ্পা পোৎনি ), অদুগা কনাগুম্বা হেন্না চাউবা পোৎস্সু লৈতে ( মহাক খায়দগী চাওই অমস্সুং থন্না লৈ ), অদুগা মহাক্তি মতোমদা মশাগী অঙানবা মশক্তা উগী মতৌগুম্না লেঙদনা লৈরিবনি অমস্সুং পূম্নমক্কী হৃদয়দা লৈবা মহাকনা পূম্নমকসিদা থন্না লৈরিবনি।"

মরম অসিদগী বেদান্তদর্শনদস্সু যুক্তি পীতুনা অস্সুম্না হায়রি—"তদনন্যত্বমারম্ভণশব্দাদিভ্যঃ" ( বেঃ দঃ ২/১/১৪ ) — "সৃষ্টি ( লৈশেম ) হৌবগী মরমদা তাকপা বেদগী ব্রাহ্মণশিংদগী ঐখোয়না মসি খঙবা ঙম্মী, মহুদি-লেঙলি-পাল্লিবা তাইবং পূম্নমকসি মঙোন্দগী

( পরমব্রহ্মদগী ) অতোপ্পা অমা নত্তে।" সৃষ্টিগী মরমদা শ্রুতিশিংনা অসুম্না হায়রি—"সদেব সোম্যেদমগ্র আসীদেকমেবাদ্বিতীয়ম্" (ছাঃ উঃ ৬/২/১)—"উরি-খঙলিবা তাইবংসি অহানবদা ( লৈশেম-ন্নিবৈ মমাঙদা ) অনীশুবা লৈতবা সূপনা অমত্ত ওইবা সৎব্রহ্ম ওইনা লৈরম্মী।" "ঐতদাত্ম্যমিদং সর্ব্বং তৎ সত্যং স আত্মা তত্ত্বমসি" ( ছাঃ উঃ ৬/৮/৭ )—"হৌজিক উরিবা অমসুং খঙলিবা পুম্নমকসি মহুগী ( পরমব্রহ্মগী ) মশকনি ( মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে ), মহু সত্যনি ( মতম অহুমক্তা মাঙ-তাকপা লৈতনা লেঙদনা লৈবা পোৎনি ), মহাক আত্মানি, নহাকসু মহাকমক্নি।" "যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে" ( তৈঃ উঃ ৩/১ )—"মহুদগী লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমকসি পোকলকই।" "তস্মাদ্বা এতস্মাদাত্মন আকাশঃ সম্ভূতঃ" ( তৈঃ উঃ ২/১/১ )—"আত্মাসিদগী তোপতবা পরমাত্মা অহুদগী আকাশ পোকখি।" মতৌ অসুম্না মায়াশক্তিনা মরম ওইহুনা তাইবং পুম্নমকসি ব্রহ্মদগী পোকলকপদগী অমসুং মায়া শক্তি অসিসু ব্রহ্মদগী অতোপ্পা ওইনা মনীং তম্বদগী উরি-খঙলিবা পুম্নমকসি আত্মাগী মশক ওইবা ব্রহ্ম ঙাক্তনি হায়বাসিবুসু অসুম্না তাকলি—"ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( মুঃ উঃ ২/২/১১ )—"পুম্নমকসি ব্রহ্মমক্নি।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( ছাঃ উঃ ৫/২৫/২ )—"পুম্নমকসি আত্মা-সিমকনি"—"নেহ নানাস্তি কিঞ্চন" ( বৃঃ উঃ ৪/৪/১৯ )—"পুম্নমকী আশ্রয় ( চঙফম। ওইনা লৈরিবা ব্রহ্মসিদা অতোপ-অতোপ্পা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈত্তে।" মরম অসিনা ঐখোয়না ময়াম উরিবসিদি মঙগী মতৌগুম্বনি। মঙদা উরি-খঙলিবা পোৎ

পূম্নমক অদু মখোয়গী চঙজফম ওইনা লৈরিবা অমসুং মঙ মঙলিবা আত্মা অদুদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, তূম্বগী মশক ওইবা দোষতুনা মরম ওইদুনা আত্মা অদুদা ময়াম ওইনা উবদনি। মতৌ অদুম্না তূম্বগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা মায়ানা ) আত্মা ওইবা ব্রহ্মদা ময়াম উবনি। তাইবংসি মঙগী মতৌগুম্বনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্ মশামক্না উদ্ধবকী মফমদা অসুম্না হায়রি—

ঈক্ষেত বিভ্রমমিদং মনসো বিলাসং
দৃষ্টং বিনষ্টমতিলোলমলাতচক্রম্।
বিজ্ঞানমেকমুরুধেব বিভাতি মায়া
স্বপ্নস্ত্রিধা গুণবিসর্গকৃতো বিকল্পঃ॥

( ভাঃ ১১/১৩/১৪ )

"শেরান্না খঙবগী মশক ওইবা তাইবংসিবু মন-না ( পুক্নীংনা ) শাগৎপান হায়না খঙউ, মসি উবথক্তনি ( অচুম্বা .পাৎ নত্তে ) মাঙ-গদবনি, ওহাক্তা ফাওবা তূমিন্না লেপ্তুনা লৈতবনি অমসুং অলাতচক্র-গুম্বনি ( শীং মকক নক্রগা য়াচেং মতেক অমদা ফি য়েংশিল্লগা মদুবু থাউদা লূপ্তুনা মৈ থাগৎলবদি মদু অলাত কৌই। মদুবু খূৎনা পায়দুনা থুনা উরূ-রূ লৈরবদি মৈ অদু কোইরক কোয়না উই, মদু অলাতচক্রনি, মদুদা অকোয়বা মৈ লৈত্রবসু মৈদু কোয়না উবগুম্না তাইবং অসিবুসু অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা ব্রহ্মদা শেরান-ননা উবনি ); মরম অসিনা বিজ্ঞানগী মশক ওইবা অমসুং অমতং ওইবা ব্রহ্মদা ময়াম ওইবগুম্না উরি। মরম অসিদগী সত্ত্ব; রজঃ অমসুং তমঃ গুণ

অছুমসিদগী ওইবা জাগ্রৎ, স্বপ্ন অমস্তুং স্বষুপ্তিগী অবস্থা ( হৌদুনা লৈবা, মঙ মঙছুনা লৈবা অমস্তুং তুমখুন ছুন্না তুমদুনা লৈবগী ফীবম ) অছুমসি মায়াগী মশক ওইবা মঙনি।"

মতৌ অস্তুন্না মন্নাম ওইনা লৈরিবা জীবশিং অসিস্থ অশেংব-মক্তদি ঈশ্বরদগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বসিবুস্থ কপিল ভগবান্না মমা দেবহূতিগী মফমদা অস্তুন্না তাকলি—"ঈশ্বরো জীবকলয়া প্রবিষ্টো ভগবানিতি" ( ভাঃ ৩/২৯/৩৪ )—থব্রায়পানবা পূন্নমক্তা ভগবান্ ঈশ্বর জীবগী মশক ওইনা চঙদুনা লৈরিবনি।" মসিবু বেদনস্থ অস্তুন্না হায়রি—"শরীরং ব্রহ্ম প্রাবিশৎ" ( অথর্ব ১১/৮/৩০ )—"হকচাংদা ব্রহ্ম চঙখি।" মরম অসিনা শ্লোক অসিদস্থ শ্রীভগবান্না মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতে, পূন্নমকসি মানা তোক্তুনা লৈবা ঙাক্তনি অনস্তুং পূন্নমক্তা মাতবু খঙননবা হোৎনগদবনি হায়বসি তাকপনি। মতৌ অস্তুন্না মাতবু খঙলবদা করম্বা মহৎন্ন ফংগনি হায়বসিবুস্থ পরাশর ঋষিনা মৈত্রেয়গী মফমদা অস্তুন্না তাকলি—

অহং হরিঃ সর্ব্বমিদং জনার্দনো
নান্যত্ততঃ কারণকার্য্যজাতম্।
ইদৃঙ্মনো যস্য ন তস্য ভূয়ো
ভবোদ্ভবা দ্বন্দ্বগদা ভবন্তি॥

( বিষ্ণুপুরাণ ১/২২/৮৭ )

"ঐ অমস্তুং তাইবং পূন্নমকসি জনার্দন হরিমকনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা কারণ ( মরম ) অমস্তুং কার্য্য ( থবক ) অমত্ত লৈতে।

মতৌ অসুম্না মীতুগী পূক্নীংদা রাখলসি লেপ্তনা লৈ. মহাক্কী অমুক হন্না সংসারসিদা ওইগদবা অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবা দ্বন্দ ( অমগী মথংদা অমা শোয়দনা ওইগদবা ফাইবোক ) অসিগী মশক ওইবা লায়নাশিং ( অনাবশিং ) লৈতে।"

মরম অসিদগী মী খুদিংমকনা শ্রীভগবান্না তাকলিবা জ্ঞান অসিবু ফংনবা হোৎনহন্না পুনসী মহয় য়ালহনগদবনি ॥৭॥

তাইবং পূম্নমকসিদা শ্রীভগবান্ তোংশিন্দূনা লৈ হায়খিবা অদুবু তশেং তশেংনা শ্লোক মঙানা অসুম্না হায়রি—

রসোঽহমপ্সু কৌন্তেয় প্রভাস্মি শশিসূর্য্যয়োঃ।
প্রণবঃ সর্ব্ববেদেষু শব্দঃ খে পৌরুষং নৃষু ॥৮॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ— কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জুন ! অহং= কৃষ্ণ ঐ, অপ্সু=ঈশিংদা, রস অস্মি=রসতন্মাত্র ওইনা লৈ, শশি-সূর্য্যয়ো=থা অমসুং নুমিত্ত, প্রভা ( অস্মি )=মঙাল ওইনা লৈ, সর্ব্ববেদেষু=ঋগনচিংবা বেদ পূম্নমক্তা, প্রণবঃ ( অস্মি )=ওঁকার ওইনা লৈ, খে=আকাশদা, শব্দঃ ( অস্মি )=শব্দ তন্মাত্র ওইনা লৈ, নৃষু=মী-নচিংবা থরায়পানবশিংদা, পৌরুষং ( অস্মি )=থৌনা ওইনা লৈ ॥৮॥

অপূনবা অর্থ ঃ— হে কৌন্তেয় অর্জুন ! কৃষ্ণ ঐ, ঈশিংদা রসতন্মাত্র ওইনা লৈ, থা অমসুং নুমিত্তা মঙাল ওইনা লৈ, ঋগনচিংবা বেদ পূম্নমক্তা ওঁকার ওইনা লৈ, আকাশদা শব্দতন্মাত্র ওইনা লৈ, মীওইবনচিংবা থরায়পানবা পূম্নমক্তা থৌনা ওইনা লৈ ॥৮॥

## অথূপ্পা য়া

অকূপ্পা মচাকশিংদগী অপৌবা থবক ওইরকই হায়বদি পোক-লকই হায়বসি নিয়মনি, অদুগা মচাক ওইবা পোং অদু মদুদগী ওইরকপা পোংতা ( থবক্তা ) তোত্তুনা অমত্ত ওইনা লৈ হায়বসিস্থু শোয়দবা নিয়মনি। লৈবাকনা শাবা চফূদা লৈবাক তোত্তুনা অমত্ত ওইনা লৈ, চফূদা লৈবাক লৈত্রবদি মদু ( চফূ ) কদোৌডেদস্থু লৈবা ডম্মোই। মতৌ অদুমনা ঐখোয়না উরিবা অমস্তুং খণ্ডলিবা পৃথিবী-নচিংবা অপৌবা থবকশিংসিগী মস্তুংদস্থু মখোয় মখোয়গী মচাক ওইবা অকূপ্পা শরূক শোয়দনা লৈরিবনি। মদুদা অপৌবা পৃথিবী, ঈশিং. মৈ, নুংশিৎ অমস্তুং আকাশ ভূত মণ্ডাসিগী অকুপ্পা শরূক্তি মথং মনাউ নাইনা গন্ধতন্মাত্র, রসতন্মাত্র, রূপতন্মাত্র, স্পর্শতন্মাত্র অমস্তুং শব্দতন্মাত্রনি অপৌবা পৃথিবীনচিংবা অসিদা মখোয় তোত্তুনা অমত্ত ওইনা লৈবা ডাক্তনি, অদুগা মখোয়গী লৈবদগী অপৌবা পৃথিবীনচিংবা লৈরিবনি. মখোয় লৈত্রবদি পৃথিবীনচিংবা অমত্ত লৈবা ডম্মোই। অপৌবা পৃথিবীনচিংবগী অরৈবসি মনীংতম্বা নত্তে, গন্ধতন্মাত্রনচিংবগী অরৈবদুগী মথাপোন্দুনা লৈবা ডাক্তনি। অমরোমদা হায়রগা গন্ধতন্মাত্রনচিংবা নত্তনা অপৌবা পৃথিবীনচিংবা পোং অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবনি – ঈশিংদা মহাক রসতন্মাত্র ওইনা তোত্তুনা লৈ, মডোন্দগী তোপ্পা ঈশিং নত্তে। মতৌ অস্থুম্না আকাশতস্থু শ্রীভগবান্ শব্দতন্মাত্র ওইনা লৈরিবনি। মসি পৃথিবীনচিংবদস্থু খণ্ডগদবনি।

অতুগা মুমিং থা অনীসিদা লৈরিবা মঙাল অসিস্ু শ্রীভগবান-মকনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে. শ্রীভগবানগী মঙাল অদু তোক্তুনা লৈবা মরমদগী মুমিং থা অনীমক লৈরিবনি। মসিবু মতুংদসু শ্রীভগবান্না অস্তুম্না হায়গনি—

যদাদিত্যগতং তেজো জগদ্ভাসয়তেঽখিলম্।
যচ্চন্দ্রমসি যচ্চাগ্নৌ তত্তেজো বিধিমামকম্॥
(গীতা ১৫/১২)

"জগৎ পুম্নমকপু ঙালহল্লিবা মুমিংকী মঙাল থাগী মঙাল অমসুং মৈগী মঙাল মসি পুম্নমকসিবু ভগবান ঐগী মঙাননি হায়না খঙউ।"

মরম অসিদগী উপনিষত্তসু অস্তুম্না হায়রি—"তস্য ভাসা সর্ব্বমিদং বিভাতি" (শ্বেতঃ উঃ ৬/১৪)—"মহাক্কী মঙান্না ঙাইবং পুম্নমকসি ঙাল্লী।" মরম অসিনা মুমিং থাদ নত্তনা অঙানবা পোৎ পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্ মখোয়গী মঙাল ওইনা লৈরিবনি।

প্রণবকী অর্থ ওঁ নি, অতুগা ওঁ সি পরমাত্মাগী ময়েক অমত্ত ওইবা মিংনি। ব্যাকরণগী মতুং ইন্না য়েংলবদি ওঁ সি "অব রক্ষনে" ধাতুসিদগী শাবা ৱাহয় অমনি। "অবতীতি ওঁ"—"পুম্নমকপু ঙাকশেন্দুনা লৈরিবা অদুবু ওঁ কৌই।" পরমাত্মা মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈদুনা পুম্নমকপু ঙাকপি-শেনবি, মরম অসিনা পরমাত্মা ওঁ নি। অতুগা "প্র=প্রকর্ষেণ, নূয়তে=স্তুয়তে অনেন ইতি প্রণবঃ"—'মদুনা য়াম্না নীংথিনা পরমাত্মাগী স্তুতি তৌবা য়াবা অদুবু প্রণব কৌই। ওঁ অসিনা পরমাত্মাগী য়াম্না নীংথিনা স্তুতি তৌবা

য়াই, মরম অসিদগী ওঁ অসিবু প্রণব হায়নস্থু কৌরিবনি। অথর্ব্বশির উপনিষত্তস্থু অস্থুন্না হায়রি- "য ওঁকারঃ স প্রণবঃ যঃ প্রণবঃ স সর্ব্বব্যাপী"—"ওঁকার অদু প্রণবনি অদুগা প্রণব অদু মফম পূম্ননক্তা শীনথুংনা লৈবনি।" মসিদা নত্তনা ওঁকারবু করি মরমদগী প্রণব কৌরিবনো হায়বসিগী মরমদা শিবপুরাণদা অস্থুম তাকলি— "প্রকর্ষেণ নয়েদ্ যস্মান্মোক্ষং বঃ প্রণবং বিদুঃ"। বিদ্যেশ্বরী সংহিতা ১৭/৫ )—"ওঁকারসিনা নখোয়বু মোক্ষদা নীংথিনা পুত্না চৎলী মরম অসিনা মসিবু প্রণবনি হায়না খঙউ।" অসিগুম্বা প্রণবসি ( ওঁকারসি ) শ্রীভগবান্গী মিং ( নাম ) ওইবা মরমদগী শ্রীভগবান্দগী করিস্থু খেন্নদে। শ্রুতিশিংনস্থু অস্থুম্না হায়রি— "ওমিতি ব্রহ্ম" ( তৈঃ উঃ ১/৮ )—"ওঁ সি ব্রহ্মনি।" "ওমিত্যেতদক্ষরমিদং সর্ব্বম্" ( মাঃ উঃ ১ )—"অমাঙ অতা লৈতবা ওঁ হায়বা ময়েকসি উরি থঙলিবা পূম্নমকসিনি।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্ শব্দগী ( খোঞ্জেনগী ) মশক ওইবা ওঁসিগী মশক ওইনা ঋগনচিংবা বেদ পূম্নমক্তা শীনথুংনা তোত্নুনা লৈরিবনি। শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হায়রি—"ওঁকারেণ সর্ব্বাবাক্ সংতৃন্না, ওঁকার এবেদং সর্ব্বম্" (ছাঃ উঃ ২/২৩/৩)—"রাহয় ( খোঞ্জেল ) পূম্নমক ওঁকারনা তোত্নুনা লৈ, পূম্নমকসি ওঁকার অসিমকনি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবান্ মশামক ওঁ হায়না বেদ পূম্নমক্তা তোত্নুনা লৈ হায়বসি তাকলিবনি। মতৌ অস্থুম্না মীওইবনচিংবা পানবা পূম্নমকস্থু শ্রীভগবান্ মখোয়গী মথৌনা ওইনা তোত্নুনা

লৈরিবনি। শ্রীভগবান্‌গী মশক ওইবা থোনাহু লৈত্রবদি কনামত্ত সংসারসিদা হিংহুনা লৈবা ঙমদে ॥৮॥

পুন্যো গন্ধঃ পৃথিব্যাঞ্চ তেজশ্চাস্মি বিভাবসৌ।
জীবনং সর্ব্বভূতেষু তপশ্চাস্মি তপস্বিষু ॥৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—পৃথিব্যাং = পৃথিবীদা ( লৈবাক্তা ), পুণ্যঃ গন্ধঃ অস্মি = অশেংবা মনম ওইনা ( গন্ধ তন্মাত্র ওইনা ) কৃষ্ণ ঐ লৈ, বিভাবসৌ চ = অহুগা মৈদা, তেজঃ অস্মি = অশেংবা মৈচাক ওইনা ( রূপতন্মাত্র ওইনা ) ঐ লৈ, সর্ব্বভূতেষু = থৱায় পানবা পূম্নমক্তা, জীবনং ( অস্মি ) = পুনসী ওইনা ঐ লৈ, তপস্বিষু চ = অহুগা তপ তৌহুনা লৈবা মী-শিংদা তপঃ অস্মি = তপ ওইনা ( চৱাহেনবন-চিংবগী মশক ওইবা অখাঙকনবা ওইনা ) ঐ লৈ ॥৯॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—পৃথিবীদা অশেংবা মনম গন্ধতন্মাত্র ওইনা কৃষ্ণ ঐ লৈ, মৈদা মৈচাক ওইনা (রূপতন্মাত্র ওইনা) ঐ লৈ, থৱায়-পানবা পূম্নমক্তা মখোয়গী পুনসী ওইনা ঐ লৈ, অহুগা তপস্বিশিংদা মখোয়গী তপ ওইনা ঐ লৈ ॥৯॥

## অথূপ্পা ৱা

পৃথিবীগী ( লৈবাক্কী ) মনমদা ( গন্ধদা ) – "অশেংবা" (পুণ্য) বিশেষণ পীরিবসি অতোপ্পা ঈশিংনচিংবদা লৈবা রসতন্মাত্রনচিংবদস্তু লৌগদবনি। মরমদি পৃথিবীতদা অশেংবা গন্ধতন্মাত্র লৈ, ঈশিংন-চিংবদদি শেংদবা রসতন্মাত্রনচিংবা লৈ হায়বা য়াদে। পৃথিবীনচিংবদা

শেংদবা-ফত্তবা মনম মহাউনচিংবা খঙলিবসিদি অতোপ্পা য়ানশিন-বদগীনি, মদু মখোয়গী অশেংবা মশক নত্তে। মরম অসিনা মখোয়দা লৈরিবা অশেংবা মনমনচিংবা অদু শ্রীভগবান্‌গী মশকনি, ফত্তবা মনমনচিংবদি মশক নত্তে। অদুগা থবায়পানবা পূম্নমক্কী পুনসী (হিংহুনা লৈনবা শক্তি) অসিসু শ্রীভগবান্‌মকনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মসিদা কনাগুম্বনা প্রাণবু (থবায়বু) পুনসীনি হায়না চিংনবা য়াই, মরমদি থবায় লৈরবদি পুনসী লৈ, অদুগা থবায় লৈত্রবদি পুনসী লৈতে (হিংহুনা লৈতে)। অদুবু অসুম্না চিংনবসি চুমদে, মসিগী মরমদি থবায় (প্রাণ) অসি হকচাং মনুংদা চঙনা লৈবা নুংশিং অমনি, মহাক মহাশক্তি পুনসীদু নত্তে, সুপনা পুনসী লৈ-লৈতে খঙনবা সাধন (উপায়) অমনি। মরম অসিনা উপনিষৎনা অসুম্না হায়রি—"ন প্রাণেন নাপানেন মর্ত্ত্যো জীবতি কশ্চন। ইতরেণ তু জীবন্তি যস্মিন্নেতাবুপাশ্রিতৌ।।" (কঠঃ উঃ ২/৫/৫) —কনাগুম্বা মী অমত্ত প্রাণ অমসুং অপান কৌবা নুংশিংনা হিংহুনা লৈবা নত্তে হায়বদি মখোয় অনীসি পুনসী ওইহুনা লৈবা নত্তে; তৌইগুম্বসুং মখোয় অনীসিদগী অতোপ্পা চেতনশক্তিনা থবায়পানবা পূম্নমক হিংহুনা লৈবনি (চেতন শক্তি অসি থবায়পানবা পূম্নমক্কী পুনসী ওইহুনা লৈবনি); অদুগা প্রাণ অমসুং অপান অনী অসিদি মঙোন্দা (চেতন শক্তিদুদা) চঙজহুনা লৈরিবনি।" "প্রাণস্য প্রাণঃ" (কেনঃ উঃ ১/২)—"মহাক (চেতন শক্তি) থবায়গীসু থবায়নি।" মরম অসিদগী ঐতরেয় উপনিষত্তা লৈশেম্নবা মতুংগী য়াবু লৌহুনা অসুম্না হায়রি—

স ঈক্ষত কথং ন্বিদং মদৃতে স্যাদিতি।
স এতমেব সীমানং বিদার্যৈতয়াদ্বারাপ্রাপদ্যত॥
( ঐঃ উঃ ১/৩/১১,১২ )

"পরমাত্মানা অস্মুম্না খল্লী—ঐনা শেমলিবা তাইবংসি ঐ য়াওদনা করম্না লৈবা ঙমগনি। ( অস্মুম্না খল্লগা মহাক লন্নাই-লেনফূসিবু থুগাইরগা মতুনা লম্বী ওইতুনা হকচাংসিদা চঙখি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবান্ মশামক থরায়পানবা পূম্নমক্কী পুনসীনি, মহাক লৈবদগী হিংতুনা লৈবনি। মতৌ অদুমনা তপস্বীশিংগী মন্নুংদা লৈবা অখাঙকনবগী মশক ওইবা তপ অদুস্মু শ্রীভগবান্গী মশক ওইবা শক্তিনি, শক্তিদুনা তোত্নুনা তপস্বীশিং লৈরিবনি॥৯॥

মরূ ওইবা মচাক্তগী উপাদানদগী থবক পূম্নমকসি পোকললকপা চাক্তনি, অদুগা পোকইবা থবক অদুদা মরূ ওইবা মচাক অদু তোংশিন-তিনশিন্দুনা লৈ হায়বসিদি ময়েকনি ; অদুবু কৃষ্ণ নহাক্তি পৃথিবীনচিংবা করিগুম্বা থবক অমত্তগীস্মু মরূ ওইবা মচাক নত্তে, মরম অসিনা নহাক মখোয়দা করম্না তোংশিন-তিনশিন্দুনা লৈগনি হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউখুম অস্মুম্না পীরি—

বীজং মাং সর্ব্বভূতানাং বিদ্ধি পার্থ সনাতনম্।
বুদ্ধিবুর্দ্ধিমতামস্মি তেজস্তেজস্বিনামহম্॥১০॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—পার্থ=পৃথা কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! মাং= কৃষ্ণ ঐবু, সর্ব্বভূতানাং=অচৎ-চত্ত তাইবং পূম্নমক্কী, সনাতনং=

অহানবদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা, বীজং বিদ্ধি=মরূ ওইবা মচাকনি অসুম্না খঙউ, অদুগা—অহং=কৃষ্ণ ঐসি, বুদ্ধি মতাং=অফ-ফত্ত খঙবগী মশক ওইবা বুদ্ধি লৈবা মী-শিংগী, বুদ্ধিঃ অস্মি=বুদ্ধিদুনি, তেজস্বিনাং=মতীক-ময়াই লৈবা মী-শিংগী, তেজঃঅস্মি=তৌবা ঙম্বা মতীক-ময়াই অদু ঐনি ॥১০॥

অপূনবা অর্থ ঃ—হে পার্থ ( অর্জ্জুন )! কৃষ্ণ ঐবু অচৎ-চত্ত তাইবংপূম্নমক্কী অহানবদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা মরূ ওইবা মচাকনি হায়না খঙউ ; অদুগা কৃষ্ণ ঐসে অফ-ফত্ত খঙবগী মশক ওইবা বুদ্ধি লৈবশিংগী বুদ্ধিনি অমসুং মতীক-ময়াই লৈবশিংগী তৌবা ঙম্বা মতীক-ময়াই অদুসু ঐনি ॥১০॥

## অথূপ্পা রা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না মশাবু অচৎ-চত্ত তাইবং পূম্নমকসিগী সনাতন ওইবা বীজনি ( অহানবদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা মরূ ওইবা মচাকনি ) হায়না তাকলি। মসিদা য়াম্না থূপ্পা রা কয়ামুক লৈ। ফৌ পাম্বীগী মরূ ওইবা মচাক ফৌনি, মহাক লেঙদনা লৈতে ; মাগী হান্নগী মওঙ থাদোক্লনা মতুদগী ময়োল চোংথোকখিদুনা ফৌ পাম্বী ওইরকপনি। মসি মরূ ওইবা মচাক পূম্নমক্কী ফীবমনি। অদুবু মফম অসিদদি শ্রীভগবান্না মশাবু হান্নদগী হৌনা লেঙদনা লৈবা মরূ ওইবা মচাকনি হায়রি। মসি ঐখোয়না উরি-খঙলিবা মচাক্কী মতৌগুম্না য়েংলবদি ওইথোক্কবা অমা ওইনা থোকই। মরম অসিনা তাইবং পূম্নমকসিগী শ্রীভগবান্ মরূ ওইবা মচাকনি হায়রিবসিবু

শেরান্না খণ্ডবা লিনগী মচাক ওইনা লৈবা থৌরী মকক্কী মতৌগুন্না খণ্ডগদবনি। মশক ওন্থোক্কনা লেঙদনা লৈরবসু থৌরীমকক শেরান্না উরিবা লিনগী মচাক ওই অমসুং লিন অতুদা তোংশিন্না অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌই। অশেংবমক্তি থৌরীমকক্তা লিন উবনি, লিন-দা থৌরী মকক লৈতে অমসুং চঙদে; মাদি মতম অহুমক্তা লিনগা শম্নদনা ল্লেঙদনা লৈবনি। মতৌ অতুন্না লৈশেমদ্রিঙৈগী নমাঙদা অহানবদগী হৌনা শ্রীভগবান্ লেঙদনা লৈরিবনি, লিনগী মতৌগুন্না মঙোন্দা তাইবং উবদনি তাইবঙগা লোয়নননা মহাক করিনত্ত শমনদে, মহাকপু শেম্ব-শাবা অতোপ্পা মচাক অমসু লৈতে, মহাক্তি মতম পূম্নমক্তা অমাঙ-অতা লৈতনা লেঙদনা লৈবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—

স কারণং করণাধিপাধিপো
ন চাস্য কশ্চিজ্জনিতা ন চাধিপঃ।
(শ্বেতঃ উঃ ৬/৯)

"মহাক (পরমাত্মা) তাইবঙ পূম্নমকসিগী কারণনি (মরমনি), ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইতুনা লৈরিবা জীবশিংগীসু মপুনি, মাবু পোকপা কনাসু লৈতে (মহাক নিত্যনি) অতুগা মাগী মথক্ত মপু ওইতুনসু কনা অমত্ত লৈতে।

মরম অসিনা পরমাত্মা তাইবংসিগী চঙজফম (আশ্রয়) ওইনা মরু ওইবনি; ফৌ পাম্বীগী মরূ ফৌগুম্বা নত্তে, মাদি শেরান্না উবা লিনগী চঙজফম ওইনা লৈবা থৌরীমকক্কী মতৌগুন্না মশক ওন্থোক্কনা লেঙদনা লৈরিবনি, সূপনা মাগী শক্তি ওইবী মায়া অতুতা তাইবং

ওইনা মশক ওস্থোকপনি। মতৌ অস্তুম্না মহাক নত্তবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতবা মরমদগী মঙোন্দা চঙজত্নুনা উরিবা তাইবঙসিদা মহাক তোৎশিন্না অমত্ত ওইনা লৈবগুম তৌবনি ; অশেংবমক্তি মহাক তাইবংসিগা লোয়ননা মতম অহুমক্তা শমনদে, সূপনা মায়ানা ( মরম ওইত্নুনা ) মঙোন্দা উবনি। শ্রুতিনসু অস্তুম্না হায়রি—

"আত্মা বা ইদমেক এবাগ্র আসীৎ, নান্যৎ কিঞ্চন মিষৎ। স ঈক্ষত লোকান্ স্বজা ইতি। স ইমাল্লোকানস্বজত।"

(ঐতঃ উঃ ১/১,২)—"অহানবদা (লৈশেমদ্রিঙৈগী মমাঙদা) লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙ পূম্নমকসি সূপনা অমত্ত ওইবা আত্মা ( পরমাত্মা ) ওইনা লৈরম্মী। আত্মাদগী অতোপ্পা করিমত্তসু লৈরমদে। মানা ( পরমাত্মানা ) খল্লী - ( জীবশিংনা অহানবা লৈশেমদা তৌথিবা মহয় চা-নবগীদমক ) ঐনা পৃথিবীনচিংবা লোকশিংবু শেমগে। ( অস্তুম্না খন্দুনা ) মহাক্না লোকশিংবু শেমলম্মী ( মশামক্তা মায়ানা মরম ওইত্নুনা ফোঙদোকহল্লম্মী )।" মরম অসিদগী শ্রীভগবান্না বুদ্ধিনচিংবা পূম্নমকসি মহাকমকনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে হায়না তাকলিবনি ॥১০॥

বলং বলবতাঞ্চাহং কামরাগবিবর্জ্জিতম্।
ধর্ম্মাবিরুদ্ধো ভূতেষু কামোঽস্মি ভরতর্ষভ ॥১১॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—ভরতর্ষভ = ভারত শাগৈগী অখোইবা হে অর্জুন ! বলবতাং = পাঙ্গল কনবশিংগী, কামরাগবিবর্জ্জিতং = ফংদববু ফংনবা নীংবগী মশক ওইবা-কাম অমসুং অফংবদা য়াম্না পাম্নশিন্দুনা

পূক্লীং চঙবগী মশক ওইবা রাগ অনীসি য়াওদবা, বলং=সূপনা হকচাং ঙাকনবা পাঙ্গল অদু, অহং অস্মি=কৃষ্ণ ঐনি, চ=অদুগা, ভূতেষু=থরায়পানবশিংদা, ধর্ম্মাবিরুদ্ধ=শাস্ত্রনা তাকপা ধর্ম্মশিং কায়দনা চংপা, কামঃ=নুপী-নহা ললথুমনচিংবগী অপাম্বা অদুসু, অস্মি=ঐনি ॥১১॥

অপূনবা অর্থঃ—ভারত শাগৈগী অথোইবা হে অর্জ্জুন! পাঙ্গল লৈবশিংগী ফংদৰবু ফংনবা নীংবগী মশক ওইবা-কাম অমসুং অফংবদা য়ায়া পামশিন্দুনা পুক্লীং চঙবগী মশক ওইবা-রাগ অনীসি য়াওদবা সূপনা হকচাং ঙাকনবা পাঙ্গল অদু কৃষ্ণ ঐনি, অদুগা থরায় পানবশিংদা ধর্ম্ম কায়দনা লৈরিবা নুপী নহানচিংবগী অপাম্বা অদুসু ঐনি ॥১১॥

অথূপ্পা রা

সংসারসিদা থরায় পান্দুনা লৈরিবা পুম্নমকনা মশাদা মপাঙ্গল লৈরবতদা তৌনীংবা থবক তৌরিবনি, পাঙ্গল লৈত্রবদি কনা অমত্তসু করিগুম্বা থবক অমত্ত তৌবা ঙমদে। অদুবু মথোয়গী মপাঙ্গলশিং অদু সাত্বিক, রাজসিক অমসুং তামসিক হায়না অহুমথোকনা থায়রি। মদুদা সত্বগুণদগী পোকপা পাঙ্গল সাত্বিকনি, রজোগুণদগী পোকপা পাঙ্গল রাজসিকনি অমসুং তমোগুণদগী পোকপা পাঙ্গল তামসিকনি। সত্বগুণদগী পোকপা পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা মীনা অফবা থবক তৌরগা মদুদগী অফবা মহয় ফংদুনা শ্রীভগবান্ ফাওববুসু ফংবা ঙম্মী, মদুদা কাম অমসুং রাগ য়াওদে। অদুগা রাজসিক অমসুং

তামসিক পাঙ্গলনা মরম ওইদুনা মীনা থবক তৌরবদি মদুদগী মথল-মখা অয়াম্বা ফত্তবা মহৎ ফংদুনা শ্রীভগবান্দগী য়াম্না লাপনা লৈ, মদুদা কাম অমসুং রাগ অনীসিস্থ য়াম্না চঙখোন্না শোয়দনা লৈ। অনীসি লৈরবদা অফবা লম্বীদা চত্তুনা য়াইফবা ফংগনি খনবসি অরেম্বনি, মদু ওইথোক্কবা রানি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না অহানবদা হায়খ্রে—"পাপ্মানং প্রজহি হ্যেনং জ্ঞানবিজ্ঞাননাশনম্ (৩/৪১)—'জ্ঞান অমসুং বিজ্ঞানবু মাঙহল্লিবা পাপী কাম অসিবু হাৎলু।" "জহি শত্রুং মহাবাহো কামরূপং দুরাসদম্।" (৩/৪৩) "হে পাম্বোম চাউবা! লাকঙমদ্রবা কামগী মশক ওইবা য়েকনবসিবু হাত্তোকউ।" অদুগা রাগ অসিদি কামগী ফাইবোক ওইবা মনাউনি, মহাক মতম পুম্নমক্তা কামগা লোয়ননা লৈরিবনি, কাম লৈরবদি রাগ লৈবা শোয়দবনি, অদুগা শ্রীভগবান্দি মতম পুম্নমক্তা সত্ত্বগুণদা লৈরিবনি। মরম অসিনা কাম অমসুং রাগ মাওদবা সত্ত্বগুণদগী ওইবা অমসুং থরায়পানবশিংদা লৈবা পাঙ্গলবু শ্রীভগবান্গী মশকনি তাকপনি। অদুবু শ্রুতিনদি—"কামময় এবায়ং পুরুষঃ" (বৃঃ উঃ ৪/৪/৫)—"জীবাত্মা অসি কামগী মশকনি" অসুম্না হায়রি। ফীবমসিদা কাম অমসুং রাগ মাওদবা পাঙ্গল থরায়পানবদা করমনা ওইবা য়াগনি হায়না চিংনরবদা শ্রীভগবান্না—"ধর্ম্ম কায়দবা কাম মাগী মশকনি" অসুম্না তাকলিবনি। ধর্ম্ম কায়দবা কাম মতম পুম্নমক্তা সাত্ত্বিক ওই, সাত্ত্বিক কামদগী করিগুম্বা ফত্তবা অমত্ত ওইদে; মদুদগী অফবা লম্বীদা চত্তুনা মীনা থায়দগী অথোইবা য়াইফবা ফংবা ঙম্মী ॥১১॥

"মত্তঃ পরতরং নান্যৎ" (৭/৭) মসিদগী হৌড়না "কামোস্মি ভরতর্ষভঃ" ( ৭/১১ ) অসি ফাওবদা অমমম ওইনা লৌরগা হায়-খিবত্থবু লোইশিন্দূনা হৌজিক পূন্না অস্মুন্না হায়রি—

যে চৈব সাত্ত্বিকা ভাবা রাজসাস্তামসাশ্চ যে।
মত্ত এবেতি তান্বিদ্ধি ন ত্বহং তেষু তে ময়ি॥ ২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** চ = অদুগা. যে এব সাত্ত্বিকাঃ ভাবাঃ = সত্ত্বগুণদগী পোকপমক্তা ওইবা পোৎশিং, রাজসাঃ = রজোগুণদগী ওইরকপা পোৎশিং, যে চ তামসাঃ = অমস্থং তমোগুণদগী ওইরকপা পোৎশিং তান্ = মখোয় পূম্নমক অসিবু, মত্তঃ এব ইতি = কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদগী পোকপা ঙাক্তনি হায়না, বিদ্ধি = নঙনা ( অর্জ্জুননা ) খঙউ। নত্রগা — যে চ সাত্ত্বিকাঃ এব ভাবাঃ = পূক্নীংদা সত্ত্বগুণমক্তগী ওইরিবা শম-দমনচিংবগী রাখল, রাজসাঃ = চাউথোকপা, নাপন্নগ চিংবগী রাখল, যে চ তামসাঃ = অৱাবা, শুমহৎপনচিংবগী রাখল, তান্ = মখোয় পূন্নমকসিবু. মত্তঃ এব ইতি বিদ্ধি = ঐঙোনমক্তদগীনি হায়না খঙউ ); তু = অদুবু, তেষু = মখোয়দা, অহং ন = কৃষ্ণ ঐ লৈতে হায়বদি মখোয়গী মথা পোন্দুনা লৈতে, তে = মখোয়, ময়ি = কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজদুনা ( তূংজদুনা ) লৈ হায়বদি মখোয় ঈথা পোন্না লৈ ॥১২॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—** সত্ত্বগুণ, রজোগুণ অমস্থং তমোগুণ অহুম-সিদগী ওইরকপা পোৎ পূন্নমকসিবু কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদগী পোকলকপ-শিংনি খঙউ, অদুগা কৃষ্ণ ঐ মখোয়গী মথা পোন্দুনা লৈতে, মখোয় ঐগী ঈথা পোন্দুনা লৈ ॥১২॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা লাকইবা "ভাবাঃ" হায়রিবা অসিগী মফম অসিদা মতাংগী মতুং ইন্না অনীথোকনা অর্থ তৌবা য়াই; মতুদি মনগী (পুক্নীংগী) ভাবনা অমস্তুং চঙদবা (অচেতন) পোৎশিং। মরমদি মতাং অসিদা "বুদ্ধিবুর্দ্ধিমতাস্মি" (৭/১০), "কামোস্মি ভরতর্ষভ" (৭/১১) অস্তুম্না শ্রীভগবান্না মথক্তা হায়খিবা অসিগী মরী লৈনবা মনগী সাত্ত্বিকী ভাবনা, রাজসী ভাবনা অমস্তুং তামসী ভাবনা ওইনা লৌবা য়াই। মতুদা ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্নবা, পূক্নীংবু ফাজিন্নবা হাখল তৌবনচিংবা পূক্নীংগী মওঙশিংসি সাত্ত্বিকী ভাবনানি, অতোপ্পগী মফমদা উশিৎ-থোওইদবগী হাখল নাপল, চাউথোকপগী হাখল অসিনচিংবা পূক্নীংগী মওঙশিংসি রাজসী ভাবনানি অদুগা পূক্নীং শুমহৎখিদুনা তৌফম খঙদবগী হাখল, অতনবগী হাখল অসিনচিংবা পুক্নীংগী মওঙশিংসি তামসী ভাবনানি। অদুগা "মত্তঃ পরতরং নান্যৎ ... ... ময়ি সর্ব্বমিদং প্রোতম" (৭/৭) অস্তুম্না হায়খিবদুগী মতুং ইন্না 'ভাবাঃ" হায়রিসিগী অর্থ—"লৈরিবা চঙদবা (অচেতন ওইবা) পোৎশিং" অসিবুস্থ লৌবা য়াই। মতৌ অস্তুম্না সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিদগী ওইরকপা পোৎ পুম্নমকসিস্থ স্থপনা শ্রীভগবান্দগী ওইরকপা (পোকলকপা) ডাক্তনি, মডোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মরমদি শ্রীভগবান্‌গী শক্তি ওইবী অমস্তুং সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিনা তিনবী মায়া (প্রকৃতি) অসিদগী পোকলকপা ডাক্তা ওইবদগী অদুগা শক্তি ওইবী মায়া শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা নত্তবদগী পোৎ পুম্নমকসিস্থ শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা অমত্ত

নত্তে। অদুমনদি ওইরবদা শ্রীভগবান্ পোৎশিং অদুদা লৈতে অমসুং জীবশিংগী মতৌগুম্না মখোয়গী মথা পোন্দে, পোৎশিং অদুদি মঙোন্দা (শ্রীভগবান্দা) তুংনফম ওইনা চঙজহনা থোরী মকক্তা লিনগী মতৌগুম্না লৈবদনি। মরম অসিনা অস্মুম্না হায়রি—

রজ্জুর্যথা ভ্রান্তদৃষ্ট্যা সর্পরূপা প্রকাশতে।
আত্মা তথা মূঢ়দৃষ্ট্যা জগৎরূপঃ প্রকাশতে॥

(বেঃ সিঃ মুক্তাবলি)

"শেরাম্না য়েংবদগী খঙবদগী) থোরী মকক্তা লিল উবগুম্না অজ্ঞান ওইবা বুদ্ধিগী মতুং ইন্না আত্মা অসিস্ত জগৎকী মওঙ ওইন উই।"

অদুবু ব্যবহারদা ময়াম ওইনা উরবস্তু অশেংবা ফীবমদা আত্মা নত্তবা অতোপ্পা পোৎ লৈতে। শ্রুতিনস্থ অস্মুম্না হায়রি—

উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোঽন্যন্ন বিদ্যতে।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোঽয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ॥
সুর্বণাজ্জায়মানস্য সুবর্ণত্বং চ শাশ্বতম্।
ব্রহ্মণো জায়মানস্য ব্রহ্মত্বং চ তথা ভবেৎ॥

(য়োঃ শিঃ উঃ ৪/৩,৭)

"শন্দোকনা লৈরিবা তাইবঙ অসিগী মচাক ব্রহ্মদগী অতোপ্পা অমা লৈতে। মরম অসিনা তাইবং পূম্নমকসি ব্রহ্মমকনি, অতোপ্পা নত্তে। সনানা শাবা পোৎ মতম পূম্নমক্তা সনা ওইনা লৈ। মতৌ অদুম্না ব্রহ্মনা শাবা পোৎস্থ মতম পূম্নমক্তা ব্রহ্ম ওইনা লৈগনি।"॥১২॥

তাইবঙ পূম্নমকসি নহাক্কী শক্তমনি হায়বদি নশকনি, মফম পূম্নমক্তা নহাক শীনথুংনা লৈ, নঙোন্দা তৃংনফম ওইনা চঙজহুনা পোং পূম্নমক লৈ, নঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতে হায়বিরি। অহুমনা ওইরবদি মীনা নহাকপু তাইবঙসিদা উবা অমসুং খঙবা ঙমগনি; অহুবু অসুমনা উদ্রি-খঙদ্রিবসি করি মরমদগীনো হায়না হংলবদা মহুগী পাউখুম অসুম্না পীরি—

ত্রিভির্গুণময়ৈর্ভাবৈরেভিঃ সর্ব্বমিদং জগৎ।
মোহিতং নাভিজানাতি মামেভ্যঃ পরমব্যয়ম্॥১৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ—গুণময়ৈঃ = সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম অসিদগী ওইরকপা, ত্রিভিঃ = মখল অহুমগী (সাত্ত্বিক, রাজসিক অমসুং তামসিক মখল অহুমগী), এভিঃ ভাবৈঃ = মথক্তা হায়খিবা পোংশিং অসিনা, মোহিতং = শুমহত্নুনা থমলিবা, ইদং সর্ব্বং জগৎ = থব্রায়পানবা পূম্নমকসিনা, এভ্যঃ = মখোয়শিংসিদগী (পোংশিংসিদগী); পরং = তোপনা তোপনা লৈরবা (মখোয়গী চঙজফম ওইরিবা), অব্যয়ং = অমাঙ-অতা লৈত্রবা, মাং = কৃষ্ণ ঐবু, ন অভিজানাতি = নীংথিনা খঙদে॥১৩॥

**অপূনবা অর্থ** ঃ—সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুম অসিদগী ওইরকপা মখল অহুমগী মথক্তা হায়খিবা পোংশিং অসিনা শুমহত্নুনা থমলিবা থব্রায়পানবা পূম্নমকসিনা পোংশিংহুগী চঙজফম (অধিষ্ঠান) ওইনা মখোয়দগী তোপনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐবু নীংথিনা খঙদে॥১৩॥

## অথুপ্পা য়া

শেরান্না উরিবা করিগুম্বা পোৎ অমগী চঙজফম ( উফম ) ওইনা লৈরিবা পোৎ অদুবু অধিষ্ঠান কৌই। আধষ্ঠান য়াওদনা ( উফম লৈতনা ) করিগুম্বা পোৎ অমত্ত শেরান্না উবা য়াদে। অধিষ্ঠান ( উফম ) ওইরিবা পোৎ অদুমক্তবু তশেংনা মশক খঙদবদগী অতোপ্পা পোৎ অমা ওইনা শেরান্না উরিবান। অদুগা শেরান্না উরিবদুদি অধিষ্ঠানগী মশক খঙদবদগীনি ; মদুবু অধিষ্ঠানগী অজ্ঞান কৌই। শেরান্না উবা মতমদা অধিষ্ঠান অদু (উফম ওইবা পোৎ অদু) স্থপনা লৈ হায়বসিদা খঙই, অশেংবা মশক্তি খঙদে। অধিষ্ঠানগী মশক খঙলবদি মদুদা কদৌঙৈদস্ত শেরান্না উবা য়াদে। মাঙদা উরিবা পোৎ অদুবু থৌরীমকক্কি হায়না খঙলবদি মদুদা কদৌঙৈদস্ত লিল উবা য়াদে অদুগা মশক খঙদনা মহাক লৈ হায়দুনা খঙলবদি মদুদা লিল উবা য়াই। মরম অসিনা থৌরী মকক্তা লিল উবগী মরম থৌরী মকক্কী অজ্ঞান-নী। অজ্ঞানদা হৌনশা ওইনা আবরণশক্তি (করিগুম্বা পোৎ অমবু মশক খঙহন্দনা কুপ্পুনা থমনবা শক্তি) অমস্তুং বিক্ষেপশক্তি ( করিগুম্বা পোৎ অমবু মওঙ মতৌ পীদুনা শাগৎনবা শক্তি ) কৌবা শক্তি অনীথক লৈ। মদুদা অজ্ঞানগী আবরণশক্তিদগী থৌরীমকক কুপ্পুনা লৈবদগী মদুগী অশেংবা মশক খঙদবা মরমনা মাঙদা পোৎ অমা লৈ হায়বসিদা খঙই। মতৌ অস্তুম্না খঙইবা পোৎ অদুগী শাংবা চাউবনচিংবা অদু লিনগা মান্নবা মরমদগী লিনগী সংস্কারনা ( লিনগী পুক্কীংদা লৈবা অকুপ্পা মথিনা ) মরম ওইদুনা অজ্ঞানদা লৈরিবা বিক্ষেপশক্তি অদুনা লিল শাগত্তুনা উৎলি। মতৌ

অস্নুম্না অজ্ঞানগী সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমসিনা শেরাম্না উৎলিবা লিল অদু থৌরী মকক্তগী তোপনা মতম অহুম্মক্তা লৈত্রবস্নু মদুনা শুমহত্নুনা উরিবা মীতুগী পূক্লীংদা অকিবনচিংবা পোকই অমস্তুং মানা লিল অহু নত্তুনা থৌরী মকক উদে। মসিগী মতোগুম্না সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়াসিনা মাগী আবরণশক্তি অমস্তুং বিক্ষেপশক্তি অনীসিগী পাম্বৈদগী পূম্নমক্কী চঙজফম ( অধিষ্ঠান ) ওইনা লৈরিবা সাক্ষাৎ পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশকপু কূপ্পুনা থমলগা মদুদা অচৎ চত্ত তাইবঙ পুম্নমকসিবু উৎলিবনি। থৌরী মকক্তা উরিবা লিল, মদুদগী ( থৌরীমকক্তদগী ) অতোপ্পা নত্তবগুম্না অধিষ্ঠান ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাদগী তাইবঙসিস্নু অতোপ্পা অমা নত্তে, অদুবু অজ্ঞানগী আবরণশক্তিনা থৌরী মকক কূপ্পুনা লৈবদগী মাগী মশক খঙদবগুম্না মায়াগী আবরণশক্তিনা কূপ্পুনা লৈবদগী সংসার সমুদ্রদা লূপ্পুনা লৈবা জীবশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক অদুবু খঙবা ঙমদে অদুগা মায়াগী বিক্ষেপশক্তিনা শাদুনা উরিবা সংসারসিদা শুমহত্নুনা জীব পূম্নমক লৈ। মরম অসিনা কৃষ্ণোপনিষত্তা অস্নুম্না হায়রি—"মায়য়া মোহিতং জগৎ" ( কৃঃ উঃ ১০ )—"মায়ানা জগৎ শুমহৎলিবনি" পুরাণদস্নু অস্নুম্না হায়রি—

মাশ্চ মোহার্থবচনো য়াশ্চ প্রাপণবচনঃ।
তৎ প্রাপয়তি যা নিত্যং সা মায়া পরিকীর্ত্তিতা॥

( ব্রঃ বৈঃ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড অঃ ২১ )

"মায়া" হায়বা ৱাহৈসিগী মহুংদা লৈবা ময়েক "মা"-গী অর্থ শুমহৎপনি অদুগা "য়া"-গী অর্থদি ফংহনবনি। মরম অসিদগী শুমহৎপা ফংহল্লিবা পোৎ অদুবু "মায়া" কৌই।"

অসিগুম্বা গুণ অহুম্না তিন্দুনা লৈবা মায়া অসিনা মরম ওইদুনা জীবনা মশাগী মশক ওইবা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা শক্তম অদুবু খঙদ্রিবনি, অশেংবমক্তি থৌৱী মকক নত্তুনা লিল লৈতবগুমনা অধিষ্ঠান ওইনা লেঙদনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণ নত্তুনা জগৎ অমসুং জীব লৈতে॥১৩॥

গুণ অহুম্না তিনবী মায়াসিনা জীব পূম্নমকপু শুমহত্তুনা থম্লবদি মাদি ( মায়াদি ) মাঙলোইদোবা মরম্না জীবনা করম তৌনা মাবু লাম্থোক্তুনা মোক্ষ ফংবা ঙমগদগে হায়না চিংনরবদা মাবু লাম্থোকপসি ওইথোক্তবগুম থোকলবসু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজরকলবা মীনা লাম্থোকপা ঙমই হায়বসি অসুম্না তাকলি—

দৈবী হ্যেষা গুণময়ী মম মায়া দুরত্যয়া।
মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে ॥১৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** গুণময়ী = সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমগী মশক ওইবী, দৈবী = জ্ঞানগী মশক ওইবা মরমনা মরম পূম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈবা ( দেব ) ঐঙোন্দা ( কৃষ্ণদা ) চঙজহনা লৈবী, মম এষা মায়া = কৃষ্ণ ঐগী মায়া শক্তিসি, হি = লেপনমক, দুরত্যয়া = শান-ঙমদবা অমা ওইনা থোকই, অদুমক ওইদুনসু— যে = মীশিং অদুনা, মাং এব = কৃষ্ণ ঐমক্তদা, প্রপদ্যন্তে = চঙজহনা লৈ, তে =

অতুগুম্বা মখোয়না, এতাং মায়াং=লানঙমদবা অসিগুম্বা মায়াসিবু, তরন্তি=লাম্থোকই ॥১৪॥

অপূনবা অর্থঃ - গুণ অহুমগী মশক ওইবী অতুগা জ্ঞানগী মশক ওইতুনা মতম পূম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজতুনা লৈবী মায়া শক্তিসি লেপনমক লানঙমদবা অমা ওই, অতুবু অতোপ্পা পূম্নমকপু থাদোকলগা কৃষ্ণ ঐমক্তদা চঙজতুনা লৈবা মী-শিংনদি মায়াসিবু লাম্থোকই ॥১৪॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্লোক অসিদা "মম মায়া" ঐগী মায়া অস্তমনা হায়দূনা শ্রীভগবান্না তাকলিবা মায়াসি অচম্বা রাক্ষসী মায়া ( হিংচাবনা তৌবা মায়া ) অমস্তুং মানবী মায়া—মীনা তৌবা মায়া নত্তে, মসি তাইবং পূম্নমক্কী মরূ ওইনা প্রকৃতি ( মচাক ) ওইবী দৈবী মায়ানি ( জ্ঞানগী মশক ওইবা মরমনা মতম পূম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈবা দেবদা চঙজতুনা লৈবা মায়ানি )। মসিবু শ্রুতিনস্তু অস্তমনা হায়রি— "মায়াস্তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনন্তু মহেশ্বরম্" (শ্বেতঃ উঃ ৪/১৯) —"মায়াবু সত্ত্ব, রজঃ অমস্তুং তমঃ গুণ অহুমগী মশক ওইবী প্রকৃতিনি খঙউ, অতুগা ভগবান্ মহেশ্বরবু মায়াতুগী চঙজফম ওইনা লৈবা মায়াবীনি খঙউ।" মরম অসিনা মায়াসিনা মরম ওইতুনা মী ওইবগী মতৌগুম লৈরিবা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণ সাক্ষাৎ পরমেশ্বর পরব্রহ্মনি, মহাক থৱায় পানবা পূম্নমক্কী মনুংদা চঙলগা থুগ্গূনা লৈবা দেবনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমত্ত লৈতে। "একো দেবঃ সর্ব্বভূতেষু

গূঢ়ঃ" ( শ্বেতঃ উঃ ৬/১২ )—"দেব অমত্তংদা থরায়পানবা পুন্নমক্কী মনুংদা চঙদূনা জীব ওইনা থূপ্পূনা লৈ।" থূপলিবা অদু মায়াদুনা মরম ওইদুনা তৌবনি। মরম অসিনা মায়াবু লাম্হোক্লুনা জীবনা মশাগী মশক খঙবসি সংসারদগী লাম্হোকপনি। অদুবু মসি অরায়বা রা অনম্মং থবক নত্তে মায়াসিনা শুমহত্তুনা জীবনা অহৌবা নাইদবা মতমদগী হৌজিক ফাওবা সংসারসিদা মখল মখা অয়াম্বা মপোক ফংদুনা লাখ ৮৪ গী যোনিদা চঙলগা কোয়দুনা লৈরকলিবনিঃ মতুংদসু শ্রীভগবান্দা চঙজদুনা মাগী কৃপাদগী মশাগী মশক ওইবা শ্রীভগবান্বু খঙদ্রিফাওবা কোয়দুনা লৈগদবনি। মীনা মশাগী মশক ওইবা শ্রীভগবান্বু খঙবা ঙমলবতদা মায়াগী জাল (লাং) অসিদগী লাম্হোকপা ঙমগদবনি। মসি নত্তনা সংসারদগী লাম্হোকনবা অতোপ্পা উপায় লৈতে। শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—"তমেব বিদিত্বাঽতিমৃত্যুমেতি নান্যঃ পন্থা বিদতেঽয়নায়" (শুক্ল যজুঃ ৩১/১৮) 'জীবগী মশক ওইনা থূপ্পূনা লৈরিবা শ্রীভগবান্ অদুতবু খঙলগা মীনা পোকপা শিবদগী লাম্হোকই, মসি নত্তনা অরাবা কোকনবগীদমক মোক্ষ ফংনবা অতোপ্পা উপায় লৈতে।" মসিবু শ্রীভগবান্না গীতাসিদসু অমুক হন্না হায়খ্রে - "যদা তে মোহকলিলং বুদ্ধির্ব্যতিতরিষ্যতি" (২/৫২) ; সর্ব্বং জ্ঞানপ্লবেনৈব বৃজিনং সন্তরিষ্যসি" (৪/৩৬) : জ্ঞানেন তু তদজ্ঞানং যেষাং নাশিতমাত্মনঃ" (৫/১৬) অসিনচিংবা। অদুবু মায়াসিবু লাম্হোকপা পাম্বা মী-শিংগীদমক্তি মায়াগী মপু ওইবা মায়াবী শ্রীভগবান্গী মফমদা চঙজদুনা মঙোন্দা হায়জবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈতে। মরম অসিদগী

শ্রীভগবান্না চানবীহুনা—"মামেব যে প্রপদ্যন্তে মায়ামেতাং তরন্তি তে" হায়না তাকপিরিবনি। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌহুনা অন্তঃকরণ (পূক্লীং) শেংনবা হোৎনবগা লোয়ননা ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা চঙজহুনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা পূজা পাঠনচিংবা তৌহুনা ইবুংঙো মাবু নীংজগদবনি। মহুতদা মায়াসিদগী লাম্হোকপা ঙমগদবনি। শ্রীমদ্ভাগবতত্তস্থ অস্থুম্না হায়রি—'নারায়ণপরো মায়ামঞ্জস্তরতি দুস্তরাম্" (১১/৩/৩৩)—"শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়নন শ্রীভগবান্ নারায়ণদা পূক্লীং থিংজিন্দুনা থম্বা মীনা লানঙমদ্রবা মায়াসিবু লায়না লাম্হোকই।" শ্রুতিনস্থু অস্থুম্না হায়রি – ঈশ্বরস্য মহামায়া তদাজ্ঞাবশবর্ত্তিনী। এতাং মহামায়াং তরন্ত্যেব যে, বিষ্ণুমেব ভজন্তি তে, নান্যে তরন্তি কদাচন" (ত্রিপাদ মঃ উঃ ৪/১)—"ঈশ্বরগী মহাময়ানি, মসি মহাক্কী আজ্ঞা (য়াথং) মতুং ইন্না চৎপীনি, অসিগুম্বা মহামায়া অসিবু বিষ্ণুবু নীংজবা মী-শিংদনা লাম্হোকই, অতোপ্পনা লাম্হোক্তে।" মসিগী মরমদি—মায়াসিদগী লাম্হোকনবা উপায় ইবুংঙো মাগী মশক খঙবগী মওঙ ওইবা জ্ঞানহু ভক্তি তৌবা নত্তনা ফংবা য়াদে। জ্ঞান ফংনবা উপায় ভক্তিনি। মরম অসিনা মসিবুস্থু অস্থুমনা তাকলি—"কারণেন বিনা কার্য্যং নোদেতি ভক্ত্যা বিনা ব্রহ্মজ্ঞানং কদাপি ন জায়তে" (ত্রিপাদ মঃ উঃ ৮/১) কারণ (পাম্বৈ) লৈত-য়াওদনা করিগুম্বা থবক অমত্ত ওইবা য়াদে, ব্রহ্মজ্ঞানগী কারণ (পাম্বৈ) দি ভক্তিনি, মরম অসিনা ভক্তি য়াওদ-লৈতনা কদৌঙৈদস্থু ব্রহ্মজ্ঞান পোক্তে-ওইদে।" মরম অসিদগী কৃষ্ণোপনিষত্তস্থু—'অজেয়া বৈষ্ণবী মায়া" হায়না তাকলিবা

বিষ্ণুগী লানঙমদ্রবা মায়াসিবু লায়না লাম্হোকনবগীদমক অরান্-খুবম পাম্বা মী-শিংনা শ্রীভগবান্গী ভক্তি তৌহনা ইবুঙো মাগী শ্রীচরণবু তত্তনা নীংজগদবনি ॥ ৪॥

নহাক্কী ভক্তি তৌহনা উপাসনা তৌবদগী অরাবগী মশক ওইবী মায়াদগী লাম্হোকপা ঙমলবদি, মী পূম্নমকনা মতুদগী লাম্হোকনবগী-দমক নহাক্কী উপাসনা করিগী তৌদ্রিবনো হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্না অস্মুন্না হায়রি—

ন মাং দুষ্কৃতিনো মূঢ়াঃ প্রপদ্যন্তে নরাধমাঃ।
মায়য়াহপহৃতজ্ঞানা আসুরং ভাবমাশ্রিতাঃ ॥১৫॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—দুষ্কৃতিনঃ=ফত্তবা থবকশিং তৌবদগী পাপ য়াম্না চেল্লবা, মূঢ়াঃ=অফ ফত্তে রাখল করিমত্ত লৈতবা, নরাধমাঃ=(মরম অদুদগী) মী মবক্তগী য়াম্না তোল্লবা, মায়য়া=হকচাংনচিংববু তাত্না ওইনা মশাগী মশকনি খঙহল্লিবা মায়ানা, অপহৃতজ্ঞানাঃ=মখোয়গী বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক হুপ্রবা, (মরম অসিদগী)—আসুরং ভাবং=হিংচাবশিংনা চৎলিবা লমচৎশিংবু, আশ্রিতাঃ=চত্তুনা লৈরিবা মী-শিংনা, মাং=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, ন প্রপদ্যন্তে=সুকনীং নীংদে ॥১৫॥

**অপূনবা অর্থঃ**—পাপ য়াম্না চেল্লবা, তোল্লবা, মায়ানা বুদ্ধি লৌশিং পুম্নমক শুমহত্তুনা লৈরিবা, অফ-ফত্তে রাখল করিমত্ত লৈতবা অসুরং হিংচাবশিংগী লমচৎ চত্তুনা লৈরিবা মীশিংনা কৃষ্ণ ঐবু সুকনীং নীংদে ॥১৫॥

## অথূপ্পা ৱা

অচং-চত্ত তাইবং পুম্নমকসিগী মবুংঙো ওইবা ঈশ্বর খ্বায়গী মথক্তা লৈ হায়বসি সুকথা থাজদবা মী-শিংদনা ঈশ্বরবু নীংদে হায়বসি তাকনবগীদমক শ্লোক অসিনা ঈশ্বর নীংদবা মী-শিংগী বিশেষণ মঙাথক পীরি। মখোয়শিংহুগী মনুংদা হকচাংনচিংবসিমক্তবু মশামক্তি লেপ্পুনা অমসুং খঙহুনা মহুগী সুংঙাইনবদা হোংনহুনা মায়ানা শুমহত্তুনা লৈবসি মকোকনি। মায়া অসি সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমসিনা তিনবী জগৎকী প্রকৃতি ওইবী অমসুং পরমেশ্বরদা চঙজহুনা লৈবী শক্তিনি। মসিনা মরম ওইদুনা অমত্ত ওইবা পরমাত্মানা তাইবংসিবু শেমলগা ময়াম ওইবগুম তৌনা মহুদা চঙদুনা লৈরিবনি। মসিবু শ্রুতিদা তাকপদা নত্তনা শ্রীমদ্ভাবত পুরাণদসু অস্তুমনা হায়রি—

স্বমায়য়া সৃষ্টমিদং সদসল্লক্ষণং বিভুঃ।
প্রবিষ্ট ঈয়তে তত্তৎসরূপোঽগ্নিরিবৈধসি॥
( ভাগঃ ১১/৭/৪১ )

"মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈবা পরমাত্মানা মাগী মায়ানা মরম ওইদুনা ফোংদোকনা (পোনা) অমসুং ফোংদোক্তনা (কূপনা) লৈরিবা তাইবংসিবু শেমখি; অতুগা শীংদা শীনথুংনা চঙহুনা লৈবা মৈনা মথল-মথা য়ামনা ফোংদোকপগী মতৌগুমনা ইবুংঙো মহাকন্ত মাখানা শেমলিবা মাগী তাইবংসিদা চঙলগা মথল মথা অয়াম্বা মওং লৌদুনা লেঙ-ওত্তুনা লৈবগুম তৌই।"

মরম অসিদগী ভগবান্না অহানবদা মায়াসিবু "গুণময়ী মম মায়া" (৭/১৪)—'গুণগী মশক ওইবী ঐগী মায়া" হায়খিবনি।

মসিনা থরায়পানবশিংবু শুমহত্তুনা থম্বদগী মসিগী মমিং "অবিদ্যা" হায়নস্মু কৌই। মরম অসিনা যোগদর্শনদা মায়াবু অবিদ্যা ওইনা অস্মুমনা হায়রি—"অনিত্যাশুচিদুঃখানাত্মসু নিত্যশুচি-সুখাত্মখ্যাতিরবিদ্যা" (২/৫)—মাঙগদবা পোৎশিংবু মাঙলোইদবনি খঙবা, শেংদবা পোৎশিংবু অশেংবনি খঙবা, অৱাববু নুংঙাইবনি খঙবা অমসুং আত্মা নত্তবা হকচাংনচিংববু আত্মানি খঙবা—মসি পূম্নমকসি অবিদ্যানি (মায়ানি)। মসি অৱাবা পূম্নমক্কী মরুনি, মসি লৈরিবা মতম অহুক্কী মথৈ পোকপা-শিবা নাইবসি শোয়দবনি। অসিগুম্বা ঈশ্বরগী মায়াসিনা শুমহত্তুনা ৱাথল লৈতবা অপঙবশিংনা পাপ তৌরিবনি, হকচাংসিবু য়োকনবা অমসুং নুংঙাইনবা হোৎনবদা হিংচাবগী লমচৎ চৎলি‌নি। হিংচাবগী লমচৎ করিনো হায়বসিদি ১৬ শুবা অধ্যায়দা—"দম্ভো দর্পোঽভিমানশ্চ" (১৬/৪) অসিন-চিংবনা তাক্কনি। "চাউথোকপা, নাপল তৌবা, উশিন্তবা" অসিনচিংবা পূম্নমকসি হিংচাবগী লমচৎশিংনি। মরম অসিনা হায়রিবা বিশেষণ-শিংসিগী মনুংদা অমত্তংদা লৈবা মীনসু ঈশ্বরবু থৌগৈদে। মতুদা মঙাসি পূম্না লৈরিবা মীশিংগী মরমদদি ঈশ্বরবু করিমত্তা নীংদে হায়বসিদা করি অমুক হায়গনি ॥১৫॥

অদু ওইরবদি করম করম্বা মী-শিংনা ঈবুংঙো নঙবু নীংই হায়না হংলবদা মতুগী পাউখুম অস্মুম্না পীরি—

**চতুর্বিধা ভজন্তে মাং জনাঃ সুকৃতিনোঽর্জ্জুন।**
**আর্ত্তো জিজ্ঞাসুরর্থার্থী জ্ঞানী চ ভরতর্ষভ ॥১৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—ভরতর্ষভ অর্জ্জুন ! = ভরত শাগৈগী মনুংদা অথোইবা হে অর্জ্জুন ! চতুর্বিধা = মথল মরিগী, সুকৃতিনঃ জনাঃ = পুন্য তৌবা মী-শিংনা. মাং ভজন্তে = পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐবু নীংই, মখোয অতুদি — আর্ত্তঃ = অরাবদা তাহুনা লৈবা মী, অর্থার্থী = ললথুন-নচিংবা সংসারগী ঐশ্বর্য্য পাম্বা মী, জিজ্ঞাসুঃ = অথোইবা তত্ত্বু খঙনীংবা মী. চ = অমসুং, জ্ঞানী = অথোইবা আত্মতত্ত্বু খঙলবা মী— মরি অসিনি ॥১৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—ভরত শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন ! মথল মরিগী পুণ্য তৌবা মী-শিংনা কৃষ্ণ ঐবু নীংই, মখোয় অতুদি— অরাবদা তাহুনা লৈবা মী সংসারগী লল-থুম পাম্বা মী তত্ত্ব খঙনীংবা মী অমসুং আত্মতত্ত্ব খঙলবা মী ( জ্ঞানী ) মখোয়শিংনি ॥১৬॥

## অথূপ্পা রা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবানগী ভক্ত মথল মরি হায়রিবসি মখোয়না অহানবদা তৌখিবা পুণ্য কর্ম্মশিংদা অথোই-অহেন নাইনা খেন্নবদগীনি। অহানবগী মপোক্তা পরমাত্মাবু কাউদনা পুণ্য খরদং তৌখিবা জীবনা মপোকসিদা অরাবা ফংবা মতমদা শ্রীভগবানবু নীংশিংজবসি অহানবা ভক্তগী মওঙনি ; খূদম ওইনা কৌরব সভাগী ময়ায়দা তুঃশাসননা ফি চিংলবা মতমদা দ্রৌপদীনা শ্রীকৃষ্ণবু নীং-শিংজবা অমসুং কুন্তিরনা খোঙ উমশিন্দুনা থমলবদা গজরাজনা শ্রীভগবানবু নীংশিংতুনা কৌজবা অসিনচিংবা অসিনি। সংসারগী ঐশ্বর্য্য লল-থুমনচিংবা পাম্বা ভক্তশিংদি ধ্রুব, সুগ্রীব, বিভীষণ

অসিনচিংবা অসিনি ; অদুগা তত্ত্ব খঙনীংবা ( জিজ্ঞাসু ওইবা ভক্তশিংদি অর্জ্জুন, উদ্ধবনচিংবনি অমসুং জ্ঞানী ভক্তদি নারদ, দুর্ব্বাসানচিংবনি ; মখোয়না করিগুম্বা অমত্ত পাম্বা তৌদে, মতম পুম্নমক্তা মশাগী আত্মাদা নুংঙাইদুনা লৈবা ঙাক্তনি, অদুমক ওইদুনসু মখোয়না শ্রীভগবান্‌গী অমকপা লৈত্রবা য়ামনা শেংলবা গুণশিংবু শক-শোন্দুনা লৈ। মরম অসিনা ভাগবত পুরাণদা অসুম্না হায়রি —

আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্য হৈতুকীং ভক্তিমিৎথম্ভূতগুণো হরিঃ॥
( ১/৭/১০ )

"অহঙ্কারগী মশক ওইবা জড় অন্তঃকরণ ( পুক্নীং ) অমসুং চিৎ (চেতন) অনীগী অহানবদা অমত্ত ওইনা লৈরম্বা কিশি অদু নাম্থোক-খিদুনা জ্ঞানী ওইরবা মুনিশিংনা আত্মাগী নুংঙাইবা মশক অদুতদা নুংঙাইনা লৈরবসু মতীক মগুণ চাউরবা শ্রীভগবান্‌গী মফমদা অপাম্বগী মরম লৈতনা ভক্তি তৌদুনা লৈ, মরমদি অসিগুম্বা গুণশিং শিন্দুনা লৈবা শ্রীভগবান্ হরিনি ( মরম অসিনা ইন্দুংঙো মাগী ভক্তি তৌদনা জ্ঞানী ফাওবসু লৈবা ঙমদে )।

মসিদা শ্রীভগবান্‌বু মশামকনি হায়না শংশঙনা খঙলবা ভক্ত অদুবু জ্ঞানীগী অর্থনি হায়না লৌগদবনি, মসিদগী অতোপ্পা অর্থ জ্ঞানীগী ওইবা য়ারোই। মরম অসিনা 'অভেদদর্শনং জ্ঞানম্" (স্কঃ উঃ ১১)—"পরমাত্মাদগী মশাবু খেন্নবা লৈতনা খঙবসি জ্ঞাননি" অসুমনা উপনিষৎনা হায়রি; অদুগা জ্ঞানসি লৈবা মী জ্ঞানীনি॥১৬॥

হায়রিবা ভক্ত মরিসি পুণ্য চেনবা ভাক্তা ওইবা মরমনা অমনা অমদগী অথোই-অহেন নাইরিবোই হায়না চিংনরবদা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি অস্তুংনা তাকলি—

তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তির্বিশিষ্যতে।
প্রিয়োহি জ্ঞানিনোঽত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়ঃ ॥১৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—তেষাং = হায়খ্রিবা ভক্ত মরিদুগী মনুংদা, জ্ঞানী বিশিষ্যতে = আত্মতত্ত্ব নীংথিনা খঙলবা জ্ঞানী ভক্তনা খ্বায়দগী অথোইবনি; মরমদি — নিত্যযুক্ত = মহাক মতম পুম্নমক্তা ভগবান্ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈ; একভক্তিঃ = অদুগা মশাদগী ভগবান্ ঐবু অতোপ্পনি খঙদনা অমত্তমকনি লেপ্পুনা ভক্তি তৌই হায়বদি নীংই, হি = মরম অসিদগী, জ্ঞানিনঃ = ভগবান্ ঐবু মশামকনি খঙলবা জ্ঞানীদুগী, অহং = ভগবান্ ঐসি, অত্যর্থং প্রিয়ঃ = মশাগী আত্মা ওইবদগী য়ামনা নুংশিফম ওই, চ = অদুগা, সঃ = জ্ঞানী মহাকতুস্নু, মম প্রিয়ঃ = ভগবান্ ঐগী ঈশামক ওইবদগী য়ামনা নুংশিবা মশকনি ॥১৭॥

অপূনবা অর্থঃ—ভক্ত মরিদুগী মনুংদা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি, মরমদি মহাক মতম পুম্নমক্তা ভগবান্ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈ, ভগবান্ ঐবু মশামকনি হায়না অমত্ত ওইনা লেপ্পুনা ভক্তি তৌই। মরম অসিদগী জ্ঞানীদুগী কৃষ্ণ ঐসি মশাগী আত্মা ওইবদগী য়ামনা নুংশিফম ওই, অদুগা মহাক অদুস্নু কৃষ্ণ ঐগী ঈশামক ওইবদগী য়ামনা নুংশিবা মশকনি ॥১৭॥

## অথূপ্পা বা

অরাবা কোকহন্নীংদুনা অমস্তুং শেল-থুম পামদুনা শ্রীভগবান্‌গী ভক্তি তৌবা সকাম ভক্তশিংদি মখোয়না অপাম্বা পোৎশিংবু ফংলবা মতুংদা শ্রীভগবান্‌বু কাউথোকই, ভক্তি তৌবা অমস্তুং নীংবা লায়-থোকলকই। মসি পূন্নমকসিগী মরমদি মখোয়না শ্রীভগবান্‌বু মপুনি খন্দুনা মখোয়দগী অতোপ্পনি হায়বসি লেপ্পদগীনি। মপুগী সেবা তৌবসি মশাগী ওইজবা থিবদগীনি, ওইজবা অদু ফংলবদি মপুবু লাংথোকলকই, মাগী সেবা পুক্নীং চঙনা তৌনীংদবা অসিনচিংবা ওইরকই। ব্যবহারদা মী-শিংনা মসিবু নীংথিনা খঙদুনা লৈরিবনি। সেরক ওইবা মীনা অদুমনা তৌরবদি মপু ওইরিবা অদুনস্তু মখোয়বু শোযদনা লায়থোক্কনি হায়বা অসি ময়েকনি। অদুমক ওইদুনস্তু শ্রীভগবান্‌দি কনা অমত্তবুস্তু লায়থোক্তে, শ্রীভগবান্দি পূন্নমক্কী মফমদা অমত্ত ওইনা মীচঙ-মীথায় নাইদনা চপ মান্নবা য়েংলিবনি, স্বপনা জীবশিংনা তৌবগী মতুং ইন্না মহয় পীবিবা মক্তনি। অদুগা সকাম ভক্তশিং অসিদগীদি নিষ্কাম ভক্তনা অমুক হেন্না ফৈ, মখোয়দি ভুস্বমথৈ মশাগী অপাম্বা থাদোক্তুনা শ্রীভগবান্‌গী পেন্নবদা তৌদুনা ইবুংঙো মাবু ফংনবা অমস্তুং খঙনবা ভক্তি তৌই। অদুমক ওইদুনস্তু শ্রীভগবান্‌বু মখোয়দগী অতোপ্পনি খঙবদগী মশা মশাগী আত্মাবু মখোয়না মুংশিবা অদুগুমনা শ্রীভগবান্‌বু মুংশিদে, খরা লায়থোকনা থমই। অদুগা জ্ঞানী ওইবা ভক্তদি শ্রীভগবান্‌বু শংশঙনা মশাগী আত্মামকনি খঙই, শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা পোৎ অমত্ত অশেংবনি হায়না উদে, শ্রীভগবান্ নত্তবা উরিবা পোৎ পূন্নমকপু মঙদা উবা

পোৎশিংগী মতৌগুম্না খঙই। মরম অসিনা পোৎ পূম্নমক অদুগী অপাম্বা থাদোক্লুনা মশামক্কী আত্মা ওইবা শ্রীভগবান্‌বু মতম পূম্নমক্তা কাউদনা নীংবদগী জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি তাকপনি। মসিদা নত্তুনা আত্মাদগী হেনগৎনা নুংশিবা য়াবা পোৎ অমত্ত লৈতবা মরমদগী অমস্তুং শ্রীভগবান্ মশামক জ্ঞানীগী আত্মা ওইবদগী ইবুংঙো মহাক জ্ঞানীগী য়ামনা নুংশিবা শক্তম ওই। শ্রুতিনস্থু অস্থুমনা হায়রি—"তদেতৎপ্রেয়ঃ পুত্রাৎ প্রেয়ো বিত্তাৎ প্রেয়োঽন্যস্মাৎ সর্ব্বস্মাদান্তরো যদয়মাত্মা" (বৃঃ উঃ ৪/৪/২২)—"পূম্নমক্কী মনুং চন্না লৈরিবা আত্মাসি মচাদগী হেন্না নুংশিবা মশকনি, লল-থুমদগী হেন্না নুংশিবা মশকনি, অতোপ্পা পূম্নমক্তগী হেন্না নুংশিবা মশকনি।" অস্থুমনা শ্রুতিনা হায়রিবা য়া অসিবু জীব পূম্নমকনা সংসারসিদা হিংদুনা লৈননবা হোৎনবা মতমদা খঙনরিবনি, মসিদা থোইনা হায়ফম লৈতে। অদুগা অতোপ্পগী মফমদা নুংশিরিবা অদুস্থু মশা-মশাগী নুংঙাইনবগীদমকনি, অতোপ্পগী নুংঙাইনবা নত্তে। মসিবুস্থু শ্রুতিনা অস্থুমনা হায়রি—ন বা অরে পত্যুঃ কামায় পতিঃ প্রিয়ো ভবত্যাত্মনস্তু কামায় পতিঃ প্রিয়ো ভবতি। ন বা অরে জায়ায়ৈ কামায় জায়া প্রিয়া ভবত্যাত্মনস্তু কামায় জায়া প্রিয়া ভবতি .... .... ন বা অরে সর্ব্বস্য কামায় সর্ব্বং প্রিয়ং ভবত্যাত্মনস্তু কামায় সর্ব্বং প্রিয়ং ভবতি।" (বৃঃ উঃ ২/৪/৫)—"যাজ্ঞবল্ক্যনা মাগী নুপী মৈত্রেয়ীবু অস্থুমনা হায়—"হে মৈত্রেয়ী! নুপীনা মপুরোইববু নুংশিরিবসি মপুরোইবদুগী নীংবা থুংসন্নু, মহাক নুংঙাইসন্নু হায়না নুংশিবা নত্তে, নুপী অদুনা মশাগী

নীংবা থুংনবা অমস্তুং মুংঙাইনবা মপুরোইববু মুংশিবনি। হে মৈত্রেয়ী! মুপানা মাগী মুপীবু ( মতুবু ) মুংশিরিবসিস্তু মতুহু মুংঙাইসনু অমস্তুং মাগী নীংবা থুংজসনু হায়না মুংশিবা নত্তে ; মুপা অতুনা মশাগী আত্মাগী মুংঙাইনবা অমস্তুং নীংবা থুংনবা মতুবু মুংশিবনি। অরে মৈত্রেয়ী! পূম্নমকনা পূম্নমকপু মুংশিরিবসি পূম্নমক মুংঙাইসনু অমস্তুং পূম্নমক্কী নীংবা থুংসনু হায়না মুংশিবা নত্তে, মশা মশাগী আত্মাগী মুংঙাইনবা অমস্তুং নীংবা থুংনবা পূম্নমকনা পূম্নমকপু মুংশিবনি।" মরম অসিনা—"**আত্মা বা অরে দ্রষ্টব্যঃ শ্রোতব্যো মন্তব্যো নিদিধ্যাসিতব্যঃ**" ( বৃঃ উঃ ২/৪/৫ )—"হে মৈত্রেয়ী! আত্মাবু শংশঙনা খঙগদবনি, মতুগীদমক ( শংশঙনা খঙনবগীদমক ) আত্মাগী মরমদা তাগদবনি ( শ্রবণ তৌগদবনি ), তারগা বিচার ( মনন্ ) তৌগদবনি, অমস্তুং বিচার তৌরগা নিদিধ্যাসন ( আত্মাবু শংশঙনা খঙনবা সমাধিগী অভ্যাস ) তৌগদবনি।" মরম অসিনা আত্মাবু শ্রীভগবান্‌মকনি হায়না শংশঙনা খঙলবা জ্ঞানীগীদমক শ্রীভগবান্ থ্বায়দগী হেন্না মুংশিবগী মশকনি হায়বসিদা করি চিংনফম লৈগনি ? মতৌ অতুমনা শ্রীভগবান্‌গীদমকস্তু জ্ঞানী সাক্ষাৎ মশামক ওইবা মরমদগী থ্বায়দগী হেন্না মুংশিফম ওইবা শোয়দবনি। অশেংবা মওঙদা জগৎ পূম্নমকসি শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বসিবুদি শ্রুতিশিংনা ( বেদনা ) লাউহুনা তাকলি। মসিবু তাক্তবা উপনিষৎ অমত্ত লৈতে। পুরাণশিংস্তু মমৈথওদা তত্ত্ব ওইনা মসিবু তাকপা ঙাক্তনি। খূদম ওইনা অধ্যাত্মোপনিষৎপু লৌসী—"**ন প্রত্যগ্-ব্রহ্মণোর্ভেদং কদাপি ব্রহ্মসর্গয়োঃ**" ( অঃ উঃ ৪৬ )—'পূম্নমক্তা

চঙতুনা লৈরিবা আত্মা অমস্তুং ব্রহ্মদা, অদুগা ব্রহ্ম অমস্তুং জগত্তা কদৌঙৈদস্তু খেন্নবা লৈতে।” “একমেবাদ্বয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন” ( অঃ উঃ ৬৩ )—“স্বপনা অমত্তং ওইবা অমস্তুং অনীশুবা লৈতবা ব্রহ্মনি. মঙোন্দা ময়াম ওইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈতে।” মরম অসিনা জীবশিংবু অণ্ুনি হায়না লৌরগা পরমাত্মাগী শরুক ওইনা জীবশিং অমস্তুং জগৎপু শ্রীভগবান্‌গী অশেংবা হকচাংনি হায়না লৌরগা অমত্ত ওইবনি অসিনচিংবা হায়বসি লৌবা য়াবা নত্তে। যুক্তিনা মরম ওইতুনা বিচার তৌরবস্তু মসি ওইথোক্তবনি। মতুংদা মতাংগী মতুং ইন্না মসিগী মরমদা বিচার তৌগনি ॥১৭॥

অদু ওইরবদি অরাবা ফংতুনা লৈবনচিংবা ভক্ত অছুমগী মথক্তা নহাক্কী নুংশিবা লৈতরে হায়না চিংনরবদা মদুগী পাউথুমবু অস্তুমনা হায়রি—

**উদারাঃ সর্ব্ব এবৈতে জ্ঞানী ত্বাত্মৈব মে মতম্।**
**আস্থিতঃ স হি যুক্তাত্মা মামেবানুত্তমাং গতিম্॥১৮॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ—এতে সর্ব্বে = অরাবা ফংতুনা লৈবা ভক্ত, নল-থুম পাম্বা ভক্ত অমস্তুং তত্ত্ববু খঙনীংবা ভক্ত মখল অছুমসিগী ভক্ত পুন্নমকসি, উদারাঃ এব = অথোইবা অমস্তুং কৃষ্ণ ঐনা নুংশিবা ভাক্তনি ; তু = অদুমনমক ওইতুনস্তু, জ্ঞানী = জ্ঞানী ওইবা ভক্তসিদি, মে আত্মা এব = কৃষ্ণ ঐগী আত্মামকনি হায়বসি, মতম্ = অশেংবা অমস্তুং অরেপ্পা রানি, হি = মসিগী মরমদি, সঃ = জ্ঞানী ভক্ত অদুনা, যুক্তাত্মা = মতম পুন্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নিং থিংজিন্দুনা, অনুত্তমাং

গতিং = খ্বায়দগী অথোইবা খুৎম, মাং এব = কৃষ্ণ ঐমক্তবু, আস্থিতঃ = ফংগে ( ঐঙোন্দা তিনগে ) হায়না লেপত্রে ॥১৮॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—অৱাবা ফংহুনা লৈবনচিংবা ভক্ত পুম্নমক অসি অথোইবা অমস্তুং মুংশিবা ওাক্তনি, অদুমনা ওইরবস্থু জ্ঞানী ওইবা ভক্তসিদি কৃষ্ণ ঐগী আত্মামকনি হায়বসি অ'রেপ্পা রানি। মরমদি মহাকনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পূক্নীং থিংজিন্দুনা খ্বায়দগী অথোইবা খুৎম কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগে হায়না লেপত্রে ॥১৮॥

## অথূপ্পা ৱা

তাইবং অসিদা লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমকসি শ্রীভগবান্ বাস্থদেব কৃষ্ণদগী অতোপ্পা অমা নত্তে, মাগী যোগ মায়ানা মরম ওইদুনা মঙোন্দা পুম্নমকসি উবদনি। মহুদস্থু অন্তঃকরণ ( পূক্নীংগী মশক ) ওইবা উপাধিশিংনা খায়দোকপদগী জীব পুম্নমকসি মশীং নাইদনা তোপনা তোপনা মম্বাম ওইবগুম তৌরিবনি। মখোয়শিংদুগী মনুংদা মশা মশামকপু শ্রীভগবান্ বাস্থদেবমকনি খঙদবা জীবশিংনা অৱাবা তাবনচিংবা মতমদা মহুদগী নাস্থোকনবা মখোয়না শ্রীভগবান্বু মখোয়দগী তোঙান্না খন্দুনা ভক্তি তৌজবনি অদুগা শ্রীভগবান্সু মখোয়না খনবা অমস্তুং পামবা অদুগী মতুং ইন্না মখোয়গী মফমদা লমচৎ চৎপনি। মসিবু অহানবদা শ্রীভগবান্ মশামকনা অস্থমনা হায়ত্রিবনি—"যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্" (গীতা ৪/১১)—"মী-শিং অদুনা মওঙ অদুমনা ঐবু নীংজে, মখোয় অদুবু মওঙ অদুমক্তদা ঐনা কৃপা তৌবি।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্সু

অজ্ঞানী ওইবা ভক্তশিংগী মফমদদি মখোয়না শ্রীভগবান্‌বু তোপনা খনবা অদুগুমনা মখোয়বু তোপনা খঙবগুম তৌদুনা থম্মি অমসুং মখোয়না অপাম্বা অদু থুংনবা তৌবি। অদুগা জ্ঞানী ভক্তদি শ্রীভগবান্‌বু সাক্ষাৎ মশামকনি আত্মানি হায়না লেপ্পী। মসিবু শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—"অহমেবাক্ষরং ব্রহ্ম বাসুদেবাখ্যমদ্বয়ম্" ( নাঃ পঃ উঃ ৩/২০ )—"বাসুদেব হায়না কৌবা, অতোপ্পা অনীশুবা পোং লৈতবা অমসুং অমাঙ-অতা লৈতবা ব্রহ্মদু ঐমকনি।" মতৌ অসুমনা শংশঙনা পরব্রহ্মবু মশামকনি খঙলবা জ্ঞানী অদুবুদি শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্নসু—"জ্ঞানীদি ঐগী আত্মামকনি হায়বসি অরেপ্পা রানি" হায়বনি। অসিগুম্বা জ্ঞানী হিংদুনা লৈরিঙৈগী মতমদা অন্তঃকরণ উপাধিনা শ্রীভগবান্দগী তোপনা উবগুম তৌরবসু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদুনা শিবমক্তদা শ্রীভগবান্দা তিন্দুনা অথোইবা অরানখুবম ফংই হায়বসিবুসু শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না তশেং তশেংনা তাকলি॥১৮॥

অসিগুম্বা জ্ঞানীসি সংসারসিদা য়ামনা তাঙই হায়না থাগদুনা অসুমনা হায়রি—

**বহূনাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে।**
**বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ॥১৯॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :—বহূনাং জন্মনাং=মপোক ময়ামগী, অন্তে=মমৈদা ( অরোইবদা ), "বাসুদেবঃ সর্ব্বম" ইতি="লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমকসি বাসুদেব ভগবান্‌মক্তনি" অসুমনা লেপ্পূনা, জ্ঞানবান্=শংশঙনা খঙলবা জ্ঞানী ভক্তনা; মাং প্রপদ্যতে=কৃষ্ণ ঐবু নীংদুনা

ভক্তি তৌহুনা লৈ, স মহাত্মা = অসিগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মহাত্মাসি, সুদুর্লভ = য়াম্না ফংঙমদবনি ॥১৯॥

**অপূনবা অর্থঃ**—মপোক ময়ামগী মমৈদা "পূম্নমকসি বাসুদেব ভগবান্মক্তনি" অসুমনা খঙলবা জ্ঞানী ভক্তনা কৃষ্ণ ঐবু নীংতুনা ভক্তি তৌহুনা লৈ, অসিগুম্বা জ্ঞানী মহাত্মাসি ফংঙমদবনি হায়বদি য়ামনা তাংই ॥১৯॥

## অথূপ্পা বা

পূম্নমক্কী মশক ওইনা শ্রীভগবান্বু খঙবসি মপোক অমত্তদা .ৌবা পুণ্য কর্ম্মনা ওইবা য়াবা থোক্তে। হৌখিবা মপোক কয়া-মগী থর থরদং তৌখিবা অমসুং তুংদূনা লৈবা পুণ্যশিংগু পূনশিল্লগা মমৈথংদা অবোইবা ওইনা ফংবা মপোক অদুদা জ্ঞানসি ফংদুনা ৬৭নীনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইববদা শ্রীভগবান্দা তিল্লিবনি। মসিবু শ্রীভগবান্না অহানবমক্তদা হায়খ্রে—

**মনুষ্যাণাং সহস্রেষু কশ্চিদ্ যততি সিদ্ধয়ে।**
**যততামপি সিদ্ধানাং কশ্চিন্মাং বেত্তি তত্ত্বতঃ॥**

(গীতা ৭/৩)

মরম অসিনা জ্ঞানসিবু য়ামনা লায়না মী থুদিংমকনা ফংবা ঙমদে, মবাইবক ফবা মীদনা জ্ঞানসিবু ফংলগা পোকপা-শিবা নাইবা সংসারসিদা অমুক হন্না লাক্রিবনি। মরম অসিনা "অন্তে" হায়বা ওয়াহয়শিনা মপোক ময়ামগী মমৈদা অরোইবা মপোক্তা মীনা জ্ঞান থ ই হায়না শ্রীভগবান্না তাকপনি। শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—

"ব্রহ্মবেদ বহ্মৈব ভবতি" ( মুঃ উঃ ৩/২/৯ ) "ব্রহ্মবু খঙবা মী ব্রহ্মমক ওই।" "ব্রহ্মরূপতয়া পশ্যন্ ব্রহ্মৈব ভবতি স্বয়ম্" ( অম্নঃ উঃ ২/১৪ )—"তাইবংসিবু ব্রহ্মগী মশক ওইনা উরবা মীহু মশামক ব্রহ্ম ওই।" মতৌ অসুমনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংলবা মতুংদা অমুক হন্না মপোক ফংনবা কর্ম্ম পূন্নমক মাঙখি। মসিবুসু অসুমনা তাকলি—

ভিদ্যতে হৃদয় গ্রন্থিশ্চিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ।
ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্দৃষ্টে পরাবরে॥
( মুঃ উঃ ২/২/৮ )

"পরাবর" হায়বদি—পরব্রহ্ম অমসুং অবরব্রহ্মবু শংশঙনা খঙলবদা মীহুগী কর্ম্ম পূন্নমক মাঙখি, পুক্নীংদা চিৎ ( চেতন ) অমসু জড় (অচেতন) অনীগী অমত্ত ওইনা কিশি কিহুনা লৈরম্বহু নাম্মোকখি, অহুগা জ্ঞানীহুগী মীৎয়েংদা চিংনবা য়াবা অনীগুবা পোৎ অমত্ত লৈতবদগী মাগী চিংনবা পূন্নমকসু পূমকোক কোকই। মসিদা পরব্রহ্মদি নির্ব্বিশেষ, নির্গুণ অমসুং নিরাকার ওইনা লৌগদবনি, অদুগা অবরব্রহ্মবু সবিশেষ, সগুণ অমসুং নিরাকার নত্রগা সাকার ওইনা লৌগদবনি। পরব্রহ্মমক মঙোন্দা শক্তি ওইনা চঙজহুনা লৈবী অমসুং গুণ অহুমনা তিনবী মায়ানা মরম ওইহুনা অবরব্রহ্ম ওইবনি ; অশেংবা মওঙদদি নির্ব্বিকার অমসুং নির্ব্বিশেষ ব্রহ্ম নত্তনা অবরব্রহ্ম অতোপ্পা অমা নত্তে, সুপনা মায়া উপাধিনা মরম ওইহনা গুণ লৈবা অমসুং অবতারনচিংবা লৌদুনা মওঙ লৈবগুম তৌবদান।

মসিদা কনা কনাগুম্বনা ব্রহ্ম অশেংবা শক্তমদা নির্গুণ অমসুং নির্ব্বিশেষনি ( অথোই-অহেন লৈতনা চপ মান্নবা লৈবনি ) হায়বসিবু



বহূনাং জন্মনামন্তে জ্ঞানবান্ মাং প্রপদ্যতে।
বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ।।

য়ানীংদহুনা সুপনা সবিশেষ ( অথোই-অহেন নাইবা ) অমসুং সগুণ ( গুণ লৈবা ) ব্রহ্মনি হায়বসি য়ারগা নির্ব্বিশেষ অমসুং নির্গুণবু তাকপা শ্রুতি ( বেদকী ৱাহয় ) অমসুং পুরাণগী ৱাহয়শিংবু, খণ্ডন-খণ্ডনা অমসুং উনা-উনা খণ্ডদবগুম অমসুং উদবগুম তৌনা লৈথোকই, অদুগা সগুণ অমসুং সবিশেষবু তাকপা ৱাহয়শিংদবু প্রমাণ ওইনা পীদুনা মীগী মমিত্তা উফুল চাইশিল্লগা নত্তবা অর্থ তৌনবা হোৎনৈ। থূদম ওইনা হায়রবদি—নির্গুণগী অর্থ অসুমনা তৌই—“প্রাকৃত গুণ লৈতবা অমসুং অপাকৃত গুণশিংনা থন্না লৈবসি নির্গুণনি।” অদুনু অসিগুম্বা অর্থসিবু তাকপা চম্বা প্রমাণদি অমত্ত পীদে, মনীং তমনা মখোয়না পাম্বা অর্থ তৌদুনা লৈ। মখোয়না প্রমাণনি হায়না য়াৱিবা অমসুং লৌৱিবা উপনিষৎ অমসুং পুরাণনচিংবা পূম্নমক্তা পরমাত্মাবু অশেংবা শকতনদা নির্গুণ, নির্ব্বিশেষ অমসুং নিরাকার ওইনা লৌবা ঙাক্তনি। থূদম ওইনা হায়রবদি—মখোয়না পরমাত্মাবু সগুণ অমসুং সবিশেষ সিদ্ধ তৌনবগীদমক শ্বেতাশ্বেতর উপনিষৎকী ৱাহয় কয়ামুক প্রমাণ ওইনা পী। অদুবু মদুদা ইৱিবা—“সর্ব্বভূতাধিবাসঃ সাক্ষী চেতা কেবলোনির্গুণশ্চ” (৬/১১)—হায়বা শরূক অসিবুদি থাদোকই। মসিগী অর্থদি—“অচৎ-চত্ত তাইবং পূম্নমক্কী চণ্ডজফম ভূংনফম ( অধিষ্ঠান ) ওইবা, পূম্নমকপু ঙাস্থোক্লুনা তোপনা সাক্ষী ওইনা লৈবা চৈতন্যগী ( জ্ঞানগী ) মশক ওইবা, মহাক নত্তবা অনীশুবা পোৎ অমত্ত লৈতবা অমসুং গুণ অমত্ত লৈতবা নির্ব্বিশেষ পরমাত্মানি।” মসিদা “নির্গুণ” অমসুং “নির্ব্বিশেষ” ৱাহয় অনীসিগী অশেংবা অর্থ অসুমনা ওইগনি—“নির্গতাং গুণা

যস্মাদিতি নির্গুণঃ”—“মঙোন্দগী গুণ পূমনমক চংথোকখ্রবহুবু নির্গুণ কৌই।” “নির্গতাঃ বিশেষাঃ যস্মাদিতি নির্ব্বিশেষঃ”—“মঙোন্দগী অথোই অহেন ওইবা বিশেষ পূম্নমক চংথোকখ্রবা অহুবু নির্ব্বিশেষ কৌই।” মসিবু অহানবদা “নির্দোষং হি সমং ব্রহ্ম” (৫/১৯) অস্নুমনা শ্রীভগবান্না হায়খ্রে। মসিদা “নিরাদয়ঃ ক্রান্ত্যাদ্যর্থে পঞ্চম্যা”—বার্ত্তিক সূত্র অসিনা সমাস তৌহুনা ব্যাকরণগী মতুং ইন্না সিদ্ধ ওইবা নির্গুণনচিংবা য়াহয়শিংনি। অহুগা বিষ্ণুপুরাণ, শ্রীমদ্ভাগবত-নচিংববুস্নু মখোয়না মকোক ওইবা প্রমাণ ওইনা লৌই। অহুবু মহুদস্নু অস্নুমনা ইরি—“রূপবর্ণাদিনির্দেশ-বিশেষণবিবর্জিতঃ” (বিষ্ণু পুঃ ১/২/১০)—“পরমাত্মা মশক-মওঙ-মচু-মিং-বিশেষণ (গুণ) লৈতবনি।” “নমো নমোঽবিশেষস্ত্বং ত্বং ব্রহ্মা ত্বং পিনাকধৃক্” (বিষ্ণুপুঃ ১/৯/৬৯)—“দেবতাশিংনা বিষ্ণুগী স্তুতি অস্নুমনা তৌই—ইবুংঙো নহাকপু হন্না হন্না খুরুমজরি, নহাক্তি নির্ব্বিশেষনি, অতুমক ওইহুনস্নু নহাক ব্রহ্মানি (চতুর্মুখনি), নহাক পিনাক লৌরুং পায়বা মহাদেবনি।”

মতুংদা মতাংগী মতুং ইন্না বিষ্ণুপুরাণগী প্রমাণ য়ামনা পীগনি; হৌজিক শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদগীস্নু প্রমাণ খরা লৌসি—

স এবেদং সসর্জাগ্রে ভগবানাত্মমায়য়া।
সদসদ্রূপয়া চাসৌ গুণময্যাঽগুণো বিভুঃ॥
(ভাগঃ ১/২/৩০)

শ্রীভগবান্ ইবুংঙো মহাকনা সত্ত্ব, রজঃ অমস্নুং তমঃ গুণ অহুমগী মশক ওইবী, লৈ হায়না উরবস্নু অশেংবমক্তি মতম অহুম্মক্তা লৈতবী

মশাগী মায়ানা মরম ওইহুনা লৈশেমগী অহোবদা তাইবংশিবু শেমখি, অশেংবমক্তি মহাক অগুণনি হায়বদি নিগুর্ণনি অমস্তুং শীনথুংনা লৈবনি।

সত্ত্বং রজস্তম ইতি নিগুর্ণস্য গুণাস্ত্রয়ঃ।
স্থিতি সর্গনিরোধেষু গৃহিতা মায়য়া বিভোঃ॥
(ভাগ ২/৫/১৮)

"শীনথুংনা লৈবা অমস্তুং অশেংবমক্তি নিগুর্ণ ওইবা পরমাত্মাগী সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ গুণ অহুম লৈ; অদুগা ইবুংঙো মহাকনা মায়ানা মরম ওইহুনা লৈশেম ঙাকপা মতমদা সত্ত্ব গুণ লৌদূনা বিষ্ণু ওইনা লৈ, লৈশেম্বদা রজোগুণ লৌদূনা ব্রহ্মা ওইনা লৈ, অদুগা লৈশেম মাঙহনবা মতমদা তমোগুণ লৌদূনা রুদ্র ওইনা লৈ।" "নিগুর্ণং নিত্যমদ্বয়ম্" (ভাগঃ ২/৬/৩৯)—"পরমেশ্বর নিগুর্ণনি, নিত্যনি অমস্তুং অনীশুবা লৈতবনি।" মসিদি শ্রীমদ্ভাগবতকী অহোবগী য়ানী; লোইবা ফাওবদা অসিগুম্বা য়ানা থন্না লৈরিবনি। ফীবমসিদা পরমাত্মা নির্ব্বিশেষ ওইবা য়াদে হায়বসি করমনা সিদ্ধ তৌগনি? স্থপনা সবিশেষপু য়ারগা নির্ব্বিশেষবু য়াদবা কাঙবুনা উপনিষৎ অমস্তুং পুরাণ-নচিংববু করমনা প্রমাণনি হায়না য়াগনি; মসি পূম্নমক-সিবু নীংথিনা বিচার তৌগদবনি। পরমাত্মাগী অশেংবা মগুঙবু নিগুর্ণনি লৌদূনা বিদুরনা মৈত্রেয়গী মফমদা অস্থমনা হংই—

ব্রহ্মন্ কথং ভগবতশ্চিন্মাত্রস্যাঽবিকারিণঃ।
লীলয়া চাপি যুজ্যেরন্নিগুর্ণস্য গুণাঃ ক্রিয়াঃ॥
(ভাগঃ ৩/৭/২)

"হে ব্রহ্মন্। স্বপনা জ্ঞানগী মশক ওইবা, মওঙ ওন্থোকপা লৈতবা অমস্তুং গুণ অমত্ত লৈতবা ( নিগু'ণ ওইবা ) ইবুংঙো মাগী গুণশিং অমস্তুং ক্রিয়াশিং ( মতীক মগুণ অমস্তুং থবকশিং ) লীলা ওইনা ফাওবস্তু করমনা ওইবা য়াগনি ?"

সবিশেষবাদীশিংগী মতুং ইল্লবদি মসিদা মৈত্রেয়না—"হে বিদুর ! নঙনা হংলিবসি নিগু'ণগী অর্থ খঙদহনা তৌরিবনি, নিগু'ণগী অর্থ গুণ লৈতবা হায়বা নত্তে, প্রাকৃত গুণ ( জীবশিংগী প্রকৃতিদগী ওইবা গুণ ) ভগবান্দা লৈত্রবস্তু অপ্রাকৃত গুণ ( প্রকৃতিগী নত্তবা অতোপ্পা গুণশিং ) লৈ হায়বসি নিগু'ণগী অর্থনি" অস্থমনা পাউখুম পীরমগদবনি। অহুবু মৈত্রেয়নদি মসিগী পাউখুম অস্থমনা পীরি—

সেয়ং ভগবতো মায়া যন্নযেন বিরুদ্ধ্যতে।
ঈশ্বরস্য বিমুক্তস্য কার্পণ্যমুত বন্ধনম্॥
( ভাগঃ ৩/৭/৯ )

"মতম পুম্নমক্তা মুক্ত ওইবা ( মনীং তমনা লৈবা ) পরমাত্মাগী অশোনবা অমস্তুং অপুনবনচিংবসি যুক্তিনা বিচার তৌরবদি অমত্ত লৌবা য়াবা নত্তে, অহুনক ওইহুনস্তু মসি পুম্নমকসি ইবুংঙো মাগী মায়া অহুনা ওইরিবনি।"

মসিগী মমিং মায়াবাদনি, শ্রীভগবান্না তৌরিবা পুম্নমক মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা তৌবা ঙাক্তনি, ভগবান্দি মতম পুম্নমক্তা নির্বিশেষ ওইনা লৈরিবনি ; মসি মাগী অশেংবা মশকনি, মায়ানা সবিশেষ ওইরিবা অহুদি মাগী লীলানি, অবতারনচিংবা লৌদুনা

সাকার ওইরিবা অসিস্থ মাগী লীলানি ; মসিদা ঐখোয়না মসি করমনা ওইরিবনো অমস্থুং মসিনা করমনা ওইদ্রিবনো অসিনচিংবা হায়ফম থোক্তে। ঐখোয়না তৌগদবদি মাগী ভক্তি তৌজন্তুনা ইবুংঙো মাবু খঙনবা হোৎনবা অসিনি; মতুতদা মী ওইনা পোকপসি মহয় য়ান্দুনা য়াইফবা ফংগদবনি। অতুগা "বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি" অসিগীস্থ কনাগুম্বনা অঙকপগী মশক ওইনা অর্থ তৌই। জীবাত্মাসি অণু পরিমাণনি (অণুমুক্তা চাউবা য়াম্না কৃপ্পা মশকনি); মহাক চেতননি হায়বগী অর্থদি মঙোন্দা জ্ঞান গুণ লৈ হায়বনি, জ্ঞান মাগী মশক নত্তেঃ গুণনি অতুগা মাগী স্বভাব মীনাই ওইবনি, মোক্ষগী মতমদস্থ শ্রীভগবান্দগী তোপনা মীনাই ওইতুনা লৈগদবনি; জীবনা মশাবু শ্রীভগবান্গী মীনাইনি খঙবসি জ্ঞান-নি অমস্থুং "বাসুদেব ভগবান্ ঐগী পূম্নমকনি" খঙবসি জ্ঞাননি। মরম অসিনা "তত্ত্বমসি" (ছাঃ উঃ ৬/৮/৭) অসিগী অর্থ "তস্য ত্বমসি" "নং মহাক্কীনি" হায়বনি অসিনচিংবা। অদুবু শাস্ত্র খঙবা অশিংবা মীনা খরা নীংথিনা বিচার তৌতুনা য়েংলবদি হায়রিবা অর্থ (র্রা) পূম্নমকসি অমত্ত লোবা য়াদে। জীবসিবু অণুনি অমস্থুং জ্ঞান মাগী গুণনি য়ারবদি জীবগী মশক; জ্ঞানদগী অতোপ্পা ওইবদগী শোয়দনা পৃথিবীনচিংবগী মতৌগুমনা জড়নি (চঙদবনি) অমস্থুং জ্ঞান ওইবা গুণনা চেতননি (অচংবনি) অস্থুমনা য়াবা তাই। অসিগুম্বা অণু জীবসি হকচাংগী মচি অমদা (হৃদয়দা) লৈরগা মাগী গুণ চৈতন্য (জ্ঞান) অতুনা হকচাং পূম্নমক ঙাক্লোকলগা অরা-হুংঙাইনচিংবা পূম্নমকপু খঙহল্লী হায়বসি য়ারবদি র‍্রাস্থতুনা লৈবা মতমদা হকচাং শীনথুংনা লৈরম্বা

জ্ঞান ( চৈতন্য ) অদু মাঙখিবদগী জীব ওইবা গুণী ( জ্ঞান—গুণ লৈবা জীব ) অদুস্থু শোয়দনা মাঙখিগনি হায়বা তাই ; মরমদি চফ্ মনুংদা থম্বা থাওমৈগী মঙাল মাঙথ্রবদি থাওমৈ অদু হান্নগী মতৌগুমনা চাত্নুনা অদুমক লৈহৌই হায়বা য়াদে, মঙাল মাঙবগা লোয়ননা মদুস্থু শোয়দনা মুৎকনি। মতৌ অদুমনা জীবস্থু মঙাল ওইবা মাগী গুণ জ্ঞান মাঙবগা লোয়ননা শোয়দনা মাঙগনি, মহাক মাঙদনা লৈহৌবা য়ারোই। মদু মাঙথ্রবদি অমুক হিংগৎলক্কনি অমস্থুং অতোপ্পা মপোকনচিংবা ফংগনি অসিনচিংবা য়ারিবা পূন্নমক অদু অরেম্বদা তাগনি অমস্থুং লোবা য়াবা রা অমত্ত ওইরোই।

ব্যবহারদা ঐখোয়না জীবনি হায়না কৌরিবা আত্মাসিগী মশক মওঙবু ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণদা শ্রীকৃষ্ণ মশামকনা শ্রীরাধাবু তাক্নুনা অস্নুমনা হায়রি—

জীবো মৎপ্রতিবিম্বশ্চ সর্ব্ব সর্ব্বত্র জীবিষু।
ভোক্তা শুভাশুভানাঞ্চ কর্ত্তা চ কর্ম্মণাং সদা॥
যথা জলঘটেষ্বেব মণ্ডলং চন্দ্র সূর্য্যয়োঃ।
ভগ্নেষু তেষু সংশ্লিষ্টস্তয়োরেব তথা ময়ি॥

( ব্রঃ বৈঃ পুরাণ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৬৭/৪৬,৪৭ )

"থরায়পানবা পূন্নমক্তা লৈরিবা জীব পূন্নমকসি কৃষ্ণ ঐগী প্রতিবিম্বনি ( মিনি ), মতম পূন্নমক্তা অফ-ফত্তগী ( পাপ-পুণ্যগী ) মহয় চাবা ভোক্তানি অমস্থুং কর্ম্মশিংগী কর্ত্তানি ( অতৌবনি )। নুমিৎ অমস্থুং থাগী মমি চফুশিংদা লৈবা ঈশিংদা তাই অদুগা চফুশিং অমস্থুং ঈশিংশিং মাঙলবদা অমুক হন্না মি অদু নুমিৎ অমস্থুং থাদা

তিল্লী, মতৌ অদুমনা জীব অসিসু হকচাংশিং অমসুং অন্তঃকরণশিং মাংলবা মতমদা ( মোক্ষ ফংবা মতমদা ) কৃষ্ণ ঐমক্তদা তিল্লী।”

ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণসি বৈষ্ণবশিংগী প্রমাণ ওইনা য়ামনা অথোইবা লাইরিক অমনি। মসিদা শ্রীকৃষ্ণ মশামকনা হায়রিবা জীবগী মশকসিবু য়াদনুনা মনীং তমনা জীবগী মশক য়াবা অসিবু বৈষ্ণব অমনা হৌনবরা নত্রগা হৌনদবরা হায়বসি খন্দুনা য়েংবনা চুমই। মসিদা নত্তনা অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণনা নন্দবাবাবু পরমার্থতত্ত্বগী উপদেশ পীবদা অস্নুমনা হায়রি—

অহমাত্মা চ সাক্ষী চ নির্লিপ্তঃ সর্ব্বজীবিষু॥
জীবো মৎপ্রতিবিম্বশ্চ ইত্যেবং সর্ব্বসম্মতম্।
প্রকৃতির্ম্মদ্বিকারা চ সাপ্যহং প্রকৃতিঃ স্বয়ম্॥

( ব্রঃ বৈঃ পুঃ কৃষ্ণজন্ম খণ্ড ৭৩/৪৬/৪৭ )

“হে নন্দবাবা! থরায়পানবা পুন্নমক্তা কৃষ্ণ ঐ আত্মানি, পূন্নমকপু য়েংদুনা লৈবা সাক্ষীনি, অমসুং কনা অমত্তগা শমনদবনি ( তোপ-তোপনা লৈবনি )। অদুগা জীবসিদি কৃষ্ণ ঐগী প্রতিবিম্বনি (মিনি) হায়রবা সিধান্তসি পূন্নমক্কী মত অমত্তনি ( মসিদা মত খেন্নবা লৈতে ), প্রকৃতি অসিসু কৃষ্ণ ঐগী বিকারনি ( ঐডোন্দা লৈবা শক্তিনি ), মরম অসিনা প্রকৃতিসি কৃষ্ণ ঐমকনি ( কৃষ্ণ ঐডোন্দগী অতোপ্পা নত্তে )।”

মসিদা প্রকৃতিদি “গুণময়ী মম মায়া” (৭/১৪) অস্নুমনা ভগবান্না হায়খিবা গুণ অদুম তিনবী মায়া অদুনি। অদুগা জীবগী

মরমদদি বেদান্তদর্শনদস্থ "আভাস এব চ" ( ২/৩/৫০ )—অস্থুমনা "জীববু চেতনাভাসনি ( চেতনগী মমিনি )" হায়না তাকলি। মসি পুন্নমকসি "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্তা নীংথিনা বিচার তৌগে, মতুংস্থ য়েংবিয়ু।

শ্রুতিনস্থ জীবগী মরমদা অস্থুমনা হায়রি—

অগ্নির্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো
রূপং রূপং প্রতিরূপো বভূব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা
রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ॥

( কঠঃ ২/২/৯ )

"অমত্ত ওইবা মৈ তাইবং পুন্নমক্তা চঙলগা মথল মথা অয়াম্বা মওঙ মশকশিংগী মতৌগুম্বা মওঙ মশকশিং ওই, মতৌ অদুমনা থরায় পানবশিংগী মন্নুংদা আত্মা ওইনা লৈবা অমত্ত ওইবা পরমাত্মাস্থ মথল মথা অয়াম্বা মওঙ-মশকশিংগী মতৌগুম্বা মওঙ মশকশিং লৌদুনা লৈ, অদুগা শীনথুনা লৈবা মরমদগী মহাক মথোয়গী মপান্দস্থ লৈ।"

মতৌ অস্থুমনা উপাধিশিংনা মরম ওইদুনা মপানথোংগী মীৎ-য়েংদা থেন্ননা উরবস্থ অমস্থং খণ্ডলবস্থ উপাধি লৈতবা অশেংবা মওঙদদি জীব অমস্থং পরমাত্মাদা করিমত্ত থেন্নদে, অমত্তনি। মরম অসিনা "তত্ত্বমসি" শ্রুতিসিদা কনাগুম্বনা "তস্য ত্বম্" হায়না সনাস তৌদুনা "মাগী হায়বদি পরমাত্মাগী" নঙনি হায়বদি "নঙ মীনাইনি" অস্থুমনা অর্থ তৌরবস্থ "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" ( বৃঃ উঃ ২/৫/১৯ )—

"জীবাত্মাসি ব্রহ্মনি" "অহং ব্রহ্মাস্মি" ( বৃঃ উঃ ১/৪/১০ )—"ঐ ব্রহ্মনি" অসিনচিংবা শ্রুতিশিংগী অর্থবুদি কনা অমত্তনা ওন্ন-তৈননা তৌবা ঙম্মোই। মসিদা নত্তনা "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" ( বৃঃ উঃ ৪/৫/৭ ), "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছাঃ উঃ ৭/২৫/২), "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( নৃঃ উঃ ৭/৩ )—অসিনচিংবা মন্ত্রশিংদা জীবাত্মা অমস্মুং ব্রহ্মাবু অমত্ত ওইনা লৌতুনা মতুদগী তাইবঙসি অতোপ্পা অমা নত্তে তাকলিবসিবু কনানা গুন্থোক্তুনা অর্থ তৌবা ঙমগনি ? মতৌ অতুমনা গীতাগী শ্লোক অসিদসু "বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি" অসুমনা শ্রীভগবান্না তাকলিবা অসিদা "পূন্নমকসি বাসুদেবমক্তনি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে" হায়রি। অতুগা বাসুদেব কদায়বু কৌবগে হায়বসিবুদি বিষ্ণুপুরাণদা অসুমনা তাকলি—

সর্ব্বাণি তত্র ভূতানি বসন্তি পরমাত্মনি।
ভূতেষু চ স সর্ব্বাত্মা বাসুদেবস্ততঃ স্মৃতঃ॥
ভূতেষু বসতে সোহন্তর্বসন্ত্যত্র চ তানি যৎ।
ধাতা বিধাতা জগতাং বাসুদেবস্ততঃ প্রভুঃ॥

( বিঃ পুঃ ৬/৫/৮০,৮২ )

"পরমাত্মা অতুদা তাইবং পূন্নমকসি লৈ, অতুগা পরমাত্মা মশা-মকসু পূন্নমক্কী আত্মা ওইনা থরায় পানবা পূন্নমক্তা লৈ ; মরম অসিনা ইবুংঙো মাবু বাসুদেব কৌই। প্রভু ( পূন্নমক্কী ইবুংঙো মহাক ) তাইবং পূন্নমক্কী মনুংদা শীনথুংনা লৈ, অতুগা তাইবং পূন্নমকসু ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজতুনা লৈ, মতৌ অসুমনা ইবুংঙো মহাক তাইবংসিগী

শেমবিবা অমস্থুং য়োকপি-থাকপিবা ওইবা মরমদগী মহাকপু বাস্থুদেব হায়নৈ।”

অসিগুম্বা বাস্থুদেব ইবুংঙো মহাকপু পূম্নমকনি খঙবসি মপোক অমত্তদা তৌবা পুণ্যনা ওইবা য়াবা ব্রা নত্তে। মপোক কয়ামুক্তা তৌখিবা পুণ্যগী মহয় ওইনা মপোকসিদা মহু ফংলিবনি অহুগা মহু ফংলবদি অমুক হন্না সংসারসিদা পোকলরোইদবনি। মরম অসিনা অস্থুমনা খঙবা মহাত্মা সংসারসিদা য়ামনা তাঙই হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকলিবনি। মৈত্রেয়গী মফমদস্থু পরাশরনা অস্থুমনা হায়রি—

অহং হরিঃ সর্ব্বমিদং জনার্দনো
নাহন্যত্ততঃ কারণকার্য্যজাতম্।
ইদৃঙ্মনো যস্য ন তস্য ভূয়ো
ভবোদ্ভবা দ্বন্দ্বগদা ভবন্তি॥

(বিঃ পুঃ ১/২২/৮৭)

“ঐ অমস্থুং লেঙলি পাল্লিবা তাইবং পূম্নমকসি জনার্দন হরিমকনি, কার্য্য-কারণ পূম্নমকসি মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে, অস্থুমনা মীতুগী পুক্নীং লেপলবদি মহাক্কী অমুক হন্না সংসারদা ওইগদবা অঙৈং-অশা, অন্না-নুংঙাইনচিংবগী মশক ওইবা লায়নাশিং ওইদে॥১৯॥

মতৌ অস্থুমনা আর্ত্তনচিংবা (অন্নাবা ফংহুনা লৈবনচিংবা) ভক্ত মরিগী মন্নুংদা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী অথোইবনি অমস্থুং মাদি মশামক্কা লোয়ননা তাইবং পূম্নমকপু বাস্থুদেবনি হায়না খঙবনি হায়বসি তাকলগা হৌজিক অতোপ্পা ভক্ত অহুমগী মন্নুংদস্থু কনা কনাগুম্বনা

ইবুংঙো মাবু থাদোকলগা অতোপ্পা দেবতাশিংগী ভক্তি তৌরবদি মতুগী করম্বা মহয় ফংবগে হায়বহু শ্লোক মরিনা অস্নুমনা ভাকলি—

**কামৈস্তৈস্তৈর্হৃতজ্ঞানাঃ প্রপদ্যন্তেঽন্যদেবতাঃ।**
**তং তং নিয়মমাস্থায় প্রকৃত্যা নিয়তাঃ স্বয়া ॥২০॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—তৈঃ তৈঃ কামৈঃ = সংসারগী অপাম-অপাম্বা পোৎশিংহুনা, হৃতজ্ঞানাঃ = মখোয়গী পূক্নীংবু শুমহত্তুনা জ্ঞান লৈত্রবা মী-শিংনা, স্বয়া প্রকৃত্যা = মশা মশাগী স্বভাব ওইনা লৈরিবা বাসনা ( অপাম্বা ) অহুনা, নিয়তাঃ = খূহুম চনখিহুনা, তং তং নিয়মম্ = নীংলিবা পোৎ অহু ফংনবা মতুম মতুম ওইবা নিয়ম ( পান্থৈ ) অহুবু, আস্থায় = লৌরগা ( তৌরগা ), অন্যদেবতাঃ = শ্রীভগবান্ বাসুদেববু থাদোক্তুনা অতোপ্পা অপীকপা দেবতাশিংবু, প্রপদ্যন্তে = নীংদূনা ভজন তৌই ॥২০॥

**অপূনবা অর্থ :**—সংসারগী অপাম-অপাম্বা পোৎশিংহুনা পূক্নীং শুমহত্তুনা জ্ঞান লৈত্রবা মীশিংনা মশা মশাগী স্বভাব ওইনা পূক্নীংদা লৈরিবা বাসনা ( অপাম্বা ) অহুনা খূহুম চনখিহুনা হায়বদি বাসনাগী মথা পোনখিহুনা অপাম্বা অহুবু ফংনবা মতুম মতুম ওইবা নিয়ম ভাক্তুনা উপায় তৌরগা শ্রীভগবান্ নত্তবা অতোপ্পা অপিকপা দেবতাশিংবু নীংহুনা ভজন তৌই।

## অথূপ্পা ৱা

হৌথিবা মপোকশিংদা তৌথিবা কর্ম্মশিংগী পুক্নীংদা বাসনা ওইনা লৈহৌবা অপাম্বা অহুগী মতুং ইন্না অয়াম্বা মীনা চংলী ; মহু

মখোয়না ৱাখল লৈতবদগীনি। ৱাখল নীংথিনা তৌদুনা মদু ফত্তবনি হায়না লেপলগা থিংনবা হোৎনগদবনি ; অদুবু মদু হোৎনদবা মরমনা অপাম্বা পোৎশিংদুনা পূক্লীং শুমহৎথিদুনা কনানা সম্মোহন তৌবদা পূক্লীং থিংজিল্লী. কনানা বশীকরণ তৌবদা পূক্লীং চণ্ডই, কনানা আকর্ষণ কর্ম্ম তৌদুনা লৈ। মসিগীদমক মখোয়না ভূত-প্রেতনচিংবা ফত্ত-ফত্তবা লাই কয়ামুক্লীস্থু নিয়মগী মতুং ইন্না পূজা তৌই ; অদুগা মতৌ অস্থুমনা তৌবদা তৌহৈদবা থবক কয়ামুকপুস্থ মখোয়না পূক্লীংদা চিংনবা লৈতনা পাংথোকই। মসি পূম্নমকসি ঐখোয়না মতম অয়াম্বদা উদুনা অমস্থুং খঙদুনা লৈৱিবনি ; মসিদা থোইনা হায়দোকফম থোক্তে। মরম অসিনা বুদ্ধি তাবা মী-শিংনা ইহলোক অমস্থুং পরলোক য়েংদুনা অসিগুম্বা থবকশিংবু থাদোকলগা মদুদগী থাপনা লৈনবা হোৎনগদবনি। মসি পূম্নমকসি তৌবগী মহূত্তা ইচম চমনা শ্রীভগবান্ ইবুংঙো মহাক্তবু ফংনবা মাগী পূজা, ভজন-নচিংবা তৌদুনা লৈগদবনি ॥২০॥

অদুমক ওইদুনস্থু অদুগুম্বা অতোপ্পা দেবতাশিংগী পূজা তৌবা ভক্তশিংদুগীস্থু নীংবা থুংনবা শ্রীভগবান্না শীল-লাণ্ডই হায়বসিবু অস্থুমনা তাকলি—

যো যো যাং যাং তনুং ভক্তঃ শ্রদ্ধয়াঽর্চিতুমিচ্ছতি।
তস্য তস্যাঽচলাং শ্রদ্ধাং তামেব বিদধাম্যহম্ ॥২১॥
স তয়া শ্রদ্ধয়া যুক্তস্তস্যারাধনমীহতে।
লভতে চ ততঃ কামান্ ময়ৈব বিহিতান্ হি তান্ ॥২২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা** ঃ—যঃ যঃ ভক্তঃ = অত্নু অত্নুগুম্বা ভক্তনা, যাং যাং তনুং = অত্নুম-অত্নুম্বা দেবমূর্ত্তিত্নুগী, শ্রদ্ধয়া = য়ামনা থাজবগা লোয়ননা, অর্চ্চিতুং ইচ্ছতি = পূজা তৌবা পামই, তস্য তস্য = মত্নু মত্নুগুম্বা ভক্তত্নুগী, তাং = দেবমূর্ত্তিত্নুগী মফমদা, অচলাং শ্রদ্ধাং এব = লেঙদবা থাজবমক্তবু, অহং বিদধামি = ঐনা ( কৃষ্ণনা ) ফংহল্লী ॥২১॥ তয়াশ্রদ্ধয়া যুক্তঃ = থাজবা অত্নুগা লোয়নরবা, সঃ = ভক্ত অত্নুনা, তস্যাঃ = অপাম্বা দেবমূর্ত্তিত্নুগী, রাধনং = পূজাবু, ইহতে = নীংথিনা তৌই, ততঃ চ = অহুগা বেদতাত্নুগী তৌরিবা পূজা অত্নুদগী, ময়া এব বিহিতান্ = পুন্নমক্কী মহয় পীনহৈবা কৃষ্ণ ঐমকনা পীবা, তান্ কামান্ = অপাঙ্গশিংত্নুবু, হি = লেপনমক, লভতে = মহাকনা ফংই ॥২২॥

**অপূনবা অর্থ** ঃ—অত্নু অত্নুগুম্বা ভক্তত্নুনা অত্নুম-অত্নুম্বা দেবমূর্ত্তিত্নুগী য়ামনা থাজনা পূজা তৌবা পামই, মত্নু মত্নুগুম্বা ভক্তত্নুগী দেবতাত্নুগী মফমদা লেঙদবা থাজবমক্তবু কৃষ্ণ ঐনা ফংহল্লী ॥২১॥ অত্নুগা থাজবা অত্নুগা লোয়নরবা ভক্ত অত্নুনা দেবমূর্ত্তি অত্নুগী পূজা নীংথিনা তৌই, অস্তুমনা মহাকনা দেবতাত্নুগী তৌরিবা পূজা অত্নুদগী কৃষ্ণ ঐনা পীবা অপাঙ্গশিংত্নুবু লেপনমক ফংই ॥২২॥

## অথূপ্পা রা

শ্রদ্ধাসি য়ামনা লুবা অমস্তুং অকনবা থবক অমা তৌনবা খ্বায়দগী মকোক ওইনা অথোইবা উপায় অমনি। শ্রদ্ধা কদায়বু কৌবগে হায়বসিবু শাস্ত্রকারশিংনা অস্তুমনা হায়রি— **'শাস্ত্রাচার্য্যোপদিষ্টৈহর্থৈহর্নন্নুভূতেপ্যেবমেবৈতদিতি বিশ্বাসঃ শ্রদ্ধাঃ"**

"শাস্ত্রনা নত্রগা কনাগুম্বা অখণ্ড-অহৈ আচার্য্যনা তাকপা অমস্তুং উদ-খণ্ডদবা হীরম অমদা মদূমক ওইগনি হায়না য়াম্না থাজববু শ্রদ্ধা কৌই।" অসিগুম্বা শ্রদ্ধাসি লেঙদনা লৈরবতদা মীনা তৌনীংবা থবক অতুদা পূক্নীং লেঙদনা থম্বা ঙমলিবনি। মরম অসিনা শ্রীভগবান্নস্থ তুংদা হায়গনি—"**শ্রদ্ধাময়োঽয়ং পুরুষো যো যচ্ছ্রদ্ধঃ স এব সঃ**" (গীতা ১৭/৩)—"মীসি শ্রদ্ধাগী মশকনি, মানা থম্বা শ্রদ্ধাতুগী মতুং ইন্না মহাক মতু ওই।" অস্তুমনা হায়রিবা শ্রদ্ধাসি অফবদা লৈরবদি য়াম্না কান্নবা ওই, মসিদগী মুক্তি ফাওবা ফংবা ঙমই। অতুগা ফত্তবা হিরমদা শ্রদ্ধা লৈরবদি য়ামনা কান্নদবা অমস্তুং লৈথা তানা মখা তাগদবা মরম ওই। মরম অসিনা রাখল লৈবা অশিংবা মীনা করিগুম্বা পোৎ অমদা শ্রদ্ধা তৌদ্রিঙৈগী মমাঙদা মতুদগী ফংগদবা মহয়গী মরমদা বিচার তৌগদবনি; করিগুম্বা মতুদগী ফত্তবা মহয় ফংগদবা লৈরবদি অমস্তুং উরবদি মতুবু থাদোক্কদবনি, অতুগা অফবা মহয় উরবদি মতুদা শ্রদ্ধা তৌতুনা মতুবু পাঙথোকনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মসিতদা মীনা চাওখৎপা ঙমগনি।

অসিগুম্বা রাখল লৈতবা মরমনা পূক্নীং থেন্নবদগী মীনা শ্রীভগবান্বু থাদোকলগা অতোপ্পা দেবতাগী পূজা তৌই। অতুবু দেবতাতুগী মণ্ড ওইনা শ্রীভগবান্ মশামক লৈবা মরমদগী তৌরিবা পূজানচিংবা পূন্নমক্কী মহয় পীবিরিবসিদি স্বপনা ভগবান্ মশামকনি, মহাক নত্তবা অতোপ্পা দেবতা অমত্ত মহয় পীবা ঙমদে। লৈরিবা দেবতা পূন্নমক অমস্তুং তাইবংগী থব্রায় পানবা পূন্নমক মাগী মখল মখা অয়াম্বা মশক ঙাক্কনি। মীনা পণ্ডবদগী ময়াম ওইনা উবদনি। মরম অসিনা

বেদনা অস্মুমনা হায়রি—"একং সৎ বিপ্রা বহুধা বদন্তি" (ঋগ্
১/১৬৪/৪৬)—"পরমাত্মা অমত্ত ওইরবস্মু মাবু জ্ঞানী ওইবা ঋষিশিংনা
ময়াম ওইবনি হায় " শ্রীমদ্ভাগবতস্মু শ্রীভগবান্না অস্মুমনা হায়রি—

আত্মমায়াং সমাশ্রিত্য সোঽহং গুণময়ীং দ্বিজ।
সৃজন্ রক্ষন্ হরন্ বিশ্বং দধ্রে সংজ্ঞাং গুণোচিতম্॥
তস্মিন্ ব্রহ্মণ্যদ্বিতীয়ে কেবলে পরমাত্মনি।
ব্রহ্মরুদ্রৌচভূতানি ভেদেনাঽজ্ঞোনুপশ্যতি॥

( ভাগ ৪/৭/৫১,৫২ )

"হে দক্ষ! ভগবান্ ঐসি ঈশাগী গুণ অহুমগী মশক ওইবী মায়াবু লৌরগা লৈশেমহুনা, লৈশেম ঙাক্নুনা অমস্মুং লৈশেম মাঙহন্দুনা লৈ, অহুগা মতুগী মতুং ইন্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমস্মুং মহাদেব হায়নৈ। ভানীশুবা লৈতবা অমস্মুং সুপনা অমত্ত ওইবা পরমাত্মা ব্রহ্মদা খণ্ডবা অজ্ঞানীনা ব্রহ্মা, রুদ্র অনস্মুং থরায়পানবশিংবু খেন্নন উই।"

মরম অসিদগী শ্রীভগবান্দগী অতোপ্পনি খন্দুনা অপীকপা লাইশিংবু নীংলোইদবনি, পুম্নমক্কী চঙজফম ওইনা লৈবা শ্রীভগবান্দা চঙজহুনা অরান-খুবম ফংনবা হোৎনগদবনি, করিগুম্বা সংসারসিগী ফংদবা মহয় ফংনীংবা থোকলবস্মু শ্রীভগবান্মক্তবু নীংহুনা মঙোন্দগী মহয়হুবু নীগদবনি ॥২১,২২॥

হৌজিক অতোপ্পা দেবতাশিংদগী ফংবা মহয় অহু কুইনা লৈবা য়াবা নত্তে, ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরবতদা য়াইফবা ওইগনি হায়বসি তশেংনা তাকলি—

অন্তবত্তু ফলং তেষাং তদ্ভবত্যল্পমেধসাম্।
দেবান্ দেবযজো যান্তি মদ্ভক্তা যান্তি মামপি ॥২৩॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—অল্পমেধসাং=বুদ্ধি য়ামনা লৈতবা, তেষাং= ইন্দ্রনচিংবা অপিকপা লাইশিংবু নীংজবা মী-শিংত্নুগী, তৎ ফলং তু= লাইনীংবগী মহয় অত্নুদি, অন্তবৎ ভবতি=মাঙগদবা ওই, মরমদি—দেবযজঃ=ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু নীংজবা মী-শিংনা, দেবান্ যান্তি= ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু ফংই, অত্নুগা মদ্ভক্তাঃ=কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইত্নুনা ঐবু নীংজবা মী-শিংনা, মাং অপি যান্তি=কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংই ॥২৩॥

**অপূনবা অর্থঃ**—ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংবু নীংবা রাখল লৈতবা মী-শিংগী লাইনীংবগী মহয়ত্নুদি মাঙগদবা ওই, মরমদি লাইশিংবু নীংজবা মীনা লাইশিংত্নুবু ফংই, অত্নুগা কৃষ্ণ ঐগী ভক্তদি কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংই ॥২৩॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্রীভগবান্ নত্তবা অতোপ্পা ইন্দ্রনচিংবা লাই পূন্নমকসি মীগী মতৌগুম্না পোকপা-শিবা নাইবা ঙাক্তনি, মখোয়না হৌথিবা মপোকশিংদা তৌথিবা অথোইবা পুণ্যশিংগী মহয় ওইনা মপোকসিদা লাই ওইবনি। অত্নুগা মখোয়সিদি শ্রীভগবান্গা য়েংনবদা য়াম্না পীকপা ঙাক্তনি। মরম অসিনা মখোয়দা নত্রগা মখোয়বু ফংবদা মপুং ফানা নুংঙাইবা লৈতে, মখোয়দা লৈবা নুংঙাইবদি অরাবা য়ামনা য়ানশিন্দুনা লৈবা ঙাক্তনি। শ্রুতিনস্থ অস্থুমনা হায়রি—যদল্পং তন্মর্ত্ত্যং, নাল্পে সুখমস্তি" ( ছাঃ উঃ ৭/২৩/১ ) "অপীকপা

অদু মাঙগদবা-শিগদবা ঙাক্তনি, অপীকপদা মুংঙাইবা লৈতে।" তুংদসু শ্রীভগবান্না অস্মুমনা হায়গনি – "আব্রহ্মভুবনাল্লোকাঃ পুনরাবর্ত্তিনোঽর্জ্জুন" ( গীতা ৮/১৬ )—"হে অর্জ্জুন! ব্রহ্মলোক ফাওবা লোক পুম্নমকসি অমুক হল্লক্কদৌবা ঙাক্তনি।" অদুগা মসিগী ওয়-তৈননা শ্রীভগবান্দি শীনথুংনা থন্না লৈ, মহাক নত্তবা অতোপ্পা পোৎসু অমত্ত লৈতে। মরম অসিনা মহাক মুংঙাইবগী মশকনি অমসুং মাঙ-তাকপা লৈতবনি। মসিবুসু শ্রুতিনা অস্মুমনা হায়রি— "যো বৈ ভূমা তৎসুখং, ভূমৈব অমৃতম্" (ছাঃ উঃ ৭/২৩/১) খ্বায়দগী চাউনা শীনথুংনা লৈবা অদু মুংঙাইবনি, মহাক অমৃতনি ( মাঙ-তাকপা লৈতবনি )।" অসিগুম্বা ইবুংঙো মাবু নীংজহুনা ফংবা ভমলবদি ভক্ত অদু সংসারসিদা অমুক হল্লক্তে। মসিবুসু তুংদা হায়গনি—"মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে" ( গীতা ৮/১৬ )—"হে কৌন্তেয়! কৃষ্ণ ঐবু ফংলবা ভক্ত অদুগীদি অমুক হন্না মপোক ওইদে।" মরম অসিনা অতোপ্পা অপীকপা লাইশিংবু নীংবা থাদোকলগা ইবুংঙো মহাক্তবু নীংজহুনা লৈনবা হোৎনগদবনি ॥২৩॥

অতোপ্পা দেবতাশিংবু নীংননবা হোৎনবা অমুদগী হেন্না লায়না ইবুংঙো মহাকপু নীংবা য়াই অদুগা মহয়সু হেন্না ফংবা য়াই, অদুবু মীনা ইবুংঙো মহাকপু করিগী নীংনদ্রিবনো হায়বসিগী পাউখুম অস্মুমনা পীরি—

**অব্যক্তং ব্যক্তিমাপন্নং মন্যন্তে মামবুদ্ধয়ঃ।**
**পরং ভাবমজানন্তো মমাঽব্যয়মনুত্তমম্ ॥২৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—অবুদ্ধয়ঃ = বুদ্ধি লৈতবা অপঙবা মী-শিংনা, মম = পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐগী, অব্যয়ং = মাঙ-তাকপা লৈত্রবা, অনুত্তমং = মতুদগী হেনবা অফবা অমা লৈত্রবা, পরং ভাবং = খ্বায়দগী অথোইবা স্বরূপ অদুবু, অজানন্তঃ = খঙদবা মরমদগী, মাং = কৃষ্ণ ঐবু, অব্যক্তং = অহানবদা ( পোকত্রিবৈগী মমাঙদা ) ফোঙদোক্তনা লৈরম্বা, ব্যক্তিং আপন্নং = তুংদা ( পোকলবা তুংদা ) ফোঙদোকলবা জীব অমনি হায়না, মন্যন্তে = খল্লী ( মরম অসিনা ঐবু নীংদে ) ॥২৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—অপঙবা মী-শিংনা কৃষ্ণ ঐগী মাঙ-তাকপা লৈতবা, মতুদগী হেন্না ফবা লৈত্রবা অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা স্বরূপ অদুবু খঙদবদগী কৃষ্ণ ঐবু অহানবদা ফোঙদোক্তনা লৈরমলগা তুংদা ফোঙদোকপা জীব অমনি হায়না খল্লী ( মরম অসিনা মী-শিংনা কৃষ্ণ ঐবু অচম্বা মীনি খন্দুনা নীংদে ) ॥২৪॥

## অথুপ্পা রা

শ্রীভগবান্না লোবা হকচাংসি ভৌতিক নত্তে হায়বদি পৃথিবীন-চিংবা ভূত মঙানা শাবা হকচাং নত্তে, মায়িকনি ( স্বপনা মায়ানা মরম ওইদুনা উবা হকচাংনি ) হায়বা অসিগী মরমদা মরিশুবা অধ্যায়দা নীংথিনা বিচার তৌগ্রে। অদুবু ইবুংঙো মাগী মায়ানা শুমহত্তুনা অচম্বা মী-শিংনা ইবুংঙো মাবু খঙদে, অতোপ্পা জীব অমগী মতৌগুমনা উই। মতুদগী মখোয়না ইবুংঙো মাবু থৌওইদে অমসুং লাই-নী হায়বা ফাওবা য়ানীংদে। মতুদগী মখোয়না ইবুংঙো মাবু থাদোকলগা ইন্দ্র-নচিংবা লাইদগী হৌদুনা ভূত-প্রেত ফাওবগী পূজা তৌদুনা

লৈনীংই। হায়রিবা লাই পূম্নমক অসি ইবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্রবস্মু ব্যবহারগী মতমদা উপাধিনা মরম ওইদুনা খেন্নবা মরমদগী মখোয়গী পুজা তৌবদা ইবুংঙো মাগী পূজা তৌবনি হায়বা য়াদে। ব্যবহারগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি ইবুংঙো মহাক পূম্নমক্কী মপুনি, মাগী মথা পোন্দুনা পূম্নমক লৈবা ঙাক্তনি ; মাদি পূম্নমকপু ঙাক-শেন্নবগী-দমক মফম পূম্নমক্তা শীনথুংনা লৈরিবনি। অদুমক ওইদুনস্মু ফোংদোক্তবা য়াদবা মতমদা ফোংদোক্তুনা ফত্তবশিংবু মাঙহল্লগা অফবশিংবু য়োকপি-থাকপিদুনা ধর্ম্মগী স্থাপনাবুস্মু তৌদুনা লৈরিবনি। মতুদা মানা ফোংদোক্তুনা লৈবা অদুবু অচম্বা অপঙবা মী-শিংনা সুকখঙ খঙদে, সূপনা ভক্ত ওইবা জ্ঞানীশিংদনা খঙই মরম অসিনা অস্মুমনা হায়রি—

প্রজাপতিশ্চরতি গর্ভেঽন্তরজায়মানো বহুধা বিজায়তে।
তস্য যোনিং পরিপশ্যন্তি ধীরাঃ, তস্মিন্ হ তস্থু ভুবনানি বিশ্বাঃ॥
( শুক্ল যজুঃ ৩১/১৯ )

"প্রজা পূম্নমকপু য়োকপী থাকপিরিবা পরমেশ্বর শ্রীভগবান্না মায়ানা মরম ওইদুনা গর্ভদস্মু চঙই ( গর্ভদা চঙবগুম ওইনস্মু তৌই ), অদুগা পোকপা নাইদ্রবস্মু মখল মথা অয়ামবা মপোক লৌদূনা লৈ (অবতারশিংবু লৌদূনা লৈ)। ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক অদুবুদি জ্ঞানী ওইবা ভক্তশিংদনা নীংথিনা খঙই, ইবুংঙো মঙোন্দা তাইবঙ পূম্বসি চঙজদুনা লৈরিবনি।"

মরম অসিনা জ্ঞান তাবা মীনা পূক্নীংদা অপঙবগী রা থাদোক্তুনা শ্রদ্ধা-ভক্তিপা লোয়নানা ইবুংঙো মাবু নীংজরবতদা অরান-খুবম ফংগনি। মসিবুস্মু ইবুংঙো মশামকনা অস্মুমনা হায়রি—

তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্।
দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপয়ান্তি ॥

(গীতা ১০/১০)

"পূন্নমক্কী পেনবগা লোয়ননা মতম পূন্নমক্তা কৃষ্ণ ঐমক্তবু নীংজবা মী-শিংগীদমক কৃষ্ণ ঐনা জ্ঞানযোগছ পীবি, মতুদগী মখোয়না পর-ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ফংজে ( কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লী )" ॥২৪॥

ইতিহাস পুরাণ-নচিংবা লাইরিকশিংনা ইবুংঙো নহাক্কী নশক তাকলবসু অচম্বা জীবশিংনা ইবুংঙো নহাক্কী নশক করিগী খঙদ্রিবনো হায়রবদা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশক যোগমায়ানা কুপ্পুনা লৈবদগী অচম্বা মী-শিংনা খঙদবনি তাকলি—

নাহং প্রকাশঃ সর্ব্বস্য যোগমায়াসমাবৃতঃ।
মূঢ়োঽয়ং নাভিজানাতি লোকো মামজমব্যয়ম্ ॥২৫॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—অহং = কৃষ্ণ ঐসি, যোগমায়াসমাবৃতঃ = গুণ অহুমনা তিনবী মায়ানা কুপ্পুনা লৈবা মরমদগী, সর্ব্বস্য = পূন্নমক্কী মমাঙদা, ন প্রকাশঃ = ঙাম্হোকনা ( ফোংদোকনা ) লৈতে, মরম অসিনা—মূঢ় = মায়ানা শুমহত্নুনা লৈবা, অয়ং লোকঃ = তাইবংসিনা, অজং = পোকপা নাইদবা, অব্যয়ং = মাঙ-তাকপা লৈতবা, মাং = কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশকপু, ন অভিজানাতি = করিমত্ত খঙদে ॥২৫॥

অপূনবা অর্থ ঃ—কৃষ্ণ ঐ গুণ অহুমনা তিনবী মায়ানা কুপ্পুনা লৈবা মরমদগী পূন্নমক্কী মমাঙদা ঙাম্হোকনা লৈতে, মরম অসিনা

মায়ানা শুমহত্তুনা লৈবা তাইবংসিনা পোকপা নাইদবা অমসুং মাঙ-তাকপা লৈতবা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মশকপু খঙদে ॥২৫॥

## অথুপ্পা বা

শ্রীভগবান্‌গী মায়া অঙকপনি। মায়া অতুনা মরম ওইতুনা ঐখোয়না তাইবংসিবু উরিবনি। সংসার পুন্নমকসি মায়াদুগী পরিণাম মক্তনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে; মরম অসিনা মায়াবু প্রকৃতি হায়নসু কৌরিবনি। মহাক পরমাত্মাগী শরুক অমদা চঙজদুনা লৈ; অদুগা মানা শরুক অদুবু কুপ্পুনা থমই। মরম অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"পাদোঽস্য সর্ব্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যাঽমৃতং দিবি" ( ছাঃ উঃ ৩/১২/৬ ) —"পরমাত্মাগী শরুক অমদা তাইবং পুন্নমকসি লৈ অদুগা মাগী শরুক অহুমদি মশাগী অশেংবা শক্তমদা ভান্দুনা লৈ।" মরম অসিনা মায়ানা কুপশিন্দুনা থম্বা পরমাত্মাগী শরুক অদুদা লৈরিবা তাইবং অসিনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক অদু খঙবা ঙমদবা মরমদগী জীব পুন্নমক মায়ানা শুমহত্তুনা লৈ। মদুদগী মীনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণবুসু খঙবা ঙমদে অমসুং ইবুংঙো মাবু অচম্বা মী অমা ওইনা উই, অদুগা মখোয়গী মতৌগুমনা পোকপা শিবা নাইবনি হায়না থল্লী। অশেংবমক্তি জীব ওইবা ঐখোয়গী ইতৌগুমনা মহাক পোকপা-শিবা নাইদে। মসিবু অসুমনা হায়দুনা তাকলি—

নাত্মা জজান ন মরিষ্যতি নৈধতেঽসৌ
ন ক্ষীয়তে সবনবিদ্ব্যভিচারিণাং হি।

সৰ্ব্বত্র শশ্বদনপায়্যুপলব্ধিমাত্রং
প্রাণো যথেন্দ্রিয়বলেন বিকল্পিতং সৎ ॥
( ভাগঃ ১১/৩/৩৮ )

"পরমাত্মা পোক্কে, শিদে, চাউথক্তে, হন্থবস্থু তৌদে ; মরমদি হাক মফম পুম্নমক্তা শীনথুংনা লৈ, কদোইদেদস্থু মশক ওস্থোক্কে, মহাক জ্ঞানগী মশকনি, পুম্নমক্কী সাক্ষীনি। অতুমক ওইহুনস্থু অমত্ত ওইবা প্রাণনা হকচাং মনুংদা মফম খেন্নবদগী মমিং খেন্ননা অতোপ-অতোপ্পা থবক তৌহুনা লৈবগুমনা পরব্রহ্ম ওইবা ইবুংঙো মহাকস্থু মথল মথা অয়াম্বা ওইনা উক্তুনা লৈ।"

মতৌ অস্মুমনা মায়ানা কুপ্পুনা ময়াম ওইনা উক্তুনা লৈরিবা ইবুংঙো মাবু মীনা করম্বা উপায় তৌরগা খঙবা ঙমগদগে হায়বসিবু অস্মুমনা তাকলি—

যর্হ্যব্জনাভচরণৈষণয়োরুভক্ত্যা
চেতোমলানি বিধমেদ্ গুণ-কর্ম্মজানি।
তস্মিন্ বিশুদ্ধ উপলভ্যত আত্মতত্ত্বং
সাক্ষাদ্ যথাঽমলদৃশোঃ সবিতৃপ্রকাশঃ ॥
( ভাগঃ ১১/৩/৪০ )

"কমলনাভ (খোয়দোদা থম্বাল হোবা) ভগবান্ বিষ্ণুগী চরণবু ফংনবগী অপাম্বা অতুনা মরম ওইহুনা শামনা চাওথংনা তৌরিবা ভক্তি অতুদগী থম্মোইদা লৈবা অমস্মুং গুণ-কর্ম্মদগী পোকপা অমোৎপা পুম্নমক মাঙথিহুনা শেংদোকনা তরু-তরুনা লৈরবা থম্মোই

অতুদা আত্মতত্ব ( পরমাত্মাগী অশেংবা মশক ) অতু মীৎ শেংনা লৈবা মীগী মুমিৎকী মঙানগুমনা শংশঙনা ফোঙদোকই।"

মরম অসিনা থরায়পানবা পুম্নমক্কী অমত্ত ওইনা আত্মতত্ব ওইবা ইবুংঙো মাবু কুপ্পুনা লৈরিবা যোগ মায়াহুবু লৌথোক্কে লেপ্পা মীনা পুক্নীং অনী লোঙদনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজগদবনি। মসিবুস্মু অস্মুমনা হায়রি—"নারায়ণপরো মায়ামঞ্জস্তরতি দুস্তরাম্" (ভাগঃ ১১/৩/৩৩) "পুক্নীং অনী লোঙদনা ভক্তি তৌজহুনা শ্রীভগবান্ নারায়ণবু নীংজবা মীনা য়ামনা লায়নমক লান্‌ঙমদবা মায়াবু লান্থোকই।" মরম অসিদগী লৌশিং লৈবা মীনা সংসার সমুদ্রদগী লান্থোকপা পামলবদি ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা চঙজহুনা ঙন্থ-মথৈ ভক্তি তৌজগদবনি ॥২৫॥

যোগমায়ানা ইবুংঙো নহাকপুস্মু কুপ্পুনা থম্লবদি জীবশিংগী মতৌগুমনা নহাকস্মু শুমহত্তুনা করিমত্ত খঙলোই হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউথুম অস্মুমনা পীরি—

**বেদাহহং সমতীতানি বর্ত্তমানানি চাহর্জ্জুন।**
**ভবিষ্যাণি চ ভূতানি মাং তু বেদ ন কশ্চন ॥২৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—** অর্জ্জুন = হে অর্জ্জুন! অহ = পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐনা, সমতীতানি = মমাঙদা ওইগ্রবা, চ = অমস্মুং বর্ত্তমানানি = হৌজিক ওইরিবা, চ = অদুগা, ভবিষ্যাণি = তুংদা ওইগদবা, ভূতানি বেদ = অচং-চত্ত তাইবং পুম্নমকপু খঙই, তু = অদুবু, কশ্চন = কনা অমত্তনা (কৃষ্ণ ঐগী কৃপা ফংদনা), মাং = কৃষ্ণ ঐবু (অশেংবা মশক্তা),

ন বেদ=খঙদে ( মরম অসিনা কৃষ্ণ ঐবু খঙনবগীদমক মতুগী উপায় ওইনা ভক্তি শোয়দনা তৌগদবনি ) ॥২৬॥

অপূনবা অর্থঃ—হে অর্জুন ! কৃষ্ণ ঐনা হৌপ্রবা, ওইরিবা অমসুং লাক্কদবা অচৎ-চত্ত তাইবং পুন্নমকপু খঙই, অদুবু কনা অমত্তনা কৃষ্ণ ঐবুদি খঙদে ॥২৬॥

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্দা মায়াসি চঙজদ্রুনা লৈরবস্থু মায়াদুনা কূপ্লুনা শ্রীভগবান্সু জীবগী মতৌগুমনা শুমহত্তুনা লৈগনি হায়বা য়াদে। মরমদি শ্রীভগবান্ মায়াবীনি; মায়াবীবু মায়ানা কদৌঙৈদসু শুমহত্তে। ব্যবহারদা চৎনবা মায়াবীনা, মিত্রং তৌবা মীনা মাগী মায়া অদুদগী অয়েংবা মী-শিংবু শুমহত্তুনা থমলবস্থু মশামকপুদি শুমহত্তনা লৈবগী মতৌগুমনা মায়াবী ভগবান্সু অতোপ্পা পুন্নমকপুদি শুমহত্তুনা থমলগা মশামকপুদি শুমহত্তনা লৈরিবনি। অদুগা মায়া অদুনা মরম ওইদুনা ( মায়া উপাধি ওইবা মরমদগী ) মহাক পুন্নমক খঙবা ওইদুনা মতম অহুমগী পোৎ পুন্নমকপু খঙলিবনি ; অদুগা মঙোন্দা ভক্তি লৈতবা অমসুং মাবু খঙনীংদবা মীগী মনাক্তা মাগী অশেংবা মশক অদুবু কদৌঙৈদসু উত্তে। শ্রুতিনসু অস্থমনা হায়রি—"স বেত্তি বেদ্যং ন চ তস্যাস্তি বেত্তা" (নাঃ পঃ উঃ ৯/১৪)—"খঙবা য়াবা পুন্নমকপু মানা খঙই অমসুং মহাকপু খঙবা কনামত্ত লৈতে।" মরমদি ইবুংঙো মহাক মশামক জ্ঞান স্বরূপ ওইবা মরমদগী মতম পুন্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ, কদৌঙৈদসু মহাক অতোপ্পা জ্ঞান অমগী বিষয় ওইদে। অদুমক

ওইহনস্থ কনাগুম্বা মীনা পুণ্য য়ামনা তৌখিবা মরমদগী মাবু খঙনীংহনা লেঙদবা ভক্তি তৌজরবদি মহাক ভক্তহগী মমাঙদা ফোঙদোক্নুনা অশেংবা মশকপু উৎলী। মসি মাগী কৃপা ফংদনা কদৌঙৈদস্থ ওইবা য়াদে। মিত্রং তৌবা মীনা মাগী কৃপা ফংলবতদা কনাগুম্বা মীনা মিত্রং অহু খঙবা ঙম্বগুমনা মীনা ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজহনা কৃপা ফংলবতদা মাগী মায়াজাল অহু চৎথোকখিহনা মাবু অশেংবা মশক খঙবা ঙমগদবনি॥২৬॥

শ্রীভগবান্গী অশেংবা মশক খঙদবা অহুদা যোগমায়ানা কুপ্পুনা থম্বা অহু মরূ ওইবা মরমনি তাকলগা হৌজিক মহুগী অতোপ্পা মরমবুস্থ অস্থমনা হায়রি—

**ইচ্ছাদ্বেষসমুত্থেন দ্বন্দ্বমোহেন ভারত।**
**সর্ব্বভূতানি সংমোহং সর্গে যান্তি পরন্তপ ॥২৭॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা**ঃ—ভারত=ভরত শাগৈদা পোকপা, পরন্তপ= য়েকনবশিংগী পূক্নীং চাকহনবা হে অর্জ্জুন! সর্গে=হকচাংসি পোকলবদা (পোকপা মতমদগী হৌহনা); ইচ্ছাদ্বেষসমুত্থেন=অপাম্বগী নীংবা অমস্থং পামদবগী য়েংথিবা অনী অসিদগী পোকপা, দ্বন্দ্বমোহেন= অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবা ফাইবোকনা মরম ওইহনা রাখল লৈতানা লৈত্তবদগী থব্বায়পানবা পূম্নমক, সংমোহং যান্তি=তৌফম খঙদনা শুমহত্নুনা লৈ॥২৭॥

**অপুনবা অর্থ**ঃ—ভরত শাগৈদা পোকপা অমস্থং েকনব-শিংগী পূক্নীং চাকহনবা হে অর্জ্জুন! পোকপা মতমদগী হে`হুনা

অপাম্বগী নীংবা অমসুং পামদবগী য়েংথিবা অনী অসিদগী ওইরকপা অতুগা অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবা ফাইবোকনা মরম ওইতুনা রাখল লৈতানা লৈতবা অতুদগী থরায়পানবা পুন্নমক তৌফম খঙদনা শুমহত্নুনা লৈ ॥২৭॥

## অথুপ্পা রা

তাইবঙসিদা লৈরিবা থরায়পানবা পুন্নমকসিনা পোকপদগী হৌতুনা মখোয়না অপাম্বা পোৎশিংদা চঙশিনবা অমসুং মতু ফংনবা নীংবা, অতুগা পামদবা পোৎশিংদগী হন্দোকপা অমসুং মতুদগী য়েংথিবসি স্বভাব ওইনা তৌই। মসিগী অকনবা অভ্যাসনা মরম ওইতুনা থরায়-পানবশিংনা শিবা ফাওবা অপাম-পামদা অনীগী মরমদা খন্দূনতা লৈ; মতুদগী মখোয়গী পূক্নীং অতু শুমহৎথিহুনা মসিদগী হেন্দোকপা তৌফম থোকপা থবকশিং লৈ হায়বসি মখোয়না করিমত্ত খন্দে। মতুনা মরম ওইতুনা মখোয়না পোকপা শিবা নাইবা তাইবঙসিদা খঙঙমদবা মতমদগী হৌতুনা হৌজিক ফাওবা কোয়চৎ চত্নুনা হন্না হন্না পোকলরিবনি। মসিবু শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—"ইদং রম্যমিদং নেতি বীজং তে দুঃখসন্ততেঃ" (অন্নঃ উঃ ৫/৭০)—"মসি ফজবনি অতুগা মসিদি ফজদবনি অসুমনা পূক্নীংদা খল্লীবা অতু নহাক্কী সংসারদা ফংলিবা অরাবগী ঈচেল অতুগী মরুনি।" মরম অসিনা হকচাংসিবু ঐমকনি নত্রগা ঐগীমকনি খন্দুনা মসিদা পূক্নীং লুপ্পূনা লৈরিবা মতম অতুক্কী মখে মীওইবনা অরাবদগী লান্থোকপা ঙমগদবা ওইদে। হকচাংসিদা "ঐনি নত্রগা ঐগীনি" হায়বা রাখল থাদোক্নুনা মসিদগী তোপনা লৈরিবা আত্মা অসিদবু

"ঐনি" লেপ্তুনা আত্মাসিগী য়াইফনবা নীংবদা পূক্নীং চঙলকলবা মীদনা পরমাত্মাগী মথক্তা হায়খ্রিবা মহাজাল অতুদগী লান্থোকপা ঙমগদবনি অমসুং পরমাত্মাগী অশেংবা মশক অতুবুসু খঙবা ঙমগদবনি ॥২৭॥

পোকপদগী হৌতুনা থরায়পানবা পূম্নমক দ্বন্দ মোহনা শুমহত্তুনা লৈরবদি সংসারসিদা ইবুংঙো নংবু নীংজবা ঙম্বা কনা কনানা ওইগনি হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউখুম অস্তুমনা পীরি—

যেষাং ত্বন্তগতং পাপং জনানাং পুণ্যকর্ম্মণাম্।
তে দ্বন্দ্বমোহনির্মুক্তা ভজন্তে মাং দৃঢ়ব্রতাঃ ॥২৮॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—**তু = অতুগা, যেষাং জনানাং = মী-শিংতুগী, পুণ্যকর্ম্মণাং = পুণ্য কর্ম্ম তৌবদগী, পাপং অন্তগতং = পাপ কোকথোকখ্রে, তে = অতুগুম্বা মখোয় অতুনা, দ্বন্দ্বমোহনির্মুক্তাঃ = অঙৈং-অশা, অরা-নুংঙাইনচিংবা দ্বন্দ্বশিংদগী রাখল লৈতানা লৈরমদবতু থাদোকখিতুনা, দৃঢ়ব্রতাঃ = অকনবা ব্রত তৌরগা, মাং ভজন্তে = কৃষ্ণ ঐবু ভক্তি তৌতুনা নীংই ॥২৮॥

**অপূনবা অর্থ ঃ—**অতুগা মী-শিংতুগী পুণ্যকর্ম্মশিং তৌবদগী পাপ কোকথোকখ্রে, অতুগুম্বা মখোয়না অঙৈং-অশানচিংবা দ্বন্দ্বশিংদগী রাখল লৈতানা লৈরমদবতু চৎথোকখিতুনা অকনবা ব্রত তৌরগা কৃষ্ণ ঐবু নীংই ॥২৮॥

## অথূপ্পা ৱা

শ্লোক অসিদা পুণ্যকর্ম্ম তৌবদগী পাপ মাঙই হায়রিবসি সকাম পুণ্যকর্ম্ম তৌবদগী পাপ মাঙই হায়বা নত্তে। সকাম পুণ্যকর্ম্ম মাগী

ফল পীবা নত্তনা পাপ মাঙহনবা ঙমদে। নিষ্কাম ভাবতা মহয় পামদনা ঈশ্বরগী চরণদা কৎথোক্লুনা তৌরিবা পুণ্যকর্ম্মশিংদগী পাপ মাঙবনি। ঐখোয়গী অন্তঃকরণদা লৈবা অমোৎপবু পাপ কৌই। মহয় পামদনা তৌবা পুণ্যকর্ম্মনা অমোৎপদু চামথোকখিদুনা পূক্নীং (মন) শেংলবদা অফ-ফত্ত অমসুং কান্নবা-কান্নদবা পূন্নমক্কী মরমদা রাখল লৈতারক্লুনা "ঐ কনানো? করম তৌরগা সংসার-সিদগী লাম্থোকপা ঙমগনি?" অসিনচিংবা রাখল লাকপদগী ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌবদা পূক্নীং চঙলকই। পুণ্যকর্ম্মদগী পাপ মাঙই হায়বসিবু শ্রুতিনসু অসুমনা তাকলি—'ধর্ম্মেণ পাপ-মপনুদন্তি" (মঃ নাঃ উঃ ২২/১)—"ধর্ম্মনা (পুণ্যকর্ম্মনা) মরম ওইদুনা মীনা পাপ লৌথোকই।" পূক্নীং শেংদ্রবদি ইবুংঙো মাগী ভক্তি নীংথিনা তৌবা য়াদে। মরম অসিনা ভক্তি তৌগে হোৎনবগা লোয়ননা নিষ্কাম ভাবতা পুণ্যকর্ম্মশিংবুসু শোয়দনা তৌদুনা লৈগ-দবনি। করম্বা মতম ফাওবা কর্ম্ম তৌদুনা লৈগদগে হায়বসিবু শ্রীভগবান্না অসুমনা তাকলি—

তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্বিদ্যেত যাবতা।
মৎকথাশ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে॥

(ভাগঃ ১১/২০/৯)

"সংসারগী পোৎশিংদগী পামদবা পোক্লিবা ফাওবা নত্রগা কৃষ্ণ ঐগী রারী-রাতায় তাবদা নীংথিনা শ্রদ্ধা পোক্লিবা ফাওবা কর্ম্ম শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি।"

মতৌ অস্থমনা পূক্নীং শেংলবদা স্বাভাবিক ওইনা ইবুংঙো মাবু নীংনীংবসি পূক্নীংদা পোকলক্কনি ; অদুগা মদুদগী মীওইবগী মপোক ফংবসি মহয় য়ানগনি। শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদস্থ অস্থমনা হায়রি—

নৃদেহমাদ্যং সুলভং সুদুর্লভং
প্লবং সুকল্পং গুরুকর্ণধারম্।
মায়াঽনুকূলেন নভস্বতেরিতং
পুমান্ ভবাব্ধিং ন তরেৎ স আত্মহা॥

(ভাগঃ ১১/২০/২৭)

"মীওইবগী হকচাংসি অফবা মহয় পূন্নমক ফংনবা খ্বায়দগী অথোইবা পাম্বৈ (সাধন) অমনি। অফবা কর্ম্ম তৌবা মী-শিংনা মসিবু (মীওইবগী হকচাংসিবু) লায়না ফংই ; অদুগা ফত্তবা কর্ম্ম তৌবা মী-শিংনদি মসিবু ফংবা ওইথোক্তবনি। মসি (মীওইবগী হকচাংসি) সংসার সমুদ্রবু লান্নবা য়ামনা মত্তীক চাবা হি অমনি। গুরুনা লমজিংদুনা মসিগী হি হোনবা অমনি অদুগা হিসিবু পুদুনা চংপদা মতেং ওইরিবা নুংশিৎতি কৃষ্ণ এহাক ঈশামকনি। অসিগুম্বা হকচাংসিবু ফংলগা মীনা সংসার সমুদ্রবু লান্থোক্তবদি মহাক মশামকপু হাৎচবা মী অমনি।"

মরম অসিনা আত্মঘাতী ওইদনবগীদমক মীওইবগী হকচাংসিদা লৈরিঙৈ মতমসিদা ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা চঙজদুনা ঙম্বমখৈ ভক্তি তৌজদুনা লৈরগা পুনসী লেন্নবা হোৎনগদবনি ॥২৮॥

ভক্ত ওইবা মখোয়না ইবুংঙো নহাক্কী ভজন তৌবা অতূদগী করম্বা মহম্ম ফংগদগে হংলবদা মদুগী পাউখুম অস্মমনা পীরি—

জরামরণমোক্ষায় মামাশ্রিত্য যতন্তি যে।
তে ব্রহ্ম তদ্বিদুঃ কৃৎস্নমধ্যাত্মং কর্ম্মচাহখিলম্ ॥২৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—যে=ভক্ত ওইবা মী-শিংদুনা, মাং=সগুণ, সাকার ( গুণ অমস্তুং মওঙ লৈবা ) পরব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা, আশ্রিত্য=চঙজদুনা, জরামরণমোক্ষায়=পোক্নুনা অহল ওইবা অমস্তুং শিবা অসিদগী নান্থোকনবগীদমক, যতন্তি=ভক্তিনচিংবা তৌদুনা হোৎনজৈ, তে=অসিগুম্বা ভক্ত মখোয়না, তৎব্রহ্ম=অশেংবা নির্গুণ, নিরাকার ( গুণ অমস্তুং মওঙ লৈতবা ) ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু, বিদুঃ=শংশঙনা খঙই, অধ্যাত্মং=হকচাংসিগা মরী লৈনবগুম তৌদুনা লৈরিবা আত্মাসিবুসু, কৃৎস্নং (বিদুঃ)=শীনথুংনা লৈবা অমত্তনি হায়না শংশঙনা খঙই, চ=অদুগা, কর্ম্ম=ব্রহ্ম অমস্তুং আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙনবগী সাধন ওইবা কর্ম্ম, অখিলং (বিদুঃ)= পূন্নমকপুস্তু নীংথিনা খঙই ॥২৯॥

**অপূনবা অর্থঃ**—ভক্ত ওইবশিংদুনা সগুণ-সাকার পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা চঙজদুনা ওহল ওইবা অমস্তুং শিবদগী নান্থোকনবগীদমক ভক্তিনচিংবা তৌদুনা হোৎনজৈ ; অসিগুম্বা ভক্ত মখোয়না অশেংবা নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু শংশঙনা খঙই, হকচাংগা মরী লৈনবগুম তৌনা লৈবা আত্মাবু শীনথুংনা লৈবা অমত্তনি হায়না শংশঙনা খঙই অদুগা ব্রহ্ম অমস্তুং

আত্মাবু অমত্ত ওইনা খঙনবগী সাধন ওইবা শ্রবণ-মনন-নচিংবা কর্ম্ম পূম্নমকপুস্থ নীংথিনা খঙই ॥২৯॥

## অথূপ্পা ৱা

সংসারসি অৱাবগী মশকনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে। অহুবু পূক্নীং লৈতানা থমদবা অপঙবা মী-শিংনা অৱাববুস্থ মুংঙাইবনি খন্দূনা মতু ফংনবা অহিং নুংথিল নাইদনা অমস্থুং অফ-ফত্ত য়েংদনা হোৎনহুনা পুনসী অরেম্বদা লেল্লিবনি। থূদম ওইনা হায়রগা অহল ওইরবা মতমদা মীনা কয়ামুক য়ামনা অৱাবা ফংই হায়বসিগী মরমদা বৃদ্ধি লৈতানা অমুক্তং খন্দূনা য়েংলবদি মীনা নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। মসিগী মরমদা ভর্ত্তৃহরিনা বৈরাগ্যশতকতা অস্নুমনা ইরি—

গ াত্রং সংকুচিতং গতির্বিগলিতা ভ্রষ্টা চ দন্তাবলিঃ
দৃষ্টির্নশ্যতি বর্দ্ধতে বধিরতা বক্ত্রঞ্চ লালায়তে।
বাক্যং নাদ্রিয়তে চ বান্ধব জনো ভার্য্যা ন শুশ্রূয়তে
হা কষ্টং পুরুষস্য জীর্ণবয়সঃ পুত্রোঽপ্যমিত্রায়তে॥

"অহল ওইবা মীগী হকচাং (উনশা) খুইজিল্লী, চৎপগী খোঙথাং কায়, য়া পূম্নমকস্থ তেকথোকখি, মীংয়েং মাঙই হায়বদি নীংথিনা উবা ঙমদে, না পংবস্থু (না তাদবস্থু) হেনগংলকই, চীনদস্থ ইল চোহুনতা লৈ, ঈমুং মনুংগী মী-শিংনা মাগী মৱাঃ অমত্তস্থ তাবিদে, মুপীনস্থু মাগী সেবা (নীংথিনা) তৌবিদে, মচানস্থু য়েক্কব-গুমনা লমচৎ চৎলী, হায়-হায়! অহল ওইরবা মীগী অৱাববু করি অমুক হায়গনি?"

শিবা অসিগীদি থব্বায়পানবা পুন্নমকনা কিছুনা লৈনরিবনি। মরম অসিনা জরা-মরণ-নচিংবদগী নাম্থোকনবা উপায় শ্রীকৃষ্ণগী চরণদা চঙজহুনা মাগী ভক্তি তৌজবা নত্তনা অতোপ্পা উপায় অমা লৈতে। ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরবতদা মহাকনা জ্ঞানযোগ পীবিহুনা মীনা অরান-খুবম ফংহুনা ইবুংঙো মঙোন্দা তিনবা ঙমগদবনি। মাগী ভক্তি তৌরিবা মীবু মানা জ্ঞানযোগ পীবি হায়বসিদি তুংদা অস্থমনা তাকনি—

তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতি পূর্ব্বকম্।
দাদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপজান্তি তে॥
(গীতা ১০/১০)

"পুক্নীং পেন্না কৃষ্ণ ঐগী ভক্তি তৌজহুনা লৈবা মী-শিংবু কৃষ্ণ ঐনা জ্ঞানযোগ পীবি, মহুদগী মখোয় কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিনজৈ (কৈবল্য মোক্ষ ফংই)।"

মসিবু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদসু অস্থমনা তাকই—

জীবো জীববিনির্মুক্তো গুণৈশ্চাশয়সংভবৈঃ।
ময়ৈব ব্রহ্মণা পূর্ণো ন বহির্নান্তরশ্চরেৎ॥
(ভাগঃ ১১/২৫/৩৬)

"জীবসি মোক্ষ ফংবা মতমদা জীব ওইবা থাদোক্নুনা অমসুং অন্তঃকরণদগী পোকপা গুণ (অন্না-হুংঙাইনচিংবা) পুন্নমকপুম্থ থাদোক্নুনা পরব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐগা লোয়ননা তিনবদগী থন্না শীনঃ থুংনা লৈ, মপাল নত্রগা মনুংগী করিগুম্বা বিষয় অমদা হন্না চত্তে।"

মসিদা নত্তনা আত্মাসিমক্তবু পরব্রহ্মনি লৌদূনা অস্নুমনা হায়রি—

**আত্মৈব তদিদং বিশ্বং স্বজ্যতে স্বজতি প্রভুঃ।**
**ত্রায়তে ত্রাতি বিশ্বাত্মা হ্রিয়তে হরতীশ্বরঃ॥**

( ভাগঃ ১১/২৮/৬ )

"প্রভু আত্মানা মশামকপু লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙ অসি ওইনা শাই (তাইবঙসি আত্মামশামকনি অতুগা মসিবু শাবস্নু মশামকননি), তাইবঙগী মওঙ ওইনা লৈবা মশামকপু মশামকনা ঙাকই অতুগা মহাপ্রলয়গী মতমদা তাইবঙ ওইনা লৈবা মশামকপু মশামক্তা খোমজিল্লী।"

**তস্মান্ন হ্যাত্মনোঽন্যস্মাদন্যো ভাবোনিরূপিতঃ।**
**নিরূপিতেয়ং বিবিধা নির্মূলা ভাতিরাত্মনি।**
**ইদং গুণময়ং বিদ্ধি ত্রিবিধং মায়য়া কৃতম্॥**

( ভাঃ ১১/২৮/৭ )

"মরম অসিদগী আত্মাসিদগী অতোপ্পা অমা ওইনা শাস্ত্রনা তাকখিবা করিগুম্বা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতে। আত্মাসিদা আধ্যাত্মিক, আধিদৈবিক অমস্নুং আধিভৌতিক অহুম অসি মরম (কারণ) লৈতনা উবনি। অহুমসিবু মায়ানা শেম্বা গুণ অহুমগী মশকনি হায়না খঙউ।"

মসি পুম্নমকসিবু শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা পরমার্থ করিনো তাক্লুনা হায়বনি। মরম অসিনা মায়াবাদপু য়াদবা অমস্নুং পরমার্থতত্ত্ব য়াবা মী-শিংনস্নু মকোক ওইবা প্রমাণ ওইনা য়ানরিবা

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা ব্রাফমশিংসিদা বিচার তৌফম থোকই ॥২৯॥

মতৌ অসুমনা মতুংগী অধ্যায়দা অর্জুননা হংগদবা ব্রাহংশিংগী বিষয় ওইবা ব্রাশিংবু সূত্রপাত তৌদুনা হায়রগা অধ্যায়সিবু লোইশিল্লি—

সাধিভূতাঽধিদৈবং মাং সাধিযজ্ঞং চ যে বিদুঃ।
প্রয়াণকালেঽপি চ মাং তে বিদুর্যুক্তচেতসঃ ॥৩০॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগ শাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে জ্ঞানবিজ্ঞান যোগো নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—যে = ভক্ত ওইবশিংদুনা, মাং = সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐবু, সাধিভূতাধিদৈবং = অধিভূত অমসুং অধিদেবগা লোয়ননা, চ = অদুগা, সাধিযজ্ঞং = অধিযজ্ঞগা লোয়ননা, বিদুঃ = উপাসনা তৌদুনা খঙই, চ = মতৌ অসুমনা, যুক্তচেতসঃ = মতম পূম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈবা, তে = ভক্তশিং মখোয়দুনা, প্রয়াণকালে অপি = শিরমদাইগী মতম ফাওবদসু, মাং = কৃষ্ণ ঐবু, বিদুঃ = নীংশিংদুনা লৈ ॥৩০॥

**অপুনবা অর্থ :**—ভক্ত ওইবশিংদুনা সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐবু অধিভূত, অধিদৈব অমসুং অধিযজ্ঞগা লোয়ননা নীংজদুনা খঙই, মতৌ অসুমনা মতম পূম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পুক্নীং থিংজিন্দুনা

থমলিবা মখোয়শিংহুনা শিরমদাই ফাওবদসু কৃষ্ণ ঐবু কাউদনা নীংহুনা লৈ ॥৩০॥

## অথুপ্পা ৱা

মতম কুইনা অহানবদগী হৌনা অভ্যাস তৌদ্রবদি শিরমদাই য়োরবদা শ্রীভগবান্বু নীংহুনা শিবসি অৱায়বা নত্তে। হকচাং কল্লিডৈগী মতম ফাওবদসু অভ্যাস তৌদবা মীনা ঙহাক্তং ফাওবা মাগী পুক্নীংহুবু ফাজিন্দুনা লাই নীংবা ঙমদে। ফীবমসিদা শিরমদাইগী মতমগীদি করি অমুক হায়গনি ? শিরমদাইদা মীৎ নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমকনা মাগী মাগী মথৌ ওইবা থবক পুম্নমক থাদোক্তুনা অন্তঃকরণদা ( মনদা ) তিন্দুনা লৈ, অদুগা মন অদুনা হান্নগী অভ্যাসকী মতুং ইন্না শ্রীভগবান্বু নীংনা নীংনা থৱাই থাদোকই ; মসিনি অভ্যাস তৌহুনা লৈবা মীগী শিবগী মওঙ। মদুদা অন্তঃকরণ মশামকসু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইবা মতম অদুমক্তদা মতম পূম্নমক্কীদমক মাঙখিহুনা মাগা শম্নবগুম তৌনা লৈরম্বা চিদাত্মা অদুসু মাগী অশেংবা মশক সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লী। মদুদগী মহাক অমুক হন্না পোক্তে। মসিবু শাস্ত্রনা কৈবল্য মোক্ষ হায়না কৌই। মসি ফংলবত্তদা মীওইবগী হকচাং অসি ফংবগী অশেংবা মহয় য়ানগদবনি। মরম অসিনা মীওইবগী মপোক অসিবু লেমনা মাঙদনবা হোৎনবসি শ্রীভগবান্‌গী ভক্ত ওইবা মী পূম্নমক্কী অথোইবা মথৌনী। অদুগা শ্লোক অসিদা হায়রিবা অধিভূতনচিংবা ৱাহয়শিংগী অর্থদি মতুংগী লাক্কদবা অধ্যায়দা শ্রীভগবান্না অর্জ্জুননা হংলকপগী মতুং ইন্না তাক্কনি ॥৩০॥

মতৌ অস্লমনা শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী
মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মমুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী
য়াহং পাউথুম ওইনা ভাংনবদা "জ্ঞান বিজ্ঞান যোগ"
কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ
গিরিনা ইবা অথুপ্পা য়াগা লোয়নবা
অন্বয় ব্যাখ্যা লোইরে ॥৭॥

=ওঁ=



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## নীপানশুবা অধ্যায়

## ( অষ্টমোঽধ্যায়ঃ )

### "শ্রীগীতামৃতদুহে নমঃ"

নীপানশুবা অধ্যায়সিগী মমিং **"অক্ষরব্রহ্মযোগ"** নি অধ্যায় অসিদা পরব্রহ্মনচিংবগী অশেংবা মশক করিনো অসিনচিংবা তাক্লুনা মোক্ষ পামবা মী-শিংনা শিরমদাইদা করি তৌবা হৌনৈ অমস্মুং কনাগী ধ্যান তৌগদগে অসিনচিংবা পূম্নমকসিগী নিংথিনা বিচার তৌগনি। মহুদা মথক্কী অধ্যায়গী হায়বদি তরেৎশুবা অধ্যায়গী অরোইবদা **"তে ব্রহ্ম তদ্বিদুঃ"** নচিংবা শ্লোক অমা মথায়দা (শ্লোক ২৯ অমস্মুং ৩০ ) ব্রহ্মনচিংবা খঙগদবা পোৎ তরেৎথক শ্রীভগবান্না হায়খিবহুবু নীংথিনা অমস্মুং শুগায়না খঙনীংহুনা অর্জ্জুননা অস্মুমনা হংই—

**অর্জ্জুন উবাচ**

**কিং তদ্ব্রহ্ম কিমধ্যাত্মং কিং কর্ম্ম পুরুষোত্তম।**
**অধিভূতঞ্চ কিং প্রোক্তমধিদৈবং কিমুচ্যতে ॥১॥**

অধিযজ্ঞঃ কথং কোঽত্র দেহঽস্মিন্মধুসূদন।
প্রয়াণকালে চ কথং জ্ঞেয়োঽসি নিয়তাত্মভিঃ ॥২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ** — অর্জ্জুনঃ উবাচ = অর্জ্জুননা হায়জখি (হংজখি) — পুরুষোত্তম = মুপাশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা হে কৃষ্ণ! (নহাকনা মথক্তা হায়খিবশিংতুগী মনুংদা) তৎব্রহ্ম = ব্রহ্মতু, কিং = করিনো? (সগুণলা নত্রগা নিগুর্ণলা?), অধ্যাত্মং কিং = অধ্যাত্মনা করম্বনো? কর্ম্ম কিং = ("কর্ম্ম পূম্নমক" অসুমনা হায়খিবতুদা) কর্ম্মতু করিনো? অধিভূতং কিং প্রোক্তং = অধিভূত করিবু কৌবগে? চ = অতুগা, অধিদৈবং কিং উচ্যতে = অধিদৈব করিবু হায়বগে? ॥১॥ মধুসূদন = মধু কৌবা হিংচাববু হাংপা হে ভগবন্। অস্মিন্ দেহে = হকচাং অসিদা, অধিযজ্ঞঃ কঃ = অধিযজ্ঞ কনানো? অত্র কথং = মসিদা (হকচাংদা) করমনা মহাক খঙগদবা ওই? চ = অতুগা, প্রয়াণ-কালে = হকচাংসিদগী চৎলমদাইগী মতমদা হায়বদি শিরমদাইদা, নিয়তাত্মভিঃ = পূক্নীং লেঙদনা থম্বা ঙমলবা মীশিংনা, কথং = করম তৌনা, জ্ঞেয়ঃ অসি = নহাকপু খঙগদবা ওই? ॥২॥

**অপূনবা অর্থঃ**—অর্জ্জুননা হংজখি — হে পুরুষোত্তম! খঙগদবা ব্রহ্মতু করিনো? অধ্যাত্মনা করম্বনো? কর্ম্ম করিনো? অধিভূত করিবু কৌবগে? অতুগা অধিদৈব করিবু হায়বগে? ॥১॥ হে মধুসূদন! হকচাংসিদা অধিযজ্ঞ কনানো, মসিদা (হকচাংদা) মহাক করমনা খঙগদবা ওই? অতুগা শিরমদাইগী মতমদা পূক্নীং লেঙদনা থম্বা মী-শিংনা করম তৌনা নহাকপু খঙগদবা ওই? ॥২॥

## অথুপ্পা রা

অর্জ্জুননা হংলিবা রাহং তরেৎ অসিগী অথুপ্পা অভিপ্রায়দি মসিনি— (১)–"দ্বে বাব ব্রহ্মণোরূপে মূর্ত্তঞ্চৈবাহমূর্ত্তঞ্চ" (বৃঃ উঃ ২/৩/১) "ব্রহ্মগী মূর্ত্ত অমসুং অমূর্ত্ত অনীথোকনা মশক মতৌ লৈ" হায়না তাকপা মরমদগী শ্রীভগবান্না হায়রিবা খঙগদবা ব্রহ্মসি মূর্ত্ত ব্রহ্মরা ? নত্রগা অমূর্ত্ত ব্রহ্মরা ? অস্নুমনা হংবনি। মায়াবু উপাধি ওইনা লৌহুনা সগুণ নিরাকার নত্রগা সগুণ সাকার ওইনা লৈবা ব্রহ্ম মূর্ত্তনি, অদুগা মায়া উপাধি যাওদনা অশেংবা মওঙদা লৈবা নির্বিশেষ নিরাকার ব্রহ্ম অমূর্ত্তনি। মরম অসিনা অনীসিগী মনুংদা খঙগদবা ব্রহ্মদু করম্বনো হংবনি। (২)–আত্মানং=শরীরং অধিকৃত্য বর্ত্ততে ইতি অধ্যাত্মম্"–"হকচাংবু লৌরগা মহুদা লৈবসি অধ্যাত্মগী অর্থনি। মরম অসিনা হকচাংসিদা চঙহুনা লৈরিবা মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু অধ্যাত্ম হায়রিবরা নত্রগা আত্মাবু অধ্যাত্ম হায়রিরা ? মসি অর্জ্জুনগী অনীশুবা রাহংগী অভিপ্রায়নি। (৩)–"কর্ম্ম চাহখিলম্" (৭/২৯) হায়খিবহুদা–বিজ্ঞানং যজ্ঞং তনুতে কর্ম্মাণি তনুতেহপি চ" (তৈঃ উঃ ২/৫/১)–"বিজ্ঞানগী মশক ওইবা আত্মানা (জীবনা) যজ্ঞবু শন্দোকই অমসুং কর্ম্মশিংবুসু শন্দোকই" হায়বসিগী মতুং ইন্না যজ্ঞগী মশক ওইবা কর্ম্মবু লৌবরা নত্রগা মহুদগী অতোপ্পা কর্ম্মশিংবু লৌবরা, নত্রগা অনীমক পূন্না লৌবরা ? অস্নুমনা হংবনি। (৪)–"ভূতানি অধিকৃত্য যৎ কিঞ্চিৎ বর্ত্ততে তৎ অধিভূতম্"– ভূতশিংবু লৌদুনা মখোয়দগী ওইরকপা পোৎশিংবু অধিভূত কৌই। মহুদা পৃথিবীনচিংবা অফাওবা ভূত মঙাবু লৌদুনা মখোয়গী থবকশিংবু

---

অভিপ্রায় = উদ্দেশ্য, অর্থ, নীংবা নত্রগা মত, ভাব।

লোয়ননা হায়বরা নত্রগা অচৎ-চত্ত তাইবং পূম্নমকপু লোয়ননা লৌদুনা অধিভূত হায়বরা ? অস্থমনা হংবনি। (৫)—দেবান্ অধিকৃত ধ্যানং বর্ত্ততে ইতি অধিদৈবম্"—"দেবতাশিংবু লৌদুনা ধ্যান তৌবসি অধিদৈবনি। মতুদা ইন্দ্র, আদিত্যনচিংবা দেবতাশিংবু ধ্যান তৌবগা লোয়ননা হায়বরা নত্রগা দেবতা পূম্নমকতুগী মমুং চন্দুনা লৈবা অমত্ত ওইবা চেতন অতুমক্তবু ধ্যান তৌবগা লোয়ননা হায়বরা ? মসি অর্জ্জুনগী য়াহংগী অথুপ্পা য়ানী। (৬)—"যজ্ঞং অধিকৃত্য বর্ত্ততে ইতি অধিযজ্ঞঃ"—'যজ্ঞগী মপু ওইদুনা লৈরিবা অতুবু অধিযজ্ঞ কৌই।" মতুদি ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংস্থ মপু ওইবা য়াই নত্রগা পরমাত্মা পরমেশ্বরস্থ মপু ওইবা য়াই। মরম অসিনা অনীসিগী মমুংদা অধিযজ্ঞ কনানো অতুগা মতুবু হকচাংসিদা উপাসক ওইবা ঐগা অমত্ত ওইনা খন্দূনা ধ্যান তৌগদরা নত্রগা ঐঙোন্দগী তোপনা খন্দূনা ধ্যান তৌগদরা ? হায়বা অসি খঙনীংতুনা অর্জ্জুননা হংবা য়াহংনি। (৭) শিরমদাই য়োরতুনা চংকদবগী থোয়াং তৌবদা মীৎ, নাকোং, মন অসিনচিংবা ইন্দ্রিয় পূম্নমক য়ামনা লাঙতকনতুনা লৈঃ মতম অতুদা কনা অমত্তস্থ তপথনা লৈতে, ফীবম অসিদা পুক্নীং লেঙদনা থমতুনা ইবুংঙো নহাকপু কনানা ধ্যান তৌবা ঙমগনি ? মসিদি ওইথোক্তবগুম থোকই হায়না অর্জ্জুননা হংবনি।

মসিদা অর্জ্জুননা পুরুষোত্তম অমস্থং মধুসূদন হায়না অনীরক হন্না কৌবগী মরমদি, কৃষ্ণ ! ইবুংঙো নহাক্তি মুপাশিংগী মমুংদা খ্বায়দগী অথোইবনি। মরম অসিনা অর্জ্জুন ঐনা হংজরিবা য়াহংশিংগী অরেপ্পা পাউখুম ইবুংঙো নঙনা শোয়দনা পীবিগনি ; অতুগা ইবুংঙো

নওদি মধুনচিংবা ফত্তবা হিংচাবশিংবু হাৎলগা ভক্তশিংগী অৱাবা :কাকহনবীবনি। মরম অসিনা নহাক্কী ভক্ত ওইবা অর্জ্জুন ঐগী নুংদা অৱাবা পীতুনা লৈবা অমসুং মধু হিংচাবগী মশক ওইবা অজ্ঞান অসিবু মাংহনবিতুনা অর্জ্জুন ঐবু ইবুংঙো নহাকনা অৱাবদগী শোয়দনা লাম্হোকপিগনি হায়বা অথুপ্পা ৱানি ॥১,২॥

অর্জ্জুনগী ৱাহং তরেৎ অসিগী পাউখুম শ্রীভগবান্না শ্লোক অহুমদা পী ; মতুদসু মথং মনাউ নাইনা অহানবা ৱাহং অহুমগী পাউখুন অসুমনা পীরি—

## শ্রীভগবানুবাচ

**অক্ষরং ব্রহ্ম পরমং স্বভাবোঽধ্যাত্মমুচ্যতে।**
**ভূত ভাবোদ্ভবকরো বিসর্গঃ কর্ম্মসংজ্ঞিতঃ ॥৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্না হায়খি (পাউখুম পীখি)—অক্ষরং=অমাঙ-অতাক লৈতনা শীনথুংনা লৈবা; পরমং=খ্বায়দগী অথোইবদু, ব্রহ্ম=ব্রহ্মনি, স্বভাবঃ=মশামক্কীমশক (স্বরূপ) ওইবা আত্মাবু, অধ্যাত্মং উচ্যতে=অধ্যাত্ম কৌই, ভূতভাবোদ্ভবকরঃ=(ভূতানাং=স্থাবরজঙ্গমানাং ভাবঃ=উৎপত্তিঃ, উদ্ভবঃ =বৃদ্ধিঃ, তয়োঃ করঃ = সম্পাদকঃ)=অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্কী পোকপা অমসুং চাওখৎপগী মরম ওইবা, বিসর্গঃ=(দেবতোদ্দেশেন দ্রব্যত্যাগঃ)=দেবতাশিংগীদমক দ্রব্যত্যাগ তৌববু (পোৎ পীববু হায়বদি যজ্ঞ তৌববু), কর্ম্মসংজ্ঞিতঃ=কর্ম্ম হায়না কৌই ॥৩॥

**অপূনবা অর্থ :**—শ্রীভগবান্না পাউখুম পীখি—অমাঙ-অতাক লৈতনা শীনথুংনা লৈবা অমস্তুং থায়দগী অথোইবদু ব্রহ্মনি, মশামক্কী মশক ওইবা আত্মাবু অধ্যাত্ম কৌই অদুগা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্বগী পোকপা অমস্তুং চাওখৎপগী থৌদোক থোকহল্লিবা যজ্ঞনচিংববু কর্ম্ম হায়না কৌই ॥৩॥

অথূপ্পা ৱা

খঙগদবা ব্রহ্মদু সবিশেষরা নত্রগা নির্ব্বিশেষরা হায়না অর্জ্জুননা হংখিবা অদুদা শ্রীভগবান্না মদুগী পাউখুম নির্ব্বিশেষনি ( নিরাকার নির্গুণনি ) হায়না পীরি। মরমদি পাউখুম অসিদা ব্রহ্মগী বিশেষণ ওইনা "অক্ষর" অমস্তুং "পরম" ৱাহয় অনীসি পীরি। অনীসি সবিশেষ (সগুণ) ব্রহ্মগী বিশেষণ ওইবা য়াদে। শ্রুতিদসু যাজ্ঞবল্ক্যনা গার্গীগী মফমদা হায়রি—"এতদ্বৈ তদক্ষরং গার্গি ব্রাহ্মণা অভিবদন্তিঅস্থূলমনণ্বহ্রস্বমদীর্ঘম্ ... ...." ( বৃঃ উঃ ৩/৮/৮ ) "হে গার্গী! আত্মাসিদগী খেন্নবা লৈতবা অক্ষর ব্রহ্মদুবু ব্রহ্মজ্ঞানী-শিংনা অস্তুমনা হায়-মদু অপোবা নত্তে, অকূপ্পা নত্তে, অতেনবা নত্তে, অশাংবা নত্তে—" "এতস্য বা অক্ষরস্য প্রশাসনে গার্গি সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ বিধৃতৌ তিষ্ঠতঃ"—( বৃঃ উঃ ৩/৮/৯ )—"অক্ষর ব্রহ্মসিগী শাসনদা নুমিৎ থা অনীমক মাগী মাগী মফমদা লেঙদনা লৈরিবনি।" "যো বা এতদক্ষরং গার্গ্য বিদিত্বাঽস্মাল্লোকাৎ প্রৈতি স কৃপ গোঽথ ... ... বিদিত্বাঽস্মাল্লোকাৎ প্রৈতি স ব্রাহ্মণঃ" ( বৃঃ উঃ ৩/৮/১০ )—"হে গার্গী! মীদুনা অক্ষরব্রহ্মসিবু খঙদনা হকচাংসিবু থাদোক্লুনা শিখি; অদুগুম্বা মহাক কৃপণনি

(অরীকপা অজ্ঞানীনি) অদুগা খঙদূনা শিখিবা মীদি ব্রাহ্মণনি (ব্রহ্ম-জ্ঞানীনি); "তদ্বা এতদক্ষরং গার্গ্য দৃষ্টং দ্রষ্টৃশ্রুতং শ্রোতৃ ··· ··· এতস্মিন্নু খল্বক্ষরে গার্গ্যাকাশ ওতশ্চ প্রোতশ্চেতি" (বৃঃ উঃ ৩/৮/১০)—"হে গার্গী! আত্মা অসিদগী খেন্নদবা অক্ষর ব্রহ্মসি মীৎনা উবা য়াবা নত্তে, অদুবু মহাক অয়েংবনি, নাকোংনা তাবা য়াবা নত্তে, অদুবু মহাক অতাবনি; হে গার্গী! অক্ষর ব্রহ্মসিদা লেপনমক আকাশ অসি ময়ান-তুয়ান্না (তোংশিন্দুনা) লৈরিবনি।" অতোপ্পা শ্রুতিদসু অম্সুমনা হায়রি—"মায়াতীতং গুণাতীতং ব্রহ্ম" (ত্রিঃ মঃ উঃ ১/১)—"মায়াদগী য়াংমদা লৈবা অমসুং গুণ লৈতবদু ব্রহ্মনি" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না খঙগদবা ব্রহ্মবু "অক্ষর" অমসুং "পরম" বিশেষণনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মনি হায়বসি তাকই। অদুগা মফমসিদা "ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম" (৮/১৩) অম্সুমনা লাক-দোরিবা শ্লোকসিগী মতুং ইন্না অক্ষরগী অর্থ ওঁকার ওইনা তৌবা য়াদে। মরমদি মসিদা ওঁকার ব্রহ্মগী বিশেষণ অক্ষর গী অর্থ ময়েকনি (Letter), 'মাঙতাকপা লৈতবা' হায়বা অর্থ নত্তে অদুগা ওঁকারদা পরম বিশেষণসু শীজিন্নবা য়াদে। মরম অসিনা নির্ব্বিশেষ ব্রহ্মদবু মফম অসিদা লৌগদবনি।

অদুগা অনীশুবা য়াহংগী পাউখুমদা "অধ্যাত্ম" হায়য়সিনা চেতন আত্মাবু লৌগদবনি, মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লৌ-রোইদবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না "স্বভাব" হায়য়না তাকই। মরমদি স্বভাবকী অর্থ মশাগী মশকনি (স্বরূপনি), মীৎ, নাকোংনচিংবসিদি কনাগুম্বগীসু মশাগী মশক ওইবা য়াদে। মতৌ অম্সুমনা শ্রীভগবান্না

কর্ম্মবুস্থ যজ্ঞগী মশক ওইবা কর্ম্ম লৌগদবনি অমস্তুং অতোপ্পা কর্ম্ম-শিংবু লৌয়োইদবনি হায়বসি তাকই। মরমদি তাইবঙগী পোকপা অমস্তুং চাওখৎপসি দেবতাশিংবু পীবা যজ্ঞদগী ওই. মৈদা হোম পীবা ডাক্তুনা যজ্ঞ ওইদে, মৈ য়াওদনা দেবতাশিংগীদমক দান-নচিংবা পীববুস্থ যজ্ঞ কৌই। মরম অসিনা মফম অসিদা মসিগী মমিং কর্ম্মনি ॥৩॥

মতৌ অস্তুমনা হৌজিক মথাগী য়াহং অহুমগী পাউখুম পীরি—

অধিভূতং ক্ষরো ভাবঃ পুরুষশ্চাঽধিদৈবতম্।
অধিযজ্ঞোঽহমেবাত্র দেহে দেহভৃতাংবর ॥৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—দেহভৃতাংবর = থরায়পানবশিংগী মনুংদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! ক্ষর = মাঙগদবা, ভাবঃ = পোক্তুনা লৈবা পোৎ পূম্নমক, অধিভূতং = অধিভূতনি, চ = অদুগা, পুরুষঃ = পূম্নমক্তা থন্ন লৈবা হিরণ্যগর্ভ ( ব্রহ্মা ), অধিদৈবতং = অধিদৈবতনি ( আদিত্য-নচিংবা দেবতা পূম্নমক্কী মপু ওইদুনা মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংগী অধিস্থাতা দেবনি ), অত্র দেহে = মীওইবগী হকচাংসিদা, অহং এব = শ্রীভগবান্ বাসুদেব ঐমক বিষ্ণু ওইনা, অধিযজ্ঞঃ = অধিযজ্ঞনি ॥৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—থরায়পানবশিংগী মনুংদা অথোইবা অর্জ্জুন! পোক্তুনা লৈবা মাঙগদবা পোৎ পূম্নমক অধিভূতনি, পূম্নমক্তা থন্ন লৈবা হিরণ্যগর্ভ অধিদৈবতনি অদুগা মীওইবগী হকচাংসিদা বাসুদেব ঐমক বিষ্ণু ওইনা অধিযজ্ঞনি ॥৪॥

## অথূপ্পা বা

মসিদা অধিভূতগী অর্থ পৃথিবীনচিংবা ভূত মওাগী অপৌবা থবকশিংবু লৌরোইদবনি মহুগী মতুত্তা পোকুনা লৈরিবা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্নমকপু লৌগদবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্না তাকই। অদুগা অধিদৈবগী অর্থস্তু মফম অসিদা পুরুষকী মশক ওইবা হিরণ্যগর্ভবু লৌগদবনি অমস্তুং ইন্দ্র, আদিত্যনচিংবা অকক্নবা দেবতাশিংবু লৌরোইদবনি। পুরুষকী অর্থদি—"পূর্ণমনেন সর্ব্বমিতি পুরুষঃ" —"পূম্নমক্তা থন্ন লৈবনি।" মহুদি হিরণ্যগর্ভগী মশক ওইবা আত্মানি। শ্রুতিনা মাবু পুরুষ কৌবগী মরম অস্তুমনা তাকলি—"আত্মৈবেদমগ্র আসীৎ পুরুষবিধঃ, সোঽনুবীক্ষ্য নান্যদাত্মনোঽপশ্যৎ, সোঽহমস্মীত্যগ্রে ব্যাহরৎ, ততোঽহংনামাঽভবৎ, স যৎ পূর্ব্বোঽস্মাৎ সর্ব্বস্মাৎ সর্ব্বান্ পাপ্মনঃ ঔষৎ, তস্মাৎ পুরুষঃ" ( বৃঃ উঃ ১/৪/১ )—"কল্পসিগী মমাংদা (হৌজিক বরাহ কল্প চৎলি) পৌনা উরিবা তাইবং পূম্নমকসি পুরুষগী মওঙ ওইবা আত্মামক্তা ( হিরণ্যগর্ভমক্ত ) ওইনা লৈরম্মী মহাকনা মায়কৈ পূম্নমক্তা কোয়না য়েংবদা মশাদগী অতোপ্পা অমত্ত উরমদে; অদুগা ঈহান হানবদা—"অহমস্মি"—"ঐ লৈ, ঐনি" অস্মুমনা হায়রমই, মহুদগী আত্মাসিগী মমিং "অহং"—"ঐ" ওইখি মহাকনা লেঙলি-পাল্লিবা তাইবংসি ওইদ্রিঙৈগী মমাংদা তপ তৌহুনা পাপ পূম্নমক চাকথেকখি, মরম অসিদগী মহাক ( হিরণ্যগর্ভ ওইবা আত্মা ) পুরুষনি।" মসিদা "পুর্" গী অর্থ থায়না মনাওলি, অদুগা "উষঃ" গী অর্থ চাকথেকপনি। অস্তুমনা "পুর্ + উষঃ" অনীসি

তিল্লগা পুরুষ ওইবনি। মতৌ অসুমনা হিরণ্যগর্ভ ওইবা আত্মানা পাপ চাকথেকখিবা মরমদগী মাগী মমিং পুরুষনি। অদুগা অকুপ্পা হকচাং পুম্নমকপু অমত্ত ওইনা লৌরগা মদুদা লৈবা অপুনবা জীবাত্মা পুম্নমকপু হিরণ্যগর্ভ কৌই। পুরাণগী লোল-দা হায়রবদি মহাক মচীন (মমায়) মরি পানবা ব্রহ্মানি। মাগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—"ব্রহ্মা দেবানাং প্রথমঃ সংবভুব বিশ্বস্য কর্ত্তা ভুবনস্য গোপ্তা" ( মুঃ উঃ ১/১/১ )—"দেবতাশিংগী মনুংদা ব্রহ্মা খ্বায়দগী অহানবদা পোকই, মহাক জগৎ পুম্নমক্কী শেম্বীবনি অমসুং য়োকপি-ঙাকপিবনি।" "হিরণ্যগর্ভঃ সমবর্ত্তাহগ্রে" (ঋগ্ ১০/১২১/১ )—"খ্বায়দগী অহানবদা হিরণ্যগর্ভ ফোঙদোকখি।"

মরম অসিনা শ্রীভগবান্না "পুরুষ" হায়বা ৱাহয় অসিদগী মফম অসিদা ইন্দ্রিয় পুম্নমক্কী অধিস্থাতা ওইদুনা লৈরিবা হিরণ্যগর্ভবু অধিদৈবত ওইনা লৌগদবনি। অদুগা অধিযজ্ঞদসু ইন্দ্রনচিংবা দেবতাশিংবু লৌরোইদবনি, "যজ্ঞো বৈ বিষ্ণু" ( তৈঃ সঃ ১/৭/৯ ) হায়বা শ্রুতি অসিগী মতুংইন্না শ্রীভগবান্ বাসুদেবমক বিষ্ণু ওইনা হকচাংসিদা লৈরগা যজ্ঞগী কর্ত্তা অমসুং ভোক্তা ওইবনি হায়বসি লৌগদবনি ॥৪॥

শিরমদাই মতমদা মীনা ইবুংঙো নহাকপু করম ৱোনা খঙদুনা নীংগদবা ওই হায়বা অরোইবা ৱাহংগী পাউখুম অসুমনা পীবা হৌই—

**অন্তকালে চ মামেব স্মরন্মুক্ত্বা কলেবরম্।**
**যঃ প্রযাতি স মদ্ভাবং যাতি নাস্ত্যত্র সংশয়ঃ ॥৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—চ = অদুগা, যঃ = মী অদুনা, অন্তকালে = শিরমদাইগী মতমদা, মাং এব = বাসুদেব ( কৃষ্ণ ) ঐমক্তবু, স্মরন্ = ( অহানবদা তৌরকপা অভ্যাসকী মতুং ইন্না ) সগুণ নত্রগা নির্গুণ ওইনা নীংজদুনা, কলেবরং মুক্ত্বা = হকচাংশিবু থাদোকলগা, প্রযাতি = চৎলী, সঃ = মহাক অদুনা, মদ্ভাবং = বাসুদেব ঐগী স্বরূপপু, যাতি = ফংই, অত্র = মসিদা, সংশয়ঃ ন অস্তি = চিংনফম লৈতে ॥৫॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—অদুগা মী অদুনা শিরমদাইগী মতমদা বাসুদেব ( কৃষ্ণ ) ঐমক্তবু নীংজদুনা হকচাংসিবু থাদোকলগা চৎলী, মহাক অদুনা বাসুদেব ঐগী স্বরূপপু ফংই, মসিদা চিংনবা লৈতে ॥৫॥

## অথূপ্পা বা

শিরমদাইগী মতমদা শ্রীভগবান্‌বু নীংশিংদুনা লৈবসি অরায়বা রা নত্তে। হকচাং কল্লীডৈগী মতমদা চহী কয়ামুক হান্নদগী অভ্যাস তৌদুনা লৈরকলবা মী অদুতনা মসি তৌবা ঙমগনি। মদুদস্মু সগুণ ব্রহ্ম নীংবা মী সগুণ ব্রহ্ম ফংগনি, অদুগা নির্গুণ ব্রহ্ম নীংবা মীনা নির্গুণ ব্রহ্ম ফংগনি। মরমদি ব্রহ্মগী রূপ ( মশক ) অসী অনী-থোকনা থায়রি। মসিবু শ্রুতিনা অসুমনা তাকলি—"সগুণ-নির্গুণ স্বরূপংব্রহ্ম" ( ত্রিঃ মঃ উঃ ১/১ )—"ব্রহ্মসি সগুণ অমসুং নির্গুণ স্বরূপনি।" মদুদা নির্গুণ স্বরূপসি মাগী অশেংবা মশকনি অদুগা সগুণদি মায়া উপাধিনা মরম ওইদুনা ওইবা মশকনি, অশেংবা নত্তে। অদুগা বাসুদেব ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণমক পরব্রহ্মনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে, সূপনা মায়ানা হকচাং লৌবগুম তৌনা লৈবনি

হায়বসিবু অহানবদা তাকপ্রে। মরম অসিনা সগুণ উপাসকনা ( সগুণ নীংবা মীনা ) শিরবা মতুংদা সগুণ ভগবান্দা তিনবগী মশক ওইবা সাযুজ্য মোক্ষ ফংই অদুগা নির্গুণ উপাসকনা ( নির্গুণ নীংবা মীনা ) কৈবল্য মোক্ষ ফংদুনা পরব্রহ্মদা তিল্লী। নির্গুণ উপাসক শিরবা মতুংদা অতোপ্পা লোক অমদা চত্তে, মহাক মফম অসিমক্তদা ব্রহ্মদা তিল্লী। মসিবু শ্রুতিনস্থু অসুমনা হায়রি—"ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি" (মুঃ উঃ ৪/৪/৬)—"ব্রহ্মনক ওইদুনা ব্রহ্মদা তিল্লী।" "ন তস্য প্রাণা উৎক্রামন্তি. অত্রৈব সমবলীয়ন্তে" ( বৃঃ উঃ ৪/৪/৬ )—"নির্গুণ উপাসক জ্ঞানীদুগী শিবা মতমদা ইন্দ্রিয় পুন্নমক হকচাংদগী চৎথোক্তে, মফম অসিমক্তদা মখোয় পুন্নমক মাগী মাগী কারণদা (মহু মহুদগী পোকলকপা মরমদা) তিনখি।" মরম অসিনা স্পনা সগুণ উপাসকনা অর্চি-নচিংবা লম্বীদা ব্রহ্মলোক ফাওবা চৎলী। মসিগী মরমদা তুংদা নীংথিনা বিচার তৌগনি ॥৫॥

শিরমদাইদা ইবুংঙো নহাকপু নীংবা মীনা নহাকপু ফংই হায়রবদি নহাকপু নীংদবা অমস্থুং অতোপ্পবু নীংবা মীনা করি ফংবগে চিংনরবদা মহুগী পাউখুম পীরি—

**যং যং বাহপি স্মরন্ ভাবং ত্যজত্যন্তে কলেবরম।**
**তং তমেবৈতি কৌন্তেয় সদা তদ্ভাবভাবিতঃ ॥৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—কৌন্তেয় = কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! অন্তে = শিরমদাইদা মীহুনা, যং যং বা = করিগুম্বা অমা নত্রগা অমা, ভাবং অপি = পোৎ অমস্থু ওইসন্থু মহুবু, স্মরন্ = নীংদুনা, কলেবরং = হকচাংবু,

ত্যজতি = থাদোকই, অদুগুম্বা মী মহাকনা, সদা = মতম পুম্নমক্তা, তদ্ভাবভাবিতঃ = পোৎ অদুগী ভাবনানা হায়বদি সংস্কারনা চুখিহুনা, তং তং এব = পোৎ মদু মদুমক্তবু, এতি = ফংই ॥৬॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন ! শিরমদাইদা মী অদুনা করিগুম্বা পোৎ অমা নত্রগা অতোপ্পা অমবু নীংদূনা হকচাংবু থাদোকই, অদুগুম্বা মহাকনা মতম পুম্নমক্তা পোৎ অদুগী ভাবনানা হায়বদি সংস্কারনা চুখিহুনা মদু মদুগুম্বা পোৎ মদুমক্তবু ফংই ॥৬॥

## অথূপ্পা ৱা

শিরমদাই মতমসি মীওইনা প্লোকপা জীবগীদি য়াম্না অথোইবা মতমনি। মসি তুংদা ফংগদৌরিবা মপোক অদুগী ( ওইরুগদবা ফীবম ) লেপনবা মতমনি। মসিদা মানা লেপ্পা অমস্তুং থনবা অদুগী মতুং ইন্না মপোক ফংগদবনি, লাই নীংহুনা শিবদগী লাই ওইগনি, হুপী নীংহুনা শিরবদি হুপী ওইগনি, সংসারগী অপাম্বা করিগুম্বা পোৎ অনবু নীংহুনা শিরবদি মদু ফংবা য়াবা হকচাং লৌদূনা শোয়দনা পোকনি মরম অসিনা উপনিষত্তস্থ অস্তুমনা হায়রি—' **দেহাবসান সময়ে চিত্তে যদ্ যদ্বিভাবয়েৎ। তত্তদেব ভবেজ্জীব ইত্যেবং জন্মকারণম্।**" ( যোঃ শিঃ উঃ ১/৩১ )—"হকচাংগী অরোইবা মতমদা হায়বদি শিরমদাইদা পুক্কীংদা নীংলিবা (খল্লিবা) অদুগী মতুং ইন্না জীবনা মদু মদু ওই। মসি মতৌ অস্তুমনা পোক্কদবা হকচাংগী মরম ওই।" শ্রীমদ্ভাগবতকী মনুংদস্থু অস্তুমনা হায়রি—

কৃষ্ণ মাবু নীংজগদবনি। অহুবু মহাক নিরাকার ওইবা মরমদগী কনাগুম্বনা মাবু নীংজবা ঙমদবা থোকলবদি পূক্নীংদা মাবু ফংনবা লেপলগা মায়ানা শাহুনা উৎপা অমসুং সাকার ওইনা লৈরিবা কৃষ্ণহুবু নীংজগদবনি। মহুদগীসু অশেংবা কৃষ্ণ ফংবা ঙমগনি। শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা অর্জ্জুনবু হায়বা অসিগুমনা নারদগী মফমদসু অসুমনা হায়রি—

একাগ্রমনসা যো মাং ধ্যায়তে হরিমব্যয়ম্।
হৃৎপঙ্কজে স্বাত্মানং স মুক্তো নাত্র সংশয়ঃ॥
মদ্রূপমদ্বয়ং ব্রহ্ম আদিমধ্যান্তবর্জিতম্।
স্বপ্রভং সচ্চিদানন্দং ভক্ত্যা জানাতি চাহব্যয়ম্॥

(বাসুদেবোপনিষৎ—১)

"মী অহুনা পূক্নীং অনী লোঙদনা থম্মোই থম্বালদা অমাঙ-অতা লৈতবা অমসুং মশামক্কী আত্মা ওইবা হরি ঐবু ধ্যান তৌই (নীংই), মহাক অহু মুক্ত ওই হায়বসিদা চিংনবা লৈতে। অহুগা মহাক অহুনা ভক্তি তৌজবনা মরম ওইহুনা বাসুদেব কৃষ্ণ ঐগী অনী-শুবা লৈতবা, অহৌবা, ময়ায়, অরোইবা (পোকপা, হিংবা, শিবা) নাইদবা হায়বদি ঙমথৈ লৈতবা, মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইবা অমসুং ময়েং তাবা লৈতবা (মতম পুম্নমক্তা অনত্ত ওইনা চপ মান্নবা লৈবা) অশেংবা মশক ব্রহ্মবু খঙই।"

মতৌ অসুমনা খঙলগা কৃষ্ণ ফংবহু অশেংবা ফংবনি, মাগী মায়িক মূর্ত্তি য়েংহুনা খঙবহু অশেংবা খঙবা নত্তে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা মাগী অশেংবা মশক খঙহুনা মাবু ফংনবগীদমক মাবু নীংনবা হোৎনৌ হায়না তাকপনি॥৭॥

মতৌ অসুমনা ব্রাহং তরেৎকী পাউখুমশিং পীরগা শিরমদাইদা ইবুংঙো মাবু নীংবদগী মাবুদবু ফংই হায়বসিবু হৌজিক শন্দোকনা শ্লোক অস্তুমদা তাকলি—

**অভ্যাসযোগযুক্তেন চেতসা নাঽন্যগামিনা।**
**পরমং পুরুষং দিব্যং যাতি পার্থাঽনুচিন্তয়ন্ ॥৮॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**—পার্থ=পৃথা (কুন্তী) গী মচানুপা হে অর্জ্জুন! অভ্যাসযোগযুক্তেন=অভ্যাসকী মশক ওইবা যোগগা লোয়নরবা (যোগ তৌরিবা), ন অন্যগামিনা=কৃষ্ণ ঐবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা অমদা চত্রবা, চেতসা=পুক্নীংনা, অনুচিন্তয়ন্=অপনবা লৈতনা নীংলিবা মীহুনা, পরমং=খ্বায়দগী অথোইবা, দিব্যং=মশা মতোমদা ডান্থোক্তুনা লৈবা, পুরুষং=শীনথুংনা লৈবা, ব্রহ্মবু, যাতি=ফংই ॥৮॥

**অপুনবা অর্থঃ**—হে অর্জ্জুন! অভ্যাসকী মশক ওইবা যোগ তৌরিবা অমসুং কৃষ্ণ ঐবু থাদোক্তুনা অতোপ্পা অমদা চত্রবা পুক্নীংনা অপনবা লৈতনা নীংলিবা মীহুনা খ্বায়দগী অথোইবা, মশা মতোমদা ডান্থোক্তুনা লৈবা অমসুং শীনথুংনা থন্না লৈবা ব্রহ্মবু ফংই ॥৮॥

## অথুপ্পা বা

অভ্যাস কদায়বু কৌবগে হায়বসি যোগদর্শনদা অসুমনা তাকলি—'তত্র স্থিতৌ যত্নোঽভ্যাসঃ" (১/১৩)—"সাধকনা অপাম্বা ধ্যেয়দা (নীংগদৌরিবা পোৎ অহুদা) পুক্নীংবু লেঙদনা থমনবা হোৎনবসি অভ্যাসনি।" মসিগী অশেংবা মওঙদি—নীংলিবা লাই নত্রগা পোৎ অহু নত্তবা অতোপ্পা লাই নত্রগা পোৎকী নীংবা

পূমথা থাদোক্লুনা সূপনা নীংলিবা অতুমক্কদা পূক্লীংগী ঈচেল চেল-হন্দুনা থম্বনি। মসিবু নীংথিনা তৌবা ঙমনবগীদমক অভ্যাসী সাধকনা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণগী ফোটো মাঙদা থমলগা মতুদা পূক্লীং থিংজিন্দুনা থমলবা মতুংদা মহুবু মনুংদা পুশিল্লক্লুনা পূক্লীংদা মতুমক্কবু খন্দূনা নত্রগা য়েংহুনা লৈবসি ধ্যানগী মশক ওইবা অভ্যাস যোগনি। মসিবু নুমিৎ খুদিংগী নিয়ম কায়দনা ঙম্বমখৈ তৌহুনা লৈরবদি শিরমদাইদস্থ অভ্যাস অহুনা মরম ওইহুনা ইবুংঙো মাবু নীংহুনা লৈবা ঙমগনি, অতুগা মতুদগী সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মাবু ফংই হায়বসিবু ইবুংঙো মশামকনা কৃপা তৌবিহুনা তাকলিবনি ॥৮॥

সাধক ওইবা ভক্তনা শিরবা মতুংদা ফংগদবা ইবুংঙো মহাক্কী অশেংবা মশকপু অসুমনা তাকলি—

কবিং পুরাণমনুশাসিতার-
মণোরণীয়াংসমনুস্মরেৎ যঃ।
সর্ব্বস্য ধাতারমচিন্ত্যরূপ-
মাদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ ॥৯॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—কবিং = অরাপ্পগী পূম্নমকপু উবা ( হৌখিবা, ওইরিবা অমসুং ওইরক্কদবা পূম্নমকপু খঙবা ), পুরাণং = খ্বায়দগী অহল ওইবা ( মঙোন্দগী হানবা অতোপ্পা পোৎ অমত্ত লৈতবা ), অনুশা-সিতারং = তাইবঙ পূম্নমকপু ঙাকপি শেনবিহুনা শাসন তৌবা, অণোঃ অণীয়াংসং = অকুপ্পদগীসু খোইদোক হেন্দোকনা কুপ্পা, সর্ব্বস্য ধাতারং = কর্ম্ম পূম্নমক্কী মহয়বুসু মতীক চানা পীনবিবা, অচিন্ত্যরূপং = খন্ন-নৈনফম লৈতবা মশকনা মাগী ওইবা, আদিত্যবর্ণং = নুমিৎকুম

মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা, তমসঃ পরস্তাৎ=অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী থাপনা লৈবা অসিগুম্বা পুরুষকী ( ব্রহ্মগী ), মশক ওইবা কৃষ্ণবু, যঃ স্মরেৎ=মীতুনা নীংজে অতুগুম্বা মহাকনা মাবু (শ্রীকৃষ্ণবু) ফংই ॥৯॥

**অপুনবা অর্থঃ**—মতম অছুম্মক্কী পোৎ পুন্নমকপু থঙবা, খ্বায়দগী অহন ওইবা, তাইবং পুন্নমকপু ঙাকপি-শেনবিবা, কুপ্পদগীস্মু থোইদোক হেন্দোকনা কুপ্পা, কর্ম্ম পুন্নমক্কী মহয়বুস্মু মতীকচানা পীনবিবা, থম্ন-নৈনকম লৈতবা শক্তম ওইবা, নুমিৎকী মঙালগুমনা মশা মতোমদা ঙান্দুনা লৈবা অমস্মুং অজ্ঞানগী মশক ওইবা অমম্বদগী থাপনা লৈবা ব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু মীতুনা নীংশিংজে, মহাকনা কৃষ্ণ ঐবু ফংই ॥৯॥

## অথুপ্পা বা

পুনসী চুপ্পা সাধক ওইতুনা লৈবা ভক্তশিংনা শিরবা মতুংদা ফংগদবা সাক্ষাৎ পরমেশ্বরগী মশক অনীবু শ্রুতিশিংনস্মু অস্মুমনা হায়রি—"যঃ সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্ববিৎ" (মুঃ উঃ ১/১/৯)—"পরমাত্মাদি পুন্নমকপু অমত্ত ওইনা খঙবনি, অতুগা পুন্নমকপু অমমম ওইনস্মু খঙবনি।" অতুগা তাইবঙ পুন্নমকসি মাগী শাসনগী মতুং ইন্না চত্তুনা লৈ হায়বসিবুস্মু অস্মুমনা তাকলি—"ভয়াদস্যাগ্নিস্তপতি ভয়াত্তপতি সূর্য্যঃ" ( কঠঃ ২/৩/৩ )—"মাগী শাসনবু কিবদগী মৈনা অশাবা পীদুনা লৈ, নুমিৎস্মু শাতুনা লৈ।" "অণোরণীয়ান্ মহতো মহীয়ান্" ( কঠঃ ১/২/২০ )—"পুন্নমক্কী হৃদয়দা লৈরিবা পরমাত্মা অসি অকুপ্পদগীস্মু থোইনা হেন্না কুপ্পনি অতুগা অচৌবশিংদগী

থোইনা হেন্না চাউবনি।" "সর্ব্বস্য ধাতারমচিন্ত্যশক্তিম্" ( নাঃ পঃ উঃ ৯/১৬ ) "মহাক কর্ম্মগী মহয় পীনবিবনি অমস্তুং খন্নেনীংঙাই লৈতবা শক্তি মহাক্কী ওইবনি।" ইবুংঙো মানা কর্ম্মগী মহয় পীবি হায়-বসিবুদি বেদান্ত দর্শনদসু অসুমনা তাকলি—"ফলমত উপপত্তেঃ" ( ৩/২/৩৮ )—"জীবশিংনা মখোয়না তৌবা কর্ম্মশিংগী মহয় পর-মাত্মাদগী ফংই। মরমদি ঈশ্বর নত্তনা কর্ম্মগী মহয় পীবিবা ঙম্বা কনা অমদা লৈতে, মহাক তাইবংসিগী শেম্বিবা, য়োকপিবা অমস্তুং মাঙ-হনবা তৌবিবা মপুনি।" মতৌ অসুমনা—' আদিত্যবর্ণং তমসঃ পরস্তাৎ" (শুক্ল যজুঃ ৩১/১৮)—"মহাক মঙানগী মশকনি, অমম্বদগী থাপনা লৈবনি।" অসিনচিংবা মন্ত্রশিংনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক তাকলি ॥৯॥

করম্বা মতমদা সাধকনা ইবুংঙো মাবু চেকশিন্না নীংজরগা মোক্ষ ফংগদগে হায়বহু হৌজিক তাকলি—

প্রয়াণকালে মনসাঽচলেন
ভক্ত্যা যুক্তো যোগবলেন চৈব।
ভ্রুবোর্মধ্যে প্রাণমাবেশ্য সম্যক্
স তং পরং পুরুষমুপৈতি দিব্যম্ ॥১০॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—প্রয়াণকালে = শিরমদাইগী মতমদা, অচলেন মনসা = ( অহানবদা তৌরকপা অভ্যাসকী মতুং ইন্না ) লেঙদনা থমলবা পুক্নীংনা, ভক্ত্যা যোগবলেন চ = ভক্তি অমস্তুং সমাধিযোগগী শক্তিগা, যুক্তঃ এব = লোয়নননমক, ভ্রুবোঃ মধ্যে = মীশুম অনীগী

মরক্তা ( আজ্ঞাচক্রদা ), প্রাণং=প্রাণবায়ুবু, সম্যক্ আবেশ্য= নীংথিনা চিংখত্তুনা কৃষ্ণ ঐবু নীংজরবা, সঃ=সাধক ভক্তছুনা, পরং= খ্বায়দগী অথোইবা, দিব্যং=অমকপা লৈত্রবা, তং পুরুষং=ব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐছুবু, উপৈতি=ফংই ( শিরবা মতুংদা ব্রহ্মদা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই ) ॥১০॥

**অপূনবা অর্থঃ**—শিরমদাইগী মতমদা লেঙদনা থমলবা পুক্নীংনা ভক্তি অমস্থুং যোগশক্তিগা লোয়ননমক পীশূম অনীগী মরক্তা প্রাণ-বায়ুব্ নীংথিনা চিংখত্তুনা কৃষ্ণ ঐবু নীংজরবা মী অদুনা খ্বায়দগী অথোইবা অমস্থুং অমকপা লৈত্রবা ব্রহ্মগী মশক কৃষ্ণ ঐছুবু ফংই ॥১০॥

## অথুপ্পা রা

শিরমদাইগী মতমদা পরমাত্মাবু নীংবসি অহানবদগী হৌনা য়ামনা কন্না অভ্যাস তৌদুনা লৈরকলবা মরাইবক ফবা মীদনা তৌবা ঙমগনি, অচম্বা কনা অমত্তনা তৌবা ঙম্মোই হায়বসি তাকনবগীদমক সাধক অদুগী বিশেষণ অনী মফম অসিদা পীরি, মদুদি ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণদা লেঙদবা ভক্তি লৈবা অমস্থুং অহানবদগী হৌনা সমাধি-যোগগী অভ্যাস তৌদুনা লৈবা অনীসিনি। অনীসিনা মরম ওইদুনা সাধকনা পুক্নীং লেপ্‌না থমলগা অহানবদা ইবুংঙো মাবু হৃদয়পদ্মদা (থম্মোই থম্বালদা ) নীংজগদবনি। হৃদয় অসি ইবুংঙো মাবু ফংনবা খ্বায়দগী অথোইবা মফমনি, মসি নত্তনা মপানগী করিগুম্বা মফম অমদা ইবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগনি হায়বসি ওইথোক্তবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনস্থু অস্থুমনা হায়রি—“অথ যদিদমস্মিন্ ব্রহ্মপুরে

দহরং পুণ্ডরিকং বেশ্ম, দহরোঽস্মিন্নন্তরাকাশঃ, তস্মিন্ যদন্তঃ, তদন্বেষ্টব্যং, তদ্বাব বিজিজ্ঞা সিতব্যম্।" ( ছাঃ উঃ ৮/১/১ )—"ব্রহ্মগী লৈনবা হকচাংগী মশক ওইবা কোন্নুংসিদা য়ামনা পীকপা হৃদয় থম্বালগী মশক ওইবা কা অমা লৈ, কা অসিদা অপিকপা অহাঙবা মফম অদুগী মন্নুংদা ব্রহ্মবু য়েংনবা ( উনবা ) হোৎনগদবনি অমস্তুং মদুবু খঙনবা হংগদবনি।" মতৌ অস্মমনা পূর্কীং ফাজিন্দুনা থম্মোই থম্বালদা পরমাত্মাবু শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইনা নীংলগা মতুংদা প্রাণবায়ুবু চিংখত্তুনা পীশূম অনীগী মরক্তা লাইবক্তা লৈবা আজ্ঞাচক্রদা পুরকনবা হোৎনগদবনি। আজ্ঞাচক্র অসি মনা অনী পানবা থম্বালগী মওঙনি ; মসি স্থষুম্না কৌবা শিংলীগা শমননা লৈ। মরম অসিনা মদুনা মরম ওইদুনা সাধক অদুগী শিবা মতমদা প্রাণবায়ু অদু ব্রহ্মরন্ধ্রদা ( লল্লাই লেমফুদা ) চৎখিগনি। মদুদগী মহাকনা মোক্ষ ফংগনি। মফম অসিদা "পর পুরুষ" কী অর্থ পরব্রহ্মনি। মরমদি—"পরং পুরুষমবিধ্যায়ীত" ( প্রঃ উঃ ৫/৫ )—"পর পুরুষবু ধ্যান তৌ" হায়বসিদা পরপুরুষকী অর্থ ব্রহ্মনি হায়বসি বেদান্তদর্শন ( ১/৩/১৩ ) দা লেপ্পী ॥১০॥

শিরমদাইগী মতমদা শ্রীভগবান্বু নীংজবা অমস্তুং মাগী নাম শোনজবা মদুদা করম্বা মওঙ অমস্তুং নাম লৌদূনা নীংজ-শোনজগদগে হায়বসিবুস্তু হৌজিক অস্মমনা তাকপা হৌই—

যদক্ষরং বেদবিদো বদন্তি
বিশন্তি যদ্ যতয়ো বীতরাগাঃ।

যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি
তত্তে পদং সংগ্রহেণ প্রবক্ষ্যে ॥১১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যাঃ**— বেদবিদঃ = বেদবু নীংথিনা খঙবা ঋষিশিংনা, যদ্ = মহুবু, অক্ষরং বদন্তি = মাঙ-তাকপা লৈতবনি অস্তুমনা হায়রি, বীতরাগাঃ = সংসারগী পোৎশিংদা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা, যতয়ঃ = য়ামনা নোম্বা কনবা সন্ন্যাসীশিংনা, যদ্ বিশন্তি = মহুদা তিন্দুনা মোক্ষ ফংই, যদ্ ইচ্ছন্তঃ = মহুবু খঙনীংবা মী-শিংনা, ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি = গুরুগী মনাক্তা লৈহুনা ব্রহ্মচর্য্য ব্রত তৌই, তৎ পদং = অহুগুম্বা ফংবদা খ্বায়দগী হেন্না মতীক চাবা ব্রহ্ম তত্ত্বহুবু, তে = অর্জ্জুন নহাক্কী-দমক, সংগ্রহেণ = য়ামনা শমনা, প্রবক্ষ্যে = নীংথিনা হায়গে ( মসিবু নঙনা পুক্নীং চঙনা তাও ) ॥১১॥

**অপুনবা অর্থঃ**— বেদবু নীংথিনা খঙবা ঋষিশিংনা মহুবু মাঙ-তাকপা লৈতবনি হায়, সংসারগী পোৎশিংদা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা সন্ন্যাসীশিংনা মহুদা তিন্দুনা ( চঙদুনা ) মোক্ষ ফংই অমসুং মহুবু খঙনীংবা মী-শিংনা ব্রহ্মচর্য্যব্রত তৌহুনা লৈ, অহুগুম্বা ফংবদা মতীক চাবা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুবু নহাক্কীদমক য়ামনা শমনা হায়গে ( মসিবু মুন্না তাও ) ॥১১॥

## অথূপ্পা বা

বেদবু নীংথিনা খঙবা ঋষিশিংনা ব্রহ্মতত্ত্ব অহুবু অক্ষরনি ( মাঙ-তাকপা লৈতবনি ) অস্তুমনা হায়রি—"**এতদ্বৈ তদক্ষরং গার্গি ব্রাহ্মণা অভিবদন্ত্যস্থূলমনণ্বহ্রস্বমদীর্ঘম্** .... ...." (বৃঃ উঃ ৩/৮/৮) —( নসিগী অর্থদি অধ্যায়সিগী অহুমশুবা শ্লোক্কী অথূপ্পা বা য়েংবিয়ু )।

সংসারগী পোৎশিংদা অপাম-মিহৌ লৈত্রবা সন্ন্যাসীশিংনা ব্রহ্মতত্ত্বতুব্র ফংই হায়বসিবুস্থু অস্থুমনা তাকলি—

সংপ্রাপ্যৈনমৃষয়ো জ্ঞানতৃপ্তাঃ
কৃতাত্মানো বীতরাগাঃ প্রশান্তাঃ।
তে সর্ব্বগং সর্ব্বতঃ প্রাপ্য ধীরা
যুক্তাত্মানঃ সর্ব্বমেবাবিশন্তি॥

( মুঃ উঃ ২/২/৫ )

"আত্মতত্ত্বসিবু ফংলগা ( খঙলগা ) ঋষিশিংহু জ্ঞাননা পেনবা, তৌফম থোকপা থবক তৌরবা ( আত্মাবু খঙবা ঙমনবা থবক তৌরবা ), অপাম-মিহৌ লৈতবা অমস্থুং য়ামনা তপনা লৈবা ওই। অসিগুম্বা জ্ঞানী ওইবা মখোয়না য়েংলু-য়েংলুবা মায়কৈদা মফম পূম্নমক্তা লৈবা আত্মতত্ত্বগী মশক ওইবা ব্রহ্মাবু ফংলগা ( খঙলগা ) পূক্নীং ফাজিন্দুনা শিরবদা পূম্নমক্কী মশক ওইবা ব্রহ্মদা তিল্লী।"

মাবু ফংনীংবদগী ব্রহ্মচর্য্যব্রত-নচিংবা তৌই হায়বসিবু অস্থুমনা তাকলি—

সর্ব্বে বেদা যৎপদমামনন্তি
তপাংসি সর্ব্বাণি চ যদ্বদন্তি।
যদিচ্ছন্তো ব্রহ্মচর্য্যং চরন্তি
তত্তে পদং সংগ্রহেণ ব্রবীম্যোমিত্যেতৎ॥

( কঃ উঃ ১/২/১৫ )

যমরাজনা নচিকেতাগী মফমদা অস্থুমনা হায়—"বেদ পূম্ন-মকনা পদ ( ফংনফম থোকপা তত্ত্ব ) অহুমক্তবু শক-শোল্লি, তপ

পূম্নমকপু মতু ফংনবা সাধননি ( উপায়নি ) হায়, মতু ফংনীংবা মী-শিংনা ব্রহ্মচর্য্যব্রত তৌই, অদুগুম্বা তত্ব অদুবু শমলপনা হায়গে—মতু 'ওঁ' নি।"

মতৌ অসুমনা ঋষিশিংনা বেদদা হায়রিবা ৱাশিং অসিবু ওঁকারগী উপাসনা তাক্কে হায়বগীদমক মফম অসিদা অর্জ্জুনবু হায়রিবনি ॥১১॥

"তত্তে পদং প্রবক্ষ্যে" হায়খিবা অদুগী মতুংইন্না হৌজিক শ্রীভগবান্না "ওঁকার" উপাসনাগী মরমদা শ্লোক অনীদা অসুমনা হায়রি—

সর্ব্বদ্বারাণি সংযম্য মনো হৃদি নিরুদ্ধ্য চ।
মূর্ধ্ন্যাধায়াত্মনঃ প্রাণমাস্থিতো যোগধারণাম্ ॥১২॥
ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম ব্যাহরন্মামনুস্মরন্।
যঃ প্রযাতি ত্যজন্দেহং স যাতি পরমাং গতিম্ ॥১৩॥

অন্বয় ব্যাখ্যাঃ—সর্ব্বদ্বারাণি=মপানগী বিষয়শিংবু (পোৎশিংবু) মনুংদা লৌশিন্ননবা থোঙ ওইনা লৈবা মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়-শিংবু, সংযম্য=মখোয় মখোয়গী বিষয়শিংদগী ফাজিন্দূনা থমলগা, মনঃ=পূক্নীংবু, হৃদি=থম্মোইদা, নিরুদ্ধ্য=থিংজুনা থমলগা, চ=অদুগা, প্রাণং=প্রাণবায়ুবু (থৱায়বু), মূর্ধ্নি=কোকতোন্দা ( লৱাই লেমফূদা ), অধায়=চিংখত্তুনা থমলগা, আত্মনঃ=আত্মাগী মরমদা, যোগধারণাং=সমাধিযোগগী ধারণাবু, আস্থিতঃ=তৌরবা ॥১২॥ যঃ=মী অদুনা, ওঁ ইতি=ওঁ অসুমনা, একাক্ষরং ব্রহ্ম=ময়েক

অমত্তং ওইবা ব্রহ্মবু, ব্যাহরন্ = চীনদা শোঞ্জত্নুা, মাং অনুস্মরন্ = পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু নীংজত্নুা, দেহং ত্যজন্ = হকচাং থাদোকলগা, প্রযাতি = চৎলী, সঃ = অদুগুম্বা মীনা, পরমাংগতিং = অথোইবা অরান-খুবম, যাতি = ফংই ॥১৩॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**— মপানগী পোৎ লৌননবা থোঙ ওইনা লৈবা ইন্দ্রিয়শিংবু ফাজিল্লগা, পুক্নীংবুস্থ থম্মোইদা থমলগা অদুগা প্রাণ-বায়ুবু লরাইলেমফূদা চিংখত্নুা থমলগা আত্মাগী মরমদা সমাধিযোগগী ধারণা তৌরবা মী অদুনা ওঁ অস্থমনা ময়েক অমত্ত ওইবা ব্রহ্মবু চীনদা শোঞ্জত্নুা অমস্থং পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু নীংজত্নুা হকচাংসিবু থাদোকুনা চৎলী ; অদুগুম্বা মীনা অথোইবা অরান-খুবম ( মোক্ষ ) ফংই ॥১২,১৩॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অনীসিদা শ্রীভগবান্না ওঁকারগী উপাসনা অমস্থং মত্নুগী মহয় তাকলি। উপাসনাগী অর্থদি পরমাত্মাগী মনাক্তা থুংত্নুা লৈবনি। পরমাত্মাগী মনাক্তা য়ৌবা ঙম্বা মী অচম্বা নত্তে, ভক্তি তৌজত্নুা ইবুংঙো মাবু নীংজবা অমস্থং ইবুংঙো মাগী নাম জপ তত্তনা তৌত্নুা লৈজবা মীদনা ইবুংঙো মাগী নাক্তা য়ৌবা ঙমগদবনি। অদুবু ইবুংঙো মাগী মশক মওঙ মশীং নাইদনা লৈ, অদুগা নামস্থ ( মিংস্থ ) লীশীং লীশীং লৈ। মখোয়শিংত্নুগী মন্নুংদা করম্বা মশক-মওঙবু নীংগদগে অমস্থং করম্বা নামবু জপ তৌগদগে হায়বসি বিচার তৌফম থোকই। শ্রীভগবান্গী থঙলিবা অমস্থং তারিবা মশক-মওংশিংত্নুগী মন্নুংদা ভক্তগী পুক্নীংনা পামবা মশক মওঙ ( মূর্ত্তি )

অতুগী ধ্যান তৌগদবনি, অতুগা নামশিংগী মসুংদসু ভক্তনা অপাম্বা নাম অত্ত লৌদুনা শকচ-শোঞ্জগদবনি, মসিদা করিগুম্বা শাস্ত্র অমত্তনা মতু ফৈ নত্রগা ফত্তে হায়না বিচার তৌদে। অতুমনদি ওইরবদা ওঁকারগী মরমদদি থরা থোইনা ফবা রাফম লৈ। মরম অসিনা যোগদর্শনদা ওঁকারবু লৌতুনা অসুমনা হায়রি—"তস্য বাচকঃ প্রণবঃ" (যোঃ দঃ ১/২৭) — "পরমাত্মাগী নাম ওঁকারনি।" "তজ্জপস্তদর্থ ভাবনম্" (যোঃ দঃ ১/২৮)—"ওঁকারতুগী জপ তৌগদবনি অতুগা মতুগা লোয়ননা ওঁকারগী অর্থ ওইবা পরমাত্মাগী ধ্যানসু তৌগদবনি। মতুদগী মন লেঙদনা লৈবা ঙমলক্তুনা সমাধিগী ফীবম লাক্কনি। মতৌ অসুমনা ওঁকারগী জপ তৌনবা তাকপসিগী খ্বায়দগী অথোইবা মরমদি—ময়েক অমত্তমক ওইবা মরমনা মতু শোনবদা য়াম্না লায়না থোকই, মতুগীদমক কম্না নোম্বা লৈতে, অভ্যাস তৌরবদি হৌনশা ওইনা মসিবু (ওঁকারবু) হায়দোকপা য়াই। অনীশুবা মরমদি—মসি বৈদিকনি, বেদদা মসিগী উপাসনা তৌনবা নিয়ম তাকলি। বেদগী মন্ত্রশিংদসু মকোকমক্তদা ওঁকার হাপলগা মন্ত্রশিংতু শোন্নে হায়নৈ। মকোক্তা ওঁ লৈতবা মন্ত্র অমত্ত লৈতে, অতুগা মন্ত্রগী অরোইবদসু ওঁ শোন্নে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না তুংদা হায়গনি—

তস্মাদোমিত্যুদাহৃত্য যজ্ঞদানতপঃক্রিয়াঃ।
প্রবর্ত্তন্তে বিধানোক্তাঃ সততং ব্রহ্মবাদিনাম্॥ (১৭/২৪)

"মরম অতুদগী হায়বদি ওঁকারসি পরমাত্মাগী মিং ওইবা মরমনা থ্বায়দগী অহানবদা ওঁবু শোল্লগা তুংদা ব্রহ্মবাদীশিংগী যজ্ঞ, দান,

তপ-নচিংবা থবক পূম্নমক নিয়ম কায়দনা তৌবা হৌই।" বাম্নাহী তন্ত্রদস্থু অস্মুমনা হায়রি—

**প্রণবং চাদিতো দত্ত্বা স্তোত্রং বা সংহিতাং পঠেৎ।**
**অন্তে চ প্রণবং দদ্যাদিত্যুবাচাদি পুরুষঃ॥**

"ওঁকারবু মকোক্তা পীরগা ( থমলগা ) হায়বদি হান্না শোল্লগা স্তোত্র অমস্থুং বেদগী মন্ত্রশিংবু পাগদবনি, অদুগা মমৈদস্থু ওঁকার পীগদবনি হায়বদি শোনগদবনি অস্মুমনা আদিপুরুষ ভগবান্না হায়রমই॥"

ওঁ হায়বা রাহয়সি ভাক শেনবগী অর্থ ওইবা "অব" ধাতুদগী শাবনি। মরম অসিনা "অবতি রক্ষতীতি ওঁ"—মসিগী মতুং ইন্না পরমাত্মানা ভাইবঙ পূম্নমকসিবু ভাকপি-শেনবিদুনা লৈবা মরমদগী ইবুংঙো মাবু ওঁ কৌবনি। অদুগা ওঁ সিবু প্রণব কৌবগী মরমদি— "প্র=প্রকর্ষেণ নুয়তে=স্তুয়তে অনেন ইতি প্রণবঃ"—ওঁসিনা পরমাত্মাগী নীংথিনা স্তুতি তৌবা য়াবা মরমদগী ওঁবু প্রণব হায়বনি। মতৌ অস্মুমনা পরমাত্মাগী মিং ওইনা খ্বায়দগী থোইনা লৈরিবা ওঁ অসিগী মরমদা বেদ অমস্থুং তন্ত্রগী লাইরিকশিং য়েংলগা বিচার তৌরবদি মসি—"অনাহত নাদ" মকনি, মহুদগী অতোপ্পা অমা নত্তে হায়বসি নীংথিনা খঙগনি। অতোপ্পা পোৎ অমগা লোয়ননা থেংগাইনদনা মতোমদা ওইরকপা খোঞ্জেনবু "অনাহত নাদ" কৌই। অদুগা অতোপ্পা পোৎকা থেংগাইনদুনা পোকপা খোঞ্জেনবু "আহত নাদ" কৌই। চীন্না হায়দোকপা রাহয় অমস্থুং ময়েক

পূন্নমক আহত নাদনি, মখোয় খোনাউ, লৈয়েং, চীনবান্নচিংবগা থেংগাইনরগা পোকপা ঙাক্তনি। অনাহত নাদদি মশা মতোমদা হৌনশা ওইনা লৈবা য়ামনা কৃপ্পা খোঞ্জেল অমনি। মসি অপোৌবা খোঞ্জেনগী ( আহত নাদগী ) মরূ ওইবা কারণনি ( মরমনি )। তান্ত্রিক সাধনাগী মতুং ইনবা যোগ শাস্ত্রদা য়াঙলেন শরূগী মনুংদা লৈবা সুষুন্না শিংলিগা শমননা থুনদগী কোকতোন ফাওবদা—মূলাধার ( স্বাধিস্থান ), মণিপুর, অনাহত, বিশুদ্ধ, আজ্ঞা অমসুং সহস্রদল কৌবা চক্র তরূকথক লৈ। মখোয়শিংসিবু থম্বালগী মতৌগুম্বনি হায়না য়াবৈ অদুগা মখোয়শিংসিগী মনুংদা অনাহত চক্র হৃদয়গী মনুংদা লৈবা মনা তরানিথোই পানবা থম্বালনি, অদুগা মসিমক অনাহত নাদ ওইনবা মফমনি। অনাহত চক্রসিদা অহিং নুংথিল মতম পূন্নমক্তা "হংসঃ" হায়বা খোঞ্জেল থোক্তুনা লৈ। মসিগী মরমদসু অস্সুমনা হায়রি—

হংকারো নির্গমে প্রোক্তঃ সকারস্ত প্রবেশনে।
হংকারঃ শিবরূপেণ সকারঃ শক্তিরুচ্যতে।
সোহহং হংসপদেনৈব জীবো জপতি সর্ব্বদা॥

( যোগস্বরোদয় )

"নুংশাশোর হোনদোক-হোনজিন তৌবদা হৌনশা ওইনা হংসঃ হায়বা খোঞ্জেনসি থোক্তুনা লৈ। শোর হোন্দোকপদা হং খোঞ্জেল ওই অদুগা শোর হোনজিনবদা সঃ খোঞ্জেল ওই। মদুদা হংকারসি শিবগী মশকনি অদুগা সকার শক্তিনি হায়বৈ।

মতৌ অস্মুমনা জীবনা হংসঃ হায়বা **অসিমক্তদগী** ওন্ন-তৈননা **সোঽহং** হায়বা মন্ত্রসিবু অহিং হুংথিল নাইদনা জপ তৌহুনা লৈ।" মসিগী মমিং "**অজপা গায়ত্রী**" কৌই। মুমিৎ থূদিংগী জীবনা মসিবু ২১৬০০ রক হন্না জপ তৌই। মসিগী অভ্যাস তৌবা মীনা "হংসঃ" হায়বা খোঞ্জেনসিবু য়ামনা লায়না তাবা ঙমই। সাধক ওইবা মীশিংনা "হংসঃ" অসিবু ওন্ন-তৈননা "**সোঽহং**" গী মওঙদা সাধনা তৌরবদি "**পরমাত্মাদু ঐনি**" হায়বা অর্থ ওই। মসিবু অমরোমদা হায়রগা "**অহং ব্রহ্মাস্মি**"—"ঐ ব্রহ্মনি" হায়বা অর্থ ওই। মরম অসিনা সাধকনা শোয় হোন্দোক-হোজিন্দা "**সোহং**"গী অভ্যাস তৌগদবনি। মসিবু মতম খরদং অভ্যাস তৌহুনা লৈরবদি মতুংদা হৌনশা ওইনা শোরদা "**সোহং**"গী খোঞ্জেল মতম পূম্নমক্তা লৈগনি।

মতৌ অস্মুমনা অনাহত চক্রদা হৌনশা ওইনা খোকলিবা "হংসঃ" খোঞ্জেনসিগী "**সোহং**" ওইরবদা মতুদগী **ওঁ**গী খোঞ্জেনসি ওইথি। মসিস্তুবু অস্মুমনা হায়রি—

**হকারশ্চ সকারশ্চ লোপয়িত্বা ততঃ পরম্।**
**সন্ধিং কুর্যাত্ততঃ পশ্চাৎপ্রণবোঽসৌ মহামনুঃ॥**

(যোগস্বরোদয়)

"হংসঃ গী ওন্ন-তৈনবা **সোহম্** অসিদা **সো** দগী সকার অমস্তুং **হম্** দগী হকার লৌথোকলবদি **ও অম্** লৈহৌই। মসিবু সন্ধি তৌহুনা পূনশিল্লবদি **ওম** ওই। মসিমক হৃদয়দা লৈবা শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা ওঁকারনি।"

শাস্ত্রনা অস্মুমনা হায়রি—

শব্দব্রহ্মেতি তৎপ্রাহ সাক্ষাদ্দেব সদাশিবঃ।
অনাহতেষু চক্রেষু স শব্দঃ পরিকীর্ত্ত্যতে॥

( পরাপরিমলোল্লাস )

"অনাহত চক্রশিংদা লৈ হায়রিবা হংসঃ খোঙ্জেনসিবু সাক্ষাৎ শব্দব্রহ্মগী মশক ওইবা ওঁকারনি অস্মুমনা মহাদেবনা হায়।"

অস্মুমনা হায়রিবা ওঁগী নাদ ( খোঙ্জেল ) অসিবু অচীকপা মফমদা পূক্নীং লৈত্তানা ফমলগা মনা ১২ পানবা অনাহত থম্বালবু মথকলোমদা শাৎপনি নীংতুনা ধ্যান তৌরবদি সাধক অদুনা শোয়দনা তাবা ফংগনি।

অসিগুম্বা ওঁ সি পরমাত্মাগী নামনি হায়বসি অহানবদা হায়খ্রে, অদুগা নাম ( মিং ) অমসুং নামী ( মিং লৈবা পোৎ ) অনীসিদা করিমত্ত খেন্নদবা মরমদগী পরমাত্মামক ওঁ নি। মরম অসিনা তাইবঙপানসি পরমাত্মাদগী পোকপা মরমনা মসিবু ( তাইবঙসিবু ) ওঁ দগী পোকপনি হায়বা য়াই। মরম অসিদগী মাণ্ডুক্যোপনিষত্তা মসিবু অস্মুমনা হায়রি—"**ওমিত্যেতদক্ষরমিদং সর্ব্বং, তস্যোপব্যাখ্যানং, ভূতং ভবদ্ ভবিষ্যদিতি সর্ব্বমোঙ্কার এব, যচ্চান্যৎ ত্রিকালাতীতং, তদপ্যোঙ্কার এব ॥১॥**"—"অচৎচত্ত তাইবঙ পূম্নমকসি ময়েক্কী মশক ওইবা ওঁকার অসিমক্তনি। অসিগুম্বা ওঁকারসিগী শব্দোকপা ব্যাখ্যানদি অসিনি—হৌখ্রবা; লৈরিবা অমসুং ওইরক্কদবা পোৎ পূম্নমকসি ওঁকারমক্তনি অদুগা

মতম অহুমসিগী মপান্দা লৈবা অব্যাকৃত-নচিংবা ( মায়া উপাধি লৌদুনা লৈবা ঈশ্বরনচিংবা ) অতোপ্পা পূম্নমকসিস্থ ওঁকারমক্তনি।"

মসিগী মতুংদা ব্রহ্ম অমস্তুং ওঁকার অমত্তনি, অনীসিদা খেন্নবা লৈতে হায়বসি তাকনবগীদমক শ্রুতিনা ব্রহ্মবু পূম্নমক ওইনা অস্থমনা হায়রি—"সর্ব্বং হ্যেতদ্ ব্রহ্ম" ॥২॥ "তাইবঙ পূম্নমকসি ব্রহ্মমকনি।" মতৌ অস্থমনা ওঁকারসি পূম্নমক ওইবা অমস্তুং ব্রহ্মস্থ পূম্নমক ওইবা মরমদগী অনীসিদা করিমত্ত খেন্নদে হায়বসি সিদ্ধ ওই। অমুক মসিগী মতুংদা ওঁকারসিনা পাম্বৈ ওইদুনা জীবাত্মা অমস্তুং ব্রহ্ম অনীসিদা খেন্নবা লৈতনা উপাসনা তৌনবা তাক্কে হায়বগীদমক মাণ্ডুক্যশ্রুতিনা অস্থমনা হায়রি—'অয়মাত্মা ব্রহ্ম" ॥২॥ "আত্মাসি ( ঐ হায়না খঙনরিবা চেতন জীবাত্মাসি ) ব্রহ্মনি।" মতৌ অস্থমনা ব্রহ্মদগী খেন্নবা লৈতবা ওঁকারবু পাম্বৈ ওইনা লৌরগা মদুগী জপ তৌদুনা জীব অমস্তুং ব্রহ্মগী অমত্ত ওইবা মওঙবু ধ্যান তৌগদবনি। মদুদগী সমাধিদা আত্মসাক্ষাৎকার ওইদুনা অজ্ঞান মাঙখিবদগী ব্রহ্মদা তিনবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংগদবনি।

অসিগুম্বা ওঁকারসিনা মরম ওইদুনা জীবাত্মানা ব্রহ্মগী মওঙ করমনা ওই হায়বসিগী মরমদা মুণ্ডকোপনিষত্তা মহর্ষি অঙ্গিরানা শৌনকপু অস্থমনা তাকলি—"ধনুর্গৃহীত্বোপনিষদং মহাস্ত্রং শরং হ্যুপাসানিশিতং সন্ধয়ীত। আয়ম্য তদ্ভাবগতেন চেতসা লক্ষ্যং তদেবাক্ষরং সোম্য বিদ্ধি ॥" ( মুঃ উঃ ২/২/৩ )—"উপনিষংশিংদা ফাওদুনা লৈরিবা লীরুং অদুবু লৌরগা উপাসনা তৌদুনা য়ামনা থৌন ফেঙলিবা খ্বায়দগী অথোইবা খুৎলাই তেল অদু

লীরীদা হাপকদবনি, অতুগা মহুদা পূক্নীং অনী লোঙদনা থমলগা মহু চিংতুনা অক্ষর অতুমক্তদা ( অমাঙ-অতা লৈতবা ব্রহ্মমক্তদা ) নিশানা তৌহুনা কাপকদবনি।"

মতৌ অসুমনা মন্ত্রসিদা হায়রিবা অথুপ্পা রাসিবু মথাগী মন্ত্রনা তশেংনা অসুমনা তাকলি—

**প্রনবো ধনুঃ শরো হ্যাত্মাব্রহ্ম তল্লক্ষ্যমুচ্যতে।**
**অপ্রমত্তেন বেদ্ধব্যং শরবত্তন্ময়ো ভবেৎ॥**

( মুঃ উঃ ২/২/৪ )

"লীরুং অতুদি ওঁকারনি, তেল-না জীবাত্মানি, নিশানা তৌনবা মফমদি ব্রহ্মনি হায়, পুক্নীং য়ামনা চঙনা মহুদা (ব্রহ্মদা) তেল ওইবা আত্মাবু থাগদবনি, মহুদগী তেনগী মতৌগুমনা ( তেল থাবা মফম অতুদা তেল চঙখিহুনা মহুগী মশক ওইনা তেল-না অমত্ত ওইহুনা লৈবগী মতৌগুমনা ) আত্মাসিসু ব্রহ্মদা চঙখিহুনা ব্রহ্মগী মশক ওইগদবনি।"

মতৌ অসুমনা উপাসনা তৌবদা পাম্বৈ ওইনা ওঁকারসিবু সগুণ অমসুং নির্গুণ ব্রহ্মগী উপাসনা অনীমক্তা লৌবা য়াই। মরম অসিনা প্রশ্নোপনিষত্তা মহার্ষি পিপ্পলাদনা শৈব্যবু অসুমনা হায়—"**এতদ্বৈ সত্যকাম পরঞ্চাহপরঞ্চ ব্রহ্ম যদোঙ্কারঃ। তস্মাদ্ বিদ্বা-নেতেনৈবাহহয়তনেনৈকতরমন্বেতি।**" (প্রঃ উঃ ৫/২)—"হে সত্যকাম! বেদদা ফাওরিবা ওঁকারসি নির্গুণ পরব্রহ্মসুনি অতুগা সগুণ অপরব্রহ্মসুনি। মরম অসিনা উপাসক ওইবা সাধকনা মানা

নীংবা মতুং ইন্না ওঁকার ওইবা পাম্বৈ অসিদগী পরব্রহ্ম নত্রগা অপরব্রহ্ম ফংবা য়াই। মরম অসিদগী উপাসনা তৌরিবা সাধকনা মানা পাম্বা মতুং ইন্না ওঁকারবু নাম ওইনা লৌরগা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র-নচিংবা নীনীংবা লাইগী উপাসনা তৌদুনা ইবুংঙো মাগী নাম জপ তৌবা য়াই হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈরোইদবনি।" মরম অসিনা মফম অসিদস্থু (গীতাগী শ্লোক অসিদস্থু) শ্রীভগবান্না ওঁকারদবু অথোইবনি, মন্থবু জপ তৌদুনা অমসুং ইবুংঙো মাবু নীংশিংজদুনা শিরবদি মীদুনা শোয়দনা অরান-খুবম ফংই হায়না তাকলিবনি। অদুবু মসি অরায়বা রা নত্তে, হকচাং কন্না লৈরিবৈগী মতমদগী হৌদুনা অভ্যাস তৌদুনা লৈগদবনি॥১২,১৩॥

হৌজিক করম্বা মীনা ইবুংঙো মহাকপু লায়না ফংবা ঙমগদগে হায়বদু অস্থুমনা তাকলি—

**অনন্যচেতাঃ সততং যো মাং স্মরতি নিত্যশঃ।**
**তস্যাহহং সুলভঃ পার্থ নিত্যযুক্তস্য যোগিনঃ ॥১৪॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা** :—পার্থ=পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন! যঃ= সাধক ওইবা মীদুনা; অনন্যচেতাঃ=পরব্রহ্ম ওইবা কৃষ্ণ ঐবু থাদোকলগা অতোপ্পা অমদা পুক্নীং চঙবা তৌদনা, সততং=অতৎপা লৈতনা, নিত্যশঃ=নুমিৎ খুদিংগী শিবা ফাওবা, মাং=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, স্মরতি=নীংজদুনা লৈ, নিত্যযুক্তস্য=মতৌ অদুমনা পুক্নীং ফাজিন্দুনা থমলবা, তস্য যোগিনঃ=সাধক ওইবা যোগীদুগী, অহং সুলভঃ=ঐ লায়না ফংবা য়াই॥১৪॥

**অপূনবা অর্থঃ**—হে পার্থ! মী অদুনা কৃষ্ণ ঐ নত্তবা অতোপ্পা অমদা পূক্নীং চঙবা তৌদনা নুমিৎ খূদিংগী শিবা ফাওবা অতৎপা লৈতনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু নীংজদুনা লৈ, মতৌ অস্তুমনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দা পূক্নীং ফাজিন্দূনা থমলবা যোগী অদুগী কৃষ্ণ ঐসি লায়্‌ন ফংবা য়াই ॥১৪॥

## অথূপ্পা ৱা

তাইবঙগী চৎনরিবা অমস্তুং তৌদবা য়াদবা থবকশিংবু থাদোকলগা মতম পুম্নমক্তা শ্রীভগবান্‌বু নীংদূনা লৈবসি ওইথোক্তবা অমনি, মসিবু কনা অমত্তনা তৌবা ঙম্মোই। মরম অসিনা নুমিৎ খূদিংগী চাং নাইনা অককনবা মতম থমদুনা ঙম্বমখৈ শাংনা শ্রীভগবান্‌বু নীংজদুনা লৈনবা হোৎনগদবনি। তাইবঙসিদা চৎনবা য়ামনা নুবা থবকস্তু চাং নাইনা নুমিৎ খুদিংগী তত্তনা হোৎনরবদি লায়না পাঙথোকপা ঙমলকই। মতৌ অদুমনা শ্রীভগবান্‌বু নীংজবসিস্তু নুমিৎ খূদিংগী চাং নাইনা অভ্যাস তৌরবদি য়ামনা লায়না অমস্তুং পূক্নীং লৈতানা তৌবা ঙমলক্কনি। মসিগী মরমদা যোগদর্শনদস্তু অস্তুমনা হায়রি—"স তু দীর্ঘকালনৈরন্তর্য্যসৎকারাসেবিতো দৃঢ়ভূমিঃ" (১/১৪)—"অভ্যাস অদুদি মতম কুইনা তত্তনা থাজবগা লোয়ননা তপ-নচিংবা তৌদুনা কায়দনা হোৎনরবদি মদুগী মখোঙ য়ামনা চেৎলী।" মরম অসিনা ঙম্বমখৈ ইবুংঙো মাবু নীংবা অসিগী অভ্যাস তৌগদবনি। মসিদা নত্তনা অহাঙবা মতমদস্তু ইতোমদা লৈরবদি শ্রীভগবান্‌গী চিন্তন তৌনবা হোৎনগদবনি অদুগা মী থরগা তিন্নদুনা লৈরবদি অমনা অমবু শ্রীভগবান্‌গী মরমদা ৱারী-ৱাতায়

তাহন্নগদবনি। মহুদগীস্থ য়ামনা কান্নবা ওইগনি। ঋভু কৌবা ঋষিবু ভগবান্ বরাহদেবনস্থ অস্থমনা হায়—

**মচ্চিন্তনং মৎকথনমন্যোন্যং মৎপ্রভাষণম্।**
**মদেকপরমো ভূত্বা কালং নয় মহামতে॥**

( বঃ উঃ ২/৪৭ )

"হে লৌশিং চাউবা ঋভু! ভগবান্ ঐবু পূক্নীংদা খন্দূনা (নীংদূনা), ঐগী ৱারী-ৱাতায় লীদূনা, অমনা অমগা তিন্নহুনা ঐগী মরমদা ঙাঙনহুনা অমস্থং ঐবুদবু অথোইবা ওইনা খন্দূনা মতম লেন্নবা হোৎনৌ।"

মরম অসিদগী সাধক ওইবা মীনস্থ শ্রীভগবান্না তাকইবা অসিগী মতুং ইন্না চত্তূনা পূক্নীং চঙনা হোৎনদূনা লৈরবদি শিরম-দাইগী মতম য়ৌরকলবদস্থ ইবুংঙো মাবু নীংশিংজহুনা শিবা ঙমগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম থোক্তে ॥১৪॥

ইবুংঙো মাবু ফংলগা করি কান্নগনি হায়বহুবু অস্থমনা তাকলি—

**মামুপেত্য পুনর্জন্ম দুঃখালয়মশাশ্বতম্।**
**নাপ্নুবন্তি মহাত্মানঃ সংসিদ্ধিং পরমাং গতাঃ ॥১৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা :**—মহাত্মানঃ = রজঃ অমস্থং তমোগুণ ওইবা অমোৎপা লৈতবা মরমদগী পূকচেল চাউরবা সাধকশিংনা, মাং উপেত্য = সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ফংলগা, পরমাং সংসিদ্ধিং = খ্বায়দগী অথোইবা মোক্ষ ওইবা সিদ্ধিবু, গতাঃ = ফংহুনা, দুঃখালয়ং = অৱাবগী

মফম ওইবা, অশাশ্বতং = অরেপ্পা লৈতবদগী মথোঙ খঙদবা, জন্ম = মপোকসিবু, পুনঃ ন আপ্নুবন্তি = অমুক হন্না ফংদে ॥১৫॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—পূকচেল চাউরবা সাধকশিংনা কৃষ্ণ ঐবু ফংলগা থ্বায়দগী অথোইবা মোক্ষ ওইবা সিদ্ধি ফংহুনা অরাবগী মফম ওইবা অমসুং অরেপ্পা লৈতবা মরমনা মথোঙ খঙদবা মপোকসিবু অমুক হন্না ফংদে ॥১৫॥

## অথূপ্পা বা

মীওইবনা হুপা থোকনা ফংফম অমসুং তৌফম থোকপা ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অমসুং মোক্ষ কৌবা পুরুষার্থ মরিখক লৈ। থ্বায়দগী অহানবদা অফবা লমচং চত্নুনা মশাবু মতীক চানা শানবা ( মতীক চাবা মী অমা ওইনবা ) লাইরিক-লাইশুনচিংবা বিদ্যা নীংথিনা তম্ব-নচিংবগী অফবা থবক তৌবসি ধর্ম্মনি। মসি ফংলবা মতুংদা ধর্ম্ম অমসুং ব্যবহারগী লমচং কায়দনা শেল তান্নবা হোৎনহুনা মতীক চানা শেল তানশিনবসি অর্থনি। ইমুং মনুংদা লৈরিবা অহল-লমন অশোল-অনানচিংবা পূন্নমকপু য়োকপি-থাকপিহুনা লৈনবা মতীক চারে খঙলবা তুংদা লুহোঙ-কৈহোঙহুনা য়ূম্বান্দুনা লৈবসি কামনি। মতুদগী য়ূম্বানবগী হৌনবা ব্যবহার পূন্নমক ঙাক্তুনা লাই নীংনবসু হোৎনগদবনি। অহানবা পুরুষার্থ ধর্ম্ম তৌবদগী হৌনা অফবা লম্বীদা চত্নুনা লাকলগা য়ূম্বান্দুনা লৈবা মতমদা লাই-নীংবনচিংবা ধর্ম্মগী থবক তৌহুনা লৈবসি মোক্ষ ফংনবা লম্বীনি। মসি থ্বায়দগী অথোইবা পুরুষার্থনি। য়ূম্বান্দূনা লৈবা মতমদা মোক্ষ ফংনবা হোৎনবসিবু লায়থোকলোইদবনি, লায়থোকলবদি অমুক হন্না

পোক্কদৌরিবা মপোক অতুদ্দা করম্বা হকচাং ফংগদগে হায়বসি অরেম্বা লৈতবা মরমনা মথোঙ-মরম খঙদনা শিগনি। শিরবা তুংদা শা, ঙা-নচিংবগী অতোনবা মপোক ফংলবদি অরেম্বদা তাগনি অমসুং সংসার চক্রসিদা কোয়দুনা লৈগনি। অতুগা করিগুম্বা মীওইবগী মপোক ফংবা থোকলবসু ঈমাগী গর্ভদা কোক-মৈ য়ুংতুনা খোঙ কোনশিল্লগা থা মাপল লৈবসি য়ামনা অৱাবগী মশকনি। জীবনা মমাগী গর্ভদা লৈবসিবু লৌদুনা গর্ভোপনিষত্তা অসুমনা হায়রি—
"নবমে মাসি সর্ব্বলক্ষণ সম্পূর্ণো ভবতি; পূর্ব্বজাতীঃ স্মরতি"
( গঃ উঃ ৩ )—

"থা মাপল শুরবদা জীবতুগী হকচাংতু কায়াৎ পূন্নমক মপুং ফায়, মতম অতুদা মহাকনা অহানবদা ফংথিবা মপোকশিংতুবু নীংশিংই।"

নানা যোনিসহস্রাণি দৃষ্ট্বা চৈব ততো ময়া।
আহারা বিবিধা ভুক্তাঃ পীতাশ্চ বিবিধা স্তনাঃ॥
অহো দুঃখোদধৌ মগ্নো ন পশ্যামি প্রতিক্রিয়াম্।
যদি যোন্যাং প্রমুঞ্চামি সাংখ্যং যোগংবা সমাশ্রয়ে॥
( গঃ উঃ —৪ )

"মখল মখা অয়াম্বা পোকনফম ওইবা মফম লীশীং লীশীংবু ঐনা ( জীবনা ) য়েংলগা ( ফংলগা ) মখল মখা অয়াম্বা চীঞ্জাক চাগ্রে অমসুং মখল মখা অয়াম্বা থোম থকগ্রে। হায়-হায়! অৱাবগী সমুদ্রদা লুপ্পুনা লৈরবা ঐনা মসিদগী করি থোকলক্কদগে হায়বতু করিমত্ত খঙদ্রি। পোকনফম ওইবা মফম ( যোনি ) অসিদগী

নাম্হোক্নুনা মপাল থোকপমক্তদা ঐ আত্মজ্ঞান ফংনবা সাংখ্য ( বেদান্ত ) নত্রগা যোগদা চঙজহনা লৈগনি।"

মসি গর্ভদা লৈরিবা অঙাংহুগী রাখলনি, অদুবু হৌজিক পূমকাউ কাউথোকখিহনা মীনা নত্ত-নত্তবা থবক কয়া তৌহনা লৈরি; মানা গর্ভদা খনখিবা রাখল অদু নীংশিংহনা মহুগী মতুং ইন্না চৎলবদি মোক্ষ ফংগদবনি। মরম অসিদগী শ্লোক অসিদস্থ শ্রীভগবান্না মসিবু নীংশিংহন্দুনা তাকপনি॥১৫॥

ইবুংঙো মাবু ফংলবা মী-শিংদি আত্মজ্ঞান লৈবা মরমনা তাই-বঙসিদা অমুক হল্লক্তে অহুগা ইবুংঙো মাবু ফংদ্রিবা অজ্ঞানীশিংদি তাইবঙসিদা হন্না হন্না হল্লক্নুনা লৈ হায়বসি অস্নমনা তাকলি—

**আব্রহ্মভুবনাল্লোকাঃ পুনরাবর্ত্তিনোহর্জ্জুন।**
**মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে॥১৬॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা:**—অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! আব্রহ্মভুবনাৎ=ব্রহ্ম-লোক ফাওবা, লোকাঃ=লৈরিবা লোক পূম্নমকসি, পুনঃ আবর্ত্তিনঃ অমুক হন্না পোকপা-শিবা নাইবা মফম ঙাক্তনি, তু=অদুবু, কৌন্তেয় =কুন্তীগী মচা হে ধনঞ্জয়! মাং উপেত্য=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু ফংলগদি, পুনঃ জন্ম=অমুক হন্না পোকপা, ন বিদ্যতে= ওইদে॥১৬॥

**অপুনবা অর্থ:**—হে অর্জ্জুন! ব্রহ্মলোক ফাওবা লৈরিবা লোক পূম্নমক অসি অমুক হন্না পোকপা-শিবা নাইবা মফমমক্তনি। অহুবু হে কৌন্তেয়! কৃষ্ণ ঐবু ফংলবদি অমুক হন্না পোকপা ওইদে।

অথৃপ্পা ৱা

ব্রহ্মলোক অসি মহর্লোক, তপোলোক, অমসুং সত্যলোক হায়না খণ্ড ( শরূক নত্রগা মচেৎ ) অহুমথোকনা খায়রি। মতুদা পঞ্চাগ্নিনচিংবা উপাসনা তৌদুনা তপ তৌবা মী-শিংনা মহর্লোক নত্রগা তপোলোক ফাওবা চৎলী অদুগা মতুদা তৌখিবা উপাসনা অমসুং তপ-গী-মহয় চারবা মতুংদা অমুক হন্না তাইবঙসিদা হল্লকই। অদুবু ব্রহ্মলোককী অহুমশুবা শরূক সত্যলোক ফাওবা চৎপা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংদি তাইবঙসিদা অমুক হন্না হল্লক্তে, হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাগী পুনসী লোইবা ফাওবা মতুদা লৈরগা মাগী (হিরণ্যগর্ভগী) উপদেশতগী ব্রহ্মজ্ঞান ফংদুনা মাগা ( হিরণ্যগর্ভগা ) লোয়ননা পূম্নমক মুক্ত ওই। মসুমনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা ফংলিবা মুক্তিবু ক্রমমুক্তি কৌই। মসিবু লিঙ্গ পুরাণদা অসুমনা হায়রি—

**ব্রহ্মণা সহ তে সর্ব্বে সম্প্রাপ্তে প্রতিসঞ্চিরে।**
**পরস্যান্তে কৃতাত্মনঃ প্রবিশন্তি পরং পদম্॥**

"হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাগী পুনসী লোইদুনা মহাপ্রলয়, লাকলবদা ব্রহ্মলোকতা ( সত্য লোকতা ) লৈবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক পূম্নমক অদু মাগী (ব্রহ্মাগী) উপদেশতগী কৃতার্থ ওইদুনা (আত্মজ্ঞান ফংদুনা) ব্রহ্মাগা লোয়ননা অথোইবা খুবম ব্রহ্মদা তিল্লী।"

মসিগী মরমদা শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—"ব্রহ্মলোকমভি সংপদ্যতে, ন চ পুনরাবর্ত্ততে।" ( ছাঃ উঃ ৮/১৫/১ )—"সগুণ-ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা মীনা ব্রহ্মলোক ( সত্যলোক ) ফংই অমসুং

মহাক মতুদগী অমুক হল্লক্তে।" মরম অসিনা শ্রীভগবান্না হায়রিবা ব্রাসিবু ব্রহ্মলোককী অছুমশুবা শরূক সত্যলোকপু থাদোকলগা মহর্লোক অমসুং তপোলোক ফাওবা চৎপা সাধকশিং পোকপা-শিবা নাইবা-অমসুং অরাবগী মশক ওইবা তাইবঙসিদা অমুক হল্লকই হায়না খঙগদবনি ॥১৬॥

ব্রহ্মলোক ফাওবগী মফম পূম্নমক পোকপা-শিবা নাইতুনা অমুক হন্না হল্লকনবা মফমশিংনি হায়বসিদা মরম অসুমনা তাকলি—

**সহস্রযুগপর্য্যন্তমহর্যদ্‌ ব্রহ্মণো বিদুঃ।**
**রাত্রিং যুগসহস্রান্তাং তেঽহোরাত্রবিদোজনাঃ ॥১৭॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**- সহস্রযুগপর্য্যন্তং=চতুর্যুগ (সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি মরিসিনা তিন্দুনা শাবা যুগ) লীশীং অমনা লোইবা মতম, ব্রহ্মণঃ=চতুর্মুখ ব্রহ্মাগী, অহঃ=নুংথিল ওই হায়বদি নুমিৎ থোকপা মতমনি, যৎ=অদুগা. যুগসহস্রান্তাং=চতুর্যুগ লীশীং অমা লোইবা ফাওবা, রাত্রিং বিদুঃ=অহিংনি খঙই তে জনাঃ= অসুমনা খঙলিবা মখোয়শিংদু, অহোরাত্রবিদঃ=অহিং নুংথিল খঙবা মী-শিংনি (নুমিৎ থাদগী ওইবা অহিং নুংথিল অনীসিবু খঙবা মীদি অশেংবা অহিং নুংথিল খঙবদু নত্তে) ॥১৭॥

**অপুনবা অর্থঃ**—চতুর্যুগ লীশীং অমনা লোইবা মতম ব্রহ্মাগী নুংথিলনি অদুগা মতৌ অদুমনা চতুর্যুগ লীশীং অমনা অহিংনি খঙবা মী-শিংদু অহিং নুংথিলবু শেংনা খঙবা মী-শিংনি ॥১৭॥

## অথুম্বা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা যুগ অসিবু চতুর্যুগনি হায়না লৌগদবনি। মরমদি মনুস্মৃতি (১/৭২), শ্রীমদ্ভাগবত (৩/১১/১৮;১৯), বিষ্ণুপুরাণনচিংবদা চতুর্যুগ লীশীং অমনা ব্রহ্মাগী নুংথিল ওই অদুগা মদুমক্তনা অহিংস্নু ওই হায়বসি তাকলি। মদুদি—

**কৃতং ত্রেতা দ্বাপরশ্চ কলিশ্চৈব চতুর্যুগম্।**
**প্রোচ্যতে তৎ সহস্রঞ্চ ব্রহ্মণো দিবসং মুনে॥**

(বিষ্ণুপুরাণ ১/৩/১৫)

"সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমস্লুং কলি মরিসি তিল্লগা চতুর্যুগ অস্নুমনা হায়নৈ; অদুগা চতুর্যুগ লীশীং অমনা ব্রহ্মাগী নুংথিল ওই।"

মসিবু কল্প হায়নস্নু কৌই। অদুগা চতুর্যুগ অমা লাই-শিংগী চহী লীশীং ১২ গা মান্নৈ, লাই-শিংগী চহী অমদি মীওইবগী চহী ৩৬০ গা মান্নৈ। মরমদি লাইগী নোংমদু মীওইবগী চহী অমনি। মরম অসিনা—

চতুর্যুগ ১=লাইগী চহী ১২০০০×৩৬০=মীওইবগী চহী ৪৩২০০০০ ওই। মদুদা সত্যযুগনচিংবা যুগ মরিগী তোপনা তোপনা চহী মশীংবুস্নু বিষ্ণুপুরাণদা তাকলি অদুগা ঐথোয়গী নুংথিলগী অহৌবা অমস্লুং অরোইবদা সন্ধ্যাগী মতম লৈবগুমনা যুগ খুদিংমক্কীস্নু অহৌবা অমস্লুং অরোইবদা সন্ধ্যাগী মতম লৈ হায়নস্নু অস্নুমনা তাকলি—

অয়নং দক্ষিণং রাত্রির্দেবানামুত্তরং দিনম্ ॥
দিব্যৈর্বর্ষসহস্রৈস্ত কৃত ত্রেতাদি সংজ্ঞিতম্ ।
চতুর্যুগং দ্বাদশভিস্তদ্বিভাগং নিবোধ মে ॥
চত্বারি ত্রীণি দ্বে চৈকঃ কৃতাদিষু যথাক্রমম্ ।
দিব্যাব্দানাং সহস্রাণি যুগেষ্বাহুঃ পুরাবিদঃ ॥
তৎপ্রমাণৈঃ শতৈঃ সংধ্যা পূর্ব্বা তত্রাভিধীয়তে ।
সন্ধ্যাংশাশ্চৈব তত্তুল্যো যুগস্যানন্তরো হি সঃ ॥
সন্ধ্যাসন্ধ্যাংশয়োরন্তর্যঃ কালো মুনিসত্তম ।
যুগাখ্যঃ স তু বিজ্ঞেয়ঃ কৃতত্রেতাদি সংজ্ঞিতঃ ॥

( বিঃ পুঃ ১/৩/১০-১৪ )

"মীওইবগী দক্ষিণায়ন থা ৬ দেবতাশিংগী অহিংনি অদুগা উত্তরায়ণ থা ৬ নুংথিলনি ( মতৌ অসুমনা মীওইবগী চহী অমা লাইগী নোংমনি অদুগা লাইগী চহী অমা মীওইবগী চহী ৩৬০ নি )। লাইগী চহী লীশীং ১২ না সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি কৌবা চতুর্যুগ ( যুগ মরি ) ওই। যুগ মরি অসিবু থাইদোকনা অসুমনা খণ্ডউ—লাইগী চহী লীশীং ৪, ৩, ২, অমসুং ১বু মথং মনাউ নাইনা সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলিগী চহী মশীংনি ; অদুগা সত্যনচিংবা যুগ খুদিংগী অহৌবদা সন্ধ্যা ওইনা লাইগী চহী চা ৪, ৩, ২, অমসুং ১ নি মতৌ অদুমনা যুগকী অরোইবা খুদিংদা সন্ধ্যাংশ ওইনা লাইগী চহী চা ৪, ৩, ২ অমসুং ১ নি। মতৌ অসুমনা সন্ধ্যা অমসুং সন্ধ্যাংশগী ময়ায়দা সত্যযুগনচিংবা লৈরিবনি।"

মসিবু তশেংনা হায়রগা ( উৎলবদি )

| | | সন্ধ্যা | | যুগমান | | সন্ধ্যাংশ | | লাইগী চহী |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| সত্যযুগ | = | ৪০০ | + | ৪০০০ | + | ৪০০ | = | ৪৮০০ |
| ত্রেতাযগ | = | ৩০০ | + | ৩০০০ | + | ৩০০ | = | ৩৬০০ |
| দ্বাপরযুগ | = | ২০০ | + | ২০০০ | + | ২০০ | = | ২৪০০ |
| কলিযুগ | = | ১০০ | + | ১০০০ | + | ১০০ | = | ১২০০ |
| চতুর্যুগ | = | ১০০০ | + | ১০০০০ | + | ১০০০ | = | ১২০০০ |

মসিবু মীওইবগী চহীদা শাররদি—

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| সত্যযুগ | = | ৪৮০০ × ৩৬০ = | মীওইবগী | চহী | ১৭২৮০০০ |
| ত্রেতাযুগ | = | ৩৬০০ × ৩৬০ = | ,, | ,, | ১২৯৬০০০ |
| দ্বাপরযুগ | = | ২৪০০ × ৩৬০ = | ,, | ,, | ৮৬৪০০০ |
| কলিযুগ | = | ১২০০ × ৩৬০ = | ,, | ,, | ৪৩২০০০ |
| চতুর্যুগ | = | ১২০০০ × ৩৬০ = | মীওইবগী | চহী | ৪৩২০০০০ |

মতৌ অসুমনা ব্রহ্মাগী নুংথিল ওইবা কল্প = ৪৩২০০০০ × ১০০০ = ৪৩২০০০০০০০ চহীনি।

হায়রিবা চহীসি ব্রহ্মাগী লৈশেমদগী প্রলয় ওইদ্রিবা ফাওবগী চহীনি। মসিগী মনুংদা মনু ১৪ লৈ অদুগা মনু অমমমগী মতমবু মন্বন্তর কৌই। মনু ১৪ অদুদি (১) স্বায়ম্ভুব, (২) স্বারোচিষ, (৩) উত্তম, (৪) তামস, (৫) রৈবত, (৬) চাক্ষুষ, (৭) বৈবস্বত, (৮) সাবর্ণিক, (৯) দক্ষসাবর্ণিক, (১০) ব্রহ্মসাবর্ণিক, (১১) ধর্ম্মসাবর্ণিক, (১২) রুদ্রসাবর্ণিক, (১৩) দেবসাবর্ণিক অমসুং (১৪) ইন্দ্রসাবর্ণিক।

মতৌ অস্থমনা হায়রিবা কল্প অসিগী অহৌবদা ঐখোয়গী পৃথিবী অসি পোকখি অতুগা কল্পসিগী অরোইবদা মাঙগদবনি। হৌজিক পৃথিবী অসি পোকখিবা চহী কয়া হৌখ্রে অমস্তুং মতুংদা চহী কয়া লৈরগা মাঙগনি হায়বসিগী মরমদস্থ খরদং খঙনবা হোৎনসি। সনাতনী হিন্দুশিংনা য়ামনা মমাঙৈঙেদগী হৌতুনা করিগুম্বা ধর্ম্মগী থবক অমা তৌবদা অহানবদা অস্থমনা সংকল্প অমা তৌনৈ—"অদ্য ব্রহ্মণো দ্বিতীয়পরার্দ্ধে শ্রীশ্বেতবারাহকল্পে জম্বুদ্বীপে ভারত খণ্ডে বৈবস্বত মন্বন্তরে অষ্টাবিংশতিতমে কলিযুগে কলিপ্রথমচরণে অমুক সংবৎসরে অমুক মাসে ... ... ... ইত্যাদি"—"ঙসি ব্রহ্মাগী অনীশুবা পরার্দ্ধদা; শ্রীশ্বেতবারাহ কৌবা কল্পদা, জম্বুদ্বীপতা, ভারত খণ্ডদা, বৈবস্বত মন্বন্তরগী মনুংদা, ২৮ শুবা কলিযুগতা অমস্তুং কলিতুগী অহানবা শরক্তা .... ... অসিনচিংবা।" মসিদগী ঐখোয়না লৈশেম্বদগী হৌতুনা হৌজিক ফাওবগী মতম নাংথিনা খঙবা ঙমগনি। ব্রহ্মাগী চহীদা মাগী (ব্রহ্মাগী) পুনসী চহী ১০০ নি। চহী চামাসি লোইবমক্তদা মহাপ্রলয় ওইগদবনি। অতুগা মরক্তা কল্প থুদিংদা নৈমিত্তিক প্রলয় ওইতুনা লৈগদবনি। মাগী পুনসী চহী চামা অসিবু দ্বিপরার্দ্ধ কৌই। মরম অসিনা মাগী পুনসীগী চহী ৫০ অমমমবু পরার্দ্ধ কৌই। মতুদা মাগী পুনসীগী অহানবা পরার্দ্ধ (অহানবা চহী ৫০) হৌখিতুনা হৌজিক অনীশুবা পরার্দ্ধগী অহানবা নুমিৎকী নুংথিলগী মতম (কল্প) চৎলি, মসিবু শ্বেতবারাহ কল্প কৌই। মরমদি শ্রীভগবান্না বারাহগী (ওককী) অবতার লৌদুনা পৃথিবীসিবু লৈশেমগী অহৌবদা

ঈশিংদগী থাংগৎখি। মসি পূম্নমকসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা অস্তুমনা হায়রি—

যদর্দ্ধমায়ুষস্তস্য পরার্দ্ধমভিধীয়তে।
পূর্ব্বপরার্দ্ধোঽপক্রান্তো হ্যপরোঽদ্য প্রবর্ত্ততে॥
অয়ন্তু কথিতঃ কল্পো দ্বিতীয়স্যাপি ভারত।
বারাহ ইতি বিখ্যাতো যত্রাসীৎ সূকরো হরিঃ॥

(ভাগঃ ৩/১১/৩৩,৩৬)

"ব্রহ্মাগী পুনসী চহী ১০০ গী তংখায়বু পরার্দ্ধ কৌই, অহানবা পরার্দ্ধ (চহী ৫০) হোৎখ্রে, হৌজিক অকোনবা পরার্দ্ধ চৎলি, মতুগী (অকোনবা পরার্দ্ধগী) মসি অহানবা কল্পনি, মসিগী মমিং বারাহ কল্প কৌই, মরমদি মসিদা শ্রীহরিনা ওককী অবতার লৌখি।"

মতৌ অস্তুমনা হায়রিবা শ্বেতবারাহ কল্প অসিগী স্বায়ম্ভুব মনুদগী হৌদুনা চাক্ষুষ মনু ফাওবা মনু ৬ কী মতম হোৎখ্রে, হৌজিক তরেৎশুবা বৈবস্বত মনুগী মন্বন্তর চৎলি, মতুদসু মথক্কী সংকল্পদা হায়খিবগী মতুং ইন্না চতুর্যুগ ২৭ হোৎখিদুনা ২৮ শুবা চতুর্যুগক্কী সত্য, ত্রেতা অমসুং দ্বাপরগী মতম লোইরবা মতুংদা কলিগী অহানবা শরক্কী মতম হৌজিক চৎলি (ওইরি)। মসিগী মতুং ইন্না ঐখোয়না হিসাব (অঙ্ক) তৌদুনা য়েংলবদি মথাগী অস্তুমনা ওইগনি।

কল্প অমদা মন্বন্তর ১৪ লৈ, মরম অসিনা কল্পগী চহীদা ১৪ না য়েল্লবদি—

$$\text{মন্বন্তর ১} = \frac{\text{৪৩২০০০০০০০}}{\text{১৪}} = \text{৩০৮৫৭১৪২৮}\tfrac{\text{৪}}{\text{৭}}\text{ ।}$$

= মরম অসিনা হৌখিবা মনু ৬ কী চহী

$$= \text{৩০৮৫৭১৪২৮}\tfrac{\text{৪}}{\text{৭}} \times \text{৬} = \text{১৮৫১৪২৮৫৭১}\tfrac{\text{৩}}{\text{৭}}$$

বৈবস্বত মনুগী হৌখিবা চতুর্যুগ ২৭ কী চহী

$$= \text{৪৩২০০০০} \times \text{২৭} = \text{১১৬৬৪০০০০}$$

| | | |
|---|---|---|
| ২৮শুবা হৌখিবা চতুর্যুগকী — সত্যগী চহী | = | ১৭২৮০০০ |
| ,, ,, ,, — ত্রেতাগী চহী | = | ১২৯৬০০০ |
| ,, ,, ,, — দ্বাপরগী চহী | = | ৮৬৪০০০ |
| হৌজিক শকাব্দ ১৯০৩ ফাওবদা হৌখ্রবা কলিগী অহানবা শরূক | = | ৫০৮২ |
| | = | ১৯৭১৯৬১৬৫৩$\tfrac{\text{৩}}{\text{৭}}$ |

মসি লৈশেম্বদগী হৌজিক ফাওবদা হৌখ্রবা চহী মশীংনি। মরম অসিনা কল্পগী চহীদগী হৌখ্রবা চহীশিংসি থাইদোকলবদি লেমহৌবা চহী অছু পৃথিবীগী মাঙবা (প্রলয়) ফাওবগী ওইগনি, মতুদি

কল্পগী চহী— ৪৩২০০০০০০০

হৌখ্রবা চহী— ১৯৭১৯৬১৬৫৩

∴ লেমহৌরিবা চহী = ২৩৪৮০৩৮৩৪৭

মতৌ অস্থুমনা চহী অর্ব্ব ২, কোটি ৩৪, লাখ ৮০, লীশীং ৩৮ চহুমনিফুত্তরেৎকী মতুংদা পৃথিবী অসিগী ঈশিংদা লূপ্পুনা লৈবগী মশক ওইবা নৈমিত্তিক প্রলয় ওইগনি। হায়রিবা রাসি হৌজিক কালগী বৈজ্ঞানিকশিংনসু সিদ্ধান্ত ওইনা য়ানরবনি। মথোয়না হায়—

পৃথিবীদা লৈবা ঐখোয়বু অশাবা পীরিবা মুমিংসি মথক্তা হায়রিবা মতম অসি ফাওবদা চাকলিবা গ্যাস লোইখিদুনা ঈংখিগনি নত্রগা মচেং মচেং তাদুনা কায়খিগনি অদুগা মদুগী মমাঙদা পৃথিবী অসিসু মাঙখিগনি নত্রগা ঈংবনা উম্না কৃপুনা লৈগনি, মতম অদুদা জীব অমত্ত লৈবা ঙম্মোই। মরম অসিনা মতম অহুম্মক্তা থোক্কদবা থৌদোক-শিংবু নীংথিনা খঙবা ঋষিশিংনা হায়রম্বা রাসিবু 'অচুম্বমকনি হায়না লেপকদবনি। মতৌ অসুমনা ব্রহ্মাগী অহিংসু কল্প অমনা ওই; মরম অসিনা কল্প অনীনা অহিং মুংথিল ওইবা ব্রহ্মাগী নোংমনি। মাগী অহিংগী মতমদা নৈমিত্তিক প্রলয় ওইদুনা তাইবঙ পুম্নমকসি লৈরোইদবনি ॥১৭॥

হৌজিক ব্রহ্মাগী মুমিং খুদিংগী ওইগদবা লৈশেম অমসুং লৈমাঙবু শ্রীভগবান্না অসুমনা তাকলি—

**অব্যক্তাদ্ ব্যক্তয়ঃ সর্ব্বাঃ প্রভবন্ত্যহরাগমে।**
**রাত্র্যাগমে প্রলীয়ন্তে তত্রৈবাহব্যক্তসংজ্ঞকে ॥১৮॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—অহঃ আগমে = ব্রহ্মাগী নোংঙাল্লবদা, অব্যক্তাৎ = করিনত্ত লৈতনা তুম্বগী ফীবম ওইনা লৈরম্বা ব্রহ্মা অদুদগী, সর্ব্বাঃ ব্যক্তয়ঃ = অচৎ-চত্ত তাইবঙগী পোৎ পুম্নমক, প্রভবন্তি = ব্যবহারদা শীজিন্নবা য়াবা ওইনা ফোঙদোকই, রাত্রি আগমে = অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরবদা, অব্যক্তসংজ্ঞকে = ফোঙদোক্তবা কৌবা, তত্র এব = ব্রহ্মাগী তুম্বগী ফীবম অদুমক্তদা, প্রলীয়ন্তে = ফোঙদোক-লম্বা পোৎ পুম্নমক অদু থুপ্পুনা লৈ ॥১৮॥

**অপূনবা অর্থঃ**—ব্রহ্মাগী নোংঙান্দূনা য়াহৌরবা মতমদা ফোঙদোক্লনা লৈরম্বা তূম্বগী ফীবম অদুদগী অচৎ-চত্ত পোৎ পুম্নমকসি ব্যবহারদা শীজিন্নবা য়ানা ফোঙদোকই ; অদুগা ব্রহ্মাগী অহিং ওইরবা মতমদা ফোঙদোক্লবা কৌবা ব্রহ্মাগী তূম্বগী ফীবম অদুমক্তদা ফোঙদোকনা লৈরম্বা পোৎ পুম্নমক অদু থূপ্পুনা লৈ ॥১৮॥

মোক্ষ ফংদ্রিবা ফাওবা মতৌ অম্মুমনা হন্না হন্না পোকল-শিন্না তৌহনা থরায় পানবা জীবশিংনা লৈবসি শোয়দবনি হায়বসিবু অম্মুমনা তাকলি—

**ভূতগ্রামঃ স এবায়ং ভূত্বা ভূত্বা প্রলীয়তে।**
**রাত্র্যাগমেঽবশঃ পার্থ প্রভবত্যহরাগমে ॥১৯॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—পার্থ = পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন ! সঃ এব = অহানবা কল্পদা লৈরম্বা অদুমক ওইবা, অয়ং ভূতগ্রামঃ = হৌজিক লৈরিবা থরায় পানবা পূম্বসি, ভূত্বা ভূত্বা = হন্না হন্না পোকলগা, রাত্র্যাগমে = ব্রহ্মাগী অহিং লাকলবদা, অবশঃ = মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংদুগী মথা পোন্দুনা, প্রলীয়তে = থূপ্পুনা লৈ, অহ-রাগমে = অদুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল লাকলবদা, প্রভবতি = অমুক হন্না ফোঙদোকই ॥১৯॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—হে অর্জ্জুন ! অহানবা কল্পদা লৈরম্বা অদুমক্তা ওইবা থরায়পানবা পূম্বসি হন্না হন্না পোক্লনা লৈরগা ব্রহ্মাগী অহিং লাকলবদা কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা থূপ্পুনা লৈ , অদুগা ব্রহ্মাগী নুংথিল লাকলবদা অমুক হন্না ফোঙদোকই ॥১৯॥

## অথুপ্পা বা

ঙমথৈ লৈতবা মতমদগী হৌহুনা সংসারসি অমগী মতুংদা অমা লাক্কুনা চৎলকলিবনি। মতুদা অহানবগী তাইবঙদগী অকোনবগী তাইবঙ অতোপ্পা অমা ওইরবস্থু মওঙ মতৌদদি করিমত্ত খেন্নদে, হান্নগী তাইবঙ অতুমক ওইনা উই। খুদম ওইনা অহিং নুংথিল অনীসি অমগী মতুংদা অমা লাক্কুনা লৈশেম্বদগী হৌহুনা হৌজিক ফাওবা লাকলিবনি অতুগা মসি লৈমাঙ (প্রলয়) ফাওবা চতুনা লৈগদবনি। মসিদা ঙসিগী নুংথিলসি ঙরাংগী নুংথিলগুম্না অতুমক উই, নুংথিলগী মওঙ মতৌদা করিমত্ত খেন্নদে অতুগা ঙরাংগী অহিং ঙসিগী অহিংদগী অতোপ্পা অমা ওইরবস্থু অনীসিগী মওঙ মতৌদা খেন্নবা লৈতে। মতৌ অস্মুমনা লৈমাঙ (প্রলয়) অমস্থুং লৈশেম (সৃষ্টি) অনী অসিস্থু অমগী মথংদা অমা লাক্কুনা অকায়বা লৈতনা চৎলিবনি; মসি করম্বা মতমদগী হৌখিবনো হায়বসি অরেপ্পা লৈতে অতুগা করিগুম্বা মতম অমদা লোইখিগনি হায়বস্থু য়াদে, মসি হৌনশা ওইনা অমগী মতুংদা অমা লাক্কুনা শোয়দনা লৈগনি। অতুগা মওঙ মতৌদদি করিমত্ত খেন্নবা লৈরোই। মরম অসিনা বেদনা অস্মুমনা হায়রি—

**সূর্য্যাচন্দ্রমসৌ ধাতা যথাপূর্ব্বমকল্পয়ৎ।**
**দিবঞ্চ পৃথিবীঞ্চান্তরীক্ষমথো স্বঃ॥ (ঋগ্ ১০/১৯০/৩)**

"ধাতা ব্রহ্মানা সুমিৎ অমস্থুং থাবু অহানবা কল্পদা ওইখিবা অতুগুম্নমক কল্পসিগী অহৌবদা অমুক শেমখি, মতৌ অতুমনা দ্যুলোক, পৃথিবীলোক, অন্তরীক্ষলোক অমস্থুং স্বর্গবুস্থু শেমখি।"

অসিগুম্বা সংসারসিদা থরায় পানবা জীব পুম্নমকস্তু মথোয় মখোয়না হান্না তৌথিবা কর্ম্ম-শিং অতুগী মথা পোন্দুনা মতুগী মতুং ইল্লগা মথল মথা অয়াম্বা হকচাং লৌদূনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরিবনি অমম্তুং অরা-তুংঙাই ফংল্লিবনি, মতুংদস্তু মোক্ষ ফংদ্রিফাওবা শোয়দনা কোয়তুনা লৈগদবনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্তু অস্তুমনা হায়রি—

কর্ম্মাণি কর্ম্মভিঃ কুর্ব্বন্সনিমিত্তানি দেহভৃৎ।
তত্তৎকর্ম্মফলং গৃহ্নন্ ভ্রমতীহ সুখেতরম্॥
ইৎথং কর্ম্মগতীর্গচ্ছন্ বহ্বভদ্রবহাঃ পুমান্।
আভূতসম্প্লবাৎ সর্গপ্রলয়াবশ্নুতেহবশঃ॥

(ভাগ ১১/৩/৬,৭)

"হকচাংবু লৌদূনা লৈবা জীবাত্মাসিনা খোঙ-খুৎনচিংবা কর্ম্মেন্দ্রিয়শিংনা মথল মথা অয়াম্বা কর্ম্ম তৌতুনা লৈবদগী মতুগী অরাবগী মশক ওইবা মহয় চা-নবগীদমক সংসারদা কোয়দূনা লৈ। মতৌ অস্তুমনা কর্ম্মগী মহয়বু ফংতুনা অমস্তুং ফত্তবা কয়ামুকপু য়েংতুনা জীবসিনা কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা প্রলয় লাক্লিবা ফাওবা পোকল-শিরা তৌতুনা লৈ।"

মরম অসিনা মীওইনা পোকুনা লৈবা মতমসিদা মোক্ষ ফংনবা হোৎনবসি য়ামনা চুমই অতুগা মীওইবগী মপোক ফংবসিস্তু য়ামক্না তাঙই হায়না শ্রীভগবাল্লা তাকপনি॥১৯॥

মতৌ অস্তুমনা কর্ম্মগী মথা পোন্দুনা লৈবা জীবশিংনা পোকল-শিরা তৌতুনা লৈ হায়বসি তাকুনা "আব্রহ্মভুবনাল্লোকাঃ

পুনরাবর্ত্তিনঃ" (৮/১৬) হায়খিবত্নগী ব্যাখ্যা তৌরগা হৌজিক "মামুপেত্য তু কৌন্তেয় পুনর্জন্ম ন বিদ্যতে" (৮/১৬) হায়খিবত্নগী ব্যাখ্যা শ্লোক অনীনা তৌরি—

পরস্তস্মাৎ তু ভাবোঽন্যোঽব্যক্তোঽব্যক্তাৎ সনাতনঃ।
যঃ স সর্ব্বেষু ভূতেষু নশ্যৎসু ন বিনশ্যতি ॥২০॥
অব্যক্তোঽক্ষর ইত্যুক্ত স্তমাহুঃ পরমাং গতিম্।
যং প্রাপ্য ন নিবর্ত্তন্তে তদ্ধাম পরমং মম ॥২১॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— অব্যক্তাৎ = অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্নমকী মরম ওইনা ফোঙদোক্তনা লৈবা হিরণ্যগর্ভ (ব্রহ্মা), তস্মাৎ তু = অদুদগীস্তু, পরঃ = অথোইবা, অন্যঃ = অতোপ্পা, অব্যক্তঃ = মওঙ-মতৌ লৈতবদগী মীৎ-নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা, সনাতনঃ = মতম পূম্নমক্তা লেঙদনা লৈবা, যঃ ভাবঃ = পরব্রহ্মগী মশক ওইবা অসিগুম্বা পোৎ, সঃ = মহাক অদুদি, সর্ব্বেষু ভূতেষু = হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাদগী হৌদুনা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্নমক, নশ্যৎসু = মাঙখিবদসু, ন বিনশ্যতি = মাঙদে ॥২০॥ মতৌ অসুমনা— অব্যক্তঃ = ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙঙবা ঙমদবা, অক্ষরঃ = মাঙ-তাকপা লৈতবা, ইতি উক্তঃ = অসুমনা হায়রখিবা, তং = মহাক অদুবু, পরমাং গতিং = খ্বায়দগী অথোইবা লমথুংফমনি, আহু = অসুমনা শ্রুতি স্মৃতিনচিংবনা হায়, যং প্রাপ্য = অসিগুম্বা লমথুংফম অসিবু য়োরগা, ন নিবর্ত্তন্তে = মী-শিংনা তাইবঙ-সিদা অমুক হল্লক্তে, তং = অদুগুম্বা লমথুংফম অদু, মম = সাক্ষাৎ

( শংশঙনা ) পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐগী, পরমং ধাম = খ্বায়দগী অথোইবা শকফমনি ॥২১॥

**অপূনবা অর্থঃ—** অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূন্নমক্কী মরম ওইনা ফোঙদোক্কনা লৈবা হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মা অতুদগীসু হেনবা অমস্তুং ঈতোপ-তোপ্পা অতুগা ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা ঙমদবা অমস্তুং মতম পূন্নমক্কা লেঙদনা লৈবা পরব্রহ্মগী মশক ওইবা পোৎ অতুদি তাইবঙ পূন্নমকসি মাঙথ্রবস্থ মাদি মাঙদনা লৈ ॥২০॥ মতৌ অস্তুমনা ইন্দ্রিয়-শিংনা লৌবা-খঙবা ঙমদবা অমস্তুং অমাঙ-অতা লৈতবা অস্তুমনা হায়খিবা মহাক অতুবু খ্বায়দগী অথোইবা লমথুংফমনি অস্তুমনা হায়, অসিগুম্বা লমথুংফমসিবু য়ৌরগা মী-শিংনা তাইবঙসিদা অমুক হল্লক্তে; অতুগুম্বা লমথুংফম অতু সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐগী খ্বায়দগী অথোইবা শকফমনি ॥২১॥

## অথূপ্পা রা

হিরণ্যগর্ভবু কার্য্যব্রহ্ম ( থবক্কী মশক ওইবা ব্রহ্ম ) হায়নস্থু কৌই। খ্বায়দগী ঈহান হানবদা মায়াবু উপাধি ওইনা লৌদূনা লৈবা পরব্রহ্ম পরমেশ্বরনা মায়া অতুদগী তন্মাত্র কৌবা আকাশনচিংবা ভূত মঙাগী অকূপ্পা শরুকশিংবু শেমই। অকূপ্পদগী অপোবা ওই-রকই হায়বসি সৃষ্টিগী নিয়মনি ( লৈশেমলোন্নী )। অকূপ্পা তন্মাত্রশিং অতুবু উপাধি ওইনা লৌদূনা ফোঙদোক্কনা লৈবা পরমাত্মামক হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মানি। অসিগুম্বা হিরণ্যগর্ভসিনা মরম ওইদনা অকূপ্পা তাইবঙদগী অপোব তাইবঙসি ওইরকলিবনি। মতৌ অস্তুমনা

হিরণ্যগর্ভ পোকপা শিবা নাইবা মরমদগী মঙোন্দগী অথোইবা অমসুং অতোপ্পা পরমাত্মা অদুদি মাগী উপাধি মায়ানা ওইবা তাইবঙ পুম্নমকসি মাঙথ্রবসু লেঙদনা নিত্য ওইনা লৈ। মহাক্তি ঐখোয়গী ইন্দ্রিয়শিংনা লৌবা (খঙবা) য়াবা পোৎ নত্তে, মশা মতোমদা ঙাম্বোক্তুনা লৈবা সৎ, চিৎ অমসুং আনন্দগী মশকনি, মহু শ্রীভগবান্‌গী অশেংবা মশকনি অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা লমথুং-ফমনি, তাইবঙসিদা মহুদগী হেনবা লমথুংফম অমা লৈত্রবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অসুমনা হায়রি—"পুরুষান্ন পরং কিঞ্চিৎ সা কাষ্ঠাসা পরাগতিঃ" (কঠঃ ১/৩/১১)—"থরায়পানবা পুম্নমকী খম্মোইদা শীনথুংনা লৈবা পুরুষতগী (পরমাত্মাদগী) অথোইবা করিগুম্বা পোৎ অমত্ত লৈতে, মহাক অরোইবা ঙমখৈনি অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা য়ৌনফমনি (পনথুংফমনি)।" অসিগুম্বা সাক্ষাৎ পরমাত্মাগী মশক ওইবা লমথুংফমসিবু শীনথুংনা লৈবা বিষ্ণুগী পদনি হায়নসু হায়নৈ, মসিবু ফংলবদা জীবনা তাইবঙসিদা অমুক হল্লক্তে। শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি—"তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদং যত্র গত্বা ন নিবর্ত্তন্তে যোগিনঃ" (নাঃ পঃ উঃ ৯/২০)—"মহুদা চৎলগা (মফম অদু য়োরবদি) যোগীশিংনা অমুক হল্লক্তে, অদুগুম্বা মফম অদু বিষ্ণুগী অথোইবা পদনি (থুংনফমনি হায়বদি পনথুংফমনি) ॥২০, ২১॥

হৌজিক ইবুংঙো মাবু ফংনবা অথোইবা উপায়বু অসুমনা তাকলি—

পুরুষঃ স পরঃ পার্থ ভক্ত্যা লভ্যস্ত্বনন্যয়া।
যস্যান্তঃস্থানি ভূতানি যেন সর্ব্বমিদং ততম্ ॥২২॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—পার্থ পৃথাগী ( কুন্তীগী ) মচা হে অর্জ্জুন ! যস্য = ইবুংঙো মাগী, অন্তঃস্থানি = মনুংদা লৈবা, ভূতানি = অচৎ-চত্ত পুম্নমকনি, অদুগা — যেন = ইবুংঙো মানা, সর্ব্বং ইদং = লেঙলি পাল্লিবা পুম্নমকসি, ততং = শীনথুংনা লৈরিবনি, সঃ = অদুগুম্বা কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা শক্তম ওইবা, পরঃ পুরুষঃ = থৱায়পানবা পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা থ্বায়দগী অথোইবা পুরুষ অদুবুদি, অনন্যয়া ভক্ত্যা তু = পূক্লীং অনী লোঙদনা তৌরিবা ভক্তি অদুতনা, লভ্যঃ = ফংবা ঙমগনি॥২২॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—হে অর্জ্জুন ! অচৎ-চত্ত পোৎ পুম্নমকসি ইবুংঙো মাগী মনুংদা লৈবা ঙাক্তনি অদুগা ইবুংঙো মানা লেঙলি-পাল্লিবা পুম্নমকসিদা শীনথুংনা লৈরিবনি, অদুগুম্বা থ্বায়দগী অথোইবা কৃষ্ণ ঐগী শক্তম ওইবা পুরুষদুবু সূপনা পূক্লীং অনী লোঙদনা তৌবা ভক্তিদনা ফংবা ঙমগনি ॥২২॥

## অথূপ্পা বা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্ মশামকনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা শক্তম অদুবু নীংথিনা তাকলি অদুগা মদুগা লোয়ননা তাকলিবা শক্তম অদুবু শংশঙনা খঙনবা উপায়দুসু হায়রি। ইবুংঙো মহাক্তি লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙসিগী চঙজকম ( লৈনফম ) ওইবা মরমদগী পুম্নমক্কা শীনথুংনা লৈ, তাইবঙসিদা মঙোন্দা চঙজদনা লৈতবা পোৎ অমত্ত লৈতে, পুম্নমক মঙোন্দা চঙজদুনা লৈবা ঙাক্তনি অদুগা মঙোন্দা চঙজদুনা লৈ হায়না উরি-খঙলিবা পোৎ পুম্নমক অদুসু অশেংবা মওঙদদি মঙোন্দগী অতোপ্পা নত্তে, ইবুংঙো মাগী তৌবা

ভম্বা শক্তি ওইবী মায়ানা মরম ওইদুনা ইবুংঙো মহাকমকপু অজ্ঞানী ওইবা জীবশিংনা মখল-মখা অয়াম্বা অতোপ্পা পোৎশিংগী মতৌগুমনা উবনি। থৃদম ওইনা হায়রবদি থৌরী মকক্তা মত্থবু (থৌরীমকক্তুবু) খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা লিল উই, উরিবা লিল অদু থৌরী মকক অদুদা লৈ অমস্যুং লিল অদুদা থৌরী মকক শীন্-থুংনা লৈ অদুগা অশেংবা মওঙদা লিল থৌরীমকক অদুদগী অতোপ্পা নত্তে। মতৌ অস্থুমনা ইবুংঙো মাগী মশক খঙদবগী মশক ওইবা অজ্ঞাননা মরম ওইদুনা সংসারগী পোৎ পূম্নমকসি ইবুংঙো মঙোন্দা উবনি অমস্যুং পূম্নমক্তা ইবুংঙো মহাক শীনথুংনা লৈবনি। অদুগা থৌরী মকক্কী জ্ঞান ওইরবা মতমদা হায়বদি থৌরী মককনি হায়না খংলবা মতম অদুমক্তদা লিল লৈতবগুমনা ইবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্কী জ্ঞান লৈরবদা তাইবঙ অসিস্থু লৈরোইদবনী, মৃপনা ইবুংঙো মহাক মতোমতনি হায়বসি খঙগদবনি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অস্থুমনা হায়রি—

সর্পাদৌ রজ্জুসত্তেব ব্রহ্মসত্তৈব কেবলম্।
প্রপঞ্চাধাররূপেণ বর্ত্ততেহতো জগন্নহি॥

(আঃ প্রঃ উঃ ১২)

"থৌরী মকক্কী লৈ হায়বা সত্তা অদুমক্ত লিন্নচিংবদা উবগী মতৌগুমনা মৃপনা ব্রহ্মগী লৈ হাযবা সত্তা অদুমক্ত লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙগী চঙজফম-লৈনফম ওইনা লৈ, মরম অসিনা অশেংবা মওঙদা জগৎ (তাইবঙ) লৈতে।"

অদুগা ইবুংঙো মানা তাইবঙ পূম্নমকসিদা শীনথুংনা লৈ হায়বসিবুস্থু শ্রুতিনা অস্থুমনা তাকলি—'ঈশাবস্যমিদং সর্ব্বম্'

( শুক্লযজুর্বেদ ৪০/১ )—"পরমাত্মানা জগৎপুম্নমকসিবু কূপ্পুনা থম-গদবনি হায়বদি পুম্নমক্তা পরমাত্মাবু য়েংগদবনি।"

যস্মাৎ পরং নাপরমস্তি কিঞ্চিৎ
যস্মান্নাণীয়ো ন জ্যায়োঽস্তি কশ্চিৎ।
বৃক্ষ ইব স্তব্ধো দিবিতিষ্ঠত্যেকঃ
তেনেদং পূর্ণং পুরুষেণ সর্ব্বম্॥

( শ্বেতঃ উঃ ৩/৯ )

"মতুদগী অথোইবস্থু লৈতে, থোইদবস্থু লৈতে অতুগা মতুদগী অতোপ্পা করিগুম্বা অকুপ্পা অমস্থু লৈতে, অপোৌবস্থু ( অচৌবস্থু ) লৈতে। মহাক মতোমদা মশাগী লেঙদবা অঙানবা মগুঙ অতুদা উপাম্বীগী মতৌগুম্না ভূমিন্না লৈ, অসিগুম্বা পুরুষ ( পরমাত্মা ) অতুনা পুম্নমকসি থন্না লৈরিবনি॥"

অতুগা অসিগুম্বা ইবুংঙো মাবু খঙনবা অথোইবা উপায়দি পুক্নীং অনী লোঙদনা মাগী ভক্তি তৌজবা অসিনি হায়বসি তাকলি। ভক্তি তৌজহুনা ইবুংঙো মাবু পেলহনবা নত্তনা ইবুংঙো মাগী মশক খঙনবা অতোপ্পা উপায় লৈতে। জ্ঞানগী উপায় ভক্তিনি। মরম অসিনা ইবুংঙো মাগী মশক খঙহনবীয়ু হায়না পুক্নীং অনী লোঙদনা ভক্তি তৌজগদবনি, মতুতদা মাবু তশেংনা খঙহুনা মাবু ফংবা ঙমগনি, মসিবু তুংদস্থু অস্থমনা হায়গনি—

ভক্ত্যা মামভিজানাতি যাবান্ যশ্চাস্মি তত্ত্বতঃ।
ততো মাং তত্ত্বতো জ্ঞাত্বা বিশতে তদনন্তরম্॥

( গীতা ১৮/৫৫ )

"ভগবান্ কৃষ্ণ ঐসি অশেংবা মওঙদা কয়ামুক পাক-চাউনা লৈ অমসুং করম্বা শকফমনো হায়বসিবু ভক্তিনা মরম ওইদুনা ভক্তনা খঙবা ঙমই ; মদুদগী কৃষ্ণ ঐবু অশেংবা শক্তমদা শংশঙনা খঙলগা মতুংদা মহাক কৃষ্ণ ঐঙোন্দা তিল্লী।"

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু অসুমনা হায়রি—"ভক্ত্যাহহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মাপ্রিয়ঃ সতাম্॥" ( ১১/১৪/২১ )—"সাধু ওইবা মী-শিংগী নুংশিবা আত্মাগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐসিবু শ্রদ্ধাগা লোয়নবা ভক্তি ওইবা উপায় অসিমত্তনা লৌবা (খঙবা) য়াই।" মরম অসিনা ইবুংঙো মাবু অশেংবা শক্তমদা খঙনীংবা অমসুং ফংনীংবা মী-শিংনা অনী লোঙদবা পূক্নীংনা ঙম্বমখে ইবুংঙো মাগী ভক্তি তৌজদুনা লৈননবা হোৎনগদবনি ॥২২॥

ভক্তিনা মরম ওইদুনা ইবুংঙো মাবু শংশঙনা খঙলবদি প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইদুনা শিবমক্তদা ইবুংঙো মঙোন্দা তিনবগী মশক ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংই, মসিদগী অমুক চংকদবা মফম লৈতে, অদুবু সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মহাক্কী ভক্তি তৌজদুনা লৈবা অমসুং শিদ্রিগৈগী মমাঙদা মাবু শংশঙনা খঙহৌদবা ভক্তশিংসু শিরবা তুংদা হিরণ্যগর্ভগী সত্যলোক্তা চংলগা মাগী ( হিরণ্যগর্ভগী ) পুনসী লোইরবদা মাগা লোয়ননা কৈবল্য মোক্ষ ফংই হায়বসি তাক্কে হায়বগীদমক ক্রমমুক্তিগী ( মথং মথং ওইনা ফংগদবা মুক্তিগী ) লম্বী অমসুং তাইবঙদা অমুক হল্লক্কদবা পিতৃলোক্কী লম্বী অনীসিবু অসুমনা তাকপা হৌই—

**যত্র কালে ত্বনাবৃত্তিমাবৃত্তিঞ্চৈব যোগিনঃ।**
**প্রযাতা যান্তি তং কালং বক্ষ্যামি ভরতর্ষভ ॥২৩॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**— ভরতর্ষভ = ভরত শাগৈগী অথোইবা হে **অর্জ্জুন**! যত্র কালে তু = অসিগুম্বা মতমনা খঙহল্লিবা লম্বীদুদা, প্রযাতাঃ = শিরগা চৎখিবা, যোগিনঃ = উপাসক ধ্যান যোগী অমসুং কর্ম্মদবু তৌদুনা লৈবা কর্ম্মযোগীশিংনা, অনাবৃত্তিং = অমুক হল্লক-লরোইদবা, চ = অদুগা, আবৃত্তিং এব = শোয়দনা অমুক হল্লকদবা লম্বীদা, যান্তি = চৎলী, তং কালং = অদুগুম্বা মতমদুনা খঙহল্লিবা লম্বীদুবু, বক্ষ্যামি = কৃষ্ণ ঐনা হায়গে ॥২৩॥

**অপুনবা অর্থ ঃ**—ভরত শাগৈগী অথোইবা হে **অর্জ্জুন**! অসিগুম্বা মতমদা শিদুনা চৎখিবা উপাসক ধ্যানযোগীশিং অমসুং কর্ম্মযোগীশিংনা অমুক হল্লকলরোইদবা অমসুং শোয়দনা অমুক হল্লকদবা লম্বীদা চৎলী, অদুগুম্বা মতম অদুনা খঙহল্লিবা লম্বী অদুবু কৃষ্ণ ঐনা হায়গে ॥২৩॥

অথূপ্পা রা

তুমিৎনা অরাংলোমদা ওন্দূনা চৎপগী থা তরাকপু **উত্তরায়ণ** কাল ( মতম ) কৌই অদুগা মথারোমদা ওন্দূনা চৎপগী থা তরাকপু **দক্ষিণায়ন কাল** কৌই। মতম অনীসিনা খঙহল্লিবা লম্বীবু **দেবযান** অমসুং **পিতৃযান** কৌই; হায়বদি উত্তরায়ণগী মতমনা খঙহনবা লম্বী দেবয়ান কৌই, মসিবু **অর্চিরাদিমার্গ** হায়নসু কৌই অদুগা দক্ষি-ণায়নগী মতমনা খঙহনবা লম্বী পিতৃযান কৌই, মসিবু **ধূমাদিমার্গ**

হায়নস্থ কৌই। সগুণ ব্রহ্মগী মশক ওইবা শ্রীভগবান্‌গী পূক্লৗং অনী লোঙদনা উপাসনা তৌদুনা শিখিবা ধ্যানযোগীশিংনা দেবযানগী লম্বীদা চত্তুনা ব্রহ্মলোক হায়বদি সত্যলোক য়ৌরগা মহুদগী অমুক হল্লক্কে, মহুদা লৈনা লৈনা নিগুর্ণ ব্রহ্মগী অশেংবা জ্ঞান শংশঙনা ফংদুনা মহাপ্রলয়গী মতমদা ব্রহ্মদা তিল্লী ; অদুগা উপাসনা নীংথিনা তৌদবা কর্ম্মদবু মরু ওইনা তৌবা কর্ম্মযোগীশিংনা পিতৃযানগী লম্বীদা চত্তুনা পিতৃলোক য়ৌরগা মহুদা কর্ম্মগী মহয় চাদুনা লৈরবা মতুংদা অমুক হন্না মালেমসিদা ( পৃথিবীসিদা ) হল্লকই। মরম অসিনা ব্যবহারদা চৎনবগী মতুং ইন্না 'উত্তরায়ণদা শিবনা ফৈ অদুগা দক্ষিণায়নদা শিবা ফত্তে' হায়নৈ। মতৌ অস্সুমনা মতমগী মরমদা বিচার তৌদুনা য়েংবদা উত্তরায়ণগী মতমসি দক্ষিণায়নগী মতমদগী অফবা ওইরবস্থু উত্তরায়ণদা শিবা মী দেবযানগী লম্বীদা শোয়দনা চৎকনি অদুগা দক্ষিণায়নদা শিবনা পিতৃযানগী লম্বীদা শোয়দনা চৎকনি হায়বা অরেপ্পা নিয়ম লৈত্তে। পাপীদগীস্থ পাপী ওইবা অমস্থুং শিরবা মতুংদা নরকতা শোয়দনা চৎকদবা মী কয়ামুকস্থু প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইখিবা মরমনা উত্তরায়ণগী মতমদা শি, অদুবু মখোয় দেবযানগী লম্বীদা চত্তে অদুগা পিতৃযানগী লম্বীদস্থু চত্তে, মখোয়গী লম্বীদি অছুমগুবা অতোপ্পা লম্বী অমনি হায়বসিবু শাস্ত্রনা লাউদুনা তাকলি। মতৌ অদুমনা দক্ষিণায়নগী মতমদা শিবা মীনা পিতৃযানগী লম্বীদা শোয়দনা চৎলি হায়বা য়াদে। সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক ওইবা মীনা প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না দক্ষিণায়নগী মতমদা শিরবস্থু ক্রমমুক্তি ফংনবগীদমক মহাক দেবযানগী লম্বীদা শোয়দনা চৎকনি অদুগা

কর্ম্মযোগীনা উত্তরায়ণগী মতমদা শিবা থোকলবস্থ্ পিতৃলোক ফংন-বগীদমক পিতৃযানগী লম্বীদা শোয়দনা চৎকনি, দেবযানগী লম্বীদা চৎলোই। মরম অসিনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক ধ্যানযোগীশিংগী মরমদা বেদান্ত দর্শনদা অস্মুমনা হায়রি—"অতশ্চায়নেঽপি দক্ষিণে" ( ৪/২/২০ )—"প্রারব্ধ কর্ম্মগী মতুং ইন্না শিবদা নিয়ম লৈতবা মরমনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক দক্ষিণায়নগী মতমদা শিবা থোকলবস্থ্ দেবযানগী লম্বীদা চত্নূনা ক্রমমুক্তিবু ফংই। মরম অসিনা ভীষ্ম পিতামহনা শরশয্যাদা হীপ্রূনা লৈরগা উত্তরায়ণ লাকপা ঙাইহ্নুনা লৈখিবা অত্তুদি মাগী মপা শান্তনু নিংথৌনা পেন্দুনা মাবু ইচ্ছামরণগী ( অপাম্বা মতমদা শিবা ঙম্মু হায়না ) বর পীখিবা অদুবু ফোঙদোক্কে ( খঙহনগে ) অমস্তুং মীওইবনা মপাবু পেন্নবা সেবা তৌবদা মহয় য়ামনা লৈ হায়বসিবু খঙহনগে হায়বগীদমক্তনি; দক্ষিণায়নদা শিরবদি দেবযানগী লম্বীদা চৎপা ঙম্মোই হায়দুনা শরশয্যাদা হীপ্রূনা লৈখিবা নত্তে। মরম অসিদগী শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না হায়রিবা মতমসিবু মতম ওইনা লৌদনা মতম অত্তুনা খঙহনবা লম্বী ওইনা লৌগদবনি ॥২৩॥

হৌজিক সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা চৎকদবা দেবযানগী লম্বীদুবু শ্রীভগবান্না অস্মুমনা হায়রি—

অগ্নির্জ্যোতিরহঃ শুক্লঃ ষণ্মাসা উত্তরায়ণম্।
তত্র প্রযাতা গচ্ছন্তি ব্রহ্ম ব্রহ্মবিদো জনাঃ ॥২৪॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—অগ্নিঃ জ্যোতিঃ = মঙালগী মশক ওইবা মৈগী দেবতা, অহঃ = নুংথিলগী দেবতা, শুক্লঃ = পানখৎলকপা থাখায়গী

দেবতা, উত্তরায়ণং=নুমিৎনা অল্লাংলোমদা চৎপা, ষট্মাসাঃ=থা তরাক্কী দেবতা, মতৌ অস্নুমনা দেবতাশিং মথং মথং লৈবা, তত্র= দেবযান কৌবা লম্বীহূদা, প্রযাতাঃ=শিরগা চৎখিবা, ব্রহ্মবিদঃ জনাঃ =সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা মী-শিংনা, ব্রহ্ম গচ্ছন্তি=হিরণ্যগর্ভগী মশক ওইবা কার্য্যব্রহ্মবু ফংই ॥২৪॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—মঙালগী মশক ওইবা মৈগী দেবতা, নুংথিলগী দেবতা, পানথৎলকপা থাথায়গী দেবতা, নুমিৎনা অল্লাংলোমদা চৎপা থা তরাক্কী দেবতা, মতৌ অস্নুমনা দেবতাশিং মথং মথং লৈবা দেবযান কৌবা লম্বীহূদা শিরগা চৎখিবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা হিরণ্য-গর্ভগী মশক ওইবা কার্য্যব্রহ্মবু ফংই ॥২৪॥

## অথূপ্পা বা

শ্রীভগবান্না দেবযানগী লম্বীসিবু মফমসিদা য়ামনা শমনা তাকই। ছান্দোগ্য উপনিষত্তদি মসিবু মপূং ফানা শন্দোকনা অস্নুমনা হায়রি—"যে চেমেহরণ্যে শ্রদ্ধা তপ ইত্যুপাসতে তেহর্চিষমভিসংভবন্ত্যর্চিষোহহরহ্ন আপূর্য্যমাণপক্ষমাপূর্য্য-মাণপক্ষাদ্ যান্ ষড়ুদঙেতি মাসাংস্তান্। মাসেভ্যঃ সংবৎসরং সংবসরাদাদিত্যমাদিত্যাচ্চন্দ্রমসং চন্দ্রমসো বিদ্যুতং তৎপুরুষোহমানবঃ স এনান্ ব্রহ্ম গময়ত্যেষ দেব-যানঃ পন্থা ইতি ॥" (ছাঃ উঃ ৫/১/১,২)—"উমংনচিংবদা শ্রদ্ধাগা লোয়ননা তপ তৌহূনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা মী-শিংহূনা শিরগা থ্বায়গী অহানবদা মৈগী দেবতাবু ফংই, মৈগী দেবতাদগী

মুংথিলগী দেবতা, মুংথিলগী দেবতাদগী পানখৎলকপা থাখায়গী দেবতা, পানখৎলকপা থাখায়গী দেবতাদগী নুমিৎনা অরাংলোমদা চৎপা থা তরুকী দেবতা, মত্তুদগী চহীগী দেবতা, চহীগী দেবতাদগী নুমিৎকী দেবতা, নুমিৎকী দেবতাদগী থাগী দেবতা, থাগী দেবতা-দগী নোংথাঙগী দেবতা ফংই। মতৌ অসুমনা মীওইবা নত্রবা নোংথাঙগী দেবতা অতুনা উপাসক মখোয়শিংতুবু কার্য্যব্রহ্মগী মশক ওইবা হিরণ্যগর্ভবু ফংহল্লী, মসি দেবযানগী লম্বীনি।"

হায়রিবা মৈনচিংবা পূন্নমকসি লেপফম থুংফম ওইবা মফম-শিংনি। মরম অসিনা কৌষিতকি ব্রাহ্মণ উপনিষত্তা অসুমনা হায়রি—"স এতৎ দেবযানং পন্থানমাপদ্যাগ্নিলোকমাগচ্ছতি" (কৌঃ উঃ ১/৩) "উপাসক অতুনা দেবযানগী লম্বী অসিবু ফংলগা অহানবদা অগ্নিলোকতা লাকই (চৎলৌ) .... ... অসিনচিংবা।" অতুবু মতাং অসিদা লেপফম (পেনফম) ওইবা লোকশিংতুবু লৌবা তৌদনা লোকশিংতুগী মপু ওইনা লৈরিবা অভিমানী দেবতা ওইনা লৌগদবনি হায়বসিবু বেদান্ত দর্শনদা বিচার তৌতুনা অসুমনা তাকই—"আতি-বাহিকাস্তল্লিঙ্গাৎ" (৪/৩/৪)—"দেবযানগী লম্বী ওইনা তাকলিবা মৈনচিংবা পূন্নমকসি লেপফম থুংফম লোক ওইনা লৌরোইদবনি, মখোয়বু আতিবাহিক লাই ওইনা লৌগদবনি হায়বদি—শিরগা দেবযানগী লম্বীদা চৎলিবা উপাসকশিংতুবু লম্বীদা লাকপা মফম অমদগী মাঙগী (মথংগী) অতোপ্পা মফম অমদা মথং মনাউ নাইনা পুতুনা য়োহনবা লাইশিংনি হায়না লৌগদবনি।" মসিগী

মরমদি লম্বী তাকপা মন্ত্রসিংগী অরোইবদা অস্মুমনা হায়রি—"তৎ-পুরুষোঽমানবঃ স এনান্ ব্রহ্ম গময়তি" (ছাঃ উঃ ৪/১০/২)— "মী নত্তবা বিদ্যুৎ লোককী (নোংথাঙগী) লাই অদুনা উপাসকশিংদুবু ব্রহ্ম ফংহল্লী।" মতৌ অস্মুমনা অরোইবদা অস্মুমনা হায়বসিদগী অহানবগী অতোপ-অতোপ্পা মফমশিংদস্মু শিরগা চৎখিবা উপাসক-শিংদুবু মফম মফমদুগী অভিমানী লাইশিংদুনা মফম অদুদগী মাঙগী (মথংগী) মফম অমদা পুদুনা চংলী হায়বসি খঙহল্লী। মসিদা মত্তনা—'উভয়ব্যামোহাত্তৎসিদ্ধেঃ" (বেঃ দঃ ৪/৩/৫)—"শিরগা দেবযানগী লম্বীদা চৎলিবা উপাসকশিংদুগী হকচাং লৈত্তবা মরমনা ইন্দ্রিয় পূম্নমক অন্তঃকরণদা তিন্দুনা লৈবদগী মখোয় ব্রাস্থদুনা লৈ, মদুদগী মনীং তমনা চৎপা ঙমদে, অদুগা অগ্নিলোকনচিংবা লোক পূম্নমক অদুস্থু অচেতন ওইদুনা মফম অমত্তদা লেঙদনা লৈবা মরমনা উপাসকশিংদুবু পুদুনা চৎপা ঙমদে। মরম অসিদগী অগ্নিনচিংবা লোকশিংগী মপু ওইনা লৈবা অভিমানী দেবতাশিংদুনা মখোয় মখোয়গী লোকতগী মাঙগী (মথংগী) অতোপ্পা লোক অমা ফাওবা পুদুনা উপাসকশিংবু য়োহল্লী (থিনবি) হায়বসি সিদ্ধ ওই।" অদুগা "স এনান্ ব্রহ্ম গময়তি" (ছাঃ উঃ ৫/১০/২)—"নোংথাঙগী লাইনা (দেবতানা) মখোয়বু ব্রহ্ম ফংহল্লী" হায়বসিদ ব্রহ্মগী অর্থ (ব্রাহন-থোক) কার্য্যব্রহ্মগী মশক হিরণ্যগর্ভ ওইনা লৌগদবনি হায়বসিবু অস্মুমনা হায়রি—"কার্য্যং বাদরিরস্য গত্যুপপত্তেঃ" (বেঃ দঃ ৪/৩/৭), "ব্রহ্ম গময়তি" (ছাঃ উঃ ৫/১০/২)—"ব্রহ্ম ফংহল্লি" হায়বসিদা সগুণ কার্য্যব্রহ্ম ফংহল্লী হায়না লৌগদবনি অস্মুমনা

বাদরি আচার্য্যনা হায়; মরমদি সগুণ ব্রহ্ম ফংবদা চৎপনচিংবা ওইবা য়াই, নিগু´ণ ব্রহ্ম ফংবদদি মচু ওইবা য়াদে। কৈবল্য মোক্ষ ফংহুনা নিগু´ণ ব্রহ্মদা তিনগ্রবা জ্ঞানীদি শিরবা মতুংদা অতোপ্পা মফমদা চত্তে হায়বসিবু বৃহদারণ্যক্য উপনিষৎকী শ্রুতিনা অস্থুমনা হায়রি— "ন তস্য প্রাণা উৎক্রামন্তি ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি, অত্রৈব সমবলীয়ন্তে" (৪/৪/৬)—"জ্ঞানীহুগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক শিবা মতমদা হকচাংদগী চৎথোক্তে, মহাক হিংলিঙৈদা ব্রহ্ম ওইনা লৈরগা (মশা-নকপু ব্রহ্মমকনি খঙলগা) শিবমক্তদা ব্রহ্মদা তিল্লী, মহাকী ইন্দ্রিয় পুম্নমক অহু মফম অসিমক্তদা (হকচাংদা লৈন-লৈনমক) মথোয় মথোয়বু শারকপা তত্ত্বশিংহুদা তিনথি।" মতৌ অস্থুমনা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকশিংনা শিরবা মতুংদা কার্য্যব্রহ্ম ফংলগা অমুক হল্লক্তে হায়-বসিবু শ্রুতিনা অস্থুমনা হায়রি—"এষ দেবপথো ব্রহ্মপথ এতেন প্রতিপদ্যমানা ইমং মানবমাবর্ত্তং নাহবর্ত্তন্তে, নাহবর্ত্তন্তে" (ছাঃ উঃ ৪/১৫/৫)—"মসি দেবগী লম্বীনি, ব্রহ্ম ফংনবা লম্বীনি, লম্বী অসিদা চৎগ্রবা উপাসক সংসার চক্রসিদা অমুক হল্লক্তে, হল্লক্তে।" মতৌ অস্থুমনা হল্লক্তবগী মরমবুস্থ বেদান্ত দর্শনদা অস্থুমনা তাকলি—"কার্য্যাহত্যয়ে তদধ্যক্ষেণ সহাতঃ পরমভিধানাৎ" (বেঃ দঃ ৪/৩/১০)—"কার্য্যব্রহ্মগী পুনসী লোইহুনা মাগী লোক মাঙলবদা হায়বদি মহাপ্রলয় ওইরবদা ব্রহ্মলোক অহুগী মপু ওইনা লৈরিবা হিরণ্যগর্ভগা লোয়ননা মফম অহুদা লৈরিবা উপাসক পুম্নমক অহুস্থ জ্ঞান ফংলগা ব্রহ্মদা তিল্লী।"

মসিবু স্মৃতিনস্থু অস্থুমনা হায়রি—

**ব্রহ্মণা সহ তে সর্ব্বে সংপ্রাপ্তে প্রতিসঞ্চরে।**
**পরস্যান্তে কৃতাত্মানঃ প্রবিশন্তি পরংপদম্॥**

( কূর্ম্ম পুরাণ )

"মহাপ্রলয় লাকলত্বুনা ব্রহ্মাগী পুনসী লোইরবদা ব্রহ্মলোক (সত্যলোক) অত্বুদা লৈবা মখোয় পূম্নমক অত্থু জ্ঞান ফংবদগী তৌগদবা তৌবা ওইত্বুনা ব্রহ্মাগা লোয়ননা পরমপদ ফংই ( পরমব্রহ্মদা তিল্লী )" ॥২৪॥

সংসারসিদা অমুক হল্লক্তদবা পিতৃযান কৌবা লম্বীবু হৌজিক অস্থুমনা হায়রি—

**ধূমোরাত্রিস্তথা কৃষ্ণঃ ষণ্মাসা দক্ষিণায়নম্।**
**তত্র চান্দ্রমসং জ্যোতির্যোগী প্রাপ্য নিবর্ত্ততে॥২৫॥**

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ**—ধূমঃ = মৈথুগী দেবতা (লৈচিনগী মশক ওইনা লৈবা অমম্বগী দেবতা), রাত্রিঃ = অহিংগী লাই ( দেবতা ), কৃষ্ণঃ = থাশিরকপা থাখায়গী দেবতা, দক্ষিণায়নং = নুমিৎনা মখারোমদা চৎপা, ষট্ মাসাঃ = থা তরূক্কী দেবতা, তথা = মতৌ অস্থুমনা দেবতাশিং মথং মথং লৈবা, তত্র = পিতৃযানগী লম্বীত্বুদা চৎলগা, চান্দ্রমসং জ্যোতিঃ = থাগা মরী লৈনবা মঙালবু হায়বদি তৌথিবা অফবা কর্ম্মগী মহয় ওইবা স্বর্গবু, প্রাপ্য = ফংত্বুনা মত্বুদা কর্ম্মগী মহয় চারগা, যোগী = সকামকর্ম্ম যোগী ওইবা মী, নিবর্ত্ততে = মহয় চাবা লোইবমক্তদা অমুক হল্লক্তুনা লাকই ( পোকই ) ॥২৫॥

অপূনবা অর্থ :—মৈথুগী দেবতা, অহিংগী দেবতা, থাসি থা-খায়গী দেবতা, মুমিৎনা মথারোমদা চৎপা থা তরক্কী দেবতা, মতৌ অসুমনা দেবতাশিং মথং মথং লৈবা পিতৃযানগী লম্বীদা চৎলগা থাগা মরী লৈনবা মণ্ডালগী মশক ওইবা স্বর্গবু ফংহুনা, মফম অহুদা তৌথিবা অফবা কর্ম্মগী মহয় চাবা লোইবমক্তদা কর্ম্মযোগী অহু অমুক হল্লক্তূনা লাকই ( পোকই ) ॥২৫॥

## অথুম্বা ৱা

শ্রীভগবান্না হায়রিবা পিতৃযানগী লম্বীসিবু ছান্দোগ্য উপনিষত্তা মপুং ফানা শন্দোকনা অসুমনা হায়রি—"যে ইমে গ্রাম ইষ্টাপূর্ত্তে দত্তমিত্যুপাসতে তে ধূমমভিসংভবন্তি ধূমাদ্ রাত্রিং রাত্রের-পরপক্ষমপরপক্ষাদ্ যান্ ষড়্ দক্ষিণৈতি মাসাংস্তান্ নৈতে সংবৎসরমভি প্রাপ্নুবন্তি। মাসেভ্যঃ পিতৃলোকং পিতৃলোকাদাকাশমাকাশাচ্চন্দ্রমস মেষ সোমো রাজা তদ্দেবানামন্নং তংদেবা ভক্ষয়ন্তি ॥" ( ছাঃ উঃ ৫/১০/৩,৪ )—'মী-শিংহুনা খুন্দা যজ্ঞনচিংবা হোম, জপ তৌহুনা, অতোপ্পশিংগী কান্নবগীদমক পূর্ত্রী-নচিংবা তৌদূনা অমসুং দান তৌহুনা লৈ, অহু-গুম্বা কর্ম্মযোগী ওইবা মখোয়শিংহুনা শিরগা অহানবদা ধূমগী অভিমানী দেবতাবু ফংই, ধূমগী দেবতাদগী অহিংগী দেবতা, অহিংগী দেবতাদগী থাশি থাখায়গী দেবতা, থাশি থাখায়গী দেবতাদগী মুমিৎনা মথারোমদা চৎপা থা তরক্কী দেবতাবু ফংই, পিতৃযানগী লম্বীসিদা চৎপা মখোয়শিংনা সংবৎসরগী ( চহীগী দেবতাবু ফংদে। মতৌ

অস্মুমনা দক্ষিণায়ন থা তরক্কী দেবতা অদুদগী পিতৃলোককী দেবতা, পিতৃলোককী দেবতাদগী আকাশগী দেবতা, আকাশগী দেবতাদগী চন্দ্রলোক ( স্বর্গ ) ফংই, চন্দ্রলোকসি পূম্নমকপু রস পীনবিবা সোম রাজানি (নিংথৌনি), চন্দ্রলোক (স্বর্গ) অসি দেবতাশিংগী চিঞ্জাকনি, দেবতাশিংনা মহুবু চাদূনা লৈ হায়বদি স্বর্গগী সুংভাইবা অদুবু ফংহুনা লৈ ॥"

মসিদস্মু মথং মনাউ কায়দনা মফম মফম অদুগী অভিমানী দেবতাশিংনা কর্ম্মযোগীশিংহুবু পুহুনা চৎলগা মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইন্না পিতৃলোক নত্রগা চন্দ্রলোক ( স্বর্গ ) য়ৌহল্লী হায়না লৌগদবনি। পিতৃলোক নত্রগা স্বর্গদা মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মহয় চাবা লোইরবা মতুংদা অমুক হল্লকই হায়বসিবু অস্মুমনা তাকলি—"তস্মিন্ যাবৎ সংপাতমুষিত্বাহথৈতমেবাধ্বানং পুনর্নিবর্ত্তন্তে যথেতম্ ॥" ( ছাঃ উঃ ৫/১০/৫ )—"পিতৃলোক নত্রগা স্বর্গদা পুণ্যকর্ম্মগী মহয় চাদূনা লেল্লবা মতুংদা অহানবদা চৎখিবা অদুগুমনা লম্বী অদুমক্তদা অমুক হল্লকই।" মতৌ অস্মুমনা শ্রুতিনা তাকপা লম্বী অনীবু লৌদূনা শ্রীভগবানস্মু শমলপনা উত্তরায়ণ অমস্মুং দক্ষিণায়ন লম্বী অনীবু তাকপনি ॥২৫॥

হৌজিক মথক্তা হায়খ্রিবা লম্বী অনীসিবু লোইশিন্দুনা অস্মুমনা হায়রি—

শুক্লকৃষ্ণে গতী হ্যেতে জগতঃ শাশ্বতে মতে।
একয়া যাত্যনাবৃত্তিমন্যয়াহহবর্ত্ততে পুনঃ ॥২৬॥

**অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—শুক্লকৃষ্ণে = অঙৌবা** ( মঙালগী মশক ওইবা অর্চ্চিনচিংবা ) অমস্তুং অমুবা ( অমম্বগী মশক ওইবা ধূম-নচিংবা ), এতে গতী = লম্বী অনীসি, জগতঃ = সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক অমস্তুং কর্ম্মযোগী অনীসিগী মশক ওইবা জগৎসিগী, শাশ্বতে মতে হি= ঙমখৈ নৈতবা মতমদগী চংলকলিবনি হায়বসিবু শাস্ত্রনা য়াতুনা ফাওরিবনি, মখোয় অনীসিগী মন্নুংদা—একয়া = অমনা ( মঙালগী মশক ওইবা অঙৌবা লম্বীনা ), অনাবৃত্তিং = হল্লক্তবগী মশক ওইবা ক্রমমুক্তিবু যাতি = ফংই, অতুগা—অন্যয়া = অনীশুবা লম্বীনা (অমুবগী মশক ওইবা লম্বীনা), পুনঃ আবর্ত্ততে=সংসারসিদা অমুক হল্লকই ॥২৬॥

**অপূনবা অর্থ ঃ**—অঙৌবা মঙালগী মশক ওইবা অর্চ্চিনচিংবা অমস্তুং অমুবা অমম্বগী মশক ওইবা ধূম-নচিংবা লম্বী অনীসি সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক অমস্তুং কর্ম্মযোগী অনীসিগীদমক সংসারসিদা ঙমখৈ নৈতবা মতমদগী চংলকলিবনি হায়বসি শাস্ত্রনা য়াতুনা ফাওরিবনি। অনীসিগী মন্নুংদা অমনা ( অর্চ্চিনচিংবা লম্বীনা ) অমুক হল্লক্তবগী মশক ওইবা ক্রমমুক্তি ফংই অতুগা অনীশুবা ধূম নচিংবা লম্বীনা অমুক হল্লকই ॥২৬॥

## অথুপ্পা বা

সগুণ ব্রহ্মগী উপাসকনা শিরবা মতুংদা দেবযানগী লম্বীদা চত্তুনা ব্রহ্মলোক য়ৌরগা মহুদা উপাসনাগী মহয় চাবা লোইরবা মতুংদা মুক্তি ফংই, অতুগা সূপনা কর্ম্মবুদা তৌবা কর্ম্মযোগীনা পিতৃযানগী লম্বীদা চংলগা তৌখিবা পুণ্য কর্ম্মগী মতুং ইন্না স্বর্গ ফাওবা চংলগা

মতুনা পুন্যকর্ম্মী মহয় চাবগা মাতেমজিলা অমুক হলকই হায়রিবসি লুপনা উপাসক অমসুং পুন্যকর্ম্ম তৌবা মী-শিংগীদমকনি। পাপ তৌবা মী-শিংগী লম্বীদি অনীসিদগী অতোপ্পা অমনি। মখোয়দি তৌখিবা পাপকী মতুং ইমা যমালয়দা ( যমগী লৈকমদা ) চত্নুনা মঙ্গল-মথা অরাম্বা পাপকী মহয়শিং চাগদবনি। মরম অসিনা বেদান্ত দর্শনদা অসুমনা হায়রি—"সংযমনে ত্বনুভূয়েতরেষামা-রোহাবরোহৌ তদ্ গতিদর্শনাৎ" (৩/১/১৩)—"ইতরেষাং= উপাসক অমসুং কর্ম্মী নত্তবা পাপী ওইবা মী-শিংগীদি, সংযমনে তু অনুভূয়=যমালয়দা চত্নুবা পাপকী মহয় চারগা, আরোহাবরোহৌ =ল্লাকপা, চৎপা তৌই, তদ্ গতিদর্শনাৎ=মরমদি মতৌ অসুমনা মখোয়গী অতোপ্পা লম্বীবু শ্রুতিনা হায়রি"—"এতয়োঃ পথোর্ন কতরেণচন তানীমানি ক্ষুদ্রাণ্যসকৃদাবর্ত্তীনি ভুতানি ভবন্তি। জায়স্ব ম্রিয়স্বেত্যেতত্তৃতীয়ং স্থানম্" (ছাঃ উঃ ৫/১০/৮)— "দেবযান অমসুং পিতৃযান লম্বী অনীসিদা চত্তবা জীবশিংদি হন্না হন্না পোকলা-শিরা তৌবা অপীকপা জীবশিংনি। মখোয়দি পোকউ-শিয়ু হায়বা নিয়মসিদা লৈ, মসি অহুমশুবা মফমনি ( লম্বীনি )।" মসিবু বৃহদারণ্যক উপনিষত্তসু অসুমনা হায়রি—"য এতৌ পন্থানৌ ন বিদুস্তে কীটাঃ পতঙ্গা যদিদং দন্তশুকম্" (বৃঃ উঃ ৬/২/১৬)— "দেবযান অমসুং পিতৃযান লম্বী অনীসিবু খঙদবা ( চত্তবা ) মীদি তাল-কাণ্ড, কৌজেঙ, লিক্কচিংবা ওই।"

পরলোকপু খাজদবা পাপী ওইবা মী-শিংগীদমক যমরাজনসু কঠোপনিষত্তা নচিকেতাবু অসুমনা হায়রি—

ন সাংপরায়ঃ প্রতিভাতি বালং
প্রমাদ্যন্তং বিত্তমোহেন মূঢ়ম্।
অয়ং লোকো নাস্তি পর ইতিমানী
পুনঃ পুনর্বশমাপদ্যতে মে॥ ( কঠঃ ২/৬ )

"লুপা-শংবাগী অপাম্বনা শুমহত্তুনা করিমত্ত থৌওইদনা লৈরিবা অপঙবা মীনা পরলোকপু থাজদে, হৌজিক হিংহনা লৈরিবা মালেম ( পৃথিবী লোক ) অসিদনি, পরলোক লৈতে হায়না খঙলিবা মীহুদি যম ঐগী ঈথা পোন্দুনা ঐগী ঈনাক্তা হন্না হন্না লাকই।"

মরম অসিনা লৌশিংতাবা মীনা পাপকী লম্বীবু থাদোকলগা দেবযান নত্রগা পিতৃযানগী লম্বীদা চংনবা হোংনবসি মথৌ ওইনা তৌগদবনি। মস্তুমনা তৌহুনা লৈবা মী হৌজিক হিংলিবৈগী মতমদস্থু পুক্লীং মকা লামনা তপথনা লৈবা ঙমগনি অহুগা শিরবা মতুংদস্থু খাইফবা খুবম ফংগনি॥২৬॥

দেবযান লম্বীগী ( শুক্লগতিগী ) মহয় মোক্ষনি, পিতৃযান লম্বীগী ( কৃষ্ণগতিগী ) মহয় বন্ধনি ( তাইবঙদা পুনবনি ) হায়না খঙলবা অমস্থুং অনীসিবু ফংনবা মরমবুস্থ চিংনবা লৈতনা লেপলবা মীনা থৌওইদবা তৌরোইদবনি হায়বসিবু তাকলি—

নৈতে সৃতী পার্থ জানন্ যোগী মুহ্যতি কশ্চন।
তস্মাৎ সর্ব্বেষু কালেষু যোগযুক্তো ভবার্জ্জুন॥২৭॥

অন্বয় ব্যাখ্যা :—পার্থ=পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয়! এতে সৃতী =দেবযান অমস্থুং পিতৃযানগী লম্বী অনীসিবু, জানন্=দেবযানগী

লম্বীনা মোক্ষ ফংনবনি অদুগা পিতৃযানগী লম্বীনা ভাইবঙদা পুন্নবনি অস্নুমনা নীংথিনা খঙলবা, কশ্চিৎ যোগী = কনাগুম্বা ধ্যানযোগী অমত্ত, ন মুহ্যতি = পিতৃযানগী লম্বীদা চৎনবা থবক তৌদূনা শুমহত্তুনা লৈতে, তস্মাৎ = মরম অসিদগী, অর্জ্জুন = হে অর্জ্জুন ! সর্ব্বেষু কালেষু = মতম লৈবা খিবিক্তা, যোগ যুক্তঃ ভব = যোগী ওইদুনা লৈয়ু ( পূব্লীং ফাজিন্দূনা ধ্যানযোগগী অভ্যাস তৌরগা মোক্ষ ফংনবা হোৎনৌ ) ॥২৭॥

**অপুনবা অর্থ :—**পৃথাগী মচা হে ধনঞ্জয় ! দেবযান অমসুং পিতৃযানগী লম্বী অনীসিগী মহৱ অমসুং মরমবু নীংথিনা খঙলবা কনাগুম্বা ধ্যানযোগী অমত্ত শুমহত্তুনা লৈতে, মরম অসিদগী হে অর্জ্জুন ! মতম পূন্নমক্তা পূব্লীং ফাজিল্লগা যোগী ওইদুনা লৈনবা হোৎনৌ ॥২৭॥

## অথূপ্পা ৱা

লোক অসিমক্তদা মহয় ফংগদবা করিগুম্বা ব্যাবহারিক থবক অমা তৌবা মতমদসু মীনা থবক অদুগী মহয় ফত্তবা ফংগনি খঙলবদি থবক অদুবু থাদোকই অদুগা অফবা মহৱ ফংগনি খঙলবদি য়ামনা চেকশিন্না থবক অদুবু পাঙথোকনবা হোৎনৈ। মতৌ অদুমনা পরলোকতা ( শিরবা মতুংদা ) ফংগদবা মহয়গী মরমদসু খঙলগা সংসারগী মশক ওইবা অৱাবা মহয় ফংগদবা সকামকর্ম্মশিং অমসুং পাপ কর্ম্মশিংবু থাদোকলগা অফবা মহৱ ওইনা পরমাত্মাবু ফংগদবা নিষ্কামকর্ম্ম তৌবগা লোয়ননা ইবুংঙো মাগী মশকপু ধ্যান তৌজদুনা

লৈনবা হোৎনগদবনি। ব্যাবহারিক থবক তৌবদগী লেমহৌবা অহাঙবা মতমদা অফবা লাইরিকনচিংবা য়েংদুনা (পাদুনা) আত্মচিন্তন তৌরগা মশাবু চিংনবা লৈতনা তশেং তশেংনা খঙনবা হোৎনগদবনি; অরেম্বা রারী-রাতায় শাদুনা মতম মাঙহল্লোইদবনি। অস্থুমনা অভ্যাস তৌদুনা লৈবা মীগী পুনসী মহয় য়ানগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম লৈতে। মরম অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা অস্থুমনা হায়রি—

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্তসমস্তকর্ম্মা
নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতো মে।
তদাহমৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো
ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ ॥

( ভাগঃ ১১/২৯/৩৪ )

"হে উদ্ধব ! মীওইবনা সকামকর্ম্ম পূম্নমকপু থাদোক্লুনা মশা-মকপু কৎথোকলগা কৃষ্ণ ঐগীদমক থবক পূম্নমক তৌবা পামলকলবা মতম অদুদা মহাকনা মোক্ষগী মশক ওইবা লেঙদবা পদবু ফংদুনা কৃষ্ণ ঐগা অমত্ত ওইদুনা ঐগী অশেংবা শকফমবু ফংই" ॥২৭॥

সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক যোগীনা দেবযানগী লম্বীদা চত্তুনা ফংগদবা অথোইবা পদ অদুবু থাগত্তুনা অধ্যায়সিবু লোইশিনবদা অস্থুমনা হায়রি—

দেবেষু যজ্ঞেষু তপঃসু চৈব
দানেষু যৎ পুণ্যফলং প্রদিষ্টম্।

অত্যেতি তৎ সর্ব্বমিদং বিদিত্বা
যোগী পরং স্থানমুপৈতি চাদ্যম্ ॥২৮॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে "অক্ষরব্রহ্ম" যোগো নামাষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥৮॥

অন্বয় ব্যাখ্যা ঃ—বেদেষু=ব্যাকরণ-নচিংবা অঙ্গ তরুক্কা লোয়ননা বেদশিংবু তম্বদা, যজ্ঞেষু=মখল মখা অয়াম্বা অশ্বমেধ-নচিংবা যজ্ঞশিংবু নীংথিনা মপুংফানা তৌবদা, তপঃসু=হকচাংবু লাকশিন্নবগী মশক ওইবা চান্দ্রায়ণ-নচিংবা তপ-শিংবু তৌবদা, চ=অমসুং, দানেষু =শ্রদ্ধাগা লোয়ননা অচৌ-অচৌবা দানশিংবু পীবদা, যৎ এব পুণ্য-ফলং=অরেপ্পা ওইনা পুণ্য ওইবা মহয়বু, প্রদিষ্টং=শাস্ত্রনা তাকই, তৎ সর্ব্বং=তাকলিবা মহয় পুম্নমক অদুবু, ইদং বিদিত্বা=মসিবু খঙলগা হায়বদি অধ্যায়সিগী অহৌবদা অর্জ্জুননা হংখিবা য়াহং তরেংকী পাউখুমশিংসিবু খঙলগা, যোগী অত্যেতি=সগুণ ব্রহ্মগী উপাসক যোগীনা লাম্থোকই ( হায়রিবা মহয়শিংসিদগী য়াম্না হেন-গৎপা মহয় ফংই ), চ=অদুগা, আদ্যং=খ্বায়দগী মকোক ওইনা লৈবা, পরং স্থানং=অথোইবা মফমবু ( পরব্রহ্মগী মশক ওইবা মোক্ষবু ), উপৈতি=ফংই ॥২৮॥

অপূনবা অর্থ ঃ—বেদ পুম্নমকপু তম্বদা, মখল মখা অয়াম্বা যজ্ঞশিংবু মপুং ফানা তৌবদা, হকচাংবু লাকশিন্নবগী মশক ওইবা চরাহেনবনচিংবগী তপ-শিংবু তৌবদা অমসুং শ্রদ্ধাগা লোয়ননা

অচৌ-অচৌবা দানশিংবু পীবদা অরেপ্পা ওইনা পুণ্য ওইবা মহয়বু শাস্ত্রনা তাকই, অসুমনা তাকলিবা মহয় পূম্নমকতুবু সগুণব্রহ্মগী উপাসক যোগীনা অর্জ্জুনগী ৱাহংশিংগী পাউখুমশিংসিবু খঙলগা লাম্ভোকই অহুগা খ্বায়দগী মকোক ওইনা লৈবা অথোইবা মফম মোক্ষবু ফংই ॥২৮॥

## অথুপ্পা ৱা

অধ্যায় অসিগী মকোকমক্তদা (অহৌবমক্তদা) অর্জ্জুননা—"কিং তদ্ ব্রহ্ম কিমধ্যাত্মং" অসিনচিংবা ৱাহং তরেৎথক হংখিবহুগী পাউখুমশিংবু পীরগা শ্রীভগবাম্না অধ্যায় অসিবু লোইশিনবদা, পীখ্রিবা পাউখুমশিংহুবু নীংথিনা খঙহুনা মহুগী মতুং ইন্না অনুষ্ঠান তৌহুনা লৈবা সাধক যোগীশিংনা শিরবা মতুংদা করম্বা খুবম ফংবগে হায়বহু তাকলিবনি। শাস্ত্রকারশিংনা বেদ তম্বা, তপ তৌবা অমসুং মখল মখা অয়াম্বা দান পীবগী মতীক মগুণ য়ামনা তাকুনা শিরবা মতুংদা স্বর্গনচিংবগী নুংঙাইবা ফংই হায়রি। অহুবু মফম অসিদদি—শ্রীভগবাম্না অক্ষরব্রহ্মগী মশক ওইবা ইবুংঙো মহাকপু আধ্যাত্মিক ওইনা শংশঙনা খঙলবা সাধক যোগীনা ফংগদবা মহম্মদি স্বর্গনচিংবদগীসু হেন্না সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা ঙমই হায়বসিবু তাকলি। সংসারদা মী ওইনা পোকপগী মহম্ম য়ানবসি মশামকপু শংশঙবা মওঙদা খঙবনি, মশামকপু অশেংবা মওঙদা খঙবসিদগী হেনগৎনা কংবা য়াবা পোৎ অমত্ত তাইবঙসিদা লৈতে। মরম অসিদগী উদ্ধবকী মফমদসু শ্রীভগবাম্না অসুমনা হায়রি—

এষা বুদ্ধিমতাং বুদ্ধির্মনীষা চ মনীষিণাম্।
যৎসত্যমনৃতেনেহ মর্ত্ত্যেনাপ্নোতি মাহমৃতম্॥
( ভাগঃ ১১/২৯/২২ )

"তাইবঙসিদা মিথ্যা অমস্তুং মাঙগদবা মীওইবগী হকচাংসিনা মরম ওইহুনা অমাঙ-অতা লৈতবা অমস্তুং পোকপা শিবা নাইদবা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক ওইবা কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ঙম্বসি লৌশিং শিংবা মী-শিংগী লৌশিংনি অমস্তুং পূক্নীং লৈতানা রাখল তৌবা মী-শিংগী রাখলনি।"

মসিগী মরমদি জীবসি মশাগী অশেংবা মশক খঙদূনা আত্মজ্ঞান ফংলবগী মতুংদা অরা-অনা ফংহুনা লৈবা সাংসারিক জীবগী মশক ওইনা লৈতে, মহাক ব্রহ্মগী মশক ওইনা লৈ। মসিবুস্থু শ্রীভগবান্না অস্নমনা হায়রি—

জীবো জীববিনির্মুক্তো গুণৈশ্চাশয়সংভবৈঃ।
ময়ৈব ব্রহ্মণা পূর্ণো ন বহির্নান্তরশ্চরেৎ॥
( ভাগঃ ১১/২৫/৩৬ )

"হে উদ্ধব! জীবনা মাগী উপাধি ওইবা সূক্ষ্ম শরীরবু (অকুপ্পা হকচাংবু) থাদোকলবদা অন্তঃকরণদগী পোকপা অরা-অনানচিংবা পূম্নমক লৈতনা পরমব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐ ওইনমক মফম পূম্নমক্তা থন্না লৈ, মহাক অমুক হন্না তাইবঙগী মুং-পানগী বিষয়শিংদা চৎলোই।"

মরম অসিদগী যোগিযাজ্ঞবল্ক্যনস্তু অস্তুমনা হায়রি—

অয়ং তু পরমো ধর্ম্মো যদ্ যোগেনাত্মদর্শনম্।
আত্মজ্ঞানং হি যো বেত্তি স সর্ব্বজ্ঞঃ স সর্ব্বকৃৎ॥
(বৃহদ্ যোগিযাজ্ঞবল্ক্যস্মৃতি ১১/৩৪)

'যোগনা মরম ওইতুনা আত্মাবু শংশঙনা য়েংবসি (খঙবসি) খ্বায়দগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মরমদি আত্মজ্ঞানসিবু লৈরবা মী পূমথঙ খঙবা অমস্তুং পূমতৌ তৌবা ওই" ॥২৮॥

মতৌ অস্তুমনা শ্রীভগবান্না শকপা উপনিষৎশিংদা, ব্রহ্মবিদ্যাগী
মশক ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা, অর্জ্জুন অমস্তুং
শ্রীকৃষ্ণগী রাহং পাউথুম ওইনা ভাঙনবদা "অক্ষর-
ব্রহ্মযোগ" কৌবা নীপানশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা
অথূপ্পা রাগা লোয়নবা অন্বয়
ব্যাখ্যা লোইরে ॥৮॥

॥ ওঁ তৎসৎ ॥

=ওঁ=

